# দেনা-পাওনা



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হন্দোকচবা

স্বঘুমণি

# দেনা-পাওনা



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হন্দোকচবা

রঘুমণি

কোংলবা

এল, রঘুমণি শর্ম্মা

দেবলা বুক ষ্টোর

মসজিদ রোড, ইম্ফাল।



শেমদোক্লবা খুৎনম

১৯৮৭ ইং।

কোপী মশীং

লিশিং অমা

মমল

লুপা ৪৫

অনম্বা

এল, রঘুমণি শর্ম্মা

দেবলা প্রেস

পাওনা বাজার, ইম্ফাল

হৌখি' কুমজা লিশিং-অম-চামাপল-মরিফুমাথোই
থাশিং থাবুম তরামাথোই
সুমিং শীংবুম নিপালনি চনবা নোংমাইজিং সুমিত্তা
পুন্সি থৌদাং লোইরমদা, মমুং মতম চাদা,
সুংশির' মরুপ 'দেবেন' খুজেং পালোইনদুনা,
নপা ঐবু থাদোক্লম' পুন্সি ঈথয়প্রবা;
পাংথোকচমত্র' নপাগী থৌদাং মপুং ফানবা
পারিৣওইবা নহাক্না থৌদাং রাখল পীদুনা
শোম্বক্লর' নপাগী রাখল. অনৌ-আশা পীদুনা
থৌদাং শরুক য়াদুনা, মপুং ফানবা হোংনরম্বা
পামজরবা নহাকী "দেনা-পাওনা"
ইচাগী রাখল ডুংইমা, ওইরে চসিদি
মপুং ফার' মশক অমা
পুন্সি থৌদাং লোইরমদা চংশ্র' ডুংদা নহাক্না
পামজরম্বা "দেনা-পাওনা" তম্রবনি খুদোল ওইনা
থোং-নৌর' ইচা ইবুংঙো 'রবিচন্দ্র'
নহাকী খুত্তা ইপানা
লৌশিল্লুকো লংনদনা মমল য়াউত্র' খুদোলসে।

# য়াইফ্ খরদং

হৃপীগী লমচং য়েকপদা থোইদোক্লা মশিং লৈরবা সাহিত্য-জগত্তা মালেম শিন্না মিংচং লৈরবা উপন্যাসকার শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী দেনা-পাওনা (assets and liabilities) হায়বা মশক না ইরবা উপন্যাস অমনি। অহানবা খুৎনমদা শিকশন্নবা খরা কোংজখি, অহুগা অশোয়-অঙাম খরা য়াউখি। মহু হন্দক্কী শেমদোক্লবা খুৎনম অসিদা চাউথোকহল্লে অমস্তুং য়ারিবমখৈ খঙজবা মতুং ইন্না শেম-দোকচরে। অহুমকপু মিংচং লৈরবা অইবগী লাইরিকপু অতোপ্পা লোন্না হন্দোকপা হায়বসিমক থোইদোক্লা অশোয়-অঙাম থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অহুদি ওইরগা উপন্যাস অসিদা পীরিবা মমল নাইত্রবা মহাওহু পামজক্লবনা লাইরিক অসি হন্দোক্লুনা পাবিরিবশিংগী মিংয়েং মাংদা লান্থোকচরিবনি।

উপন্যাস অসি নম্নিঙৈ মতমদা থৌনা হাপ্লিখিবা মরুপ-মপাংশিং অমদি ঐগী ইয়াম্বা শরুবা ঈকাই-খুম্নববা শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী (রিভিনিউ অমস্তুং ভেটিনারি মিনিস্টর) না অচৌবা মতেং পীবিবদগী লাইরিক অসি পাবিরিবশিংগী মিংয়েং মাংদা লান্থোক-চনবা খুদোং ফংজবনি। তেংবাংবিখিবা খুদিংমক্কী মফমদা শিংঙম্নরোইদবা লমন তোঞশিজরবনি।

হন্দোকচবা—

## অমা

চণ্ডীগড়গী ৺চণ্ডী য়াম্না লিরবা লাইনি। হায়নবা লৈ নিংথৌ খীরবাহুগী কনাগুম্না মপা-মপু অমনা লান অমা জয় তৌরগা বাক্কই তুরেলগী তোর্বান্দা মন্দির অসি লিংখৎলম্মনি, অদুগা মহুগী মতুংদা মহুদা আশ্রয় ওইত্থনা চণ্ডীগড় খুঙ্গং অসি তপ্না তপ্না থন্দারখিবনি। নোংমা থাঙ্গেশেংনমক চণ্ডীগড খুঙ্গং অপুম্না দেবীগী সম্পত্তি ওইরম্বা য়াই; অদুবু ঙসিদি মন্দিরগা থংনবা লৌপবি খরা নত্তদা অতৈ পুম্নমক্কি মখু মহৈ খোপচিন্নখ্রে। খুঙ্গং অসি হৌজিক্কি বীজগাঁগী জমিদারগী মখুং চল্লে। করমতৌদুনা করম্বা অরোনবা পাম্বনা লাইরবা অতোন-অতাগী সম্পত্তি অমম্তুং অম্মুম্না সহায় লৈত্রবা লাইগী লম জমিদারগী পুক্কেদা চনখ্রিবনো, য়ারী অদু অচম্বা অপাবনা খঙলুবগী কাম্নবা লৈতে। ঐনা হায়লিংলিংদি মসিদুনি মদুদি, চণ্ডীগড খুঙ্গংগী অয়াম্বা শরুক চণ্ডীগী হক্কগী নাম্থোকখ্রে। লাইগীদি মসিদা অমাং-অতোং লৈতনা য়াই, অদুবু মাবু সেবা চংলিংশিং অদুদি মুংঙাইতবা ঙসি ফাওবা কোক্ত্রি; অদুনা ঙদি ফাওবা থৎন-চৈনদনা তোক্কে অমম্তুং মরক মরক্তা মদু অচৌবা য়াথোক ওইগদবগী তৌরকই। অত্যাচারীনি হায়না বীজগাঁগী জমিদার শাগৈবু মতম চুপ্পদা থিনা ঙাংনরকপা অমা লৈ; অদুবু চহি খরগী মমাংদা মচা পোক্কবা জমিদার শিরবদা মচলমুপীনা পোকপা জীবানন্দ চৌধুরীনা জমিদার ওইখিবা মুমিতুগী মচা-অচৌবা প্রজা পুম্নমক তশেং

তশেংনা খাংঙমদবা ওইখি। মীনা অস্থুম্না ঙাংনৈ মহুদি, লৈখিত্রবা জমিদার কালিমোহন বাবু ফাওবনা নুপা অসিগী ঙাওশিন্নবা খাংবা অমুক ঙমদ্রহন্না মহাকপু তাম্থোকে রাশক্লমই; অহুবু খঙহৌদনা শিখিবনা মাগী অপাম্বহু থবক্তা ওম্থোকপা ঙম্নমদ'নি।

জীবানন্দ চৌধুরী অহ লৌ-শীং য়েংশিনবগী মমিংদা চগুাগভদা থুংলরে। খুঙ্গং মনুংদা ইচম চঙ্গা মওংগী জমিদারাঁগী ওফিস অমদি অহুম লৈরকই, অহুবু বাঁকুড়া জিলাগী লৈতেম মান্নবা চীংয়া নকপা খুঙ্গং অসি হকচাং ফবগী মরমদা থোইদোক্লা মমিং চংলি, অমস্থুং মরু ওইনা লৈঙোহ তাবা বারুইগী ঈশিং থোইদোক্লা মহাও লৈ হায়হ্না জীবানন্দগী মমা পোকপা মবুধো রাধামোহন বাবুনা খুঙ্গংগী চিদাযদা তুরেল ময়াদা শান্তিকুঞ্জ মমিং থোন্দুনা বাংলো অমা শারমই, অতুগা মরক মরক্তা তোইনা লাক্লুনা লৈরে। অত্রবু মাগী মচানুপা কালিমোহোন করিগুম্না নুমিত্তম্ মফম অসিদা খোঙদারদে। মরম অসিনা নোংম্না ফজরম্বা, মগুণ চেল্লম্বা, কল্লক্লিংঙাই ওইরম্বা, অকোয়বদা লৈবা বাগান্দা অহিং-নুংথিল নাইদনা উইহু-রাহৈনা থল্লম্বা অতুগুম্না য়ুম অহুবু থৌশাবিদ্রবনা শাথীনা মোংশিল্লে অমস্থুং নাপী-শাংবিনা থনদ্রে। মফম অসিদা মালী লৈতে, মনাক নকপদা মী তাদে, শুপ্নগী বারুই তুবেলগী তোর্ব্বান ময়াদা য়াম্না রাং-চাউরবা য়ুম অহ উমং-রামংগী মম্নাইদা লেপ্তুনা থৌশাবিদ্রবগী মতৌগুম অহিং-নুংথিল চুপ্পা ইহাং-হাংহ্নুনা লৈরি। মতম কয়া শাংনা মফম অসিদা কনাস্থু চংবিদ্রবগে, কাছারিগী (জমিদারীগী খাজনা

খোমগংনবা ওফিস মপা) কর্ম্মচারী মকোক্না সদরদা (জমিদারীগী ওফিস মকোক) গুপ্তগী মঁনম্বতা হায়জিন্দুনা মতম কয়া শাংনা লেপ্লক্লবগে, মতৃগী হিসাব য়েংশিন্নবা কনাম্ব লৈতে।

অসিগুম্না ফিভম অসিদা ইখঙ-খঙহৌবনা নোংমা য়াচংবা মতমদা গুপ্তগী মা অনিথক লোয়নহনা অনৌবা জমিদার লাক্লুনা থঙ্গংগী কাছারী ওফিসকী মমাংদা থুংলরে; দোলাইদগী কুম্বা ফাওবা কুমথদে, গুপ্তগী গোমস্তা ( জমিদারীগী খাজনা খোমগংপা কর্ম্মচারী ) এককড়ি নন্দীবু কৌথোক্লগা মহাক নুমিং খরনি শান্তিকুঞ্জদা লৈগনি হায়রমই অমস্তুং থংনবা মিংকুপমক্তা লমথুংফম তয়া চংখ্রে। পাথংপনা এককড়িগী মাইথোং কাহংখ্রে। মফম অদুদা চংননবা লম্বী লৈরমদবা য়াই, থোঙ-থোঙনাও পুম্নমক হুখিরম্বা য়াই, কাশিংহুদা ৈক-শওমগী কাংবুগী মকোল ওইরম্বস্ত য়াই—মহুদা করি লৈরিবগে অতুগা করি লৈত্রবগে মতুগী মরম এককড়ি করিমত্তা খঙদে।

সন্ধ্যাগী মতম অসিদা কদায়দগী মী ফংগদগে, কদায়দগী থাউমম থিকুগদগে, কদায়দগী চান-থক্লবা লাংলুগদগে—হৌজিক খুদক্তা মহাক্না করি তৌগদগে, কনাগী মফমদা চংজকুগদগে, খনবদা মহাক হুমাং অনপ্পা কারক্লে অমস্তুং মকোক ঙাওরক্লে। থবক্তি মশানা তোকপা তারবনি—মহু ওইজরসনু, অতুবু তমথীবা অনৌনা মপু অসিগী মরমদা মহাক্না হৌজিক ফাওবদা ফংদ্রা পাউদগী খঙলে, মহাক করিগুম্বা মওংদস্ত নাক্তোকপা য়ারোই হায়বা। অতুগা পাউস্ত পীরক্লে, ইঙ্গিতস্ত ফংদে, খঙহৌদনা

হেক্তা লাক্লিংসি শুপ্নগী মাগীদমক্তনি, মহাক অহ্মক্কী জমিদারীদা লৈরম্বদগী মতু-মচা পুন্থনা বদায়দা চেক্লগা মহাক হিংগদগে, মহ্গী করিগুম্বা পল্লেপকম অমত্তা মমিঙ্তা উখিদ্রে। মপুন্থবু মহাক্না করিগুম্বদম্মু মশক উখিজি—মহ্গী দরকারম্মু লৈরমদে, ঙসিম্মু মহাক্না ইচং থৌনা মঙোন্দা য়েংলুবা ঙমখিদে; অহ্নবু অখুবা লম্বীদা দোলাইরেংশিং উখিদবগা লোয়ন-লোয়ন্না মাগী থম্মোয় মিংতা ফাওরকপা দোলাইগী অমম্বা মরক্তা উরিবা মাইথোং অহ্ য়াম্না অকীবগী মশক্লি। মহাক্না চেকশিনহৌদবা কয়া ক্রয়ানবা কয়া মহ্ ফন্-ফন্ চোংথোরকগনি, মহ্গী করম্বা শক্লক কনাগী মথক্তা মরাল অহ্ ননশিনবা য়াগদ্রা য়ারোইদ্রা, মসিমক মহাক্না খনবা হোংনরিঙৈ মতম অসিমক্তদা কাছারিগী পিয়ন অহল চেম্বা চেম্না থুংলরে। মহাক তাগাদাদা চংলুবনি; লম্বদা পাউ অসি ফংলকই। নুংশাম্বর থবেং থবেং হোগ্না হংলকই, "নন্দীমশাই, হুজুর লেংলক্লব্রা?"

এককড়িনা মমিং য়েংখৎলহ্না শুপ্নগী হায়রকই, "হুঁ।"

বিশ্বম্ভরনা ঙক্তনা এককড়িগী মাইথোং য়েংলকই, অহ্গী তুংদা হায়রকই, "হুঁ হায়বদি করিনো নন্দীমশাই? হুজুর মশামক লেংলক্লবনি!"

এককড়ি মপুক্লিং নুংঙাইতবনা শিগদৌরে; খোঞ্জেল কায়না হায়রকই, "লেংলক্লগা ঐ করি তৌ হায়রিবনো? পাউ পীরক্তে, খঙহল্লকপম্মু লক্তে, হুজুর লেংলক্লে! হুজুরনি হায়হ্নবু ইঙক্তি কক্লশা য়ারোইদনা!"

খঙহৌদনা ফিঙ্গংলকপা অসিগী অর্থ পাক হেক খঙবা ঙমদহনা বিশ্বম্ভর ঙাইহাক ভুশ্মিয়া লৈ, অদুবু মাগী খোপ লৃবা অদুক ঈংই, অদুগা শিয়ন ওইরবস্থু গোমস্তাগা মরি য়াম্না চেংনা লৈমৈ। মহাক্না এককড়িবু মনুংদা পুশিল্লগা মতম খজিক্কুংগী মথুংদা ঈংথহল্লে, অদুগা য়ু লিক্লি, শা অমস্তুং মদুগা লোয়ননা অতোপ্পা অমগীস্থু ইঙ্গিত তৌরগা অস্নুক্কী মত্তিক অচৌবা আশাগী রাকম তাহনবদা নিংঙ্গিং-মাংজিংনদে মহুদি, সুপাগী লাইবক্কী ঙমখৈ লাইশিংনা ফাওবা লেপ্পা ঙম্বা নত্তে, অদুনা ঙজুম্না মিংয়েংবু তারবদি তুংদা নোংমা করিগী সদরগী সায়েবকী কম ফংলোইদগে, অসিগুম্বা রাসি কনানস্থু ইচং খোনা হাংবা ঙম্লোই।

খিন্দনা এককড়িনা মী খরা, খাউমৈ অনি অমস্তুং অচম্বা উহৈ-রাহৈ খরা পুদুনা বিশ্বম্ভরগা লোয়ননা শান্তিকুঞ্জগী অতেকপা গেট ময়াদা থুংলরে, মতম অদু সন্ধ্যা মতুং ওইরে। উরে, চৈরক অসিদা উশা-রাশা খরা ককথংতুনা লম্বী চংপা য়াম্নবা শেম্লে, অদুম ওইনমক শোংলবা লম্বীদুদা পাক হেক চংশিনবা ফনা কুইনা কনাস্থু ঙম্রদ্রে। অদুগা চংশিল্লবদস্থু খোংথাং খুদিং মখোয় মতু চুংই। বিঘা তরাগী লম শন্দোক্লিবা উমংদা শম্মি; অদুগা লম্বীস্থু খোইনা লাপ্পবা নত্তে, মদু লাম্হোকপগী অরাবস্থু খোইনা য়াম্নবা নত্তে। ফদায়দস্থু মৈ অমত্তা থাদ্লে, ফুপ্পগী ঙমাং মচি অমদা লাপ্তক্না অকংবা উকক্ অমা মৈ থারিবা অদুনা মফম খরদি কুফেং-কাফেং ঙাল্লি। পাউ ফংলদুনা মীনাই খোরক্লগা এককড়িবু ফা অমগী মনুংদা পুশিল্লরে। ফা 'পুম্বা য়ুমম্না থল্লি, মচি অমদা

মোমবাত্তি অমা থাল্লি. অমসুং অতোপ্পা নাকন্দা অতেকপা কাংথোলদা কম থারগা খীজগাগী জমিদার জীবানন্দ চৌধুরী ফম্লি। মুপা অসি থোইদোক্না অনা-শক য়াল্লি অমসুং কুচু ঙৌই ; চহি কয়া শুরঘগদগে হায়বা য়াম্না লুনা থোকই, মরমদি মমাই কংশিন্দুনা ভশেংনা অকংবা উগুম কনশিল্লে। মমাংদা য়ু থম্না য়াউবা লিক্লি গিলাস অমা লৈ অমসুং মহুগী ময়াদা অঙকপা মওংগী য়ু লিক্লি অমা লোইনিংচিং লৈ। মোন মথাদা নেপালী খুক্রি অমগী শরুক থরা উই অমসুং মহুগী মনাক্তা হাংহুনা লৈরিবা উপু অমগী মখুংদা পিস্তল জোড়া অমা শেমজিন্দুনা থম্লি।

লৈমায় শোক্লা খুরুম্না এককড়ি মথুং লোম্নহুনা লেপ্লুনা লৈ। মাগী মবুংঙোনা হায়রকই, "নহাক্কী নমিং একক্‌ড়ি নন্দী নত্রা ? নঙনা মকম অসিগী গোমস্তরা ?"

কীবনা একক্‌ড়ি নিংদোল চোংলক্লে, মহাক্না মঙক নোমহুনা শেংফাত্তবা ভনিকপা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "হুজুর।"

হন্দক্তি য়ুম অসিগী বাফম হোদোরক্কনি হায়না মহাক্না হায়না খল্লক্লবনি, অহুবু হুজুরমা মহু করিমঙা পল্লক্লে, শুপ্নগী অস্মুম্না হংলকই, "নহাক্কী কাছারীগী আয় কয়াবো ?"

একক্‌ড়িনা হায়রকই, "আজ্ঞা, লুপা লিশিং মঙারোম্লি।"

"লিশিং মঙা ? করে, ঐ হুমিং নিপালনি লৈখিগনি, মসিগী মসুংদা লুপা লিশিং তরা পাম্মী।"

একক্‌ড়িনা খুম্লকই, "ফনি আজ্ঞা।"

মাগী মবুংঙোনা হায়রকই, "হয়েং অমুক নহাক্কী কাছারীদা

কল্লগনি—মতম পুং তরা তরামাথোই ওইবা য়াই—মহুগী মমাংদা ঐ মিংকপ থোক্লে। প্রজাশিংদা পাউ পীখো।"

এককড়িনা হয়াওনা মঙক নোমহনা হায়রকই,"ফনি আজ্ঞা।" মরমদি মসি হায়রুহনা কান্নদে মহুদি, খাজনাদা নগুনা শেল খোমগংপগু এককড়িমা ওংপা অমম্বুং নৈবনি হায়না খল্দে। মহারাজা মপুক্লিং হরাওনা হায়রকই, "ঐ ঙসি অহিংমক মাইকৈ মরিদা মী থাজগনি, কনানস্তু মতম চানা পাউ কংদে হায়দনবা।"

জীবানন্দনা মঙক নোমহনা য়ানিংবা উংলকই, অহুগা যুগী পাত্রহু থাঙ্গংহুনা অমুক্তদা থকচিল্লগা মহু তপ্না তপ্না থম্নহনা হায়রকই, "নখোয়গী লম অসিদা বিলাতী যুগী ছুকান লৈতমাল্লে নিংই। মহু লৈত্রবস্তু ঐনা পুরক্লিবা অসিনা নুমিৎ খরনি অসি শিজিন্নবা কোন্নগনি, অহুবু শাদি ঐ সু'তিগী পাম্মী।"

এককড়িনা থোরাং তৌহনা লৈব্রবনি, হায়রকই, "মসিদবু অমুক তাক্লকমিংঙাই করি লৈগদগে হুজুর, ইমা ইবেম্মা চণ্ডীগী অথোইবা মহাপ্রসাদ ঐনা নুমিং খুদিংগী হুজুরদা কচ্চগনি।"

হুজুরনা হরাওনা হায়রকই, "ফরে।"

অহুগী তুংদা লিক্লিদগী য়ু খরা পাত্রদা হৈরগা মহু থকচিনগ্রে অমস্তুং মচিন তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই, "অহুগা রা অমগা লৈরি এককড়ি।"

এককড়িগী মথোনা হেনগংলক্লে, হায়রকই, "য়াখং তাকপিয়ু।"

মহারাজা মচিন্দা লবঙ্গ অনিথক হুজিল্লগা হায়রকই. "য়েংঙোই এককড়ি, ঐ লুহোংব্রি—কৈদৌঙৈদস্তু লুহোংলোই হায়না খল্লি।"

এককড়ি তুশিন্না লৈ। মতম অদুদা য়ুথকপা জমিদার অহুনা ক নোক নোক্লগা হায়রকই, "অদুবু মতুনি হায়রদুনা ঐ ভীষ্মদেব— হঙ্গে, মহাভারত পারেদনা? ঐ ভীষ্মদেব শান্তনস্থ লৈত্তে— শুকদেবসু ওইদে—হায়ঘু, হায়রিবসি খঙলেদনা এককড়ি? মহু পাপ্পী।"

এককড়িনা ঈকাইরদুনা মরু লুকথরগা মঙক নোম্লকই, মচিন কাংথোক্লুমা পাউথুম পীবা ঙমদ্রে; অদুবু ঈকাই-খঙদবা রাঙাংনা জমিদারগী গোমস্তা কাওবা ঈক ইবা পোক্লিবা রা অসি নীংঙাইবা লৈতনা হায়রিবা মহাক্কি মহু থৌশাক্লবা লৈতে, হায়রকই, "মীনা তৌনবগুম মীনাইদা অসিগুম্বা রাফম অসি শিন্নবা পামদে, মদুদা ঠোপ তৌপল্লি। ফরে হৌজিক্কি চংগ্রো। ঐগী দোলাইরেংশিংগী চানা-থক্লবা খরা শিল্লমউ, মথোয় পুক-যু শিজিন্নমাল্লে। মহুস্থু খরা য়েংশিল্লু। ফরে চংলো।"

এককড়িনা মঙক নোমদুনা য়ানিংবা উংলগা লৈমায় শোক্লা খুরুম্লগা থোকখিগদবগী তৌরকই; হুজুরনা খঙহৌদনা হংলকই, "থুঙ্গং অসি ফক্তবা মথোং চাদবা প্রজা কনা কনা লৈ খঙব্রা?"

এককড়ি হঞ্জিল্লক্লুনা লেপ্পরে। মসিদা মতম কুইনগী মমাংদগী মাগী অরিবা দাগকম অমা লৈ—মবুংঙোগী য়াহংদুনা মহুমক্তদা চৈনাথোল পীররে, অদুবু চৈনাথোলদু খাংবগী কুরোম্না য়োমশিল্লগা হায়রকই, "লৈত্তে আজ্ঞা, মহুগুম্বা কনাস্থু—তারাদাস চক্রবর্ত্তী— অদুবু মহাক হুজুরগী প্রজা নত্তে।"

"তারাদাস হায়বদি কনানো?"

সেবায়েতশিং অসিগা জমিদারবাবুগী মরিদা এককড়িগা থংনচৈনবা কয়া থোকখি, অদুগা মহাক মহাক থোইনা নুংঙাইতবা লৈতে। অদুবু চহি অনিগী মমাংদা অকংবা ডু অমগী মরিদা রা থোকখি, মহাক মৈচাক অহু কানখিদ্রে। মরমদি উহ্‌ মাগী মশাগী মযুমগীদমক্তনি অমসুং মহাদগী মমৈথংদা মহাক্না লাল্লে হায়না মশানা য়াজহুনা লোন্না তাংশিন্নবা তাখি।

এককড়িনা হু যবক, "কবি তেগ ন হুজুর, সদরদা রাকংলবসু অদুগা বিচার তৌদে, দেৱানজীনা থোশাবিদে নগ্রবদবু চক্রবর্তীবু লাকশিনবদা কয়া বুইনা চঙ্গনি! অদুবু হুঙ্গংচহৌবিনসিনি, হুজুরনা খজিক্তং পল্লবদা মখোয়না প্রজাবু ইরাং হৌহনগনি— মহুনা খুঙ্গং শাসন তৌবা লুগনি।"

অহুবু হুজুরদি নেশা হেনগংলক্লে, মহাক্না খোঞ্জেল ফাইনা হায়রকই, "নঙনা তারাদাসকী মিং পনখিবদায় এককড়ি—অহুগা অমুক মখোয় হায়রিবদি কনা কনানো?"

এককড়িনা হায়রকই, "চক্রবর্তীগী মচানুপী ভৈরবীবুনি। নগ্রবদি চক্রবর্তী মশামক্তী অহুক হাক্লা ফত্তবা নত্তে, অহুসু মচানুপীহুদি তশেংনা হায়রবদা মাং-তাকপীনি। লম অসিগী বোম্বেদা গুন্দা ওইক্লবা পূম্নমক মাগী গুলাম্নি।"

জমিদারবাবুগী মনাদা হায়রিবা রা পূম্নমকসি চংলমদবা য়াই। মহাক্না শেংফাত্তবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "ওইফম থোকপা রানি। মাগী চহি কয়া গুরে? য়েংবদা কমদোই?"

এককড়িনা হায়রকই, "চহি কুনহুমদোই-কুনমরি গুরম্বা য়াই।

অহুগা করিগুম্বা মশক্কী ৱা হায়বা তারবদি হুজুর, অহৃদি মহাক তমথীবা সিক্কাইনি। নুপীগী শক য়াউদে, নুপীগী শকওং-শাদা নত্তে। জঙ্গলীনা খুংলাই পায়রুনা লান চংবগুমই। মহুমক্তুননি লমদম অসিগী অতোনবা কা'বুনা মাবু চণ্ডীমক্তি হায়না লৌনরিবা।"

জীবানন্দ খঙহৌদনা চুম্না ফম্মে। খঙনিংবা অমদি লাংতক্লবনা ঈমুক ঙাংলবা মমিং লাও'থাক্লহনা হায়রকই, "হায়রিবহু করিনো একককড়ি? থৌদোক্তু শুগায়না তমু তাসি। জঙ্গলী মান্না উরবস্থু শাগৈ-জাং নাইবা ব্রাহ্মণগী মচানিদনা—মা'-তাকপীনা কমদোনা ওইরিবা, অহুগা বোঙ্গেগী ওক্তবা কা'বুনা কমদোনা মাগা কদায়দা থেংনক্তুরিবা?"

একককড়িনা হায়রকই, "মসিদা অমুক ঙক্লিংঙাই ববিস্থু লৈতে হুজুর।" হায়রগা মহাক্না ভৈরবীগী ইতিহাস লিবা অহুগী শম্লপ্পা অসিনি—

ভৈরবী কনাগীস্থু মমিং মত্তে, চণ্ডীগড়গী অথোইবী সেবিকাশিংগী চংনবী উপাধি অমনি। হৌজিক লৈবিবা ভৈরবীগী মমিং ষোড়শী কৌই অমস্থুং মহুম্না মসিগী মমাংদা লৈরম্বা অহুগী মমিংনা মাতঙ্গিনী ভৈরবীনি। ইমাগী য়াথংনা মাগী সেবায়েত করিগুম্বদস্থু শুপা ওইবা য়াদে, নুপীতনা ফম অসি মতম পুম্নমক্তা ফংলকহ।

চাউরাক্না চহি তরামঙা-তরাতক্লক্কী মমাংদা খঙহৌদনা নোংমা খঙনরকখি মাতঙ্গিনী ভৈরবীগী মপুরোইবা শিরে হায়বা। ৱাফম অহু য়ায়া ৱানা অচুম্বনি হায়বা এশেংবা প্রমাণ ফংই, মতম অহুদা উপায় লৈত্রহুনা মাতঙ্গিনী ফম থাদোক্তুনা কাশিদা চংপা তাখি।

জীবানন্দা গুসায়মথৈ তুম্মিন্না তারম্মী, গুরুহনা হায়রকই, "লুপ্তাবী ওইরবদি ভৈববী ওইবা তোকপা হোবা ?"

এককডিনা খুমকই, "অহোয় হুজুর।"

"অদুনদি মহাক্না মপুরোইববু লোংতুনা থম্বা তাবেনে ?"

এককডিনা হায়রকই, "মহু নত্তুনা অতৈ ববিংশা উপায় অমগা লৈতে হুজুর ! ইমাগী মাথংদগী লুহোংবগী অহিং অকমগী মতুংদা মপুরোইবনা অমুক ভৈরবীবু মশা শোক্লনবা উপায় লৈতে। অদুনা অরাপ্পা লৈবাক্তগী লাইববা অনংবগী মচা ফাদুনা [illegible] না লুহোংলগা মথংগী মুমিন্না শেল-থুম পীদুনা মাবু থাদোকখিবা তোই. অদুগা কৈদৌঙৈদস্ত অমুক হন্না কনানস্ত মাবু মমি ফাওবা উন কংদে। মসিনি নিযম, অস্তুম্না মমাংগৈদগী চংনবক্লিবনি।

জীবানন্দনা নোক্লুনা হায়বকই, "হাযবিবদু করিনো এককতি, লৈবাক্তগী পুমত্তান তাংম্বাকপা ? ভৈবনীস্ত মীনি অহিংনী [illegible] চিকপদা মু পাত্র অমা হৈবা—অমাবা মঙ্গলা থাগুনা মযাইব বা মহাপ্রসাদ থোংদুনা চাবা—শুপযামক মথাদবা।"

এককডিনা মগুক হাইদুনা হাংবকই, "[illegible]. ইমাগী ভৈরবীনা মপুরোইবা শোক্ল-শমবা যাদে। অদুবু মহুনি হাযদুনদু মপুরোইবানানা খুঙ্গংদা মুপা অমুক লৈরব্রা ? মাংকঙ্গিনী ভৈরবীস্ত উংহৌরে, যোডশী ভৈববীবুস্ত উবে। মীযাম্না কাম্নদবদা মাগী মথোঙ কোনবা নত্তে। ববিংশা রাযম অমগীস্ত কেগা হুজুরগা কেশ তৌনৈ।"

জীবানন্দনা নোক্লুনা হায়বকই. "গুসাঁ মথন্দনিদনা। মহাগী দোষ লৈতে, অদুবু মাতঙ্গিনীগী মতুংদা মাবু কমদৌনা ফলিবগে ?"

এককড়িনা হায়রকই, "চক্রবর্ত্তী মাতঙ্গিনীগী মচেগী মচানি ঢাকাদরা কদায়দনো মহাজন অমগী কারবারগী হিসাব শুরম্মী, চিঠি ফংহনা লাকপনি, চহি তরাগী নুপীমচা অমা পুরকই। কদায়দগীনো বর অমা কাহনা পুরকই—করি জাতনো, কনাগী মচানো খঙদে—অহিংদা অহুম লুহোংই, অহিং অহুদা অহুম থাপ্পা থাদোকখি—'মহুদগীনি তশেংনা গদিদা ফমহনা রাজভোগ চাদ্বিবসিনি। কনানা রা ঙাংলুগদগে, কনানা করি হংলুগদগে? খুঙ্গংদসু মী লৈতে, নিংথৌগীসু শাসন লৈতে!" হায়রগা মহাক্না জমিদারদা মুন্না য়েংলকই; অহুবু য়েংথোকউবদা খঙলে, মানা ঙাংলিবসি অরেম্বদা তারে। নিংথৌগী উইরুম্নবা মিং মিকুপ্পা ভুমথখিবগুমত্রে। ফনা কুইনা রা ঙাংদ্রে—মহাক্না থম্বা রাংপদগী তুম্বা কায়খিগত্রা কীবনা মহাক লাইফদিবীগুম চপ য়ুংনা লেপ্লহনা মপুক্লিংদা মু ঙাওবা অহুগী মপা-মপু থুম্না চৈরগা তুম্মিন্না মপান্দা থোকথ্রগে খল্লকই, মতম অসিমক্তদা জীবানন্দনা তশেংনা করিসু তৌদবগুম অমুক রা ঙাংলকই। হায়রকই,"চহি তরামঙাগী মমাংদা নত্রা? ফরে, তারাদাস হায়রা নুপা অসি য়েংবদা য়াম্না নেমত্রা, অহুগা ঙৌত্রা?"

এককড়িনা হায়রকই, "নত্তে হুজুর চক্রবর্ত্তী কুচু ঙৌই হায়বা য়াই, অহুবু মহাক য়াম্না রাংই।"

"রাংবা? ফরে নুপা অহু ঢাকাদা মহাজন অমগী গদিদা হিসাব শুরণই হায়বসি নহাক্না করমতৌনা খঙলিবনো। মহাক কলকাতাদা চাকথোংবা বামোনগী থবক তৌরম্বদি য়াত্রবে?"

এককড়িনা মঙক হাইহনা হায়রকই, "নত্তে হুজুর, তশেংনমক

হিসাব শুরম্মী। মাগী থা তক্রুক্কী তলব লৈহৌই, এৈনা কেশ তৌগনি হায়না কীইন্দুনা চিঠি ইতুনা শেল লৌথোকপিখি।"

জীবানন্দনা হায়রকই. "অদু ওইরবদি চুম্লগনি। করে, লুপা অতুনা চহি মঙাগী মমাংদা প্রজাগী উৎপাতকী কেশ অমদা মামাগী মায়োক্তা সাক্ষী পীখিব্রা ?"

এককড়িনা হায়রকই, "হুজুরগী মিংয়েংদগী করিস্থ নাম্বোক্তে। আজ্ঞা, মতু হায়রিবা তারাদাস অসিনি।"

জীবানন্দনা তপ্না তপ্না মঙক নোমতুনা হায়রকই, "হুঁ ! মতুদা লুপা য়াম্না থাদোক্তুনা মাংহনবা তাখি। মথোয়না লম কয়া য়াম্না শিজিন্নরিবগে ?"

এককড়িনা মপুক্কিংদা হিসাব তৌরগা হায়রকই, "বিঘা য়াংখৈ-হুমফুদগী তারোই।"

জীবানন্দনা মিংকুপমুক ভুম্মিন লৈয়গা হায়রকই, "হয়েং নশাযক চংলগা হায়রু, বিঘা অমদা লুপা তরা এৈনা লৌখৎপা পাম্মী। ঐ নুমিৎ নিপালনি লৈখিগনি।"

এককড়িনা হঞ্জাননা অমস্থং চিংননা হায়রকই,"আজ্ঞা, মতুদি খাজনা লৌবা য়াদবা দেবোত্তরনি হুজুর।"

"নত্তে, দেবোত্তর থুঙ্গং অসিদা মচেং অমত্তা লৈতে। খাজনা কাদ্রবদি পুম্নমক লৌশিনবা তাবনি।"

এককড়ি পাউথুম পীঙমদতুদা লেপ্লুনা লৈ। মসি চক্রবর্ত্তী মহাশয়গীদমক্তা নত্তে, মাগী মচানুপী অথোং-অমেং পক্তবী ভৈরবীগী রা নিংশিংলকপননি। জমিদারদি নোংমা চংখিগনি।

অহুবু মহাক্তি খুঙ্গং অসিদা লৈংফৌগদৌরিবনি। মহাক্না শেংফাওবা খোঙেলনা হায়গদবগী হোংনরকই, "অহুবু হুজুর—"

অহুবু মসিদগী হেন্না মথা তাথবা কংঙ্গে। হুজুরনা মরক থংহুনা হায়রকই, "অহুবু হৌজিক তোঙ্গসি এককড়ি। ঐ শেলগী রকার লৈ, লুপা চামঙা-চাঙরুক থাদোকপা ঙম্লোই, মহু মখোয়না পীগদবনি। হয়েং চক্রবর্তী কাছারিদা হাজির ওইরগদবনি হায়না পাউ পীখো। দলিল-মুংলিল থরা লৈরবদি মহুস্থু মহাক্না পুরকপা য়াই। অহিং ওইরে, হৌজিক নঙ চংপা য়ারে। ময়ামগী চান-থরুবা শিল্পম্মু—সদরদা হল্লগা নহাকপু কাউরোই।"

"হুজুরদি ইমা-ইপানি।" হায়হুনা লৈমায় শোক্না খুরুম্লগা এককড়ি তপ্না তপ্না ইমুংদগী থোকঙ্গে।

## অনি

জমিদার জিবানন্দ চৌধুরী শুগী মুমিং মঙানিদা ঙাযরি চণ্ডীগড়দা খোঙদারবা, মতম থরদং অশিদা লমচৎ লাইদবা অমস্তুং ওৎ-নৈবনা খুঙ্গং 'পুম্না মৈ হৌহনা তুম্না চাকপঙুমঙ্গে। নম-হানা শেল খোমগংঙ্গে, অহুবু মসি করমতৌনা পাংথোক্লিখনো হায়বহু জমিদার সরকারগী থবক তৌদনদি খঙননবা হোংনরুবা অঙাওবা তাগনি।

তারাদাস চক্রবর্তী য়াথং মতুংইন্না অহানবা মুমিত্তা হাজির ওইরবদা শেল পীয়ু য়ারমদে, পুং তরুক চুপ্না য়াক্লবা মুংশাদা

লেপহল্লবা কাওবদা য়াহনবা ঙমদে। অদুবু ময়াম মমাংদা না পায়দুনা হৌগৎ-কমথা তৌবা, শগোল অমম্তুং হঙোই শাদুনা জগোই শাবা, মসি তৌহনবদা মহাক অমুক থাংবা ঙমখিদে। চণ্ডীমাতাগী মফমদা পুক্লিং অনি লেল্লদনা জমিদারগী শাগৈ ছুমহনখিনবা রাকৎচরম্মী, অদুগা কোংনা• নুমিৎ মঙানি শুবদা শেলহ্ পীরগে হায়না য়ারবদদা থাদোরক্লুনা মমুমদা হল্লকখি। নুমিৎ অহু ঙসিনি, অদুবু অমুক্তগী মাবু কদায়দগনু উবা ফংখিদ্রে।

মরক অসিদা নুমিৎ থুদিংগী মহাপ্রসাদ লাংবা তাক , পুরাগী ঙা, বাগানগী উহৈ-রাহৈ, চেং-চাক জমিদারগী মীনা নম-হাদুনা লৌখি— যোডশীনা খাগ্নিংই, অদুবু তারাদাসনা মওং অমদা রা অমত্তা ঙাংহন্দে। মাগী মখুং পায়দুনা কপ-খোংতুনা করিগুম্বা মওং অমদা থেমদুনা নৌদুনা থল্লক্লিবনি। মপাবু ঈকাইবা পীরকপদগী হৌদুনা ওং-নৈবা পূর্নমক অসি মহাক মওং অমদা থাংলক্লিবনি। মপানা ভুশ্মিরা মাংখিবগী মরম অমশুং মদুগী শোয়দনা ফংলগদবা মহৈগী পোংলুম মাগী থম্মোয়দা মতোমতা ঙসি অমুক পুজবা ঙম্রক্রে। অম্মুম তৌদুনা অদুক চুপ্পা হৌখিদুনা নুংখিল ওইরক্লে, মতম অদুদা অকিংগী অমম্বদা চরা হেল্লবা মপা লোম্না হল্লকনি হায়না আশা তৌদুনা মহাক করিগুম্বা থরা থোঙ্গদবগী কমথরে ; অসিগুম্বা মতম অসিদা মন্দিরগী শিল-লাংবনা লাক্লুনা খঙল্লবনা ওং-নৈবা অদু শম্না জসিনি মহুঙ্গি, য়ু-থকপা জমিদারনা পাম্বা মতুং ইন্না মাগী মীনা হামেং অচৌবা অদ্রা মহাপ্রসাদ ওইহন্নবা পুরকই। পুরে হিতনা অহানবদা য়ারমদে,

অহুবু মমৈথংদা যাথং মতুং ইন্না মহুবু বলি কংতুনা মহাপ্রসাদ ওইহনখি।

তাবমক্তদা ষোড়শী লৈরংদগী চক্ষু শং থাংথরম্লগা শাউবনা জ্ঞান মাংহুনা থুনা-য়াংনা মন্দির তম্না চংখ্রে, মপালগী থোঙদা হিন্দুস্থানী চৈশাং পাযবা মুপা মরিনা মাগী লম্বী থংলম্রে। বিশ্বস্তব অরাপ্পদগী যুম তারুম্লগা থৈদোকখ্রে। মখোয় জমিদারগী দোলাইরেংনি। মচিন্দা পুকযুগী মনম নম্মী, মমিংশিংহু ঙাংই—ওংম্বাক্লা মওং চাদবা যিভম্নি। বাঙলা তম্লবা মুপা অহুনা অহানবমক্তনা হংলকই, "ঠাকুর থোরাবীহু যুমদা লৈব্রা? থোরাবীহু শেল পীদনবা চেনখ্রব্রা?"

ষোড়শীনা লৈহুনা হেংবদা কদায়দা কনাসু উদে। তুদা হৌন-লোনচং খঙদবা য়ু-ঙাওবা শাশিংসিনা থোক হেক ঈবাইবা পীরক্তব্রা চিংনহুনা মহাক্লা ফাঙমদ্রবা অশাউববু যাম্না য়ানা নমথরগা খোঙ্কেল তপ্না হায়রকই, "নত্তে, বাবা যুমদা লৈতে।"

"কদায়দা চংখিবগে?"

"ঐ খঙদে।" হায়রগা ষোড়শীনা থৈদোক্লনা চংকে তৌরকপ-মক্তদা মুপাহুনা মখুং তিংথোক্লনা থংলহুনা য়াম্না হঙ্গোইনিংঙাই ওইরবা য়াইহু অমা শিজিন্নরগা হায়রকই, "লৈব্রবদি নঙ চংসি। নঙক্লা হুইগং থাংলগা চিংহুনা পুগনি।"

ঈকাইবা পীবা অসিনা ষোড়শীবু তশেংনা অঙাওবীগুমহনখ্রে। মহাক্লা কন্না ধমকা তৌহুনা কায়রকই, "হেঞ্জিল্লকহু হায়রিবসিনি। চংসি, ঐ চংকনি—নখোয়গী য়ুঙাওবহুনা কৈদৌবা ওস্নগে য়েঙ্গে।"

হায়রগা মহাক ঈকাই-ই কি খঙদবীগুম মশামক থুনা য়াংনা চংখংলে।

লম্বীদা শকখঙবা মী অম-অনি থেংনৈ, অদুবু যোতশীনা হৃদা ফাওবা য়েংদে। জমিদ য়গী মীশিংদু তুংদা লাংদুনা চংলি, মসিগী অর্থ খুঙ্গংগী মীওই একদ শম্মোক্লা হাংকদুনম্ম কান্নবা ফংলোই হায়বগীদা নত্তে, কনাদম্ম তেকাং নিরুহনা অম্মক শাথীনা ঈকাইবা নং লবা অসিদু অমুক মচিনমক্লা শম্মোকচবা মহাক্লা পবিগুম্ব। মওংদম্ম পামজদে।

কাছারি-মুম থোইনা লাপ্লে, একবডি মমাংদা লৈরম্মী। মহাক্লা উবমক্তদা হায়বকই, "ঐ খঙদে, ঐদি বরিম্ম খঙদে— সদ্দ বজী, গ্রুরগী মনাক্তা পুপ্লো।" হায়দুনা শাক্তিকুঞ্জরোমদা মপুংনা ইঙ্গিত তৌবমগা মহক থুনা য়া না মনুংদা চংশিনখ্রে।

জৌদ্রিক্তা যে ডপ মশানী খুংদাংথীবগী চাং মপুংফানা খঙবা ডম্বক্লহনা নীংকম্ববা পোক্লে।

কদাযদা চংকদৌবিবনো খঙনা খঙনা হংলকই, "ঐ কদায়দা চংপা তাদ্দিবগে?"

নুপাদুনা একবডিনা তাক্লম্বা লম্বী অত্তু উংতুনা অম্মমদা হাযরকই, "চংলু।"

চংপা তাবনি, অদুম ওইনমক সোতশীনা হায়রকই, "ঐভোন্দদি শেল য়াউদে সর্দ্দার, হুজুরগী মনাক্তা ঐবু পুরগা মখোযগী করি কান্নগদগে?"

সদ্দারনা মসিগী পাউখুম পীবদা তমখীরবা শকওং অমা উংতুনা হায়রকই, "চংলু লমহেনবী, চংলু।"

যোংশী অমুক রা ডাংদ্রে । মখোয অসি মীরমদগী লাকপনি, মাবু ঈকাই-খুম্নগনি হায়বগী রাখল লেতে।   মরম অসিনা শেলগী-দমক, খাজনাগীদমক নুপী-নুপা খাযদনা অচম্বা প্রজাশিংদা চংপদা নুংঙ্ভিগী হৈনরবা শাজং অহ্নদগী মখোয়না মাগীদমক মও' হোংলক্নদবা লৈতে। হায়জ-নোঙ্গবা অরেম্বনি, কপ-লাউক্নহনস্ত্র কনানস্ত্র তেংবাংবা লাকপিরোই । অপনবা পীকবদি মহ্না হেন্না লম্বী ময়াইদা ফ'দোক-ফাজিন তৌনা ফজদবা অমা থোকপা যাই । ক্ষোংনা লমজাওবা ঈক'ইবা নংগনবগী ভমাবা শক্লোন অহ্না মাগী মচিন মেংশিন্দুনা মাংলেংমদা ইল্লকপগুমখ্রে । লম্বীদা যণশেনবা মুপাশিংনা যণ হোইগংখি, লৌমীশিং খুংগিলবা থবক লোইরহনা মকোক্তা পোংলুম পুহ্না ময়ুমদা হন্নবি-মযাগা চঙ্কুনা য়েংনহৌই । থোঙশীনা কনাদস্ত্র হন্না যাওবা যে ন্যাদ, শুংগী মপুক্কংদা হায়জববই, 'ইমা মালেমলৈমা, চেকখাযবিরগ্লাগবা '

নুমিৎ তাখ্রে, মনশিল্লক্রে । স্প্রিংনা চংপা লাকথিগুম কুমিনা শান্তিকুঞ্জগী মগুংদা চংশিনখ্রে ; লেপ্পনবা, যাম্নিংদবা ডিংমনবা কদায়দস্তু খজিক্তা ফাওবা হোংনরুদে ।

মাবু পুশিল্লক্লিবা কা খসি একক্ডিনা নোংমা চংবদা কাবনা তু চুংখিবা কা অহ্নি । চায়রিবা অন্তুক য়ুনম্না থল্লি । অঙৌবা, অমুবা, অরাংবা, অনেম্বা মওং কয়াগী য়ু লিক্লি অহাংবনা কা থন্না চায়রি । লুখুমগী ফক্লাংদা ইবং-লংবা থুগ্রি অনি য়াল্লি, মচি অমদা নোংমৈ অমা য়ান্দুনা লৈ, মপুং ময়াদা অকায়বা টেপয় ( মখোঙ অহুম পানবা ৎকোয়বা টেবিল মচা ) অমদা পিস্তল জোড়া অমা

লৈ, লাপ্তক্লা হেক মমাংগী মাঙোন্দা জঙ্গলগী শা অমগী শাউন ছাদতগী য়াম্থরি – মহুগী নমথিবা মনম মরক মরক্তা নাতোন্দা য়ৌর। জমিদারগ ফমুংদা উত্রাক্তা হিপ্লহুনা লাইবিক অমা পারি। মকোক ময়াদা অথাবা লাইবিক অমদা মোমবাতি থাল্লি. মহুগী মঙালদা মিংনা কুপ্পদা পোং কবা কয়া যোডশীগী মিঙা উবকই। ফমুংদা মোম্পাকফিদক লৈতবনা ওইরমাল্লে মমল য়াম্লবা শাল অমা থারি, মহুগী মচি ফনা শাংনা লৈমায়দা হাইথরি, মমল য়াম্লবা সনাগী ঘড়িগী মথক্তা ত।ায় চাক্লবা চুকত মত্তেক অমা লৈনি। অহুদগী মৈখু লিবি লিবি পারি ; মহুগী ময়াদা সনা মচগী অবংবনা মপাল চনবা চাদব অমা ভারি, মপুং ময়াদা থুং তেথোক্লবা কম ল • প্লগ পামহা লৈতেনা মহুদা থুং তৈথোক্লমাল্লে।

লাইরিক্তা শুমশিনখিদনা নুপাচগী মাইথো যোঙশান চবা ফদে, অহুগু অহুম ওইনমক মখুরিংদা থল্লকই. মহাক হরি মহাক্লা মিংশেংদা উবগুন মমেক শেংনা ডবি মাগী ধম্ম লেজে, পুণ্য লৈতে, ঈকাইবা থঙদে, চিংনবা লৈতে—মীয়াংশি হৈহুবনি নুংনি। মাগী মিংকুপকী দবকাবগীদমক্তা ফাঙবা মহাক্লা নপ্লিগুম পোং অমগুগী মগুণ ঙাকপা লৈতে। হিংচা-য়াইতম্নগী য়ুম অসিগী মনুংদা অকী-ভুজুংবনা থল্লবা খুবাম-নু দা মশাবু মতোমতনি হায থল্লুবদা ঙাইহাক্তি যোঙশীগী ইন্দ্রি পূম্নমক চপ লেপ্লগুমগ্রে।

শউম ফংহুনা নুপাহুনা হংলকই, "কনানো?"

মপান্দগী সর্দারনা থোদোক্তু শম্মা তম্নগা চক্রবর্ত্তীবু পলহৈদবা মীচৈনা চৈরগা হিন্দুস্থানীদ। হায়রকই, "মাগী মচানুপী ফাহুনা পুজরক্লে।"

"কনাধুমো ? ভৈরবীবুরা ?" হায়রগা জীবানন্দনা লাইরিক লংথোক্লগা হৌগংতুনা ফম্মী। হুকুম অসি মহাক্না পীখিদমাল্লে থল্লকই। অদুবু থংনবা মি-ংকুপ্তা হায়রকই, "য়াম্না ফরে। য়ারে চংলো ?"

মখোয় চংখ্রবদা শোডশীদা হায়রকই, "ঙসি নখোয়গী শেল পীরগদবা নুমিংনি। পুরক্লব্রা ?"

ষোডশী মখনাও কংহুনা খোঞ্জেল ফাজিনখ্রে, করিগুম্বা মওংদম্ব রা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে।

জীবানন্দনা ঙাইহাক ঙাইরগা অমুক হায়রকই, "পুরক্লে হায়বা থঙলে। অদুবু করিগীনো ?"

হন্দক্তি ষোড়শীনা য়াম্না কল্লা হোৎনদুনা পাউথুম পীরকই। ঙপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐখোয়গী লৈজদে।"

"লৈত্রবদি অহিং চুপ্পা নহাকপু চৈশাং পায়বশিংসিগী কাদা ফাহুনা থমগনি। মদুগী অর্থ থঙব্রা ?"

ষোড়শী থোঙবদা মখুৎ অনিনা চেৎনা পায়দুনা মমিৎ উইশিন্দুনা তুম্মিন্না লৈখ্রে।

মাগী তমথীবা ফংনা মশক ওল্লবা মাইথোং অসি লাপ্না লৈরবসু জীবানন্দগী মিৎতা উরমাল্লে, রাম্বদনবা কল্লা হোৎনরিবদুসু মহাক থঙলমাল্লে ; মিনিট থবা মহাক মশামকসু পঙথবগুম লৈ। অদুগী তুংদা মোমবাতিদু তাপ পায়রগা অশিবগুম রাম্ববগুম্নবী নুপী অদুগী মাইথোং ময়াদা চংশিন্দুনা লেপ্লরে, অদুগা আরতি করিব্রৈঙেগী মমাংদা পূজারীনা থাউমৈ থাল্লগা প্রতিমাগী মাইথোংদা য়েংবা

ভৈরবীদি মকোক্তা ফি কুপ্পা য়াদে, মহাক লুকচান্নবা মমিং উইশিন্দুনা অ্যান মাংলবগুম লেপ্পুনা লৈ, অদুবু জীবানন্দনা তুম্মিন্না হন্দোকখ্রগা মৈদু থমখ্রে অমম্বুং য়ু লিক্লিদগী পাত্রদা হৈংগা কয়ারক হন্না থকচিনখ্রে।

ভৈরবী হান্নগুম অদুম লৈ।

জীবানন্দনা অমুক হায়রকই, "নহাক্কী চহি কয়া শুরবগে ?"

অদুবু অদুম ওইনমক পাউগুম অমত্তা ফংদ্রবদা মাগী খোঞ্জেল কনখৎলক্লে, হায়রকই, "তুম্মিন লৈবনদি ৰরিস্ত কান্নরোই। পাউথুম পীয়ু।"

ষোড়শীনা য়াম্না রানা খোঞ্জেল পিক্না হায়রকই, "ঐ চহি কুনতরুক শুরে।"

জীবানন্দনা হা রকই, "অদুনি! অদুদি ঐনা তাবা পাউনা অচুম্বা ওইরদি চহি তরামাপল-কুন অসি নহাক ভৈরবী ওইরক্লে; অদুনদি শোয়দনা শেল য়াম্না তুংশিল্লগনি। পীবা ঙম্লোংদোরিবদি করিগীনো ?"

ষোড়শীনা অদুম তপ্না তপ্না খুম্নকই, "হান্নগী খণ্ডহনজগ্রবদুনি, ঐগী শেল লৈতে।"

চিংনবগা লোয়নবা তপ্নবা খোঞ্জেল অসিদা য়াউরিবা অচুম্বগী লেংদবা অদুনা জমিদারগী নাকোদা য়ৈরে। মহাক্না মদুদা অমুক য়েঙ্গ্রে। হায়রকই, "ফরে, অদু ওইরবদি মী অতৈনা তৌনবগুম তৌরো। শেল লৈবা মীদা লৌথম্নগবু ওইরবস্তু, য়োল্লগবু ওইরবস্তু পীথোকউ।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "নৌ লৈবা মীদি মতু ঙমই। অদুবু লাইগী সম্পত্তি বন্ধান থম্বা, মোনবা মতুগী অধিকার ঐগী লৈতে ।"

জীবানন্দনা মীকুপমুক তুম্মিন্না লৈরগা থংনোক নোক্তুনা হায়রকই, "লৌবগী অধিকার ঐগীবু লৈত্রা? শুপ্নে লৈতে। অদুবু লৌরি, করিগীনো হায়ববু ঐনা পাম্মী। পাম্বা অসিমক সংসারদা শেংলবা অধিকারনি। নঙাক্লা পীববু পাম্লবদি—খঙ্লেদনা;"

ষোড়শী রা ঙাদনা চপ লেপ্পুনা লৈ, জীবানন্দনা হায়বকই, "উবদা নহাক লাইবিক থবা লৈবমগদবা মাল্লি, অদু ওইন্নবদি জমিদারগী ফম থোকপা অদুগী দমক অমুক রা থোকহনগনু—থোকউ"

ষোড়শীনা হন্দক্তি মথোন হদোক্তুনা মমাংই নোক্খংলগা হায়বকই, "মতু জমিদারগী ফম থোকপানি হায়রিবনিংরা?"

জীবানন্দনা হায়বকই, "ফম থোকপনি হায়বনিংদে, মতু নখোয়না পীবি বনি মনিং যনিংই। নহাক্না খল্লবা য়াই, জমিদার ওইদনা পীরক্কে। মতুগী মরমদি মখেয় ঐগুম্না চমদে। শেরনা হেক্তা দাবি তৌদে, অদুবু খুঙ্গংগী অনাম্বা শরক তম্না তৌনা আইন বায়না দখল তৌশিল্লি। মখোয়না মতং অমা খঙই, ঐনা মতু অমা খঙই। যদি অহিং শিদা নতেংমদা নয়ুনদা হনথিবা ঙমগদ্রা। মহাক্না লাকপিরবা পশিং অদুগাদি লোয়নদুনা অমুক থানিংদে।"

ঙসায়খে অস্থক য়াম্না রা ঙাংনরবপা অসিদা ষোড়শীগী অকীবদু থবমখৈ মথেং তাগ্রে, মহাক্না নেক্কুরা। হায়বকই, "য়াথং ফংলবদি ঙমগনি।"

জীবানন্দনা ওক্লা হায়রকই, "মতোমদা ' অমম্বা অহিং অসিদা ? মায়নু রাগনিনে !" হায়রগা মহাক নোংক্লকই ।

মাগী রাওাং অমস্তুং মীগী ইঙ্গিত অস্মুদা মতিক মযেক লাক্লে মহুদি, ষোড়শীগী হস্তস্ত্রব চিংনবা অত্ম শকক মরি খংহেন হেনগংলে । মহাক্লা খোঙ থাংগদবগী তোঁদমক্তদা জীবানন্দনা হাম্নগুম নোক্লুনা হায়রকই, "যরেনে, শেল পীরোই হায়রবস্তু পীরগনু ষোড়শী ! মতুদা নঙনা অতৈ মথল বয়াগী থুদোংচাবা— "

মহাক্লা হৌদোরক্লিবা রাযমসি লোইশিনবা য'খিন্দ্র । মাগী মচিন্দগী মশাগী মমিং তাবদা ষোড়শীনা খঙহৌদনা মঙক খংহনাই-হাইরদুনা হায়রকই, "হকুবগী শেল, থুদোংচাবা, অদম লৈগ্রসঙ্গু, ঐবু থাদোকপিবো ।" হায়রগা মহাক তশেংনব হপ্তক্লি খে ওযম অমা পাংদোকলে । অদুবু লুপা অসিনা থাওনা লোইনগনা চংমিগ্নহন্নিংদ্রবা লুপাশিংদু মাংদা লাপ্লক্লা ফমম্বা উবদা মহাক মতোমদা চপ লেপচল্লে ।

মহাক্বী রা অমস্তুং থবক্তা ভাপনবা অমগা জ'মদানবা পীদে, অদুবু মহাক্বী মাইথোং কাহংলে ।

মিংকুপ অমা তুম্খিন্না লৈবগা জমিদারনা হায়নবই, "নঙ ... থকপরা ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "থক্লে ।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "নঙগী থম্মোয়গী চান্নবা মুকন্বী অনিথক লৈ হান্ননা তাই । চুম্বরা ?"

ষোড়শীনা হাম্নগুম মঙক হাইরদুনা হায়রকই, "মীনম্বা রানি ।"

জীবানন্দনা অমুক ঙাইহাক ভুম্মিন লৈরগা হংলকই, "নঙগী মমাংগী অতে ভৈরবীশিংদি মু থকই—চুম্বরা ?"

"চুম্মী !"

জীবানন্দনা হায়বকই, "মাতঙ্গিনী ভৈরবী লমচৎ নাইদে, হৌজিকস্থ সাক্ষী লৈ। চুম্বরা, লামত্রা ?"

যোড়শীনা ঈকাইনা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই,"চুম্মী হাযনৈ।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "তারবা ? ফৈ অহু ওইরবদি নঙনা হেক্রা নশাগী কাংবুদগী গোত্রদগী মপাল থোক্লুনা অথবা ওইগে তৌক্লবিবা কয়িগীনো ?"

পাউথুম ওইনা যোড়শীনা রা অসি হায়গে তৌরকই মহুদি, ঙকবা ওংবগী অধিকার মী পুম্নমক্কী লৈ ; অহুবু খঙহৌদনা নুপাগী পোইদোকপা খোঞ্জেল অমনা মহাকপু মরঙ্গা থংলেপ লেপহনগ্রে। জমিদার জীবানন্দনা চুম্না হৌগংত্তুনা ফম্নগা হায়রকই, "নুপী-নহাশিংগা ঐ মরৈ যেংনদে, মখোযগী মতামত ঐ কৈদৌঙৈদস্থ খঙবা পাম্লুদে। নহাক ফৈ-ফত্তে শম-না থিহুনা মহুগী বিচার তৌননবা মতমস্থ ঐগী লৈতে। ঐনা হায়নিংবদি চণ্ডীগড়গী হায়গী ভৈরবীশিংনা লেনখিবা অহুম্না নহাকস্থ লেনবনা য়াইফবা ওইগনি। ঙসি নঙ য়ুম অসিদা লৈরগদবনি।"

হুকুম তাবদা যোড়শী বক্রুনা পানবগুম তশেংনা চপ য়ুংনা লৈগ্রে। জীবানন্দনা হায়রকই, "নহাক্কী মতাংদা কমদৌহুনা ঐনা অস্তুক হাক্লা খাংলিবনো খঙদে, অহুগা অতোপ্পা কনাগুম্মা থজিক্কং বেরা তৌবা ওইরম্নবদি ঙসায়না মাবু মীনাইশিংগী মখুঙা শিন্নগ্রগ-দবনি। অস্তুম্না কয়া তৌগ্রবনি।"

মসি পংহায় হায়জিনবা মস্তে, মসি তাবত্তদা খঙবা ঙম্মী। যোড়শী খংকপ কপথোয়রক্লে, মঙক্না মফি ফিজি য়েংলগা মখুং লোয়হনা পীরাংনা থুমহংলবা থোঞ্জেলনা হায়রকই, "ঐগী লৈজবা 'পুম্বা লৌবিরগা ঙসি ঐবু থাদোকপিরো।"

জীবানন্দনা ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "করিগীনো হায়বু? অস্থুয়া কপ্লস্ব অনৌবা ওইনা থোক্তে, অস্থুয়া ভিক্ষা নিবসিস্থ নৌনা তাবা নক্তে। অহুবু মখোয়দি মচা-মরাহুম লৈ— মহু খরমখৈ খঙই।"

মখোয়গী মচা-মরা লৈ। তাবদা যোড়শী তু চুংলকই।

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহুবু নঙগীদি মহুস্থ লৈতে! চহি তরামঙা-তরাতক্লক্কী মথুংসিদা নপুরোইবহুবু নঙনা মশক ফাওবা উত্রি। মহুদা নত্তনা নঙগীদি মসিদা দোষস্থ লৈতে।"

যোড়শী মখুং লোয়হনা লেপ্লুনা লৈ, পীরাংনা থুমহংপা থোঞ্জেলনা হায়রকই, "ইপুরোইববু ঐহাক কজনা নিংশিংবা থোক্লে অচুম্বনি, অহুবু মহাক লৈদি লৈরি। অচুম্বদা হায়জরিব-সিনি, কৈদৌঙৈদস্থ করিগুম্বা অরানবা অমত্তা ঐ ঙসি ফাওবা ভৌরক্লি। খোজালবিহুনা ঐবু থাদোকপিরো।"

জীবানন্দনা লাউনা কৌরকই, "মহাবীর—"

যোড়শীনা পাখংপনা নিক্না হায়রকই, "ঐবু হাংভোকপিবদি ঙমগনি, অহুবু—"

জীবানন্দনা হায়রকই, "কৈ, নথৌনাহু মখোয়গী কাদা চংলগা ভুংলুচো, মহাবীর—"

যোড়শীনা লৈমায়দা হাইখল্লা তুম্নহন্না কপ্লা কপ্লা হায়রকই, "কমাগীগুম্ মতিক লৈতে ঐহাকপু হিংনা পুহনা চংপা ঙমগদবা। ঐবু নমাংমক্তদা ঙম্মথৈ অরাবা দশা তাহল্লু, ওং-নৈহল্লু, নহাক ব্রাহ্মণনি, ঙসিম্ভ ভদ্রলোক ওইবিরি।"

অহবু অশ্বুক চাউবা বাকংতম্ভ জীবানন্দ নোক্লকই ; মীনোক অহু লুম্বা অহুক তমথী। হায়রকই, "নঙগী রাহু তাবদা ফজদনা থোক্কে ; অহবু ঐদি থৌজাল পোক্কে ; মহু যাম্না তাম্মে। সুপীদা ঐ মীহোৎবা খজিক্কা লৈতে—পামদ্রবদি মীনাইদা হেক্তা লাম্থোকই। নঙবুম্ভ পীথোক্লম্নগবদনি, ঙসিদি ঐ অহানবা ওইনা মীহোৎবা পোক্লমাল্লে অহুতননি। অরেপ্পা খঙদে—নেশা কোক্লিবমথৈ ভাব-তারোইদৌরি।"

মহাবীরনা থোঙজিল ময়াদা চংলক্লগা হায়রকই, "হুজুর!"

জীবানন্দনা মমাংগী থোঙদা খুদোপ্পী থিন্দুনা হায়রকই, "মাবু ঙসি অহিংদি কা অসিদা থোঙ লোন্দুনা থম্মু। হয়েং মতিং খঙগনি।"

যোড়শীনা পীরাং পীকম তৈনা হায়রকই, "ঐগী মাংজগদবহু অমুক্তা থম্বহনা য়েংবিয়ু হুজুর! হয়েংদি ঐ অমুক মাই উংপা ঙম্নরোই।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "নোংম-নিনিদনি। অহুদগীদি ঙম্নরনি। লিভরগী অনাবা ঙসি অমুক কনথংলক্লে—অমুক থোইনা ওংলম্মু—চংগ্রো।"

মহাবীরনা চৈহনা হায়রকই, "হাই হৌগংলু লমহেনবী—চংলু।"

অহবু মাপী রা লোইজ্রিঙৈদা খঙহৌদনা মথোম অনিমক

চঙকুম্রে। জীবানন্দনা কল্লা থমকা তৌদুনা হায়রকই, "খবরদার, হে লমচুই, ফজনা য়া ঙাংউ। মতুংদা অমুক করিঙুম্লদা ঐগী হুকুম য়াউদনা মুপী-নহা অমঙং ফাদুনা পুরক্লবদি মোংখৈমদা কাপ্তুনা হাংকনি।" হায়না হায়না কোক্কী মোন্দু শং চিংশিল্লগা উপ্লা হিপথক্রে অমস্তুং অমা চৈনাখোল অমুক লাউ-খোংদুনা থাংলগা হায়রকই, "ঙসিদি ফা অসিদা লৈকরো, হয়েং নঙগী সতী শাবগী খম-নৈমবা হায়বহুনি। চংক্রো ঐগী মাংদগী হন্দোক্রো।"

মহাবীরনা তপ্পা হায়রকই, "লেংলসি।"

ঘোড়শী পাউখুম পীদনা হৌগংলগা হায়রিবহুগী মতুং ইম্না থংনবা অমম্বা কাদা চংশিনক্রে, খঙহৌদনা মমিং পন্দুনা কৌরগা জীবানন্দনা হায়রকই, "ঙাইহাক্তা ঙাইখো—নহাক পাবা হৈবা নল্লা ?"

ঘোড়শীনা খোঞ্জেল পীক্লা হায়রকই, "হৈ।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি থবক মচা অমত্তা তৌরম্মু। উপু অসিগী মনুংদা চেগী বোক্স অমা লৈবনি। অচৌবা মচা লিক্লি কয়া য়াউবনি, বাংলা ময়েক্লা 'মরফিয়া' খাবা লিক্লিদুদগী তুম্নবগী হিদাক খজিক্তা পীরকউ। অদুবু য়াম্না চেকশিনগদবনি, মদু শাথীবা হুনি। মহাবীর, মৈ পায়ম্মু।"

মোমবাতিগী মঙালদা ঘোড়শীনা মথুং নিক্লা উপু হাংলগা লিক্লিদু লৌথোরক্লে অমস্তুং কীনা হংলকই, "কয়া য়াম্না পীরকউ হায়রিবনো ?"

জীবানন্দনা অকনবা অনা-চৈনাখোল থাংবদা অমুক খোমফম

অহুবু রাংলিবা অহিং অসি মওং অমদবু লেল্লবস্তু কয়েং মাগী সতীত্বগী থোইথোকপা অকনবা চাংয়েং তৌপজি হায়বা মহাক মনাকোংমক্তা তাক্লে অমস্তুং মসিদগী নাম্বোক্লবা কন্নি উপায় লৈবগে মহুস্তু মহাক লুপখঙ খঙদে।

মপাগী য়া নিংশিংলকপদা যোডশী আশা চাউবদি লায়রহ্না ঈকাইবনা শিগদৌরে। মপাবু মহাক্তা মুন্না খঙই, মহাক পাংদবা অহুক মপুকচেল পিকই। অহিং অথেংবদা মযুমদা হল্লক্লবস্তু থৌদোক অসি খঙনা খঙনা মহাক্তা ফোংদোক্লবা যাই, থোইদোক্লহুম সামাজিকী ইন্নাং কীবদগী থুপচানন্না থম্নবা হোংনগনি। মপুক্লিংদা অসি হায়না তর্ক তৌগনি, যোডশীবু নোংমদি জমিদারগী যুমদগী থাদোরক্কনি, অহুনু বাফম অসি মীতোন্দা খঙহল্লবদা দেবীগী সম্পত্তি করিগুম্বা মখুঙগী নাংথোক-খিবা তাববদি ওইজবদগী মাংজবগী অঙ্কনা থাইনা হেনংগনি। মহুগী মথক্তা জমিদারনা তাল্লক্লিবা শেলফম অহুগী মরমদস্তু মাগী মিৎয়েং কয়া যাম্না পিকশিনগদগে হায়বহুস্তু যোডশীনা ময়েক লানা উই। অহুদা নঙনা তমগীরবা জমিদার অসিগী মথক্তা মহাক্তা কন্নিবু তৌবা ঙমগনি! যুথক তরুক-তরেং অসিগী মখুংদা থানা অমত্তা লৈতে, পুলিশ ষ্টেশন লৈতে—পুলিশতা পাউ পীক্লবা তাররবদি মহুদা মতম, লেল অমদি মী চংগনি, মহু অমত্তস্তু তারাদাসকী লৈত্তে। মরম অহুনা ওং-নৈবা ফনা ফনস্তু ফল্লসনু, অচৌবা শক্তি অসিগী মমাংদা কোক নোন্না থাংবা নঙনা অতোপ্পা লম্বী অমা লৈতে। রাফম অসি মমিত্তা খুদোঙ্গী থিন্দুনা যোড়শীদা হন্না হন্না উংলকই।

অহুম ওইনমক অরাবা রাখল পুম্নমক অসিগী মবক্তা ভীন্দুনা মাগী অতোপ্পা রাখলগী ঈচেল অমা মমা-মরিল নাইদনা অতংপা লৈতনা চেন্থরক্লি—মহু চণ্ডীমাতা অহুনি, মহাকপু অঙাং ওইরিঙৈদগী মান্না পুক্লিং অনি লোংদনা পুজা তৌজরক্লি। অহুবু হায়রিবা মুপা অহু থংনবা কাদা তুক্লি—মানা নুশাম্বর পিক্লা চাউনা হোল্লিবা অহুগী শেংফাওবা মখোল মাগী মনাদা তাবি, মাগী ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, অফ-ফাত্তা, ঐগী-মীগী—পৃথিবীদা লৈবিবা পোং খুদিংমক্তা কয়াদা তমথীবা ফংনা মুংশি হৈতনা থৌওইদ্রিবা। মুপীগী মিংকী পীরাংদা মাগী থম্মোয় থোঙে, মুপীগী শক্তম অমদি যৌবন্দা মহাক মমতা পোক্কে, লিচিং লৈতে, মপুরোইবা-মচা লৈবাগী সতী-ধর্ম্ম মঙোন্দা খোইদোক্লা অরেম্বনি; হাংপদা মখুং নিক্কে; মখোয়গী থম্মোয়গী ঈদা খোঙ অনি পুংথগ্রবস্থ হম্না য়েংনুবা লৈতে, মশাগী মথরায় ফাওবা হোজিক্তা মাগী মখুঙা লাম্থোক্নুনা মানা পীবা হু চিংনবা লৈতনা মাঙং ডইশিন্দুনা থকখি, খজিক্তা ফাওবা নিংহম্নদে। তুকচ্চবা অমম্বুং হৈনিংবা পোঙবগী মপাল নাইদ্রবা নুংঙুম্নবা পোংলুম অসি ইম্থোক্নুনা চণ্ডীমাতামক্তা মসিদগী নাম্থোক্নবা মাগী লম্বী তাকপিবা ঙমগদ্রা!

অম্বুম তৌহুনা মহাক্তা য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈদা গুক-গুনা মম্বা নত্তনা মঙাল থরদং ফাওবা উবা ফংদে। মতম অহুদা মপুংফানা নিংবা কায়রবা মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা ঈশ্বরগী মন্দির কোইহুনা গুপ্লগী কল্পনাগী লাং লোম্লকই।

নোংঙাল্লকপদা মহাক ছাইকেন্তুং উইথরক্লই, থাডহৌদনা মনক্লনা ইরুক্তই শাউম কংবদা ককুংনা চুম্না কপ্পা উরে, খোড়ুকাওবা ঝুম্মিংকী মহাক্ল ঝাওমিলুক্লি।

মপান্দগী খোঙ নয়ক্লিবা মহাক অহুমা হায়রকই, "মপান্দা থোকপিরক্লো, ঐ এককক্তিনি।"

বোড়শী মরি-মরোল শেমজিল্লগা হৌগংলক্লে অমত্তুং খোঙ হেক হাংদোকপদা মাংদা উরে, হৌখিবা অহিংগী কমুং অহুমা জীবানন্দ অহুমুমক মোন্দা ঙাথলুনা লৈ। তরাং থউরৈগী মুংশিবা মঙাললুদা মহাকী মাইথোং বোড়শীনা নিংখিনা উবা কংখিরে, অদুবু ঙসি মিংকুপ অমগী মিংথেংদা উবা কংলে, মতম শাংনা ওং-নৈহুনদা ল্যাকুবা মাগী হকচাং কমাং থুমিংমক য়াম্না থীনা শোক-চিরে। চহি অরেপ্পা হায়বা ঙমদে—দিকু ওইরম্লু মাই, মহুদগী হেল্লবঙ্গ মাই—চিরাই অনিদা পোক থরা থরা ক্যাপ্লে, শাক্লবা লাইথক মরি মরি শুপ্লে, মহুদা মাইহিং কারে। মতাক্লবা মাংগী মতৌঙম মঙিং কুংলি অমত্তুং চাইকং চপ্লি। মাইথোং অদু য়াম্না মকশিল্লে, মতুপা হৌয়বমা অনাবগী থাঙমবা চৈমাখোলগী মমি শিল্লা তারি।

জীবানন্দনা মখুং থংলহুনা শেংকাঙবা খোজেলনা হায়রকই, "মঙগী কৌনিংঙাই লৈতে, ইনাক্তা চংশিল্লকউ!"

বোড়শীনা ভগ্না ভগ্না খোঙকম থরা চংশিল্লগা মরু লুক্লা লেপ্লরে।

জীবানন্দনা হায়রকই, "পুলিশশিংনা ঝুম কোইশিনরে—ম্যাজিষ্ট্রেট সাহেব সেট মহুংদা চংলক্লে—শিজনা মৌক্লেমনি।'

যোড়শী মপুক্লিংদা গুরুকই, অদুবু বা ছাংদে। জীবানন্দনা হায়রকই, "জেলাগী ম্যাজিষ্ট্রেট তুর চংশদা ক্রোশ (কুথক) অমম্রোম লাপ্না কেন্দ্র শাদুনা লৈ, মখোয়গী বাবানা গুম্রাং অহিংমক মাগী মনাক্তা চংলগা পুম্নমক খুঙহল্লুরে। শুগ্নগী অদুগী মতুং, কে-সাহেব মশামক্লা ঐহাক্তোন্দা কাক্না শাউবা অমা লৈ। ফৌখিবা চহিদা অনিয়ক মাগী লাংদা খুনমবা হোৎনৈ—অদুবু গুমখিদে—গুসিদি তশেংনা মথুংম ক্তদা তারে।" হায়রগা নোকখৈং তৌরকই।

একাকড়ি মমাই কাহৈমা মনাক্তা লৈম্লি, হায়রকই; "হুজুর, "হন্দক্তি ঐখোয়গু হিক্তম্নি অমুক নিংঙ্গে।"

জীবানন্দনা মখুক নোমহুনা হায়রকই, "গুইবা মাই।" যোড়শীদা হায়রকই, "লমন খুম্নিংলবদি মতম অসিমক্তি। হৈবু জেল পীর্দগ্নু গুমগনি।"

যোড়শীনা পাউখুম পীগে হায়দুনা মমাই মোনখৎলকপ-মক্তদা জীবানন্দনা মাথু মুগ্না য়েংহুনা লৈরম্বা উত্রে। মিংয়েং লুকথরগা তপ্না তপ্না হংলকই, "মসিদা জৈল চংগদৌরিবা করিগীনো?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "আইননি। অদুদা নত্তনা কে-সাহেবকী মখুত্তা তাদ্রে। খাহুড় খাগানগী মেসতা লৈরিবিজা মাগী মখুত্তা তাদুনা খুম্নিং কুম্নি হাজোক্তনু লৈকদে। করিগুম্বা মতংদনু জামিন পীখিদে—অদুগা জামিন মতম অদুদা কনানবু ম্লাখিগনি।"

যোড়শীনা থত্তহৌদনা লাংতক্লখা খোজেলনা হংলকই, "করিগুম্বা মতমদা খাহুড় খাগানগী মেসতা লৈখিরম্বা?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "হোয় । মতম অদুদা নুংশি-নুংওনগী থৌদোক অমদা বুন্দা শারুই । আয়ান যোথনা গুপথা থাদোক-খিদে—পুলিশতা পীখি । কায়দে, মদু কুইরবা য়াদি । কে-সাহেবনা ঐবু কাউত্রি, মুন্না থগুই । গুসিন্দু চেমবা গুম্নমগদবনি, অদুবু নাদুনা কমুংনা লৈরে, লেংবা ফাওবা গুমত্রে ।"

ষোড়শীনা তপ্না তপ্না হংলকই, "গুরাংগী অনাবদু হৌজিক ফাওবা ফবিত্রিব্রা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "কত্তে, অকীবা কংনা হেনগংলক্লে । অদুদা নত্তনা মসি পুক্ক ফগদবা লায়নাঙ্গু নত্তে ।"

ষোড়শীনা গুাইহাক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "ঐবু করি তৌজো হায়রগে ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "মসিদংদি হায়য়ু, নহাক নশানা য়ানা লাকপনি, নশানা য়ানা 'সিদা লৈবনি । মদুগী মহুত্তা নখোয়গী দেবোত্তর পুন্নমক থাদোকপিগনি, লুপা লিশিং অমা নগদ পীগনি, অদুগা থাজনাগীদি হায়ননিংগুাই লৈত্রে ।"

এককড়িনা য়াকমশিংসি অমুক হায়গে তৌরকমাল্লে, অদুবু ষোডশীগী মাইথোং উবদা খুদক্তা চপ লেপখ্রে । ষোড়শীনা জীবানন্দগী মাইথোংদা য়েংলদুনা হায়রকই, "য়া অসি য়াবগী অর্থ খঙবিত্রা ? অদুগী মতুংদন্দু ঐগী লমদা শেল-থুমদা হক লৈখিবা য়াই থনবিত্রা ?"

জীবানন্দগী মাইথোং হান্নবা কাহংলবনি ঙমন্দুং তাইফেং তাইরবা মাইথোং অদুগী কুংলবা মিং অনি অদুদা কদায়দগীনো

মাগী ওয়াং অহিংগী অচুগুম্বা গুমহৎপা মিংয়েং তপ্পা তপ্পা হজিল্লক্লে। ফনা কুইরবা কাওবা য়া অমত্তা ওাংদে, অচুগী মতুংদা তপ্পা তপ্পা মওক নোমহুনা হায়রকই,"মহু ওইবা য়াই ষোড়শী, মহু ওইবা য়াই! পুন্সিদা ওসি কাওবা নহাক পাপ তৌরক্লি—মহু নওনা হায়বা ওয়োই, অচুম্বনি।" নোককেং তৌরগা হায়রকই, "শেল-থুম পৌহুনা ইজ্জং য়োনবা য়াবা নত্তে—মহু ঐ কাউক্করমাল্লে! মহু ওইরসনু অচুম্বদমক নহাক্না হায়য়ু—জমিদ'রগী মাইকৈদগী করিগুম্বা থুদোংথীবা অমত্তা নওোন্দা ফংহল্লোই।"

এককড়িনা মপুক্লিং লাংতক্লহুনা অমুক য়া খরা ওাংগদবগী তৌরকই, অহুবু থিংলিবা থোওদা মপালদগী হন্না হন্না থিল্লকপা মখোলনা য়া ওাংনবা থুদোং ফংহন্দ্রে, মমাই তাইফেং তাইশিল্লক্লে।

জীবানন্দনা লাউনা হায়রকই,"লোন্দবনি, মনুংদা চংবিরকউ।" থংনবা মিংকুপমক্তদা হাংলবা থোওদা উয়ে, অচৌবা মচা পুলিশ কর্ম্মচারী খরগী মতুংদা জেলাগী ম্যাজিষ্ট্রেট মশামক লেপ্লি অমসুং মাগী ময়েংজুমদগী তারাদাস চক্রবর্ত্তীনা মুনা মুনা য়েংলক্লি। মহাক্না মনুংদা চংলকপগা কপ্পহুনা হায়রকই, "ধর্ম্মগী মবুংওো, হুজুর! অসিনি ঐগী ইচানুপী, চণ্ডীমাতাগী ভৈরবী। ইবুংঙোগী থোজাল ফংলমক্রবদি ওসি মাবু শেলগীদমক হাওোকপিরম্নগদবনি।"

কে-সাহেবনা ষোড়শীগী থোওদগী তোন ফাওবা হন্না হন্না য়েংলগা য়ায়া শেংনা বাঙলা লোন্দা হংলকই,"নহাকী নমিং ষোড়শী নম্রা? নহাকপু য়ুমদগী ফাহুনা পুরক্লগা মহাক্না ফাজিন্দুনা খম্বরা?"

ষোড়শীনা মওক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে, ঐ ইশানা য়ানা লাকপনি, কনানসু ঐওোন্দা থুং থাদে।"

চক্রবর্তীনা লাউ-খোংলকই, "নত্তে হুজুর, শাস্বীনা খীনম্বা হাঁনি। খুজিং পুম্বা শাক্নী লৈ। ইচাম্বুশী চাক খোংহুনা লৈজরম্বনি, চৈশাং শায়বা হুপা নিপালনা হু হুহনা চিংহনা পুখিবনি।"

ম্যাজিষ্ট্রেটনা জীবানন্দদা খালা য়েংলগা ষোড়শীদা অমুক হায়রকই, "নহাক্কী কৌনিংঙাই করিস্থু লৈতে, নহাক শেংনা তম্মু। মহাকপু য়ুমদগী কাহনা পুরকপরা?"

"নত্তে. ঐ ইশানা লাকচবনি।"

"মকম অসিদা নহাক্কী করি দরকার লৈবগে?"

ষোড়শীনা অস্থুমদা খুম্নবই, "ঐগী থবক লৈ।"

সাহেবনা নোকফেং তৌনা হংলকই,"অহিং চুপ্পা থবক লৈব্রা?"

ষোড়শীনা মঙক নোমহনা ঈংনা তপ্পবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "হোয়, অহিং চুপ্পা ঐগী থবক লৈ। মহাক নাবসিদা ঐ য়ুমদা হনবা ঙমদবনি।"

তারাদাসনা লাউ-খোংহুনা হায়রকই, "থাজবিরুগনু হুজুর, পুম্নমক মীনম্বনি, পুম্নমক শাক্তিনবনি। কজনা তঙ্গীরবা চোইরোলনি।"

সাহেবনা মঙোন্দা য়েংদনা গুপ্পগী নোকফেং মোকফেং তৌরকই অমম্বুং হুই খোংহুনা অহানবদা রাইফল অহুগী ফুংদা রিভলভর অমিহ মুম্না য়েংলগা জীবানন্দদা অস্থুমদা হায়রকই, "পুম্নমক অসি থম্নবা হুকুম লৈরমগনি নিংই।" অদুগা তপ্পা তপ্পা ইমুংদগী থোকখ্রে।

মপান্দা মাগী খোঞ্জেল তারকই, "ঐগী শগোল পুরকউ।" অদুগা ঙাইহাক্কী মতুংদা শগোলগী খোঙথাং মখোলদা শঙলে, জেলাগী ম্যাজিষ্ট্রেট য়ুমহ থাদোক্নুনা চৎখ্রে।

# মঙা

ম্যাজিষ্ট্রেট-সাহেবকী শগোলগী খোঙথাং মখোল অস্থুম অস্থুম শামখ্রে, পুলিশ কর্ম্মচারীশিং মাগা লোয়নরবপশিংদা মকম অদু থাদোক্লবা ইঙ্গিত তৌরক্লে, হৌজিক্তি তারাদাস মশাগী কিডমদু মশানা খঙজরক্লে। ঙসাইমখৈ মহাক অপাম্বনা শুমহৎলবা লৈচিন-নোংফাই মরক্তা লেপ্লুনা লৈরম্বগুম্মী, খঙহৌদনা মুমিং মুংবগী মুংশাদা মদু মনিল ওইনা পাইথোকখিদুনা অরাবগী অতিয়া শিন-থুংনা অশাবা মুংশিং শিংলকপগুমখ্রে। উরিবা খুদিংদা কদায়দস্থু মকম, কদাযদস্থু চংজযম, কদায়দস্থু লোৎর্কম লৈত্রে—মহাক্তা মাইয়োক্লনা লেপ্লদুনা অশিবনা ময়া খিগৎতুনা নোক্লিবগুমখ্রে।

জিলা 'পুম্বগী মপু ওইরিবা মহাক্তী চানবিবা অমদি থৌজাল ফংবা থোইদোক হেন্দোক্লা ওইথোক্তবনি অমস্তুং আশা তৌঙম-দবনি, মুংঙাইবা অদু ফংবদা মাগী কল্লনা মাইকৈ খঙদনা জ্ঞান মাংখি। মহাক্লা খল্লম্মী, মসিনা শুপ্লদগী লমচং নাইদবা য়ু-থকপা অসিবু মাগী (ম্যাজিষ্ট্রেটকী) মথুক্তা তাহনবদা নক্লে, মসিদি মাগী লাইবক্তা তস্না লক্ষ্মীগী মপাল নাইদবা দাগ্নি। বর ফংলবা থুংশা তরাদগী ঙসি লিংথদুনা তাহৌগদৌরিবা অদুনা জমিদার-শাগৈ মাংহনবদা নত্তনা মাগী লৌ-ইস্থোল অমস্তুং শেল-থুম মপাল নাইদনা পুম্নমক মাংহনগদৌরিবনি। মহাক্লা কন্না চিংনরম্বদি মখোয় মতম চানা য়োম্বা ঙম্লোইদ্রা, লোন্না পাউ পীখিদুনা হান্নন চেকশিনখিগদ্রা অসিনি; অদুগা হীয়ম অসিদা মহাক্তী রাখল, হোৎনবা অমস্তুং

চেকশিনবগী মপাল নাইরমদে। মসিগী কল কত্তবা ফংবগী খুদোংথীবা ছত্নস্থ মহাক শুপথনা খল্থখিদবা নত্তে, অত্নবু কত্তবা কল থুংলয়িবা অসিদি মাইকৈ সোমদগীনি, যোক্তগীগী মখুংমক্তা থোস্ন-মক্তদা মাগী অত্নক চাওবা নুংগী দলান অত্ন ফক্লাংগা লোয়নবা উফুল তাগ্রে, মতম অসিদা অহানবদা তারাদাসনা অপঞ্চবগুম লাউ-থোংলকই, অত্নগী মতুংদা জ্ঞান মাংবগী মতৌগুম ফনা কুইনা তুম্মিয়া পঙথবগুম লেপ্লুনা নৈরুরগা থঙহৌদনা মাগী থম্মোয় শোকপা মীকপ অমনা ময়াম্ব চময়হল্লগা পুলিশ কর্ম্মচারীগী মখোওদা তুত্নুনা কপ্লহুনা হায়রকই, "বাবু, ঐদি করি ওইরগনি! ঐবু হন্দক্তি জমিদারগী মীনা হিংনা ফুম্লরগনি।"

ইন্সপেক্টর বাবু অসি অহল ওইরবা ভদ্রলোক্তি, মহাক্না তৌকম থঙদনা মাবু মখুং পায়হুনা কোনখংপিরে, অত্নগা রাদনবা থেমজিন্দুনা চানবিবা খোঞ্জেলমা হায়রকই, "কীরুনিংঙাই করি লৈ ঠাকুর, নহাক মহৌশাগুম অত্নম লৈয়ু। ম্যাজিষ্ট্রেট সাহেব মশামক নহাক্কী মতেং ওইরি—কনানস্থ অমুক নহাকপু ওংলরোই।" অসি হায়রগা মহাক্না জীবানন্দদা মিংয়েং থানা অমুক্তং য়েংলকই।

তারাদাসনা মপী তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই, "সাহেবতি শাউহুনা চংগ্রে বাবু!"

ইন্সপেক্টর বাবুনা নোকফেং তৌহনা হায়রকই, "নক্রে ঠাকুর, শাউদে। অত্নবু ওসিগী ফাগীসি মহাক্না তরাই তরাই কাউগনি নিংদে। অত্নদা নহনা ঐথোয়স্থ শিদ্রি, থানাস্থ অমবু ওইরবস্থ অমদি লৈ।" হায়রগা জমিদারগী ফমুংলোমদা অমুক্তং মরৌ

লৈবা মিংয়েংনা য়েংলকই। ইঙ্গিত অসিগী অর্থ ওইনিংবা ওইজসনু, অহুবু জমিদারগী মাইকৈদগী করিগুম্বা মওংগী পাউখুম অমত্তা পীরক্তে। মিংকুপমুক তুম্মিন লৈরগা মহাক্না হায়রকই, "লৌজিক্তি চংলসি ঠাকুর, য়োরসি। চংকদবা লম্বী য়ায়া শাংলি।"

সব-ইন্সপেক্টর বাবুহু নহা ওইরি, মহাক্না নোকফেং নোবফেং তৌনা হায়রকই, "অহুদি ঠাকুর মথন্দা চংপা ভাবেনে ?"

য়া অসিদা মযাম নোক্লকই। চৌকিদার অনিহু থোঙ ময়াদা লেপ্লি, মখোয়স্তু নোক্লনা মমাই লৈখোকখ্রে। অহুদা নত্তনা এককড়ি ফাওবা মমাই ভাংহুনা খাঙেন্দা মিংয়েং থমখ্রে।

করেম্নবা ইঙ্গিত অসিদা তরাদাসকী মিংকী পী মিংনা কুপ্লদা মৈরি ওনখ্রে। মহাক্না তেন্তশীদা খানা য়েংলগা ভুংহুনা হায়রকই, "ঐ ইতোমদা চংবনি। মাগী মশক অমুক য়েংলরোই, মাবু য়ুমদা অমুক চংহনখিগনি নিংলুনু !"

ইন্সপেক্টর বাবুনা নোক্লনা হায়রকই, "মহাকপু নহাক্না মশক য়েংদবা য়াই, লাইদি শোল্লু-লাকলুনু ঠাকুর। অহুবু মাবু মশাগা ময়ুমদা চংহন্দহুনা অমুক নৌনা নশাবু খুদোংথীবদা ভাহনগনু।"

তারাদাসনা চোং-ফল্লহুনা হায়রকই, "কনাগা সুমনো ' ঐগীনি। ঐমক্না ভৈরবী ওইহনবনি, ঐমক্না মাবু খাপ্পা ভাঙ্গোকখিগনি। চুপ্‌ তারা চক্রবর্তীনা পায়রবি।" অসি হায়হুনা মহাক্না থম্মোয়দা খুহুম্বা শুরগা হায়রকই, "নত্রবদি মহাক কনানো খঙবিব্রা ? তাবিনিংব্রা মাগী মমাগী—"

ইন্সপেক্টরনা খামহুনা হায়রকই, "তোক-ও ঠাকুর, তোক-ও ,

শাউবনগী পুলিশকী মফমদা রা থাক্তুনা ঙাংবা হৌনদে—মহুনা খুদোংথীবা কংগনি।” ষোড়শীদা য়েংহুনা হ য়রকই, “নহাক চংনিংলবদি ঐখোয়না নহাকপু নয়ুম ফাওবা থিনবিগনি। চংলসি, অমুক থিন্থরগন্নু।”

ঙসাইমখ শোড়শী ম'ইথোং লুকচান্নবা ভুখিন্না লেপ্তুনা লৈ, হন্দক্তি মঙক হাইরহুনা হায়রকই, “চংখিরোই।”

পুলিশকী বাবুমচানা মচিন খুমহুনা নোক্লগা হায়রকই, “চংকদবা রাংলিমাল্লেনে!”

ষোড়শীনা মমাই নোনথংতুনা য়েংলকই, অহবু পাউথুমদি ইন্সপেক্টর বাবুদা পীরকই, হায়রকই, “বাবুখোয় লেংবিরো, ঐদি চংকদবা রাংল্লি।”

“রাংলিবা? ঈকাই-খঙদবী, মঙবু করিগুম্বা হাংপা ঙমদ্রবদি ঐ মনোহর চক্রবর্ত্তীগী মচা নত্রে!” অসি হায়রগা তারাদাসনা অঙাওবগী মতৌগুম চোংশিন্দুনা মহাকপু তশেংনা থীনা ফুগদবগী তৌরকই, অহুবু ইন্সপেক্টরনা ফাজিন্দুনা থম্নগা ধমকা তৌহুনা হায়রকই, “করিগুম্বা অমুক মসিদগী হেক্তিল্লক্রবদি নহাকপু ফাহুনা থানাদা পুগনি। চংলসি, ইফ-ফজনা য়ুমদা চংসি।”

অসি হায়রগা মহাক্না মুপাহুবু মওং অমদা চিংবোই করিবোই পুহুনা চংখ্রে, অহুবু তারাদাসতি মহাকী ফননবা হায়বিরিবা অফবা রাহু মনাদা হাপ্লে। মহাক খোঞ্জেল হৌনা ষোড়শীগী মমাগী মরমদা ঙাংনিং ঙাংনিংবা ঙাংনা ঙাংনা অমম্নং মার [illegible] হাংকনি হায়না অকনবা রাশক শক্না শক্না চংখ্রে, [illegible] খোঞ্জেল অম্নুম অম্নুম তামখ্রে।

পুলিশকা মরি লৈরবা মী পুম্মক অপেঙ্গো চৎপ্রগা, মরুগা কনা লোৎতুনা লৈহৌরিবগে, হৌরম অসিগী, ক্ষাদা হৈ-শিংগবা একক্তি মথুনিং কাংনা তুম্মিগা মপান্দা খোঙদ্রে। জীবানন্দনা ইঙ্গিত তোঃনা যোড়শীবু খরগা অমুক চংশিল্লকুবা হায়রগা মামা খোঙেল শিক্লা হংলকই, নহাক মখোয়গা লোয়ননা চংখিন্ত্রিবা কগ্রিগীনো ?"

যোড়শীনা হায়রকই, "ঐ মখোয়গা লাংথমিগ্রবা নত্তে।"

জীবানন্দনা মিংকুপ খরা তুম্মিগা লৈরগা হায়রকই, "নহাকী সম্পত্তি ইথোক-ইশিন তৌবদা মুমিং নিনি-হুম্ম চংখিগনি, অদুবু শেলদু নহাক্না শুসিমক পুরগত্রা ?"

যোড়শীনা হায়রকই, "মদু পীবিদু।"

জীবানন্দনা মোম্প্যাক মচি অমদা মথুং থিংজিল্লগা নোট মপুল অমা লৌথোরকই। মদু মশাং থিনা থিনা যোড়শীগী মাইথোংদা হগ্না হগ্না য়েংলগা মোকফেং তৌনা হায়রকই, "ঐদি করিমগুদা ঊকাইবা থঙদবনি, অদুবু মসি মহাকী নথুঙা শিন্নগে তৌবদা ঐপাক ফাওবা নীংহম্নবগুম তৌই"

যোড়শীনা ঈংনা নোম্লকপা খোঙেলনা হায়রকই, "অদুবু মদুদি পীবগী য়া লৈদ্রবনি।"

জীবানন্দগী মকশিল্লবা মাইথোং শাইহৎক্তি ঊকাইবনা শাংলকই, হায়রকই, "য়া লৈনিংবা লৈরসনু যোড়শী, ঐবু কনবদা নহাক্না মাংহজখিবা অদুগী মমল শেলনা মনম্তিকুরে, মসি খল্লুগদবগী শরুকপুদি খোইদোক্লহুম ঐবু কনবিরমদবনা হেন্না কৈ।"

যোড়শীনা মহাকী মাইথোংদা মমিং কুপ্তবমখৈ য়েংলদুনা

হায়রকই; "অহুবু হুপীশিংগী মমলদি অদোম্না মশি পীহুবা মতম চুম্লদা মত্তিক্লবিরক্সি।"

জীবানন্দনা পাউখুম পীওমদনা কপ্পি।

যোড়শীনা হায়রকই. "অরে, ওসি কবিগুর্বা অদোমগী মত অহু হোংবির্বাশি শেল থমজিনবিক্লিবশু য়ারে; করিশু পীখিরগু। অহুবু ঐহাকপূ থাজৈখক শেংবা লৌজিক ফাওবা শক খঙবা ওশিজ্রিব্রা ? মুম্না অমুক্তা য়েংবিন্নদনা !"

জীবানন্দনা তুশিন্না য়েংলরকই, কনা কুইয়বা ফাওবা মমিং কুপখিজ্রে। অহুগী তুংদা তপ্না তপ্না মঙক মোমহুনা হায়রকই. খঙলবগুম তৌই। অডাং ওইরিডেদা নহাকী নমিং অলকা নত্রা ?"

যোড়শী নোক্তে, অহুবু মাগী মাইথোং 'পুম্বা লংখংলক্লে, হায়রকই; "ঐগী ইমিং যোড়শী নি। ভৈরবীগীদি মহাখিঙা তরাগী মমিং হগুনা অতোম্না মমিং অমা লৈজে। অলকাবু মিংশিংবিরিজ্রা ?"

জীবানন্দনা য়ায়া লাংতক্লবা খোজেলগা হায়রকই, "থয়া থয়া কল্লিগী মিংশিংদনি। নহাকী মমাগী হৌটেলদা ঐ মরক মরক্তা চাবা চংলম্মী, মতম অহুদা নহাক্তি চহি তরুক-তরেগী লুপীমচানি; অহুবু ঐবুদি নহাক্তা লায়না শক খঙলি।"

খোজেল অসি অমস্থং মহুগী অথুপ্পা অর্থ খল্লুবদা যোড়শীনা ওাইহাক পাউখুম পীউমদনা লৈরগা মমৈথংদা অচপ্পা মওংদা হায়রকই, "মহুগী মরমদি অলকাগী চহি মতম অহুদা তরুক-তরেং নত্তে, মাপল-ভম্না ওয়ে, অহুগা মিশিংবিরবগু য়াই, মাগী মমানা

মাগী অদোমগী শাদো নি হায়রগনা লৈক্লে। অদুদা মখোয়না অদোমগী শক অমুক ফনগদুনা ওনখিবা য়াই, য়েং থংবা মিংকী শমক্রু অদুদি কৈদৌনৈদা হোংলরোই। অদোমগী মমাবু নিংশিংবিরিব্রা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "নিংশিংলি। মাগী মরমদা তাঁরানাসনা চংনা চংনা তাংখিবশিং অদুদু তাব তারে। মহাক হিংলিব্রা ?

"হৈখিব্রে। চহি তরাগী মমাংদা মহাক সোঙ্গাগ্রে। অদোম্বু য়ায়া হুংশিনা তৌরগনী নত্রা ?"

জীবানন্দগী মকশিন্নবা মাইথোংদা হন্দক্তি অরাবগী মমি তাররে, হায়রকই, "হোয়। থুদোংগীবা অমা থোক্লুনা মচোন্দগী লুপা চাপ্পা পুখি, মহু শিংখিত্রত্রা থল্লি।"

থঙ্গহৌদনা ষোড়শীগী চিনবাল মতায় অনিদা খোইকুম মোমোন মীনোক্লা নৈতে লক্লে, অদুবু মহাক্লা থুদত্তা নোক্লিংবা থাংলগা ইচম চম্না হায়রকই, "মতুগীদমক হুংজাইতবা করিগু পুক্লিংদা থম্বিকনু। অলকাগী মম মা শেল অ ২ পুথোকপা ওইনা পীখিবা মতে, অতৈমপোং ওইনা পীখিহন্নি।" ভাইহাক ছুম্মিন লৈরগা অমুক হায়রকই, "ভসি শেল-থুম্না লক্রিক-লৈরাক থল্লবা মতম অসিদা অরাবগী রাশিংদু নিংশিংবা শাম্মিত্ররোই ; মুমিং অদুগী লুপা চামদুগী মমল ভসি হিসাব তৌবগু লুনা থোকপা য়াই, অদুবু হোংনবিরবদি মাসদংদি নিংশিংবা ভপ্পা য়াই মদুদি, মুমিং অদুদু অসিগুম্না থুদোংচাদবা মুমিংমক্লি। ভসি যোড়শীগী লৈমনবু য়াম্না লুম্না থনবিরি, অদুবু মুমিং অদুদা শিক্লিবা অলকাগী লৈথা তারবা মমাগী লমন অদুদু হৈনা লুম্না নংখিদে।"

জীবানন্দনা চৈনাখোল কংদুনা হায়রকই, "মহু থনবা ভয়মগদবনি

করিগুম্বা মহাক্না শেল থরা অতুগীদমক্তা মাগী মচানুপীহু -ঐহাকপু নমহুনা লুহোংহনবা নংলমত্রবদি ।"

যোড়শীনা হায়রকই, "লুহোংনবা মানা তকশিনখিবা নত্তে, থোইদোকুহুম অদোম্মনি । অহুবু কজদবা হ্রাকমসি কৈমমনুসি । হৌজিক্তা হায়জখিবহুনি, ঙসি অমুক করিম্নু কৈতবা লপা থরা অহুগী মমল লেপ্পা ওইথোক্লরোই. অহুবু অনৌবাগী মমানা মপুন্সিদা তাপ্লবা অহুথক্কনি । মচানুপীগী করিগুম্বা য়াইফনশা শিনবা তাবদ্রা মহুথক নঙনা অতৈ করিম্নু মথুক্তা কৈখিদে. মতমহুদা লুপা থরহুগা লোয়ননা মচানুপীবুস্নু অদোমগী থুক্তা পীবা তাখি । অহুবু লুহোংবদি অদোম্না হোংখিদে, ঙপ্লগী তৌশিন্নবতনি । কন্যাদান লোইবগা লোংত্রবনি, মহুগী মতুংদা ঙরাং উবা অসিনা অহানবা ওইগনি নিংই ।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহুবু মহুগী মতুংদদি নহাক অশেংবা মওংগী লুহোংই হায়না তাই ।"

যোড়শীগী তপথবা মাংদে । হামগুম ঈংনা চী·লেম্না হায়রকই, "মহুগী অর্থদি অমুক অতোপ্পা লুপা অমগা, অসি নত্রা ? অহুবু মরাল কৈজদবী উপায় কৈত্রবী নুপীমচা অহুগী মরাইবক্তা থাংজমত্রবা থৌদোক অসি করিগুম্বা থোকখিরম্নবস্নু অদোমগা । মরি কম্নিমত্তা কৈনদে ।"

জীবানন্দনা থাংজমদনা হায়রকই, "যোড়শী, মতমহুদা নহাক অঙাং ওইরি. অহুনা রা কয়া মুম্না থঙদবনি । নহাকী নম্না করিগুম্বা ঙসি হিংলম্বা থোক্লবদি মহাক্না তশেংনা করি পাম্নম্লগে হায়বহু মহাক্না সাক্ষী পীরগদবনি । নহাকী বাবাবু ঙসিগী মমাংদা

কৈদৌঙৈদম্সু উথিত্রি, ওপগী কন্যাদানগী ঋহিং অহুদা মমিংঅথৈবগী তাখিবা, মহাক অহুমক তারাদাস অসিনি, নহাক্না অদৃকায়নি, মসি ঐ মঙদা কাওবা থক্লদে।"

শোড়শীনা থুনা য়াংনা খামহ্না হায়রকই, "ঙসিন্সু থক্লুবগী কান্নবা লৈতে।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "লৈতসনু, অহুবু মহাক্কী নমানা থঙবনি, ওপ্নদগী নহাকপু নহাক্কী বাবাগী মনাক্তগী তোংঙান্না থম্নবগীদমক্তা মহাক্না অমদবু ওইরবস্সু হেক্তা—"

"লুহোংবগী লৈই কোইনা চিংহ্না থনম্বা ? মহ্ ওইরবস্সু ওইজসনু। অলকাগী মমাস্সু শিত্রে, অলকা অহুমক ঐরা-মহ্গীস্সু অদোম্না য়ানা থনবিক্নবগী কান্নবা লৈতে। অহুবু করিগী মখোয়গা লোয়ননা চত্ৰিবনো, করিগীদমক ইশাগী পুম্নাং মাংনবা শিঙ্গরিবনো, য়াকম অসিমক ঙসি হায়জরমগনি। ঙম্নাং ঐবু লাইরিক হৈরমগনি থনবিরম্বা য়াই, পাবা ইবদি এককড়িস্সু হে, মহ্ নত্তে, অহুবু ইথুত্তা করিস্সু শিন্নবিরমদবা ঐগী গুরু মহাক অহুমকী খুয়াখাদা ইশাবু অস্থুম তৌনা বলি তৌজবদস্সু ঐ নীংহন্নদে।"

জীবানন্দনা ঙাইহাক ভুম্মিন্না মাইথোং লুক্না লৈরুরগা তপ্না তপ্না নোমথংলক্লগা হায়রকই, "অহুবু থনসি, অচুম্বা য়া করিগুম্বা নহাক্না কোংদোক্লুনা হায়রবা, অহ্ ওইরবদি—"

যোড়শীনা খুদক্তা হায়রকই, "অচুম্বা য়াদি করিনো ? লুহোংবগী য়ায়া ? অহুবু মহ্দি মীনম্বনি। লুহোংদে। অহুদা নত্তনা য়াকম অহ্ অলকাগীনি, ঐগী নত্তে। ঐ অহিং চুপ্পা 'সিদা লৈহ্না য়াক্কী

জীবানন্দনা করিমত্তা হায়দে, অদুবু এককড়িবু থোঙজিল ময়াদা উরদুনা মহাক্না থঙহৌদনা করিমত্তা লৈজদবগী মতৌঙুম হায়রকই,"এককড়ি, মখোয়গী অসিদা ডাক্তরককা লৈবরা ? অমুক্তা কৌরবা ঙমগদ্রা ? মহাক্না অপাম্বমথৈ ঐ পীগে ।"

ষোড়শী চঙক্লে । ঈকাইবা নংবা অমসুং লাংতক্লবনা অন্তুক কুইবসি মহাকী মিংয়েং তশেংনা মঙোন্দগী লৈথোক্লনা লৈরুই ।

এককড়িনা হায়রকই, "ডাক্তর করিগী লৈতগদগে হুজুর—বল্লভ য়ায়া থঙ-হৈরবা অকবা ডাক্তরনি ।" হায়রগা মহাক্না য়াপাংবিরক্লবগীদমক ভৈরবীদা য়েংলকই ।

ষোড়শী য়া ঙাংদে, অদুবু জীবানন্দনা থাংজম দ্রবা থোজেলনা হায়রকই, "মাবু কৌহল্লুচো এককড়ি, অমুক মিনিট অমা ফাওবা পম্থরগনু । অদুগা 'সিদা ডাবিবা লিক্লৈশিং অসিদা ঈশিং অশাবা কনাবুনো হানহল্লপা পুহল্লকউ । কদায়দা চংগ্রবগে মখোয় ?"

এককড়িনা হায়রকই, "য়াকম অসিমক হঙ্গংচগে হায়দুনা লাকচবনি হুজুর, পুলিশ কৌবদগী কনানা কদায়দা চংগ্রবনো খিবা কংদ্রে ।"

"কনাম্তু লৈরুবা, লোইনমক চেনগ্রবা ?"

"লোইনমক, মী-পোং অমত্তা লৈদ্রে । মখোয়বু মীয়মে হুজুর ! কদায় ঐদি—"

জীবানন্দনা লাংতক্লনা হয়রকই, "ডাক্তর কৌবা চংপিনবা লৈরব্রা এককড়ি ?"

এককড়িনা ঈকাইনা হায়রকই, "করিগী লৈতগদগে হুজুর, ঐ

ইশামক চৎচগনি, হৌজিক মহাক ময়ুমদা লৈরমখিগনি। অদুবু ঈশিং লুমহুনা লৈরবদি য়াম্না থেংগ্রগনি। অদুদা নত্তনা হুজুর নত্তোমদা—"

অদুবু বাসি লোইশিন্নবগী মতম ফংখিদ্রে। মুংগী অকনবা অনা-চৈনাখোল থাংবগী খোল্লাও অমগা লোয়নন্না জীবানন্দগী মাইথোং মিংকুপ্তা মশক ওনগ্রে অমম্বং নমথনবা উপথরগা শেংকাত্তবা খোজেলনা অম্ঘুম্নদা হায়রকই, "উঃ– ঐ অমুক থাংবা ঙমদ্রে!"

যোড়শীদা কদায়রমো অকনবা চৈনাখোল ফাওদ্রে। অমুক থম্মোয় শোকপা, নিংবা কায়বা খোজেল মাগুম্না তমথীবা ওক্নবা অমগী মচিন্দগী থোরকপা য়াই হায়বা মহাক্না মমঙদা ফাওবা থন-ঙমদে। অশেংবদি মী হায়নসি কয়াদা শোল্লিবা, কয়াদা উপায় লৈত্রিবা, অরা-অনাদা মী অমগা অমগা কয়াদা অমত্তা ওইরিবা, ঐগী ওইবা বাথল চেল্লিবা, রাকম অসি থল্লুবদা মিংলু নাপোমদা ঈরা চেল্লক্নে। মিংকুপ অমদা মশাবু কাথজরগা মহাক্না তৌকম থঙহনবা এককড়িদা য়েংহুনা হায়রকই, "নহাক বল্লভ ডাক্তর কৌরুরো চংলো এককড়ি, 'সিদা তৌগদবা 'পুম্না ঐ তৌহৌরগে হৌজিক। লম্বীদা থেংনবা অমা হেক্তা থারকউ, পুলিসকী কীনিংঙাই কর্‌রিম্ব লৈত্রে হায়বু।"

এককড়ি ঙক্কে, থোইদোক্নহুম হরাওনা হায়রকই, "ডাক্তর বাবু লৈয়ম্বা মফমদগী ঐনা শোয়দনা পুরক্নি। অদুবু চাকলঙ ভাকচরমখোয়া?"

ষোডশীনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "দরকার লৈতে, ঐ ইশানা থিজবা ঙমগনি। অদুবু নহাক মরম অমগীবু ওইরবস্থু বুইরকখু।"

"কুইজরক্লোই, ঐ যাম্না থুনা হল্লকনি।" হায়না হায়না একবড়ি থুনা য়াংনা মপান্দা থোকখ্রে।

### তরুক

চাকশঙ থিরগা ষোডশীনা ঈশিং লুম্নগা লিক্লিদা হান্দুনা পুরক্লে, মতম অদু ফাওবা কনাস্থ হজিল্লক্ত্রি। জীবানন্দ অদুম উপ্না হিপ্লি। মহাক্না খোঙথাং মখোলদা মমাই নোনথংলক্লগা হায়রকই, "নহাক? ডাক্তর লাক্লিত্রা?"

ষোডশীনা হায়রকই, "হৌজিক মখোয় য়ৌরকদবা মতম খরা য়াংলি।" হায়রগা মহাক্না মখুত্তা পায়রিবা লিক্লি অনি অদু ফমুং মচি অমদা থম্লে।

জীবানন্দনা য়াদু তশেং তশেংনা থাজবা ঙমদে, হায়রকই, "হৌজিক ফাওবা মখোয় য়ৌরকপা মতম ওইত্রিবা? ডাক্তর কয়া লাপ্না লৈবগে খঙত্রা?"

ষোডশীনা হায়রকই, "খঙই. অদুবু মিনিট তরামঙাগী মনুংদা হেক্না য়ৌরকত্রা?"

জীবানন্দনা মুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "মিনিট তরা-মঙাদা ঙাইরিবা? পুং অনি-অহুম ফারখোই নিংই, এককড়িনা

কৌবা চংখিবহু মহুদগী হেন্না কুইরবোই খল্লুই। মহাকস্তু কীহুনা মক্কম অসিদা লাক্কবা ?য়াই অলকা!" অসি হায়রগা তুম্মিন্না অমুক উপ্পা হিপথগ্রে। মাগী খোঞ্জেল অমস্তুং মিংংেংদা পুক্লিং লাংতক্লবা অমদি নিংবা কায়বগী ডমখৈ অমুক লৈখিদবগুমগ্রে।

ষোড়শীনা ডাইহাক তুম্মিন লৈরগা খোঞ্জেল মেংনা হায়রকই, "ডাক্তর করিগী লাক্তনি। ঈশিং অশাবা হানবা লিক্লি অনি অহু চিংশিনবিরোদনা ?"

জীবানন্দনা অহুম্না অহুম মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "নত্তে লৈজরসনু। মসিনা ঐডোন্দা করিস্ত কান্নদে. রাবা হেলহনবদনি।"

ষোড়শীনা খুদক্তা য়ানিংদবা করিমত্তা ফোংদোরক্তে। উপায় লৈত্রবা, লায়না চেল্লবা. মুপা অসিগী মচিন্দা মহাক্কী অঙাং ওইরিডৈগী মিং পল্লকখিবা অহুনা অস্তুক কুইরবগী তুংদা মসিনা অহানবা ওইনা মনাকোংদা ঙ্ং ঙ্ং ঙংলহুনা করিনো খঙদবা অথুপ্পা অর্থ অমা হায়গদবগী হোংনরক্লে। মহুদা লুপখিহুনা মহাক ঐগী মীগী, মাংগী তুংগী পুন্নমক কাউখিহুনা ভূত চুংগুম লেপ্তুনা লৈরিমাল্লে, খঙহৌদনা জীবানন্দনা কৌরকপদা মহাক মঙকাওনরে।

"অলকা!"

মিং অসিবু মহাক্না অমুক খৌওইরুদবা ঙমদ্রে। হায়রকই, "আজ্ঞা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "হৌজিক ফাওবা মতম ওইদ্রিব্রা ? মহাক লাক্তবা য়াই, কদায়দনো চংলমস্তু য়াই।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "ঐ তশেংনা থাজে, মহাক কদায়দস্তু চংলম্লোই।"

"য়ুমদা হৌজিক ফাওবা কনাস্থু হজিল্লক্লিব্রা ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "হল্লক্লি।"

জীবানন্দনা মিৎকুপ অমা তুশ্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "মখোয অমুক হল্লক্তবা য়াই, এককডিস্থু চানাক তৌদুনা চৎখিবা ওইরমগনি।"

ষোডশী তুশ্মিন্না লৈ। জীবানন্দনা মশামকস্থু অনাবা খাংদুনা ঙাইহাক ৈলকরবা মতুংদা হায়রকই, "লোইনমক চৎল্রে, মখোযদি চৎখিবা য়াই—নঙতদি চৎপা য়ারোইদৌরি।"

"করিগীনো ?"

"ঐ হিঙ্গনি থাজদ্রে—অদুননি। ঐ শোর হোনবা ফাওবা রাবে, পৃথিবীদা ঙুৎশিং অমুক লৈত্রবোই নিংই।"

"অদোম্থু য়াম্না রাবিরব্রা ?"

"হুঁ। অলকা, নকাক্লা ঐবু ঙ কপিগু।"

ষোডশী চঙক্লব্রে। জীবানন্দনা ঙাইহাক্তং লৈরগা অমুক হাযবকই, "ঐ লাই-তৌন থাজদে, দরকারস্থু ওইদে, অদুবু ঙাইহাকী মমাংদা পুক্লিংদা খল্লম্মী। পুন্দা পাপ যাম্না তৌব্রে, মদুগী হৌফম-লোইথম অমুক লৈতে। শুদ্ধগী লমন পুম্নমক ওসিদগী কোকখোংনদুনা পুগদবনি হায়নদা খল্লক্লি।"

ষোডশী তুশ্মিন্না অদুম লেপ্পুনা লৈ। জীবানন্দনা হায়রকই, "মীওইবা অমব নঙ্ক, শিবগী চহি মতাংবু কনানস্থু দাগ তৌদুনা থনমদে, অদুবু অনাবা অসি খাংবা অমুক ঙমদ্রে—উঃ—ইমা-ও !" হায়না হায়না মাগী মশা পুম্বা অনা-চৈনাখোলনা হাইরক্লে।

ষোড়শীনা উয়ে মাগী হকচাংদা নত্তে, লাইবক্কম্তু ছুমাং মরিক মরিক কায়ে অমম্তুং মাইথোং কাহংলে, মমিং উইশিল্লি, ঈ থাংত্রবা চিনবান থক খা ক্রক ক্রক চিকশিল্লি।

মিংকুপমুক করিনো খনমাল্লে, অহুগা লাইফেং নীংহন্নবগুমম্তু তৌই, অহুগী তুংদা অনাবগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফম্লরে। ঈশিং অশাবা লিক্লি অনি অহু য়াম্না চেকশিন্না মাগী থবাক ময়াদা চিংশিন্দুনা থম্বদা জীবানন্দনা শুপ্নগী মিংকুপমুক্তুং মমিং পাংহুনা অমুক্তুং য়েংলম্লগা উইশিনখ্রে। ষোড়শীমা মফি ফিজিনা মহাক্কী লাইবক্তা কারিবা ছুমাং তৈথোকই অমম্তুং কুমাই লৈতবনা ফিজি অহুনা তপ্না তপ্না হুম্লকই।

জীবানন্দ রা অমত্তা ঙাংদে, মাগী মথুং যেং তপ্না থাঙ্গংতুনা ষোড়শীগী তম্পাক্তা থম্লগা লেংদনা লৈখ্রে।

মিনিট তরামঙাবোম অম্তুম্না চিক্না লৈরবা তুংদা জীবানন্দনা হান্না রা ঙাংলকই। কৌরকই, "অলকা।"

ষোড়শীনা খুম্লকই, "ঐবু ষোডশী হায়না কৌবিয়ু।"

"অলকা অমুক ওইবা য়াররোইত্রা ?"

"য়াররোই।"

"করিগুম্বা নুমিত্তা করিগুম্বা মরমদগী—"

"অতোপ্পা রা ঙাংবিয়ু।"

অহুবু অতোপ্পা রা জীবানন্দগী মচিন্দগী অমুক থোরক্লে, থাংজিল্লিবা মুংশা মপীগী অরোইবা মচিং খজিক্তুংহু তপ্না হোন্দোকখিহুনা অহাংবদা তীনখ্রে।

মিনিট অমি-অহুমগী মতুংদা যোড়শীনা খোঙ্গেল তপ্পা হংলকই, "নুংঙাইতবহ্ন করিমত্তা হম্বিত্রা ?

জীবানন্দনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "থরা হম্বরবোই নিংই। করে. করিগুম্বা হিংলবদি নহাক্কী কাম্নবা অমত্তা তৌবা য়ারোইগ্রা ?"

যোড়শীনা হায়রকই, "য়াদে, ঐদি সন্ন্যাসিনীনি—ঐগী ইশাগী কান্নবা কনানম্ব বরিমত্তা তৌবা য়াদে।"

জীবানন্দনা ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা খঙহৌদনা হায়রকই, "করে, অসি গুম্বা অমত্তা লৈত্রা, মহুদা সন্ন্যাসিনীনম্ব হরাওগদবা ?"

যোড়শীনা হায়বকই, "মহু লৈরম্বা য়াই, অদুবু মহুগীদমক অহুক লাংতকুবিরিবদি করিগীনো ?"

জীবানন্দনা হন্দক্তি অমুক্তং নোককেং তৌরগা হায়রকই, "ঐগী দোধ মপাল নাইদে, অদুবু অতোপ্পগী কান্নবা তৌনবা লাংতক্কে হায়বা দোষ অসিদি ঙসি কাওবা কনানম্ব ঐঙোন্দা পীত্রি। অদুদা নঙনা হৌজিক হায়দোকপ্রে হায়দুনা নাবা করগা হায়গনি হায়বগীম্ব করিগুম্বা অরেপ্পা অমত্তা লেতে— মসিম্ব ওইবা য়াই ! পুম্নি চুপ্পদা মসি নঙনা অম্ম্বদি অমুক্তা খোকখিত্রি।"

যোড়শীনা তুম্মিন্না অমুক্তা মহাক্কী মমাইদগী হমাং তৈথোকপিরে। জীবানন্দনা খঙহৌদনা খুৎ অহু তাপ শায়শিল্লগা হায়রকই, "সন্ন্যাসিনীদি অমা-মুংঙাই করিম্ব লৈত্রা ? মহাক্তা হরাওগদবা অহুগুম্বা করিমত্তা পৃথিবীদা লৈত্রা ?"

যোড়শীনা হায়রকই, "অহুবু মহুদি অদোমগী খুবাম-মুংদা লৈঁতে।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "মীওইবগী খুবাম-মুংদা লৈবা অহুগুম্বা থরা ?"

যোড়শীনা হায়রকই, "মহুম্ম লৈ, অহুবু নাবা ফবিরগা হংবিরক্লবদি মতম অহুদা খঙজগে।"

মাগী খুং অহু জীবানন্দনা খঙহৌদনা মবুক মযাদা থমগা হন্না হন্না মঙক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, অমুক ফরগা নত্তে—কন্না নারিভৈ মমুং অসিদা ঐভোন্দা হায়য়ু। মীবু য়াম্না ব্রাহনব্রে, ঙসি ইশাগী অনা-মৈচাক মরক অসিদা অতোপ্পগী মৈচাক, অতোপ্পগী আশাগী ব্রাহ্ খজিক্কা তাগে। ঐ হশাগী অরাবগীদি ঙসি খল্লুরগু।"

মখুং তপ্না তপ্না চিংথোক্লগা যোড়শী লেংদনা ফমহুনা লৈ। জীবানন্দ মশামকম্ম মিনিট অমরোম চপ য়ুংনা লৈবগা হায়রকই, "ফরে মহু ওইরসগু,ময়ামগী মতৌগুম ঐস্মু ঙসিদগী যোড়শী হায়গা কৌরগে। ঙরাংদগী ঙসি ফাওবদা ঐনা অনা-চৈনাখোল মরক অসিদম্ম মরক মরক্কা ব্রাখল কযা খনখি। নঙগী ব্রাখলনা হেল্লমগনি নিংই। ঐদি হিংলে ; অহুবু নঙদি মফম অসিদা—"

যোশীড়না থুনা য়াংনা হায়রকই, "অহুবু ঐগী ব্রাদি খশ্বিরো।"

অপনবা ফংবদা ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা জীবানন্দনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐ ভাব তারে যোড়শী ! নচাক্কীদমক খনবা

অদি ফাওবা মহাক্কা অমুক পামজে। অহৃম্না তৌবদা চুম্লবা যাই!" হায়রগা মহাক চুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা তুম্মিন্না লৈরে।

ষোড়শী ফমুংদগী হৌগংলে। জীবানন্দনা মমিং পাংথোক্লগা হায়রক্কই, "নহাকস্তু চংলক্রা?"

ষোড়শীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে। কাসি য়াম্না চাইরে, থরা শেংদোক্কে!" হায়রগা মাগী রা ঙাইদুনা লৈতনা ইমুংগী থবক নোম্বা হৌখ্রে। য়ুমগী থোঙ তোঙলাও, অয়াম্বা হৌজিক ফাওবা হাংদোক্লি, করা চিং-খোংদুনা মদুশিংদু হাং-দোকপমক্তদা অহাংবা অতিয়াদগী মঙাল্ল অমলুং লুংশিং ইমুংদা ফাওজিনগ্রে, ইমুং মোংপনা উজ্জল-ঝাইফুললনা মল্লোল মল্লোল কারে, তুমজিং অমা থিদুনা পুরক্লগা নিংখিনা পিংচিন-তালিশিনগী অমস্তুং ফমুং মফি ফিজিনা নাক্লোক্লগা শোন অঙিদু মকম চানা শেমজিন্দুনা থম্লে. মতুম অদু ফাওবা জীবানন্দ রা অমত্তা ঙাংদে, মাগী মরুবা মাইথোংদা মেংলবা মঙাল অমা কদায়দগীনো তপ্না তপ্না লাক্কুনা লেংদনা মখি তাররে। ষোড়শীনা থবক তৌরিঙৈদা মহাক্কা মিং পাংদুনা মানা তৌরিবদু মিংমেং তাম্না তামদুনা য়েংই, পোং থ ফম চাবা অমস্তুং লুব-নানবা কম্বিলো। হায়বা অনা-মৈচাক 'পুম্বা ঙম্না কাউথোক্কুনা সংসারদা পুক্নিংগী অথোইবা অঙকপগুম মসিনা অহানবা ওইনা য়েংলি।

থঙহৌরদনা মপান্দগী খোঙথাং মখোল করা তারক্লদুনা ষোড়শীনা তুমজিং থমজিনগা চুম্না লেপ্লুনা লৈ। এককড়িনা

খোঙজিলদা মঙক খিংজিল্লকপা হায়রকই, "ডাক্তর বাবু লেংলক্লে।"

খোড়লীনা হায়রকই, "মাবু পুশিল্লকউ।" হায়রগা মাগী হায়রগী মকমদুদা চংশিন্দুনা কয়রে।

ডাইহাক্তং লৈরগা লায়েংবদা হৈ-শিংলবা, মাইকৈ সোমদা খোইদোক্পা মমিং চংলবা বঙ্গভ ডাক্তর অদু ইমুংদা চংলক্লে অমস্থং খোড়লী মকম অসিদা লৈরম্লিবা মওং অসি উবদা ঙকপ্রে।

একককড়িনা খুদোঙ্গী থিন্দুনা হায়রকই, "অসিনি হুজুর। করিগুম্বা কহনবিবা ঙম্লবদি ডাক্তর বাবু, বক্সিসকী রাদি থমখিসি —ঐখোয় পুম্নমক অদোমগী অরৈবা মীনাই ওইরগদবনি।"

ডাক্তর তুম্মিম্না চংলক্তুনা কমুং মম্বা য়েংরক্লে অমস্থং মতম মাংহন্দনা হৌমবী তৌদুনা য়েংলকই। মুম্না য়েংলগা খোইদোক্পা অচৌবা ডাক্তরগী মতৌঙম রায় পীরকই। হায়রকই, "খৌওই-মন্নবদগী অনাবা পোকখিবনি, চেকশিন্দ্রবদি সপ্লীন নক্লগা লিভর থিনা শোক্লকপা য়াই, অদুগা মদুদা চিংনবা য়াবা রাকম লৈ; অদুবু চেকশিল্লবদি শোক্তবস্থ য়াই; অদুগা মদুদা খোইনা কৌনিংঙাই ওইদে। অদুদি ওইরগা হিদাক চাবা য়াম্না দরকার ওই!"

জীবানন্দনা হংলকই, "ফিভম অসিদা কলকাতাদা চৎপা য়ানি য়ারোই হায়বিবা ঙমগম্রা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "করিগুম্বা চৎপবু ঙম্বিরবদি ওইখোকপা য়াই, নত্রবদি করিগুম্বা মওংদস্থ ওইখোক্লোই।"

জীবানন্দনা অমুক হন্না হংলকই, "মকম অস্নিদা লৈরগা কবা চুমগত্রা হায়বা চুম্বিত্রা ?"

ডাক্তরনা য়াম্না খঙ-হৈবগুম মচক হাঃইদুনা হায়রকই, "নত্তে হুজুর, মদু হায়বা চুমদে। অদুবু মসিদি অরেপ্পা য়ানি, 'সিদা লৈরগা কবা য়াই অদুগা কলকাতাদা চংলগা ফজবন্দু য়াই।"

জীবানন্দ মপুক্লিংদা য়ারোতুনা বাহং অমুক মখা তাখত্রে। হিদাক লৌরনবা মী থারক্লবা ইঙ্গিত তৌরম্লগা লায়েংমপ মতিকচানা লৌরগা ডাক্তর বিদায় লৌত্রে। এককড়িনা মহাকপু খোলজিল য়াংমা ফাওবা' থিন্দোকলুরগা হল্লক্লবদা জীবানন্দনা মচোন্দা য়েংদুনা হায়রকই, "কমদোবা তাসে এককড়ি ?"

এককড়িনা থোনা হাত্তুনা হা য়কই, "চিংনমিংগাই করি লৈ হুজুর, হিদাক য়ৌরক্লগনি। বল্লভ ডাক্তরগী মিরর লিক্লি অমা থকপদা পুষ্ক-কবিরংগনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "নত্তে এককড়ি, নখোয়গী বল্লভ ডাক্তরগী মিক্সচর মখোয়গী অদুম ওইজো, নহাক্না ঐ কলকাতাদা চংননবা অদুদদি চুসিমক পিল্লু।" অসি হায়রগা বোড্ডীনা মিংকুপ থরগী মমাংদা অত্তোপ্পা মফমদা লৈখোকখিবা খোঙ অদোমদা লাংতক্লনা য়েংদুনা লৈ।

অদুবু কনাম্নু হল্লক্তে। মিনিট অনি-অহুমগী মতুংদা মহাক অমুক তপথদুনা লৈবা চুমক্লে, হায়রকই, "মাবু অমুক্তা কৌরম্লগা চংবমবা পিল্লুরো চংলো এককড়ি। চুসিমক ঐ চংপা পাম্মী"

থৌদোক্তু থোকপদা মীওইবগী যুগ কয়া চংবা য়াই, অদুম ওইনমক মঙোন্দদি চংদে। মসি যাদু অমগুমপ্রে, মদুনা ঙসি মশক থওনবা লম্বী অসিগী অসোম থংবা নাকন্দা মহাকপু কৱিনবো ওাইদুনা লৈরি, মদু থন্নুবা কাওবা ঙমগ্রে। গেটকী মপান্দা বাগান ময়াদা থোঙ লম্বী অমা তুরেল পাংনা চংগ্রি. মায়োক্তনা হেক থেংনবা লম্বী ওইবনা মহাক লম্বী অদুদা তপ্না তপ্না লাক্তুনা তুরেল তোর্ব্বান্দা লেপ্লরে। মাইকৈ সোমদা থুঙ্গং তাদে, যথ শেনবা করি করিগুম্বদা কনাগুম্বা মঙেম্বা লাকপা মতম্না লম্বী অসিদা কনান্থু চংনদে—অচিকপা মকম অসিদা মুমিং তাবা ওাইরগা মহাক অমম্বদা লোংতুনা ময়ুমদা হনগে থন্দুনা লিরবা হৈগু উশাল অমগী মথোঙদা কমথররে।

অম্পূক কুইবা অসি ঈরৈ-মুংদা তাউরুই, মদুদা হৌজিক হৌজিকী রথিল নত্তনা অতৈ করিন্থু মহাকী মপুক্তিংদা চংলমদে। হন্দক্তি তুংদা থোক্লগদবনা তরাম তরায়া মাগী লম্বী য়েংদুনা লৈরি, মদুগী বা অমমমদা ওইনা কুপ্না হজিন হজিম শন্দোক্তা থন্নকই। 'মথোয়গী পিক্লবা থুঙ্গংদা হৌজিক কাওবগী মঙ্গুংদা করিগুম্বা বা অমত্তা থঙদবা কনান্থু য়াউরম্নরোই; জমিদারনা মহাকপু কাদুনা পুগ্রে, অহিং চুপ্পা কাজিন্দুনা থমগ্রে—মুমিং থরনি অসি ওং-লৈবদা থুঙ্গংদা মসিবু অদুক চুম্বা থোঙোক অমা ওইবা লোনগ্রে -কদুদি, অসিগীদমক করিগুম্বা মওংদন্থু থম্নগী দরকার ওইরে। মস্নিঙ্গা নত্তে, কজিনীদমক মানা লোনম তৌদুনা ম্যাজিষ্ট্রেটকী রথুডগী জমিদারবু কল্লিবনো, মসিগী কিশি থোক-পিনবা থুঙ্গংদা লোপিং চাউবা মীগী অতাংপা লৈয়রোই। মসি

অচৌবা মওংগী শেঙ্গা থুমজাগী থৌদোক অমনি, মচু ময়ায়া খঙনরগনি। অদুবু অশেংবা খুদোংথীবদি মহাক্কী মপা তরাদাস অসিনি। মতম কুইনগী মমাংদগী মবানিগী মপা-মচাগী ওইবা মরিদু মপান্দদি উঙমদনা মন্নুংদদি পংশিল্লরবনি, হন্দক্তি মচু তুকচবগী মনিলনা ফনা য়ায়া পাক্কা মৈ চাল্লগনি। মচুগী মৈরি কনাগী মিংয়েংদগীস্লু লোংপা ওইথোক্লরোই। সংসারদা নুপা অসিনা তৌওমদবা থবক লৈতে। মহাক্কী ফত্তবা থবক্কা অপনবা পীক্লবগী মপা-মচাগী মরক্কা অরোনবা লান কয়া তৌনখি, মতম পূম্নমক্তা মপাতনা মাইথীরে য়াজবা তাখি, অদুম ওইনমক মরম কয়াদগী অস্তুক হইবা অসি ষোড়শীগী মমাগী মরমদা মচাক তুম্মিন্না লৈবা তাখি। অদুবু ঙসি তরাদাসনা শাউবনা থুম-হংতুনা রাফম অদু পনপ্রে, অদুনা মতম অসিদদি মহাক করিগুম্বা মওংদস্লু তুম্মিন্না অমুক লৈররোই। কলঙ্কগী কালি অসি মথুং অনিনা চায়থায়দুনা মশাগা লোয়নবা অতোপ্পা মী অমবুস্লু মাং-তাকহনগনি, মদুদদি খুঙ্গং থাদোকপা তাবনি। মসিদি তুংগী পূন্সিবু মপূং ফানা মমহনগদৌরিবনি, মদুস্লু ষোড়শীনা অরাপ্পদগী ময়েক লানা উবকই, অদুবু অমম্বা অদুগী মরক্তুদা করি লৈবগে মদুগী করিগুম্বা ইঙ্গিত অমত্তা মহাক্কী মমিত্তা উদে। মতম থেংজিল-লক্লি, মফম অসিদা ফমদুনা মন্নুংগী খুজিল-থোরাংগী ময়েক শেংদবা ইনিল মরক মরক্তা মহাক্কী মনাকোংদা তারক্লি অমস্নুং মদুগী শোরোক অহাংবদা জীবনান্দগী মচিন্দা পনখিবা অলকা মিঙ্গৌ, মহাক্লা ঈকাই-খুনুনা ঙাকপিযু হাজবা, মাগী থম্মোয়

শোকপা আপীল, অহুদা নত্তে অতৈ কয়া কয়া, কাউথোকপ্রবা লৈচম্ন চাদবা স্থর য়াউদবা কবিতাগী মতৌগুম মহাকী থম্মোয়-সুংদা মরম চাদনা কাতু-কারণ চংলরি; অহুম ওইনমক থুঙ্গং অহুগী মথুংদা শেম-শাহুনা মহাকপু ঙাইহুনা লৈরিবা খুদোংথীবা অহুগী অকী-তুজুংলবা শক্লোময়া মাগী থম্মোয়দা লেংদনা অহুম তমথীনা লৈরি।

অস্থম অস্থম তপ্না তপ্না কোরৌহনবা অসোম থংবা নাকন্দা হাইথগ্রি, অমস্থং মহুগী মিং থক্লবা মঙাল অমনা য়েবদগী মহাক্লা মমাই লৈথোকপমক্তদা খঙহৌদনা য়াম্না লাপ্না য়াংমগী লৌবুক ময়াইদা জমিদারগী দোলাইদা মাগী মিংয়েং তাক্লরে। মাইকৈ সোমদমক মথোয় চংথিবনি, অহুনা ঙাইহাকী মমাংদা মনাক-মক্তদা চংথিবনি, মহু ভাব ওইহৌদবনি, হোংনরবদি উবা ফংলমস্থ য়াই, অহুবু হৌজিক খঙহৌদনা শুপ্নগী নুংশা মপী অমা মহাক্লা হোন্দোকপ্রে।

সন্ধ্যা ওইগদবা থোইনা কুইরক্রে। ষোড়শী খুঙ্গং তম্না চংনমবা হৌগংলক্রে, মতম অহু কাওবা মীশক-মীশা খঙলি, অহুবু লৌবুক্তা মী লৈত্রে। অচিকপা লম্বী লাম্হোক্তুনা ময়ুম ময়া য়োরকপা মতম অহুদা য়াম্না শাথীনা মম্লে। কনাগা উমক্রবস্থ মাগী খংশায়দা সিংজিং-মাংজিংনরক্লে, অহুবু মপালগী থোঙ শো লোল্লম্বা উহুনা মহাক অচৌবা ঈকাইবা অমদগীদি লাম্হোক্তুনা শোয় হোন্দোকচবা ফংজরে। কোইহুনা চংলগা থোঙনাও ময়া য়োবদা উরে, মহু মস্থুংদগী লোল্লি; মসিমক মহাক্লা থল্লম্বনি।

অহুবু থোঙনাওহ্ কমদোৌরগা মপান্দগী হাংগদগে হায়বগী লৌশিং মহাক থঙই। থোয়না কুইদনা মপুংদা চংশিল্লবদা উরে, কা খুদিংমক শো লোল্লি, কনাম্নু কদায়দম্নু লৈতে— য়ুমহ্ পুম্নম মশ্মী, ইহাং হাংনা লৈ।

সন্ন্যাসিনীদি চরা য়াম্না হেনবা তাই, চাবগী রা মপুক্লিংদা ফাওবা নিংশিংদে। কদায়দনো চিক্লা তুম্বা ফংলবদি মহাক মহুনা থোইদোক্নহ্ম পেনগনি, অহুবু ইমুংদা চংননবা উপায় লৈতে, মতম অসিদা মাঙ্গোল মচি অমদা মফাক মশাগী ফিজি থারগা হিপথখ্রে। তাবাদাস যুমদা লৈতে, করিগী লৈত্রিবনো, করিগীদমক লৈত্রিবনো, কদায়দা চংখ্রিবনো, অরুবা রাহং পবেং পুম্নমক অসিদগী মাগী শাথীনা চোকথরবা থম্মোয়-হকচাং থোই-দোক্লা লায়না ৈলথোকখ্রে। অহুগা অহিং অহুমদি মহাক অপন-অরাক য়াউদনা তুম্বা কংলগনি হায়বগী অপেনবা অসিদংগা লোয়ননা উনা উনা তুমথখ্রে।

নোংঙানবদা ষোডশী মিংকপ থোরকপা পংকুই কুইদনা মপালগী থোঙজাও শো হাংবগী মথোল তারকই, অহুগা মন্দির অমম্পুং যুমগী থবক-ইশ্বাং নোম্বী নুপী অহু চংলকই। ষোডশীবু উবদা মহাক থোইদোক্লা ঙক্কে, হায়রকই, "কররম্বা মতমদা লাকপগে ইবেম্মা, অহিংদরা? থোঙনাও হাংলগা চংলকপরা?"

ষোডশীনা মঙক নোমহুনা চুম্মী হায়বা খঙহল্লবদা মহাক্লা হায়রকই, "ময়াম্না অম্নুম্মা চাংনৈ ইবেম্ম, রাজাবাবুদি শুমিং লৈরিঙৈদা চংব্রে। চৌজিক্তি নহাকপু থাদোরক্লগনি। চায়ম-থক্লম্লরোইনে? করমদি তৌনি ইবেম্মা, য়ুমগী শো বাবাঠাকুরনা

থনমদে, পুন্থনা চংখি। ওইরসনু, থুকান্দগী চেং-হৱায় লৌকগে, শীং-য়েন খৱা থিক্রগে, ঈরুজথোক্লগা চখোম ঙনিদংদি থোংলগা চাও। অতুগী মতুংদদি থে'ল্লবা অমা লাল্লগনি।"

ষোডশীনা হংলকই, "বাবা কদায়দা চ'খিবগে খঙবৱা ৱাণী-মা ?"

ৱাণী-মমানা হায়ৱকই, "ইবেম্মা, কনানো মাগী মচলগুপীগী মচানুপী অমা লৈমাল্লে, মাবু লৌক্লৰবা চংখি নি হায়না তাই। ঙসি বাবুচৌবগী মণ্ডনুপাগী পূজানি, ঙসিদি কদাযদবু ঙাইহাক্তা পোত্থাবা অমুক ফংখিগদ্রনে ? মন্দিবদদি নোংঙা'নদ্রিদৈদগী ইবাং লাংলবনি ইবেম্মা।"

ষোড়শী খংনিং নি'শিংলক্লে, ঙসি লৈবাকপে'কপনি, ঙসিদি জনার্দ্দন ৱায়গী মণ্ডনুপাগী পূজাগী থৌদোক্তা জযচণ্ডীগী মন্দিৱদা অচৌবা থৌদোক অমা ওইগদৌবিবনি। ঙসি অসি কৱিগুম্বা মওংদা কদায়দসু মহাক্তী পোত্থাকম লঙ্গী লৈত্রে। মহাক দেবীগী ভৈরবীনি, অতুক চাউবা থৌদোক্তা মহাক য়াউরুদবা য়ারোই।

মতাং অসিদা জনার্দ্দন ৱায়গী শম্নপ্পা পবিচয় অমা পীবা দরকার ওই। নুপা অদু মরল লৈবা অতুক তমথী। নোংমা প্রজা অমনা শেল লৌদনা থবক শুবগী থৌদোক ঙমদা ষোড়শীগা মহাক্তা কা-হেন্না মত তীন্নখিদবা অমা থোকখি, ৱাকম অসি মাইকৈ অনিমক্তা ঙসি ফাওবা কাউনদ্রি। অতুগা ষোড়শীদা নত্তে, লমদম অসিগী মীপুম খুদিংমক্তা মহাকপু থোইদোক্তা কৌনৈ। জমিদারনা মাবু ব্যবহার তৌই, এককড়ি মাগী মখুত্তা

লৈ ; খাজনা থোক্তবা চহিদা নহাক্তা জমিদারগী সদরদা খাজনা শুনবা পীখংলি। লৌ বিঘা চা-নি মশাগী লৈ অমস্তুং ফৌ-চেং-চিনি মতুমদগী হৌনা লল্লোনবা অতুগা বন্ধক লৌবা মহাক মতোমদগী হক্লি হাযবদা হেঞ্জিনবা ওইরোই। অতুম ওইনমক, বাবু-চৌবা অসিমক নোংমা য়াম্লা লাইররম্মী। ময়াম্না অস্মম্না হাযনৈ মহুদি, পৃম্নমকসি মমহাক নুপা মিস্টর বস্তুগী মরম্নি। মহাক রেঙ্গু বেঙ্গলগী হাযকোর্ট্ত মগী অচৌবা ব্যারিস্টরনি। বিলাৎগী হল্লক্লগা প্রাযশ্চিত তৌবগা মশাগী জাতিদা হুডিল্লকপনি। ঙসি মহাক্কী অমত্তা পোকচবা মচানুপাগী মখল খুদিংমক্তা য়াইফনবগীদমক চণ্ডীগী পূজা তৌননবা লাংলিবনি। অতুগা শিল-লাংলিবসি ঙসিদা নত্তে, খা অমগী মমাংদগী হুঙ্গংদা মসিগী ব্বারৌনররবনি। বাবু-চৌবগী অহুক চাউনা লেশাহনা মযুমদা লৈবক্লবী মচানুপী হৈমবতী অহুবু ষোডশীনা অঙাং ওইরিঙৈদগী মশক খঙলক্লবনি। মঙোন্দগী হনবা চক্তি খরমথৈদনি। মন্দিরগী মাঙ্গোলদা অপিকপা পাঠশালা অহু হৌজিকস্থু লৈরি, ময়ামগা লোয়ননা মহাকস্থু মহুদা তম্লম্মী ; অমস্থুং শান্নবগী মিংদা লাক্লগা করিগুম্বা নুমিত্তা ষোডশীস্থু চংলকই, মহুদা দেবীগী ভৈরবীনি হায়হুনা ময়ামগী মক্তোগুম মহাক্লস্থু ষোড়শীবু খুরুমহুনা খুয়া-উফুল লৌই। ঙসি মহাক অচৌবা ইমুংগী মৌনি। অহুনা ঙসিদি মহাক্কী মখাদা ফজবা লিক-কোলগী লৈতেংনা মপান নাইররোই, ঙসিদি মহাক্তা মাবু মশক খঙবা ঙমলুদবস্থু য়াই। অহুবু নোংমদি অস্থুম্না ওইরমদে। মতম অহুদদি শক অমস্থুং চহিদা থোইদোক-হেন-দোকপা করিস্থু লৈবমদে, অহু ওইরবস্থু মহাক অস্থুক চাউবা

ইমুংদা ওংগ্রে, মহ দেবী অসিমক্তা মতিক-মগুন্ননি হায়বা তাই। থাশী অমদবা করিদনো সিদ্ধ ফংলবা তান্ত্রিক অমা দেবীগী দর্শন তৌবা লাক্লম্মী। রায় মহাশয়না মহাকপু লোম্না মচা-নুপীসিগী য়াইফনবা যাগ-যজ্ঞ পূম্নমক তৌহনখি। মচানুপা ফংজরিবা অসিসু দেবীগী থৌদালনা ওইরমাল্লে। নিংবা কায়রহনা হৈমবতীনা মীরৈবাক্তা দেবী অসি বু থাগোম্নজবদগী মচানুপা ফংজখিবনি।

মীনাইনুবীনা থবক তৌনা তৌনা হায়রকই, "ইবেম্মা, মন্দিরদা ঙসিদি করম্না মতমদা হেক কোরকদগে হায়বা ঙমদে, ঙল্লিঙৈসিদা ঈরু-মাইথজথোকহৌবনা ফরোইদ্রা ?"

ষোড়শী মপুক্লিং য়ুংনা খন্দুনা লৈরি, মন্দিরদা কোরকপা য়াই তাবদা মঙফাওনরে। অদুবু মহুগীদমক নল্লবসু পুমিং কাদ্রিঙৈদা ঈরুজথোকহৌবনা হৈ খন্দুনা মহাক মতম মাংহন্দনা থোঙনাওদা থোকখিহুনা পুখ্রিদা চংগ্রে। পুখ্রি অসিদা লৈকাইগী মী কনাসু থোইনা লাক্লদে, অদুনা মফম অসিদা কনাসু থেংনদে। হল্লক্লবদা অচোংপা কি হোংদোক্লবা অতেংপ্পা কি লৈতে, মচুম তৈথোক্লবা গমছা অমা ফাওবা মপান্দা লৈতে। রাণী-মমানা মহু উবদা নুংঙাইরক্রে। মহাক তারাদাসপু কয়া হৈনদে, শাউদুনা হায়রকই, "ফওবা ফিজেং-ফিগায় ফাওবা শো লোন্দুনা থনম্মী— ঐগী অওবা মকা ফি অমা লৈ ইবেম্মা, লৌকুরা ? মহুদি দোষ লৈরোইদনা ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "নত্তে লৈরসন্নু।"

"অচোংপা ফি হকচাংদা থোংহনা অসুম কংহল্লগদ্রা ইবেম্মা, না-য়েক্লোইদ্রনে ?"

ষোড়শী তুম্মিন্না লৈ। মীনাই-নুবীনা মাগী লাংশিল্লবা মাইথোংদা য়েংলহনা নুংঙাইজদবগা লোয়ননা হায়রকই. "নুমিৎ কয়ানি চরা হেল্লক্লবগে ইবেম্মা, মহু কনানা খঙগনি ! মলেচ্ছ-শিংহুগী য়ুমদা ঈশিং ফাওবা য়াতোল তংলোই ঐ খঙই। হৌজিক চেং-চাক খজিক্কুং হুকান্দগী মল্লবসু ঐখোয়গী য়ুমদগী লৌরুগেদো ইবেম্মা ?"

ষোড়শীনা মঙক হাইহনা হায়রকই, "নত্তে, মহু হৌজিক ঙাইখো রাণী-মা !

মীনাই-নুবী অসি কায়হু নিঙোলনি। মহাক মিৎলৈ-নাইরৈ খঙই, অহুনা মহুগীদমক অরেম্বদা অমুক তক্লক্লদ্রে। থবক-ইথাং লোইশিল্লগা চংলমদায়দা হংলকই, "বাবা-ঠাকুর মন্দিরদা লেরল্লবদি লোন্না কোথোক্লগা অমুক্কুং থারকউরা ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "হায়রুনু, মহুগী দরকার লৈতে।"

মীনাই-নুবীনা হায়রকই,"শো লোল্লম্বগী দরকার লৈতে, নহাক্লা মনুংদগী থোঙ খন্না থিংজিল্লু ! অহুবু, ফরে ইবেম্মা, কনাগুম্বনা করিগুম্বা হংলক্লবদি করি—"

ষোড়শী তুম্মিন্না লৈ, মহুগী মতুংদা মমাই নোনখৎলক্লগা হায়রকই, "হোয়, হায়য়ু ঐ য়ুমদা লৈহৌই।"

রাণীগী মমা চংশ্রবদা থোঙ অহু অমুক থিংজিল্লুদ্রে ; অহুম হাংদোক্কুনা লৈরে। মমাংগী মাঙ্গোলদা তুম্মিন্না মরু লুক্লা

কমন্থনা পুং অনি-অহুম মতৌ কমদৌননো হৌগ্রে, যোড়শীনা খুবা ফাওবা খংহৌদ্রে ; লেংকদ্রবা মৈচাক অমগী মতৌগুম মাগী মপুক্লিংদা ভাব অসিদংদি লৈ মহুদি, ইন্দক্তি মহাক্কী থোইদোক্লা কল্লবা অৱাবগী মতম অমা য়ৌরক্লে। বিচারগী মমিংদা থোইদোক-হেন্দোক্লা কজদবা ইরাং অমা ইন্দক্তি খুঙ্গং অসিদা হৌরক্লগনি। অহুম ওইনমক লানগীদমক, মশা কঞ্জনবগীদমক ভসি মহাক্কী থম্মোয়দা শেম-শাবা পামদে. থোইদোক্লহুম মতুমা মহাক্কী নাপচিক্লা ৱা অসিদংদদি হায়রবগুম তৌই. নহাক সন্ন্যাসিনীনি, ৱাকম পুম্নমক অসিদগী অচৌবা ৱাকম অহু ভসি নহাক্লা মপুক্লিংদা কাউৱোইদবনি। খঙনা ওইসনু, খঙদনা ওইসনু, পাম্না ওইসনু, পামদনা ওইসনু. নোংমা নহাক্কী হকচাং অহু দেবীগী মকমদা কথোকপ্রবনি, অচুম্বা পুম্নমক্তগী অথোইবা অচুম্বা অসিবু ভসি নহাক্লা কৱিগুম্বা মওংদম্ব ৱাদবা ৱাদে। নহাকপু লৌনম তৌনা শিংনহুনা হাংলিবা মথেয় অহু শিজসনু ফুন-চৈনহুনা,হাৎন-শুনহুনা. নহাক ইন্দক্তি মুক্তি কংহুনা হিংলো।

অসিগুম্বা মতম অসিমক্তদা থোঙ হাংদোক্লগা মন্দিৱগী অহল ওইৱবা পুৱোহিত লাক্লুনা মাঙ্গোল কাখংলক্লে। হায়ৱকই, "ইবেম্মা, মখোয়না নহাকপু অমুক্তা কৌরু হায়ৱকই।"

"চৎলসি," হায়রগা যোড়শী খুদক্তা হৌগংলক্লে। কৱিগীনো, কদায়দা নক্লগা কনানা কৌৱিবনো, হং-লাক্তে, মসিগীদমক মহাক্লা ঙাইহুনা কম্লবগুম্মী। মহাক্কী থোক্লগদবা খুদেংথীবগী মৱমদা পুৱোহিত অহুনা ইঙ্গিত খৱা পীবা পাম্লম্মালে, অহুবু ভৈৱবীগী মাইথোং য়েংলুবদা মহাক মচিন্দা ৱা ঙাংবা থোকখিদ্রে।

ঙসি মন্দিরগী শুমাংগী থোঙ হাংলি। চংবমক্তদা উবা ফলে, অসোম থংবা নংকলগী ফক্লাং ময়াদা অমুবা মচুগী হামেং অনিখক পুল্লি অমস্তুং মাঙ্গোলগী মচি অমদা পুজাগী পোৎ-চৈ পৈ-পৈতুনা লৈ। মফমতুদা চহি য়াম্লবী মুপী মঙা-তরুক রারী শানবা অমস্তুং থবক্তা মথো চিন্না লৈ, অতুগা খ্বায়দগী হেন্না মী লাংলিবদি শুমাংগী মাট-মন্দির মল্লুংদনি। মফম অতুদা রায় মহাশয়গী নিংথিজবা অমস্তুং এথাবা গলিচা থারি, অমস্তুং মহাকপু কোইশিন্দুনা খুঙ্গ গী মতিক চানা ঈকাই-খুম্নবা ংংহল্লোল কাংবু অমা রা তান্নতুনা লৈরম্মী, মরু ওইনা মতু সোড়শীগী মরমদনি। অস্তুক কুইবসি এতাবা কনানো হায়বা ঙমল্লদে, অতুম ওইনমক ঙক্লিবদি অসিনি মতুদি, তাবা য়াম্ন দরকার ওইরিবা মহাক অতু মনাক্তা চংলক্লুনা লেপ্লবমক্তদা ময়াম্না লেপ্পা নাইদনা ঙাংলম্লিবতু অমুক্তদা চুপ লুপখ্রে।

ফনা বুইরবা ফাওবা মাইকৈ অমওদগী করিগুম্না রা অমত্তা হৌদোক্লরক্লে। মুপা খুদিংমক ষোড়শীগা শক খঙনৈ অমস্তুং থবক থাদোক্লগা অমমম লাক্লুনা উথোঙ মরুমদা লেপ্লরিবী মুপীশিং অতুগস্তু শক মহাক্তা খঙনদবা নত্তে, ময়ামদগী কোন্না মন্দির মল্লুংদগী থোরক্লগা তপ্লা তপ্লা লাক্লুনা মহাক্তী মমাংমক্তদা উথোঙ জোড়াদা থুপ্তুনা তুম্মিন্না লেপ্লতুনা মুপী অমনা মহাকপু মুম্না য়েংলরি, মহাক অসি শকখঙদবী ওইরবস্তু ষোড়শীনা মিংকুপ্তা খঙলে, মহাক হৈমবতীনি। মুপী অসি মপুরোইবগী য়ুম থাদোক-তুনা মপামদা মতম শাংনা লাকপা ঙমখিদে; মতুদা মহাক্তী

মরমদা মপাম লমদমগী মীনা লোইব-থম্না নাইদনা ঙাংনবা রা য়াম্না লৈ। মহাক চাহৈদবা চিঙ্গাক চাই, মেমগী ফিজেং শেংলি, খোঙউপ তোংই, মোজা উপ্নি, লম্বীদা নুপাশিংগা খুৎশম্নহনা চংলি, মহাক চপ-চানা খৃষ্টান মেম সাহেব ওমগ্রে— অস্তুম্না কয়া কয়ানি। অদুু ঙসি যাওশীনা মহ করিমগুা উবা ফংদে। ফিজেঙা মমল যাএবা বেনারসি শাড়ী শেংলি অমস্তুং মশাদা পক্লিবা লিক-কোল অম-অনি নত্তনা খোঙউপ, মোজা, মেমগী ফিজেং কবিমগুা উদে থোংদে খুত্তম শিংগী সিন্দুর পাক্লা নম্বী অমস্তুং মখোঙদা নিংথিনা পাক্লা থাপতা যেকই, উবদা কবি-গুম্বা মওংদস্ত পূম্নমক ঙসি থেইদোক্লা ঙসিদগী ওইনা তৌশিন-নবনি থনবা ঙমদে। মহাক যজৈ চুম্মী, অদুবু হেন্দোক্লা ফজবদি নত্তে। হকচাগী কুচু হাইফং রাওথাংনবা মাল্লি, অদুদি ওইরগা ঈনাক থুনবা ইমুংগী নুপীশিংনা তোইনা থরা নন-থোংস্তং কুচু লংখংহনবা অদুগুম্না মহাক্কীস্তনি— মহদগী হেন্দোকপা নত্তে। নিংকুপকী মিংযেংদা যোতনা থল্লকই, ঈনাক খুনবা ইমুংগী মৌ অসি লন-থুম মবক্ত। য়াওন্দুনস্ত মহাক্কী মশাদা থোমজিন্দুনা ফিজেং-লৈতেংগী ইরাং-হুকান ফমদে, অত্তুম্না ঈকাইবা নত্ত্রগা ঈকাই-খঙদবা অমঙদা কাহেঙ্গিংবা উংহুনা মহাক্কী অঙাং ওইরিবৈগী খুঙ্গং অসিবু খোইরং-থোইশাউমহন্দে। নুপীদু তুম্মিন্না য়েংহুনা লৈ, হেংবেন ফাওবা অস্তুম্না অস্তুম তুম্মিন্না লৈরবা যাই, অদুবু মহাক্কী মমাংমক্তদা মশাগী থোক্লপদবা খুদোংশীবগী চিংনবনা যোতশী ঈকাইহনা মক্ত লুকগ্রে।

অমুক্তম্ভু মিনিট অনি-অহুম তুশ্মিন্না লৈরবা মতুংদা অহল ওইরবা সর্ব্বেশ্বর শিরোমণিনা হান্না রা ঙাংলবই, ষোড়শীদা থোইদোক্না ফজবা রাহৈনা মাগী মত ফোংদোক্লুনা হায়বকই. "ঙসি হৈমবতীনা মাগী মচানুপাগী য়াইফনবা লাংজরিবা পূজা অসিদা নহাক্কী অধিকার কবিমওা লৈরোই. মাগী অপাম্বা অসি মহাক্না ঐঙোন্দা থঙহল্লক্লে। মহাক্না নিংজরিবদি নহাক মাউর াদি মাগী থবকসি মহৈ য়াল্লোই "

ষোড়শীগী মাংথোং পূম্বা ইমক মকশিনখ্রে, অদুবু লৈয়েং ফাজিনবদি লৈতে হায়বকই, "ফনি, মহাক্কী থবক য়াইফগদবনু মহাক্না তৌজসনু।"

মহাক্কী খোঞ্জেল মথেক শেংবা অসিদা সর্ব্বেশ্বর শিরোমণি ঙাংবদা ইচং থৌরক্লে, হায়বকই, "মসিখক্তদি নত্তে। ঐখোয় থঙ্গংদা লৌরিবা ভদলোংশিংনা ঙসি অস্মুম্না লেপ্লবে মহুদি, দেবীগী থবক নহাক অমুক তৌবা ংাররোই। ইমাগী ভৈরবী ওইনা নহাকপু থম্বা অমুক যাংদ্রে। কনা লৈ ত রাদাস ঠাকুর অংক্না কৌকদনা ?"

লুপা অমনা মহাকপু কৌবা চংখ্রে। ষোড়শীনা খুমগে খল্লকপা পাউথুমহু মপাগী মমিং তাবদা মচিন্দা থোক্লকনা পন্দুনা লৈখ্রে, মহাক্না মমাই নোনখংলগা খংহায় হায়দোকখ্রে, "কবিগী য়ারোইদদৌরিবনো ?" অদুবু হায়দোকপ্রগা মহাক মশামক চঙক্লজখ্রে।

মীয়াম মরক্তগী কনানো অমনা হায়বকই, "মহু নহাক্কী বাবাগী মফমদগী তাবা ফংগনি।"

যোড়শীনা ব্রা অসিগী পাউথুম করিগুম্না অমত্তা পীদে, লৈহনা য়েংলকই, মহাক্কী মপানা কনানো চহি তরাগী নুপীমচা অমা পুহনা লাক্লি, অহৄগা মখোযগী মতুংদা চহি যাম্নবী নুপী অমম্তু ইম্নরক্লি। মখোয় কনাবুস্তু যোড়শীনা হাগ্না থক উখিদ্রে, অহুম ওইনমক থঙ্লে, মহাক মনেনি অহৄগা নুপীমচা অহুনা শকথঙদবী মনেগী মচানুপীনি।

পূম্নমক অসি রায মহাশয়গী থৌজাললনি, মতু মনুংদা ময়ামম্তু থঙই, যোড়শীস্তু থঙদবা নত্তে। র'য মহাশয়না তুম্মিন্না লৈরগা মিংয়েংনা ফনা ইঙ্গিত তৌনহুনম্তু তা'বাদাস পাক হেক ব্রা ঙাংবা ঙমদ্রে, মতুংদা শেমজিন-শাজিন্দুনা হায়ব্রকপা অহৄগীস্তু অয়াম্বা শরুক ময়েক শেংদে। শুপ্নগী থবক্কী ব্রাফম অমদি থঙবা ঙম্লে মহুদি, জিলাগী ম্যাজিষ্ট্রেট সা'হেব য়াম্না শাউগ্রে অমস্তুং মহাকপু সেবায়েঙগী তান্থে'ক্ত্রবদি অফবা ওইরোইদৌরি।

মসিমক্লা ওক্লে। ইরাং-লাংনরক্লে, ময়াম্না ব্রারেপ পীনবকই মহুদি, অচৌবা ব্রাথোক অসিদা কনাস্তু করিগুম্না যানিংদবা অমত্তা লৈরোই। লৈরোই মহু চুম্মী। তুম্মিন লৈরিবা মখোয়স্তু অচুম্বা অসিমকপু য়ারবনি। মরমদি, বরিগী য়ানিংদবা লৈরোইদৌরিবনো, অসিগুম্বা ব্রাহং হংবা ঙমগদবা মথৌনা কনাগীস্তু লৈতে। অহুম ওইনমক অঙকপদি অসিনি, মহুমক থোক্লে। লাংবা নেমথরগা শিরোমণিনা ব্রারেপ অসি মখা অমুক তাথগদবগী তৌমাল্লে নিংই, থঙহৌদনা তপ্লবা খোঞ্জেল অমা তারকই— “বাবা?”

ময়াম মমাই থাংগৎতুনা যেংনৈ। রায় মহাশয়না মমাই থাঙ্গৎতুনা মাইকৈ অমদা অমদা কোইয়েং য়েংলুরগা মচানুপীগী খোঞ্জেলনি খঙলক্লতুনা নুংশিনা খুন্নকই, "করিগীনো নুপীমচা ?"

হৈমবতীনা অমুক খরগা মমাই নোনখৎলক্লগা হায়রকই, "ফরে বাবা, সাহেব শাউতুনা চংখ্রে হাইবসি কমদোনা খঙবিরিবনো ?"

বাবুচোবা অহানবদা হায়ফেং চঙক্লে, অতুগী তুংদা হাযরকই, "কৈদোনা খঙদনি নুপীমচা ! য়াম্না মুন্না খঙই।" হায়রগা মহাক্না তাবাদাসতা য়েংলকই।

হৈমবতীনা মপাগী মিংযেং মতুং ইল্লগা হায়রকই, "নহালদগী পূম্নমক অসি তারে বাবা, মঙাক মশামকম্নু রাফম অসি অচুম্বনি হায়না লৌহনবা তাবত্রা ?"

রায় মহাশযনা মসিগী চপ চাবা পাউখুম খনবদা খোক্রতুনা অস্নুম্নদা হায়রকই, "অতু নল্লবদি করিনো হাযযু ?"

হৈমবতীনা তাবাদাসকী মমাংদা লবিবী পিল্লিবী নুপীমচা অতুবু উৎতুনা হায়রকই, "মাবু থিরুরবনিনা হৌজিক্তি মীনম্বা ঙাংবগী কাপ্নখিগত্রা বাবা ? অতুদা নত্তনা অচুম-অরান খনবা তারবদি মাইকৈ অমত্তদগী রায় পীবা য়াদে।"

রা অসি তাবদা ময়াম পুম্নমক চঙক্লখ্রে, অতুদা নত্তনা যোঙশীনা ফাওবা ঙক্না মহাকপু য়েংলকই। মতুগী পাউখুম সর্ব্বেশ্বর শিরোমণিনা পীরকই। মহাক্না মোমোন তৌনা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "ইচানুপীদি ব্যারিস্টরগী মৌনিদনা, অতুনা য়েংলক্লিবনি। ফরে,

ঐ ঈংথহল্লগে।" হায়রগা মহাক্না হৈমদা য়েংহুনা হায়বকই, "মসি দেবীগী মন্দির— অরিবা লাইশঙনি। হায়মু, মসিদি য়ানিংইদনা?"

হেমনা মণ্ডক নোমহুনা হায়রকই, "করিগী য়ানিংদনি।"

শিরোমণিনা হায়বকই, "করিগুম্বা মহু ওইববদি, তারাদাস বামোন মচা ওইরগা দেবমন্দিরদা লেপ্তুনা মীনম্বা রা ভাংগদ্রবে অডাওবী?" হায়বগা মহাক্না হৌনা নোঙুনা মফম অহু শাগংহল্লে।

মহাক্না নোকপগী খোঞ্জেল নেমথরক্রবদা হৈমনা হায়রকই, শিরোমণি ইপল-ইথুংঙো নশামকম্থু মহুমক্তি! অহুম ওইননক মন্দিরদা লেপ্লগা মীনম্বা রাগী নোং চুহংবিনি। এহাক্না পূজা তৌরবদি ঐগী থবক মহৈ য়াল্লোই, ঐনা হ ব হ'াবিখি, মসি মরিক অমা ফাওবা অচুম্বা নঙে।"

শিরোমণি তৌযম খঙদ্রে, ন য মহাশয়না মংক্লিংদা থোইদোক্না রারৌহুংঙ খোঞ্জেল হাক্না হ য়রবকই, 'বনানা নঙো'ম্দা হায়বগে হৈম, অচুম্বা নঙে হায়মু?"

হৈমনা নোককেং তৌহুনা হায়রকই, "ঐনা হায়জরিবসিনি, অচুম্বা নঙে বাবা! মহুগী মরমদি ঐ করিগুম্বদম্থু অসিগুম্বা রা ভাংবদি লাযরঠনা পুক্লিংদা ফওবা খন্দে। ঐনা মহাকপু পূজা তৌহনগনি। মহুদা ঐগী ইচাগী য়াইফবা ওইগে ওইসনু, ওইদ্রবম্থু হৈ।" যোডশীদা য়েংহুনা হায়রকই, "ঐবু শক খঙবিরমদবা য়াই, অহুবু ঐনদি ক উজদ্রি। মন্দিরদা চংলসি,

ঐখোয়গী মতম হেনখিগদৌরে।" অসি হায়রগা মহাক খোঙফম অমা থাংজিন্দুনা মাগী মনাক্তা চংলিমাল্লে, অহুবু মচানুপীমক্তী মফমদা ঈকাইবা নংবগী থাংঙমদবা চৈনাখোলনা মপাগী তপথবা মাংহনখ্রে ; মহাক্না খঙহৌদনা ফুক হৌগংলগা তমথীবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈদস্নু য়ারোই। ঐনা হিংলিবমখৈদি মাবু করিগুম্বা মওংদস্নু মন্দির মনুংদা চংহল্লোই। তারাদাস, তস্মু মাগী মমাগী ব্রাহ্ম! অদুগা ময়ামস্নু তাসনু। মদু অমুক পল্লুবগী কান্নদে, লায়না য়াগনি খল্লস্বনি।"

শিরোমণিনা মদুগা লোয়ননা হৌগংলক্লগা হায়রকই, "নঙ্গে, তারাদাস, তোক-ও। মাগী ব্রা অদোমগী ইচানুপীমক্লা থাজরব্বা য়াই রায় মহাশয়! মামক্লা হায়জসনু। চণ্ডীরোমদা মাই ওনশিল্লগা মহাক মশানা মমাগী ব্রাহ্মক তম্লসনু। করি হায়বগে চৌধুরী মহাশয়? নঙনা করি হায়রিবগেনে যোগেন ভট্টাচার্য্য? কমদৌই, মা মশামক্লা হায়জরসনু"

খুঙ্গংগী মচিল তোংবা অনিনা হৌদোরক্লিবা ব্রাক্ম অসিনা লৈরিবা ময়াম পুম্নমকপু লমুক্লহল্লে। ষোড়শীগী কংলবা চিনবান করিনো'মা হায়গদবগী হোৎনবদা হম্রা হম্না নিক্লকই, মিৎকুপক্তী মনুংদা মহাক করিনো অমা হায়বস্নু হায়রম্লগদবনি, অহুবু হৈমনা থুন-য়াংনা মনাক্তা চংশিল্লগা মখুৎ পায়দুনা ঈংলবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "নঙে, করিগুম্বা মওংদস্নু ব্রা অমত্তা ঙাংবিগনু।" মপাগী মাইখোংদা মুন্না য়েংদুনা হায়রকই, "মহাক্তী বিচার তৌবিনিংলর্বদি ময়াম অদুম তৌবিয়ু, অহুবু মহাক্তী মমাগী ব্রা

মশামক্কী মচিনমকপু নমথুনা অচুম্বনি হায়হনবা অংক চাউবা ফজদবহুদি ঐনা করিগুম্বা মওংদস্থ থোবহল্লোই। মখোয়না ওম্বা তৌজসন্নু, ঐগা লোয়ননা মন্দির মন্নুংদা চংলসি।" অসি হায়রগা মহাক মাইকৈ অমওদা হুন্না য়েংলুদনা যোভশীবু মওং অমদা নমথুনা ইনবোই কবিবোই পুথুনা চংখ্রে।

## নিপাল

মন্দির মন্নুংদা মচি অমদা চপ লেপ্লগা যোডশীনা হায়বকই, মত্তে ইনাও, ঐ পুজা তৌররোই।"

"করিগীনো?" হায়থুনা হৈমবতীনা ওক্লা য়েংলকই, ভৈরবীগী মাইথোং মকশিল্লি, করিগুম্বা মওংগী হরাওবা নত্রগা হৈনিংবগী মমি মচেং অমত্তা পক্তে অমস্থং মহাক্কী ব্রাহংগী পাউখুম পীবদা থরা থনবগুম তৌই। হায়বকই, "মসিগী মরম কবিগুম্বদা তম্বা তারবদি মথু নংঙোন্দমক তমগনি-অথুবু ওসিদি হায়ররোই। অথুদা নত্তনা, ঐ ইশামক অচৌবা পুজা থোইনা তৌদে, নুংতিগী তৌবিবা মহাক্লা অথুম তৌবসন্নু, ঐদি 'সিদা 'স্থম লেপ্লগা নচান্নুপাবু আশীর্কাদ তৌরগে, মহাক পুন্সি-নুংশাংবা ওইসন্নু, নাদ-য়েক্লবা ওইসন্নু, মী ওইসন্নু।"

মচান্নুপাদা ভৈরবীনা থম্মোয় শেংনা আশীর্কাদ চবুল অমা হৈথথুনস্থ মমাগী পুক্লিং পেনবা ওমদ্রে। মহাক্লা নুংনাংবা খোঞ্জেলনা হায়ররকই, "অথুবু ওসিগী নুমিত্তি মওং অমগী নুমিংনি

ইচে-বেম্বা ? নখুংমক্লা পুজা তৌবিগ্রবদি মখোষনা য়াম্না হন্থনা লৌগ্রগনি !" হায়রগা মহাক্না হাংলিবা থোঙ ফাওনা মপান্দা অমুক্তং য়েংথোকউবদা লাংতক্লবা মীয়ামদা মাগী মিংয়েং তাক্লয়ে।

ষোডশী মশাগী মিংয়েংস্থ নত্থগী মতুং ইল্লুদবা ঙমল্রে। ময়াম্না মাইকৈ সোমদা যেংত্থনা লৈবম্না উয়ে। মখোয়গী মমাই অমস্থং মমিঙ্ভা তমথীবা ফংনা খংননিংবগী মমি থোই-দোক্লা মযেক শেংই— ফিংলবা লান্মীশিংনা মখোযগী লুচিংবগী ইঙ্গিতত্ত্ব ঙাইত্থনা য়াম্না রানা লান্দানিংবা খাংত্থনা লৈবা অত্থ-গুম্নমক্লি ; অত্থবু রায় মহাশযনা ইঙ্গিত অত্থ পীদে। মহাক যাম্না হৈ-শিংনা যুম্নাল্লোন খঙবা মীনি. খুদক্তা খঙলে থোক্লিবা থৌওংসিদা মহাক্লা ফোংনা ইনাক-খুনবা মমহাকা মচানুপীগগী মাযোক্তা লেপ্পবা ঙম্লোই। ঙংইহাক্কী মনুংদা মহাক্কী ঙাংলবা মিং অত্থ তুকথবক্লে অমস্থং কনাদস্থ করিমত্তা হায়রমদমা মহাক মফমত্থদগী তপ্পা তপ্পা মন্দিরগী গুমাং থাদোক্লুনা চংখ্রে। মতুং ইনবা মী অহুম মবি নত্তনা অতৈ কনাস্থ লোযমখিদে। অহল ওইরবা শিরোমনি মহাশয় লৈহৌই, অমস্থং অয়াম্বনা থৌদোক্লু মমৈদা ঋরি ওইরকপগে খঙননবগীদমক ঙাইত্থনা লৈরি।

হৈমনা খুক্লমত্থনা হায়রকই, "ইমা ভৈরবীগী আশীর্ব্বাদ ঐখোয় ইমা-ইচানা কোক নোন্না লৌজরি, অত্থবু আশীর্ব্বাদ অত্থ ইচে-বেম্বনা পুজা তৌবিত্থনা মহৈ য়ালহনবিবা পামজৈ। ঋরে, ঐ ঙাইজরগে ; পূজা অসি তোক্লসনু— য়াথং পীবা নুমিং অত্থদা অমুক কংননবা লাংবা হায়বত্থনি।"

ষোড়শীনা মঙক হাইরদুনা হায়রকই. "খুদোং অদু অমুক ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা মহুগী রাদি তশেংনা হেক হায়দোকপদি ঙম্লোইদৌরি ইনাও।"

হৈমনা ঙক্লা হায়রকই, "অদুদি চণ্ডীমাতাগী ভেরবী ওইদুনা অমুক লৈবিররোইদ্রা ?"

ষোডশীনা অস্তম্নদা হায়রকই, "ঙসি ফাওবদি অস্থম লৈরি।"

হৈমনা হায়রকই, "অদুদি ?" হায়বমক্তদা উবে, খোঙবাদা মখুং অনি পায়দুনা শিরোমণি লেপ্তুনা লৈবমা। মিংচাম্নরুব-মক্তদা মহাক্না নাপল তৌনা চংশিল্লদুগা হায়রকই, "নহাক্কী বাবাগা ঐ রাকম অদুমক অস্থক কুইবসি খরবা শিগাদোববানি! ফরে, ঐখোয় তপথবা তাবনি। মহাক্না হযে, ঙহৈরবস্থু, হংচিং ওইরবস্থু, নিনিগী মতুংদা ওইরবস্থু, থুমিং তরানিগী মতুংদা ওইরবস্থু পূজা তৌসনু। পীযু মসিগী পাডথুম।"

হৈমনা ষোড়শীগী মাইথোংদা মমিং বুপ্তুবমখৈ য়েংলদুনা লৈ, অদুবু মহাক্না মহুগী পাউথুম অমত্তা পীরক্তে।

শিরোমণিনা ভৈরবীগী মরুবা মাইথোংদা থানা য়েংলগা নোক্তুনা হায়রকই. "নুপীমচা হৈম, মসিদি তরায়বা রাহং নত্তে। মসি লাইফম্নি, অরুবা লাইনি, দেবীগী ভৈরবী নত্তুনা দেবীবু শোকপদি নুপী অমা অমনা পাক য়াবা নত্তে। মপুক্লিংনবু য়াজরবদি লৈসনু মহাক দেবীগী ভৈরবী ওইদুনা, ঐখোয়গী য়ানিংদবা কৰিস্থ লৈতে। অদুবু ঐখোয় থঙই, মাগী মথোনা অমুক লৈত্রে।"

ইঙ্গিত অহু অসুকী মতিক ময়েক লাখ্রে মতুদি, হৈমবতী ফাওবা মরু লুকথখ্রে। ষোড়শী মশামকসু নুংবংনবগুম ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা খংপ্রেব থুডনা মশানা মশাবু নোমদুনা মপুংফানা মডফাওনহল্লে। শিরোমণিদা মহাক্তা পাউথুম অমত্তা পীদে, অহুবু হনুবা পূজারীদা খুদক্তা থমকা তৌবা মওংদা খোঞ্জেল কপা হায়রকই, "ঠাকুর-মচা, নহাক অরৈ-অরা তৌরিবা করিগীনো? ঐনা যাথং পীবিবসিনি, দেবীগী পূজা নিয়ম কায়দনা লোইশিল্লগা নহাক নশাগী লৌফম থোকপা লৌ, অরেম্বা মন্দিরগী পুক্কেদা থমজিল্লগা শো ঐগী নংক্তা পুহল্লকউ।" হয়দা, সে দুনা হায়রকই, "যাম্না লাংলমবে, খুম্মক অসি মাংজনবা নংদা ইনাও। ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌবগা অসিতনা নহাকী নচা-থম্পা হীরম খুদিংমক্তা য়াইফরগনি। ঐহাক হৌশংগী আহিক-পদা চৌজিক ফাওবা লোইদ্রি, ঐ চৌজিক চংলে— মতম করিগুম্বা খংলবদি অমুক লাকনি।" অসি হায়রবগা মহাক অমুক যেংনকুবা তৌদনা মপান্দা থোকখ্রে।

মিংকুপ খবদি ময়াম পূমমক চঙকুখ্রে, অদুবু থংনবা মিংকুপ্তা ঙীকাইবা নংবা অমসুং থৌওইবিদবনা অহল ওইরবা শিরোমণি খুৎলাইনা পাল্লবা শাগুম তমথীরক্লে। মহাকী চহি মতাংগী মতিক চাবা সম্মান মশানা ঙাকচবগী রাথল অমসু চৌং-লেম্বা শাবা কদায়দনো তাউথোকখ্রে, মশক উত্রবা ষোড়শীদা লৈবাক-মচা তাদবা ইঙ্গিত অমা তৌরগা লাউ-খোংদুনা হায়রকই, "হদক্তি মন্দিরগী চংলকপদা নঙক লাক্কুনা ইন্দুনা

তাম্হোক্নি খঙজো! লমচৎ নাইদবী মুপী, চিন্থিবী! খুঙ্গংদগী কৈতে খঙ-শারিত্রা? ঙসি ফাওবা জনার্দ্দন রায হিংলি, ঙসি ফাওবা সর্ব্বেশ্বর শিরোমণি শিদ্রি, মতু খঙজো!"

চৈ-থাংলিবা পূম্নমক অসিদা য়েংশিনবা মফম অতুদা কনাস্থু কৈতে, থোইদোক্লতুম মহাকপু শোগংলহুনা মুপীশিং অতুগী মবক্তুগী চহি য়াম্লবী কনানো মুপী অমনা হায়রকই, "ঈকাই-খঙদবীতু শুমজিংনা কন্দুনা তাম্হোকদবনি শিবোমণি মহাশয়। নাপল য়াম্না কাবা শাই। জমিদাবগী বাগানগী য়ুমদা অহিং অমা নুংথিল অমা লেল্লুরগা বাবু নাতুনা তৌবনি হায়জবা শারি। কব্রিগুম্বা নারম্লবস্থু মাগী মথৌ করি লে। অতুবু—।" ঙাংনা ঙাংনা খঙহৌদনা প্রতিমাদা মিংযেং তারুবমক্তুদা মহাক্কী কল্লক-মীহৌবনা মনিংতম্লবা মরৈ মিংকুপ্তা ফাজিনখ্রে অমস্থু চপ লেপখ্রে। মশাগী মনা অনি মহাক্না খুদক্তা মথুং অনিনা পায়তুনা খোঞ্জেল য়াম্না নুংশিনা থোংনা হায়রকই, "দেবীগী ভৈরবীনি, নিন্দা তৌরবদি পাপ চাউগনি, ঐ নিন্দা তৌজদে, অতুবু মতুনি হায়তুনবু মসি ফাওবদি ফগত্রা। সাহেব অফবা মীনি, অতুনা থাদোকপিরম্লবনি, নত্রবদি মীনম্বা লাংদা থুতুনা মশামক্কী মপা অরাফমদা তারম্লগদবনি।"

অতুবু মতুদা কনানস্থু অমুক রাপাংলক্রে। যোভশীনা কনা মনিং তৌতুনস্থু মহাক্কি চণ্ডি-মাতাগী ভৈরবীনি হায়বা অচুম্বা অসি খঙহৌদনা নিংশিংলব্রমত্রবঁদি অথিবা রাহৈগী ঈচেল অম্বুম্না খুদক্তা লেপ্লমদবা য়াই। অতুবু মহনি হায়তুনবু

শিরোমণি মহাশয়গী অশাউবা হন্দ্রদে, মহাক্না অমুক হন্না করিনো অমা ঙাংগদবগী তৌরকই, হৈমনা মকশিন্নবা মাইথোং নোনথং-লক্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, অদুগুম্বা রাহু হৌজিক্তি তোক্লসি শিরোমণি ইপল-ইবুংঙো। য়াম্না থুগদবস্থ লৈতে— হৌজিক ঐগী ইচানুপাগী পূজা লোইখিসন্থ।"

"মদু ওইরসন্থ, মদু ওইরসন্থ।" হায়দুনা শিরোমণিনা মপুক্রিং পুংঙাইতবা, পেন্দবা অমদি অশাউববু মতম অদুগী ওইনা নেমথহল্লগা চংখ্রে অমস্থং হৈম লাপ্লুক্লা মচি অমদা থরাম পান্দবগুম তুম্মিন্না যমথখ্রে। ঙকাইনিংঙাই ওইরবা খোন-চোপ্না থল্লবা ফজদবা খন্ন-নৈনবা অদু মহাক্না মতৌ অস্থুন্না লেপহনখ্রে চুমই, পুরোহিতস্থ চেকশিন্না লৈশি-লৈথোন্না দেবীগী পূজা তৌরি, অদুবু হৈমদি মহাকী থম্মোয়-নুংদা হৈনিংবা নল্লগা হন্নাওবা মরিক অমত্তা থিবা ফংখিদ্রে। মহাক্কী মপাগা ময়ামগগী ফজদবা ব্যব-হারদা অমস্থং মরু ওইনা ব্রাহ্মণদুগী তুকচ্চনিংঙাই ওইবা মী-মচাগী থৌদৌদুদা মহাক পেন্দবা পোক্লকই, যোড়শীগী অঙকপা লোনচংতস্থ-মাগী থম্মোয়দা মদুগুম্না খণ্ডমদবা হঙ্গামবা অমস্থং নিংজিং মাংজিংনবগী মৈচাক্না থম্না লৈখ্রে। অদুম ওইনমক পুরোহিতকী থবক্ক মেছিনগী মতৌগুম পন্দনা চথরি। অরুবা লাইগী পূজানি, বলিদান, হোম অসিনচিংবা হীরম পুন্নমক মতম য়াম্না শাংনা লৌদুনা তপ্না তপ্না লোইশিল্লক্লে, মহাক্কী মচানুপাগী য়াইফনবা ভৌরিবা থবক্তা কদায়দস্থ অপনবা অমত্তা থোক্কে, অদুবু যোড়শীদি অমুক হল্লক্লে।

মীনাই লুপীগী মতম্বাক্তা মচানুপা শিন্নরগা হৈমনা ময়ুমদা হল্লকপা মতম অদু লুংথিল ওইরে। হল্লকপদা উরে, মহাক্তী মপা নগ্রগা শিরোমণি মহাশয় কমাস্তু অম্লুক বুইবসি অরেম্বদা মতম মাংহল্লমদে। মপালগী ফম্ফম কাদা শাথীনা লাংলি। মতুগী মওং-মতৌ উবদা লায়না খঙবা ঙম্লে, রা ঙাংবা মীওই কয়ানা অমনা অমগী রা তাদনা মশা মশাগী মপুক্লিং কোংদোকনবা হোংনরি। নারোন্দা থৈতুনা করিগুম্বা মওং অমদা মশাগী কাদা চংনিংই, অদুবু মপাগী মিংয়েংদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রে, মহাক্লা মথুং খংতুনা কৌদুনা হায়রকই, "হৈম. সোমদা রা অমত্তা তারখো লাও লুপীমচা!"

মহাক মশা চোকথনা মাইথোং লাংশিন্না তপ্না তপ্না চংশিন্দুনা মমাংদা লেপ্লবদা উরে, মকম অদুদা মী অমথক্তদি ভুম্বিন্না ফমদুনা লৈরম্মী, রা তারিবা মীনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক অসি মাগী মপুরোইবা মিস্টর এন, বসু ব্যাবিস্টরনি। ময়াম্না পুন্না ঙাংলিবদু মহাক্তনা তাননবনি। পুং অম-মখায়গী ট্রেন্দা মহাক লাকপগী রাকম অমদি লৈ, অদুবু অরেপ্লদি করিস্তু লৈতে। মপুরোইববু উবদা মহাক মকোক্তা থূম্লিবা কিদু খরা চিংথরগা থোঙ মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈখ্রে। মহাক্তী মপানা লুংশিনা রারোবগী খোঞ্জেলনা হায়রকই, "ঙসায় খঙদউদতুনা ঐখোয়গী রাদা খংশাউ শাউথি লুপীমচা, অদুবু হৌজিক ননাকোংমক্লা পুম্নমক তাররিনিনে? রাথোক অসিদা নহাক্লা খঙদবা করিস্তু লৈত্রবনি; হৌজিক নঙমক হায়মুদো তাসি

নুপীমচা, অদুগুম্বী নুপীবু লাইকমদা থম্বা য়াব্রিত্রা ? মসি অঙাংগী শান্নপোং নত্তে !"

হৈমনা থোইদোক্লা খোঞ্জেল পিক্লা পাউথুম পীরকই, "ময়ান্না 'ম্নুম ফনি হায়বদু তৌবিয়ু।"

মহাক্কী মপা নোক্লকই, হায়রকই, "কবিগী তৌদনি, নুপী-মচা, করিগী তৌদনি। মদু তৌগে হায়বগীদমক চংলুবনি। নির্ম্মল লাকপসি য়াম্না ফরে! করিগুম্বা কেশ-নুং তৌনবা তারবম্নু পাঙ্গল লৈনি। অতোপ্পা মাইকৈগী অম্নুম থনবদা মহাক জমিদাবগী মতেং যংবগী আশা লৈমাল্লে।" অদুবু শিরোমণিনা থরেম্বদা ফিংগংলকই, অমম্নুং লাউ-খোংতনা হায়রকই, "লুশম পায়তনা থোক হেক ইপ্লোকথ্রগা লোইরে, মদুদা কেশ-নুং করি লৈখিগদগেনে জনার্দ্দন। ইমহাক-ইবুংঙো লাক্লে, হৌজিক্তি মহাক্লা বিচার তৌরসনু। মহাক্লা ঐখোয়গী জর্জ্জনি, মহাক্লা ঐখোয়গী ব্যারিস্টরনি, ঐখোযনা অতোপ্পা জর্জ্জ-ম্যাজিষ্ট্রেটকী মরা লৌদে। করি হয়বগেনে যংগেন ভায়া ? মহাক্লা করি হাথরিবা মিত্তিরজা ?" অসি হায়বগা মহাক্লা মী থরগী মাইথোংদা য়েংলগা থঙহৌদনা নোকফেং তৌরকই। মতাং অসিদা যোগেন ভায়া অমম্নুং মিত্তরজাগী অয়াবা লৌবগী অর্থ করিনো শেংনা হায়বা ঙমদে, অদুবু মসিমথৈদি থঙবা ঙম্মী, অচৌবা মী দান ফবা মমহাক-ইবুংঙোনা বিচাব তৌসনু, অদুগা তৌদসনু, মতুংদা মহাক্লা মুংশিবিবা ফংননবা লম্বীদু শিবোমণিনা মশাগীদমক পাক-চাউনা এমম্নুং নিংথিনা থরমথৈদি শেমজহৌরবনি।

মমহাব-ইবুংঙো অসিগী মকোক্কী টুপিদগীনা খোঙউপ

ফাওবা পুম্নমক অমকপা পক্তবা সাহেবনি। মরম অতুনা পাউখুম পীবদা নোকমি নোকমি তৌতুনা পীরকপা পাউখুম অতুগ্ম অশেংবা সাহেবকী রাঙাংনি। হায়রকই, "মহন্ত মহন্তানী জাতকী কাংবুগী মীওইশিং অসিগী মওং-মতৌ ময়াম্না খঙনরি-বতুনি, মখোয় ওক্তবা অতুক লমচৎ নাইদে। ১খোয়সিনা তৌঙমদবা থবক লৈতে। করিগুম্বা মরম অমগী ওইরম্ব মখোয় অসিবু য়োকখৎলুবা চুম্লোই, অতুবু ময়াম্না হায়বিরিবা ভৈরবীতুনা করি তৌবগে তৌদবগে মতুম্ব মুম্না খঙদোকপা চুম্মী।"

শিরোমণিনা হায়রকই, "ইবুংঙো নির্ম্মল, খঙনিংঙাই অমুক করিম্ব লৈত্রে—করি হায়বগে নুপীমচা, হৌজিকপু নহাক্কী চিংনবা করি লৈরিবগে? অতুদা নত্তনা মাগী মমা— মতুদি অচৌবা রাকম অমনি।" অসি হায়রগা মহাক্না হৈমদা থোইদোক্লা কুপ্পা মিংয়েং অমনা য়েংলকই।

হৈম মক্ক লুক্না নুংবংননা লৈ। মহাক্না ঈকাইতুনা তুম্মিন্না লৈবা 'সিবু ময়াম্না অম্ভুম্না খন্নে মতুদি, মহাক ভৈরবীগী মায়োক্তা তশেংনা রা ঙাংনিংবদা ঈকাইবা অমম্বুং চিংনবনা তুম্মিন্না লৈরি-বনি, অতুবু মাগী মরমদা ফজবা রাহৈ ঙাংনবম্ব মহাক্কী খৌনা করিম্ব লৈত্তে।

জনার্দ্দনা মচানুপীদা হায়রকই, "নুপীমচা, নুমিৎ চুপ্পা চন্না হেনরুদা নহাক শক-চু ওল্লে, চৎলো, নঙ ইমুংদা চংল্লো! ভৈরবীবু কৌহনবা মী থাল্রে, করিগুম্বা লাক্লবদি নঙোন্দা পাউ পীরক্নি।"

হৈম চৎকদবগী ফৌরক্লে, মতম অসিদা কৌবা চৎলুবা মুপাঙনা হল্লক্লগা তম্নবা অতুগী শগ্লক্লা রাবোল অসিবি মতুদি, ভৈরবীনা মাগী এজা দিগম্বর অমস্তুং বিপিনবু শো ফক্কায়হল্লগা কাংশি পুম্নমক দখল তৌশিনখিবদা মতুং, ব'র মহাশয়গী য়াখং হিক্তোকুমা 'সিদা লাকউ য়াদে। শুপ্লগী ফকির সাহেবনা হায়বদগী মমৈথংদা য়ারকই। মিনিট তরামঙাশোমগী মতুংদা য়ৌরকপা য়াই।

য়ৌরকপা যাই! মতু ওইবা য়াই। চাকুবা মৈরিদা খি হৈররে অমস্তুং ইচম চম্নী নুপী অমগী থনঙমদবা ফংনা মখিং-জেল খাবা অমদি চাউথোকপা অসিনা মশক মাইরবা নুপাশিং অসিগী মচিন্দগী থোরকপা য়াহৈগী ঈচেল কল্লি, মতু হৌবদগী লোইবা ফাওবা তমগ্রবস্তু য়া অমা পনবা দরকার ওই মতুদি, ওকুবী নুপী অসিবু মিংকুপ অসিমক্তদা খুঙ্গংদগী তাম্থোকপদা নত্তে, মাবু শো ফক্কায়বা অমস্তুং থৌ লৈতনা মমতনা চংবগীদমক পুলিশকী মখুত্তঃ শিন্নহনা জেল চংহনবা দরকার ওই হায়বা ফাওবা মথোয়না করিস্তু চিংনবা লৈতনা ফোংদোকই। মমহাক-ইবুংঙোদদি চরাংনবা অসিদা য়াউশিন্দে, শোয়দনা ওইরগা য়াই, মহাক মাগী সাহেব অমস্তুং ব্যারিস্টর ওইবা অনি অসিগী ইজ্জৎ ঙাকুবা চৌংলেয়া কন্নিবা।

চরাংনবা থরা নেমথররক্লবদা মমহাক-ইবুংঙো সাহেবনা হংলকই, "ফকির সাহেব অসি কনানো? খঙহৌদনা মহাক কমদৌনা য়াউশিল্লক্লিবনো?"

মসিগী মরমদস্থুময়াম্না মাগী মাগী পুক্লিংগী মত ফোংদোকনন্নকই। শিরোমণিনা মহুগী মচং পন্দুনা হায়রকই, "সাধুরা চেংজংবরা! পাঙলনবু অমুক সিদ্ধ-পুরুষ ' পুম্নমক অদু করিস্থু নত্তে, অদুবু নুপাদু কনাগীস্থু ফত্ত-নুংদনবা তৌদে। বারুইগী রাংমদা খোনাং বট অমগী মখোঙদা লৈ; লৈরকপা য়াম্না কুইরে— অদুদি ওইরগা মবক মরক্তা কদায়দনো চংখি, অমুক হেক হল্লকই। লৈতবা চহি অনি শুবে, অমুক হল্লকপা নুমিং মঙাতরুক্লি শুরে হায়বা তাই। মাগী থৌশিন্দগী শো ফক্কাযবা ওইরম্বা য়াই, করিস্থু হায়বা ঙমদে—ফনস্থু ফরসন্ন পাঙলনিংনা।"

মমহাক্লা হংলকই, "অদুবু ঙসি কমদোনা ফাওবক্লিবনো?"

তারাদাস ঙসায়মখৈ তুম্মিন্না লৈরম্মী, হন্দক্তি রা ঙাংলকই, হায়রকই, "রাংমগী খোংনাং বট হৌবিবনচিংবা ময়শিং পুম্নমক চণ্ডী মাতাগীনি। মহুদগী শক খঙনহিবনি। ফকির সাহেবনা ষোড়শীবু য়াম্না নুংশিনা তৌই। মফম অদুদা লেববদি ষোড়শী অম্নাম্বা মতমদা চংলি। মঙোন্দা লাইরিক তম্বস্থু উই।"

মমহাক-ইবুংঙোনা নোকফেং তৌদুনা হায়রকই, "নুংশিবা! লাইরিক-নুংলিক্কস্থু তৌবা! ফকির সাহেব অদুবু চহি কয়া শুরবগে?"

তারাদাসনা ঈকাইনা হায়রকই, "আজ্ঞা, হন্নুরে মহাক। চহি ছুমফু-ছুমফুনিথোইদগী তাবরোই, নুপীমচা হায়না কৌই। ষোড়শী য়াম্না কন্না অমুক নাখি— শিপদোক্লরবনি— মহাকমক্তা ক্ষহনখিবনি।"

সাহেবনা হায়রকই, "ওঃ— মহু ওইরে! অদুদি কনানবু খঙবনো, মাইকৈ অমদনা সাধু-ফকির, মাইকৈ অমদস্থ ডাকিনী-যোগিনী! ভৈরব-ভৈরবীগী কাংবু অসিবু—" অদুবু লোইশিনবা ওমদ্রে! খঙহৌদনা মাগী মুপীগী মাইথোংগী শরুক মচেৎ অমদা মিংয়েং তারুবদা হায়বা হৌগ্রবা রা অসি লমখাংদা চপ লেপগ্রে। অদুগা কনানস্থ রাপাংলক্রে, চেস্থরিবা অনৈবা ঈচেল অদু শিরোমণিদনদি পলহন্দে। মরাল শিবগী রাংহৌরিবা শরুক অদু নাপল তৌনা মপুং ফাহল্লগা মহাক্না অস্থুয়া হায়রকই, "চাম্মরক্লি ইবুংঙো, চাম্মরক্লি। ভসিগুম্বা ওইদবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংসি ওক্রবা অদুক লমচৎ নাইদে!" মহাক্না নাক-য়েঙ্গা য়েংহুনা মাগী যোগেন ভাযা অমস্থুং মিত্তিরজাগী মঙক নে'ম্বস্থ মরু ওইনা আশা তৌমাল্লে। অদুবু হন্দক্তি মখোয়স্থ চঙক্লগ্রে অমস্থুং থোঙজিল মরুমদা লেপ্লিবী হৈমবতীগী কাহৎলবা মাইথোং ঙাইহাক্তি পুমঙাং ঙাংলকই।

মতম অসিমক্তদা ভৈরবীগা লোয়নদুনা তৌশিন্নবা মুসল-মান ফকির অদু খোঙথাং তপ্পা থাংহুনা শুমাংদা চংশিল্লক্লে। শিরোমণিগী অকনবা খোঞ্জেলদু মখোয় তাগ্রে হায়বদা কনাস্থ চিংনবা লৈত্রে।

থিন্দনা মবানি ময়ামগী মনাক্তা চংশিল্লকপা মতম অদুদা কনানস্থ য়া কাখোক্তুনা রা ঙাংবা ঙমদ্রে। কৌ-লাক্তে, ফম্মু হায়দুনা কজবা লোনচৎ কাওবা ঙাক্তে। অদুম ওইনমক ময়াম পুম্নমক পুক্লিংদদি হাইফেৎ লাংতক্লবঙুম তৌই! শিরোমণি

ফাওবনা খল্লকই, কল্পিনো'মা চুমদ্রে— কদায়দনো য়াম্না লানখিবা অমা লৈগ্রে, অহুম ওইনমক ময়াম তুশিন্না অহুম লৈ।

মিস্টর বস্থ সাহেবকী মকমদ্‌দি চংদুব্লিবা মবানিমক তশেংনা শক শুপথঙ খঙদবনি। মিনিট অনি-অহুমদি মহাক্না মখোয় অনিগী খোঙদগী তোন ফাওবা হন্না হন্না মুন্না য়েংই। ফকির অসিগী মকোক্কী শমদগীনা শাংলবা কোয়-নুং পুম্নমক পুমঙো ঙোরে, মশাদা পাঙলগী অচম্বা যিঙেং শেংলি। উনখিবা খঙনব্রিবা অতুদগী থোইদোক হোন্দোকপা ক'বস্থ লৈতে, অহুম ওইনমক মপাঙ্গল ফনা রাংলবা হকচাংদা পুম্নমক অসিনা লৈতেংবসিনা মখোয়না কল্লিস্থ লৈতনা খন্নবা অতুদগী মরোল কয়া রাংগ্রবগুম নিংই। মাগী হকচাংগী কুচু নোং চোংপা অমগুং নুংশা য়ৈবদা মঙং অমা ওনগ্রে, অতুনা হান্নগী কুচু কল্লিগুম্বা মওংদস্থ ভাবনা শাক্লবা ঙমদ্রে। ফকিরগী মাইথোং অমগুং মমিগুা খঙনিংবগী অচম্বা মমি খন্নদি তাই হায়বা য়াই, অহুবু অমুক্তস্থ পুক্লিং চংনা য়েংলবদি উখা ফংগনি, মতুমক্কী মক্লমদা ভাঙোইল্লিবা থম্মোয় অতু তঙ্খি জংই, অকী-অখং লৈতে। মহাক্কী মতুংদা চংলক্লুনা খোড়ণী লেপ্পরে। মহাক্কী গেরুয়া ফিজেং, মহক্কী কোকথুম য়াউদবা নিংথিরবা কোক্তগী থোইনা শেম-শাবিক্লদবনা চোইজায়ননা হাইথরক্লিবা থোই থোইবা শম্নাং চবুন, মহাক্কী ব্রত চেংলবা যৌবনগী ইথিল কল্লবা হকচাংবু মথল থুদিংমক্তা থোইদোক হেন্দোক্না খৌশাথিদবদা ঙক্না ঙমহংপা', মতম পুম্নমক্তা খিংয়েং লুক্না য়েংলিবা মখিংকী উঙমজ্রবা হায়দোক্তবা ইতিহাস— পুম্নমক অমুক্তনা ভীরহুনা ঢাইহাক্তি সাহেবস্থ ওমহংগ্রে।

মঙদ্রংনবা ভসি মঙযাওনপ্রে ফকিবগী ব্রা অমগী ঈথিলদা অমস্তুং অদুগা লোযন-লোযননা মশাগী অশোনবদুগীদমক মহাক মরম চাদনা ঈকাইহনা মহাক্কী পাউখুমদা কান্নদবদা খোঞ্জেল য়াক্লকই। ফকিরনা মঙাতিগী চংনবা মতুং ইন্না ঈকাই-খুম্নবা উৎলগা হংলকই, "বাবু-সাহেব, অদোম্না কৌবিব্রা?" বাবু-সাহেবনা মতমতুদা পুক্নকই, "নহ কনু কৌদে, নহাক চংখিবা যাই।"

ফকির শ উদে। মোবহেং তৌবগা মোডকীবু উংলদুনা খোঞ্জেল ঈনা হায়বকই, "অদুবু আসামীবু ঐনা হাঙ্গিব ওইহন-জববিবনি বাবু-সাহেব, মহাক্কি কান্নিংদহনি। অদুম ওইনমক মবাল শিক্নবস্তু যাদে. মবমদি মখাম চংদুনা চত্নাংনবা বিচার তৌবদি মতুদা অচম্না বিচাবদগী চুমদবা বিচারনা হেল্লি। অদুগা মতুস্তু অযুক্তা তাক্বক অমা লোক্টশিনগ্রবনি। অদুবু ইবুংঙোগী মিং ভংবদা ঐনা হায়, চংসি নুপীমচা ঐখোয় চংলুসি। মহাক্কি আইন খঙবা মীনি, অদুগী মথক্তা মপালগী মানি— করিগুম্বা য়াবিরবদি মহাক্না অচম্না বিচার তৌবিগনি।"

ব্যারিস্টব সাহেবনা মপুক্নিংদা খঙলে. ফকিব ভসিগী মরমদা মহাক্না লান্ননা লৌববে। মহাক অমবু ওইরবস্তু লাইরিক হৈতবা চাক্রিবা মথলগীদি নত্তে। মবম অদুনা পাউখুম পীবদা মহাকস্তু খরমথৈ লৈবাক-মচা তাবা তাই, হায়রকই, "ময়ামদি শো ফক্কায়রগা নম-হাদুনা চংবগীদমক্তা পুলিশকী মখুত্তা পীদুনা অহানবদা জেল চংহন্নিংই। অদুগা শো ফক্কায-রিবা অসি অদোমগী হুকুমনি তাই।"

ফকিরনা নোক্লুনা হায়রকই, "কীজরেদা, ইথঙ্গগী ইরাল নত্তে, মহ্গা লোয়ননা মত্থদা তেংবাংলিবশিং অত্থস্থ! অত্থবু বাবু-সাহেব, ঐদি শুপ্পগী শো ফক্কায়নবা ইনশিনখিবদগ্নি, অত্থবু আইন থুগায়নবদি হায়খিবা লৈতে। য়ুমহ্ দেবোত্তর সম্পত্তিনি, অত্থগা ভৈরবীনা মহ্ গ্ৰাক-শেল্লিবনি। তারাদাসনা অরেম্বদা করিগুম্বা শো লোনশিল্লগা চংখিরমত্রবদি ফর-ফরবা শোশিংজু অত্থম্না ফক্কায়হ্না মাংহল্লগ্লোক্টদবনি।" তারাদাসতা য়েংলহ্না হায়রকই, "তারাদাস, লৌশিং অত্থ নংগোন্দা কনানা তাকপিবগে ইবুংঙো? অত্থবু অমনবু তাকপিববস্থ অফবা লৌশিংদি নত্তে।"

তারাদাসনা মসিগী পাউখুম পীবা ঙমদ্রে, অহ্গা অতোপ্পা কনানস্থ ৱা অমত্তা থিবদা ফংদ্রে, চঙক্লনা লৈ, মতমসিদা শিরোমণিনা লৈশি-লৈথোম্না হায়রকই, "মাবু কনানা ভৈরবী ওইহনবগে খঙবিত্রা ফকির সাহেব? মত্থ তারাদাস অসিননি। হৌজিক মহাক্লা করিগুম্বা মাবু থম্লিংদ্রবদি মহ্ মাগী মনিংনি। মসিদি ঐগী মত্তনি।"

ফকিরনা হায়রকই, "শিরোমণি মহাশয়, মত অত্থস্থ অদোমগী ওইরম্বা য়াই, অপাম্বা অহ্স্থ তারাদাসকীনি চুম্মী, অহ্বু সম্পত্তিহ্দি অতোপ্পগীনি। অতোপ্পা মহাক অহ্না অনিহ্গী মরক্তা অমত্তস্থ য়ানিংদে। করি তৌবিগদগে তাকপিয়ু!"

মাগী পাউখুম অমস্থং ৱাঙাংগী মওং মতৌদা ব্যারিস্টর সাহেবনা নোক্লুনা হায়রকই, "ৱাফমদি অসিনি মহ্দি, হৌজিক লৈরিবা ভৈরবী অসি মরাল লৈরবনা দেবীগী সেবা চংবদা মত্তিক

শুপচা চাদ্রে। মহাক্না মশা কঞ্জনবা থরা শেংদোকচবা ঙমগনা ?"
অসি হায়রগা মহাক্না থোড়শীগী লুকথরিবা মাইথোংদা মুন্না অমুক্তং য়েংলকই।

ফকিরনা হায়রকই, "বাবু আসামী ওইনা ময়াম মাংদা লেপহনজবে, মরাল প্রমাণ চাদে উৎহনবা পোংলুম অদু মচোন্দা থোক্সংলু হায়বা অদুক চাউবা নম-হাবদুদি ঐ ঙমজরোই বাবু-স'হেব।"

বা বিস্টব সাহেব মপুক্লিংদা ঈকাইরহনা। তুশ্মিনা লৈখ্রে, অদুবু শিরোমণিনা থোক্লেল য়াক্না হংলকই, "জমিদার জীবানন্দ চৌধুরীনা দোলাইপাবা থারক্নুনা ভৈরবীবু ফাহনা পুত্রগা অহিং চুপ্পা অদু ফাজিন্দুনা থমলুরে, মহ ঐথোয় পূন্নমক থজই, মহ্দা মহাক্না অযুক্তা ম্যাজিস্ট্রেট সাহেবকী মফমদা করিগী মীনম্বা ঐসি ঙাংখ্রিবনো, মহাক মশানা য়ানা মফমদুদা চংলুবনি, অদুগা জমিদার নারি হায়দুনা মশানা য়ানা অহিং চুপ্পা মফমদুদা লৈরুবনি। মহাক করিগুম্বা পাপ লৈত্রবদি ঐ অসিগী পাউখুম পীয়ু ?"

ফকিরনা পাউখুম পীরকই, হায়রকই, "জমিদারগী অত্যা-চারদগী মহাক শাউবনা ঙাওদুনা চংলুবনি হায়বা অসিদি মীনম্বা নঙোনা শিরোমণি মহাশয় ? অদুগা মহাক থঙহোদনা করা নাই হায়রিবা অসি কাওবদি অচুম্বনি।"

জনার্দন রায় ঙসাইমথৈ তুশ্মিনা য়েংনরিবা পুন্নমক তারম্মী, অদুক থাংবা ঙম্লক্লে, হায়রবই, "মশিনা করিগুম্বা অচুম্বা ওইরবদি ফকির সাহেব. মশামকী মপাগী মায়োঙা লেপ্লুনা ওক্নবা অদুবু

কনবগী কান্নবা করি লৈবগে ? মা নায়গা মাগী মথৌ করি লৈ ? অনাবগী সেবা তৌহন্নবগীদমক বীজর্গাগী জমিদারনা দোলাই থারক্লুনা লৌহল্লবা নত্তেদনা ? মরু ওইবা রাদি মাবু অমুক থম্নরোই— ঐখোয়না মন্নুংগী ওইবা রা খঙই। অচুদা ন, মা মাগী হায়নিংবা খরা লৈরবদি মাবু হায়হল্ল। নহাক্তি পাঙলনি, মীরৈবাক মচানি, নহাক্লা হিন্দু ধর্ম্মগী ময়াই লেপতুনা হৈ-পা শাররবগী দরকার লৈতে।"

মাগী রাঙাংগী কাং কাং লাউবা অয়াকপতুনা ফনা কুইনা কা অচু নিন্দুনা লৈ। ব্যারিস্টর সাহেব মশামকস্তু কমদো-তুনমো মওং অমদা হৈনিংদবা অমস্তুং পেন্দবা পোক্লকই, অচুগা রা ঙাংদবী ভৈরবীগী থম্মোয়-নুংদগী পাউথুম অমা থোক্লকদবগী হন্না হন্না ঈথিল পীরকই। মতুগী মমি ফকির সাহেবনা ষোড়শীগী মাইথোংদা উরতুনা নোকফেং তৌরকই, অচুগী মতুংদা জনার্দ্দন রায়দা য়েংলতুনা নোকমি নোকমি তৌনা হায়রকই, "রায় মহাশয় কুইরবা রানি, কাউবিরম্বা য়াই, মন্দিরগী খারোমদা হৌরম্বা লায়োইরবা নিম মখোঙদা ঐ লৈরম্মী। ষোড়শী মতম অচুদা অশুপশিংদা চাউরি, মতমচুদগী হৌনা মহাকপু ইচান্নুপী-মক শক্লা লৌরক্লিবনি— পাঙল ওইরবস্তু লংজখ্রিবা ইরাল অসিগীদমক ঙসি ঐহাকপু ঙাকপিবা তাই। ইচান্নুপী অচুগী অস্তুক চাউবা খুদোংথীবা অসিদা লাক্লনা লৈথোকপা ঙমগত্রা ? ইচান্নুপী হায়বসি করিস্তু লৈতবা পোৎ নত্তে। অচু নংলম-ত্রবদি ঙসিমক অয়ুক্তা মাবু মচিনমক্লা মাগী মমাগী ঈকাইনিংঙাই

ওইরবা রারী তমহনবা পাম্বিথি, মতম অহুদা নশাগী নচানুপী অসিমক্কী মফমদগী ধমকা ফংহনা অহুম্না তৌফম খঙদনা তীঙক-মাইঙক্রুথিবহু থোক্লম্লোইদবনি ” অসি হায়রগা থোঙজিল ময়াদা মুণ্ডিগুম লে'দনা লৈরিবী হৈমবতীবু ইঙ্গিতনা উংলকই।

জ্ঞান মাংলবা জনার্দ্দনা পাক-হেক পাউথুম থিবা ফংদ্রহনা হ'য়রকই, "মহু পূরমক রারেম্নি।"

ফকিবনা অহুম নোকফেং তৌনা হায়রকই, "হৈজিং ফাববা মরুস্থ নুংদা তারবদি কংহনা মাংই. ঐগী চহি মতাং অসি ম্নোরবনা মহুমথৈদি ঐস্থ থঙই। ঐ থবক্কী রাস্থ হায়জগে। পাপ যাম্না চেল্লবা জমিদার অহুবু ঐগী নুপীমচাসিনা করিগী কল্লুরিবনো ঐস্থ থঙদে— হ'লবস্থ পাউথুম ফংদে। ঐনা থাজে, মরম লৈরমগনি— ময়াম্না থাজবিরি মহুগী মরম যক্তনা। মতাং অসিদা মাতঙ্গিনী ভৈরবীগী রা পুশিল্লকপা য়াবনি, অহুবু মী অমগী য়াইথনবগীদমক ওই বস্থ অতোপ্পদা মরাল শিবা ঐথোয়গী ধর্ম্মনা য়াদে, অহুনা ঐ মহু পঞ্জরোই। অহুবু রায় মহাশয়গী মফমদা ঐগী হায়নিংবা রা য়াম্না লৈ। মসিনা করিগুম্বা গুপ্পগী তারাদাসতগা ওইরম্লবদি, ঐ মরক্তা চংলমদবা য়াই, মহাক্না মশাগী মম্নোশিং অমদি মশাগী ঙমজবা মতুং ইন্ন' মথোদাং তৌননবা হোংনজবা ওইরম্রবদি, অহুবু ময়াম্না. মক্ক ওইনা রায় মহাশয় মশামক্ক থ্বাংজেং লাক্তুনা লোম্লবি, করিগীদমক্তনো হায়বিয়ু? ষোড়শী মথন্দা নহে, অতৈ নুপীমচা কয়া অমস্থ লৈরি। থুঙ্গং ময়াইদা ফমহনা নুপাহনা অহিং অহিং থুদিংগী

মীওইবগী ইজ্জৎ মাংহল্লি, মতম্ অদুদা কদায়দা লৈবিক্রুবগে শিরোমণি, কদায়দা লৈবিক্রুবগে জনার্দ্দন রায় ? মহাক্না লাইরবগী লৈজবা 'পুস্থা চুপত্তুনা লুপা লিশিং মঙা খে মগৎতুনা লৌখি, মদুদা থবাক্কী ঈ কয়া য়াম্না চুপত্তুনা অদোম্না মখোয়গী লৌ-ইখোল, য়ুম-কৈ বন্ধক লৌদুনা শাগৎপিখিবগে হায়বিযু ? অদুবু অদুবু তোক্লসি, রায় মহাশয়, নচানুপীগা নমহাক্না লেপ্পুনা লৈরি, মখোয়গী মমাংদা অদোমগী পাপ্না থল্লবা অদু অমুক উংলরোই, "

অসি হায়রগা মুসলমান ফকির অদু তুম্মিন লৈখ্রে, অদুবু মাগী অচেৎপা রাকমগী অবোইবা রাইহ থরদু ঙাংবা লোইখি-দুনসু লোইবা নাইখিদ্রে। কনাসু রা ঙাংদে, কা অদু পুমচিক চিকখ্রে, শুপ্নগী কল্লরা খোঞ্জেল অমগী খোন্থাং অমা মাইকৈ মরিগী ফল্লাংদগী থক্লোক্লক্লুনা তংতনা "ওম্বোকপনি, ওম্বোকপনি," হায়রক্লি।

হৈমনা কনাদসু হন্না ফাওবা য়েংলুদে, তুম্মিন্না মরু লুক্না তপ্না তপ্না অতোপ্পা মফমদা লৈথোক্লুনা চংখ্রে অমসুং ব্যাবিস্টর সাহেব মফমদুদা চেয়ারদা নুংবংননা ফমদুনা লৈ।

ফকিরনা ভৈরবীদা অপাম্বনা হায়রকই, "নুপীমচা, ঐখোয় চংথ্রসি।" অসি হায়রগা মহাক অমুক রা ঙাংলমদনা ভৈরবীগা লোয়নদুনা থোকখ্রে। শুমাংদগী মপান্দা থোরকপদা মপালগী থোঙজাও ময়াদা হৈম লেপতুনা লৈরম্বা উরে। মহাক্কী মমিৎ অনিমক ঈরা চেল্লি। মহাক্না পীরাংনা থুমহৎলবা মিৎয়েংনা ফকিরগী মাইথোংদা য়েংলদুনা হায়রকই, "বাবা, ঐগী ইপুরোইববু ঙাকপিযু।"

ফকিবনা ঙক্তুনা হায়রকই, "করিগীনো নুপীমচা ?"

হৈমনা মহুগী পাউখুম পীদনা হায়রকই, "ঐগী ইপুরোইবগা লোয়নহুনা করিগুম্বা আশ্রমদা লাকচবদা উনজবা ফংগদ্রা ?"

হন্দক্তি ফকির নোক্লকই; হ য়রকই, "করিগী উগ্নদনি নুপী-মচা। নখোয অনিগী নিমন্ত্রণ লৈরে, মতম ফংলবদি লাকউ।"

মাপল

মন্দিরগী মরিদা থোক্লিবা বাথোক অহু মতাং অহুনা পাক চেক লোইশিনহিবা য়ারোই হ'য়বা ষোডশীনা মহু মুগ্না খঙই, অহুবু খুদোংথীবনা মাইকৈ অ'দোমদগী অমুক লান্দারক্নি হাযবদি মহাক্তী রাখলনা তশে'না থনড়মদবনি। লম অসিদা লৈরবদি ফকিব মরক মরক্তা অহুম লাকই হায়ব। য়াই, অহুবু নহাল সন্ন্যামক্রদা মহাক চংখিবনি, মরক অসিদা নোংমতা হৌখ্রি, ঙসি অমুক অঙনবমক্রদা ত'লাক লাক্নি হায়বগী মহাক্তী অহুগুম্বা নিয়ম করিগুম্বদম্ভ লৈখিদ্রে। ষোডশী হৌজিক্তা ঈরুজরুরি, হন্নকপগা লুংতিগী শিন্থা লোইশিল্লগা ইমুংদা চংলকই, মতম চাদনা খঙহৌদনা মহাকপু উবদা চিংনবা পোক্লকই। হাথু হাথু খুকম্নগা ফিদা ময়া থারগা লাংতক্লবা খোজেলনা হ'লঃই, "অম্নুক ঙগ্না ?"

মহাক্তা ফমথরগা নোকফেং তৌনবা হোংনরগা হায়রকই, "ফকিরনিদনা, সংসারগী অরা-নুংঙাইগী খল্লুবা লৈতে নুপীমচা,

অদুম ওইনমকম্বু ঙরাং অহিংদি নিংথিদ্রা তুপ্পা য়াখিদে. যোড়শী, হকচাং অসি লৈরিবনা অম্সুম্না য়ারিবনি। কৈদৌঙৈ মালেম-দুং অসিদা তিনখিগনি।"

যোড়শীনা হকচাং নুংঙাইতবগী য়ানি থন্দুনা হ'য়রকই, "করি করম্বা লায়নানা নাবিরিবনো?"

ফকিরনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "মস্তে, ঐগী হকচাং করিম্বু তৌদে। ঙরাং মুংথিল মখোয় ময়াম্না ঐগী থাংপোক্তা থুয়া উকুল তাহল্লে, মমহাক-ইবুংঙো সাহেব অদুম্বু এককডিম্বু লোয়নরকই। মহাকপু মুম্না খঙই অদুনা— নত্রবদি, মহাক্তা য়া কা-হেম্না ঙাংলম্মী। অদু ওইরবম্বু য়া অম-অনিদি নঙোন্দা হংদনা লৈথোকপা ঙমদ্রে মুপীমচা?"

যোড়শীনা হায়রকই, "তাকপিয়ু।"

ফকিরনা হায়রকই, "য়েংউ মুপীমচা. ঐ পাঙলনি, মখোয়গী দেব-দেবীগী ময়মদা ঐনা খঙনিংলুবা চুমদে, খঙনিংবম্বু লৈতে। অদুবু, নহাকপু ঐনা ইচানুপীমক্তি হায়না লৌরি, মথুংমক্তা অমুক কৈদৌঙৈদম্বু চাণ্ডীগী পূজা তৌররোই হায়না খঙহনগ্রব্রা?"

যোড়শীনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "য়া অসি অচুম্বনি।"

ফকিরনা হায়রকই, "অদুবু অম্বুক কুইবসিদদি নহাক্কী অপনবা লৈরক্রা?"

মসিগী পাউথুম পীদনা যোড়শী তুম্মিন্না লৈথোকপ্রে, মতমদুদা মহাক্তা হায়রকই, "নহাকপু পামজিবা মখোয়না করিগুম্বা নহাক্কী অনৌবা শাজং অসিবু ফঙনা লৌগ্রবদি মদুদা পাউথুম করি পীনিংঙাই লৈখিগদগে যোড়শী?"

মসিগীস্তু কবিগুম্বা মওংদা পাউখুম পীনবা হোংনদনা ষোড়শী তুম্মিন্না অদুম লৈ, মতম অদুদা ফকিরগী মাইথোংস্তু থোইদোক্লা শকথম হক্তিনখ্রে, মহাক মশামক্তুস্তু ওাইহাক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "মসিগী মরম হায়দোকপা য়াবা ওইরবদি নহাক্লা ঐঙোন্দা শোয়দনা হায়গদবনি। মহুদা নত্তনা একখড়িনা অমুকস্তু রা অমগা হায। মহাক্লা হায়রম্মী, জমিদার বাবুনা মহাক চল্লকখিগনি হাযনা আশা কল্লা তৌবম্মী। অদুদা নত্তে, দোলাই থাননবা হন্না হন্না তৌবদা মহাক শোয়দনা হল্লকখিগনি খন্দুনা তোকখিবনি।"

হন্দক্তি ষোড়শী রা ঙাংলবই, হায়রকই, "মহাক্লা আশা তৌবা তৌদবগীস্তু ঐনা দায়ী ওইগদ্রা?"

ফকিরনা খুদক্তা মঙক হাইদুনা হাযরকই, "তশেংনা ওইরোই, তশেংনা ওইরোই। অদুবু রাহু তাবা ফাওবদা ফজদনা থোকই, অদুনা পনবনি। ফরে নুপীমচা, থোদোক অদুবু ময়াম্না য়াম্না ফজদনা পুথোক্লরি, মহুগী অশেংবা মরম অদু নহাক্লা ঐঙোন্দা তম্বা য়ারোইদ্রা? নুপা অদুবু নহাক্লা করিগী অদুম্না কনখ্রিবনো হায়বা অসিগী কবিগুম্বা মরম অমত্তা থিবা ফংদেম্লে ষোড়শী!"

ষোড়শীনা অহানবদদি মপুক্তিংদা রাহং অসিগী পাউখুম অমত্তা পীরোই খল্লম্মী, অদুবু অহল অসিগী লাংতক্লবা মাইথোংগী নুংশিহৈবা চানবিহৈবা মিৎ অনি অদু উরুবদা মহাক তুম্মিন্না লৈবা ঙমদ্রে, হায়রকই, "ফকির সাহেব, অনাবা নুপাদুবু জেল চংহনবনা অচুম্বা ওইগদ্রা?"

ফকির ওক্লে. হাইফেং য়াৱোরম্বা য়াই, হায়রকই, "মহ্ন খনবগী খোদাংদি নহাক্কী নত্তে নুপীমচা, মহুদি নিংথৌগীনি। অদুনা মাগী জেলদস্থু হোসপিতাল লৈ, মরাল লৈবা অনাবা মীবুস্থু মানা লায়েংবি। অদুবু অস্থুম্না তৌরবদি নহাক চুমদবা থবক তৌরে হায়বা তাই।"

যোডশী মাগী মাইথোংদা য়েংদুনা লৈ।

ফকির সাহেবনা হায়রকই, "হৌরবদি হৌগ্রে, অদুবু মতুংদদি লানখিবা অসি চুমথোক্কদবনি।"

যোড়শীনা মাগী মাইথোং য়েংলদুনা হায়রকই, "মদুগী অর্থ ?"

ফকিরনা হায়রকই, "নুপাদুগী মরাল অদুগা ৎৎ-নৈবগী ওমথৈ লৈতে, মদিদি নহাক খঙলিবনি। মহাক দণ্ডি ফংবা চুম্লোইদ্রা ?"

হন্দক্তি যোড়শী ফনা কুইরবা ফাওবা তুশিন্না লৈ, অদুগী মতুংদা মঙক হাইরদুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐ পুম্নমক খঙই। মহাকপু দণ্ডি ফংহনবনা ময়ামদদি চুম্লম্বা যাই, অদুবু ঐগী ৱা কনাদস্থু তম্বা য়াবা নত্তে— মাগী মায়োক্তা সাক্ষী পীবা ঐ কেদৌঙৈদস্থু ওম্লোই।"

ফকিরনা হায়রকই, "করি ৱাফমগীনো যোড়শী ?"

যোডশী মাইথোং লুক্লপ্না লৈগ্রে অমস্থুং ফনা কুইরবা ফাওবা কনাগী মচিন্দগীস্থু ৱাহৈ অমত্তা থোরক্ত্রে। মীনাই-নুবী হনুবী থবক নোম্বা লাক্লে, থোঙজিল ময়াদা মাবু উবদা

ফকিরনা মপুক্লিং ফাথরগা খোঙ্গেল তপ্না হায়রকই, "অহ্ ওইরবদি ঐ হৌজিক চংলগে।"

ষোড়শীনা শুপ্নদগী মরু লুক্না নমস্কারদং তৌরকই; মহাক তপ্না তপ্না মপান্দা থোকপ্রে।

মহাক্কী ঈংতৃনতা লৈরবা মাইথোং পীশুম শুক্না মকশিন-খিবা অহ্ ষোড়শীনা নুমিৎ চুপ্পদা থবক-ইশ্মাং পূমমক্কী মরক্তা হেক হেক নিংশিংলকপদদা নত্তে, হায়দোক্কবা রা মহাক্না খুদক্তা ফাথরগা তুম্মিম্না থোকখি, মহুস্থ মওং কয়াদা ছন্দ কয়াদা মাগী নাকোংদা য়ৈররি। মহাক্না ময়েক শেংনা উবগুম তৌই, সাধু ওইবা নুপা অসিনা চানবিবা নুংশিবিবা অস্থুক কুইবসি মঙোন্দা হৈথরম্লিবহ্ তাংদাংবা কন্নিস্থ খঙম্রবস্থু ঙসি মহুবু খোমজিল্লগা পুহ্না চংপ্রে। মাংজবা অসে কয়া চাউবগে হায়বা অহ্গী চাং মহাক মশানা নঙনা কনানস্থু মহুবু থোইনা খঙলোই। অহুবু অহুম ওইনমক মহুবু অমুক হন্না ফংননবগী লন্থী অমঙা মাগী মমিত্তা উদ্রে। মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী ইতিহাস কনাগী মফমদস্থু তমথোকপা য়াদে, অহ্দা নঙনা ফকির সাহেবকী মফমদা ফনা চাউবা ঈকাইনিংঙাই রাফম ওইজরসন্নু, ঙসি মহাক্কী মমা অহুবু লাইরম্লেন্দগী তাইবংপান পূমমক্কী মাংদা লন্থীগী উফুল্লক্তা তশেংনা চিংথহ্না পুথরকপা তাবনি। অহুগা মতাং অসিদা লোইশিনবা য়াগদবা নত্তে। মপুরোইবা শোক্লবা শম্নবা ভৈরবীদি শুপয়া য়াদে। যুগ কয়াদগী তমথীরবা অকনবা য়াথং অসি

ঙাক্লা মখোয়না চৎপা তারক্লিবনি। মরম অদুনা অক-কক্তা ওইনিংবা ওইজসনু, জীবানন্দগী ক্ষমজিন্দা কমদুনা অহিং অমা মহাক্লা মখুংমক্লা মহাক্কী সেবা তৌবা তাখি, খুৎ অদুনা অমুক দেবীগী সেবা তৌবা য়াদে হাযবসিদি চিংননিংঙাই লৈত্রে, অদুম ওইনমক মফম অসিদা দেবী অসিগী লাইমাংমক্তদা তারাদাসনা মহাকপু শাগে জাত খঙদবা নুপা অমদা কথোকখিবা মতমদুদা মহাক্লা কবিগুম্বা মঙংদস্থু য়ানিংদবা অমত্তা উৎখিদে অমস্থুং পূন্নমক খঙলবস্থু মহাক চিংনবা লৈতনা অস্থুক কুইবসি ভৈরবী ওইরক্লি, মসিগী পাউখুম ঙসি কবিগুম্বা শাউববা হিন্দু সমাজ পূন্নমক্কী মফমদা পীবা তারবা, অদু ওইরবদি মহাক করি ওইগ-দগে হায়বা মাগী য়াখলনা লাম্বা ফংদে। অদুগা মসি পূন্নমক অসিদি মাইকৈ অমত্তগী য়ানি, অদুবু মাইকৈ অমদুদি মহাক্লা খঙবা ঙম্বগী য়াংমদনি, মফম অদুদা করি ওইগদগে হায়বা মহাক্লা মদু কবি খঙগনি! নোংমা মখোয়গী লুহোংববু গুপ্পগী ফাগি তাহন্দুনা চংখিবা জীবানন্দ অদুনা কবিগুম্বা ঙসি ইতিহাস 'পূম্বা অসিবু শাজিনবা য়ারীনি হায়দুনা নোকথোক্লুনা তোকপ্রবদি মতমদুদা মদুবু অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পীবা তারবদা মহাক মশা নত্তনা অনিত্তবা অহিংবা মী অনমুক লৈত্রে।

ইমুং-মমুংগী থবক্কী মরিদা য়াণী-মাগী রা অম-অনিগী পাউখুমদা যোড়শীনা করি হায়না খুমখিবগে মদুগী অরেপ্পা লৈতে। মন্দিরগী পুরোহিতনা করিনো থোইদোকপা য়াথং অমা লৌবা লাকপদা রাখল ফুম্বংনরিবা ভৈরবীগী মফমদগী য়াথং

করি ফংখিবগে হায়বহ্ মুম্না খঙবা ঙমদে। লুংত্তিগী নিয়ম মতুং ইন্না পূজা-অহ্নিক তৌবা ফম্না ঙসিদি ষোড়শীনা কবিগুম্বা মওংদস্তু মপুক্লিং চংবা ঙমজ্রে, অদুম "ইনমক মাগী থম্মোয় শিন্না ককঙাওনখিবা অমস্তুং তথক্লিবা অহ্নগী অরেপ্পা শক্তমম্তু মহাক্না খঙজবা ঙমদে— গুপ্নদগী মযেক শেংদবা হায়দোক্তবা রাহৈ কয়ামক্রুমতনা অযুক চুপ্পা অর্থ য়াউদবা চোইরোলদা মহাকপু থৌ চিলহন্দুনা থম্মী। থোং-থাক্লবা মপোং-মচৈ তাহুনা লৈ, মহাক চাকশঙদা চংলু:দ্রে— অসিগুম্বসিদা মহাক হৈনিংবা পোক্লে। মতৌ শস্তুম্না নুমিং চুপ্পা কদায়দগী কমদোহ্নলো হৌগ্রে, মওং অমগী নোং মতুম্না নীংথম থাগী নুমিদাংবাইবু মতম চাদনা থেংজিলহল্লে, মতম অহ্নদা মহাক মতোমদা ইমুংদা লৈবা ঙম্লত্তুহ্নুনা খঙহৌদনা মপান্দা থোবক্লে অমস্তুং ফকির সাহেবপু নিংশিংলক্লুনা বাক্লইগী রাংমদা মাগী আশ্রম তম্না থোঙশানগ্রে। অসিগুম্বা নুমিং কয়ানি হৌখ্রে মহৃদি, মহাক্না খরা চংলগা মাগী প্রজা বিপিন নত্তগা দিগম্বরবু মখোয়গী মযুমদগী কৌথোক্লগা চংমিন্নখিবা ; অহুবু ঙসিদি খুল্লকী লম্বীদা চংতুনা মখোয়বু কৌথোকলুনবা থৌনা ফাওবা মহাকী লৈখিদ্রে, খল্লুবস্তু লৈতে— মথন্দমক লমহাংগী লম্বী মতুং ইন্না তুরেল তম্না হাথু হাথু চংলি। বা পুন্নমক হাংদুনা লৈহৌই হান্নবা ফাওবা নিংশিংখিদ্রে।

লম্বী অসি থোইনা লাপ্পে, ক্রোশ মথায় অমগী মনুংদা ওইগনি নিংই ; অদুগা তুরেলস্তু অহুক হাক্লা চাউহ্নুনা মতম

অসিদা অপনবা লৈতনা লাম্থোক্লুনা চংপা যাবোইদবা নত্তে, মরম অদুনা হৌনবক্রবগী মতুং ইগা মাইকৈ অসোয়মদা চিংনিং-ঙাই কবিস্থু লৈতে। হন্নকপা ব্রাফমদি অমুক্তং খল্লকই, অদুম ওইনমক কবিগুপ্তা সন্ধা মতং ওইবক্লুনা নমশিনথ্রবদি ফকির সাহেবনা কবিগুপ্তা মগুংদস্থু মতোমদা থদোক্লবোই, কবিগুপ্তা। উপায অমদি শোয়দনা তৌবর্বনি ক ২০। মগী থম্মোয়দা থাজবা লৈমাল্লে। পুক্নিংগী থিভম অসিমক্লা মহাকপু মা তাদবা থোইদোক্লা চিংবা লেঙেইগী লম চুংবলগা ডেকবান্দা সংগা। ফনা ওইশিল্লক্লনস্থু নীংঙ্‌যবা লৈহন্দে, বানহৈগা কংনদা চুমদি লাওনা মনা পুলবা থে নাং বট মখোঙনা সাথৌ আশ্রমদা থুংলরে অমস্থুং অহানবা উবস্থুদা ভশেনা ভৌঙব-মাইচক্লগা, উরিবা মহাক অহু ফকির সাহেব নত্তে, বাব মহাশয়া মহাক-নুপা ব্যাবিস্টর সাহেবনা। ঙাস মহাক্না মখেং কোট-প্যান্টগী মগুম্বা ইচম-চম্বা বাঙ্গালী ভদ্রলোক্কী মতৌ যম্মচিবা। শেংলহন্না। মহাকস্থু তশেনা নহুগীদমক শেন-শাহোবা লৈতে, বাব লোয়নগে পাক খনবা থোক্লুহনা ওইবনাল্লে শুপ্লদগী হৌনবগী মতু হন্না চপ লেপ্লুনা মও অমদা নমস্কাব তৌববঃ।

ভৈববীনা মাইকৈ মরিদা অমুক্তং লেপ্লুনা যেংলগা খোঙ্গুল পিক্লা হংলকই, "মহাক্তি কদায়?"

বস্থু সাহেবনা হায়রকই, "ঐগীস্থু ব্রাহং খঙদে। অনকপদা কদাযদনো চংথোকখিমাল্লে খন্দুনা ঐস্থু পুংখায় অমরোম যাবক্লে ঙাইরক্লিবা।"

ভৈববীনা মঙক হাইরহুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "মহাক সন্ধ্যাগী মতমদা কদাযদস্ন লৈথোক্তে, হৌজিকমক য়ৌরক্লগনি নিংই।

বস্থ সাহেবনা হায়রকই, "মফম অসিদা লৈরবদি মহু মাগী নিযম ওইবস্না য়াই, ঐস্থু অহুম্না তারকই। অহুন্ন সন্ধ্যাদি ওইরে। আতৈয়াগী যিভমস্থু থোইনা শেনে।" হায়রগা মহাক্না লমহাংলোমদা যেংলকই। যোংডগী মাগী মিংযেং মতুং ইন্দুনা মাংকে অদোমদা যেংহনা তুম্মিন্না লে।

নোংচুপ্লেনদা মতমহুদা অমুবা লোং মতুম মতুম তপ্না তনা শতরক্তুনা পেরাবা। চিক্লবা মা ভাদবা লমদম অসিগী চকুমদা অস্থুম অস্থুম মমশিল্লক্লিবা থমম্বদা লেঙ্গবা মবানিমক কনাস্থু ভাতহাঙি বা ভাংননবা ব। অবঙা থিবা যনক্রে, অহুম ওইনমক ফজদবা ফিভম অসিদা মখোয অনিমক কমদোননো নিংজিং-মাংজিনবগুম তৌরকই। অহুগা তুম্মিন তুম্মিন লেবগী ফজদবা মওং অসি কোকহল্লবগীদমক্তা ওইবমাল্লে বস্থু সাহেবনা খঙহৌদনা হাযবকই, "হয়ে ঐ চংলগনি, খুনা অমুক লাকপা ভমগদ্রা ভম্লোইদ্রা খঙদে, অহুবু ঐহাক যবিংগা অমুত্তং উন্নবনদনা চংপা হৈমনা শুপথা য়ানিংদে অহুননি অহুবু মহাক বদাযদনো চংখিরক্লোইদ্রা?" অসি হায়রগা মহাক খোঙথম অম-অনি থাংজিনখ্রে, অমস্থং খোইনা লাপ্তুনা লেরিবা থাংপোক্তা চংশিল্লগা থোঙদা মঙক লিংশিদুনা য়েংলগা হাযবকই, "নিংথিনা উবা ফংদে, অহুবু বদায়দস্থু করিস্থু লৈরমগনি হায়না নিংদে।

মুসলমান ফকিরশিংনা ফুঙ্গা হৌনত্রা হৌনদত্রা খঙদে, অদুবু অদুগুম্বা অমদা ঈশিং হৈজিন্দুনা মুখৎলম্বা ওইরমগ্লে নিংই। ইবেম্মা অমুক্তা য়েংবিরো, ঐ ইমুংদদি চংনিংদে। অদু ওইরবদি অরেম্বদা ঙাইরুবগী কান্নবা অমত্তা লৈতে।" হায়রগা মহাক যোড়শীদা য়েংলদুনা হন্দোবক্লে।

বা অসি তাবমক্তদা যোড়শী থম্মোয়-নুংদা তিং পাল্লবে, অমস্তুং মহাক লৈবা লৈতবা থিজিল্লুদ্রবস্থ তশেংনা মপুক্লিংদা খল্লকই, সংসারদা মাগীনি হায়বা য়াইকনবা. খনবিবা অমত্তুং লৈবা মহাক অদু ঙসি তুম্মিন্না চংখ্রে. অদুগা মন,-মনিল নাইদনা চংখিবগী মরম তাইবংপান্দা মহাক নত্তনা অতৈ কনানস্থু খঙদে. যোড়শী চাবি থারগা চৎপা লাইখিগী মতৌগুম ফকিরগী খাংপোক মনুংদা চংলক্লগা লময়াইদা নুংবংননা লেপ্লরে। কদায়দস্থু করিস্থু লৈতে, য়ুম মচা অসি ঙসি তশেংনা পুমহাং ফাংলে হায়বা মহাক্তা চংলকপগা লোয়ন-লোয়ননা মমিন্না উরে. অদুবু মদু ওইরবস্থ মহাক খুদক্তা মপান্দা থোকপা ঙমদ্রে। মাগী থম্মোয়দা বাকম অমনা ঙংদুনা চাকখৎলক্লে, তশেংবমক মরাল লৈরে হায়না লৌদুনা মহাকপু থাদোক্তুনা মহাক চংগ্রবনি, অদুগা মদু খজিক্তা খঙহল্লম্বগী কান্নবা লৈতে হায়না লৌগ্রবনি। মফমদুদা নুংগী মুত্তিগুম লেংদনা লেপতুনা মাগী বা কয়া নিংশিংলি ; ফকিরনা মহাকপু কয়াদা মুংশিবি, মদু মঙোন্দগী হেন্না কনানা খঙদগে ? অদুম ওইনমক মহাক্তা করিস্থু খঙদনা মরাল লৈবগী মীচং চংদুনা খৎনখি, ঈকাইবা অমস্তুং মৈচাক অসিনা অদুম্বা

চংপা সন্ন্যাসী অদু মতৌ অস্তুম্না ওসি মফম অসি থাদোকপা তাখিবনি, মসি মহাক্না চিংনবা লৈতনা লৌশিনবা ওয়ে. অমস্তুং মেচাক্না লোযননা মহাক্না তুম্মিন্না বিদায লৌখিবা অসিগী থুপ-চান্নরিবদু খঙবদা কুঃনা থোক্লে। অদুদি ওইরগা অচুম্বা রাযমদু খঙহন্নবা খুদোং ক দাউঙে ফংগদগে, নত্রগা বরিগুম্বা ফংখিগদ্রা ফংলোইহদ্রা মহুস্তু তুংগী হবে ম্নুংদা ওসি মপুং ফানা লোংত্রে। মতৌ অস্তুম্না অদুম মতম যনা বুঃনা হৌত্রে, অমস্তুং অমুক্না ফনা কুত্তনা লবস্বা যাই, খঙহৌদন থোঙদ। ফাওভিল্লক্কুনা ইমুংদা পু শিং খঙলম লমজিল্লকপদা মহাক জ্ঞান তারক্লে, মপান্দা মী অমনা হাজিক যাওবা মহাকপু ওাইরম্বা য়াই। অদুবু চৈবক অসিদা অতিযা শিন্না নোং মলক্কুনা অস্তক হাক্না মমশিল্লম্বা য়াই অমস্তুং নোং-নুংশি অকনবা লাক্কনি, মনিস্তু মহাক্না খল্লুদে। মপান্দা থোবকপদা উব, থোইন লাপ্পুনা অকংবা উকক অমদা বস্তু সাহেব ফমত্নুনা লেবস্মী. মহাকী অচৌবা ফিজোল নত্তুনা অতৈ করিস্তু উদবগুম তৌই। মহাকপু মতৌ অস্তুম্না তশেংনা ওাইবম্বা উবদা ষোড়শীগী মপুক্কিংদা থোইদোক্ল নুংঙাইজদবা অমা ফাওবকই।

সাহেবনা হৌগংতুনা লেপ্লগা হাযরকই, "কদায, ফকিরদি হৌজিক ফাওবা লাংক্লে, লাকপিগনি হাযনা থাজবিববা?"

ষোড়শীনা খোঙেল যাম্না তপ্না খুম্নকই, "কনানা খঙগনি, ফকিব লাক্কবস্তু যাই।"

বস্তুনা হায়রকই, "ফকির সাহেবকী মপোৎ-মচৈ করি করি

লৈবগে ঐ খঙদে, অহুবু মাগী য়ুমদি পুমহাং হাংই— অস্মুম্না ইখঙ-খঙহৌদনা হেক্তা চংখিবসি ওইথোকপনি খনবিবরা ?"

যোড়শীনা অতুম তপ্না তপ্না অমুক হায়রকই, "শুপওই ওইথোক্তবা নত্তে। অস্মুম্না খঙহৌদনা মরক মরক্তা মহাক কদায়দনো চংলি।"

"অমুক নুমিৎ কয়ানিদা হল্লকপগে ?"

"অরেপ্পা করিস্নু লৈতে। হন্দক্তি চহি অহুম্লোমগী মতুংদা হল্লকপনি।"

বস্মুনা হায়বকই, "অতু ওইরবদি চংলসি, ঐখোয় য়ুমদা হল্লসি।"

"লেংলসি।" হায়রগা যোড়শীনা চংপা হৌবমক্তুদা বস্মুনা হায়রকই, "অহুবু চংপগী খুদোংদি চপ চাবে খঙলে। লৈঙোইগী লমদমসিদদি লম্বীগী খুদম ফাওবা লৈত্রে, মসিগী মখক্তা মম্বনস্নু ইশাগী খোঙ-খুং ফাওবা উজবা ফংদে।"

যোড়শীনা তপ্না তপ্না চংপা হৌরকই, কবিস্নু হাযদে।

বস্মুনা হায়বকই, "নুংশিংকী মখোল্লনা খঙবা ঙমদ্রে, অতুগা নোংস্নু তারে। উরুম লাম্থোকপগা চোংলগনি।" বা অসিদস্নু যোড়শী বা ঙাংদে, মতম অতুদা বস্মুনা হায়রকই, "য়েংবিয়ু, লম্বী-থোং ঐদি করিমক্তা খঙদে, অতুদা নত্তনা লমদম অসিগী লিন-মুং য়াম্না কীনিংঙাই ওই হায়না তাই। অকীবা ফংনা মম্বা অসিদা—"

যোড়শী লেপ্লে, চংনা চংনা হায়রকই, "ঐ লম্বী খঙই। ঐগী তুংদা লাকপিয়ু।"

বস্তু সাহেবনা হায়রকই, "খঙহৌদনা লিন্না চিকপা তারবদি ইবেম্মদা থোকসনু। মহু ওইবা য়াই! ইবেম্মদি সন্ন্যাসিনীনি, য়াকম অসি ইবেম্মনদি হায়বস্তু ঙম্বিগনি, অদুবু ঐগী লুরিবদি অসিনি ঐস্তু নুপানি। তশেংনা য়াকমসি ইবেম্মনা কনাদস্তু তম্বি-য়াই খঙজে, কৈমদা ফাওবা তম্বিরোই, অদুবু মহু ওইরবস্তু মহু চপ চানা ইনবদি ঙম্মোইদৌরি।"

হন্দক্তি ষোড়শী চপ লেপখ্রে। অমম্বদা উবদি ফংদে; অদুবু সাহেবকী য়া তাবদা মহাকস্তু নেংক্লিংলক্লে। মিংকুপমুক ভুম্বিন্না লৈবগা হায়রকই, "অহ ওইববদি কমদৌসি হায়রিবনো ?"

সাহেবনা হায়রকই, "হায়বা লুই। অদুবু খন্নদ্রিঙৈদা হায়না নাং চোংপা তারে। খোংনাংনা নোং খনবা অমুক ঙমদ্রে।"

য়াসি অচুম্বনি। মরমদি, মথক্তগী নোংলিক চাউনা পোপ পোপ তারক্তি। ষোড়শীনা হায়রকই, "অদোম থোইদোক্তহুম য়ুম অসিগী মনুংদা ঙাইহাক্তং নোং থুম্বিরু, ঐ কৈমদা পাউ পীহুনা মী থারক্তবা শিল্লুবগে! ঐদি হৈনরে, নোং অসিনা থোইদোক্তা মাংহনবা ঙম্মোই।"

সাহেবনা হায়রকই, "থোইদোক্তা ফজবা য়াকম্মি। মরমদি, বাঙালীনা সাহেব ওইবদা ওইবা মওং অহ ইবেম্মা মুন্না খঙই হায়বা উজরে। অদুবু ঐগী মরমদদি ঙসি লানবা খজিক্তং লৈরে। হৈমগা লৈমিন্নবদা ঐহাক মনুংগা মপালগা হৌজিক ফাওবা মপুং ফানা অমত্তা ওইশিনবা ঙমদ্রি। প্রস্তাব অসিস্তু চংমদবনি, মরম ঙসিনা চংপদা লেপ্লে। লেংলসি।"

উথা থাদোক্তুনা মপান্দা থোরকপমক্তদা চংপা ওইথোক্তবনি হায়বা মখোয অনিমক্না খঙলে। মরমদি, অবনবা মুংশিংকা লোয়মনা তাবরিবা নোংলিক্না হকচাংদা থারবদা য়েংতুম্না থিনব-গুম্নদা নত্তে, ভাইহাক্কী মমাংদা উফুল মপৈ মপৈ অতিযা মম্না হুমগংখিবতু নোংনা চোংহন্দুনা লৈমায়দা তারক্লিবমখৈ মিং পাংহনা চংপা ওইথোক্তে।

তুম্মিন্না চংলিহৈদা খঙকৌদনা তংলে মদগী মখোল অমা ত 'রক্তুনা ষোডশীনা চপ লেপ্লগা হাযরকই, "শোক-লাক্তেদনা ?"

বসু সাহেবনা করিগুম্বা মওং অমদা হৌগংলগা হায়রকই, "শোক্তে, অদুবু খঙবদগী হেন্দোকপদি নত্তে। আলোক থানা মিং মরি শুই হায়বা য়াই, অদুবু উবগী শক্তিদু মরি থোকপগী অমগুংদবু লৈরবদি ফগদবনি। লেংলসি।"

ষোড়শী চক্তে, মিংকুপ অমা তুম্মিন্না লৈবগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নিংথিনা উবা ফংবিদববা ?"

বসুনা হায়রকই, "অচুম্বনি।" অদুগী মতুংদা নোকফেং তৌরগা হায়রকই, "ইংরেজী লাইব্রিক ময়াম চিনক্না পুদুনা সাহেব ওইমনবা হোৎনবা তাখি— মদুগী দক্ষিণাস্থ মখোয়না নিংথিনা চাউনা লৌখি। অদুবু মদুনি হায়রদুনা অমুক লেপতুনা চোংহনবিরমু— চখংপিরো ; মিং অনি উইশিল্লগা উবা অদুক ঐ উবা ফংই, মসি ঐনা ইবেম্মদা তশেং তশেংনা হায়জবা ভম্মী।"

ষোড়শীগী খোঞ্জেল মীনুংশিনা থোংলক্লে, হায়রকই, "অদুদি হুরেল লানবদা অদোমদি য়াম্না রাক্লগনি।"

বস্নুনা হায়রকই, "মহু তাংদাংবা খঙদে। অহুদা তুরেল লান্দ্রিঙৈগী মমাংদস্ু খোইদোক্লা নুংঙাইবা নত্তে। অহুবু অহুনি হায়হুনস্ু লমহাংদা লেপ্লুনা লৈবনস্ু অৱাবা কোকদবা নত্তে।"

ঘোড়শীনা খোঙফম অমা থাংজিল্লগা হায়রকই, "ঐগী খুং পায়হুনা তপ্পা তপ্পা লাকপিয়ু।" অসি হায়রহুনা মহাক্লা মখুং তিংথোরকই।

শকখঙদবা নুপী অসিগী শাজং অমস্ু মরিংজেল উবদা ঙাংবা হৈরবা ব্যারিস্টর ঙাইহাক্তি ঙকপনা খম থেংখ্রে। অহুবু মহু ঙাইহাক্তগীনি। অহুগী তুংদা তিথোরক্লিবা খুং অহুদা মহাক্লা ৱা ঙাংদনা মতেং লৌরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "লেংলসি। হন্দক্তি তশেংনমক মিং উইশিল্লগা চংপা ঙম্মগনি।"

ঘোড়শীনা মসিগী পাউখুম অমত্তা পীদে। মবানি তপ্পা তপ্পা খরা চংলগা বস্ু সাহেবনা ইখঙ খঙহৌদনা হায়রকই, "ইবেম্মগী মফমদা নুমিং অহুদা ফজবা ব্যবহার তৌখিদে। মহুগীদমক ঙাকপিয়ু হায়জরি, ইবেম্মনা ঐবু ঙাকপিবা তাই।"

ঘোড়শীনা ৱা অসিগী পাউখুম ওইনস্ু করিস্ু হায়দে, তুম্মিন্না অহুম তপ্পা ভপ্পা চংলি।

বস্নুনা হায়রকই, "ইবেম্মদি হৈমগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ্নি।"

"নুমিং অহুগী ঐগী শাজং ওইনিংবা ওইবসনু, ঐবুস্ু য়েক্লবমক্তি হায়না পুক্লিংদা খনবিরুস্ু।" হায়রগা মাগী মখুত্তা তপ্পপ্পা খংপায় পায়শিল্লকই।

ষোড়শী থাঙ্গৈশেংনা চঙক্লখ্রে। বসু সাহেব মশামকসু ডাইহাক তুম্মিন লৈরগা অমুক হায়রকই, "মখোয়না ইবেম্মবু তবায় তরায় থাদোক্কনি নিংদে। কেশ ফাওবা তৌরবা য়াই। ফকির সাহেব তশেংনা চৎখিরম্বা য়াই, ঐস্মু লরদবা য়াই"

ষোড়শীনা করিসু খুমদে। মহাক মশামকসু হাইফেং তুম্মিন্না লৈরগা অমুক হায়বকই, "ইবেম্মা নশানা দেবীগী পূজা অমুক তৌররোই হায়বিখ্রে, মসিবু শাউত্নবা।"

ষোড়শীনা হন্দক্কি পাউখুম পীরকই, হায়বকই, "নত্তে।"

অদু ওইরবদি মসিগী করিগুম্বা মরম অমা তশেংনা লৈব্রা?"

ষোড়শীনা য়াহং অসিগী পাউখুম পীদে, অ১ বা ডাংলকই, হায়রকই, "ঐখোয় হৌজিক ভুবেল যৌরগে, খবা চেকশিন্না কুমথবিয়ু।"

মসিগী মতুং ফনা কুইবা ফাওবা মখোয় বা অমত্তা ডাংদে। ষোড়শীনা যত্তন তৌনা চেকশিন্না মহাকপু ঈশিংলা থাকপিবে। লাকপা মতমদদি সাহেব খোঙউপ লৌখোক্লগ লাল্লকপনি, অদুবু শাথীনা মম্লবা অসিদা অদুক থৌনা ফকবা ঙমদে, লৈরিবা মওং অদুদা অদুম য়াংমদা কাখংখ্রে। পেনবগী নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "তমথীরবা খুদোংথীবা অমদগী নাননখোক্লে, হিংলেদনা।"

অচৌবা খুদোংথীবা অসিদগী লাম্থোক্লগনা সাহেবনা থোইদোকহেন্দোক্লা অরাবা কোক্লবদা হায়রকই, "পূজারী অমবুদি লৈ,

অহুবু পূজা তৌবা ইবেম্মগীস্থ থৌদাং মন্নুং চল্লিবনি। অহুম ওইনমক ৱাহং অহু ইবেম্মনা থুপচান্নবিব্রে। সোমদা তমথীববা ল'কউম-ফ'উমত্রবা শয়তান জমিদারহুবু কনবা ইবেম্মগী থৌদাং নত্তে, মাবু কনবিখিবা উপায় মওং অহু থাজবা উমদবদা নত্তে, উক্লা থোকই। থৌদোক তনিসি অস্তুক্কী মথং খঙ উমদে মহুদি, খুঙ্গংগী মীনা খঙদে হায়হুনা মখোয়বু ৱারোক্লুবা য়াদে।"

ষোডশীনা খোঞ্জেল পিক্লা অহুম হায়রিবা অসিগী পাউখুম পীহুনা হায়বকই, "ঐ ৱারোজদে"

বস্তুনা হায়রকই, "ৱারোদবা? মহুস্তু অঙকপ ন। ইবেম্মগী বাবাগী শাজংনা খনুকস্থ হেৎলা উকই। হৈমনা হায়রম্মী— অহুবু হৈমগী ৱা হৌজিক থম্রসি। অহুবু ঐনা হায়জনিংই, মখোয়না শিবিবা মরাল পুম্নমক অহু কবিগীনো শুগায়না হায়বিয়ুদনা? মহুদা চংনবা য়াবা ৱা কয়া য়াম্না য়াউবগে ঐ খঙদে, অহুবু মহু ওইনিংব, ওইসনু, নুপীগী ফজবা মিংচংপু থৌওইক্লুদব যাবা পোং নত্তে।" অসি হায়রগা মহাক্লা উাইহাক তুম্মিন্না লৈহুনা পাউখুম উাক্টবকই, অহুবু ষোড়শীনা করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীরক্রুবা মতম হুহুদা শোর মপী অমা শাংনা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "খঙলে, মিংচং ফজবা থীবা অসিগী মরিদস্থ সাধারণ নুপীগী মতৌগুম ইবেম্মদি থোক্টদোকপা কোক শাবা বরিস্থ লৈতে। অহুগা ইচম-চম্বীস্থ ইবেম্মদি নত্তে। অহুদা নত্তুনা তুম্মিন্না য়ৈশন্দুনা লৈবগী অথাংবনবা— মসিস্থ অঙকপনি। থাঙ্গৈশেংবমক ইবেম্মগী পুম্নমকসি অঙকপগী অঙকপা উাক্তনি।"

অসি হায়রগা ঙাইহাক্তুং তুম্মিন লৈরগা হায়রকই. "নুমিৎ অদুদা অমুকথক্তুং ইবেম্মবু উখিবা অদুতনি, অদুগা ঙসি খুৎ শম্নদুনা চংলিবসিনি। চংজকম পীবিবিবা মহাকস্ম ঐগী ইকমদদি অমম্বনি, অদুগুম্না চংডকম লৌরিবা মহাক অদুস্ম অদুম্না অমম্বনি। অদু ওইরবস্ম অকীবা পোক্তুনা চিংনবা লতনা চৎমিন্নবদা অপনবা করিমত্তা লৈতে। ইবেম্মবু ঙক্তি তোদনা লৈথোক্তবা উপায় লৈতে।" অসি হায়রগা ঙাইহাক অমুক করিগুম্বা রা অমা ঙাইদুনা লৈক্তরগা খঙহোদনা হায়রকই, "করে, ইবেম্মদি সন্ন্যাসিনীনি। ঐগী ইকুবোক্তা মনিং ফনা তৌগে তৌজসনু. অদুব্ব সম্পত্তিগীদমক কেশ-নুং তৌনবা ইবেম্মগী অপাম্বা লৈবিরিবরা ?"

ষোড়শীনা খুদঙ্গা রা ঙাংলকই, "অপাম্বা করিস্ম লৈত্রে।"

"অদু ওইরদি ?"

ষোডশীনা হায়রকই, "করিমত্তা চিংনবিক্তনু ; উপায় লৈজদবী পাঙ্গল শোনবী নুপীগী লাইবক্তা মতম চুপ্পদা তম্নক্লিবদু ঐঙোন্দস্ম মহুদগী তায়োম্ননা করিস্ম থোক্লোই।"

রাইহগী কোচিদুনা বস্ম সাহেবতা যুরবে, অদুবু মহাক্তা রাবস্ম তৌদে রাদবস্ম তৌদে। অদুগী মতুংদা মবানি রা ঙাংদনা চৎলি। নোং অমস্মং নুংশিৎ অমত্তা লেপ্ত্রে হায়বা রাই, অদুবু খুঙ্গং মনুং চংলকপদা নোং-নুংশিৎ রাম্না তপথরক্লে, অমস্মং লম্বী থেকচিন্নবদু য়োরকপমক্তদা নক্তপ্না লৈরিবা সনাতন মাইতিগী য়ুমদগী লাকপা মৈঙালনা মবানিগী মমিৎতা ক্তরক্লে।

অমুক্কস্থু খরা চংলগা ষোড়শীনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "হান্নগুম মমন্ত্রে, লম্বী অসিগী মতুং ইন্দুনা চংলবদি রায় মহাশয়গী খোঙ্গালদা পোপ তাগনি।"

"অদুগা ইবেম্মদি ?"

"ঐগী লম্বীদি মখারোমদা বাগান ফাওদুনা চংখ্রিবা অসিনি।"

বস্থু মখুং থা.দাক্নে, হায়রকই, "মীগী মচিন্দগী তাঞ্জে, ইবেম্মা খোইদোক্লা লাইরিক হৈ, ঐ ইশানস্থু কয়া য়াম্না মুন্না খঙলবগে মতু পল্লুবগী কান্নদে। অদুবু মসিদগী হেন্না খঙনবা কৈদোঙ্গৈদস্থু অমুক লাইবক্তা তম্লদবা য়াই, অদুবু ঙসিগী খোঙচং অসিগী নিংশিংবদি পুন্সি চুপ্পা য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা ঐহাক্লা কাউজররোই।"

ষোড়শীনা নোকফেং তৌনা হায়রকই. "অদুবু, শুপ্নগী মসিখক্তং অসিবু করিগুম্বা কনাগুম্বনা মপান্দগী য়েংলম্লবদি মহাক অদুগা অদোমগী মতকা চানরোই।"

সাহেব মপুক্লিংদা চঙক্লরক্লে। অদুগী মতুংদা পায়রিবা খুংতু অমুক্তং খংপায় পায়শিল্লগা থাদোক্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নত্তে. মসি শাজিন্দুনা ঙাংবা রায়ীগুম তাগনি। অদুনা মসি নৈখায়দুনা ফজহন্দবগী মতুঙ্গা তুম্মিন্না লৈবনা ফৈ। অসি নত্রা ?"

ষোড়শীনা মসিগী পাউখুম পীদনা হায়রকই, "ঐগীদমক ঙাইদুনা য়াম্না চোংহনবিরে, অরাবা য়াম্না নংবিদ্রে— অমুক অদুম তৌবিরনু। ঐস্থু চৎচরগে।"

বস্থুনা হায়রকই, "রাকম অসিনা ঐবু মতম কুইনা থলহল্লবা য়াই। হয়েং ঐখোয় চৎলগনি—হৈমদা হায়বিনিংবা পাউ লৈত্রা ?"

যোভশীন। মিংকুপ অমা খল্লগা হায়রকই. "লৈতে। মচা-নুপাদা আশীর্ব্বাদ তৌবকই, করিগুম্বা তম্বিনিংলবদি মসিখক্তংদি খঙহনবিযু" অসি হায়রগা মহাক করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা ঙাইরমদনা উমংগী অমম্বা লম্বী মতুং ইন্না চংখিহুনা ঙাইহাক্তদা উবা ফংখিদ্রে।

সাহেব মকম অহুদা নুংবংনবগী মতৌগুম ঙাইহাক চপ যুংনা লেপতুনা লৈ। নমস্কার ফাওবা তৌহৌদ্রে - উন্নবা চংলুরিবা কবির অহুদা নমস্কার তৌজরকই হায়বা ফাওবা খঙহন খিদ্রে। অহুগী মতুংদা মশাগী লম্বী মতুং ইন্না তপ্না তপ্না চংলকই।

## তরা

বস্থ সাহেব নুপী মপামদা চংলক্লে, মতম অহুদা মহ ক্লীদমক ইমুং হুপ্না থরায় রানবগী ঈরাং অমা লৌবম্মী। ইমুংদা অমম্বং মপান্দা অরৈবা অকবা অমদি অকাম্বা লালটেন পুংমক খোমগংলম্লে, অহুগা প্রলয়গী অহিংসিদা মসি পুম্নমক্সি থবক্তা শিজিন্নবা য়ানবা হোৎনবদা ইমুং হুপ্না হুমাং তানরি। মীনাই-মীশল অমম্বং মরি-মতাশিংনা খোঙচৎ তসিগী কাংবু অমা শেম্লম্লে, অহুগা রায় মহাশয় মশানা পুম্নমক শিল্লম্মী; কনানা মাইকৈ কদোমদা চংকদগে, করম্বা লম্বীদা, কবম্বা লবুক-লমহাংদা, করম্বা উমং-রামংদা থিক্রগদগে হন্না হন্না তাক্লি। মহাক্কী শাজং অমদি রাঙাংদা গুপ্নগী লাংতক্লবদা নত্তে, পাখংপম্বু উবা ফংই

হৌজিক ফাওবা করিস্সু হায়দোক্তে অচুম্বনি, অদুবু মহাক্কী খম্মোয়দা মুনা মুনা য়েংলিবা অকীবা অদু য়াম্না তমথীবা মশক্কি। মহাক্কা খণ্ডই, ষোড়শীগা লোম্বিন্নবা শাথীবা লৌমী অদুগা অতোনবা জাতকী প্রজা কয়ামরুম লৈ। মখোয় ওক্রুবা অদুক তমথী, লুট-পাট তৌই হায়দুনা পুলিশকী খাতাদা মমিং-মথা ফাওবা ইদুনা লৈ মখোয়না অমম্বা অহিংদা মকম কদায়দনো মতোমদা করিগুম্বা থেংনদুনা মখোয়গী মমা ভৈরবীদা বিচার চুমদে খন্দুনা থোকহেক লমন খুম্নিংবা থোক্রবদি, মহুদস্থ অচুম্বা বিচারগী আশা তৌরুবা অরেম্বনি।

হৈমবতীনা মচি অমদা তুম্মিন্না লেপতুনা পুম্নমক্কু য়েংলি, মপাগী চিংনবস্থ মাগী মিংয়েংদগী নাম্থোকখিদে, অদুবু মতম অদু ফাওবা মহাক মনুংগী অশেংবা রাকম খঙলমদে। মদুমক মমাগী রান ফোংদোক্লকই। মহাক্কা খণ্ডহৌদনা মপাম্বা থোরক-লগা মপুরোইবদা অকনবা মরাল শিন্দুনা হায়রকই, "মহাক্তি বিভোল মরানি, মাবু নখোয়না খংনবা মরক্তা পুশিনবিরুরিবা কম্বিগীনো? ডাকু কাংবু মতুংদা লৈরিবা মাবু নখোয়না লাক্ল-গদৌরিবরা? লৈরম্বা মফমদগী এগী নির্ম্মলবু খিরগা পুবিরকউ, নত্রবদি মিংনা উবা মফমদা অমম্বা অসিদা এ থোকগ্রগনি।" অসি হায়রক্লগা মহাক কপ্লিং কপ্লিং তৌনা ইমুংদা চংগ্রে, অদুগা মচান্নুপী অমম্বুং মপা মখোয়নিমক চঙক্লদুনা মাইথোং মক্লা চপ যুংনা লৈগ্রে।

জনার্দ্দন রায়না মপুক্লিং ফাথরদুনা থেমজিনবা অমদি থৌনা

হাপ্পা করিনো রা অমা হৈমদা হায়গদবগী তৌরকই, তসিগুম্বা মতম অসিমক্তদা মমহাক নুপা শুমাংদা চ শিল্লক্তুনা চেপ্লবে। মাগী মশা 'পুম্বা নোংনা পুমচোৎ চোংলি, মফি-মবোল অমস্থ, খোঙউপ লেখোম-লৈনাংতে। মকুনোক্কী মচিনগী রা মচিন্দা অতুম লৈখ্রে—অহুবু থংনবা মিংকুপমক্তদা মহাক্লা থোহ নংক্লা ঈকাই-খুম্লনা অমস্থং কী-হঙ্গোহনা লোয়নরিবা নমহ ক-হবুংঙো মহাকমক্তদা নুংঙাইবগী অকনবা ঈথক্লা মচিন্দা থোবকপা অত্থু ঙাংহুনা চৈরকই।

সাহেবনা বা-লাং ঙাংদনা কাখৎতুনা লাক্লগা মথুঙা পায়রিবা অকাযবা লাইচত্থ থম্লে, অহুগা খোঙউপ মথুৎনা শঙ্খোক-তুনা লৌথোক্লগা ফুরিং লৌথোকপা ফাওবগী মনুংদা অঙাং-অহল, মবি-মতা, অতোপ্পা মী মখোয পুংমক্লা অমক্তদা লোইবা নাইদবমখৈ হংলকই, কমদৌনা যিভম অসি ওইবক্রিবনো অমস্থং কদাযদা নোং-নুংশিং নংলকপগে? বায মহাশয়না মপুক্রিং ঈংথরহুনা হাযবকই, "ফরে, মহু কোম্না খন্নবসি, নহাক ইমুংদা চংলো। নুপীমচা হৈম, লেপতুনা লৈরনু, অকংবা ফি অমা পীকচোনে।"

ইমুংদা মনেম্বোক অমস্থং মরি-মতা নুপীশিংগী রাহং পাউথুমদা নির্ম্মলনা খঙহল্লকই, মহাক অসোম বাংমদা ফকির সাহেব উন্নবা চংলুবনি, অতুবু উম্নরক্তে, মহাক আশ্রমদা লৈরমদে।

তুরেল রাংমগী মমিংদা চিংনবা মথল কয়াগী শেংফাওবা খোঙ্গেল কয়া থোক্লরকই। রায় মহাশয়না 'ঙক্লুনা হায়রকই,

"মহাক্না উন্নবা চংল্লুরিবা ! ঐঙোন্দা হায়রম্লবদি মাবু কৌহল্লুবা য়ারম্বনি। অদুবু অমম্বা অসিদা লম্বী কমদৌনা খঙবগে ?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "লম্বী খঙবগী দরকার লৈতে, লৈরম্লবদি চাকপা ঙম্লম্লোই।"

"অদুবু কমদৌনা লাক্লিবনো ?"

"মী অমনা ঐগী খুং শমদুনা য়ুম ময়া ফাওবা থিনবিরকই।"

মাইকৈ মরিদগী হংনরকই, "কনাননো ? কনাননো ? মমিং করি কৌবগে ?"

নির্ম্মলনা ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "কনানা খঙগনি, মমিং তাকথোকপা মাগী য়ানিংদবা লৈমাল্লে।"

রায় মহাশয়না য়ানিংদনা হায়রকই, "য়ানিংদবা ? কৈদৌঙৈ-দম্লু নত্তে, ঐখোয়গী লমগী মীবু নহাক্না শক খঙদবননি। ওইনিংবা ওইজসন্নু, অদুবু মাবু হয়াওহনবদি পামদ্রনে ?" হায়রগা মীনাই খুদক্তা কৌরগা য়াথং পীরকই, "অধর চাটুয্যে মপান্দা লৈরম্লবদি হৌজিক হায়গদবনি, হয়েং নোংঙানবগা পাউ লৌরগা মনা পীখো। লুপা মপূম্মক মীদুগী মখুং য়োহনগদবনি— ককথ-খথ্থনা করিমত্তা থমহৌরোইদবনি। চাটুয্যে অদুদি য়াম্না লিক-চবনি।" হায়রগা মহাক্না মীনুংশি চাউবগী ঈথিল্লা অহানবদা য়ুম্বুরেনবী অমম্লুং মতুংদা মচানুপী অমদি মমহাক নুপাগী মাইথোংদা নুংশিনা য়েংলকই।

অহিংদা চাব-থকপনচিংবা লোইরবা তুংদা তোঙানবা কাদা মপুরোইবদা ঙাইরদুনা হৈমনা হায়রকই. বাবানদি মনা পীগনি

হায়হনা লাউথোকখ্রে, লুপা মপুম পীননবস্থু খরম’খদি হোংনরবা যাই, অহুবু ফলদি ফংলে’ই।”

নির্ম্মলনা হায়বকই, “নঙ্গে, মীশক্তু থিবা ফংলোই।”

হৈমনা মোমান তৌনা হংলকই, “অহুবু নহাক্লদি খোজাল হৈবা মীহুদা কবি মনা পীখিবগে?”

নির্ম্মলনা হায়রকই, ‘পীবা হায়বা পোং অসিবু নহাক্না অহুক লায়না খনবা।’ মহু শুপ্পগী পীনি লিবা মী অহুগী মনি তৌবা হেক্তা যাব্রা?”

“অহু ওইরবদি পীখিবা ঙম্বিহোদ্রেনে।”

“নঙ্গে, পীননবস্থু হোংনরুদে”

হৈমনা মপুরোইবগী মাইথোংদা চিংবুগা অমা য়েংনা লৈবগা হায়রকই, “অহুবু ঐনদি পীফম থোকহে। বাবানা মাবু মশক খঙবা ঙ রোই, অহুবু ঐদি ঙমগনি”

নির্ম্মলনা চিংনবা ঙংহুনা হায়বকই, “এনা খনবদা নংগী বাবাগী মতৌগুম নহাক্নস্থু মাবু শিবা ফংলোই”

হৈমনা হায়বকই, “কবিগুম্বা খংলবদি এঙোন্দস্থু মনা খবা পীযু। অহুবু ঐদি মাবু মশক খঙলে। মবমদি নহাক্না নি উদবা মীবু অহুক শাগীনা মল্লবা খহুদা অশোয-অঙ্গম থোক্কনা ভুরেল লাল্লগা যুম মযাদা থনম্না ঙম্মি, অহুম ওইনমক মশক তাকথোক্তে, অহুনা মাবু মশক খঙবদা লুনা থোক্তে। অহুদা নওনা সন্ধ্যাগী অমম্বদা লোংহুনা ঐস্থু অমুক্ত, মাগা উন্নবা চংলুই। থোঙদি হাংহোই, মাদি লৈহোদে; অহুবু তারাদ স

ঠাকুরনা পূম্নমক দখল তৌদুনা লৈহৌবে। লোৎতুনা চেল্লকই। লক্ষ্মীদা শক খঙনবা মী থেংনে, মহাক্না ষোড়শী চুমদ্রিংনা তুরেলগী লক্ষ্মীদা চংখিবা উংহৌই হায়না তম্লকই। হৌজিক্তি খঙবিবেদনা, নহাকপু যিনবিরকপা থৌজাল হৈবা মীদুবু ঐনা মশক খঙই হায়বা। অদুবু তশেং তশেংনমক খুং শম্মুনা থিনবিরকপ্রা?”

নিম্মলনা ঙাইহাক ৱাখল তৌবগা মতুক নোমদুন হায়রকই, ‘তশে নমক মদুনি। এহাক নিং তাংবগা অমহানি হায়রবসি মহাক্না মুন্না হেক খঙবা মিংকুপ অদুমঙুদা চিংংবা লেতনা মশং তিংথোক্লগা হায়রবই ঐগী খুং পায়দুনা পাকপিয়ু। অদুবু অংগোম্পগদমক অদুম্না নহাক্কুদি তৌবা ঙম্লরোই।”

হেমনা থোক্ত দাক্লা চম্না যাজবদুনা হায়রকই, “ঙম্লে’ঞ্জ ”

মঙনী মপুবে’ইবনা হায়রকই, ‘মদু খঙত।” অসিগী মতৃদা করিদগী করি ওইখিবগে থৌদোক পূম্নমক নেথ মনা, তম্নগা হায়রকই, “অদুম ওইননবা মদু নঙন। ঐগী মাইকৈনা করি উপায় লৈগদগে খঙদে। অদুগ মাইকৈ অমদন নাগী খুদোংথীগদবদুগী মনুং ঙুনজিন্ন। অ ঙা খন্দুনা যেংউ। ঐহাকপু মহাক্না খবদনি খঙলিবা, অদুগা মদুস্থ অদুক নিংথিন। খঙনদ-দবা যাই। অদু ওইবরস্থু ঐবু চিক্রবা অমস্থ, লক্ষ্মীদা পুবিরকখিবনি, মসিগী দায়িত্ব অদু বযাদা নঙখিদ্রবা, বযাদা কৌনি চাই ওইগ্রবা। মরু ওইনা লক্ষ্মী চংনা চংনা ঐনা কযাবক চিংনি কবিগুম্বা কনাগুম্বনা উখিগদ্রা, মীদুগী মমিত্তা মদু করি ও ।

উখিগদগে ? য়েংউ হৈম, নখোয়গী দেবীগী ভৈরবী অদুবুস্থু ঐনা খঙবা ঙমদে অচুম্বনি, অদুবু অসিখক্ক'দি ঙসি তশেংনা খঙবা ঙম্নে মদুদি, মাগী মরমদা খল্লবদা তশেংনা সাধারণ নিয়মগা চানরোই। সতিত্ব হায়বা পোং অসি মাগী মফমদদি থোইদোক্না করিস্থু লৈতবা ওইরম্বা য়াই— নখোয়গী মতৌগুম্না মদুগী অশেংবা মশক মহাক খঙলমদবা যাই, নত্রগনা মসিগী মিংচং ফজবা অথিবনা মাবু শোকপা ফাওবা ঙম্রমদবা য়াই।"

হৈমনা ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "জমিদারগী রাথোক অদু নিংশিংহুনা অদুম্না হায়বিরিববা ?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "ঙক্লিংঙাই নত্তে। নুপীদু ফবরা ফত্তবরা ঐ খঙদে, অদুবু রা অসিদি ঐনা চাউথোক্না হায়বা ঙমগনি, মহাক চীংলেম্বা, লাইরিক হৈবা অদুক কীগন্দে। শাস্ত্রনা হায়রি, খোঙথাং তরেৎ চংমিন্নরবদি মরুপ ওই ; অদুক শাংলবা লম্বী নাক-য়েং হাইদোক-হাইজিন য়াদবমথৈ লুরবা তানফমদুদা থোইদোক্না মহাক্কী মতেং লৌদুনা খোঙথাং কয়া কয়া ঐখোয় লাকমিন্নে,অমমম ওইনা রাহং য়াম্না হংই অদুবু ঙরাংস্থু মহাক্না নুং ফুমখিবগুম ঙসিস্থু অদুম্না অদুম তৌই।"

হৈমনা হায়রকই, "হংবস্থু খুমদবা, মরুপ ওইসিস্থু য়াদবা ?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "য়াদে, অমত্তস্থু য়াদে।"

হৈমনা হন্দক্কি নোকথোক্লগা হায়রকই,"খজিক্কস্থু য়ারক্কবা ? মহাক্কী মাইকৈদগীস্থু য়াদবা ?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "অদুক চাউবা রাকম অদু গুপ্তগী ফাগী

ভৌবগা খঙবা পামব্রা? অহুবু ইশাবু খঙজবদস্সু কুইনা চংহই হৈম।" অহুবু রাসি হায়দোকপ্রগা মহক ঙক্লকই। য়ে থোক-খিবদা হৈমস্সু মঙোন্দা মমিৎ-মনা চপ য়ুংনা য়েংহুনা লৈরম্মী। মহাক্কী মাইথোংদা করি ভাব ফোংদোক্লিবগে, থাউমৈগী মুংশিবা মঙালদা তাংদাংবা খঙবা ঙমদে, অহুগা মহাক মশামকস্সু মাগী হান্নগী রাহুগা মবি লৈনবা করি হায়গদগে পাব হেকখনবদা লেপ্পা ঙমদ্রিঙৈগী মমাংদা হৈমনা তপ্পা তপ্পা হায়বকই, "মহু অচুম্বনি। অহুম ওইনমক ম্নুপা ওইবশিংদি খঙবদা খবমখৈদি তপ্নি, অহুবু নুপী ওইবীশিংদি অসিগুম্বা অভিশাপ লৈ মহুদি, শিরবা ফাওবা মশাগী এরাইবকপু খঙজবা ঙম্বগী শিংনি ককপ্রবনি। ফবে তুম্বিকবো. ঐ থুনা লাকনি" হায়রগা মহাক অমুক রা অমঙা ঙাইবমদনা হৌগংলগা চেকশিন্না থোঙ থি জিল্লন্নগা মপান্দা থোকখ্রে।

নির্ম্মলনা মাবু মথুং পাযহুনা খামদ্রে থোঔংহুগী মকুমদা নুপী অসিগী অর্থ য়াউদবা চিংবা অমস্সুং শেরান্নবা রাখলগী চৈনানা মহাকপু খুদক্তা শাউহন্দুনা ফিংগৎহল্লে। মমাংদা য়াল্লিবা ঘড়িদা থোইদোক্লা হৈনিংদনা মিনিট কাঁটাহু নোমহৌ নোমহৌ মখারোমদা লুকখরক্লে, অহুবু মতম অহ ফাওবদস্সু মহাক হজিল্লক্রে, মরমহুদা মহাক মতোংমদ। যমুংদা হিপহুনা লৈবা অমুক ঙম্রুক্তুনা তপ্পা থোঙ হাংলগা মপান্দা থোরকপদা উরে, অমম্বা মাঙ্গোলদা উখে ঙ অমগী মযাদা হৈম তুম্বিন্না ফমহুনা লৈ। মনাক্তা চংশিল্লগা মাগী মকোক্তা মথুং থম্নগা

য়েংলকই, হাইজিল্লক্লিবা নোংলিক্লা পুমচোং চোংলম্লে। মখুৎ পাযহুনা ইমুংদা পুশিল্লগা হায়রকই, "নঙ ঙাওরবরা হৈম ?"

মসিদগী হেন্না মাগী মচিন্দা হাযদোকপা ঙমদ্রে, হায়বগী কান্নবস্তু লৈতে খল্লি। থাউমৈগী মঙালদা মাগী মাইথোংদা য়েংলকই, মপী ঈরা মতম অহু ফাওবা মিংলুদগী কংলমদ্রি।

## তরামাথোট

অযুক্তা য়াহৌবদা হৈম হৌখিবা অহিংগী মশাগী ব্যবহার অহু নিংশিংলুবদা ঈকাইবনা শিগদোরে। দোয লৈতবা অমস্তুং লমচং ফজবা মপুরোইবদা মরম চাদনা তৌখিবা ওইমজবগী উৎপাত অহুবু প্রলয়গী মতৌগুম্বা নোং-মুংশিং মরক্তা মপুরোইবা খঙহৌদনা মাংখিবগী নুংনাংবনা ননশিন্দুনা থংগা মহাক্লা নোক-নবা হোংনরকই, অহুবু পূমতিং তিনা নোকপনা মতম চুপ্পদা মহাক্কী হৈনবী ওইরক্লিবনি, ককিগুম্বা মওংদস্তু ঙসিদি মতু য়োবা অমুক ঙমদ্রে। মিত্তগী পী শিন্থদ্রে খঙলবস্তু পঙথরবা মিং অনি অহুনা মহুবু ববিমঙা চিংনদবগুম্মী। শিরোমণি মহাশয় মশামক লাক্লগা অফবা পুংফম পীরম্লে করিগুম্বা মওংদস্তু পুং তরামথায়দগী থিস্কবা য়াদে। মমা পোং-চৈ থমফম কাদা মচানুপীখোয় চংননবগী শিল-লাংবা অমস্তুং চাকশঙদা চাননবা শিনবদা থোইদোক্লা থৌ চিল্লি, মহাক মিংকুপ অমা ফাওবা শংবা লৈতে, অসিগুম্বা মতম অসিদা মপান্দগী কৌরকই, রায় মহাশয়না মচানুপীবু কৌরিবনি।

হৈমনা মপান্দা থোরকপদা উবে, করিগীনো য়াম্না লাংলক্মী। মপাবুং হিদাকক্তু মথুন্তা পায়হনা দরবার তৌহনা ফম্লক্মী; শিরোমণি মহাশয়. জমিদারগী গোমস্তা এককড়ি নন্দী, তারাদাস অহুপা অতৈ মশক নাইবা মী কয়াস্থু লৈ, মাগী মপুরোইবস্থু মচি অমদা তুখিন্না ফম্লি। হর'ও-তয়াঙ্গগী ঈথক্লা ময়াম পূম্নমক্লা অমুক্তদা পাউহ্‌ হৈমবু তাহন্নবা হোংনবদা অহানবদদি করি হায়রিবনো কবিমণা খণবা ঙম্লমদে। শিরোমণি ময়া য়াউদ্রে, অহবু খোঞ্জেলদি ফরি — মাগী অঙকপা শক্তিনা মিংক্লপ্তা ময়াম্বু লেপহল্লগা ফোংদোক্লকপহ্‌ চাউরাক্লা অসিনি—ঙরাংগী তমথীরবা প্রলযগী অহিদা খ্বাইদগী চাউবা থবক অমা পাংথোকখ্রে— অপন-অব'ক য উদনা য়েক্লবগী যুম থুং চল্লে। ভৈববী যুমদা লেবমদে. অরোনবা পাউ লীবা মীগী মচিন্দগী পাউ ফংহনা তারাদাসনা নুপীমচা অহ পুহনা 'চবক অহদা পূম্নমক দখল তৌশিনখ্রে খংন-'চনবদি থাপ্লা থমখো, কীবনা মহাক ব্লা ফাওবা ঙাংদে, ইচম-চঙ্গা পোং-চৈ খবা পুরগা অহিংহদা অহুম চংখ্রে। চেকপল রাংমদা মন্দিরগী মথুং চনবা অরাঞ্চা যাত্রীশিং কনা কনাগুম্বনা চাক-ঈশিং থোংহনা চানবা মফমহম ক্তদা আশ্রয় লৌখ্রে। পূম্নমক অসি ইমা-ইবেম্মা চণ্ডীগী কৃপানি অমস্থুং থৌজাল অহ খরগা হেন্না ফংলবদি মহাকপু থুঙ্গংদগী তাঙ্খোকপদস্থু অক্লবা থবক ওইরোই।

হরাওরবা তরাদাসনা নোংথক্তা অমুক্তং য়েংখংলগা নোল্লুকপা মীনোক্লা নোক্তুনা হায়রকই, "পূম্নমক ইমানা শিনবিবনি—

তৌগদবা 'পুম্বা মহাক্লা তৌবিরিবনি, নঙ্গবদি অতুক শাথীবা কৈ অমোমত্থু যণ অতেবা ওল্লোইদবনি। হিদাক হাল্লগা ফু ফু কাল্লিঙৈ, মুপীমচাতুনা ইনাক্তা ক্ষমহুনা চা লোল্লিঙৈ মতম অতুমক্তদা কদায়দগীনো চোংনা চোংনা চংলকই। ঐখোয়বু উবদা উয়ুংগুম লৈ, ভাইহু ক লৈরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, বাবা, ঐদি কৈদৌঙৈদস্থু হায়খিদে নহাক চংখ্রো নঙ্গগা মফম অসিদা লৈগনু। নশানা শাউদুনা চংলুবদগী কয়াদা অরাবা নংলুরবা!

"ঐনা হায়, হু—

"থোঙজিল ময়াদা চংশিল্লগা হায়রকই, কা অসি নহ ক্লা শো লোনশিনবরা বাবা?

"ঐনা হায়, হু— লোল্লে। তৌনিংবা ভৌ।

"ভাইহাক তুশ্মিন লৈরগা হায়রকই, নঙোন্দা ঐ করিস্থু তৌরোই বাবা, নখোয় লৈযু। কা অসি অমুক্তদি হাংদোকপিয়ু, ঐগী কি অনিদা লৌখিগে।

"হাংদোকপিরে। ইমা চঙৌগী থৌজালদগী করিগুম্বা রাথোক অমত্তা থোকখিদে; শেংননবা কি অনি, কম্বল অমা অহুগা কোল অমা পুহুনা অমম্বহুদা চোংনা চোংনা চংখি। ইমাদা খুং লোয়হুনা খুরুমহুনা হায়জে, ইমা, নচাবু অস্মুম্না থৌজালবিয়ু। নহাকী নাম শোন্দনা করিগুম্বদস্থু থকখি-চাখিত্রি।"

শিরোমণি মহাশয়না মখুং হাইহুনা হায়রকই, "থৌজাল-বিগনি। থৌজালবিগনি। ঐনা হায়রিবসিনি তারাদাস, ইমানা

চ নবিগদবনি। নত্রবদি মাগী মমিং জগদম্বা কৌবা অরেম্বনি ”

এককড়িনা হায়রকই, “অদুবু ঠাকুর, অমবু ওইরবস্থু ইমাগী গাদি করিগুম্বদস্থু হাংদুনা লৈহনবা য়ারোই, নহাক্কী নুপীমচাদুবু নৌমা ভৈরবী ওইহনবা থিন্দুনা য়ারম্লোই হায়হৌরিবসিনি।”

রায় মহাশয়না ক্বিদাক মৈথুম থংনবা নুপাছুদা পীরগা য়াংম্না চৌংলেম্বগা লোয়ননা হায়রকই, “ওইরগনি, পূম্নমক ওইরগনি, ঐনা পূম্নমক কননবা শিনগনি, মথোয় রাক্লগন্নু।” মমহাক নুপাদা য়েংদুনা হায়রকই, “করি হায়বগে ইবুংঙো, নুপীমচাদুবু রাহৈ থরা ইহন্দুনা লৌথোক্কহৌবা চুম্মিনেকো? চুমই কৈদৌনি। মদুস্থু ওইরগনি কৌরগা থরা কৌহন-খোংহন্দুনা মদুস্থু ঐনা লৌথোক-লগনি। অদুবু মসিস্থু হায়হৌরিবসিনি তারাদাস, কদম মখোঙগী লমদু অদুম যেংনবদি য়াদ্রে। ফৌগৈদু ইমাংদা পুথোরক্রবদি মাইকৈ মবিদা অমুক য়ে শিনবা ঙমদ্রে। মেলাগী মিংদা ষোড়শীগী মাতাংগুম থংনবা হৌরক্রবদি—”

রাদু লোইশিন্দ্রবস্থু য়ারে। অয়াম্বনা তারাদাসকী ওইনা য়াবে অমস্থুং মানা মবৈ চিক্লগা পেহৌ-পেহৌ তৌনা হায়রকই, “অদুগুম্বা রা পনবা ফাওবা পনবিগন্নু রায় মহাশয়, অদোম্না পুম্নমক্কি! শামুদা কাংনা থংনরুব।! করি হায়বগে নুপীমচা?” অসি হায়রগা মহাক্না অফবা রাহৈ থরা তাবা নত্রগা মঙক নোয়কপা নত্রগা অদুগুম্বা করিনো অমা তৌরকনি হায়বগী আশাগা লোয়ননা হৈমগী মাইথোংদা য়েংলকই, অমস্থুং মহূগা লোয়ননা ময়ামগী মিংয়েংস্ত মঙোন্দা তারকই। হৈম রা ঙাংদে,

অদুবু মহাক্কী মাইথোং উবদা যোডশীগী অহানবা বিচার অদু ময়াম পুন্নমক্না খুদক্তা খঙনিং নিংশিংলক্তুনা থাজরুদবা নুংনাংবগী লৈচিন অমা কদায়দগীনো পাইরক্তুনা মিংকুপবী মনুংদা কা অদু পুন্নম মমহনখিবগুমখ্রে অদুবু মদু মিংকুপমুক্তনি। রায় মহাশয়না চয়া ফন্নগা হিদাকীদমক খোংজেল হৌনা লাউরগা হায়রকই, "ইবুংঙো নির্মল, যাত্রাগী পুংফম শিরোমণি মহাশয়না পুং তবাগী মনুংদা লৈ হায; নুপীশিংদি ইরাং কল্ল— খরা ঙনা চংননবা হোংনহৌদবদি মতম নংহৌরোই।"

নির্মল মঙক নোমগা হোগংলকই অমস্তং অমুক রা অমা ফাওবা ঙাংবা নংদ্রিবৈঙদা 'হম তুম্মিয়া থোকখে।

মাই-মিং তাবদগীনা হরুজবা ফাওবা লেইশিনবদা বোস সাহেব মতম যাম্না চংদে। ইমুংদা খেঙ থাংজিংবমক্তদা নমেম্নোক্কী অহৌবা খোঞ্জেল চাকশঙদগী ঙাংলকপা তাই, মহাক্না মচানুপীদা ঙাংলিবনি। মহাক কা মনুংদা করি তৌবিবগ হায়বদু খনবদা লাম্না ফংদে। নির্মলনা চা মনুংদা চংলকপদা হৈম লৈমায থক্তা চপ যুংনা ফমহনা লৈবম্না ডবে। ঙরহৎনা হংলকই, "করি তৌববগে, নখোবগী ইমানা যাম্না ঙাংলিবসি? অদুগা মতমস্থু থোইনা লৈরক্রে।"

হৈমনা হায়বকই, "মতম যাম্না লেরি—ঙসি চংপা য়ারবো হৈ"

"করিগীনো?"

হৈমনা হায়বকই, "করিগীনো হায়বিবিবু ববিনো? যোডশীগী অস্থুক চাউবা খুদোংথীবদা তাবগা মহাক্না অমুক্তমু উরবমদনা চংলগদ্রা?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "ফরে অহুদি, উন্নথোকউরো। মহু ফাওবগী মতম লৈরি।"

হৈমনা হায়রকই, "অহুগা নহাক্তি অমুক্তা ফাওবা উন্নরমদনা কমদৌনা চংকদৌরিবনো ?"

মসিদি ঙরাং অহিংগী থৌদোক অহুগীনি হায়না মপুক্লিংদা খন্দুনা নির্ম্মলনা হায়রকই, "হোংনরবদি মহুস্তু ঙম্বা য়াই। ওইথোক্তবা মওংগী অরুবা থবক নত্তে, অহুবু এৈনা অমুক্তং উন্নরগা খুদোংথীবসি হেক্তা ময়েং তাগনি নিংদে।"

হৈমনা য়াম্না কন্না মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "নত্তে, করিগুম্বা মওংদস্তু মহু য়ারোই।"

"য়ারোই হায়রিবা করিগীনো ? অহুদা নহেনা এৈগী সৈদা-বাদকী শাউনগী কেস অহুস্তু লৈ—"

লৈজসনু নহাক্কী শাউনগী কেস, টেলিগ্রাম অমা তৌখ্রো, ঙসি করিগুম্বা মওংদস্তু চংপা য়াররোই।"

"ফরেনে, চংলুরসি এৈখোয় অনি, অমুক্তং উন্নরুরসিদনা ? মহুগী মতমদি লৈরি।"

হৈমনা মমাই নোনখংলক্লগা নোকফেং তৌহুনা হায়রকই, "নত্তে, মহু নখোয়গী আদাদি য়াই অহুবু সিদদি য়াদে। মীয়াম মমাংদবু বাবানা করি হায়না খনখিগদগে ? অহিংদা এৈখোয় তুম্মিন্না চংলুগদবনি।"

তশেংনমক নির্ম্মলগী থোইদোক্লা অথুবা কেশ লৈহৌই, অহুদা নত্তনা মরম ইচা চাদনা অস্তম্না হেক চংলোইদৌরিবা

করিগীনো হায়বা মহাক্না লাম্বা ফংদে, মরু ওইনা মকুবোক্না মসিদা শাথীনা য়ানদবা অমা থোক্লিংঙাই ওই। মসি খন্দুনা মহাক্না হায়রকই, "মহু য়াদে হৈম, ঐখোয় ঙসিমক চংকদবনি। অদুগা ঐখোয়না ময়াইদা লেপ্লবদা মাগী খুদোংথীবা হেনগংখিবস্নু য়াই খল্লি। ঐগী রা লো, চংলসি, থৌলৈতনা হৈপা শাক্লবনা ফননবা হোংনবদগী কত্তবনা হেনগল্লি।"

হৈমনা মপুরোইবদা মিংয়েং থম্লহুনা ঙাইহাক চপ য়ুংনা ফমহুনা লৈরগা হায়রকই, "ঐহাকপুদি নহাক্না খঙলিবহুনি, ঙসি ঐ করিগুম্বা মওংদস্নু চংপা ঙম্লরোই। অদুগা ঙরাংগী ইরালগীদমক করিগুম্বা ঐবু চৈরাক পীবিমিংলবদি হুন্দোক্লমহুনা চংপিখো। ঐনা নহাকপু অমুক থাম্লবোই।"

নির্ম্মল রা অমত্তা অমুক ঙাংলমদনা মপান্দা থোকখ্রে। হকচাং নুংঙাইতে, ঙসি চংলরোই তাবদা মনেম-হৌবাণী ঙকই, লাংতক্লে, অমস্নুং মহুদগী হেন্নহুম হয়াওজে, অদুবু মপালগী কাদা ফন্নিবা মকুবোক্না শুপ্নগী "হুঁ" অসিদমক হায়রগা হিদাক থক্লকই। মহাক ঙকপস্নু তৌদে, লাংতক্লবস্নু লৈতে, মহাকী খঙজবা জ্ঞান খরা লৈবনা মহাকী মাইথোংদা য়েংহুনা হয়াও-রাহৈ মচিন্দা ফোংদোক্লে।

কেশকী শিন্নমবগী নির্ম্মলনা টেলিগ্রাম তৌখ্রে অমস্নুং থবক অহু শুপ্নগী অরেম্বদা নত্তে, কান্নদবনি, মহুস্নু মহাক থঙই, অহু ওইরবস্নু মহাক থম্মোয়-নুংদা নুমিং চুপ্পা য়াম্না থুপচান্নবা নুমিং তাখিবা ঙাইহুনা লৈ। হৌখিবা অহিংদা হৈমনা কপখিবহু

কয়াদা নোক্লিংবা মশক ওইগ্রবা, ওইথোক্লবগী থোইদোক-হোন্দাক্লা ওইথোক্লবা ওইগ্রবা, মুমিৎ চুপ্পা রাক্ষম অসি কযাবক হুন্না মাগী থম্মোযদা খল্লকই, মতুম ওইনমক্ক পী মরিক অদু করিগুম্বা মওংদসু কংশিন্নিংদবগুম তৌই অমস্তুং মিৎকুপ খুদিংদা মতুনা অসিগুম্বা খাংঙমদবা অমদি খনঙমদনা থোদোক অমা শেম্লকই মতুদি, মতম অমওদা মাধুর গা হঙ্গোইবগা অমওা ওইনা তীম্নরকই।

অহিংগী অমম্বদসু মপাবুংগী মমিওা উফুল চায়নবা হোৎনবা ওরেম্বনি খঙলহুনা হৈম মপুরোইবা অমস্তুং মাগী মীনাইনুপী পশ্চিমাগা লোযননা বেংদেশীগী অনৌবা যুমগী থোঙজিন্দদা থুংলবে, মতম অদু ফওবা সন্ধ্যা ওইদি। ষোডশী বস্লদা ফগ্রহুনা মপুক্লিং চংনা করি লাইবিক্লা অমা পাহুনা লেরম্মী, মাংদা খোঙটপকী মখোংল তাহুনা মমাই থাংগংতুনা যেংলকই অমসু, হৌগৎতুনা লেপ্লগা হায়রকই, "লেংশিনবিবিরকউ। চংলকউ ইনাও, চংলকউ।" মসি হায়রগা অথুপ্পা কম্বল অদু তিংথোক-তুনা থারকই।

ফিদাদা যহুগা মতে-মনাও হরানি কম্মিম্না ঙাইহাক কোংইযেং যেংলগা হৈহনা হায়রকই, "ইচে-বেম্মগী অনৌবা যুম অসি ফনসু ফঙসন্নু, অরেম্বদা বদনাম তৌবা শিরোমণি মহাশযদা নত্তুনা ঐখোয়গী বাবা ফাওবনা ঙম্নরোই। অঙকপা অসি যেংনিং-বনা থৌরাংহুনা ঙসি মাবু ফাহুনা থম্লবনি, নত্রবদি ঐবু তংশেংক্লা পুহুনা পুংথিলগী ট্রেন্দা চংখিবগদবনি, অদু নত্তুনা করি ওইগনি।"

মপুরোইবদা হায়রকই, "কমদৌই, মসি উদনা চংলম্লবদি—নীংঙমগদ্রা ?"

নির্ম্মলনা হায়বকই, "উরগস্সু নীংঙমদবা থোইনা করিস্সু হন্থগনি নিংদে।"

হৈমনা মপুরোইবগী মাইথোংদা য়েংলহনা হায়রকই, "মদু অচুম্বনি। মিংনা উদবনা ফরম্বা য়াই।" অদুগী তুংদা ষোডশীগী ঈংনা মরুবা মাইথোংদা মশাগী নুংশিরবা মিংয়েং থম্লহনা হায়রকই, "ঐখোয় পূম্নমক তারে, অদুবু ভাওচংনবা অসি করিগী তৌরুবিবনো ইচে, যুম অসিদা নহাক্রুদি লৈবা ঙম্লোই!" ওংঙাইতবা অমদি নুংনাংবনা ব্রাহ্মণগী অরোইবা শকক্রা খোঞ্জেল নিক্রকই।

অদুবু ষোড়শীগী শনাওদা খোম্থাং য়ৈরদে। মহাক্রা থোংদোক্লা অচম্বা মওংদা হায়রকই, "হেনরক্কনি। মসিদগী হেন্না ফওবা য়ুমদা মী কয়ানা লৈনরি ইনাও। অদুদা নওনা বাবা য়ায়া রাজৈ"

হৈমনা হংলকই, "অদু ওইববদি পূম্নমক থাদোক্লব্রা?"

মসিগী পাউথুম মাগী মপুবোইবনা পীরকই, মহাক্রা হায়রকই, "মসি নত্তবা করি উপায় লৈবিবগে হায়বা ঙমব্রা? থুঙ্গং হুপ্পগদি সহায় লৈত্রবী মুপী অমনা অহিং-নুংথিল থংনবদা থাংহনা লৈবা ঙম্বা নত্তে।" ষোডশীদা হায়বকই, "মসিনা কৈ। করিগুম্বা ইশানা মফম অসিদা লৈগে লেপ্পিরবা, অদুগা থাংপোক্লা লৈবা হৈনগনি থাজবিরবদি সংসারদা থরমথৈ থাদোকপা ইবেন্মদা য়ানা থোক্লোই।"

ষোডশী তুম্মিন্না লৈ অমস্তুং মহাক্কী মাইথোং উবরস্থু মাগী মপুক্কিংগী রা করিমগুা থগুবা ঙম্দে।

হৈমনা হায়রকই, "নহাক্কি সন্ন্যাসিনীনি, লন-থুম থাদোকপদা নঙোম্দদি লুনা থোক্রে'ই, উনাগী থাংপে'কস্থু নহাক্কি থাংবা ঙমগনি ঐ খগুই, অহুবু মসিগা লোয়ননা মিংচং-থিবা ফ'না লৈবা মহুস্থু থা'বা ঙমগদ্রা ইচে?"

ষোডশীনা মাইথোং মকালায়া ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "মিংচং অথিবহু করিগুম্বা মীনম্বা ওইরবদি করিগী থাংবা ঙম্নোইদগে। হম, সংস'বদা মীনম্বা রাগী অরাংপা লৈতে, অহুবু মহুদা মাইহোক্লক'ববদি অমুক মীনম্বগী মরু হুম্লকনি, মহুগী তমথীবা পোং'লুমহু খাংবা ঙম্রোই।"

হৈমনা হায়বকই, "অহুবু এককড়ি নন্দীনা রাহৈ অমদি থবক অনিমক্তা মীনম্বা শন্দোক্লিবা অহুদি? লুপা ওইবীগী পুন্সিদা মহু খা ঙমদবনি।"

ষোডশী খজিক্তা ফিক্ষংপা লৈতে, তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐনা থরমথৈ তাংবদদি এককড়িনা মীনম্বদি থোইদোকপা হায়দে। জমিদারবাবু খগুহোদনা যায়া কন্না নারম্মী, মযুমদা অতে'প্পা ক্রমাস্থু লৈবমদে—ঐনা মাগী সেবা তৌই। ৺সিদি চুমদবা নত্তে।"

হৈম মখোইদো লংখংলকই। অহুগা মী অমগী অতপ্পগা চাংদম্নবদা মাগী খোঙ্গেল হাইকেং মরম চাদনা য়াক্লা তাবকই, "অহুবু মী পুম্নমক্কদি থবক পুম্নমক ঙম্দে ইচে। অশোন-অনাগী সেবা তৌবগীস্থু চংনবী হায়বা অমা লৈ।"

ষোড়শীনা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "করিগী লৈতনি। অদুবু মক্কম মতম খঙদনা শুপ্নগী মপালদগী মতুগী ঈচেলদু মওং হেক্কা লেপ্পা য়াদে হৈম। অদোমদি করি হায়বিনিংবগে?" অসি হ্রুঁয়রগা নির্ম্মলদা য়েংদুনা নোকফেং তৌবকই।

নির্ম্মলনা ইঙ্গিত অসি মপুংফানা লৌশিল্লগা হায়রকই, "থোইদোক্না ঐদি করিগুম্বা মওংদস্তু য়াদবা ঙমদে। অদুদা নওনা থবক্কী থোওং মী পূম্নমক্কী চপ মান্নবা নত্তে— খুদমদি সন্ন্যাসিনীগী অসিগুম।"

মপুরোইবনা পল্লিবদু হৈমনা খন্তদুনা য়েংদে, হায়রকই, "সন্ন্যাসিনী ওইসন্. অদুবু মাগীদি ধর্ম্ম লৈরবা? মহাক নুপী নত্রা? ইচেবু মানা যুমদগী ফাদুনা পুখি, অদুম ওইনমক ইশানা য়ানা চংপনি হায়বিরি। মীনন্দা অসিগী কান্নবা করি লৈখিবগে? মানা নাবদি মশাগী মবমচংননি। অদু ওইববস্তু অদুক তমথীনা পাপ চেনবা মীবু কল্লুবগী ইচেগী করি দবকার লৈ? মসিগী মতুংদা মীনা করিগুম্বা চিংনখ্রবদি মদু মখোয়গী মবাল ওইগদ্রা?"

মাগী নুপীগী ৱা তাবদা নির্ম্মল শাউনিংবা অমস্তুং ঈকাইবা পোংক্লকই। মহাক্না খঙই, মরাল শীননবা হৈম যুমদগী খোরকপা নত্তে— মযুমদা চংলগা ঈকাইবা পীকুগদবা মহাক অদুগুম্বা মী মচা অমস্তুং অতোনবা মীশক নত্তে, থোইদোক্লদুম তৌবিমল খঙবা উংতুনা মওং অমদা অচৌবা মথৌনা হাপ্নবা মহাক লাকপনি, অদুবু ৱাগী ৱাপাদগী মসি পূম্নমকসি মহাক্কী মচিন্দগী

খোংকখিবনি। অহুবু তুংদা মশানা মশাবু কাউথোকচহুনা অমুক্তস্থু খরা হায়রকপা য়াই, মসি কীবদগী তৌফম খণ্ডদনা মহাক্না করিনো অমা হায়গদবগী তৌরকই, অহুবু কান্নবা ফংখিদ্রে; ষোড়শীনা নোকুমা হায়রকই, "নহাক্কী নপুরোইবনা হায়রি, সন্ন্যাসিনীগী ধর্ম্মগা সন্ন্যাসিনী নত্তবগীগা মান্নরমদবস্থু য়াই, উংাগী খাণ্ডপোক অসিদা কনাগী মতেং ফংদনা উফুল 'থঙ্গা ইতোমদা লৈবা অসিগুম্নদি নহাক খাংবা ঙম্লোই।" হায়রগা নোক্লগা মহাক্না অমুক হায়রকই, "তশেংবনি, ঐবু য়ুমদগী চিং-খোংতুনা কনানস্থু ফাহুনা পুদে, ঐ শাউবনা ঙাওহুনা ইশানা চংচরুবনি।"

নিম্মলনা হায়বকই, "অহুবু ইবেম্মগী অশাউবা লৈ হায়বদি নিংদেনা?"

ষোড়শীনা নোক্লিংবা খাংহুনা অসিদমক হায়রকই, "করিগী লৈতনি।" হৈমদা হায়রকই. "অহুবু মহু ঐ য়েঙ্গে, তশেংনমক ঐনা মীনঙ্গা ঙাংখিবনি। অহবু ফনা তমথীবা পাপীনি হায়হুনা মাবু কন্ননবগী অধিকার কনাগীস্থু লৈত্রবা? নহাক্কী নপুরোইবা উবিলনি, মঙোন্দা থোইদোক্লা মতম চানা হংতুনা য়েংউ"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "মতম চাবদদি অচম্বা বুদ্ধিনা পাউখুম অমা পীবা ঙমগনি. অহুবু মতম চাদনদি পাক হেক পাউখুম পীবা ঙম্বা নত্তে।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অহুদা নত্তনা অসিগুম্বস্থু ওইবা য়াই, মহাক্না জ্ঞান য়াউনা থবক কয়া তৌদবা—"

হৈমনা খামহুনা হায়রকই, "অহুনি হায়হুনবু ইপামক্কী মায়োক্তা হেক্তা লেপ্লা ভারবা? মসিস্থু সন্ন্যাসিনীগী ধর্ম্মরা?"

ষোড়শী শাউদে, মাইথোং মক্তা লান্না হায়রকই, "সন্ন্যাসিনী ওইরবস্থু ওইদ্রবস্থু নুপী ওইবীগী থোইদোক্লা অসিগুম্বা পোৎশক সংসারদা লৈবা য়াই মহুনা মপাদগীস্থু হেনবা! মহু করিগুম্বা ওইরমত্রবদি হৈম, শেগায়বা থাংপোক অসিদা নহাক্কী খুয়া-উফুলমক কমদোনা তারগদগে ?"

হৈমনা তৌফম খঙদনা মক লুকথহুনা মহাক্কী খুয়া-উফুল লৌরগা মকোক্তা হাপ্লগা হায়রকই, "অসিগুম্বা ব্রা নহ'ক্তা চিন্দা ফাওবা পনবিগন্নু ইচে। ঐগী ইকুবোক্লা নিংথৌনা থাং অমা মনা ওইনা পীবম্মী, নহা ওইরিবঁদ। ঐনা থাংখুমদগী শত্তোক্কুনা তোইনা য়েংই। মখুম অহু উফুল-রাইফুলনা মোংশিল্লে, অহুবু অশেংবা পোক্তদি করিমত্তা মকশিনহনব ঙমদে। মহু ইচম-চম্মী, অহুক কোনচাক শেংই— মহুগী ব্রা ঐ নহাক্কী মাইথোং উবদা হেক্তা নিংশিংলকই। খল্লি, লৈবাক হুপ্পগী মী পুন্নমক্লা লান্না লৌরবনি, কনাস্থু করিস্থু খঙদে — পাম্রবদি মখুম অহু খুদক্তা শত্তোক্কুনা হুন্দোকখিবা যাবনি। ক্ষবিগী হুন্দোকখিদ্রিবনো ইচে ?"

ষোড়শীনা মাগী খুৎ য়েৎ মশাগী খুবাম-নুংদা চিংশিল্লগা ঙাইহাক তুম্মিন্না ফমহুনা লৈরগা হাযরকই, "ঙসি নখোয় চংলগনি হায়বদায়, চত্রবদি কৈদৌরে ? হযেং চংপা তারবা ওইরিনিবে ?"

হৈমনা মহাক্কী মপুরে'ইববু উংতুনা হায়রকই, "অহিংদা কনাননো মহাকপু খুৎ শস্থিহুনা তুবেলদা লৌবুক-লমহাংদা অশোয়-অঙাম থোকহন্দনা যুম ময়া ফাওবা থিনবিরকখি, ঐখোয়গী বাবানা মঙোন্দা লুপা মপূম অমা বকশিস পীবা পাল্লিবনি।

অহুবু লুপা অহু মহাক্কী মখুং ষ্নৌরস্নোই, মরমদি বাবানা মাবু থিবা ফংলোই। মমিং উদবা মী অসিবু অহুম্না তৌবিরমদ্রবদি করি ওইগদগে হায়বহু ঐদদি খঙই, অহুগা ঐনদি মহাক অহুগী মমিং খঙই। অহুবু শেল-থুমদি মঙোন্দা পীননবা উপায় লৈজদে— অহুনা খুয়া-উফুল খরদং লৌজনবা—”

অসি হায়রগা মাগী খুং শঙোক্তুনা লৌথোক্লবা হোংরকপদা যোডশীনা চেজেং পায়শিল্লগা নোকফেঙমক তৌরকই।

হৈমনা মখুং ওইনা মপী তৈথোক্লগা নোক্তুনা হায়রকই, “খুবা-উফুল পীবিদ্রবস্তু য়ারে ইচে, খুংতু খজিক্তা থাদোকপিয়ু— ঐগী খুং তেকদোবে। কনবা পুক্নিংদা নত্তে, খুংস্তু হস্তুবা নত্তে! ইস্পাতকী থাংশাং অহু নিংশিংলকই। অহুবু ঙসিদি রাফম অসিগী অয়াবা পীবিযু ইচে, ইশাগী মী দরকার করিগুম্বা ওইরকপা থোক্লবদি লমলানবী ননাও ঐবু মতম অহুদা নিংশিংবিরকত্রা?”

যোড়শীনা মহাক্কী মখুঙা তপ্না তপ্না নাল্লকই, করিমঙা ঙাংদে।

হৈমনা হায়রকই, “অহু ওইরবদি য়ানিংদব্রা?”

যোড়শীনা হায়রকই, “ঐগীদমক্তা নখোয়গী বাবাগা থংনবা অহু ঐনা পামগদ্রনে ইনাও?”

নির্ম্মলনা হায়রকই, “থংনবা নগ্রবদি অতৈ তৌনিংঙাই করিস্তু লৈত্রব্রা?”

যোড়শীনা হায়রকই, “ঐনা হায়নিংবদি মহুস্তু নখোয়না

তৌবিক্লবগী ক্ষাম্নবা লৈতে। অদুবু মতুনি হায়রতুনস্থ লম্নানবী ইনাওবু ঐ খক কউরোই। ঐগী পাউ মখোয়না ক্ষংবিগনি।"

মীনাইদু ঙসায়মথৈ তুম্মিন্না ফমদুনা লৈ, মাদা হায়রকই, ইমা ঙরাংগী মতৌঙুম ঙসিস্থ নোং-মুংশিং তৌবকপা যাই — নোং মংলক্লে।"

হৈমনা মপান্দা মুনা য়েংলকই, অদুগা ভৈরবী খুরুম্নগা হন্দক্তি খুম্না-উফুল লৌবগা হৌগংতুনা লেপ্‌খ্র। নির্ম্মলনা মথৎ লোম্নদুনা নমস্কার তৌরগা হাযরকই, "ঐহাক মতম পুম্নমক্তা লমন তোন্দুনা লৈরগনি, শিংদোক্লবা লম্নী অমা অমুক লৈরে। কোর্টকী মীনি, সম্পত্তি লৈবা ভৈরবীগী থবক্তা চম্নবস্থ যাই, অদুবু থাংপোক্কী সন্ন্যাসিনীদি— ঐখোযগী খুৎ যৌবা ঙমদে। পুম্নমক থাদোক্তনবা উপায় লৈখিদে অচুম্বনি, অদুবু থাদোক্লগস্থ উপায লৈগনি হাযবদি থাজবা ঙমদে।"

ষোডশীনা হৌগৎতুমা লেপ্লগা হাযবকই, "ঐ পুম্নমক থাদোক্লে হাযনা কনানা হাযবগে? ঐদি কৰিস্থ থাদোক্তে।"

নিম্মল অমস্থং হৈম মবানিমক্লা ঙক্তনা চপ মান্নমা হাযরকই, "থাদোকপিদবা? স্বত্ব অমত্তা থাদোকপিদবা?"

ষোডশীনা অদুম ঈংনা তপ্লবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "নত্তে, করিস্থ থাদোক্তে। ঐদি মুপীনি, ঐদি উপায লৈজদবীনি, অদুবু ঐগী ভৈরবীগী অধিকার অদু শম্না মফৈ অমা ফাওবা কোমথোক্তি। মখোয় মুপানি, মখোয়দি মপাঙ্গল লৈ, অদুবু মখোয়গী মপাঙ্গল অদু চপ চানা উত্রিবমথৈ ঐগী খুত্তগী

করিমত্তস্থ ফংননবা উপায লৈরোই— উক্কুল মরিক অমা ফাওবা ফংলোই। নির্ম্মলবাবু, ঐদি নুপীনি, অহুবু সংসারদা মতুমক ঐগী অচৌবা ইরালনি হায়না লেপ্পরিবা মখোয় অহুনা লাল্লিবনি। লাল্লিবসি মখোয়না চুমখোক্কদবনি।"

রাসি তাবদা মখোয অনিমক চপ যুংনা লৈখ্রে। ইমুংদা মতমহু ফাওবা মৈ থাক্ক'ত্রি— অমম্বদা মহাকী মাইথো', মহ'ক্কী মিৎ, মাগী ময়ে' তারবা হকচাংগী ময়েক লাদবা অচম্বা নত্তুনা অতৈ করিস্থ উবা ফ দে, অহুবু ঈংলবা ফিঙ্গংতবা খোঞ্জেলদস্থ অরেম্বদা মশাগী মগুণ উংতুনা চ'উথোকচবা চেন্দবা অসিনা খঙঙমদবা মরক্তা চংহুনা মবানিমক্তা শাফু কল্লা যুররে।

থোইনা লাপ্তুনা লম্বী চিথেক্তা ইবাং-লাংলকপা অমা তারকই। মাং অমস্থং তুংদা মৈ পায়হুনা দে'লাই অনিথক পুথ্রি।

অমম্বদা য়েংলহুনা নির্ম্মলনা হায়রকই, "জমিদারবাবু অহু ওইরবদি ঙসিমক খোঙদাবিরক্লমাল্লে খঙলে।"

যোঙশানা ইমুংদগী ঙকপগা লোযননা হায়রকই, "জমিদার-বাবু। মহাক লাকপগী রাফম লৈত্রা?" হায়রগা মহাক থোঙজিল ময়াদা থোক্লক্লুনা লেপ্লরে।

নির্ম্মলনা হায়রকই, "হোয়, তুবেল ময়াগী মাগী নরককুণ্ডহু শেংদোক্লিবনি। এককডিনা হায়, হকচাং ফগৎনবা অঙ্গৈং-অশা ওনবা হুজুব ঙসি হয়েংগী মনুংদা মরৈবাক্তা খোঙদাবিররগনি। মতুমক তৌররেদনা।"

ষোড়শী চঙক্লনা মফমদুদা অদুম লেপ্লুনা লৈ। বিদায় লৌরগা নির্ম্মলনা তপ্না তপ্না হায়বকই, "ফনা লাপ্নবু লৈরবস্লু ঐখোয়না হিংলিবমথৈদি ইশাবু তশেংনমক উপায় লৈত্রবীনি অদুগা চংজফম লৈত্রবীনি হায়না খনবিবোইদবনি।" হায়রগা মহাক্লা হৈমগা খুৎ শম্নদুনা অমম্বদা চংখ্রে। ষোড়শী অদুম লেংদনা চপ যুংনা লৈ, মা অসিগী পাউথুম অমত্তা পীখিদে।

## তরানিথোই

চাউরবা মন্দিরগী চেকপলনা খনখিদুনা জমিদার জীব'নন্দ চৌধুরীগী দোলাই অনিদু মিংনা কুপ্পদা মশক উখিদ্রে। থোই-দোক্লা অমম্বদুদা মৈঙাল খরদুদগী মতেংনা মীওইবগী মিংনা থোইনা কবিস্লু উনিংঙাই ওইদে, অদুবু ষোড়শীনা মপুক্লিংদা খল্লকই, নুপাদুবু মহাক্লা নুংথিলগী মতৌগুম ময়েক শেংনা ৩৫। অদুগা শুপ্নগী মহাক্তবু নত্তে, ইখুম-খুমজিনবা দোলাইদুস্লু পুখ্রে, খুমজিনবা অদুগী মনুংদা তুম্মিন্না ফল্লিবা মীশক অদুগী অমুবনা ফিবান পাক্লা চনবা শাডীগী মচি অমা খজিগং কাংলিবা থোঙগী অহোবদা হাইথরক্লি, মদুমক ফাওবা মাগী মনিঙা উবগুম্মী। মহাক্না খুঙা শিরিবা সনাগী খুজি থাউমৈগী মঙালদা মিংকুপ্পং মিং থকখি, হীরম অসিদা মহাক চিংনবা লেতে। মহাক্না মনা অনিদা হীরা থিনবা লৈ ফর-ফর হাইরি, মাগী পুংশাগী খুদোপকা নুংগী অশংবা মঙাল থক্তোরক্লি—

খঙহৌদনা মহাক্কী কল্পনা খক পন্দুনা চপ লেপখ্রে। পূম্নমক অসি মহাক্কা হৌজিক্তা হৈমগী মশাদা উথি হাযবা নিংশিংলক্লে। মসি নিংশিংলকপদা অমঙহ্নদা মতোমদা ওইরবস্থু ঈকাইবনা নূংশুক-নূংজানখ্রে। "চণ্ডী! চণ্ডী।" হায়হনা মাংদা লৈবিবা মন্দিবদা ওন্দুনা থোঙজিলদা মকোক থমহ্নুনা খুকুপ্লে, অহ্নগা রাখল পূম্নমক থাদোক্লুনা থোঙজিল ময়াদগী মনুংদা চংলক্লুনা লেপ্লবদা অমুক নুপা নুপী অনিগী রাখলনা থম্মোয় খুমহংলক্লে।

ঙাইহাক্কী মমাংদা ৱাংবী শানবিংঙদা নোং-নুংশিং লাকপগী ইঙ্গিতনা মহাক্কী থম্মোয়দা ঈথিল অমা পীখি। নোংথক্তা অমুবা নোং মতুম মতুম্না অতিয়া শিনখ্রে, খিন্দনমক প্রলযগী শক্তম লৌরকপা য়াই। হৌখিবা অহি, তংখায় অমা অবাবা কোকথোংনখি। অহিং অহ্নমা মন্দিবগী লোল্লবা থোঙ ময়াংদা লেপ্পুনা কবিগুম্না মওং অমদা লেনখি; অসিগুম্না মওংদা হকচাংদা নৈহংপসি মহাক থাংবা হেনদে, দেবীগী ভৈরবীদা অসিগুম্বসি হৈনবা খক লৈতে, অদু ওইববস্থু ঙৱাং মহাক ব ব বা খক লৈখিদে। মহাক মশানা যানা যুন-কৈ মাগী মরাইবক থীববা মপাদা পীথোক্লগা লাকপনি, মসিগী মরমদা ঙসি পুমিং চুপ্পা মহাৱা করিমঙা খল্লুদে। অহ্নবু হৌজিক খঙহৌদনা মহাক্কী থম্মোয় 'পূম্না তশেংনা পুমতোয় তোয়বগুমখ্রে। খুঙ্গংদগী নাইতোম তাববা অচিকপা অসিদা মতোমদা অহোবা নিংথায়ববা যুম অসিগী মনুংদা মহাক অহিং করম তৌনা লেনগদগে? মশাগী নাক-য়েঙা লৈহনা য়েংলকই।

মুশিবা মৈঙালদা ইমুংগী অসোমগী কাচিন অনিথুদা লৈচাক পৈরিবা অথুগী মরক্তা লৈরিবা উচিগী মখুলশিং অথু মুশিন মুশিন মুবা মিংকুম উরি, মথু মেনশিনবা তাবনি, কোকথক্তা মশীং নাইদনা হোরি, ঙাইহাক লৈরগা নোং তারক্লবদি অর-র হৈথরক্লগনি, লেপকম ফাওবা মচেং অমত্তা লৈররোই, পুম্নমক অসি মী কৌরগা শেমজিন-শাজিনহনবা তাবনি ; থোঙ য়াম্না শাথীনা শোল্লে, মসিনা খ্বাইদগী হান্না শেমজিনবা দরকার ওই। নুমিৎ লৈরিঙৈদা য়েংশিলহৌদ্রে খল্লুবদা মাগী থম্মোয়দা থুক থুক লাউরক্লে। য়েংশিনবিদ্রবা শেমজিন-শাজিনবিদ্রা য়ুম অসিদা শুপ্লগী ঙসিদা নত্তে — নোংমগী মথংদা নোংমা মহাক কমদৌনা লৈগদগে ?"

মহাক্কী মপুক্লিংদা নিংশিংলকই, হৌজিক্তা বিদায়গী মতমদা নির্ম্মলনা হায়রম্বা ৱাগী পাউখুম করিমত্তা পীখিদে, অথুম ওইনমক থুনা অমুক উন্নগদবস্থু লৈতে। মহাক্লা থাজহন্দুনা হায়রম্মী, ইশাবু তশেংনা উপায় লৈতবীনি খন্দনবা। থবক ময়াম মরক্তা ৱাফম অসি মাগী মপুক্লিংদা কাউখিবস্থু য়াই। কাউদ্রবস্থু নোংচুপ-বঙ্গগী করিগুম্বা লাপ্লবা সহর অমদা লৈরগা মহাক্লা মতেং কমদৌনবু পাংলকদগে, অথুগা তেংবাং অথু লৌগদৌরিবনা মাগী অধিকার করি লৈথুনবো ? হৈমবু অমুক নিংশিংলকই। চংলমদায়দা করিস্থু হায়রমদে, অথুবু মপুরোইবগী ৱা মতুং ইন্না মখুৎ শম্নথুনা চংমিন্নখি, মতম অথুদা মপুরোইবগী ৱা খুদিংমক মহাক্লা তুম্মিন্না ইনবগুম্মী। মরম অসিনা মপুরোইবনা

কাউথোকখিবদি য়াই, অদুবু মহাক্লদি হায়দোকখ্রবা ৱাহৈশিং অদু তরায় তরায় কাউরোই, ষোড়শীনা মসি মপুক্লিং চেংনা খাজে।

হৈমগা মহাকা পরিচয় মতম কুইনগী মমাংদগী লৈনরকপা নত্তে, নকশিন্নবস্তু নত্তে। অদুম ওইনমক করিগুম্বা মওং অমদা থোঙ লোনশিল্লগা মহাক কম্বল অদু থাদুনা ফম শেম্লগা ফম-থরক্লে, মতম অদুদা মহাক্লা নুপীমচা অসিবু হন্না হন্না নিংশিংলকই। অহানবা নুমিৎ অৎমক্তদা হাযকবা লৈতনা মাগী অরাবা শক্লক যাদুনা খুঙ্গা 'পৃষ্ঠগী নুংশিহৈতবা শক্তিগী মাযোক্তা, মপাগী মাযোক্তা, ওইরম্বা যাই অতোপ্পা নুপা অমগী মাযোক্তস্থু লোন্না লান্থেংনরম্বা, মহাক অদু চংখ্রবদি হয়েং মাগী মনাক্তা লেপ্পি-রগদবা মফম অসিদা কনাস্থু অমুক লৈররোই, ৱাথোক্তি অস্থুম অস্থুম চাউথোরক্লনি; অদুবু ইশাগী ওইবা, থেমজিন ৱাহৈ অমত্তুং পনবিরগদবা অৎগুম্বা মী ফংলরোই. অদুম ওইনমক নোংলৈ-নুংশিং অসি কদায়দা চৎলগা করি তৌবগা লান্থোকপা য়াগদগে মদুগীস্থু করিগুম্বা অরেপ্পা অমত্তা লৈতে। মতৌ অস্থুম্না মরুপ-মপিজা কনা লৈতবা যুম অসিদা মাইকৈ মরি শুক-শুনা অমম্বা মরক্তা মতোমদা ফমদুনা মহাক হৌজিক ইকুই কুইদনা তুংদা শোয়দনা থোক্লগদবা খুদোংথীবগী মঙলানবু হন-হন্দুনা য়েংলম্মী, অদুবু করম্বা মতমদ। মশা খঙজদনা মহাক্লা উপদ্রবনা থল্লবা চিংনবগী যিঙং হাইদোকখিদুনা ঙাইহাক্তী মন্নুংদা মফম থঙদবা ৱাখল অমগী ঈথক্লা মাগী ককঙাওনরবা থম্মোয়-নুং থুমহৎনা ঈহৌরক্লে, মদু মহাক খঙহৌত্রে।

অস্মুক কুইবসি পুন্সিবু মহাক্না ফংজরিবা মওং অহুদা অহুম পেল্লক্লি। মহাক চণ্ডীগী ভৈরবীনি — মসিগী দায়িত্ব লৈ, মপু ওইবা লৈ, লন-থুম লৈ, খুদোংথীবা লৈ— নিংশিংবা থোক্লবা মতমদগী মথং মথং ওইরকখিবা ভৈরবীশিংনা চংনরম্বা লম্বীশিং অহু কদায়দনা খুই, কদায়দনা পাকই, পম্বী চংনা চংনা কনানা চুমজ্রিংনা চংখি, কনানা থেক্না খোইনা চংখিবগী খোঙগুল চংনবীগী ইতিহাসকী লামায়দা ইহুনা লৈরি। মসিগী ইদবা লামায়শিংদু মীয়ামগী মচিন্দা কদায়দনা লমচং ফজবগী ফজবা রারীনা ঈপোম হৌবি, কদায়দনা লমচং নাইদবগী মৈথু চুহুনা লৈ, অহুম ওইনমক ভৈরবীগী পুন্সি নিংথিনা লেপ্পরবা ঈচেল কদায়দস্মু খজিক্তা হন্থদ্রি। যাত্রা তৌরবদি অরায়বা অরুবা, অফবা ফত্তবা, লৈরক-কোনশাং কয়া লাম্থোক্লুনা চংপা তাবনি, মহুদা অরা-মুংঙাই থোইনা লৈতবা নতে; অহুবু কবিগীনো, করিগীদমক্তনো. রাহং অসিস্মু কনানস্মু করিগুম্বদস্মু হংলমদবা য়াই, নত্রগা মসিবু রাদ্রবস্মু অতোপ্পা লম্বী অমা অমুক থিবা হৈনিংলমদবা য়াই। লাইবক্তা তম্নবা মশক খঙলবা লম্বী অহুগী মতুং ইন্না ষোডশীগী পুন্সিগী অযাম্বা শরুক হৌগ্রে, মসিবু ভৈরবীগী পুন্সিনি হায়না মহাক্না চিংনবা লৈতনা লৌজরক্লি; নোংমক্তস্ম মশাগী পুন্সিবু নুপীগী পুন্সিনি হায়না খনখিদে। চণ্ডীগী সেবায়েতনি হায়রুনা মহাকপু অনকপা অরাপ্পদা লৈরিবা মশীং থিঙমদ্রবা প্রজাশিংনা মশক খঙই। মশীং থিঙমদ্রবা নুপী কয়া— কনানা চহি হন্থে, কনানা চহি হল্লি. কনানা লেংমান্নবীনি—

মখোয়গী মখল কয়াগী অরা-মুংঙাই, মখল কয়াগী আশা, রারেম কযা, পুক্নিংগী অথুপ্পা কয়াগী ঙক্না অমস্থুং জ্ঞান তানা তাদনা সাক্ষী ওইরক্নি, দেবীগী থৌজাল ফংননবগীদমক্তা মতম কয়া চংনা রা কয়া মখোয়না খোঞ্জেল পিক্না মঙোন্দা হায়খি, লাইরবা পূন্সিগী অথুপ্পা অধ্যায় চিংনবা লৈতনা ফাঙ্ডোক্লুনা মঙোন্দা উহন-হুনা প্রসাদ নিখি, পুম্নমক অসি মমিঙ্তা উথ্রে, গুপ্নগী উখিদ্রিবদি, মুপীগী থম্মোয়গী ববস্থা যুখল ফাওদোক্লুনা পুক্নিং নৌহৌবা অরাং-অপা অমস্থুং রাকংকী খোঞ্জেলনা ঈহৌরক্লুনা মতম অস্থুক কুইবসি মাগী নাকোংদা পৈররি। মখোয়গী মওং-মতৌ অস্থুম্না কবিগুম্বা অতোপ্পা জগৎ অমগী পোংনি, মহু খঙননবা উননবা করিগুম্বা মরম কবিগুম্না দরকার অমত্তা মহাক্কী লৈরমদে। দবকার অহংগী অহানবা চৈথেং মতম অসিদা অমম্বা ইমুং অসিদা মাগী মশাদা ফাওরক্লে। নোং-মুংশিং মরক্তা অহিংদা নির্ম্মলগী মথুং শমহুনা তুরেল লান্দুনা লাক্লগা মখুমদা থিনবিখি, মী অনি নঙনা রাফম অসি অতে কনাস্থু খঙলমদবা য়াই, অমস্থুং হৌজিক্তা মমিং নিংথিনা উদবা মুপা অহুনা হাযবদগী হৈমনা মাগী মখুং শমহুনা চংমিন্নখি, রাফম অসিস্থ মী খরদং নঙনা অতে কনাস্থু খঙদবা য়াই, অহুবু ঙরাংগীগা ঙসিগী থৌদাং অসিগা কয়াদা খেন্নরি।

ঙসি অমুক্তং হৈমগী শাড়ীগী ফিবান, মাগী অশংবা মচুগী নুং থিনবা খুদোপ্তুগীনা মনাগী লৈ ফাওব মহাক্কী মমিঙ্তা উখি, অহুগা মখল খুদিংমক্কী অচেংপা কুয়োম অমস্থুং অমম্বা লাঙ্থোক্লুনা

তশেংনমক মাগী ইন্দ্রিয়না খণ্ডগুমদবা নিংয়েংগী ন্নাংমদা মুপী অদুগী খোঙথাং থুদিং মতুং ইন্দুনা চংপগুম্মী। মহাক্না উরকই, মপুন্নোইবগী মখুৎ থাদোক্লগা হন্দক্তি মহাক লোম্না ইমুংদা চংবা তাই, মকমতুদা মাগী থন্নায় ন্নান্নবা ন্নুংশাথীন্নবা মমা-মপাগী মীচৈ কয়া তানা অমসুং পাউথুম পীঙমদনা ঈকাই ফিরুক্কুনা থুনা ন্নাংনা মশাগী কাদা চংখিদুনা আশ্রয় লৌখিগম্নি, মকম অদুদা মহাক্কী তুন্নম্বা মচান্নুপা মিংকপ থোক্লক্কুনা কমুংদা কমদুনা কল্লম্বা ন্নাই—মাবু থেমজিল্লগা অমুক শুম্বা তাই, অদুবু মসিনা পোথাবা ফংলগদ্রা? মতম অদু ফাওবা থবক কন্না লোইশিন-গদবা ন্নাংলমখিগনি। মপুন্নোইবনা চাব-থকপদা অন্নাং-অপা মক্লমদগী য়েংশিনবা তাই— অশোয়বা য়াউদনবা; মচান্নুপাবু হৌদোক্লগা মঙ্গোম পীথকপা তাই— মহাক লাম্না লৈখিদনবা, অদুগী তুংদা মশামকসু খন্না চারগা মওং অমদা অহিং অদু লেল্লগা অমুক অমুক অঙনবদা হৌগংলগা চংননবা শেম-শাবা তাই। মহাক্কী মখল কয়াগী দরকার, মখল কয়াগী শেমজিন-শাজিনগদবা লৈরমগনি। মপুন্নোইবা, মচান্নুপা, মরি-মত, মীনাই-মীশল পুন্নমক মহাক্কী মতেং লৌদুনা চংকদৌরিবনি। শাংলবা লম্বীদা কনানা করি পান্নক্কদগে— মহাক্না শিনবা তাবনি, মহাক্না পুন্নমক খল্লগা পুবা তাবনি।

মশাগী পুন্সিবু যোড়শীনা করিগুম্বা নুমিত্তসু অতোপ্পগা চাংদম্নদুনা থক য়েংলুদে, খল্লুনবগী ন্নাসু করিগুম্নদা খল্লুদে, অদুম ওইনমক মহাক্কী থম্মোয়ন্নুংদা য়ুম্বানবী অমগী দারিদ্র

পুম্নমক, পোৎলুম পুম্নমক, মমা ওইবীগী খোঁদাং পুম্নমক, রাখল পুম্নমকপু কনাননো হৈ-শিংলবা মখুৎনা মপুং ফানা শেম-শাদুনা থম্মিরম্বগুম্মী। অদুনা মহাক করিস্থ খণ্ডদ্রবস্থু পুম্নমক খঙই, কবিগুম্বদা করিমত্তা তমলুদ্রবস্থ হৈমগী মতৌগুম থবক খুদিংমক মচু তানা তৌবা ঙমগনি হায়না মহাক্কী থম্মোয়দা খল্লকই।

থোইনা লাপ্তুনা উতেক অমদা থাল্লিবা লৈবাক্কী থাউমৈদু মুখরক্লে, রাখলদা তাউনা তাউনা মতু ঙালহন্নবা শেম্বদা মহাক্কী মঙদ্রং অদু কাযখিদুনা মহাক চণ্ডীগডগী ভৈরবীনি হায়বা নিংশিং-লক্লে। অস্থুক চাউনা সম্মান লৈরবী মণিক-মগুণ চেল্লবী নুপীদি মাইকৈ 'সোমদা অমমুক লৈত্রে। মহাক অচম্বা নুপী অমগী থোইদোক্লা চম্লবা যুম্বাল্লোনগী কবিস্থ লৈতবা রাখন্দা মিংকুপ্তুগী ওইনা ওইরবস্থ মশাবু কাউথোকউরে খনবদা ঈকাইবনা শিগ-দোই। ইমুংদা অতোপ্পা কনাস্থু লৈতে, ঙাইহাক্কী ওইনা খজিক্কুং শোন্থরুবসি জগৎতা কনানস্থু কৈদৌঙৈদস্থু খঙলোই, শুপ্পদগী মহাক্তি দেবীগী সেবিকানি, চণ্ডী অদুবু থাগোম্নদুনা মখুৎ লোম্নরগা মকোক নোম্না হাবজরকই, "ইমা, অরেম্বা রাখন্দা মতম মাংহনপ্রে, নহাক্লা ঙাকপিয়ু।"

অহিং কয়া যাম্না থেংলবগে তাংদাংবা খঙননবা উপায় লৈতে, অদুবু য়াম্না থেংলম্নগনি হায়না ভাবনা শাবকই। অদুনা ফম অদু খরা পাকথোক-চাউথোকহন্দুনা শেম্লে অমস্থুং থাউমৈদা থাউ খরা অমুক হাপ্লগা মহাক হিপথক্রে। চোকথরবা মিত্তা য়াম্না থুনা তুম্লিংবা ফাওরকপা য়াই, অদুবু মপান্দা থোঙ ময়াদা

অকনবা মখোল অমা তাবদা ভকচান্নবা হৌগৎতুনা ফম্লে। মুংশিংস্থ থরা কনখৎলক্লে, হুই লমছুই ওইরগা ওইথোক্তক্লিংঙাই নত্তে, অদু ওইরবস্থ ঙাইহাক মনা থাঙ্গৎতুনা তারগা কীনা হংলকই, "কমানো ?"

মপান্দগী খুম্লকই, "কীগনু ইমা, তুশ্বিরো— ঐ সাগরনি।"

"অদুবু অস্থক থেংলবা অহিংসিদা নঙ করিগীনোনে ?"

সাগরনা হায়রকই, "হর-খুড়ানা হায়, জমিদার লাক্লে, অহিংগী কিভমস্থ কত্তে— ইমা মথন্দা লৈ, চংলো সাগর নঙ চৈদু পায়দুনা অমুক্তা শংলুচো। তুশ্বিরো ইমা, নোংঙাল্লিমথৈ ঐ লেংলরোই।"

ষোড়শীনা ভকচান্নবা হায়রকই, "মদু ওইরবদি সাগর, নঙ নথন্দনা করিবু তৌবা ঙমগদগে ?"

মপালদগী মুপাদুনা খিত্তং নোকফেং তৌরগা হায়রকই, "ইথন্দা কদায়দগী ওইগদগে ইমা. খুড়াবু খুৎ থন্দুনা অমুক্তং কৌগনি। খুড়াগা ঐগনা চৈ পায়প্রবদি— পুম্নমক ইমানা থঙবিরিবদুনি। মুমিৎ অদুগী ঈকাইবনা লৈফম থঙদ্রবনি, অমুক্তং য়াথং পীবিরক্লম্নবদি থঙগদবনি ইমা !"

মখুড়া হরিহর অমস্থং মচানুপা সাগর অনি অসি লুট তৌই হায়জিনবিদুনা চহি অনি জেলদা অমুক লৈরুই। জেলদা লৈরিঙৈদনা থোইদোক্লদুম করম্মী, অদুবু থাদোকরকপদগী মখোয়বু মতম শাংনা মাইকৈ অমদনা জমিদারনা অদুগা মাইকৈ অমদনা

পুলিশ কর্ম্মচারীশিংনা ওৎ-নৈবগী লোইবা নাইখিদে। কদায়দনো করিনো অমত্তং থোকপদা মাইকৈ অনিদগী চিংনরকপনা মখোয় মথরায় মাঙ্গদোই। মতু-মচাগা লোয়ননা শাস্তি লৈনা লৈবা ফংদে, অদুগা মরৈবাক থাদোক্লুনা কদায়দনো চৎপস্থু ঙমদে। মরম চাদনা নৈবিবা অমস্থুং মরম লৈতনা ওৎপিবা অদুদগী যোভশীনা মখোয়বু থরমথৈ কনবিখিবনি। বীজগাঁগী জমিদারীগী মনুং চন্না লৈরম্বদগী মশাগী লম পীদুনা হোংদোক্লকহনখি অমস্থুং পুলিশনা পেন্নবা কয়া শিন্দুনা মখোয়গী পুন্সি ফনা নিংথিনা ঈংনা লেঞ্জনবা হোৎনবিখি। মহুদগী হৌনা হুরানবা শিবিরবা অথোইবা ভক্ত অনি অসি যোড়শীগী অরা-অনাদা থানজ্রবা মতেং ওইরক্লি। গুপ্পগী অতোনবা জাতনি অমস্থুং অমাংবনি হায়না চিংনজহুনা মখোয়না থাপ্লপ থাপ্লপা লৈবতনি, অদুগা যোড়শী মশানস্থু করিগুম্বা নুমিত্তা মখোয়বু মনাক্তা কৌশিন্দুনা নকশিন্নবা হোৎনক্লদে। চানবিহুনদা লাক্লির্বনি, করিগুম্বদস্থু মহু হন্না থক লৌক্লদে, দরকারস্থু লৈরমদবা য়াই। ঙসি চিক্লবা অথেংবা অহিং অসিদা চিংনবা অমদি নুংশাথীবা মরক্তা মখোয়গী তাং য়াউদবা নুংশিবা অমস্থুং মনা-মনিন নাইদনা সেবা তৌনবা হোৎনজবা অসিদা যোড়শীগী মমিং অনিদা পীরাংবা থুমহৎলক্লে। ভৈথোক্লগা হংলকই, "করে সাগর, মখোয়গী কাংবু মরক্তস্থু ঐগী মরমদা য়ারী শানরমগনি নিংই, নত্রবে; কনানা করি হায়নবগে?"

মপালদগী সাগরনা ফিংনা পাউথুম পীরকই, "ইস! ঐখোয়গী

ইমাংদবো ! ঐখোয় অনিনা তান্নবদা কনা কদায়দস্সু লিংকম লৈরোই ইমা।"

যোড়শীনা খুদক্কা ঈকাইনা ভাব তারক্লে, মঙোন্দা অসিগুম্বা রাহং হংলুবা চুমদবনি। অস্মুম তৌহুনা রাকমহুবু অমুক চাউ-থোকহন্দনা তুশ্মিন্না লৈগ্রে। অহুম ওইনমক মহাক্কী মিত্তস্সু তুম্লিংবা পোক্কে। তৌবক্লগদবা নোং-মুংশিং কোকথোংনহুনা মী অমা মাবু ঙাক-শেন্দুনা মপান্দা ফমহুনা লৈরি খঙবনা তুম্বা পাক য়াগদবা লৈতে, অহুনা ঙাইহাক তুশ্মিন্না লৈরগা অমুক মহাক্কা রাকম অসিমক কাংলকই, হায়রকই, "করিগুম্বা নোং চুরক্লুবদি য়ায়া রাগনিনে সাগর, 'সিদস্সু লেপকম মচেং অমত্তা লৈরোই।"

সাগরনা হায়রকই, "লৈতসন্নু ইমা। নোংঙানগদবা কুইদ্রে, য়ুথক অনি নোং চোৎপনা ঐখোয়দি নারোই।"

তশেংনমক মহুগী অতোপ্পা পাম্বৈস্সু লৈতে, অহুনা ঙাইহাক তুশ্মিন্না অমুক লৈরগা যোডশীনা অতোপ্পা রাকম অমা হৌদোরকই। হায়রকই, "ফরে, জমিদারগী মীনা ঐবু নুমিৎ অহুদা য়ুমদগী নমহুনা ফাহুনা পুবনি হায়বসি নখোয়না তশেংনা থাজত্রা ?"

সাগরনা মথরায় নুংঙাইতবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "করিদি তৌরুনি ইমা, নহাক্কি নথন্দনি, নুপীনি। খুঙ্গং অসিদা মীনি হায়বা য়াবা কনাস্সু লৈতে, খুডাগা ঐগা নুমিৎ অহুদা কৈথেল মচাদগী মতম অহু ফাওবা হল্লকপা ঙমখিদে। নৎলমত্রবদি মতিক করি লৈগনি ইমা, নহাক্কী নশাদা খুৎ থারগদবা !"

ষোড়শীনা মপুক্লিংদা খঙলে, খন্নরিবা অসিস্থু অকবা নত্তে, রাগী রাপাদগী ফজদবা রা তারকপা য়াই ; অদুবু লেপ্পস্থু ঙমদ্রে, হায়রকই, "মখোয়গীদি মী কয়ানি, নখোয় অনি লৈরম্নগবু থিংবা ঙমগদ্রনে ?"

মপালদগী সাগরগী মচিন্দগী "উঁ" হায়না শেংক্কাঙবা খোঞ্জেল অমা থোরকই, অদুগা হায়রকই, "করিস্থু কান্নদে ইমা, পুক্লিংগী অরাবা হেনগংহনবনা। হুজুর লাক্রে, ঐখোয়স্থু পুম্নমক খঙই। ইমাগী কৃপাদগী অমুক করিগুম্বা মতম লাক্লবদি মতমদুদা মদুগী পাউথুম পীগনি। নহাক খনবিক্লন্নু ইমা, হর-খুড়া হন্নুরে হায়দুনা শিরবনি হায়না। মাবু মাতু ( মাতঙ্গিনী ) ভৈরবীনা খঙবনি, মাবু শিরোমণি ঠাকুরনা খঙবনি। জমিদারগী মনাই-মশল য়াম্না লৈ হায়বস্থু খঙই, লাইরবনি হায়দুনা ঐখোয়বু অরাবস্থু থোইনা পীখিদবা নত্তে, মদুস্থু কাউদ্রি—জাত অতোনবা ঐখোয়দি ইশাদগী খন্দে, অদুবু নহাক্কী য়াথং ফংলবদি ইমা ভৈরবীগী মশাদা খুৎ থাখিবগী লমন খুম্বা ঙমগনি। মঙক্কা থৌরি থাংদুনা হুজুরদুবু পুরক্লগা অহিং লেন্দনা ইমা ( চণ্ডী ) গী মফমদা বলি কংপা ঙমগনি ইমা, শালা কনানস্থু থিংবা মতিক ওইরোই।"

ষোড়শী থম্মোয়দা তু চুংই, হায়রকই, "হায়রিবদু করিনো সাগর, নখোয় অদুক তমথীবা, অদুক শাথীবা ওম্নবা ? অদুখক্কগী-দমক মী হাংপা পাম্নবা নখোয়না ?"

সাগরনা হায়রকই, "অদুখক্কা ! অদুখক্কগীদমক্কা নত্রা ঙসি নহাক্কা তারিবা দশা অসি ? জমিদার লাকই হায়বা তাবদা

খুড়াদি মৈ হৌহৌরে, নহাক রাক্লনু ইমা, অমুক করিগুম্বা শরা থোক্লবদি মতমগুদা মাস্ত থুগ্নগী মহুখক্তদা লেপঞ্লগদবনি।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "তারিব্রা সাগব! নহাক করিগুম্বদা গুরু মহাশয়গী পাঠশালাদা তম্লকপরা?"

মপান্দা ফল্লিবা সাগব ঈকাইবগুম তোই, হায়রকই, "নহাকী আশীর্ব্বাদদগী রামায়ণ-মহাভারত ফাক্তোক-ফাক্চিন খরমখৈ এহুম মঙম্মী। অহুবু রা অসি হংবিরিব করিগীনো ইমা?"

ষোডশীনা হায়রকই, "নঙগী রা তাবদা খল্লি, খুডানা খঙদবদি য়াই, অহুবু নঙদি খঙবা ঙমগনি থুমিং অডুদা ঐবু কনানস্থ ফাহুনা পুদে সাগর, কনানস্থ ঐগী হংশাদা খুং থাদে, ঐ থুগ্নগী অশাউবগী ময়াইনা ইখোঙনা থোংনা চংলুবনি।"

সাগরনা হায়রকই, "মহু ঐখোয়স্থ তাজরে, অহুবু অহি' চুপ্পা য়ুমদা হল্লকখিদে ইমা, মহুস্থ শাউহুনরা?"

ষোড়শীনা রাহং অসিগী চপ চাবা প উখুমদগী থৈদোক্লনা হায়রকই, "অহুবু নখোয়না এহুক কন্না শাউরি, দশা অহুদি ঐহাক ইশামক্তা তাহজ্জবনি। ঐদি ইশানা য়ানা বাবাদা শিগ্নরম্লগা 'সিদা লাক্লনা লৈররিবনি।"

সাগরনা হায়বকই, "অস্থক কুইবসিদি 'সিদা লৈবা পাম্বি-রমদে ইমা।" ভাইহাক্লং তুম্মিন্না লৈরগা খঙহৌদনা মাগী খোজেল লুম্নক্লে অমস্থং য়াক্লক্লে, হায়রকই, "তারাদাস ঠাকুরগী মথক্তস্থ ঐখোয়গী অশাউবা লৈতে, রায় মহাশয়দস্থ ঐখোয় কনানস্থ করিস্থ হায়রোই, জমিদারবুদি ঐখোয়না খুদোং হেক

ফংবগা লেম্না থক্ থারোই। খঙবিদ্রা ইমা, ঐখোয়গী বিপিনগী মানা করি তৌখিবগে হায়বা? মহাক যুমদা লৈবমদে— জমিদারগী মী মাগী যুমদা চংলক্লগা —"

ষোড়শীনা থুনা য়াংনা মাবু খামত্বনা হায়রকই, "তোক্লো সাগর, অত্বগুম্বা পাউ অত্ব ঐঙোন্দা অমুক তাহল্লগনু।"

সাগর তুম্মিন্না লেপ্লে। ষোড়শী মশামকস্তু ফনা কুইরবা ফাওবা অমুক য়াহং অমত্তা শংখিল্লে। অত্ববু ঙাইহাক লৈরগা সাগরনা অমুকহন্না য়া ঙাংলকই, মতম২দা মহাক্কী খোঙ্গেলদা থোইদোক্লা ঙকপগী খুদম ষোড়শীনা ময়েক শেংনা ফংই। সাগরনা হায়রকই, "ইমা, ঐখোয় নহাক্কী প্রজানি, ঐখোয়গী অরাবা নহাক্লা তাবিদ্রবদি কনানা তাবিগদগে?"

ষোড়শীনা হায়রকই. "অত্ববু তারবস্তু অত্বক চাউবা জমিদারগী মাযোক্তা ঐনা করিস্তু তৌরুবা ঙম্লোইনে ইবুংঙো।"

সাগরনা হায়রকই, "অমুক্তি শিনবিথি। অমুক দরকার লৈরবদি নহাক্কনা ঙনগনি। নহাক্লা ঙমদ্রবদি ঐখোয়বু কনবিনবা কনাস্তু লৈত্রে ইমা!"

ষোড়শীনা হায়বকই, "অনৌবা ভৈরবী করিগুম্বা লাক্লবদি মঙোন্দা নখোয়গী অরাবা তম্মু।"

সাগরনা ঙক্লা হায়রকই, "অ২ ওইরবদি নহাক ঐখোয়বু অশেংনমক থাদোক্লনা চংলগদ্রা ইমা? খুঙ্গং 'পুম্বনা ঙাংনরি—" মহাক থংহৌদনা লেপখ্রে, অত্ববু ষোড়শী মশামক্লস্তু য়াহং অসিগী পাউথুম পাক হেক পীবা ঙমদ্রে। মিংকুপ খরা তুম্মিন্না লৈরগা

তপ্না তপ্না হায়বকই, "যেংউ সাগর, নখোয়গী নফমদা ৱাফম অসি পনগদবা থোইদোক্লা ঈবাই। অদুবু ঐগী মরমদদি পুম্নমক তারবা নত্রা? খুঙ্গংগী অতে মী তরাগী মতোংগুম নখোয়নস্তু থাজরে হায়বা উরে, মদুগী মতুংদস্তু নখোয়না ঐহাকপু ইমাগী ভৈরবী ওইনা লৈহন্নিংলিত্রা?"

মপান্দা ফম্লিবা সাগবনা তপ্না তপ্না খুম্লকই, "ৱা যাম্না তাই ইমা, অদুগা অতোপ্পা মী তরাগী মতোংগুম ঐখোযস্তু খনবদা থোক্তে, কবিগীদমক্তা নহাক অহিং অহু যুমদা হল্লকখিদবনো, অদুগা কবিগীদমক্তা অযুক্তা সাংহেবকী মখুৎগী হুজুরবু কনবিখিবনো? অদুবু মহু ওইনিংবা ওইজসনু ইমা, জাত অতোনবা যুম খরা শাইদা লিবা ঐখোযনা নহাকপু ইমা হায়না খঙই; মফম অমদবু চৎলবস্তু ঐখোয়স্তু নতুং ইঙ্গগনি। অদুবু চৎলমদায়দা অমুক্তদি খঙহনবিবম্ু।"

ষোড়শীনা হাযরকই, "অদুবু নখোযদি ঐগী প্রজা নত্তে, ইমা চণ্ডীগী প্রজানি। ইমাগী ঐগুস্বী মীনাই কযা হৌখ্রে, কযা অমা লাকখিগনি, মদুগীদমক্তা নখোযনা কবিগী নধুন-নকৈ থাদোক্কুনা চৎকনি, কবিগীদমক ইবাং হৌহনগনি! অস্তুম্নস্তু ওইব' যাই, ঐহাক ইশানা পুম্নমক অসি অমুক পাম্লক্তবা।"

সাগরনা চঙক্লনা হায়রকই, "পাম্লক্তব'?"

ষোড়শীনা হায়বকই, "ঙক্লিংঙাই কবি লৈবগে সাগব? মীওইবগী পুক্লিং ওনবা নাইত্রনে?"

হন্দক্তি পাউখুমদা নুপাদুনা শুপ্নগী "হু" হায়রগা ঙাইহাক

তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "অদুবু নোংঙানগদবা খোইনা কুই-শিল্লক্লে ইমা, অতিয়াদা মংলম্বা নোংস্তু হাইদোকপ্লে, হৌজিক ঙাইহাক্তং পোখাবিয়ু।"

ষোড়শী মশামকস্তু অসিগুম্বসি খন্নবা পাম্লক্লে, মহুদা মহাক খোইদোক্লা চোকথরে। সাগরগী রাদা অমুক হন্না য়েংলুবা তৌদনা মমিং উইশিন্দুনা হিপথপ্রে। অদুবু মহাক্লা মমিত্তা তুম্মিংবা পোক্লক্লিবা ফাওবা হন্না হন্না মাগী রাইহৈশিংদু নিংশিং-লকই, মীশেল খাংদুনা মপান্দা ফম্লিবা নুপা অসিবু মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদগী খঙলক্লবনি, অতোনবনি স্নুত্রনি হায়দুনা অস্নুক কুইবসি গুপ্লগী করিস্তু লৈতবা অমস্নুং হন্নবা থবক্লা শিজিম্নৈ, করিগুম্বদস্তু করিগুম্বা ঈকাই-খুম্নবগী মফম ফংখিদে, রাবী শাননবগী রাখল ফাওবা কনাগী মমঙদস্তু খল্লুদে, অদুবু ঙসি অরাবা অহিং অসিদা জ্ঞান তানা অমস্নুং জ্ঞান তাদনা মাগী মচিন্দগী রাহৈ কথা থোকপ্লে, অদুগা মদুগী অফ-ফত্তা য়েংশিন্নবা নুমিং নোংমা লাকপস্তু রাই; অদুবু অতাবা অমা ওইনা অতোনবা নুপা অসিবু মহাক্লা খোইদোক্লা হন্নবনি হায়না ঙসি করিগুম্বা মওংদস্তু খল্লুবা ঙমদে।

মথংগী অযুক্তা মিংকপ থোক্লুনা খোঙ হাংদোক্লগা মপান্দা খোরকপদা খোইনা ঙল্লমপ্লে—নুমিং য়াম্না কায়ম্লে, অদুগা খোইনা লাপ্পুনা মীয়াম তীন্দুনা মহাক্লী খিংলিবা খোঙলোমদা ওনশিন্দুনা ফরিনো কুম্নৈ অমা য়েংগদবগী ঙাইদুনা লেপ্লম্বগুম্নী। কদায়দস্তু

মরুম' থুপ্পিংঙাই মচি অমত্তা লৈতে, মশাগী ইজ্জত ঙাকচকম লৈতে। খঙহৌদনা মপুক্লিংদা খল্লকই, খুদক্তা খোঙ থিংজিন্নবদি মীয়ামহুগী লাংতক্নবা মিংয়েংদগী মহাক নাম্থোকপা য়াররোই-দবোই। কনা মল্লবা খাংপোক ওইজসনু, মশাবু কঞ্জনবা মসি নত্তনা অতোপ্পা মকম অমমুক লৈহ্নমদবা য়াই, অহুগা মিংকুপ অহুমক্তদা মহাক্না উরক্লে, মীয়াম মরক ফাওহুনা এককভি নন্দী চংশিল্লক্লুনা মহাকী মমাংদা লেপ্লরে। নোল্লুক্লা হায়রকই, "খুল্লংদা হুজুর খোঙদাবিররে— তাবিরম্বা য়াই।"

জমিদারগী গোমস্তা এককভিনা মসিগী মমাংদা করিগুম্বদম্মু মঙোল্লা ইকাই-খুম্নমা র ঙাংখিদ্রি। মহাকী নোল্লকপা, মহাকী ব্যবহারগী অওনবা অসিনা যোভশীগী খশ্নোয়দা য়ুররে, অহুবু করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদ্রিদ্রৈগী মমাংদা মহাক্না তৌফম খঙদনা অমুক হায়রকই, "হুজুরনা আজ্ঞা-ইবেম্মবু অমুক্তং নিংশিংজরকই।"

"কদায়দা ?"

"জমিদারীগী অফিসতনি। অয়ুক্তগী লেংথোরক্লগা প্রজাশিংগী রাকং তাবিহৌরি। করিগুম্বা চংপিন্নিংলবদি দোলাই লৌজক্লগে ?"

ময়াম্না ময়া কানা তারি, যোভ়শীনা খল্লকই, মখোয়না রা অসি তাবদা নোক্লিংবা খাংবা হোংনরি। মাগী লকাঙ্খুংদা মৈ-হৌমা চাক্লক্লে, অহুবু মিংকুপ্তা মপুক্লিং কাথরগা হায়রকই, "মসি মহাক্না হায়রকপরা, মপ্রগনা নহাকী নরোমদোম রাখল্লা এককভি ?"

এককড়িনা তৌকম খঙদনা হায়রকই, "আজ্ঞা, ঐদি মীনাইনি, মসিদি হুজুরগী য়াথংনি।"

ষোডশীনা নোকুনা হায়রকই, "নখোয়গী হুজুরগী মন্নাইবক ফবনি। জেলদা কোন্নু শুম্বগী মহুত্তা দোলাই তোংহনা চংচবা ফংলি, মহুক্সু মশাদা নত্তনা অতোপ্পগীদমক্তগু শিঙবা শান্নি। অদুবু হায়রুচো একড়ি, দোলাই তোংনমবা মতম শংদে — ঐ খবক য়াম্না চিন্নি।"

এককড়িনা হায়রকই, "হোরেল নুংথিল মত্রগা হয়েং অযুক ওইরবস্থু তাঞ্জা খঁজিক্তা ফংবিররোইত্রা?"

ষোডশীনা হায়রকই, "ফংলোই।"

এককড়িনা হায়রকই. "অদুমকপু তাঞ্জা ফংলবদি ফগদবনিদো! অদুগা প্রজাশিংগী য়াকংস্থু লৈ।"

ষোড়শীনা খোঞ্জেল য়াক্না পাউথুম পীরকই, "বিচার তৌনবগী মবুদ্ধি-মরৌশিং লৈরবদি মাগী প্রজাদা তৌজনু। অদুবু ঐহাক্তি নখোয়গী হুজুরগী প্রজা নত্তে, ঐগী বিচার তৌননবগী-দমক্তদি নিংথৌগী লোইশঙ লৈ।"

অসি হায়রগা মহাক গামছা মরেংজুমদা য়ানশিল্লগা পুত্রী তম্না থুনা য়াংনা চংখ্রে।

# তরাহুমদোই

জমিদারগী অচিকপা য়ুম শেমজিন-শাজিনবদা মুম্বিং মবিনি হৌত্রে। মীনা অস্তুমা ঙাংনৈ মতুদি, হুজুর হন্দক্তি অস্তুম লেংদনা থা অনি চত্তীগড়দা পোথাবিখিগনি। ঙসি অয়ুক অঙনবমক্তদা অরাংগী কাজাওদা দরবার কপ্লি। কা অতু শিন-থুংনা কার্পেট থাম্বি, মতুগী মথক্তা অথাবা গাদি-মোম্পাক অরোনবা থারি অমস্তুং মতুদা মোন্দুম অহুম-মরি মফম অমদা অমদা কৈরেং-তুরেং তারি। কাতুগী মচি অমদা ঙসি খুঙ্গংগী শক্লাইবশিং পরেং শানা ফম্লি— জমিদারগী মফমদা রাকংকদবা মখোয়গী অচৌবা রাকম অমা নৈ। রায় মহাশয়, শিরোমণি, ঘোষজা, বোসজা য়াউই, অতুদা নত্তনা তারাদাস ঠাকুরস্তু মখোয়গী মকুমদা মরু লুক্লা অমস্তুং মনা শিংনা মশা তাশিন্না ফম্লি। অতুগা অতৈ অতোপ্পা নৈরিবা মখোয় কনাবুস্তু থৌওইকুদবা য়াবা মীওই অমত্তা নত্তে, অতু ওইরবস্তু মখোয়গী মমিং-মথানচিংবা কুপ্পা তমত্রবস্তু পাবিম্বিবশিংদা থোইনা অকায়বা থোক্লোই খঙ্গহনা মতুদা খুং থাজত্রবনি। ওইনিংবা ওইজরসনু, মখোয় ময়াম্না কমা হোংনবদগী রাকংকী রাহৌদোক ফাওবদি উচিন-নাচিন্না লোইশিনগ্রবস্তু অশেংবা রাকম অতুদি হায়গে হায়গে তৌনা কাংথোকপা ঙম্রে—কনা হায়নিংতুনস্তু চিন কাংতুন। হায়দোকপা ঙম্ব্রি।

জীবানন্দ চৌধুরি নৈ। ময়ামগা লোয়ননা নৈরবস্তু লাপ্তুক্লা মোন্দুম অচৌবদা মখুনিং অনিনা শৌতুনা ফম্লি, অতুগা মহাক্লা

মপুক্লিং চংনা রা পুম্নমক তাবা মাল্লি। মপুক্লিং মকা লাম্না ঊই। তশেংনা অচম্বা ফিভম্মক নত্রবস্থু মপুংফানা তৌশিন্নবনি হায়নস্থু চিংনকুবা ঙমদে। যুগী মন্নাইনা হৌজিক ফাওবা মাগী থোপ্তা য়ৈরক্লিবা ওইরম্বা য়াই। মায়োক্কুরিবা অচৌবা থোঙজাওদা ফাওজিল্লকুনা বারুইগী অকংবা লৈঙোই অমস্থুং অচোংপা লৈবাক্তী মনম নুংশিংনা হুমহুনা পুশিল্লক্লি, অহুগা থংনবা কামক্কদা থোং-থাকপনা মরম ওইহুনা থিংলিবা থোঙগী কদায়দনো অহোবদা লিংশিল্লকুনা মখল অমগী মখোল অমস্থুং মনম নুংশিংনা মরক মরক্তা হুমজিল্লকুনা ময়ামগী নাকোংদা নাতোন্দা য়ৈররি, মহু থোইদোকপা মীশক্তী মফমদা হৈনরা অমদি পামজনা থোক্লবস্থু শিরোমণি মহাশয়দি তথক তথক্লক্লে। খঙহৌদনা মহাক অনিরক লোক থুরকই অমস্থুং কম্ফোতি মচিনা নাতোল মেন্দুনা হোৎসংলগা মচি অমদা খরা হন্দোক্লুনা ফমথখিবগা জীবানন্দনা নোক্লুনা হায়রকই, "শিরোমণি মহাশয়গী লুক হাবা তংখায় চনবিররিনিনা?"

অয়াম্বনা নোক্লকই, শিরোমণি মমাই ঙাংলক্লে। জীবানন্দনা মতম অসিদা নোক্লুনা হায়রকই, "কীবিক্লনু ঠাকুর, জাত তারোই; মসি ঠাকুরখোম্নগী চণ্ডী-মাতাগী মহাপ্রসাদনি। অহুদি ওইরগা থোংলিবা মাগী গোত্রদি অশেংবা খঙদে, গোত্র নাইরমদবস্থু য়াই।"

শিরোমণিনা মশাবু কন্না ফাথজরগা হায়রকই, "মহু ওইজসনু, মহু ওইসনু। চাক থোংলবস্থু বামোম্নিদশা— লাইররবস্থু গোত্র অমবুদি করিগী লৈতনি।"

জীবানন্দনা হাঃ হাঃ নোক্লগা হায়রকই, "খঙদ্রেদা ঠাকুর, মহুনবু মখোয়দা কাপ্পববু করি লৈরমগদবনো! অদুবু খাবৈগী মখোলগা লোয়নবা সনা-খুজিঙী মখোলদুসু ঐ য়ায়া খোইদাজে। অদুগা মখুৎ অদুনা চাক-স্নেঙ্গাং য়েন্নবা— মদুগী নিমন্ত্রণ কংলবদি অমুক —" হায়রগা মহাক্না অমুক হন্না হৌনা নোক্লকপা মখোলদা কা অদু নিল্লক্লে।

শিরোমণি মরু লুকচান্নদ্রে, অদুগা মনুংগী ফজদবা ঈচেল অদু ময়াম পুম্নমক্না খঙনরিবনি, অদুম ওইনমক খনঙমদবা ঈকাইবনা মকমদুদা লৈবিবা কনানসু নুপাদুগী মাইথোংদা পাক হেক য়েংলুবা কাওবা ঙম্রে।

নোকপা লেল্লগা মহাক্না হায়বকই, "য়াইফ-রাবীদি লোইবে, অদুনা চানবিগুনা মরক মরক্তা লেংবিরক্লবদি ওসিগুম্বা অতৈ কয়া'মসু থেংনবিরকখিগনি, অদুবু ময়ামগী য়াকং হায়বিরো তাবসি ?"

অদুবু পাউথুমদা কনানসু মচিন কাংদুনা য়া ঙাংবা ঙম্রে, ময়াম পুম্নমক তুম্মিন তুম্মিন অদুম কমদুনা লৈ।

জীবানন্দনা হায়রকই, "হায়দোকপদা ঈকাইবিরমাল্লেনে ?"

হন্দক্তি রায় মহাশয়না মঙক থাংগৎতুনা য়েংলকই, হায়বকই, "নন্দী মহাশয়দি পুম্নমক খঙবনি, মহাক্না হুজুরদা হঙংলক্লিব্রা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "হায়রম্বসু য়াই, অদুবু ঐদি নিংশিংবা থোক্লে। অদুদা নত্তনা মানা হায়বা হায়দবা অমুক থিগৎলুবগী শরুকপুদি য়াকমদু ময়াম্না হেক্তা হায়বিরো। অনিরুক হনবদা

দোষ লৈরম্বা য়াই, অদুবু করমদি তৌগনি। জমিদারগী গোমস্তানি —খরা লেমখোক্লা লৈজবা কৈ। চুমগ্রনে ?"

মবুংঙোনা এককডিবু থাগৎপা রাহৈ খরদং হায়রকপসিদা কাওবা রায় মহাশয় মপুক্লিংদা হরাওজে। অদুবু পুক্লিং লাংতক্লবা ফোংদোক্তনা থোইদোক্লা শকফম কঞ্জিম্বা হায়রক্‌ই, "হুজুরদি পুম্নমক খঙবি-উবিবিবনি। মনাইগী মরমদদি তাকপিনিংবা য়াথং তাকপিবা য়াই, অদুবু ঐখোয়না রাকৎচরিবদি –"

"করি রাকৎনো ?"

জনার্দ্দন রায়না হায়রক্‌ই, "ঐখোয় খুঙংগী ভদ্রলোক শুনা তৌল্লগা—"

জীবানন্দনা নোকফেং তৌনা হায়রক্‌ই, "মহুবুদি উরে। আদাগীসি ভৈরবীগী মপা তাবাদাস ঠাকুর নত্রা ?"

অসি হায়রুনা মহাক্লা তারাদাসরোমদা মখুৎ থিল্লক্‌ই।

তারাদাস মু-মা হায়দে, অবোনবা অচৌবা মোম্পাক-ফিদক্তী থোইদোকপা শরুক অহুদা মিংয়েং থগ্লরুনা রা ঙাংদনা ফমরুনা লৈ, অদুগা রায় মহাশয়গী লুকথরিবা মাইথোংদস্মু ঈকাইবগী মমি তায়রক্‌ই। অদুবু শিরোমণি ঠাকুরনা ময়ামগী মাই শুক্লক্‌ই। মহাক্লা নোল্লুক্লা হায়রক্‌ই, "নিংথৌগী মকমদদি প্রজা মচানী পাংথক্লি, দোষ লংজরবস্মু মচানি, লংজদ্রবস্মু মচানি। অদুগা রাকমস্ম মওং অমদা মহুগুম্বনি। মাগী মচানুপী ষোড়শীগী মরমদা ঐখোয়না ভশেংবা লেপ্লরে, মাবু অমুক মহাদেবীগী ভৈরবী

ওইনা থম্বা য়াদ্রে হায়না। ঐখোয়না হায়জরি, হুজুরনা মাবু সেবা চৎপগী থবক্তগী তাম্মোকখিনবা য়াথং পীবিযু।"

জমিদার চঙক্লখ্রে, হায়রকই, "করিগীনো ? মাগী মরালদি ?"

মী অনি অহুম্বা খোঞ্জেল চপ মান্নবা পাউখুম পীরকই, মরাল থোইদোক্লা চাউই।"

জীবানন্দনা অমমমদা ওইনা মখোয়গী মাইথোং য়েংলগা মমৈথংদা জনার্দ্দন্দা মিৎয়েং থম্লগা হায়রকই, "মহাক্লা খঙহৌদনা অহুগুম্বা দোষ করি লংজক্লরবগে রায় মহাশয়, মহুগীদমক্তা মাবু তাম্মোকপা দরকার ওইরিবা ?"

জনার্দ্দন্না মমাই নোনথংলগা শিরোমণিদা মমিৎনা ইঙ্গিত তৌবমক্তদা জীবানন্দনা খ৷মহুনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে, মহাক য়াম্না রাজরবনি, হনুবদা অরাবা পীক্লবগী কান্নদে, রাফমহ ইশানা অহুম তম্বিরো।"

রায় মহাশয়গী মিৎতা মাইদা হৈনিংদবা অমম্বুং থোইদোক্লা নিংজিং-মাংজিংলবগী মমি তারক্লে, খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই, "ব্রাহ্মণ-কন্যা—য়াথং অসি ঐঙোন্দা তাকপিগনু।"

জীবানন্দনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "ঈশ্বরদা ব্রাহ্মণদা অদোমগী ভক্তি চেৎলি হায়বা মাইকৈ 'সোমদা খঙনদবা কনাম্বু লৈতে। অহুবু ভদ্রলোক অম্মুক য়াম্না লোয়নবিরক্লবনিনা রাফমহ কা-হেম্না লুরমগনি হায়বা ঐ থাজৈ ; অহুবু মহু অদোমগী মফমদগী তাবা পামজৈ।"

অহুবু জনার্দ্দন ' রায় ইনশিল্লগা অহুক লায়না চৎকদবা

মীশক নত্তে। পাউখুম পীবদা মহাক্না শিরোমণিদা অশাউবা মিংয়েং থম্লহনা হায়রকই, "হুজুরগী য়াথং ফংলবা অসিদা কীক্ল-নিংঙাই করি অমুক লৈখিগদগে? চিংনবা লৈতনা তম্বিম্বো।"

খোই মহুমদা চৈনা থিল্লবহুদা শিরোমণিনা খঙহৌদনা ফিংনা হায়রকই, "অচুম্বা য়াদবু কম্বিগী কীক্লগদৌরিবনো জনার্দ্দন? ভারাদাসকী মচানুপীবু ঐখোয় কনানসু ভৈরবী ওইনা অমুক থম্মিংল্রে হুজুর! মাগী লমচৎ-শাজৎ য়াম্না ফল্রে—মসিনি ঐখোয়না খঙকঙনিংলিবা।"

জীবানন্দগী মকা লাম্লবা কবেম্নবা শক্লোন খঙহৌদনা শককম হঞ্জিনল্রে অমসুং শুকথল্রে, মিংকুপ অময়োম তুম্মিন্না লৈরগা তপ্না তপ্না হংলকই, "মাগী লমচৎ-শাজৎ ফল্রে হায়বগী য়াফম ময়াম্না শেংনা খঙবিরব্রা?"

খুদক অহুমক্তদা অয়াম্বনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা হায়রকই, "মসিদা কনানসু কবিগুম্বা চিংনবা অমত্তা লৈত্রে—য়াফম অসি থুঙং 'পূম্বা ইখঙ খঙনরবনি।"

জনার্দ্দন রায় মচিন্দদি য়া ঙাংল্রবসু তুম্মিন্না মঙক নোম্লকই। জীবানন্দনা ঙাইদাক তুম্মিন্না লৈরগা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহনা অমুক হায়রকই, "অহুনা অচুম্বা বিচার পাম্বদগী কোইথি থিক্লরগা ভীষ্মদেবগী নাক্তা লাকপিরিব্রা রায় মহাশয়? থোইদোক্না কান্নবা ফংগনি হায়বা থাজবা ঙমদে।"

হায়রিবা অসিগী ইঙ্গিত ময়াম্না খঙবা ঙম্লমদবসু য়াই, অহুবু জনার্দ্দন অমসুং শিরোমণিদি খঙই। জনার্দ্দন তুম্মিন্না

লৈ, অদুবু শিরোমণিনা পাউখুম পীরকই, "ইবুংঙোদি লৈরাক্তী নিংথৌনি — অচুম্ববু ওইরবস্তু অরানববু ওইরবস্তু ইবুংঙোনা বিচার তৌবিগদবনি। ঐখোয়না মত্থু ইকোক নোম্না ইঙ্গনি। চণ্ডীগড অপুম্বসি ইবুংঙোগীনি।"

অসি তাবদা জীবানন্দগী মাইথোং হাইকেং মকা লাম্লকই, কংনোক নোক্লগা হায়রকই, "তাবিয়ু শিরোমণি মহাশয়, ময়াম্না কা-হেন্না মোক্লকপিবগীস্তু দরকার ওইদে, কা-হেন্না ঐবুস্তু অতিয়া য়োনা থাঙ্গংপিবগী কাম্নবা লৈতে। ঐনা খঙনিংলিবদি রাকং অসি চুম্বরা চুমদরা অসিদনি।"

লাংতক্লরকপগা লোয়ননা রায় মহাশয়গী মাইথোংদা আশা উরকপগী মমি তারক্লে। শিরোমণিদি তপেংনা তথক্লক্লে, হায়রকই, "রাকং ? চুম্বা চুমদবা। ঐখোয়না নত্রবস্তু তারাদাস, মহাক নশামক্লা হঙ্গংলোদনা। নিংথৌগী সনা-মাংনি ! অচুম্বদা হঙ্গংকদবনি—"

তারাদাস মমাই অমুক মকশিন অমুক ডাং তৌনা কৌগং-লকই। অদুবু তৌল্লিবা মীয়ামগী ওমশিল্লিবা মিংয়েং-কোচিনা মহাকপু ফিঙ্গংহনবগুমক্লে। মহাক্লা মতীন য়োংথরগা অমুক্তং থৌদেমত্থনা চরম শেংদোক্লগা মমৈথংদা শিনিংচিংত্তা হায়রকই, "হুজুর—"

জীবানন্দনা খুদক্তা মথুং থাংগৎতুনা মহাকপু খামত্থনা হায়রকই, "তোক্লো। মাগী মচিনমক্তদগী মচানুপীমক্তী রারী

ফনা চুম্বস্ন ওইরসণু ঐ তানিংদে। থোইদোক্লত্রম কনানো অথঙবা য়াম্ভিরবদি অচুম্বত্র হায়বিগ্র।"

সজ্জা অদু অমুক জুম্মিন জুম্মিন লৈরেগ্রে, অদুবু হন্দক্তি অচিকপা অত্বুগী মথক্তা মরোল থোক্তবা লাংতক্কুবগী ইঙ্গিত অমা উরকই। থংনবা থোঙ হাংদুনা মমাই অমনা টমুব্রর থগ্না হুইস্কি অমস্তুং সোডা পুশিল্লকপা মবুংঙোগী থুত্তা পীররে, মহাক্কা য়াউম অমদা মহু লোইনবা থকচিল্লগা মনাইদা পাত্র অদু পীথোকপ্রগা হায়রকই, "ওঃ— হিংলে।" নোকফেং তৌদুনা হায়রকই, "অয়ুক্তগী ময়ামগী ফজবা রাহে তাবদা থৌরাংবনা থনাও কাওবা শ্রক শ্রক কংলুরবনি। অদুবু জুম্মিন জুম্মিন লৈবিরেনা! ময়ামগী ধর্ম্মগী অচুম্বহুবু করি তৌরিবগে?"

শিরোমণিনা তৌফম থঙদনা হায়রকই, "হায়জরিবসিনি হুজুর, ঐনা ধর্ম্ম কায়দনা হায়রগনি।"

জীবানন্দনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "ওইবা য়াই অদোমদি শাস্ত্র থঙলবা অহল ওইরবা ব্রাহ্মণনি, অদুবু নুপী অমগী লমচং মাংবগী রারী মশা য়াউদনা তম্রবদি অদোমগী ধর্ম্ম কায়দবদুগী কায়দবা অদু লৈরবস্থ ধর্ম্ম অদুদি লেখিগদ্রা? ইশাগীদি থোই-দোকপা য়ানিংদবা করিমত্তা লৈক্তে— ধর্ম্ম অধর্ম্মদগী কুইরে ঐদি মপান্দা থোরকপা, অদুম ওইনমক ঐদি কায়দববা লিংই। মক ওইনা ঐগী রাহংগী পাউথুম পীয়ু। হৌজিক ওইরিবা ভৈরবীবু মরাম্না তাম্বোকপা পাপ্পী— অসি নত্রা?"

ময়াম্না চপ মান্দনা মঙক নোমদুনা মদুমক্তি হায়বা থঙহল্লকই।

"মহাক লৈবনা খুদোং চাদ্রে।"

জনার্দননা য়ানিংদবা উৎতুনা মমাই নোনখৎতুনা হায়রকই, "খুদোং চাবা চাদবগী নত্তে হুজুর, খুঙংগী য়াইফনবগী দরকারনি।"

জীবানন্দনা খংপ্রেক খংনা নোকথোক্লগা হায়রকই, "হায়বদি খুঙংগী অফ-কত্তগী নৈনরুদ্রগন্থু মসিদি লৌবা য়ারে মহুদি, অদোম ইশাগী অফ-কত্তা থরমথৈদি লৈরে। তাম্থোকপা ওম্বগী শক্তি ঐগী লৈত্রা লৈতত্রা ঐ খঙদে, অহুবু য়ানিংদবদি থোই-দোকপা লৈতে। অহুবু করিগুম্বা মরাল অমগমুক শিজিনবা য়াররোইত্রা? হোৎনহুনা য়েংবিয়ু। থোইদোক্লহুম ঐথোয়গী এককড়িবুম্ব য়াউহল্লু, হীরমহুদা মহাক থোইদোক্লা মমিং খরা লৈজবনি।"

মরাম ওকই। হুজুরনা ওাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "মথোয়গী সতী শাবগী য়ারী মরু ওইনা শুজা কারবনি, ফাওরক্লবনি; মরম অহুনা মহু অমুক তুকা থিরুবগী কায়দে। ভৈরবীবু লৈরবদি ভৈরব হেক্তা ফাওরকই, অহুগা ভৈরবীশিংস্থু ভৈরব য়াউদনা হিংজবা ওমদে, মসি য়াম্না লিরবা চৎনবীনি—মহু পাক হেক থিংবা য়ারোই। লৈবাক্কী ভক্তশিংগী কাংলুপ্না শাউনরকপা য়াই, দেবী মশামকস্থু পেল্লমদবা য়াই—ইরাং হৌরকপা য়াই। মাতঙ্গিনী ভৈরবীগী ভৈরব মঙা কাওবা লৈরম্মী, অহুগা মহুগী মমাংদা লৈরম্বা অহুগীনা খুৎ থেক্লুনা পাবা ওমদে। করি হায়বগে শিরোমণি মহাশয়, অদোমদি মাইকৈ 'সোমগী অহল ওইরবা মীশক্তি, পুম্নমক খণ্ডবিরিবা নত্রা?" অসি হায়রগা

মহাত্মা শিরোমণিদগী লৈথোক্লুনা রায় মহাশয়দা ওনশিল্লগা থোইদোক্লা মরৌ থাংনা য়েংলকই। ৱাহং অসিগী পাউখুম কনানা পীগনি, ময়াম বুদ্ধি ফকচিনবগুমশ্রে। জমিদারগী খোঞ্জেল চম্বরা নত্রগা মরৌ লেত্রা, ভাংলিবসি চুম্বরা লানত্রা, অশেংত্রা বরেম্ররিত্রা, তোশিন্নরিত্রা চৈরিত্রা কনানস্থু অশেংবা খঙবা ঙমদে।

মায়োক্লরিবা মাঙ্গোল কোইরহুনা মশা নানবা ভদ্রলোকী ফিজেং শেংপা পাখং অমা চংলকই। মাগী মথুত্তা ইংরেজী বাঙলাগী পাউ-চে খরা অমস্থুং মথুম য়াউদবা চিঠি খরা পায়রি। জীবানন্দনা মাবু উবদা হায়রকই, "করিমোনে প্রফুল্ল, মফম 'সিদস্থ ডাকঘর লৈত্রনে? ছু — করম্না কালদা মখোয়শিংসি চ-খিগদগে?"

প্রফুল্লনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "মহ অচুম্বনি। চংশ্রবদি দাদাগী খুদোং চাগনি। অহুবু মহ নত্রবনিনা পুম্নমক অসি য়েংননবা মতম লৈখিগত্রা?"

জীবানন্দনা কদিমগুা হৈনিংবা উংতনা হায়রকই, "নত্তে, হৌজিকস্থু লৈতে, অতৈ মতমদস্থু লৈরোই। অহুবু অয়াম্বনা মপান্দগী থারকপা ভাক্তা মাল্লি। মহুদি হীরালাল-মোহনলালগী দুকানগী শিল নমই। চিঠিহু মাগী উকিলগীবা নত্রগা কোর্ট-মকীয়নে? মথুমহু সোলোমোন সাহেবকী মাল্লি। ইবুংঙো, বিলাতি য়ুনম চেহুদগী ফাওরকপগুম তৌই। করি হায়রকপগে সাহেবনা, ডিক্রী জারিরগনি, নত্রগা জমিদারী অসি থোরি

চিংনরগনি— খঙহল্লক্লিব্রা ?" আঃ— মতমহ্গী ব্রাহ্মণ্য-তেজ খজিক্কং লেমহৌরম্লবদি ইহুদি মচাহ্ উং পুমওন ওনহল্লমগবনি। য়ুগী শেন্দোল মঙোন্দা শিংদবা য়াগদবনি।"

প্রফুল্লনা লাংতক্লনা হায়রকই, "করিগীনো হায়বিরিবহ্নবু দাদা ? তোকপিরো, তোকপিরো, অতোপ্পা মতম অমদা অমুক খন্নরসি।" অসি হায়রগা মহাক চংখিগদগী তোবমক্লদা জীবানন্দনা নোক্লুনা হায়রকই, "সিদা ঈকাইনিংঙাই লৈববা ইনাও, ময়াম অসি ঐখোয়গী মী ঙাক্লনি, শাগৈ-নাতৈনি, অহ্নদা নত্তনা মণি-মুক্তা য়েংলোম মাইরোম্নি হায়বদস্থ হেঞ্জিগ্না হায়জিনবা ওইরোই। অহ্নদস্থ নত্তনা নঙগী দাদাদি কস্তুরী শক্তিনি, মেবু ফিনা কুপ্লুনা কয়াবু কুইনা থম্বা য়াগদগে ভাই। লুপা। লুপা। অহ্নগী ব্রাকং অদাগী ব্রাকং কনাগী ডিক্রী অহ্নগা কনাগীনা কিস্তিদা থিগদবা থিদবা— তারিব্রা তারাদাস, নুমিৎতুদা নঙগী রাখল অরেম্বা ওইখি, অহ্নবু নিংবা কায়রুগন্নু ঠাকুর, ওইরক্লিবা অসিনা নঙগী অপাম্বহ্ থুংবদা থোইনা থিন্থগনি নিংদে। প্রফুল্ল, শাউগন্নু ভাই, ঐগী মীনি হায়না খোপচিন্দবা কনাস্থ থোইনা লৈত্রে, অহ্নবু চহি নিফু অসি ফাওবদা হৈনরপসি পাক থাদোকপা ঙমগনি হায়বস্থ থাজবা ঙমদে, মহ্গী শরুকপুদি থোইদোক্লা নোট-লুং নম্বা ঙম্বা কনাগুম্বা অমত্ত' করিগুম্বা থিরকপা ঙম্লবদিনহৈ —"

প্রফুল্ল য়াম্না শাউহ্নস্থ নোকথেরক্লে, হায়রকই, "য়েংবিয়ু, ময়াম্না দাদাগী রা ভাব তাবা ঙম্বিরোই, অচুম্বনি খন্দুনা করিগুম্বা কনাগুম্বনা—"

জীবানন্দনা শককম হক্লিম্না হায়রকই, "করিগুম্বা কনাগুম্বনা থিহনা পুরক্লবদি ? মহুবু ওইরবদি হিংলগদবনিনে প্রফুল্ল। রায় মহাশয়, অদোমদি য়াম্না হৈ-শিংবা মীনি হায়না তাজে, অদোমগা খঙন-চান্নবা অহুগুম্বা কনা—"

রায় মহাশয়না মাইথোং মকশিন্না খুদক্তা হৌগৎতুনা লেপখৎলগা হায়রকই, "মতম থেংজিল্লক্লে, করিগুম্বা য়াথং পীবি-রবদি ফৌজিক যৌজগ্রগে।"

জীবানন্দনা হাইফেং রারোনা হায়রকই, "ফম্বিখো, ফম্বিখো, ভৈরবীগী রাকমহু লোইশিনখিসি। অহুমু ঐনা চংলো হায়রগা মহাক চংখিগদ্রা ?"

রায় মহাশয়না ফমথদনা শম্না খুম্নকই, "মহুগী থৌদাংদি ঐখোয়গীনি।"

"অহুবু কনানো অমমুক হাপ্পনি পাম্মী। মহুদি হাংহন্দুনা থম্বা য়াদে

ঃন্দক্তি অযাম্বনা খুম্নকই, "মহুগী থৌদাংস্থু ঐখোয়গীনি।"

জীবানন্দনা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই. "মহু ওইরবদি শোইদ্রে, হন্দক্তি মহাক লিংকম লৈররোই। অস্নুক য়াম্বা মীগী নুংশা মপী ভৈরবী মতোমদা নত্তে, চণ্ডী-মাতা মশামক কাওবা খাংবা ঙম্লোই, মহু খঙলে। ময়ামগী অমাং-অতোংদি ময়াম্না খঙবিরিনি. অহুবু ঐগী ফিভমদি অসি য়োরে মহুদি, শেলবু ফংলবদি য়ানিংদবা করিস্থু লৈতে। নোম্না শিন্দোক-শিজিন তৌবদা ঐগী খরা কংবা পামই। ফরবা রাফগ্নি, কনা লৈ,

য়েংলুচো এককড়ি লৈরিব্রা চংগ্রব্রা ? অহুবু চরমসে কংখিবনা তশেংনা মরুভূমি ওইরে।"

মনাই অমনা চংলক্লগা মবুংঙোগী ঙাইঙমদ্রবা সনা-খুত্তা অথনবা পাত্রহু লানশিল্লগা পাউ পীরকই, মহাক ওফিসতা ক্ষমহুনা হিসাব শুরি। হুজুরনা কৌবদগী ঙাইহাক লৈরগা এককড়ি চংলক্লগা তৌফম খঙদনা মচি অমদা চপ লেপ্লরে, জীবানন্দনা চরম কংবা ফহল্লগা হংলকই, "নহাল ভৈরবী কৌরু হায়খিবহু কনাগুম্বনা মঙোন্দা পাউ পীরুরব্রা ?"

এককড়িনা হায়রকই, "ঐ ইশানা পীজরুই।"

"মহাক লাক্লম্বরা ?"

"আজ্ঞা, লাক্তে।"

"লাক্তবা, করিগীমো ?"

এককড়ি মাইথোং লুক্রপ্না লেপতুনা লৈ। জীবানন্দনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই, "মহাক করম্না মতমদা লাকনি হায়রকপগে ?"

এককড়িনা অহুম মরু লুকচান্নরা লৈনা লৈনা শেংফাত্তবা খোঞ্জেলনা হায়রকই,"অস্মক য়াম্না মীয়াম অসিগী মমাংদা রাকমহু হুজুরগী মফমদা হঙ্গংপা ঙমজরোই।"

জীবানন্দনা মখুত্তা পায়রিবা অহাংবা গিলাসতু থম্লগা খঙহৌদনা খোঞ্জেল কম্না হায়রকই, "এককড়ি, নঙগী লৈসি-লৈথোনবা রাঙাংহু খরা থাদোকউ। মহাক লাক্লরোই, নত্রা ?"

"অহোয়।"

"করিগীনো ?"

ইন্দক পাউখুম পীবদস্থু অহুম ওইনমক এককড়িনা মশাগী হৈনবী কাম্বদাহু পুমথা থাদোক্তে, অহুবু ময়াম তানবা মকোনা ময়েক শেংনা হায়রকই, "মহাক লাকপা ওয়োই হায়রগা মকমহুদা লেপ্লম্বা মী খুদিংমক তাথি। হায়রকই, নথোয়গী হুজুরদা হায়রু এককড়ি, বিচার তৌননবা মবুদ্ধি-মরৌশিং লৈরবদি মশাগী প্রজাদা তৌজসন্নু। ঐগী বিচার তৌননবদি নিংথৌগী লোইশঙ লৈ।"

থঙহৌদনা জমিদারগী ঙসায়মথৈ অহুক মথুম-মরাং হৌরম্বা, অহুক চম্লম্বা, নোকপনা লংখংলম্বা মাইথোং অহুগা মাগী ড্রো ড্রো লাউবা থোক্লেল মিংনা কুপ্লদা মুংখিবগুম মমপ্রবোই নিংই। ঙাইহাক লৈরগা তপ্না তপ্না অস্থম্লদা হায়বকই, "হুঁ। ফরে নঙ' চংপ্রো প্রফুল্ল, চিনিগী কোম্পানি অমনা বিঘা লিশিং অমগী লম পাম্মী হায়বদায়, মথোয়দা করিগুম্বা পাউথুমককা পীপ্রব্রা ?"

"পীখিদ্রি আজ্ঞা।"

"অহু ওইরবদি মথোয়না লম ফংগনি হায়না ইপ্রো। থিন্থরম্নু।"

"থিন্থজরোই, ইজপ্রগে।" অসি হায়রগা প্রফুল্ল এককড়িগা লোয়ননা চংপ্রে। অমুক ঙাইহাকী ওইনা য়ুম অহু ইচিক চিকপ্রে। শিরোমণিনা হৌগংলগা আশীর্বাদ তৌরগা হায়রকই, "ঐথোয় ঙসি অহু ওইরবদি হজপ্রগে ?"

"লেংবিরসি।"

রায় মহাশয়না মকোক মোন্দুনা খুরুম্লগা হায়রকই, "রাধং কওনদি মোংমা অমুক দর্শন কংবা লাকচগে।"

"লাকি, লাকপিয়ু।"

রায়া তপ্না তপ্না থোকখ্রে। মপান্দা থোরকপদা মখোয়না জমিদারনা লাউবা তাবকই, "কনা লৈ—"

৭

লম্বী ফনা শাংনা চৎলবা ফাওবা কনাম্নু কনাগা রারী শানদে। মমৈথংদা শিরোমণিনা লাংতকুবা অমুক নমথবা ভয়ক্রুন্দুনা রায় মহাশয়বু মচি অমদা খজিকুং চিংথোক্লগা মুকুম মুকুম শোন্দুনা হায়রকই, "জনার্দ্দন, জমিদারবু নফাক্লা করি ওইনা খনবগে ইনাও?"

জনার্দ্দনা শয়া হায়রকই, "পুক্রিংদদি মওল-মওল খল্লি।"

"মহাপাপীনি— ঈকাই-হঙ্গোইবা শুপ্লে লৈতে।"

"লৈতে।"

"অহুবু মপুকচেলদি তশেংনা চম্মী। য়ু খকপনিদনা! উরেদনা শেন্দোন্না থুমহৎতুনা মশম ফাওবা বন্ধক থম্নবনি, মহু ফাওবা হায়দোকই।"

জনার্দ্দনা হায়রকই, "হুঁ।"

শিরোমণিনা হায়রকই, "করিম্নু লৈহৌররোই, পুম্নমক জায়খার কায়গনি, মমিং থিংনা য়েংজো।"

জনার্দ্দনা হায়রকই, "মহু শোয়দনা ওইবা য়াই।"

"মতম শাংমা হিংবস্থ হিংল্লুরোই।"

"ওইবস্থ য়াই।"

ঙাইহাক তুম্মিন্না লম্বী চংলগা শিরোমণিনা অমুক হায়রকই, "ঐখোয়না খল্লম্না অহুমক তশেংনা প্নাংথোকপা ঙমগনি থাজদে— থোইদোক্না অপঙজাওমক্তি ওইগনি নিংদে। করি হায়রগে ?"

জনাদ্দন্না অন্থুম্নদা পাউথুম পীরকই, "অহোয়।"

"অহুবু থোইদোক্না মথোং হুক্তবা মীনি। ঈকাই-খুম্মিংঙাই ওইবা মীদা ঈকাই-খুম্নবা ঙংপগী জ্ঞান লৈতে!"

জনার্দন তুম্মিন্না লৈ।

পাউথুম ফংদ্রবস্থ শিরোমণিনা হায়রকই, "অহুবু উরেদনা ইনাও, মাগী রাঙাং-শঙাংগী মওং— তংখায় অমা অর্থ খঙবা ঙমদে। অচুম্বা ঙাংলিব্রা ঙাংদব্রা, ঐখোয়বু য়োং জগোই শাহল্লিব্রা, কারা য়াম্না লুই। খঙবরনে পুম্নমক, করি হায়বগে ?"

রায মহাশয় অহুম ওইনমক মপুক্লিংগী করিগুম্বা মত অমঙা ফোংদোক্তে, তুম্মিন্না অহুম লম্বী চংলি। অহুবু য়ুম ময়া নকশিল্লকবদা শিরোমণিনা লাংতক্লবা অমুক কাথবা ঙম্লক্তে; তপ্না তপ্না হায়রকই, "ইনাও, থোইদোক্না মাইথোং মকশিন্না উই— থোইনা খুদোংচাবা ফংল্লরোই হায়না মুংশাথীরে, নত্রা ?"

রায় মহাশয়না হৈনিংস্রবস্থ লেপকরু তৌরগা হায়রকই, "হুমাগী অপাম্বনি।"

শিরোমণিনা মঙক ন্মোন্নহুনা হায়রকই, "মহুদা অমুক করি হায়রুনি। অহুবু থোদোকসি খেচরি জারে— মপাম চাকুম্থ

চাদা মরা ময়ুমগী চাকস্ তু চাদা, নহাক করি খল্লি ইনাও—নরল-নথুম লৈ— অহুবু কৈ মকোন্দা লাং থাকপা চংবদা মমৈদা শিদনবা চেকশিনগদবনি।”

জনার্দ্দন্না হায়কেং খোঞ্জেল য়াক্লপ্না হায়রকই, “মাবু কীবিরক্লব্রা ?”

শিরোমণিনা হায়রকই, “নত্তে নত্তে, কীবা নত্তে, অহুবু নহাকস্ তু য়াম্না পেন্না হল্লক্লিবনি, মহুদি নহাকী মাইথোং উবদা থাজবা ঙমদে। হুজুরদি ঈকাইবা খঙদবা সিপাইনি— রা ঙাংবদা মরৌ থাংবা অহুগুম্না থবকস্ তু অঙকপনি। মানা খয়াং কাক্তোক্লুনা য়ু ইনশিল্লক্লবসিহুম ঙক্লিবনি। এককড়িগী মচিন্দগী ভৈরবীনা ইচংথৌনা হায়রকপহুস্ তু তারেদনা। ঐমক্লা শাজিনবা রা ঙাংলুরি— চুমদবনি। কনানা খঙগনি. এককড়িনা মনুংগী রা পুম্বা লোয়না হায়দোক্লস্বস্ তু য়াই। মাইকৈ অনিদগী চপশিল্লক্লুনা মমৈদা লাংদহুম থুরগব্রা !”

জনার্দ্দন্না নিংবা কায়বা খোঞ্জেলনা হায়রকই, “পুম্নমক চণ্ডীগী ইচ্ছানি। মতম থেংলে—হোরেল অমুক্তা লাকপিয়ু।”

“লাকপা হায়বহুনি।”

গলিগী থেকচিনবদা ওইরোমদা উ কারক্তা মন্দিরগী শরুক খরা উবমক্তদা অহল ওইরবা শিরোমণিনা মখুং লোম্নহুনা থুরুম্মী, না অমস্তুং নাতোন্দা মখুংনা পায়রকই, অহুবু শেংফাত্তবা খোঞ্জেলনা করি হায়রনো থুরুম্লিবা অহু তাবা ফংদে। অহুগী হুংদা তপ্না তপ্না ময়ুমদা চংল্লে।

## তরামরি

অতোপঅতোপ্পা লমদমগী মতৌগুম চণ্ডীগডদস্থু নুমিৎ লাকই হৌখি, মপালগী মিৎয়েংদা করিগুম্বা থোইদোক-হেন্দোকপা অমত্তা উদে। দেবীগী সেবা মহৌশাগুম চপ মান্না চৎথরি, অনকপা অরাপ্পা খুঙ্গংশিংদগী যাত্রিকশিং কাংবু কাংবু হৌনজুনা অস্থুম লাক্লবি, হন্নথ্রি, নিংনবি, পূজা তৌরি, হামেং বলি কৎলি, প্রসাদ য়েনবগী মতাংদা পূজাবীগা অহুম খৎনরি, অমস্থু মতৌ অহুম্নমক খোঞ্জেল শেংনা মশাবু থাগৎচবি অহুগা যুম্লোন-ৈকরোম্নববু হুন্দুনা মশাবু কল্লি অমস্থুং যাইফবি হায়না প্রমাণ পীনরি। মরু ওইনা কদাযদস্থু অহোংবা লৈতে। মীরৈবাক মচানা খঙনিংঙাই মরম লৈতে মহুদি, মরক অসিনা নুংশিৎ ওনগ্রে, নোংলৈ-নুংশিংকী মতৌগুম্না চণ্ডীগডগী নোংথক্রা অরোনবা পোৎলুম অমা লেংদনা য়ান্দুনা লৈবগুম্লি হায়বা। খুঙ্গং অসিগী চম্নবা লৌউ-শিংউবশিংনস্থু অশেংবা অরেপ্পা থর-মথৈ ফাওবদি খঙদবা নৎ্তে, অহুবু ষোড়শীগী মরমদা খুলগী মশক নাইবশিংনা খন্নিংবা থঞ্জসনু, লাইর-অনংবশিংনদি মহাকপু মহৌশাগুম ভক্তি লৈনা লুনা নিংলি। এককভি নন্দীগী ওং-নৈবদগী নাম্থোক্লবা মহুতনা অমত্তা ঙাইরবা লম্বীনি। শেল খজিক-খরাক পুবা ফংত্রবা মতম অহুদা ভৈরবীগী মনাক্তা চৎলগা মখুৎ তিংথোকলুবদা মখোয়না চিংনবা লৈতে। মহাক যুম থাদোক্তুনা লাকপগীদমক মখোয়না তশেং তশেংনমক থোইদোক্লা করিস্থু ব্লাকুবা লৈতে, মপা মচাগী পুকচেল তাৗরদবা

নোংমা নম্রগা মোংমা কণিগনি হায়বা মখোয়না খঙই। ষোড়শীগী ফন্তুবা মিংচংকী রাকমহুস্থ ভানদবা নত্তে। মহুনি হায়হুনা অস্থম্না শন্দোকপসি চুমদবনি; নম্রবদি ভৈরবীগী লমচং-শাজং-কীদমক কনানস্থ মকোক শাহনবগী খজিকস্থ দরবার লৈ খল্লোইদবনি— মহৌশাদগী থেংনরকপগী মতুংইন্না মহুবু থোই-দোক্না কয়িস্থ লৈতনা লৌবৈ। অহুবু মহুনা মবম ওইহুনা মন্দিরগী মরমদা অচৌবা রাখোক ওইবক্কনি থাজরমদে, খুনগী মচিন তোংবশিংনা তারাদাস ঠাকুরগা লোয়ননা অযুক খঙদে, সন্ধ্যা খঙদে হুজুরগী মনাক্তা চংথোক-চংশিন তৌহুনা কয়িনো ওয়-তৈনবা অমা থোকহন্নবা লৌতুনরি, অমস্থং শকখঙদবী নুপীমচা অমা কদাযদগীনো পুরক্কুনা থম্লি— অস্থম্না চিংনবগী নোংথাং মচি মচিদা অস্থম অস্থম কুপ্লক্লে, মতম অসিদা মিংয়েং-মরুমদা কদায়দনো অতিয়াগী মচি অমদা অমঙ্গলগী লৈচিন পৈশিল্লক্লি অমস্থং মহুনা লৈবাক্তী য ইযবা ওইবোই হায়বা রাখল অসিনা ময়ামগী মরক্তা শাউবা অমদি ইরাং হৌবগী মতৌগুম ফাওরক্লি।

নুমিৎ অহুদা অস্টমী তিথিগীদমক মন্দিরগী শুমাংদা মী খরা হেন্না তীল্লি। দেবীগী মূর্তিদগী থোইনা লাপ্তুনা মাঙ্গোল মচি অমদা কমহুনা ষোড়শী আরতি কংননবগী শিল-লাংলি, তারাদাস অমস্থং নুপীমচা অহুগা লোয়ননা এককড়ি থুংলরে। ষোড়শী থবক তৌহুনা লৈ, হন্না ফাওবা য়েংদে। এককড়িনা হায়রক্কই, "ইবেম্মা মঙ্গলা, নহাক্তী চণ্ডীমাতাবু থুরুম্মু।"

পূজারী করিনো অমা তৌরি, তৌকম খঙদনা হৌগংলকই। ষোড়শীনা হন্না য়েংত্রবস্থু মহু উই। নুপীমচাহুনা খুরুম্নগা হৌগংলকপমক্তদা পূজারীনা হায়রকই, "দেবীগী সন্ধ্যারতী দর্শন তৌগেরা নুপীমচা? অহু ওইরবদি দেবীগী খারোমদা থারিবা ফিদাসিদা ফমলুচো।"

এককড়িনা ষোড়শীদা মিৎচিনা মরৌ নৈনা য়েংলগা নোক্তুনা হায়রকই, "মহাক মশাগী ফম্ফম মশানা খঙজগনি ঠাকুর, নহাক্না তাক্তদবা নত্তে, অহুবু দেবীগী পোং-চৈ অরৈ-অরৈবহু য়েংহল্লুদনা"

পূজারীনা ঈকাইরপ তৌনা হায়রকই, "করিগী য়েংহন্দনি, পূম্নমক অমমম ওইনা উংকনি। লিস্টকা পোংকা চপ চান্ননা নৈ, করিস্থু রাবিরুনু। নুপীমচা, মাইকৈ অসোমদা উরিবা উপু অসিদা পূজাগী পাত্র অহুগা পিথ্রাইগী কাংশিনচিংবা পূম্নমক শো লোন্দুনা নৈ, অচৌবা থৌদোক-রাথোক্তদা পুথোকই। অহুগা চা নম্লিবা উগী উপু মচা অসিদনা মখল-মখলগী শমিয়ানা ঝালরনচিংবা য়াউরি, অহুগা অসিদনা গালিচা, দম্বুর, কানাত অসিনচিংবা—"

এককড়িনা হায়রকই, "অতৈদি—"

পূজারীনা হায়রকই, "অহুগা নোংপোকী ফক্লাংদা শো লোল্লিবা অসিনা য়োংকৌ উপুনি, মন্দিরগী ফক্লাংদা হকচিন্দুনা শেম্বনি। মসিগী মনুংদা সনাগী লোহুপ, রামপুরগী মহারাণীনা কংলকপা মোতিগী পরেং, বীজগাঁগী জমিদারশিংনা পীরকপা

সনাগী লৈ, লিক, অতৈস্ন ভক্ত কয়ানা পীরকপ। সনা-লুপাগী লিক-কোল কয়া কয়া অদুদস্থ নত্তনা শেল-থুম, দলিল-নুংলিল, সনা-লুপাগী বোস্ল— হায়বদি মমল য়াম্নবা লৈরিবা পূম্নমক উপু, অসিদা লৈ।"

এককড়িনা হায়রকই, "ঐ অঙাং নত্তে, ঠাকুর, পূম্নমক খঙই, অদুবু পূম্নমক অদু নঙগী চিনবান্দা লৈবা ওইরিনি উপু হাংদুনা য়েংবদা করিবু য়াউরমগদগে ? অসিদা মহাকস্থ ক্ষমদুনা লৈরি। শো লৌরগা অমুক্তা হাংদোক্তুনা য়েংহল্লুদনা ? খুঙ্গা 'পূম্বনা হায়জবদগী য়াবিদুনা হুজুরনা য়াথং করি পীগ্রবগে তাগ্রিব্রা ? চৈত্র-সংক্রান্তিগী মমাংদা পূম্নমক চাশিন্নদুনা অমুক্তং য়েংপদৌরিবনি।"

পূজারী তৌফম খঙদবগী মতৌগুম তুম্মিন্না লৈ। মন্দিরদগী ষোড়শীগী হক লৈরক্লে হায়বা মহাক তারবনি অমস্থং নন্দী মহাশয়না হায়রিবা য়াথং অদু ইন্দবস্থ থোইদোক্লা লুনা থোকই হায়বস্থ খঙই, অদুবু মথৌদা মপুক্লিং চেংলবী ভৈরবী থোইনা লাপ্তুনা ক্ষমদুনা মনাকোংমক্লা পূম্নমক তারবস্থ তাশিম্নদ্রি, মমাংদা চংলগা মঙোন্দা খঙহল্লুনবগী থৌনাস্থ মাগী লৈতে। মহাক্লা কীনা কীনা হায়রকই, "অদুবু মদুগীদি হৌজিক ব্রাংলিদনা নন্দী মহাশয়। নুমিংস্থ তাশিল্লক্লে—"

তারাদাস অস্থক কুইবসি ব্রা ঙাংদে, অদুগা টিংনবা অমদি কীবগী মমি শুপ্নদগী পূজারীগী মাই-মিত্তদা ফাওরক্লে, মদু নত্তে। তপ্না তপ্না হায়রকই, "চাশিন-খোংচিন্নদুনা য়েংবদা মতম য়াম্না

চংগনি নন্দী মহাশয়, নোংমা অমুক থরা ছন্না লাকপিরগা থবক অহু লোইশিনবিবা য়ারোইদ্রা ? করি হায়রিবিনিংলিবগে ?"

এককড়িনা রাখল তোরগা হায়রকই, "করে, মহুম্না তোবা তারেদনা।" পূজারীদা হায়রকই, "অহুবু কাউরোইদবদি চক্রবর্ত্তী মহাশয়, লাক্লিবা থাংজ অসি সংক্রান্তিনি। পঞ্চায়েত নাটমন্দিরদা মপুংফানা ফমগনি। হুজুর মশামক লেংলক্কনি। অরাং থংবদা কানাতনা থাজিল্লগা হুজুরনা ফমনবা বেলবেটকী গালিচা থাগদবনি। সেজ থাউমৈ কয়াহুস্নু থাঙ্গংলম্বা পাম্মী।"

এককড়ি খোঞ্জেল থরা কল্লপ্না ছাংই, মরম অহুনা অয়াম্বনা লাংতক্লনা মাঙ্গোলদা ওমাংদা পুনশিন পুনশিন্দুনা লৈ। মহাক্না মখোযহুবু তাহল্লনবা থরগস্থ হোনা লাউহুনা পূজারীদা হায়রকই, "নুমিংহুদা মী খোইনা য়াম্না তীল্লোইদবা নত্তে— থন্নগদৌরিবা রাকমহু য়াম্না অক্লবনি।" মঙ্গলা কৌবী নুপীমচাহুবু নুনা তৌহুনা হায়রকই, "করিনোনে ইবেম্মা, ভৈরবী-মচা! য়েং খোংহুনা পুন্নমক চলাইবা ছমগনিদনা ? অহুদি ঐখোয় হল্লসি, হুজুরনা হৌজিক্কী য়েংশিনবিরগনি তাকপিরে, নত্রবদি খোদাং অসি পুবা অরায়বা ওইরোই। য়াম্না হৈ-শিংবা দরকাবনি।" হায়রগা যোড়শীদা ওনশিন্দুনা ফল্লপ য়েংলকই, মহাক চণ্ডী পুজাগী শেম-শাহুনা মপুক্লিং লেংদনা অহুম লৈ। তারাদাসতা য়েংলগা নোক্লুনা হায়রকই, "করি হায়বগে অজ্ঞা-ইবুংঙ্গো, অনৌবা অভিষেক্কী পুংফম-মেজম লেপ্পরে হায়বা তাবিররিনিনা ? মীনা ঐখোয়বু তশেংনা ওংলরবনি, ঈক্লজননবা চাদনবা মতম ফাওবা পীনিংদ্রে।"

পাউথুমদা তারাদাসনা শেংকাতবা খোজেলনা করি হায়খিবগে খঙবা ঙময়ে। মখোয় থোঙজাওদা থোকয়ে, মতমতুদা মতুং ইন্দুনা অয়াম্বনা চৎনয়ে অমস্তুং ঙাংল-শক্লখিবগী শোম্বাংনবা খোজেল শুমাংগী অসোমথংবা মচি ফাওবা ময়েক লানা তারি. অতুবু চঙীগী আরতি কৎপা ঙাইতুনা লৈহৌরিবা মখোয় থরতুনা লাপুক্লা ষোড়শীগী লুকথরিবা মাইথোংলোমদা তুম্মিন তুম্মিন য়েংনরি, মনাক্তা চংশিল্লগা রা অমা ফাওবা হংলুনবগী থৌনা কনাগীস্থু লৈতে।

মতম চানা দেবীগী আরতি কৎপা লোইরে। প্রসাদ পুন্থনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নয়ে, মন্দিরগী মীনাইশিংনা থোঙলোন-শদবগী লাক্লবা মতম অসিদা ষোড়শীনা পূজারীবু অচিকপদা কৌথোক্লগা হায়রকই, "চক্রবর্তী মহাশয়, ঠাকুরগী সেবায়েত ঐরা, নত্রগা এককড়ি নন্দীরা?"

চক্রবর্তীনা ঈকাইনা হায়রকই, "নহাক্লিদনা ইবেম্মা, নহাক দেবীগী ভৈরবীনি।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অতুবু নহাক্কী ব্যবহারদা ঙসি অতোপ্পা মওং অমা উই। ঐনা লৈরিবমখৈ মন্দির অসিগী মসুংদদি গোমস্তাদগী ঐবুনা হেন্না ঈকাই-থুম্নগদবনি। চুমদব্রা?"

পূজারীনা হায়রকই, "মতুদা অতুক চিংননিংঙাই লৈরিব্র ইবেম্মা? অতুবু—"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অতুবু হায়বসি নহাক্লা মতম থরদি থাদোকখিবা তাই।"

ঈংন-তপ্পবা খোঙেল অসি পুজারীনা মুন্না খঙই ; মহাক মরু লুকচায়না পাউখুম পীওমদনা লৈগ্রে অমসুং যোড়শীনসু করিসু অমুক হায়ব্রে। মন্দিরগী থোঙ শো লোম্লবদা মহাক শো চবুল অদু কিজিদা কিশিল্লগা তুম্বিন্না তপ্না তপ্না মপান্দা থোকখ্রে।

মথংগী অনুক্তা ঈরুজবা কারকপদা লাপ্লিঙৈদগী মহাক্না উরে, মতম খজিক্তং অদুগী মনুংদা মাগী খাংপোক অদুগী ওমাংদা পুন্দুনা মী য়াম্না তাল্লম্মী। নকশিল্লরুপমক্তদা মীয়ামদুনা লৈমায় শোক্লা খুরুমদুনা খুয়া-উকুল লৌগদবগী আপাদা অমুক্তদা খুং কুন-মঙারোম তিংথোরকপদা যোড়শীনা তুং হয়া হন্দোক্লগা নোক্নুনা হায়রকই, "ঐমা, উকুল অদুক য়াম্নদি খোঙদা পক্তে. ঐবু অমুক ঈরুজহন্দুনা হাংলনু, ঐ মন্দিরদা চংপগী মতম ওইরে। করি তৌরবগে হায়য়ু ?"

মখোয় পুম্নমক অসি মহাক্কী প্রজা ওইরমাল্লে ; মখুং লোয়দুনা হায়রকই, "ইমা, ঐখোয় শিবা তারে! মাংবা তারে!"

মখোয়গী মাইথোং মকশিনবা অদুক তাইফেং তাই। কনা কনাগুম্বদি অহিং চুপ্পা মমিং কল্পা অমত্তা উইশিনবা ওৱ্লমদবা য়াই। ময়াম অসিগী মাইথোংদা য়োংলুবদা মহাক্কী মশাগী মকা লায়বা মাইথোং অদু মিংনা কুপ্পদা মকশিনগ্রে। হনুবা বিপিন মাইতিনা ফিভমদা অমদি চহিদা থ্রাইদগী অহলনি ; মঙোনমক্তদা য়েংদুনা যোড়শীনা হংলকই, "হৌজিক খুদক্তা করি অমাং-অতা থোক্লবগে বিপিন ?"

বিপিন্না হায়রকই, "কনানো মদ্রাজী সাহেব অমদা খাগী লৌবুক জমিদারগী মাইকৈদগী য়োন্থোকপ্রে। ঐখোয়গী লৈজবা পুন্নমক। অদু ওইরবদি কনাস্ন হিংলরোই — চাবা ফংদ্রনা কাগং কংদ্রনা শিরগনি ইমা!"

রাজমসি অস্নকী মতিক ওইখোক্নবনি মদুদি, যোড়শীনা নোকখোত্নগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি নখোয় কংদ্রনা শিবনা করে। চংলো, নয়ুমদা হল্লো, অমুক্তা ঐগী মতম অমুক মাংহল্লনু।"

অদুবু মহাক্না নোকপদা কনাস্ন য়াউবা ঙমদ্রে, ময়ায়া খোজেল অমত্তদা হায়রকই, "নত্তে ইমা, মসি অচুম্বনি।"

যোড়শীনা থাজবা ঙমদে, হায়রকই, "নত্তেনে নত্তে, মসি কৈদৌঙৈদস্ন ওইখোকপা য়াবা নত্তে, মদু নখোয়বু লক্লিবা ওইরিমি।"

থাজবা ঙমদবগী খোইদোকপা মরম লৈ। লম পুন্নমক অদু মখোয়না মপা-মপু হাক্তগী দখল তৌরকপনি, অদুদা লৈরিবা লৌবুক পুন্নমক গুপ্তগী বীজগ্রামদগী সম্পত্তি নত্তে। মদুগী শরুক কয়া ৺চণ্ডী মাত্তাগীনি, অদুগা খরনা রায় মহাশয়না লৈবনি। মরম অসিনা জীবানন্দ মত্তোমদনা কনা পামদ্রনস্ন মদুবু খুৎথাং চংদ্রনখিবদি ঙম্লোই। অদুবু অহল ওইরবা বিপিন মাইতিনা খোদোক পুন্নমক তন্নকই মদুদি, ঙরাং কাছাড়ি অক্লিসত্তা ময়াম কৌখংলগা নন্দি মহাশয় মশামক্না খঙহনবিরকপনি। মতমদুদা জনার্দ্দনগা তরাদাসকস্ন লৈরম্মী; অদুগা দেবীগী মাইকৈদগী মহাকী মপা তরাদাসমক্না সহি তৌখি। মতম অসিদা

ঙমথৈ মাইদবা অশাউবা অমদি অঙকপনা যোড়শী ফনা কুইনা চপ যুংনা লৈ। মমৈথংদা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "মহু করিগুম্বা ওইরবদি কোর্টতা মাকংলুচো।"

বিপিন্না উপায় লৈতবগী মওংদা মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "মহুবু মাত্রনে ইমা? নিংথৌগা খংনরুবা চুমগদ্রা? নুংগা য়েক্নমগা কাওনবা তারোইদ্রনে — লৈফম ফাওবস্থু লৈররোই!"

যোড়শীনা হায়রকই, "অহুনি হায়হুনস্থু অহল-লমন হাক্তগী দখল তৌরক্লিবা লম অহু নখোয়না নমিং উইশিন্দুনা হেক্তা খাদোক্লগদ্রা?"

বিপিন্না হায়রকই, "নহাক্না চানবিহুনা ঐখোয়বু কনবিয়ু, লায়র-অনংবা ঐখোয়গী ইমানি নহাক্তি, নত্রবদি মুপী অঙাংগী মথুং শমহুনা উখাদা লেপ্পুবা তারে। অহুননি নহাকী নাক্তা ঐখোয় পুম্নমক চেঞ্জক্লিবসি।"

যোড়শীনা অমম্ম ওইনা পুম্নমকী মাইথোং য়েংলকই। মখোয় কনাস্থু করিস্থু তৌবা ঙম্বগী মতিক লৈতে; অহুনা খুদোংথীবগী চং ফংলবা মতম অসিদা মখোয় ময়াম পুন্না অতোপ্পগী থৌজাল নিবা থোরক্লিবনি। নুংবংনরবা উপায় লৈজদবশিং অহুগী মচিন্দগী থম্মোয় পুঙমত্রবা মাকং অহুনা মাগী থম্মোয় মুংদা বৈ হৌনা চাক্হল্লক্লে; হায়রকই, "নখোয় অম্মুক মাম্বা মুপা ময়াম্না নশাবু কজবা ওম্রোই, অহুগা মুপী ঐনা নখোয়বু কনগদৌরিবা! শাউগনু বিপিন, অহুবু হংনিংই, লম অসি মঙহুনা নয়ুমগী মুপীবু করিগুম্বা জমিদারবাবুনা অস্থুয়া নম-হাহুনা অতোপ্পা মুপা অমদা যোহ্নোকত্রে

খল্লো, অদুগা মুপাদুনা দখল তৌবা লাক্লবদি করি তৌগদগে নহাক্লা ?”

যোডশীগী অঙকপা প্রমাণ অসিদা অয়াম্বনা মচিন্দা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরকই , অদুবু হনুবগী মিঙগী মৈরি কাপথোরকপা উই। অদুম ওইনমক মশাবু ফাথজবগা এচম্বা খোঞ্জেলনা হায়রকই “ইমা, ঐদি হনুরবনি, ঐগী রাদি থম্বিখো, অদুবু ঐগী মুপীনা পোকপা ইচানুপা পাখং মঙা ম্বং য়ং লাডনা লৈ, মখোয়না মতমমদুদা জেলদা নত্তে, ফাঁসিগী শাগাই যাওবা কীরোই, রাযমসি ইমা-চণ্ডী পম্না রাশক্তুনা নহাক্কী নফমা। থঙজঞ্জরিবসিনি।”

মহাক্লা অমুকস্তু করিনো হাগেয় তৌরকই, অদুবু যোডশীনা খামদুনা হায়রকই, “মদুনা অচুম্বা ওইববদি বিপিন, নহাক্কী নচানুপা পাখং মঙা অদুদা হায়য়ু, ইপা-ইপু হাক্তঙগী দখল তৌবক্লিবা লৌ-ইংখোল অদুম্ব মখোয়গী মমা হনুবীদগী থোইদিং মখায অমা ফাওবা হম্ববা নত্তে; মখোয় অনি মসিমক্লা চপ মান্নবা মখোযবু য়োকপিরক্লিবনি।”

হনুবনা মিংকুপ্তা হৌগংতুনা চপ লেপ্লগা হাযরকই, “অচুম্বনি। অচুম্বা রানি ইমা! ঐখোয়গী ইমামক্লি হায়বা তাই! হৌজিকমক চংলগা ঐনা ইচাশিংদা রাকম অসি থঙহল্লুগনি, অদুবু নহাক্লা ঐখোয়গী সহায় ওইবিয়ু।”

যোডশীনা মঙক মোমদুনা হ'য়রকই “ঐদা করিগীনো বিপিন, চণ্ডীমাতানা নখোয়গী সহায় ওইবিগনি; অদুবু ঐগী পূজাগী মতম হেনথিগদৌরে, ঐ চংলে।” হায়রম্লগা মহাক থুনা য়াংনা

চংখিহুনা মাগী খাংপোক মনুংদা চংপ্রে। অহুবু বিপিনগী লুম্নবা খোঞ্জেল মহাক্না ময়েক শেংনা তারকই। মহাক্না ময়ামদা বৌহুনা হায়রি, "নখোয় ময়ামস্ত তারেদনা, গর্ভ পুহুনা পোকপিবদনা ইমা নত্তে, য়োকপিরিবী মহাকস্থ ইমানি। ওইনিংবা ওইরকসনু, যুমগী ইমাবু ঐখোয়না করিগুম্বা মওংদস্থ মীগী মখুত্তা লাক্সোকপা ঙম্লোই।"

## তরামণ্ডা

চৈত্রগী সংক্রান্তি নকশিল্লক্লে। চড়ক অমসুং গাজনগী উৎসবকী ইরাংদা লমদম অত্নগী লৈ-উবা কাংলুপ্তি থোইদোক্লা অঙাওবগুমখে – অস্নক চাউবা পর্ব্বদিন মখোয়গী অমমুক লৈতে। নুপা-নুপী খায়দনা থা অমা চুপ্পা সন্ন্যাসকী ব্রত ভোবক্রবা মখোয় অহুনা শেংলি-ইন্নিবা গেরুআ ফিজোলনা লমদম-হুগী নুংশিং মচু শাওবগুমপ্রে। লম্বীদা 'শিব-শম্ভু' শোমবগী লেপ্পা লৈতে, চণ্ডীগী থোঙ্গান্দা মংোযনা হঙ্গং-হন্দা চংপগী পোত্থাবা নাইদে— শিব মন্দিরগী অকোযবদা মণীং থিঙমত্রবা মনাইশিংনা কুক কুক ইন্নবি। পূজা কংনবা, কুম্মৈ য়েংনবা, পোৎ য়োন্থোক-য়োনশিন তৌনবা যাত্রিক লাকপা হোৌরে, মপালদা চেকপল মথাদা হুকান্দারশিংনা লম কন্নবগী থংন-চৈনবা হোৌরক্লে— উবদা পুক্লিংদা থল্লি, চণ্ডীগডগী ঙমখৈ অমদগীনা ঙমখৈ অমা কাওবা অচৌবা উৎসবকী পাউজেলনা ইবাং হৌরকদবা কুইররোই।

ষোড়শী মথৱায় নুংঙাইতবা থাদোক্লুনা মহৌশাগুম হন্দকন্থু থবক্তা মপুক্লিং থিংজিনখ্রে— মাইকৈ পুন্নমক্তা য়েংশিনবা হোৎনবদা অয়ুক্কগী নুমিদাং ফাওবা মহাক মন্দিরদগী থুবৈ অমা নাশ্বোক্লবা উপায় লৈত্রে। নুংথিলদা মন্দিরগী মাঙ্গোন্দা কম-হুনা মপুক্লিং চংনা হিসাবকী খাতাদা জমাগা খরচকা চাশিন্নরি, মওং কয়াগী রাহৈগী ঈথক্লা য়ৈরনবস্থ মহৌশানা হৈনরক্লবগুম মাগী নাকোংদা চংদে, অসিগুম্বা মতম অসিদা ইথঙ থঙহৌ-দনা নিল্লম্বহ্ হেক থংলেপ লেপহনখিবা অমনা মাগী থম্মোয়দা যুমরে। মমাই নোনথংতুনা য়েংবদা জীবানন্দ চৌধুরী মশামকপু উরে। মহাক্কী য়েন্তা, ওইদা, তুংদা শক থঙবা থঙদবা ভদ্রলোক কয়া লেপ্লি। রায় মহাশয়, শিরোমণি ঠাকুর, তাবাদাস, এককড়ি অমস্তুং থুঙ্গংগী অতৈ কয়াস্থ তমাংদা লৈরম্মী। অদুগা নুপা অহুম-মন্নিদি মহাক্লা মশক থঙদে ; অদুবু ফিজেৎ-চাকচা উবদদি মখোয় অসি কলকাতাদগী বাবুগা লোনরকপা ওইরমগদ্রা নিংই। থুঙ্গংগী অশেংবা নুংশিং ফংনবা অমস্তুং প্রকৃতিগী ফজবা য়েংবা লাকপা ওইরম্বা য়াই। ভোজপুরী দোলাইরেং নুপা মরি যাউরি। মখোয়গী মকোক্তা অরাংবা কোকশেং শেৎলি অমস্তুং লেংজুমদা থুদৈ শাংনা য়াল্লি। হৌখিবা য়াউশংগী হোলীদা চুখিবা অদু মখোয়গী ফি-রোলদা হৌজিক ফাওবা থজিক্তা কোক্লনা লৈ। মবুংঙোগী ঙাক-শেনবা অমস্তুং মগুণ হেনগংহনবনা মখোয়গী পান্দম্নি। ষোড়শীনা ঙাইহাক্কী ওইনা মমাই লৈশিল্লক্লনা অমুক মাগী খাতাগী লামায়দা মিংয়েং থমগ্রে, অদুবু মপুক্লিং চংবদি

ঙমদ্রে। জীবানন্দ করিগুম্বদস্নু মফম অসিদা অমুক্তা লাকখিদ্রি; মহাক্না লাংতক্লনা পুম্নমক কুপ্না কুপ্না য়েংলকই, অমস্তুং অহল ওইরবা শিরোমণি মহ শয়না চহি কয়া কয়াদগী খঙলক-উরক্লবা মফমহুদা খরমখৈ লৈ— মত্তগী ইতিহাস. মত্তগী ব্রারীনরক্লিবা ব্রা— পুম্নমক অনৌবা মবুংঙো জমিদারহুদা তম্ন-তম্নহুনা চংমিন্নরি। মতৌ অস্নুম্না পুংখায় অমরোম চংলুরগা কাংবু অহু মতম অমদা মন্দিরগী খোঙদা থুংলরে, অহুগা মিনিট অনিরোমগী মতুংদা পুজারীনা লাক্লগা ষোডশীদা হায়রকই, “ইবেম্মা, বাবুনা নঙোন্দা নমস্কার তৌহুনা লাকপিয়ু হায়জরকই।”

ষোডশীনা মমায় নোনখংতুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই, “করে চংসি, চংলো।” হায়রগা মহাক পুজারীগী মতুং ইন্দুনা জমিদারগী মাংদা লেপ্লরে। জীবানন্দনা মিনিট মঙা-তরুক তুম্মিন্না মহাক্কী খোঙদগী তোন ফাওবা হন্না হন্না য়েংলগা মমৈথংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, “ময়াম্না হায়জরকপদগী নহাক্কী মরিদা ঐনা হুকুম করি থোকগ্রবগে তারব্রা?”

ষোডশীনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, “তাদে।”

জীবানন্দনা হায়রকই, “নহাকপু বিদায় পীরে, অহুগা আদগী অপিকপা নুপীমচা অসিবু নৌনা ভৈরবী হাপতুনা মন্দির য়েংশিন-খোংচিমবগী থৌদাং শিন্নখ্রে। অভিষেক্কী নুমিৎ ফেপত্রি, অহুবু থুনা লেপ্নরগনি, হয়েং অযুক রায় মহাশয়নচিংবা ময়াম লাক্কনি। মখোয়গী মফমদা দেবীগী লৈরিবা সম্পত্তি পুম্নমক খঙহল্লগা ঐগী

গোমস্তাগী মথুত্তা উপুগী শো শিন্নগদবনি। মসিগী মরিদা মহাক্কী করিগুম্বা খরা হায়নিংবা লৈত্রা ?"

ষোড়শীনা হান্নদগী মশাবু ফাথজগ্রবনি ; অতুনা মাগী খোঞ্জেন্দা করিগুম্বা ফিজংপা অমত্তা উত্তে. ইচম চম্বা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "ঐনা কা ভাংবগী অদোমগী কান্নগদবা খরা লৈবিত্রা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "লৈতে। অতুদা, হংচিং সন্ধ্যা মতুংদা মফম অসিদা সভা ফমগনি, হায়নিংবা লৈরবদি ময়াম মমাংদা নহাক্কী অরাবা খঙহল্লবা য়াগনি নুংঙাইবা রানি, মহাক্কা কনাননো ঐগী মায়োক্তা ঐগী প্রজাশিংবু ইবাং হৌহনগদৌরি হায়না তারিবসি ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "মতু খঙজদে। অতুবু ঐগী প্রজাশিংদা অদোম্না ভৎপদগীদি কন্ননবা হোংনজে।"

জীবানন্দনা মথদাং চিক্কুনা হায়রকই, "ভয়গদ্রা ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "ভম্বা ভমদবদি ইমা চণ্ডীগী মথুংনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "মখোয় শিঠুনা তোক্কনি।"

ষোড়শীনা হায়রকই. "মীওইবা অমব নত্তে মখোয় খঙই।"

শাউবা অমস্তুং ঈকাইবনা ময়াম অতু মমাই-মমিং ভাংলক্লে। এককড়িদি অসিগুম্বা ভাব উংলকই মতুদি, মহাক্কা মাম্না রানা মশাবু ফাথজহুনা থম্লিবগুম।

জীবানন্দনা মিংকুপ অমা চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "নহাক নশাগী প্রজা অমত্তা লৈতে। মখোয়না প্রজা ওইরিব মপু মশামক অতুনা দলিলদা শই তৌগ্রবনি। অতুনা কনানস্ত্র করিস্তু তৌবা ঙম্মরোই।"

ষোড়শীনা মথাই নোনথংল্লগা হায়রকই, "অদোম্বগী অতে হুকুম অমুক লৈবিরিব্রা ?"

জীবানন্দনা ময়েক শেংনা ভাব তারে, রা ঙাংলকপা মতমদা থ্নোওইদবগী হৈনরক্লবগুম মহাক্কী মচিন পৈরকই, অহুবু শম্না পাউখুম পীদুনা হায়রকই, "লৈব্রে, অতৈ কবিস্ন লৈতে।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি চানবিদুনা হৌজিক ঐগী রাস্ন তাবিয়ু।"

"হায়য়ু।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "হয়েং দেবীগী পোং-চৈ শিন্নবা ঐগী মতম ফংলোই, অদুগা হংচিং মন্দিরগী মফম কদায়দস্নু সভা-সমিতি তৌফম লৈরোই। পূম্নমক অসি হৌজিক তোকপিখিবা তাবনি।"

শিরোমণি রানা খাংলক্লিবনি, অমুক ঙম্রক্রে। খঙহৌদন্না লাউ-খোংদুনা হায়রকই, "কৈদৌনুংদস্নু য়ারোই, শুপয়া য়ারোই। অদুগুম্না চালাক ঐভোন্দা চংলোই হায়বিরিবসিনি—"

অদুগা শুপ্নগী জীবানন্দ নত্তনা ময়ামস্নু পুম্নিন নিম্নরকই।

জনার্দন রায় অস্নুক কুইবসি রা ঙাংলক্কে, চরাংনবা লেপ্নবদা খঙহৌদনা শাউরংনবগা লোয়ননা হায়রকই, "নহাক্কী মতম অদুগা মন্দির মনুংদা মফম কমদৌনা লৈরোইদৌরিবনো হায়য়ুদনা ঠৌরাণী ?"

মসিগী অরোইবা রাহৈসি করেম্নবনি খঙলবস্নু ষোড়শীনা চম্না নোল্লুকপা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "রায় মহাশয়স্নু খঙবিরিবহুনি, হৌজিক গাজনগী মতম অসি যাত্রিক য়াম্না তৌল্লি, সন্ন্যাসী য়াম্না

লাকই, ঐগীবু মতম শংলিত্রা, অদুগা মখোয় কদায়দা থৈদোকলুগনি !"

তশেংমমক মতুনি। অদুগা হায়জবা অসিদা মরম চাদবা করিস্তু য়াউদে, জিবানন্দদি মতু খঙলম্বা য়াই, অদুবু ময়াম হৌদুনা লাক্লবজিনা মরম-মচাশিংদুদি খোঞ্জেল তপ্পা করেম্নরিবনি হায়না লৌদুনা তশেংনা থৈ হৌনরক্লে। জনার্দ্দন য়ায়না মশাবু কাউথোকচবমখৈ লাউদুনা হায়রকই, "মকম লৈগদবনি। ঐনা হায়রিবসিনি মকম লৈগদবনি। ঐনা হায়রিবসিন্নি মকম লৈতবা য়ারোই।" অদুগা ময়াম মরক্তগী নুপা অমনা খোনচোপ কাওবা শিজিন্নরক্লে।

য়াদু ষোড়শীগী মাকোং স্রোগ্রে, অদুগা মাইথোংগী শকওং হোংখিবগা লোয়ন-লোয়মনা থোইদোক্লা কনশিনগ্রে অমস্তুং শককম হঞ্জিনগ্রে। মিংকুপমুক তুম্মিন লৈরগা জীবানন্দদা থোইদোক্লা অপানমা হায়রকই, "খংমবা ঐ হঙ্গোইজে। অদুদি ওইরগা পুম্নমক অহু তৌনববগী খুদোং হৌজিক চাখিরোই, য়াকম অসি অদোমগা লোয়নবিরক্লিবশিংদা খঙনবা তাকপিয়ু। ঐগী মতম য়াম্না তেল্লি; ময়ামগী থবক লোইরবদি ঐ চৎচরগে।"

মাইথোং অসি, খোঞ্জেল অসি, শুপথৌ থৌওইদবা অসিনা খঙহৌদনা জীবানন্দদা শাথীনা য়ুররে, অদুগা মহাক মশাগী খোঞ্জেলস্তু কল্পা-কক্লম্নরক্লে, হায়রকই, "অদুবু ঐনা হুকুম পীয়্রিব- সিনি, হয়েংমক পুম্নমকসি ওইগদবনি, অদুগা ওইবস্তু পাম্মী।"

"নমদুনা ?"

"হোয়, নমদুনা।"

"খুদোং চাবা চাদবা ফম্‌া লৈবরবস্‌ ?"

"হোয়, খুদোং চাবা চাদবা ফনস্থ লৈসন্‌ু।"

ষোড়শীনা অমুক করিস্থ য়েংলুদ্রে। মতুং হন্না য়েংলগা মীরক্তা মুপা অমদা মখুংমা ইঙ্গিত তৌদুনা কৌরগা হায়রকই, "সাগর, নখোযগী পুম্নমক ঠিক-ঠাক্তা লৈরিদনা ?"

সাগরনা নোল্লুক্লা হায়রকই, "লৈ ইমা, নহাকী আশীর্বাদনা অন্নাংপা করিস্থ লৈতে "

ষোড়শীনা হায়রকই, "ফবে, জমিদারগী মীনা হয়েং ইরাং অমা হোৌহনবা পাম্লি, অদুবু ঐদি পামদে। গাজনগী মতম অসিদা ঈমুনাইমু তানবা ঐগী অপাম্বা নত্তে, অদুবু দরকার ওইরবদি তৌবা তাই। মখোয় অসিগী মশক নখোয় খঙজিলহৌ ; মখোয় কনাস্থ ঐগী মন্দিরগী সিমানাদা লানশিল্লকপা ঙমদনবা ! পাক হেক ফুরুন্‌ু — মঙক লাক্তুনা ইন্থোকপদমক ইন্থোকউ।" অসি হায়রম্লগা মহাক হম্‌া ফাওবা য়েংলমদনা খোঙথাং তপ্না মাঙ্গোলদগী চংখ্রে। ষোড়শীবু চহি কয়া চুপ্না ময়াম্না উরক্লবনি, মহাকী খঙদ-উদবা করিগুম্বা খরা লৈরমখিগনি হায়বা কনামস্থ খল্লুদে। অদুবু ঙসি মহাকী লোনচৎ-শাজত্তা উরিবা অচম্বা নত্তবা মাইকৈ অসিগী পরিচয় অহানবা ওইনা ফংবদা হুজুরদগীনা পিয়ন ফাওদা মুংগী মুর্তিগুম চপ য়ুংনা লৈখ্রে।

## তরাতরুক

চৈত্রগী সংক্রান্তি উপদ্রব য়াউদনা লেনখ্রে — শিব-শম্ভুগী গাজন-উৎসবতা কদায়দ্সু খজিক্তা অপনবা থোকখিদে। দর্শন লাকপা কাংবু ময়ুমদা হল্লখ্রে, দুকান্দারশিং দুকান শিদোকপদা মপুক্লিং চংখ্রে, অচাপোং ঙৌবা ংাউবগী মনম শাম্লক্লে, অমস্তুং গেরুৱা শেংপশিং লাউ-খোংবা তোক্তুন ময়ুমগী থবক্তা মপুক্লিং চংবনা চুম্মী খল্লখ্রে। মহৌশাগী হৈনরবা খোঞ্জেলদা মাইকৈ মরিমক্তা অৱা- নুংঙাইবগী মশক খঙলবা ঈচেল অমুক উরক্লে। গুপ্লগী চণ্ডীগডগী ভৈরবীগী হকচাংদদি ৭রি লাযমানো অমা চংখ্রে, মহাক্কী মশক অদু অমুক হুঙিল্লক্রে — মওং অমগী কীথি-কিরুমুবনা মহাক অহিং নুংথিল চুপ্পা ইথক হকংতুনা লৈ। উৎসবকী নুমিং খরনি অদু অপনবা থোক্তনা লেনগনি হায়বা ষোড়শীনা থাজরম্মী, মরমদি লাইবু শাউহন্নবগী দায়িং কোক নোম্না লৌবা ঙম্বা কনাগুম্বা লৈবল্লবস্তু জনার্দ্দন্দি ঙম্লোই হায়বা মহাক্লা তশেংনা খঙই। অদুবু হন্দক্তি ?

অদু ওইরবস্তু নুমিং করানি অস্নুন্না মনা-মনিন নাইদনা হৌখ্রি মহুদি, অমুক ইরাং লৈত্রবগুম, পুম্নমক য়ানখ্রবগুম। অদুবু তশেং তশেংনমক য়ানবা করিস্তু লৈতে, উদনা লোম্না অকনবা করিগুম্বা খরা মশা ফন্দোরক্লি, চিংনবা অসি গুপ্লগী ষোড়শীদা নত্তে, অয়াম্বগী থম্মোয়দস্তুনি। য়া থোক্লিবা লৌবুক অদুগী লৌ-উবশিংদা ঙসি পাউ থাখি। রাফমদি, মখোয়

সন্ধ্যারতি মতুংদা মন্দিরগী শুমাংদা তীল্লগদবনি, অদুবু আ'রতি লোইগ্রে, অহিং পুং নিপাল লাম্থোকখিদুনা মাপল তারে, অদুগা মাপল হৌখিদুনা তরা তাশিল্লকে, অদুবু কনাসু উদে। খুকয়া নিতিগী লাকপশিংদু প্রসাদ পুদুনা মহৈ মহৈ চংনগ্রে, পুজারী চংগ্রে অমসুং মন্দিরগী মীনাইনা থোঙ লোল্লগে হায়রবরে। অমুক ঙাইরুবগী কান্নবা লৈরে, অদুগা করিগুম্বা অমা থোক্লম্বা য়াই হায়বসু কাউদে; অদুবু অশেংবা অদু খঙবা ঙমদ্রদুনা মহাক থোইদোক্না মপুক্কিং তয়াং-তশোয়রক্লে! অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা তপ্না তপ্না সাগর লাক্কুনা থুংলরে! মহাকপু মতোমদা উবদা পাখংতুনা ষোড়শীনা হংলকই; "অস্থুক থেংলক্লিবদি কৈদোরে সাগর? অদুবু অতৈদি কনামঙা ল'ক্কুরা? অদুদি মখোয় পাউ ফংদ্রবা ইবুঙো?"

সাগরনা হায়রকই, "করিগী ফংদনি ইমা। ঐ ইশামক্না মখোয়গী যুমথোঙ খুদি চলগা ইমাগী অপাম্বা থঙহল্লুরবনি।"

ষোড়শীনা চিংনরদুনা হায়রকই, "অদুদি?"

সাগরনা হায়রকই, "ঙসিদি কনাসু মতম অমুক কাইথোক্কুনা লাকপা ঙম্রদ্রমাল্লে। হুজুরগী কাছারিদা পঞ্চায়েত মপুংফ'না কয়া, মদু হৌজিক্কা কায়নরি। পঞ্চু, অনাথ, রামময়, নবকুমার, অক্ষয় মাইতি, অদুগা ঐখোয়গী হনুবা খুড়া বিপিন কাওবা মচা পাখংশিংগা লোয়ননা — কনাসু চিথংগ্রে ইমা, ঐ হৈজাং পাম্বী অমদা কাথংলগা লৈপল লানশিন্দুনা চংলুই।"

যোডশীনা হায়রবই, "মহু চুমদবনি সাগর, কনাগুম্বনা উগ্রবদি —"

সাগরনা মোক্লুনা হায়রবই, "ইতোমদা চঞে ইমা, মাগা লোয়নৈ।" হায়রগা মহাক্না মখুং ওইনা পাংবরিবা অশাংবা রাকক অমু হরাওবগা লোয়ননা তৌকম খঙদনা মখুং য়েঙ্গা শিল্লকই।

যোডশীনা হায়রকই, "অহুবু, মকম অসিদা ময়াম পুনগনি হায়রগদ্রে?"

সাগরনা হায়রকই, "হুজুরগী মীশিংনস্থ পায়রম্বনি অহুবু খুঙ্গংগী মীওই, ওনানস্থ য়াদ্রে। মখোয়দি মাইকৈ সোমগী মীনি — ঐখোয়গী খুডা ইপা-ইচাবু খঙলস্থা যাই।"

যোড়শীনা ঙাইহাক ভুম্মিন লৈরগা হংলকই, "সভাদা করি লেপ্লখিবগে?"

সাগরনা হায়রকই, "মহু অকবা ঙাক্তনি। লৈবাকপোকপা অসিদা মুপীমচা অহুগী অভিষেক শোইশিল্লগনি। অহুদি ওইরগা ইমাগীস্থ খল্লুনিংঙাই লৈত্রে—কাশীদা বাস তৌনবা চায়জরবদি শেল খর কংগনি।"

যোডশীনা হায়রকই, "হায়জগদৌরিবদি কনাগী মকমদনো?"

সাগরনা হায়রকই, "হুজুরগী মকমদা ওইগদ্রা খল্লি।"

যোড়শীনা হংলকই, "অহুগা ময়ামগীদি? লৌ-ইংখোল যুম্মক চংগ্রবা মখোয়গীদি?"

সাগরনা হায়রকই, "কীরুনিংঙাই লৈতে ইমা, মহৌশাদগী

ওইরক্লিবা অহুদগী মখোয় নাহ্বোক্লরোই। লুমিং অহুদা প্রজাগী মাইকৈদগী লুপা লিশিং মঙা মগদ ওইনা পীখংখিবদা মহুগী চেয়াৰ ঋায় মহাশয়গী উপুদা নঙনা কদায়দস্থ লৈকম ফংখিদে, মহু নংলমঅ্রবদি মহাক্না হুকুম তৌকাপ্লিইদা। ময়াম পুন্দুনা ঙসি কৈদৌনা চংলুগদৌরিবনো?"

যোডশী ঙাইহাক্তং তুম্মিন্না লৈ। অহুগী তুংদা হায়রকই, "অহুগা নখোয়দি?"

সাগরনা হায়রকই, "ঐখোয়গী খুডা ইপা-ইচাগীরা?" নোককেং তৌরগা হায়রকই, "মহুগী ফিভমস্থ মহাক্না শিনবিরে লুমিং তরেংনি-লুংনিসি তুম্মিগা কমতুনা লৈখোকপা নত্তে। অচংবা মীনি, দারোগা-পুলিস খুবাম-লুংদা লৈ, যুথক তরাগী মলুংদা কদাযদনো লুট চংগদবা ক্রইররোই। খঙবিরবহুনি ইমা, চহি অনি মিয়াদ অমুক তাকরে, হন্দক্তি চহি তরাগী ওইনা খল্লুনিংঙাই শুপ্লে লৈররোই, খুডাগী গঙ্গা প্রাপ্তি মহুগী মপুংদা ওইরগনি, অহুবু ঐদি হৌজিকস্থ নহা ওইরি, কৈরেবাকী মশক অমুক উবা ফংবস্থ যাই!" হায়রগা মফাক নেক্লকই।

যোডশীনা কীরক্লনা হায়রকই, "কৈনোনে, মহুবু নখোয়না অচুম্বনি হায়না খনত্রা?"

সাগরনা হায়রকই, "খনবা? মসিদি মিক্তা তক্ত-তক্ত উরবনি ইমা। জেলগী মপালদা ঐখোয়বু থম্বা ঙমগদবা কনাগীস্থ মত্তিক লৈত্তে। য়াম্বা নত্তে, থা অম-অনি য়াংপদনি, চংখিগ্লিইরদা ইমানা শং-শংনা উবিখিবা য়াই।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অদুগা মকমদুদা চংনুবা মখোয়গীদি ?"

নাগরনা হায়রকই, "মখোয়গী ফিভম ঐখোয়গীসু হেন্না ফত্তে। ফেল মনুংদগি পীইজ, অমদু ওইরবসু চপ্পা অনি চাবা ফংগনি, মখোয়দি মদুসু ফংলোই। জ্ঞেশশিংদু ডিক্রী জারিরকপা কুইরবোই, মদুগী মতুংদা রায় মহাশয়গী থবক ভুদুনা চখোয় অনিসং চাবা ফংজরবদি ফরে, নত্রগনা আসামগী চা-বাগান্দি লৈরিদনা। করি হায়বগে ইমা, নহাকপু নিংশিংবিত্রবা উমং অসিগী অতোংবদা মহৌশাদি লৌ-ইংখোল লৈবা বাউরি ঐখোয়গী খুল লৈরম্বী, অদুবু ঙসি মখোয় কদায়দা চংগে ? কয়ানা কয়না তৌবা চংগ্রে, কয়ানা চা-বাগান্দা চালান তৌগ্রে। অদুবু ঐনা অঙাং ওইরিবিদা উহৌই, মখোয়গী লৌ-ইংখোল পোংপু-লাঙ্গোল। কৌ থরা থরদি মখোয় হাপ্পরম্মী। ঙসি মদুগী তংখায় অমা এককভি নন্দীগী অদুগা তংখায় অমনা রায় মহাশয়গী ওইগ্রে।"

ষোড়শী নুংবংননা লেপ্তুনা র'ফম পুন্নমক্তুগী ওমুং হজিনবদু লৌশিল্লি। নুমিৎ অদুদা মখোয়না কাংলুপ ওইনা মডোন্দা চংজফম লৌবা লাকখিবা মখোয় অঁতুনা ঙসি মাগী ফিভম হাইথরে হায়দুনা অকনবগী মিংকৌ ইঙ্গিঙা মহাকমক্তী মায়োক্তা রা ভাবনা পুন্নখি — নুমিৎ অদুগী মখোয়গী মাশক কদায়দা ভাউথোকপ্রবগে ? অকনবা, ঊনাকপুমবা, ধর্ম্ম চেঙ্খৈনা ওৎ-নৈবদগী নাম্থোক্লবা লক্ষী মমঙা মশোনবগী লৈত্তে। কদায়দস্ু মসিগী রাকংফম লৈতে, ঈশ্বরনা ভাবিদৈ, সংসোঞ্জনা মতম

খুদিংমক্তা অস্থুম্না অস্থুম চংনরক্নি। ঙসি মী অম্মুক য়াম্না চংথুনা থকনবগী খুয়াখাদা মথোয়গী অক-কন্ডা খন্থনবা শক্তি, ধর্ম্ম, মীওইবগী লোনচং পুম্নমক হৈদোক্লম্লগা কম্নিগুম্বা মওং অমদা মথয়ায় হিংহুনা লৈনমবা অাশা অসিমতং পুহুনা মহুমদা হম্নরকই, মসিগী ঐকাইবা, মসিগী তোম্হবা, মসিগী মৈচাক কমম্ভ কনগুমু, মিংশা উবা কংলিবা অসিমথে, লাইয়-অনংবশিংমা লৌশিং থরসি নঙনা পৃথিবীদা অতৈ অমম্মুক ঊখিদ্রে। অম্মুক য়াম্না মীয়াম্নু অম্মুম্না মী ওইহজ্রিবা চুমদবা অসিবু চৈম্নাক শীননবা শক্তি অম্মুক চাউবা অপং অদিদা অাইবা লৈদ্রিব্রা ? খুদিং এহুনা নৈহৎপিরবশিংগী মাইকৈদা লেপখিবা সাগর সর্দ্দার মহাক্না অশোনবগী অম্মুক চাউম্নবা চাউখোকচবগী লিশিং লিশিং হেন্না চাউবা চৈ থাগংলি — থিংনবা করিগুম্না লক্ষ্মী অমা লৈতে। খম্ভহৌদনা হংলকই, "ফরে সাগর, পুম্নমক অসি নঙ কনাগী মচিন্দগী ভারকপগে ?

সাগরনা হায়রকই, "হুজুরমকী মচিন্দগী।"

"অহ্ ওইরবদি পুম্নমক অসি মহাকমক্কী থৌয়াংনা ?"

. সাগরনা থম্নগা হায়রকই, "কনানা খঙগনি ইমা, অহ্নবু রায় মহাশয় য়াউবমগত্রা থজি।"

থোক্তণীনা থিংকুপ অমা চপ মুংনা লৈরগা হায়রকই, "ফরে সাগর, জমিদারনা ঙঙোন্দা ওংলত্রিবা কম্নিনো, নঙ হায়বা ঙমত্রা ? ঐখি অহেম্বা থম্নশাক্তা ইঙোথদা লৈ, পায়বদি ওংলবা ঙম্নোইত্রবে ?"

সাগর নোক্রকই, হায়রকই, "নহাক নত্তোমধা লৈ, কনারা মত্তোন্দা হায়বগে ইমা ? ইমা, ঐখোয় ইশারা ইশাগী পরিচয় পীবা পামজদে, শুক্রনা য়াদে ।" হায়না হায়না খঙহোদনা মহাক্তী কন্নবা মখুৎ য়েংকী খুংশা মঙানা চৈংহ্রক ক্রক লাকশিল্লকই, হায়রকই, "চণ্ডীগী মন্দিরদা সভা ফন্না কীহ্ননা, ঙসি এককড়িগী কাছারি অফিসতা ফমথ্রিবা মহাক অহুবু কীবদগী নহাক্তী সীমানাদা লানশিল্লপা ঙমদবনি। হরিহর সর্দারগী ময়াম্বগী মচা সাগরবু য়ুথক তরা-কুন কাওবগী মীনা খঙই, মত্তোন্দা ওংলগদবা মীশক্তি ইমা, খুজং য়াখৈদা থিবদা ফংলোই ।"

ষোড়শীগী মিং অনি খুদক্তা মৈ হৌরকই, হায়রকই, "সাগর, মসি অচুম্বরা ?"

সাগরনা নোক্সহুনা খুদক্তা মহাক্তী মখুত্তা পায়রিবা চৈংহ্র ষোড়শীগী মখোঙ ময়াদা থল্লগা হায়রকই, "ফরবনি ইমা আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু, ঐনা হায়জরিবসি মীনম্বা ওইদনবা ."

ষোড়শীগী মিংয়েং অমুক্তং থরা ঈংথকুরগা অমুক হান্নগুম মৈ হৌরকই, হায়রকই, "করে, সাগর, ঐদি নখোয় নথবায় পাম্মুদে হায়না তায়, চুমব্রা ?"

সাগরনা নোক্রুনা হায়রকই, "লাম্না তায় হায়বদি ঐ হায়জদে ইমা ।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "থবায় কখোকপদমক ঙন্না অহুপা লৌবদি ঙমব্রা ?"

সাগরনা হায়রকই, "য়াথং অমত্তং পীবিয়ু, ঙসি অহিংমক করিগী চাং য়েংবিরোইদগে ইমা ?" অসি হায়রগা মহাক্না যোড়শীগা মিংচামরকপদা যোড়শী ঙকপা অমদি কীবনা তশেংনা চময়ব্রে। সাগরগী মিংয়েং মিংকুপ অমদা হোংব্রে। অচম্বা মিংয়েং অহু লৈতে, মঙাল অহু লৈতে, অঙৈংবহু কদায়-দনো মাংব্রে— চিংনিংঙাই ওইবা মরৌ লৈবা মিংয়েংনি— মসি সাগর অহু নত্রে, মসি অতোপ্পা কনানো অমনি। সাগরনা য়া ঙাংলকই। খোঞ্জেল তপ্পা য়াকই, খোইদোক্না লূম্মী। হায়রকই, "অহিং খোইনা থেংন্রি— মতম য়াম্না লৈরি। চণ্ডী-মাতাগী খোঙ হৌজিক ফাওবা হাংলি ইমা, ঐ নহাক্কী য়াথং তাবা ফংজরে, ফরে, মহু ওইরগনি ইমা, পাপকী ঙমখৈ ওইহল-লগনি— নোংঙানবগা তাবিরনি, নহাক্কী সাগর সর্দারনা অরেম্বদা নাপল তৌবা নত্তে।" মহাক্কী মপা-মপুনা পাম্বরম্বা চৈশাং অহু যোড়শীগী খোঙয়াদা তাহনা লৈরি, নোনথরগা খুদক্তা মহু তাপ পায়খৎলগা চপ লেপ্লি।

যোড়শীনা য়া ঙাংগদবগী তৌরকই, মহাক্কী চিনবান লেংলকই, খামগে তৌরকই, খোরিদা খোঞ্জেল থোরক্লে, ভূমি-কম্পগী সমুদ্রগী মতৌগুম খুদক্তা মহাক্কী থম্মোয়-স্নুং মথক মথা ওল্লক্লে, অমম্তং মিংবুপ অমদি সাগরগী খোইদোক্না মশক খঙদম্বা মীহাৎপগী মুহিংহু মহাক্কী মিংয়েং মাংদগী মাংব্রে। সাগরনা কপ্রিনো অমা হায়রকই, 'অহুবু মহু খঙবা ঙমব্রে, গুপ্নগী অসিখক্তংদি খঙবগুম তৌই মহুদি. মহাক লৈমায় শোক্না খুঙ্গরগা থুনা য়াংনা মপান্দা খোকব্রে।

## তন্নাতরেং

যোড়শীনা জ্ঞান তারকপা মতম অহুদদি সাগর চংখ্রে।

মন্দিরগী মীনাইনা কৌদুনা হায়রকই, "ইমা, হৌজিক থোড় খিংলোব্রা ?"

"খিংলো।" হায়রগা মহাক শোক্লীদমক লেপতুনা লৈ। অভাং ওইরিবৈগী মহাকী পূন্সি থোইদোক্লা নুংঙাইবস্থু নত্তে, থোইমা হরাও-তরাম্না মতম লেনখিবস্থু নত্তে; মরু ওইনা কত্তবা পুংফমদা বীজগ্রামগী অমোবা জমিদার চণ্ডীগড়দা থোঙদারকখি, মতম অহুদগী হৌনা উপদ্রবকী নোংলৈ-নুংশিংনা মহাকপু সফায় লৈত্রবীনি উহুনা তক্লনা জিংহল্লে, থকংহল্লে, অহুগা পে খাবা কংহন্দনা থম্লক্লি। মহু ওইরবস্থু সমুদ্র পূম্নমক অহুগা চাংদম্লকবদা মণ-থোঙগুলগুম্লবা মফম অহুদা ঙসি সাগর সর্দারনা মহাকপু হৌজিক্তা হন্দোক্লম্লগা মাংখ্রে। অহু ওইববস্থু শোয়দনমক মহাক্লা অহুক চাউবা অকী পরৈ চনবা করিগুম্বা অমদি অহিং অসিদা তৌবা ঙমগনি, মসি অস্থুম্না ওইথোক্লবনি মহুদি যোড়শীনা পাক হেক থাজবস্থু ঙমদে মত্রগা অস্থুম্না তশেং তশেংনমক মহাকী থম্মোয়দা চিংনবস্থু ঙমদে মহুদি, হাংপা, ঈমু-নাইমু তাবা অহুগা হিংসা মথল খুদিংমক্কী খুংলাই শুনা শেম-শাহুনা মতম চুক্লদা শাগোম্লরিবা মহাক পাপ কনা চাউনস্থু চেনসনু, শুল্লগী নাগরগী চৈগী পাঙ্গলদনা মহাকপু লোল্লশিনবা ঙমগনি হায়বা। অহুম ওইনমক মোংদম হায়না লৈরিবা শক্তিগী মরুমদা ওইথোক্লবা পুম্নমক মাইথীরিবনি, মহবু কীবনা মাথী খম্মোয় খ্রোক খ্রোক চাক্লক্লে।

মন্দিরগী থোঙ শো লোন্নগা শোষ্ঠে মপূল মীনাইমা মহাক্কী মখুৎতা শিন্নরগা হংলকই,' "অহিং য়াম্না থেংলে ইমা, থিনজৌ হায়ব্রা ?"

ষোড়শীনা মমাই নোমখৎলগা য়াখল অমদা তাউবগী মতৌ-গুম হায়রকই, "কদায়নো বলাই ?"

"নহাকপু থিনবনি ইমা।"

"থিনবা ? য়ারে।" হায়রগা ষোড়শী তপ্না তপ্না মঙ-হাগুম মপান্দা থোকঙ্রে। সুংতিগী মতৌগুম ঙসিদি লম্বী অসিথক্তগী মনুংদম্নুয়াম্না চেকশিনবা অহু মহাক নিংশিংবা কাওবা থোকখিব্রে। অহিং য়াম্না মম্মী, অহুবু নুমিৎ কয়া নি অসিগী মতৌগুম অপাবা লৈচিম্না কুপ্পহ্ ঙসিদি লৈতে। তক্ক-তকবা শেংলবা কৃষ্ণ-দ্বাদশীগী অমম্বা অতিয়া হৌজিক্তা কবিগুম্বা মশক উদবা অতোপ্পা ঙমখে অমদা ঈরুজক্রুরগা লাকপগুম্মী, মহাক্কী চোংলবা হকচাংদা হৌজিকসু ঈবিক পল্লি। মন্দিরদগী ষোড়শীগী য়ুম কাওবা লাপ্পবা থরদনি ; থেক-খোইবা লম্বী মথক্তা ঈংলবা মঙাল অমা মশীং থিঙমদ্রবা থরাম্মিংাকী লৈবাক্তগী হৈথরক্লি ; মহুগী মরক্তা মহাক শউম থোক্তবা খোঙথাংনা থাংহনা মহাক্কী য়ুমগী থোঙজিন্দা থুংলব্রে।

লমদাগী অরোইবা নুমিৎ থরনি অসি খুঙংদা থবক শুবা মী কংদে, অহুম ওইনমক মহাক্কী মতুং ইনবা ভক্ত প্রজাশিংনা ইথোলগী অকোইবদা বানা শম্বল খাবিরে অমসুং মন্নবা থাংপোক খন্না খন্না শেমজিন্নগা মহুদগী শমথহনা শঙতপ মচা অমা ডাকগুম ওইনা শাবিরে। অমনবা পোরোন অহনবা শিল্লে, অহুগা

ফল্লাংগী অহো-অরাক' মেনশিন-তৈশিন্দুনা য়ুমহুবু মী লৈবা য়াবা মওং ওইহল্লে। শো হাংলগা ষোড়শী ইমুংদা চংলক্কুনা লময়াইদা লেপ্লরে অমস্থুং মৈ চুথংলগা মফমহুদা অহুম ফমথরুরে। মুংত্তিগী মতৌগুম ওসিস্থু মহাক্কী তৌগদবা মথৌ য়াম্না য়াংলি। অহিংলা থোংথাবপগীদি মহাক্কী রাইচিন্নিংঙাই লৈতে হায়বা য়াই, দেবীগী প্রসাদ থন্না ফিজিদা য়োম্লকপা অহুনা অহুম লেনবা য়াই, অহুবু আহিক্কুচিংবা নিত্যকর্ম্মশিং মহাক্না মীয়াম মাংদা মন্দিরদা তৌদনা ইমুংগী ওচিকপদা পাংথোকই, অহুগী মতুংদা অহিং য়াম্না থেংনবা যাওবা ভুমদনা ধর্ম্মগী লাইরিক পাহুনা লৈ। পুম্নমক অসি মহাক্কী মুংত্তিগী ওইবা নিয়ম্নি; অহুনা মুংত্তিগী মতৌগুম ওসিস্থু মাগী মপুক্লিংদা লোইশিন্দ্রিবা কর্ম্ম তৌননবা হৌগংনিংই, অহুবু মথোঙ অনিহু কবিগুম্বা মওংদস্থু লেপথংপা ওমদ্রে; অমস্থুং হাংদোক্কুনা লৈরিবা থোঙ অহু থিংননবা হৌগংকে হৌগংকে থন্না পঙথবগুম লেংদনা অহুম থাউমৈ মনাক্তা ফমহুনা লৈ।

মহাক্লা সাগরগী রা থল্লকই। মন্দিরদগী থোইনা লাপ্রুনা লৌ-উবশিংগী থুঙ্গং অসিদা লৈরিবা ওক্তবা লমকেমবা মথোয় অসিবু মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদগী মুংশিজরকই অমস্থুং চাউরকপগা লোয়ননা মথোয়গী অরা-অনাগী শকুম অহুক্কী মতিক উবক্লিবমথৈ মহাক্কী মুংশিজবা অহ মচাবু মমান্য মুংশিবগুম হকচিনবা অমদি চেংশিনবা হেনগংলবই। মহাক্লা উই, চন্দীগড়দা মথোয় অসিমক মওং অমগী অহানবা পুন্দা-লৈতাবশিংনি,

অদুগা নোংমা মখোয় খুদিংমক মরৌ-মশীং লৈবা লৌ-উবা ওইরম্মী; অদুবু হৌজিক্তি অয়াম্বগী মরৌ-মশীং লৈত্রে— মীগী লৌবুক্তা থবক তৌদুনা য়ানা মতম লেপ্লি। লৌ-ইংখোল পুম্নমক জনার্দ্দন অমস্তুং জমিদারগী কর্ম্মচারীগী মখিংদা নত্রগা শাম্বিমবা মখিংদা তুম্না য়োংশিনরে। হায়না লৈরম্বা ভৈরবীশিংগী মতমদা লৌ য়ায়না লৈরম্মী, পুম্নমক হকথেংনমা উরম্মী, ভৈরবীশিংগী অপাম্বা মওংদা চহি খুদিংগী য়েন্থোকই, অমস্তুং খোমোক অদুদা প্রজা মখেল থৱল-চৈনবগী মশীং মাইকমদে। অদুম ওইনমক কামবদি করিমত্তা কংলমদে; য়েংশিন-খোংচিনবিনবা অমদি শিনবি-লাংবিনবা লৈতবনা কংকম খোকপগী শক্তক থরমথেদি প্রজাশিংনা তুরান্দুনা চাখি, অদুগা লেমহৌবা থম্না খোমগংপা অদুস্ত মরম চাদবদা শিজিন্নদুনা মাংহল্লি। লৌ পুম্নমক অদু লৌ লৈজদবা লৌ-উবা প্রজাশিংদা চহি তরুক-তরেংকী মমাংদা ফকির সাহেবকী পাউত্তাক মতুং ইন্না অরেপ্পা লৌশান্দা শিন্নদুনা পীখি। জনার্দ্দন রায় অমস্তুং এককড়ি নন্দীগা মহাক্কা থংননবগী মরুস্ত মতম অদুদগী তুনখি। অদুগা উংখংনরকপা অদুনা তুংদা অতোপ অতোপ্পা মথলদগী করিস্ত লৈতবা কাকম কয়াদগী ওসি মওং অসি য়োরক্লিবনি। সাগর অমস্তুং হরিহর সর্দ্দার মক্তম অদুদা মিয়াদ তাদুনা জেলদা লৈরম্মী। থাদোক্কপা মতুংদা নোংমা মখোয়না মন্দিরদা ষোড়শীগী মফমদা মখুং লোমদুনা লেপ্লে। হায়রকই, "ইমা, ঐখোয় ইপা-ইচাবু কাখংনবা লৈরায় লাম্বা কংলরোইজ্রা? অস্তুম তাওখিবা তাদ্রা?"

যোড়শীনা শাউদুনা হায়রকই, "নখোয় করিগী তাউথখিগদগে হরিহর—জেলগী অদুক য়াম্বা যুমশিংদু অদু ওইরবদি কৈদোনগদগে?"

সাগর: তুম্মিন্না মমাই লৈখোক্লগা নোংথক্লা য়েংদুনা লৈ : অদুবু হন্নবা হরিহরনা অদুম মখুং লোয়দুনা হায়রকই, "ইমা, ঐখোয়দি নহাক্কী ওক্লবা মচানি হায়দুনা নহাকস্থু ফক্তবী মমা ওইরগন্না? ঐখোয়গীস্থু লম্বী অমদি পীবিয়ু।"

যোড়শীনা থরা ঙাংথরদুনা হায়রকই, "নহাক্কী য়াইহৈশিংদুদি ফজৈ হরিহর, অদুগী মথক্তা নহাক্তি অহলস্থু ওইরে, অদুবু নহাক্কী নয়াম্বগী মচা অসিদি চাউংথোক্লুনা মমাই লৈথোক্লুনা লৈ, মরালদু কাওবা মশানা য়ানিংদ্রি—মহাক কৈদোউৈ অতপ্পা মী ওইরকপা ঙমগদগে?"

হরিহর মশাগী মশা পুম্বদা অমুক্তং হন্দুনা য়েংলগা হায়রকই, "হন্নুরে নত্রা ইমা? শম লোইনমক তৌরে।" হায়রগা মহাক্লা অমুক্তং নোককেং তৌরকপদা সাগরগী মাইথোং 'পুম্বা অঙাংবা মীনোক্লা লংথংলক্লে। মিংকুপ্তা মথুড়াগা মচানুপাগা মিংকা মিংকা খোঞেল থোক্লুনা য়া অসি ঙাংনগ্রমাল্লে মদুদি, মসিনা ফে। হন্নুবা মহাক্কী খুংকী মপাঙ্গল থঙদবা মহাক অদুগী মফমদা অম্ভুম্না নোকপগা লোয়ননা নোক্লুক্লা য়াজবনা থ্বাইদগী হেন্না লেমজনিংঙাইনি।

হন্নুবনা হায়রকই, "নাপল মত্তে ইমা, ওইনজবনি। মসিমথৈদি মা তৌবা ঙম্মী—সাগর কৈদোউৈদস্থু লুট তৌদে।"

যোঙগীনা ঙক্লনা হায়রকই, "করিনো, অহুদি মরাল লৈতনা দগী কংলব্রা? ময়াম্না খঙনরিবদি অচুম্বা নত্তে —মদি ঐঙোন্দা নহাক্না খঙহনবা পাম্লিব্রা হরিহর ?"

মহাক্না থাজদবা খোঙেলহুনা ময়ম চাদনা খোইদোক্না শীংজানা শৈবগুম থোকঞে, অদু ওইরবস্তু হনুবা হরিহরনা করিনো অমা হায়গদবগী তৌরকই, অহুবু ময়াম্বগী মচান। খুদক্না লৈশিল্লক্লগা মহাকপু নমহংতুনা হায়রকই, "কৈদৌননি ইমা, নহাক্না রা অদু তারগা? নখোয় ভদ্রলোকাশংনা ঐখোয় অতোনবা মীগী রা থাজবিগদবা লৈতে। ভদ্রলোকশিংনা ঐখোয়গী লৈজবা 'পূম্বা মুনবিঞে মহুক্ত অচুম্বা ফংকম থোকপগী দাবিদা, অংগা অমুক জেলদা পীরে, মহুক্ত অদুম্না অচুম্বা সাক্ষীগী পাঙ্গলনা। জজ-সাহেবকী কোর্টতগীনা চণ্ডীমাতাগী মন্দির ফাওবদা অতোনবা মীগী রা থাজবিগদবদি কনাস্তু লৈতে ইমা! চংলসি খুডা-তোন; ঐখোয় যুমদা হল্লসি।" হায়রগা মহাক থোক, লুকথহনা ভৈরবীগী খুয়া উকুল মকোক্না হাপ্লগা চৎঞে। হরিহর মশামকস্তু খুয়া-উকুল লৌবগা ঊকাইবা খোঙেলনা হায়রকই, "শাউবিকপু ইমা, অস্তুম্না মখোং হুক্তবা অঙাংশি, মহাক কনাগী রা তুম্মিন্না তাখোকপা ঙমজদে।" হায়রগা মহাকস্তু ময়াম্বগী মচাগী মতুং ইনঞে।

ওইজসমু মখোয় জাত অতোনবা. ওইজসমু মখোয় ডাকু; উরিবমথৈ যোড়গীনা নুংবংমনা মতিং ফুদোকচবা ঙমজদ্রবা, থৌওইবিঞবা লৈখা তারবা মদুম ওইনমক পাঙল কল্লবা, কীগদবা

অমসুং থোইদোক্না থৌনা-মৈরবা মুপা মনি অমুগী মাইকৈদা য়েংহুনা লৈ।

মথংগী অয়ুকমক্তদা যোঙ্গীনা সাগরবু কৌহনুরগা হায়রকই, "নখোয়দনে ইবুংঙো, ঙরাং ঐ মানৈরে। লৌ বিঘা তরামনি-তরামঙা ঐগী যৌতুক কাওবা লৈরি, নঙগী নখুত্তাগা নঙগা মতু য়েয়রো। ইমাগী থাজনদি নখোয়না পীনিংবা পীয়ু, অদুবু অয়ামবা লঙ্গীদা অমুক কৈদৌঙৈদসু নখোঙ থাংজিল্লরনু, মসিমি ঐগী সর্ত।"

মতুদগী হৌনা সাগর অমসুং হরিহর মহাক্কী অরৈবা মীনাইগী পাংথক ওইখি। মহাক্কী থৌদোক-রাথোক খুদিংমক মখোয়না মিগুম ইরকি, খুদোংথীবা খুদিংমক্তা মথক্তায় খুবাক্তা হাপ্পুনা কয়কি। কিন্নরবা খাংপোক, মপাং য়াউদবা খুদোংথীবনা থল্লবা পুন্সি, অদু ওইরবসু কনানসু মহাক্কী শয়া অমা কাওবা শোক্লনবগী থৌনা ফঙবা ঙমদে, মসি কনাবু কীবদগীনো হায়বদু মহাক খঙদবা নত্তে। অদুম ওইনমক সাগর অদুগী ঙসি মহাক্না মখিংতা উরকখিবা মূর্তি অদুনা থাজনিংঙাই মাগী করিসু অমুক লেমহত্রে। মহাক লুট তৌত্রা তৌদত্রা হায়বা লুই; অদুবু দরকার লৈরবদি মহাক্না ঙম্মোইদবা করিসু লৈতে — মহাক্কী মঙং-মতৌ অদু ঙসিসু চপ চানা লৈরি, অমসুং মিংকুপ্তা মখোয়না ঙসিসু মহৌশাগী কিভম অদুদা হক্লিন্দুনা লেপ্পা ঙমখিগনি, চিংনবা অসিবু অমুক ইস্নোকুনা থম্মা য়াবা নত্তে।

শেগায়রা চেক্লেং অমা মনাক্তা তাহনা লৈ, ভাব ওইদনা খুনগাংনুংমক্তনা কাউটম মঙাললা উরে, হৈমগী চিঠিগী পাউখুম

ওইনা মুনিং অহুদা চিঠি ইরুরগা যজ্রে থন্দুনা শেগারহুনা হন্দোকখ্রগা অতোপ্পা অমঃক ইবগা থাখি, ম'সি মহুগী মচেংনি। অহিং কয়া তুমদনা শা লব চিঠি ইবা লোয়রবা মতম অহুদা অমুক্তং নিংজিং-মা'জিংনরকখি, অস্মুক য়াম্বা রা ইরমদবা ফবনি—অতোপ্পগী মফমদা মশ'গী রা অস্মুম্না তমথোকপা করিগুম্বা মওংদস্মু তশেংনা ফবমদবা য়াই, অহুবু তুম্বা য়াদ্রবা থেংলবা অহিং অহুদা মপুক্লিং অমুক ফাথজবস্মু ঙমখিদে। অহুবু থংনবা লুমিঙ্কী ডাকতা থাদরুনবা পীখিবা মতম অহুদা অমুক্তস্মু পা'হুনা যংশিলহৌদে মহাক্না চিংনবম্মী, মহুমস্মু মহাক্না শেগা'যরুবা যাই— ঙসিস্মু অমুক মহাক্কী হমদা পাউখুম পীখিবা ঙম্লনোই। লুমিং কয'নি অসি কাউথোকলুববা অহু ঙসি এমমম ওইনা চিঠি অহুগী বা'বাল পূঃমক নি শি লবপদা মহা'ক ঈকাইজরক্লে—রাফমহুবু বনাগুম্বনা লাম্না লৌহুনঃ মহাক ু বনবা লাক্কদ্রা কীরক্লে। হৈম অমস্তুং মাগী মপুবোইবা মখোযবু নিংশিংলপগা মাগী থাম্মায় কমদোহুনবো পঙথবকই। মখোযগী লৈপুল পুন্সিগী ঈচেলগা মহাক থোইদোকপা পবিচয় লৈনরুদে, অহু ওইরবস্মু কমদোহুনবো মঙ মঙলকই, কমদোহুনবো থবকী বাখল-দগী মহা'ক্কী চনৈনরবা কল্পনা তাংথকনাইদনা চেস্থরি, করিগুম্বদা হৈম, করিগুম্বদনা নির্ম্মলগী মরমদা কমদোননো মতম অমদা পুক্লিং ফাজিব্বা 'পূম্বগী শম্বল নমথেক্কুনা থল্লকপদা থঙহৌদনা ঈকাইবনা শিগদোই, মহু মশানা থঞ্জবদা লাম্বা ফংদে। অহুম ওইনমক মপুক্লিংগী কল্লক-মীহৌবনা থল্লবা পল্লেপাফম নাইদবা

ঈচেল্কু মশানা থগুজৈ, কৌজৈ, ঈকাইজৈ, অমস্তুং শক্তি পুম্নমক শিঞ্জিন্নহনা মহুদগী মশাবু নাক্লোকপা পামজৈ। ককঙাওনবা ঈথক্লা লান্দারকপা অহুদগী মশাবু কঞ্জনবা চিঠি মচেং অহু বং বং শেগায়হনা লংথোকখ্রগা লেংদনা ফমহনা লৈ। মপুক্লিং চেংনা ছায়জৈ, করিগীদমক্তা হৈমখোয়গী মরমদা অস্তুক য়াম্না ঐনা থল্লুরিবনো? করম্না মতেং মখোয়গী মফমদগী ঐনা ভিক্ষা নিহনা লোগদোরিবনো? করিগীদমক লোগদোরিবনো? দেবীগী ভৈরবী ফমসিদা করি লৈবগে মহুদি, অস্তুম্না কোনশিন্দুনা থাংগদোরিবা? কনাগুম্নমা লোগে লোজখিসনু, ঐগী কবি মাংগদগে? মখোয় পুম্নমক জ্ঞান-চিন্থি ঙাক্লুনি। অহুক্কী মশক শক্তি লৈবা মহাক অহু অহুক্কী মতিক অচৌবা ঙাকুনি। খুদোং অমস্তুং পাঙ্গলগী মতুং ইন্না মীগী মখোবি মেংতুনা মুনবনা মখোয়গী থবক্লি। মসিনি সংসার, মসিনি সমাজ, মসিনি মীওইবগী কারবার! নৈহংপিববা অমস্তুং নৈহংলিবা মরক অহু কয়া য়াম্লা লাপ্নহনা অহিং-নুংথিল চুপ্পা অস্তুম্না কীথি-কীকম লৈরিবা! করিগীদমক ঐনা অস্তুক হাক্লা কোক শারিবা। করিগীদমক অহুক কন্না থিংনবা শিল্লুরিবা! ভৈরবীগী আসন অসি থাদোকপদা করিগীদমক অস্তুক লুরিবা! মিংকুপ অমদংদি থল্লকই, থবক অসি মঙোন্দা শুপলু লুনা থোক্লোই, হয়েং অযুকমক মহাক্লা এককড়ি অমস্তুং জনার্দ্দন রায়বু চিঠি ইহনা কৌরগা ভৈরবীগী দায়িত্ব পুম্নমক মশানা য়ানা পীথোকখিবা ঙমগনি, কদায়দম্ক করিগুম্বা লিচিং অমত্তা, করিগুম্বা নুংঙাইজবা অমত্তা মঙোন্দা পোক্লোই।

ষোড়শী হৌগৎতুনা লেপ্লে। মনাক্কী শাগাইদা মাগী মুকফু কলম অমস্তুং চে লৈ; লৌথরগা চিঠি অহু মতম অহুমক্তদা ইননবা হোৎনরক্কহ। হাযু হাযু পবে' থরা ইবগা খণ্ডহৌদনা মহাক ইবা চপ লেপখ্রে। হরিহর সর্দ্দার অমস্তুং সাগর নি শিংলক্রে - পৃথিবী 'পুম্নদা অঙম অঙম মুম্নবা হাৎন-শুনবা মকক্কা ডাকু অনি অসিনদি ভসি কাওবা মহাকপু থাদোক্কে। খণ্ডহৌদনা মশাগী ৱা নিংশিংনুবদা খল্লচই, অহুগী মতুংদদি ? কদাযদস্তু লেপকম লেতে— পুম্নমক থাদোক্লুবনি। ভরাং মা'বু কোইশিন্দুনা লৈবস্না মখোযশি হু ভসিদি শাসন কৌবদগী জমিদারগী শুমাংদা লেপ্লুনা মহাকমক্কী মায়োক্তা পঞ্চায়েত কম্মুরে। অহুম ওইনমক মহু মতম কুইশ্রবা ৱাকম নত্তে, মখোয় অসি-মকপু— অহুবু তোক্লসি ৱাকম অসি। থোইদোক্লা তোল্লবশিং অসিগী মথক্তা মহাক ৱা'বৌদে। একাকড়ি, জনার্দ্দন, শিরোমণি, মহাক্কী মপা তারাদাস, অহুগা জমিদর অসি— অবিবা অমদি অনৌবা ৱাকম কয়া— অহুবু মহুস্তু তোক্লসি; মসি খল্লরুবগীস্তু ভসি কান্নবা অমুক লৈত্রে। মহাক্কী ফকির সাহেবপু নি শিং-লকই। মহাক করি খন্দুননে। অহুম্না খণ্ডহৌদনা চৎখ্রিবা মহাক খণ্ডদে। কনাদস্তু মহাক্লা কবিগুম্না মরম, কনাগী মাইয়োক্তস্তু কবিগুম্না মুংভাইতবগী ইঙ্গিত অমত্তা উ'লমদে। মসিগী মমাংদস্তু মহাক ভুম্মিন্না হেক হেক চৎখি; নিংজবা, ভক্তি উৎতুনা, মুংভাইতনা বিদায় তৌননবগী করিগুম্বা খুদোং অমত্তা কনাদস্তু পীরমদে, মসিমক মহাক্কী চৎপগী নিয়ম ওইরম্বা য়াই। অহু

ওইরবস্থু কমদৌহুননো যোড়শীগী থম্মোয় নুংদা নুংঙাইজদবা অমা চেৎনা পুন্দুনা লৈগ্রে, মহাক্না চংখিবা অহু করিগুম্না মওংদস্থু মাগী হৈনবীনি থম্দোক্তুনা মশাবু থেমজিঙবা ঙম্লমদে। মহাক্না মরক মরক্তা মাগী রাগী পাউথুমদা হায়রিখি, "নুপীমচা, ঐহাক ইশাগা মরি থদৎনবা পাম্মী, মীগা নত্তে। অহুনা মীয়ামগী মায়া ককথৎপা ঙমদে—মীওইবগী মবক্তা লৈবা পামৈজ। নহাকস্থু নহাকী হকচাংহু ঈশ্বরদা কৎথোকগ্রবনিনা রাফম অহুমক থ্বাইদগী মাং-থানা থম্বা কাউরোইদবনি। করিগুম্না মওংদস্থু ঐগী হায়না লান্না লৌরোইদবনি। ঈশ্বরদা ইশাবু পুনশিন্দুনা অাত্মাবু লৌনম তৌগদবগী শরুক ঈশ্বরবু থাদোকপনস্থু ফৈ। ঙসি লৌনম অসিনা থানবা য়াদনা কিশিন্দুনা থম্লি। ঙসি করিগুম্না মহাক লৈরম্বা থোক্লবদি! অমুক্তং করিগুম্না মহাকী খুয়াখাদা চংজফম ফংলবদি!" মমাংদৈঙদা নোংমা মহাক্না হায়রিখি, "নুপীমচা, ঐহাকপু মহাক্না তঙাইফদনা দরকার ওইরক্লবা, পুক্লিং য়ুংনা কৌরক্লবা, অহু ওইরবদি মফম অমদবু লৈরবস্থু ঐ মতম অহুদা ননাক্তা লেপ্লগনি।" ঙসিদি মাবু দরকার ওই।

তাঙ্গা অসিমক্তদা মপান্দগী কৌরকই, "মনুংদা অমুক্তা চংলকপা য়াগদ্রা?"

যোড়শীনা লাংতক্লরবা ককঙাওনরবা থম্মোয় ঙাইহাক্তং হম্বরম্লগা থংনবা মিংকুপ্তা অমুক ওমচাক্লরক্লে। অম্মুক চাউবা ওইথোক্তবা অঙকপা খুদক্তা পাক হেক থাঙবা মহাক ঙমদ্রে।

"ঐ চংলকপা য়াগদ্রা?"

"লেংশিনবিরকউ।" হায়রুনা ষোড়শী হৌগংভুনা লেপখংঙ্গে, অদুগা মমিং উইশিন্দুনা পুক্লিং হকচাং য়াউনা চংলক্লিবা অদুগী মখোঙদা লৈমায় শোক্লা খুরুম্লগা মখোঙ নিক্লা হৌগংলকপদা থাউমৈগী মঙালদা উরে. ফকির সাহেব নত্তে, জমিদার জীবানন্দ চৌধুরীনি। মমিং অমুক কুপখিদ্রে—মিংপান ফাওবা নুং ওনগ্রমাল্লে। ইমু'গী মৈরি পিকথরক্লি, অদুবু মতৌ অসুম্না মিংকুপ্পা নুং ওইহল্লিবদুবু মীশক খঙননবা মঙাল ফাওবদি লৈ। মরম অসিনা অঙকপা অমসুং মরম চাদনা কা হেন্না উংপা ভক্তি অসিগী মওংসিনা তশেংনমক মহ'কপু নত্তে কনাগুম্বা অমা ওইরবোই নিংহুননি হায়না খল্লকপমা জীবানন্দগী অকীবা কোক্লক্লে। চীংলেম্না হায়রকই, "অসুম্না মপুরোইবদা ভক্তি লৈবসি কলিগী মতমদদি অতা'বনি। ঐগী খোঙ-খুং চায়বা ঈশিং, অসিন-চিংবদি কদায়?"

ষোড়শী চপ যুংনা লৈ। মহাক্কী মরাইবক থীরবা পুন্সি অসিদা মহাক্লা মীওই কয়া উবক্লে। মহাক্লা জনার্দ্দনবু উরে, এককড়ি নন্দিবু উরে, মহাক্লা মপাবু থোইদোক্লা নকশিনবা মওংদা উরে, অদুবু মীওইবনা অসি য়েৌনা তমথীবা ভস্মী হায়বসি খল্লুবদা মহাক্কী নুংঙাইজদবা হন্থহন্নবা হোংনবদা মতম চংহল্লি। জীবানন্দনা কোইয়েং কোইয়েং য়েংলগা ফিরুক্তগী কম্বল লৌরগা ফিদা মশানা থাজরগা হাংলিবা খোঙলোমদা য়েংখোকলুবদা হায়রকই, "পোরোন থাজিল্লগা ফমসিদনা? নহাক্কী সাগর হাযবা সনা-ইবুংঙোহুনা ঐবু অদুক নুংশিবিদে হায়না তাই,

অনকপদা কদায়দনো লৈরমগনি শোয়দনা,—চংলকপা থোক্লবদি করিনো খনখিগনি। অতোম্বা মীবুদি নত্তে।" হায়রগা মহাক নোকখেং তৌরকই।

ষোড়শী মশা নিক্লকই। মহাক্না শেংনা খঙলে, লুপা অসি মতোমদা লাকপা নত্তে, মহাক্কী মী অনকপদা লোংতুনা লৈবমগনি অমস্তুং খুদোং অসিমক মহাক্না লুংতিগী ঙাইরম্বা য়াই। ঙসি তমগীবা করিগুম্বা অমা থোরবা য়াই— হাংপস্তু ওইথোক্কবা নত্তে। অদুগা ঈথক অসি মশাগী খোঞ্জেলদা মহাক্না মপুংফানা লোৎপা ঙমদ্রহুনা হায়রকই, "মফম অসিদা লাক-পিরিবা করিগীনো?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "নহাকপু য়েংবনি। খবা নীরমাল্লে খল্লি—কীফমবুনি থোকই। অদু মহুনি হায়হনস্তু লাউগনু। পিস্তল য়াউবি, নহাক্কী ডাকু কাংবু অদুমক অরেম্বদা শিন্দুনা তোকচনি, অদুগা করিস্তু তৌজবা ঙম্রোই" হায়বগা মহাক্না পকেটতগী রিভলভর লৌথোররক্লগা অমুক পকেটত হাপচিল্লগা হায়বকই, "অদুবু থোঙ লোনশিন্দুনা চিংনবা খরমখৈ কোকহনবা ফৈদনা।" অসি হায়রগা মহাক ষোড়শীগী মাইথোংদা য়েংদুনা নোকখেং তৌরকই অমস্তুং চংশিল্লগা থোঙ পোরোন থাজিল্লে। মুস্তুগী রা ঙাইরুবা লৈতে।

ষোডশীগী মাইথোং মকশিনখ্রে। অমুক্কুং রা ঙাংগদবগী তৌরকপদা মখনাওদা পনখ্রে, অদুগী মতুংদা খোঞ্জেল থোরকই, মতম অদুদা খোঞ্জেলহ কীবনা নিক্লকই, হায়রকই, "সাগর লৈতে।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "কৈলতে ? সনা-ইবুংঙোহ্নবু কদায়দা চৎখিবগে ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "ময়াম্না লৈতে খঙবিহ্নমক—"

জীবানন্দনা হায়রকই, "খঙই হায়বা ? অদুবু ময়াম হায়বদি কনা কনানো ? ঐদি মরিক অমা ফাওবা খঙদে ।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "কনা লৈজদবীনি হায়হ্নবনি মী পুহ্নবা ঐবু হাংপা লাকপিরিবা । অদুবু অদোমগী মফমদা করি কায়প্রবগে ঙনা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "মী পুহ্নবা হাংপা লাক্লিবা ! নহাকপু ? ঈশ্বর সাক্ষী, মহু মত্তে । থোইদোক্লহ্নম পুক্লিং কৈনোমা ভোরকই হায়হ্নবা য়েংবা লাকপনি ।"

ষোড়শী অমুক রা ঙাংদ্রে । মহাক্কী মমিংতা ঈরা চেল্লক্ষ্মী, অদুবু মওং চাদনা করেম্লবা অসিনা মহু পূমকং কংদ্রে । অদুগা কংলবা মিৎ অদুগী মিংয়েং লৈমায়দা থম্লহ্নবা মহাক তুম্মিন ফমহ্নবা লৈ ; অদুগা থোইনা লাপ্তুনা ফম্লিবা মী অমসু মহাক্কী লুকচাম্নরিবা মাইথোংদা অপাম্বনা খোরাংলবা মিংয়েং লেংদনা থম্লহ্নবা মহাক্কী মতোঙ্গুম তুম্মিন্না লৈ ।

# তরানিপাল

"অলকা ?"

"তাকপিয়ু।"

"নহাক্কী 'সিদা হিদাক-মুংদাক্তি লৈ-লাক্লিরোইনে ?"

ষোড়শী অমুক্তং মমাই নোনখৎলম্লগা অমুক লুকচান্নবা চপ য়ুংম্বা লৈগ্রে।

পাউখুম ফংত্রবদা জীবানন্দনা মুংশা মপী অমা কম্না হোন্দোক্লগা হায়রকই, "ব্রজেশ্বরগী মরাইবক ফখি। দেবীরাণীনা মাবু ফাহুনা পুরকখিবা অচুম্বনি, অদুবু অহাওবা মমিং চৎপা হিদাক পীথকখি, অদুগা চাক চাবা তোকপদা দক্ষিণা তৌবিখি। বিদায়গী মতাংদু অমুক থাংজিল্লরোই, হংনিংই, বঙ্কিমবাবুগী লাইরিক অদু পারেদনা ?"

ষোড়শীনা লেপ্লম্মী, লমচৎ নাইদবা অসিনা ঙসি মহাকপু ফনা ঈকাইবা পীরবম্ভ মহাক রা ঙাংদনা খাংগনি, অদুবু জীবানন্দগী খোজেলগী মমৈথংবা শরুক্লা খঙহোদনা কমদোহুননো মহাক্কী রাশক কায়হনগ্রে ; থোক হায়দোকগ্রে, "অদোম্বু ফাহুনা পুরকপা ওইরম্লবদি মহুম্না তৌরমগদবনি— রাকৎনরম্লোইদবনি।"

জীবানন্দ নোক্লকই, হায়রকই, "মদু ওইবা রাই! চিং-খোংতুনা থৌরি-থৌরাংনা কাব-পুনবদি মীওইবনা উনৈ। ভোজপুরী পিয়ন থারগা ফাহুনা পুরকপদি খুঙ্গং 'পুম্বনা উনৈ; অদুবু মিৎনা উবা ফংদবা দুত অদু— য়েংঙোই অলকা, নখোয়গী

শাস্ত্রগী লাইরিক্তা মাবু করি কৌই? অতনু (কামদেব) নত্রা? নিংথিজৈ মহাক।"

মমাই ওা'না লুকচান্নবা ভৈরবী ষোড়শী চণ্ডক্লগ্রে।

জীবানন্দনা হা'য়বকই, "হায়গদবা খজিক্কুং লৈ, অদুবু ওসিদি হৌগংলগে। নহাক্কী নচা-ননাইশিং'না খঙখিবা থোক্লবদি নিংঙোল মরা'নি হায়দুনা তরাম তরাম খক তৌরোই, মুপী মপামদা লাকপনি হা'য়বা অসি ফাওবা থাজবা ওয়দবা য়াই— মথরায় শিনিং'দনা মীনম্বা ভাংলিমাল্লে খনগনি।"

ষোড়শী য়া মচেং অমওা ওা'ংদে, মওং চাদনা ব্যেম্নবা অসিনা থম্মোয়দা বরম্বা মওংগী ঈকাইবা ফাওবগে হায়বা মহাক্তা মমাই নোনখংতুনা মদু খঙহনবস্সু তৌদে।

পাডখুম ফংদ্রবদা জীবানন্দনা মিংকুপ খরা মঙোন্দা য়েংতুনা লেক্লরগা তশেংনমক হৌগংলক্লে, হায়রকই, "হাও-খুমবা হিদাক্কী মেখু থোইদোক্তা পুক্তা চংহন্দ্রবস্সু য়াবনি; অদুবু মৈখু নওবা করিনো অমা হৌজিক পুক্তা তাহন্দ্রবদি অমুক লেপ্পা ওয়ক্লে। থাঙ্গৈমক শেংনা করিস্সু লৈত্রবা অলকা?"

ষোড়শী তুম্মিন্না লৈরমগদবনি, অদুবু মহাক্কী মমিং পন্দুনা কৌদুনা হংলকপা অকোনবগী য়াহং অসিনা মহাকপু তুম্মিন্না লৈহন্দ্রে, মমাই নোনখংতুনা হায়রকই, "করিস্সু হায়বদি করিনো? য়ুরা?"

জীবানন্দনা নোক্লুনা মওক হাইরকই। হায়রকই, "হন্দক্তি লাল্লে, মদুগীদি অতোপ্পা মী লৈ, মীশক অদু নহাক নত্রে।

নহাকপু খঙবা ঙম্মনবগী মতিক চাবা খুদোং, পীখ্রে— অহৌগা বদনাম ফনা পীগ্রবস্থু হায়জিনগী বদনাম পীবদি ঐ ঙম্লোই। মতৌ অস্তুম্না নহাক্কী মফমদগী করিগুম্না নিবা তারবদি অসিগুম্বা খরা পাম্মী, মীওইববু হিংহন্দুনা থম্মনবা, অশিবগী মাইকৈদা ইনশিল্লোইদবা। চাক-ইঙ্খাং, মিগাই-নুংঙাই, কবোক-হৈবোক অহৌরবহৌ পীয়ু, মহৌ চাহুনা ঐ হিংগে। নৈত্রব্রা?"

যোড়শী চপ য়ুংনা য়েংহৌনা লৈ; জীবানন্দনা মখা তাথবকই, "ঙসি অয়ুক পুক্লিং নুংঙাইরমদে। হকচাংগী রা হৌদোকউবগী কান্নদে, মরমদি হকচাং নুংঙাইবা হায়বহৌ করিনা ঐ খঙদে। অয়ুক্তা খঙহৌদনা তুরেল তোর্ববান্দা কোইগোবকই— তোর্ববান্দা কয়া লাপ্পা খোঙনা চংপগে হায়বা ঙমদে— হনবগী অপম্বস্থু লৈরমদে— অমিং তাখ্রে. ইতোমদা লৈবুক ময়াইদা লেপতুনা করি পামখিবগে হায়বা ঙমদে। শুপ্নগী নহাক্তবু নিংশিংলকই।

হল্লকপা লম্বীদা অহৌনা ওইরম্বা য়াউ অমুক য়ুমলেংমদা চংতবা, লায়া খৌরাংনা লাক্কুনা আদগী তে নৌ পাম্বী অসিগী মখোঙদা লেপ্লম্মী। খোঙ হাংবা, মৈ থানবা উরকই। পিস্তল য়াউদনা ঐ খোঙফম অমত্তা থাংদোক্লে- মহৌ পাংউত্তা য়াউই, অহৌ ওইরবস্থু হকচাংদা ত চু লকই। বাবাজীশিংহৌ লোন্না থুপ্না কদায়দনো শোয়দনা লেরমগনি খঙই। খঙহৌদনা উনা হাইদোক্কুনা মুনা য়েংলুই, লৈমায়দা নহাক তুম্মিন্না ফমহৌনা লৈ। ইশাবু অমুক ফাখজবা ঙম্রমদে। থাজৈমক শেংনা লৈত্রব্রা করিমত্তা?"

ষোড়শীনা মিংকুপ অমত্তং লকক তৌবগা হায়রকই, "অদুবু য়ুমদা হল্লগদি লায়না চাবা ফংবিগনি।"

জীবানন্দনা হায়বকই, "হায়বদি ঐগী য়ুমগী মবমদা ঐঙোন্দগী নহাক্লা হেনা খঙই!" অসি হায়রগা মহাক নোকমি নোকনি তৌবকই। অদুগী নোকপা অদু লেপক্লিরিঙৈদা ষোড়শীনা খঙহৌদনা হায়বকই, "নুমিৎ চুপ্পা চাবিদ্রি, অদুগ য়ুমদা অদোমগী লোননবা থৌনাং তৌবগ্নোই, মসিবু করিগুম্বদা ওইথোকপা যাব্রনে?"

মী অমগী খোজেলদা যিঙ্গৎলকপগী ইঙ্গিত লোৎপা লাতে. অদুগা অতোপ্পা মী অমদি থোইদোক্লা যবা মীগী মতৌগুম ইত্তপ-তপথবা মখংদা হায়রকই, "ববিগী য়াদনি। ঐ চাদি হায়দুনা কনাগুম্বী অমনা পুখমদা থেনগৎলুং। লাক্কদবা মাইকৈদা সেংদুনা ঙাইরমগদবা যিভম অসিদি ঐন শিন্দুনা থমদে ঙসি অরেম্বদা শাডবগা যাগদ্রনে খলকা।" হায়বগা মহাক্লা হান্নগুম অমুক্তং নোকফেং তৌবগা খাংবা ঙম্ঙতুনা করিগুম্বা নাংমা অমুক লাক্লবদি শাডবা ঙম্লাই হায়হৌবিবসিনি।"

নুপা অসিগী থেইদোক্লা নিযম যাউদবা পুন্সি-খোঙচংকী নোংমা ষোড়শী মশামক্লা উরকখিবা শক্তম অদু নিংশিংলকই। খল্লকই, লমচং নাইদবা, য়ু-ঙাওবা, নুংশিকৈতবা মীশক অদু মহাক অসি নত্তে; লৌনম তৌদুনা মহাকপু নোংমা মাংহন্নবা থৌরাংখিব। জমিদার অদু অতোপ্পা মীশক অমনি। নুমিৎ অদুদা মন্দিরদগী বিদায় তৌনবা মঙোন্দা চিংনবা লৈতনা হুকুম

পীখিবা মহাক অহ্ অতোপ্পা মীশক্নি। অহুম ওইনমক অমুক্তং নিংহন্নরকই, অহুবু থ'নবা মিংকুপ্পা শেংফাওবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "দেবীগী প্রসাদ খজিক্তং লৈ, অহুবু মহ চাবা যাত্রা য়েংবিগেরা ?"

"যাবোক্তদবা ? মহু হায়যু।" অসি হায়রগা মহাক্না হুক্তিন্দুনা যিদাদা ঙেক যমথবগা হায়রকই. "প্রসাদ চাবা য়ারোই-দবা ? থুনা পুথো'বকউ. ঈশ্বরদা লৈবিবা ঐগী অচেৎপা ভক্তিগী মশক অহ্ অমুক্তা যেংহনগে।"

মহাক্কী মাংগী লৈমায মচেৎ খরহ্ যোড়শীনা ঈশিংনা তৈথোক্লে, অহুগা চাবশঙদগী চৌঙত্ত মংাদা ঈশ্বরগী প্রসাদ অরৈবম্খ অহ্ হাপতুনা লৌকবগা জীবানন্দগী মংদা থম্লরে, হায়রকই, "য়েংবিযু বরিগুম্না চাবা য়াত্রা ?"

জীবানন্দনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "মহ যে'দ্রবস্থু যাবে, অহুবু মসিদি নহাক্কীদমক্তা থম্বা নত্রা ?"

যোড়শীনা হায়রকই, "ভায়বদি অদোমগীদমক্তা তে'ঙাম্না পুবরুগা থম্বরা থমদত্রা মহু হ'বিবিত্রা ?"

জীবানন্দনা নোকথোক্লগা হায়রকই, "নত্তেনে, মহু হংবা নত্তে, ঐনা হংলিবদি অতৈ লৈত্রব্রা ?"

যোড়শীনা হায়নকই, "লৈত্রে।"

"অহ্ ওইরবদি মসি মীগী মথয়াংতগী মওং অমদা শংতুনা চাবা ওইরোইদ্রা অলকা ?"

যোড়শীনা হায়রকই,"মীগী খয়াত্তগী শংতুনা চারবদি তুম্বিদত্রা ?"

বা অসিগী পাণ্ডিত্যুম জীবানন্দনা অমুক মাইথোং মকা লাম্না পীবা ঙমদ্রে। হায়রকই, "কনাগী খঙগনি, তশেংনা থমা হেক্তা হায়বা ঙমদে অদকা। অহুবু মহু জোরসি, নহাক করি চাগদপে ? অদুদি তংখায় অমা থমজিল্লো।"

যোড়শীনা হায়রকই, "মহুদি ঐঙোন্দসু থল্লরোই, অদোমসু পুক থনবিররোই।"

জীবানন্দনা অনম-কনবগুম হায়রকই, "খন্দসনু, অহুবু নহাক্কি অহিং চুপ্পা চঙ্গা হেন্দুনা লৈগদৌরিবনি।"

ঙসি চাবগী বা যোড়শীনা মপুক্কিংদসু থল্লমদে—জিবানন্দ লাক্লমদ্রবদি মহু তাহুনা লৈরগদবনি, মহাক্কা শোকপা ফাওবা শোক্লমদবা যাই। অহুবু বা অহু হায়দনা হায়রকই, "ভৈরবীশীংদি চয়া হেনবা হৈ। অহুদা নত্তনা অহিং অমা ঐ য়াগনি হায়না খন্দুনা য়াবিরুসু। থোইদোক্লহুম অরেম্বদা কমহুনা লৈথোকপিয়সু, ঈশ্বরদা অশেংবা ভক্তি লৈ হায়বগী প্রমাণ পীবিরো।"

"মহু পীরনি, অহুবু নহাক চয়া হেল্লগনি খল্লুবদা মহুগী হৈনিংবা অমুক্ক লৈত্রে—"

"মবে, হৈনিংবা লৈতনা হৌবিয়ো।" হায়রগা যোড়শীনা নোকখেং তৌদুনা হায়রকই, "ঐবু চয়া হেলহনবগী মরাল অনৌবা অমমুক পীশনরোই। অহুবু য়েংথরিবা রাকম অসিনা ঐবু ঈকাইহল্লে। হৌজিক তোকপিরো।"

জীবানন্দ বা অমুক ঙাংদনা চাবা হৌরকই। মিনিট অনিগী মতুংদা থঙহৌদনা মমাই নোনথংডুদা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলহুনা

হায়রকই, "চাউরাক্লা চহি তরামঙারোম ওইরবা নত্রা? . ঙসি অচৌবা মী অমা ওইবা ঙম্নমগদবনি।"

ষোড়শীনা রা ঙাংহুনা য়েংহুনা লৈ। চাউরাক্লা চহি তরামঙাগী মমাংগী পল্লক্লিবা ইঙ্গিত অহু মহাক খঙলে, অহুবু অকোনবগী রা অহুদি খঙবা ঙমদ্রে।

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহুগা পুম্নমক থাদোক্লগা য়ুগী রাক্ষমহুমক লৌখংসি। অশিবদা খোঙ থাংজিল্লবনি—মহুদি নমিংমক্লা উগ্রবহুনি, অহুবু কনবিবা ঙমগদৌবা মথৌনা লৈবা কনাস্থু লৈতে। মতম লৈখিবা য়াই, হৌজিকস্থু হিংখিবা য়াই— লৌগেরা ঐগী ভার অলকা?"

ষোড়শী মুংদা নিক্লকুনা মমিং উইশিনখ্রে। মফম অহুদা লৈম, মহাক্কী মপুরোইবা মহাক্কী মচানুপা, মহাক্কী মীনাই-মীশল, মহাক্কী য়ুম্বানবগী মশীং থিঙমদ্রবা মখল মখলগী শক্লোন সিনেমাগী মতৌগুম উরক্লে।

জীবানন্দনা হায়রকই, "ঐগী ভার পুম্নমক নহাক লৌবো অলকা।"

মশা কখোকপগী অঙকপা খোজেল অসিনা ষোড়শীবু ঙকচাম্নহল্লে। পুন্সি অসিদা অস্থুম্না কনানস্থু মহাকপু কৌরকখিদে, মসি পুম্নো নৌবনি; অহুবু ভৈরবী পুন্সিগী মপুক্লিং ফাথবগী অকনবা পাঙ্গলনা মহাকপু শুমহংপা ঙমহন্দ্রে। মহাক্লা মিংকুপমুক লৈরগা হায়রকই, "হায়বদি ঐগী কলঙ্কগী বিচার তৌবিখিবা মহুমক ঐঙোন্দগী অচুম্বা ওইহনবা পাম্বিরি। ঐগী ইমাদা ঠোক তৌবা ঙম্বিখি, অহুবু ঐঙোন্দদি ঙম্বিরোই।"

"অহুবু মহুদি ঐ হোংনদে। খণ্ডদবদগী ঐনা নঙগী নকমদা ফত্তবা শাজং উংখি, মহু অচুম্বনি। নহাক্কী বিচার তৌখি, অহুবু খাজদবদি নত্তে। খম্মোয়দা অস্নুমদি খল্লি, অস্নুক মনুং কল্লবী নুপী অসিবু শুমহৎলিবা মীশক অহু কনানো ?"

ষোড়শীনা কক্কুনা হায়রকই,"মখোয়না মাগী মমিং তাক্কত্রা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "তাক্কে। ঐনা হন্না হন্না হংই, মখোয়না হন্না হন্না ছুম্মিন্না লৈখি।"

"চাবিরো।" হায়রগা ষোড়শী চপ য়ুংনা কমহুনা লৈ।

চখোম অহুম-মরি চারগা জীবানন্দনা মমাই নোনখৎতুনা হায়রকই, "হেন্না চাশিনবা ওমদে।"

"হেন্না চাবিয়ু হায়জদে। ময়ামনা চানবা অহুম্না চাবিয়ু।"

"ঐ মহুস্নু ওমদে। ঐগী অঙম্বা চাবা লোইরে।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "নত্তে, লোইদ্রি। প্রসাদতা ভক্তি লৈতবা উংলবনি বাবাজীশিংহু কৌগনি।"

জীবানন্দনা নোক্কুনা হায়রকই, "মহু নহাক্না ওম্নোই। নহাক্কী শাক্সল খণ্ডই। পুলিশকী কাংবুদগীনা ম্যাজিস্ট্রেট সাহেব ফাওবনা নোংমা মহুগী নমুবা খণ্ডগ্রবনি। নহাক্কী নমানা নোংমা ঐহাক্কী খুৎতা নঙবু শিন্নখি, মসি য়ারোইদবগী শক্তি নঙগী লৈতে।"

ষোড়শী ছুম্মিন লৈ। জীবানন্দ মচিন তেংলুরগা হল্লক্কুনা ফম্নরে, হায়রকই, "ঐ ইথন্দা লৈখা মতমদা অহিং অহুগী রা পুক্কিংদা খল্লুবদা কমদোনা মতম হৌখিবগে হায়বা ওমদে; খোইদোক হেন্দোক্না মীনাইশিংগী ফাদা খাপত্রা কীবনা নহাক্না নপুং লোম্নহুনা কপখিবহু— কাউরিরোগনে ?"

যোড়শীনা হায়রকই, "কাউত্রি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহুগী ভুংদা থাংতমদবা অনা-নৈচাক অহু—কা অমদা নঙগা ঐগদা মখেথংদা নহাকী ভম্পাক্তা মোন থাংহনা ঐ অহিং লেনখি। অহুগী মভুংগী থৌদোকশিংহু অমুক থল্লুবা পামদে। নঙোন্দা শৈঙ্গা-থুমঙ্গা পাংগে তৌখিবগী রা খিংশিংলক্লবদি ঐ কাঁওবা ঈকাইবনা ভুঁ-চুংই। নোংমা পুরীদা ঐ শিগদৌরম্মী, মতম অহুদা প্রফুল্লনা হায়, 'দাদা, অদকীবু অমুক্তা কৌহনবিরু।' ঐনা হায়রম্মী, 'মহাক কৈদোনা লাকদগে?' প্রফুল্লনা হায়, 'নমহুনা পুহল্লকদবনি।' ঐনা হায়রম্মী, 'নমহুনা পুহল্লকপা কারগত্রনে?' মহাক্না খুল্লকই, 'চৌরাণী অহুদা অমুক্তা লাক্তা লাকসন্নু, মহুগী ভুংদা মসিগী অমাং-অতোং হিসাব য়েংবা হায়বহুনি।' মাবু নঙবা থঙদে, অহুবু মহাকী অহুক কবা ভক্ত অমমুক লৈব্রবনি।"

ভক্ত অহুগী পরিচয় থঙনিংলকই, অহুবু মহাক্না অপাম্বা অহু কাজিন্নুনা থমগ্রে।

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহিং রায়া থেংগ্রে, নহাকপু অমুক কমহন্দুনা থম্লিংগ্রে। হৌজিক্তি ঐ চংপ্রগে কন্নি হায়বগে?"

যোড়শীনা হায়রকই, "কন্নিনো থবকী রা অমা লৈ হায়বিখি।"

"থবকী রা? থোইদোকপা কন্নি রা থল্লবগে ঐ অমুক নিংশিংবা থোক্লে। হৌজিক রুপ্রগী রা অমথক্তি নিংশিংলি, নহাকা রারী শাবনা ঐগী থবক্নি। রায়া হন্নাগুনবা খাগংপা ওইনা তাই, নত্রা? অহুবু অম্নুনা খাগংপা ত্তগনি হায়বা মসিগী

মমাংদা মহুস্থ খঙলমদে। হা অলকা, নহাক তশেংমন্নক অমুক লুহোংখিত্রা ?"

যোডশীনা মমাই নোনখংলগা হায়রকই "অমুক করম্বা মওংদা ? অচুম্বা লুহোংবদি ঐ অমুকখক্রনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহুগা নঙগী নমানা নঙগা ঐগা লুহোংবিখিবা অহুদি অচুম্বা নত্তব্রা ?"

যোডশীনা খুদক্তা চিংনবা নৈতনা হায়রকই, "নত্তে অচুম্বা নত্তে। ইমানা ঐগা লোয়ননা পীবিখিবা শেল অহুতনি অদোয়া লৌবিখিবা, ঐবুদি লৌশিনবিখিদে। ঠৌক নত্তনা মহুদা অচুম্বা শম্না অমা ফাওবা য়াউখিদে।"

জীবানন্দ চপ যুংনা ফমহুনা নৈ, করিগুম্বা মওংদা পাউথুম পীননবা হোংনবা ফাওবা তৌদে। মিনিট মঙা মতৌ অস্মুম্না লেন্লে। মতম অহুদা যোডশী মপুক্লিং লাংলক্লই অমস্তং মুখরক্লবা থাউমৈ ঙালহনবা হোংনবগী তাঙ্গাদা নৈলহুনা য়েংলকই, মহাক খঙহৌদনা ধ্যান তৌহুনা ফম্বগুম্লি। ধ্যান অসি কায়হনগদবা হঙ্গানরকই, অহুবু ঙাইলাক নৈরগা মহাক মশামক্তা রা ঙাংলকই, মতম অহুদা খল্লকই, কনানো অমনা অরাপ্পদগী রা ঙাংলক্লিমাল্লে।

"অলকা, নহাকী রা অসি অচুম্বা নওে।'

"করম্বা রা ?"

জীবানন্দনা হায়ংকই, "নহাক্তা খঙলিবা অহু ! রারী অহু করিগুম্বদস্থ কনাদস্থ হায়দোক্লোই খল্লম্মী, অহুবু নহাকপু ঠৌক

তৌনমবা খুদোং ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা পীখিদে। ঐনা হায়জবা অমত্তং য়াগদ্রা।"

"হায়রিয়ু।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "ঐহাক অচুম্বা ঙাংবা মী নত্তে, অদুবু ঙসিগী ঐগী থবা নহাক থ'জো। নহাক্কী নমাবু থঙই, মাগী মচান্নুপীবু যুমগী মো ওইনা লৌশিনবগী ৱাখল ঐগী লৈরমদে— ঐনা উখিবদি মহাক্কী শেল অতুদনি, অদুবু অহিং অদুদা খুংকা খুংকা শিন্নহুনা নঙবু ফংথিবা মতম অদুদা ঙম্মাই হায়দুনা হুন্দোক্লি'বগী অপাম্বম্সু লৈরমদে।"

"অদু ওইরবদি কবি পাম্থিখিবগে ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "তোক্লসি, মহু নঙাক অমুক তানিংলুবনু। লোইবা ফাওবা তারবদি, মশানা খঙজরকনি, মহু খঙবদা ঐগী মা'জবা নওনা তোংগদবা লৈতে, অদুবু মখোয়না নঙোন্দা খঙহল্লিবা অদু মহু নত্তে, ঐ নঙবু হুন্দোক্লনা চেন্দে।"

ষোড়শী ইঙ্গিত অসি খঙই, অমম্বং তুকচ্চবনা খাংঙমদনুনা হায়রকই, "চেন্দবগী ইতিহাস হোজিক শে'দোকপিযু।"

মহাক্কী অযাকপা খোঞ্জেল তাবদা জীবানন্দ খঙহৌদনা নোকফেং তৌরকই। হায়রকই, "অলকা, ন অপঙবা নত্তে। তম্বা তারবদি মহুগী অফ-ফত্তা খঙমা তমগনি। নহাক্কী নমাগী অদুক ঙকপা ৱাফম অদু ফাওবা করিগী য়াখ্রিবনো খঙব্রা ? হুপী অমগী লিক অমা ঐনা হুরাল্লুই ; শেল পীদুনা মাবু থেমজিনগে থল্লম্মী। মহাক্তি যাবিরে, অদুবু পুলিশকী ৱারেন্টপুদি থিংবা

ঙম্নমদে। থা তরুক জেলদা চংই—নোংঙাল্লমদায়দা থোবকখিবা অহুদগী হল্লক্লবগী মতম অমুক ফংখিদে।"

ষোড়শীনা মুংশা শোয় খিংলগা হায়রকই, "অহুগী মতুংদদি ?"

জীবানন্দনা মোকফেং শৌনা হায়রকই, "মহুগী মতুংদস্থু ফত্তবা নত্তে। জীবানন্দবাবুগী মিদা রায়েষ্ট অমগস্থু লৈরম্মী। থা খরগী মমাংদা রেল গাডীদা চংমিশবিবা মকপ অমগী বাগ পুহুনা মহক লোংখি। মহুগী যলনা অমুকস্থু চহি অমগা মথায শাংথখি। পূম্না চহ অনি জেলদা লেরুববা তুংদা বীজর্গাগী ওইরগদবা জমিদারবাবু অমুক হন্না স্টেজদা খোঙদারকখি, মতম অহুদ অলকানা কদাযদা অহুগা কদায়দা, মাগী মমানা।"

জীবানন্দগী মশাগী বারী তাংকক অমা লোইরে। অহুগী তুংদা মখোয় অনিমক তুখিন্না লেংদনা যনহুনা লৈ।

"অহিং কয়া থায়। থেংস্রবগে ?"

"নোঙানগদবা থেংইনা অমুক রাংলমগনি নিদে।"

"অহ ওইরবদি যুমদা অমুক হনবিরুবগী কান্নবা লৈত্রে।"

"কায়বা লৈত্রবা ? অহুগী অর্থাদ ?"

ষোড়শীনা হায়বকই, "কম্বলস্থু থাক্তগে, পোখাবিযু।"

জীবানন্দনা মমিং লাওথোক্লহনা হায়বকই, "পোখাগদবা ? মকম অসিদা ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "কবি কায়বগে ?"

"অহবু অচৌ-অশাং জমিদারদি মফম অসিদা হৈনরোইনে অলকা ?"

যোড়শীনা হায়রকই, "অদু ওইরবস্তু লৈখিরগদবনি। লাইরবগী অরাবদু ঙসি খরমথৈদি খঙবিখো।"

জীবানন্দ ভুম্মিন্না লৈ। মহাক্কী মিৎলুদা পী ঈন্না চেল্লকই, হায়নিংলকই, ঐ পুম্নমক খঙই, অদুবু খঙবিগদবা মীশক অদুদি অশিবগুমথ্রে। অদুবু ন্না অসি হায়দনা অস্মুম্না হান্নরকই, "করিগুম্বা ভুমখগ্রবদি অলকা ?"

অলকানা ইতপ তপ্না পাউখুম পীরকই, "চিংনবা অদুদি লৈবা তাররনি।"

## তরামাপল

জীবানন্দগী লুখাক-লা অমস্থুং চগুম্নচিংবা লংথোকলুনবা অদুগা চাকশঙগী খবক খজিক খরাক লোইশিল্লম্নগা থোঙ খিংজিল্লম্নবগী যোড়শী মপান্দা থোকখ্রে, মহাক্কী চিঠি অদুগী মচেৎ অদু জীবানন্দগী মিৎয়েংদা তারুরে। খুনগংলগা মুক্তা পরেংগুম শেমজিল্লগা ময়েকশিং অদুদা অঙকপা মিৎয়েং থম্লদুনা থাউমৈগী মঙালদা পুশিল্লগা ইরিবশিংদু ঙম্না অমুক্কদা পাথোক্লে। অয়াম্বা শরুক য়াউদ্রে, অদুবু খজিক্কুং অসিদগী খঙলে, অইখোয়গী খুদোংথীবগী ওমখৈ লৈদ্রে, অদুগা মতেং নঙসনু, চানবিনবা খন্দুনা চিঠি অসি থাগ্রিবা মহাক অদু মশামক নুপীনি, অদুবু অদুম ওইনমক ময়েক্কী মরুমদা লেপতুনা নুপা অমা মশেল-মরাং ওইনা উরিবা মহাকপু করিগুম্বা মওংদস্মু নুপীনি হায়না

লাক্লা লৌনিংঙাই ওইদে। চিঠি অসিনা মহাক্তবু মশক খঙব-ঙস্লে। অমুক অনিস্নক পাবগা অমুকন্থ পাবা হৌগংলকপা মতম অহুনা যোড়শীগী খোঙথাং মখোল তাহুনা মমাই লোমখংলগা হায়রকই, "খপুম ওইনা লৈরমহুনা পাররদি নুংঙাইরমগদবনি। ময়েকুম লোলস্থ মরিক চুপ্পী— পাবা তোক্লিংদে।"

যোড়শীনা মহাক্তী খোঙেল ওনবা লায়না খঙহনস্থ হায়রকই, "অমুক্তা হৌগংশিখো, কম্বলদু থাজিজগে।"

জীবানন্দনা মনাদা হাপ্রে, হায়রকই, "স্রী-হিচাবদু কনানো হায়বা অচম' বুদ্ধিনা খঙবা ঙম্মী, অদুবু মাবু মরাবা নংহন্নবা আবাহন তৌহনা কৌরিবা লাইরেম্বা অদু কনার্নো? মাগী মথিং খঙবা য়ারোইদ্রা?"

হন্দকস্থ যোড়শীনা মশাবু ফিঙ্গংচহন্দে। নিংথম থাদা খঙলৌদনা থাগী নুংশিং শিংলকপ গুম মহাক্তী থংম্মোয় নুংদা চসিন্থ মশক খঙদবা খোঙথাং মখোলগী মাশাদা মনা থাজং-খ্রবা মকম অদুদা জীবানন্দগী করেম্নবহুনা খোইনা মমেক শেংনা রৌখিস্রে। মহাক্লা থুদক্তা ইচম-চম্না হায়রকই, "য়াগনি। হৌজিক অমুক্তা হৌগংশিখোসে, ঐ মসি থাজিজখিগে।"

জীবানন্দ অমুক বা ঙাংদে, মচি অমদা থৈদোক্তুনা লেপ্লগা মহাক্লা তৌরিবদু ভুশিস্না য়েংলকই। যোড়শীনা কুপজিংনা ইমুং থুংনা শিংচিল্লে, অদুগী তুংদা কম্বল অদু অনি খোক্লা পেচিন্দুনা থাজিল্লগা অতোপ্পা কি লৈতবনা মহাক্তী অতবা কি অমা য়ায়া মতন তোনা কুপশিল্লগা হায়রকই, "কদিরো। মদুবু ঐগীদি খোপ্পাক লৈজদে।"

"দয়কারবু ওইরবদি কংগনিয়ে— অরাংপা কৈ… অসি হায়রগা মহাক্না চংশিন্নগা লুকথহনবা কি অহু লৌখৈ… মকম চানা থমখিবদা যোড়শীনা মপুক্কিংদা য়াম্না ঊকাইজরহনা মমাই ভাংনা হায়রকই, "অহুবু মহু লৌথোকপিরিবা কল্লিনো, কম্বলতনদি য়ারোইত্রনে ?"

জীবানন্দনা কমথরগা হায়রকই, "মহু থগুই, অহুবু হেন-মমবনা হেন্না যুগনি। যতন তৌবা হায়বসি য়াম্না ক্ষত্রগী মশক্তি অচুম্বনি, অহুবু মহু তৌশিন্নবদি য়স চেন্দ্র, মহাও য়াউদে। মহুদি থোইদোক্লহুম অতোপ্পা কনাগুম্বদা পীয়ু।"

য়া তাবদা যোড়শী চুকপনা থম থেংত্র। মহাক্কী মাইথোংদা মিংকুপ অমগী মনুংদা কনাননো হামুক তৌশিনগ্রে।

জীবানন্দনা হায়রকই, "মহাক্কী মমিংদি ?"

যোড়শী মিংকুপ থরা পাক হেক য়া ভাংথোকপা ঙমত্রে, মহুগী মতুংদা হায়রকই, "কনাগী মমিংনো ?"

জীবানন্দনা মথুংতা পায়রিবা চিঠি মচেং অহুদা থাবা য়েংলহনা হায়রকই, "হিংচাবা হাংনববগীদমক থুনা খোঙ্গদাবরক-দৌরিবা মহাক অহু ? দ্রৌপদীগী সখা, অহুগা— অমুক হায়খোম্না ?"

কয়েম-কাথাইমবা অসিগী পাউথুম মহাক্না পীদে,' অহুবু মহাক্কী মমিংতা ঙমহংপগী ক্ষমতা য়ুথল অহুদি মচেং মচেং শেগাম্নত্রে। ধর্ম্ম য়াউদবা দোষ খিবিক্লা তৌরকা নমচৎ লাইদবা অসিগী অঙকপা অভিনয়দা ঙমহৎহনা কয়দৌননো মহাক্কী

খশ্মোয়দা ডাইহাকী ওইনা ডাকপিহৈবগা লোয়ননা মীনুংশি কাউরকখিবা অহু খন্নুবদা পাক হেক লাম্না ফংদে। অদুগা ডাইহাক্কুং মপুক্কিং চম্মুক্না অসিগীদমক খশ্মোয় 'পুম্না নুংমাং-বনা চেকশিলহনগ্রে, অমন্নুং খশ্মোয় কনশিলহনগ্রে। ডাইহাক নৈরগা জীবানন্দনা অমুক হন্না য়াহং অদুমক হংলকই, মতম অদুদা ষোড়শীনা খোঞ্জেল শেমদুনা হায়রকই, "মাগী মমিং করি দরকার লৈবিবগে ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "দরকার করিগী লৈতগদগে ? হায়দগী খঙহৌরবদি ইশা কঞ্জনবা উপায় শিলহৌবা য়াই।"

ষোড়শীনা মাগী মাইথোংদা থানা য়েংদুনা হায়রকই, "অদুগা ইশা কঞ্জনবগী অধিকার ঐগীদি লৈতত্রা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "করিগী লৈতনি।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি মমিং অদু খঙবিবা য়ারোই। ঐগা অদোমগা অমুক্তদা কন্নবগী উপায় লৈতে।"

জীবানন্দনা ডাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "মগু ওইবা তারবদি ইশা কনবা ঐগীনা হেন্না দরকার ওই, অদুগা মদুদা অশোয়বা লৈরোই খঙউ।"

ষোড়শীনা মচিন্দা পন্নিংলকই, মদু খঙই, নোংমা জিলাগী ম্যাজিস্ট্রেট কে সাহেবকী মফমদা য়াহং অসিগী অরেপ্পা খঙনবনি। হুমিং অদুনা মরাল লৈজদবী নুপী অমগী লেংজুমগী মরালগী পোৎলুম খোক্সংশিন্দুনা নহাকী থরায় হিংখিবনি, অদুগা নহাক্না ডসি হিংদুনা লৈরিবা অসিগী মমলম্নু অদুক চাউনা

মী অমদা পীগদবনি। অহুবু মহাক রা অমত্তা ঙাংদে। মপুক্লিংদা খল্লকই, অস্নুক্ চাউবা দানগী রা পল্লুবগুম্বা অরেম্বা অতৈ অমমুক লৈররেই।

জীবানন্দ জ্ঞান তারক্লে। মহাক্কী অহুক কন্না চাউখোকচবগী পাউখুম পীরক্লে,— মঙোন্দা হায়খিবা অহুনা অরেম্বা তারবদা মহাক মশাদা হন্না তেনবাল্লবে। মহাক্কী লাংতক্লবদি নেমথবে, অহুবু শাউবা হেনগংখ্রে। হায়রকই, "অলকা, নঙগী বীরপুরুষ অহুগী মমিং ঐ খঙদবা নত্তে।"

যোডশীনা খুদক্তা খুম্লকই, "করিগী খঙবিদনি, অহু নত্রবদি মাগা কন্না খংনবিগদগেদো? অহুদা নঙনা পৃথিবীগী বীরপুরুষশিংগী মনুংদা মমিং য়াউকম খোকপা রানি।"

জীবানন্দনা মতিং ফুদোক্লা হায়বকই, "মহু চুম্মী। অহুবু কাপুরুষ অসিবু হন্না হন্না ঈকাইবা পীবগী ভাব অহু নঙগী বীরপুরুষ অহুনা খাংবা ঙম্মগা লোইবে। ওইজরসন্নু, চিঠি অসি শেগায়রিবা করিগীনো?"

যোডশীনা হায়রকই, "অতোপ্পা চিঠি অমা থাখ্রে হায়হুনা।"

"অহুবু চুমদ্রিং মঙোন্দা ইদনা মাগী হুপীদা ইরিবা করিগীনো? অসিগুম্বা শব্দভেদী বাণ অসি বীরপুরুষ অহুনা তম্বিব্রা?"

যোডশীনা হায়রকই, "অহুদগী মখাদি?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহুগী মখা, ঙসি ঐগী চিংনবা কারে। মরুপকী পাউ ঐ মীঙোন্দগী তারে, অহুবু রায় মহাশয়দা

হংলিবমথৈ মহাক তুম্থিন্না লৈ। মহাক্না থ্বাইদগী হেন্না মথরায় য়াউশিনবদুগী মরম থঙলে।"

যোড়শী চঙক্লগে। কলঙ্কগী নোংলৈ-নুংশিং ময়ক্তা তাহনা মহাকী হকচাংদা দাগ লৈতবা মক্ন মচেং অমত্তম্ অমুক লেমহৌ-রোইদৌরি, মসি মহাক খল্লমদে। তপ্না তপ্না হংলকই, "মাগী মরমদা করি তাবিবগে?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "পুন্নমক।" ঙাইহাক লেপ্লগা হায়রকই, "নহাকী মিংয়েং-নায়েং অদুগা যজবা য়াঙাং-শঙাংদা ঐ নোক্লিংবা পোকপা চুম্বনি, অদুবু নোকপা ঙমদে—ঐগী হরাওনিংঙাই ওইবা য়া নত্তে মসি। নোং-নুংশিং তৌবা অহিং অদুগী য়া নিংশি লিব্রা? মদুগী সাক্ষী লৈ। সাক্ষীশিং অদু কদায়দা লোংতুনা লৈরুবনো নহালমথৈ করিস্ম হায়ননবা উপায় লৈরমদে। ঐনা গাভীদগী ব্যাগ পুত্নুনা চেন্নবা মতম অদুদা কনা উহৌদে খল্লম্মী।"

যোড়শীনা হায়রকই, "করিগুম্বা মদু তশেংনা ওইরম্বা থোক্লবস্ম দোষ কয়া য়ায়া চাউবগে?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অদুস্ম মাবু লোংপা অদুদি? চিঠি অদুগী মচেং অসিদি? শামক্না অমুক্তং পাজদুনা য়েংউদনা করি খন্নিংঙাই ওইবগে? মসি ঐনা পুরগনি, দয়কার লৈরবদি মক্‌ম চাবদা য়ৌহনখিগনি। ঐগী ইতৌগুম মহাকপুস্ম নহাকী বিচার তৌনবা অমুক হায়খিবা নত্রা? থঙলে, নহাকী বিচার তৌবদা থুদোংথীবা লৈ।" অসি হায়রগা মহাক নোকফেং তৌরকই।

ষোড়শীনা তুম্বিন্না হাখল তৌরকই। খুদোংগীবগী পাউ খঙহন্দুনা মহাক্না মী অমদা পাল্লগা অতোপ্পা মী অমবু লকুনবা কৌখি—কৌখিবা চিঠি মচেং অসিদা নুপা অসিদগী ফাওবা লোংপা ঙমদ্রে, মতম অসিদা মপুংফাবা চিঠি অহুদা হৈমগী মিংয়েংদগী নাম্লোকহনবা ঙমগদ্রা? অহুগা মাইকৈ অহুমক কনাগুম্বনা করিগুম্বা মথুং থিন্দুনা হৈমগী মিংয়েং চিংশিনহনবা পাম্লবদি ঈকাইবগী ঙমথৈ অমুক লৈররোই।

মিংকুপ্পা হৈমগী নুম্বানবগী মও - মাগী মপুরোইবা, মগী মচান্নুপা, মাগী মীনাই-মশীল ময়াম, মাগী ঐশ্বর্য্য, মাগী মরা তপ্লবা পুন্সি-খোঙচংকী ঈচেল— নুমিং অহুগী থংনবা নুমিত্তা উথিবা কল্লনাগী শকুম - পুম্নমক অমুক্তবা পাপকী মনিলনা কুপ-শিনখ্রগনি থল্লুবদা মহাক মশাগী মকমদা মমাই উচবা ঙম্লক্রে। অহুগা পাপী অসিনা মহাকমক্কী মযুমদা ফম্নবগা মঙোন্দা কীহল্লরি। ফত্তবা থবক্কা হায়নিংঙাই লৈতনা হৈনরবা মহাক্না মীনগগী লাং থাক্নুনা শকখঙদবী মবাল লৈজদবী নুপী অমগী মাংননবা শিনবদা করিমত্তা নীংহম্নরোই; ষোডশীনা খল্লকই, পুন্সি অসিদা অম্মুক থীনা হল্লোইবদি মহাক করিগুম্বদসু কনাগী মকমদসু থোকখিদ্রি, অহুগা থম্মোয ঙংখাযরক্লিবা হু অসিগী মৈচাক্না পুকন্নুং শিন-থুংনা চাকথংলক্রে।

নির্ম্মল শোয়দনা লাকনি। মহাক্কী খুদোংচাদবা কনা লৈহুনসু অরাবা অসিগী কোজববু মহাক্না থোশাদবা ঙম্নোই— মশনা তাজরবা থাজবগী মৈশানা মপুক্লিং ঙমচাক্নরক্রে

মতমহুদা মহাকমক্কী কলঙ্কদা য়ুম্বম ওইরগা মচুবোক্কা মমহাক্কা মপাগা মচানুপীগা, জমিদারগা প্রজাগা খুঙ্গং 'পুম্বা শিগ্রা লানগী নোংলৈ-নুংশিৎ হৌবক্কনি, মহুগী তমথীবা শক্লোন্দুগী অমুবা মমিনা মহাক্কী সংসারিক্কী অরা-অনং কদায়দনো কুপখিগনি হায়বা মহাক্কা খল্লুবা কাওবা ঙমদ্রে।

মিনিট মঙা-তরুক্'লোম তুম্মিন্না লৈনরবা মতুং অসিমক্কদা জীবানন্দনা মহাক্কী মাইথো'দা য়েংলগা হায়রকই, "কমদোই, রা য় ম্না খঙই নত্রা?"

যোড়শীনা ভূত চুবগী মতৌগুম খুদক্কা খুম্নকই, "হোয়।"

"পুম্নমক অসি অহু ওইরবদি অচুম্বরা হায়যু?"

যোড়শীনা অহুম্না চিংনবা লৈতনা হায়রকই, "হোয় অচুম্বনি।"

জীবানন্দ চঙকুপ্রে। থৌওই-উশিংতবা অতেনবা পাউখুম অসি তাববদা মহাক মশা'মকম্তু পাক হেক রা ঙাংথোবপা ঙমদ্রে। অস্তুম্নদং হায়রকই, "ওঃ অচুম্বা।" অহুগী মতুংদা মখুৎ তিংথে'ক্কুনা মুখঙক্রবা মৈরি ঙানখংহন্নবা। শেম্না শেম্না মরক মরক্কা মহাক্কী মাইথো'দা য়েংলগা হংলকই, "হৌজিক অহু ওইরবদি নহাক করি তৌগে খল্লিবগে?"

"ঐহাকপু করি তৌ হায়বিরিবনো?"

"নহাকপু?" হায়রগা জীবানন্দনা তুম্মিন্না মরু লুক্কা কম্নহুনা থাউ য়াউরিবা থাউমৈ অহু মরম লৈতনা অস্তুম ঙানখং-হন্নকই। ঙাইহাক লৈরগা মহাক্কা রা ঙাংলকপা মতম অহুদস্তু মহাক্কী মিংয়েং মৈরিদা থম্মী। হায়রক্কই, "অহু ওইরবদি খোঙ্গ পুম্নমক্কা নহাকপু অসতীনি হায়না—"

ষোড়শীনা বা ময়াই থংতুনা হায়রকই, "রাকম অদু মসিদা করিগীনো ? মখোয়গী মায়োক্তা অদোমগী মকমদা ঐ রাকং-চদে। ঐবু করি তৌ হায়রবগে মহু তাকপিয়ু। করিগুম্বা মরম অমত্তা উৎপগী দরকার লৈতে !"

জীবানন্দনা হায়রকই, "মহু ওইবা য়াই। অদুবু ময়ামা মীনম্বা ঙাংলিবনি, অদুগা নহাক নঙোমদদি অচুম্বা ঙাংই, মসি ঐঙোন্দা নহাক্তা খঙহন্নিংলিব্রা অলকা ?"

পাউখুম ওইনা ষোড়শীনা মঙোন্দা য়েংদুনা করিনো অমা হায়গে তৌরম্লগা খঙহৌদনা তুম্মিন্না লৈখিবা উদুনা জীবানন্দনা মশাবু অমুক্তা ঈকাইবা পীরবনি হায়না লৌখ্রে। হায়রকই, "পাউখুম অমত্তসু পীনিংদ্রা ?"

ষোড়শীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "পীনিংদে।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "হায়বদি ঐঙোন্দা মরম তাক্কদবগী শরুক মিংচং থীবনা কে। অদুনি! অদুবু পুম্নমক খঙলে।" অসি হায়রগা করেম্নবা মীনোক্না নোক্রকই।

অদুবু মসি কাওবদা ষোড়শীগী অচম্বা খোঞ্জেল মাংদে, হায়রকই, "মরম শেংনা খঙলবা তুংদা করি তৌগদগে হায়বিয়ু ?"

মহাক্কী রাহং অমদি খোঞ্জেল নিক্তবা অসিগী অরোনবা শাফুম। জীবানন্দগী অশাউবা অমদি থাংঙমদবা শরুক চা-মা হেনগৎহনখ্রে, হায়রকই, "মহাক্না করি তৌগদগে মহু নহাক্না খ ঙলিগনি, অদুবু ঐদি মন্দিরগী পবিত্রকমবা তাই। অচুম্বা গী অভিভাবক নহাক নত্তে, ঐনি। মমাংদা করি চংনরব্গে

ঐ খণ্ডদে, অহুবু হৌজিক্তগীদি ভৈরবীনা ভৈরবীগী মতৌগুম ৈলগদবনি, কল্লগা মহাক চংখিগদবনি। অসিগুম্বা চিঠি ইবা মারোই।" অসি হায়রগা মহাক্না মমাই নোমখংলকপদা মাগী খনবনবগী মিংয়েং উবদা ষোড়শীগী মিংয়েং মিংকুপ অমদা যুথক অমা লাপথোকখিবগা লোয়ননা নুংশি-নুংওম্না থুম-হংলবা নুংশা শোরনা মশা 'পুম্বদা য়ৈরবগুম খল্লক্লনা তাইবংপান অসিদা হৈনিংবা পোক্তবগুমগ্রে। মপুক্লিংদা খল্লকই, হৈম, মহাক্কী সংসার, দেবমন্দির, মাগী সহায় লৈত্রবা প্রজাশিংগী অরাবা, মশাগী তুংগী করিমগুদা মাগী কান্নবা অমুক লৈত্রে— লিপুন ময়াম অসিদগী নাম্থোক্তুনা মফম খণ্ডদবা কদায়দনো চংতুনা লোংলুবা ফংলবদি হিংগনি। থাইদগী হেন্না খল্লিবদি নির্ম্মল লাক্কবনি। ফনা কুইনা চপ যুংনা তুম্মিন্না লৈবগা মমৈথংদা তপ্লা তপ্লা হায়রকই, "যরে, মহুমক ওইবগনি। অশেংবা অভিভাবক কনানো মহুগী মরমদা ঐ য়েংলরোই, মযাম্না করিগুম্বা ঐ চংথ্রগা মন্দিরগী অফবা ওইগনি হায়রবদি ঐ চংখিগনি।"

মসিবু করেম্নবনি খন্দুনা জীবানন্দনা মৈশা লাংবগা লোয়ননা হায়রকই, "নহাক চংপবুদি শোয়দ্রবনি। মরমদি চংলি চত্তে ঐ য়েংগে।"

ষোড়শীনা অহুম খোঞ্জেল নেম্না হায়রকই, "ইশানা চংপা পাম্লে, অহুদা করিগীনো শাউবিরিবা? অহুবু মন্দিরগী ভশেংনা ফননবা শিনবা থৌদাং অসিদি অদোমদা নল্লবনি।"

জীবানন্দনা হংলকই, "নহাক কৈদৌউ চংকদগে?"

ষোড়শীনা পাউথুম পীরকই, "য়াথং হেক পীবিবগা ফয়েং, ঙসি, হৌজিক— হেক হায়বিবগা।"

জীবানন্দগী অশাউবা হেনগৎলকপা নত্তনা হন্থদে, হায়রকই, "অহুবু নির্মলবাবু ? মমহাক-ইবুংঙো ?"

ষোডশীনা কপ্লিংনা হায়রকই, "মাগী মমিং অমুক পনবিরক্লন্নু।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "ঐগী চিন্দা মাগী মমিং পনবা কাওবা থাংঙমদ্রব্রা ? ফরে। অহুদি নঙোন্দা করি পীবা তাবগে ?"

"ঐঙোন্দা করিস্নু পীবিগন্নু।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "যুম অসি কাওবা থাদোকদবনি খঙলব্রা ?"

ষোডশীনা মঙক নোমহুনা নোল্লুক্লা হায়রকই, "খঙই। করিগুম্বা ঙম্নবদি হয়েংমক থাদোক্কনি।"

"হয়েংমক ? কৈ, কদায়দা লৈগে লেপ্লবগে ?"

ষোডশীনা হায়রকই, "মকম অসিদা লৈরবোই, মসিদগী হেন্না করিস্নু লেপত্রি। নোংমা করিস্নু খঙদনা ভৈরবী ওইখিবনি, ঙসি বিদায় লৌবা মতমদস্নু ঐনা মসিদগী হেন্না করিস্নু খল্লোই।"

জীবানন্দ তুম্মিন্না লৈ। মহাক্না খঙহৌদনা মপুক্রিংদা খল্লকই, ঙসায়মথৈ কদায়দনো অমা মহাকী অরানবা লৈপ্রে।

ষোড়শীনা হায়রকই, "অদোমদি ইরমগী জমিদারনি, চণ্ডীগড়গী অক-কত্তা খরবা থৌদাং ননশিল্লম্নগা চৎপদা ঐ অমুক য়ায়রোই, অহুবু ঐগী বাবা য়ায়া য়ম্বনি, মঙোন্দা শিন্নথোক্কনা নিংঙাই-দনা লৈথোকপিগন্নু।"

মহাক্তী খোঙেল অমস্তুং ৱাঙাংদা লাংঙক্লুৱক্লুনা জীবানন্দনা হংলকই, "নহাক ভগেংনমক চংনিংলিত্রা ?"

ষোডশীনা মথক্তী ৱা হঙ্গিনবগী মওংদা হায়রকই, "ঐগী ৱাজরক্লবা লাইরবা লৌ-মী প্রজাশিং— মখোয়গী অৱা-মুংঙাইগী ভারস্তু ঐনা অদোমগী মফমদা শিন্নরমহ্ননা চংকদৌরিবনি।"

জীবানন্দনা থুনা য়াংনা হায়রকই, "ফরে মহু য়ারে। মখোয়না করি পাম্বগে হায়য়ুদনা ?"

ষোডশীনা হায়রকই, "মহু মখোয়না অদোমগী মফমদা খঙহল্লগনি। অদোমগী ৱাদি চংত্রিঙৈমক্লদা মখোয়দা খঙহল-লমগনি।" খঙহৌদনা মহাক্না মপান্দা য়েংখোকউরগা হায়রকই, "অহবু হৌজিক ঐ চংচরে— ঐগী ঈকুজবা চংপা মতম ওইরে।" অসি হায়রগা মহাক্না মাগী কি অমস্তুং গমহা ফিয়'নখোক্লগী লৌরগা মরেংজুমদা য়ানখংত্রে।

জীবানন্দনা ঙকপনা থম থেংহনা হায়রকই, "ঈকুজবগী মতম ? অহিং অসিদা ?"

"নোং ঙাল্লে। হৌজিক্তি যুমদা লেংবিরো।" ঙাংনা ঙাংনা ষোডশী ইমুংদগী থোরক্লে। মহাক্না অস্তুম্না মরম চান্দনা খঙহৌদনা তফিং তফিংলকপা অসিদা জীবানন্দস্তু ফিক্লংলক্লে; হায়রকই, "অহুবু ঐগী হায়গদবা ৱা পুম্নমক ৱাংহৌরিনে অনকা ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "যুমদা চনবিয়ো ?"

জীবানন্দনা অনম-কম্না হায়রকই, "নত্তে। ঐগী ৱা লোইত্রিবা ফাওবা মকম অসিমক্লদা নহাকপু ঙাইরমখিগনি।"

পাউথুম পীবদা ষোড়শীনা ঙক্লা লেপ্লগা হায়রকই, "নঙ্গে, নখোঙদা তুজরি, ঐবু অমুক ঙাইবিরগনু।" হায়রম্লগা মহাক ওই থংবগী উমং লম্বীদা থুনা য়াংনা চংখিহ্ননা উখিদ্রে।

## কুন

মুমিং অচুগী অযুক্তু খঙহৌদনা থারবা চৈচিরা পুরুমব ময়েক শেংহনখিদ্রে। রায় মহাশয় হৌজিক্তা কমুংদগী হৌগংলগা মপান্দা থোরকপদা মঙায়রি; ভদ্রলোক অমা চংলকপা উবদা হংলকই, "কনানোনে ?"

"ঐ নির্ম্মলনি।" হায়রগা মমহাক্তা চংশিন্নরুগা মঙোন্দা খুরুম্নরে। খঙহৌদবা লাকপা এসিদা মহাক করিগুম্বা মওং অমত্তদা ঙকপা নত্রগা হরাওবা ফোংদোক্কে। মীনাইশিংবু কৌহ্ননা হায়রকই, "হায় বনা লৈবগেমে, নির্ম্মলগী পোং-চৈশিং পুমমক হৈমগী কাদা থম্লোলাও। অচুদি গাড়ীদদি অরাবা নং-লাক্কেদনা ইবুংঙো? অঙা, হৈম, মখোয় অনা-অয়েক য়াউদেদনকো?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "কনাস্থু অনা-অয়েক য়াউদে।"

রায় মহাশয়না হায়রকই, "অচুবু নতোমদা লাক্লিবা করিগীনো নির্ম্মল, মুপীমচা পুবিরক্লয়বদি মশক উবা ফংলমগদবনি।"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "মুমিং হুম্নি-মরিনিদগীনিনা অমুক—"

রায় মহাশয় নোকখেং তৌরকই, হায়রকই, "মসি ছুম্নি-মন্নিনিগী রাকম নত্তে নুপামচা, থা অহুম-মরিগী দরকাররনি। চংলো, ইমুংদা চংলো— নমাই-নমিং তাথোকউরোচো।"

নির্ম্মলনা ইমুংদা চংলকপদা উরে, মকম অসিদম্ম ফিভম অতুমক্তি। করিগুম্বা মওং অমদবু ওইরবম্ম মথোঙ-মখুং হান্না ফি-রোল হোংদোকপগচিংবা নোইরবদা চা অপাবা অহুগা চানবা থরা মমেম-ইবেম্মা মখুংমরু পুরক্লুনা ময়ামুপাদা পীজনবা কমথরগা হংলকই, "হৈমদি লাক্লিংদে হায়ত্রা ?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "অহোয়।"

"নহাক কৈদোবা চংলিবনো হায়বা মথোয় খঙহৌত্রা ?"

নির্ম্মলনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "করিগী খঙদনি, পুম্নমক খঙই।"

"অহুদি খাম-লাক্লা ?"

মহাকী রাহং অমম্মুং খোঞ্জেলদা নির্ম্মলনা মুংঙাইতবা পোক্লত্তুনা হায়রকই, "খামগদৌরিবা করিগীনো ইমা ? মহাক্লদি ঐ অরানবা থবক্তা করিগুম্বা মুমিংতম্ম খুং থাদে খঙলিবনি।

"অহুগা মাগী মপাদি অরানবা থবক্তা খুং থাহুনা লৈ, মসি মহাক খঙত্রা নির্ম্মল ?" অসি হায়রগা মহাক ভাইহাক লুকথহুনা ছুম্মিন্না লৈরগা খঙহৌদনা হৌরকপা ঈথক্তা লোয়ননা হায়রকই, "মহু মহাক কনম্ম খঙজসনু ইবুংঙো, মসি নঙদি ভৌবা ঙম্মোই— থবক অসিদা মহাকপু ঐনা করিগুম্বা মওংদম্ম নখুং থাহনবা ঙম্মোই। মকুবোক্তা খংনবা লৈকাইগী মীনা

কুম্মৈ য়েংবা, মহুগী মমাংদা ঐ ঈশিংদা চোংথহন্না শিজখিগনি, নঙোন্দা হায়হৌরিবসিনি ইবুংঙো।"

নির্ম্মলনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অহুবু নৈহংপিরবী সহায় লৈজরবী মখোয়বু কনবদনা ঐখোয়গী কারবারনি ইমা।"

মনেম্বোক্না হায়রকই, "অহুবু কারবারদনা মীওইবগী পুন্নমক নত্তে ইবুংঙো। উকিল-ব্যারিস্টরশিংসু মচল-মচে, মম-মন্দোল, মতু-মচা, মনেম-মকু লৈনরিবনি— গুরুজনশিংগী ঈকাই-খুম্নবা ঙাক্লবা সংসারসিদা থোদাং মখোয়গীদমক্তসু শরুক থুংলি।"

নির্ম্মলনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "করিগী থুংদগদগে ইমা, তশেংনা থুংলিবনি।" অহুগী মতুংদা রাফম পুন্নমক লায়-থোকহন্নবগী রাখন্দা নোকফেং তৌহনা হায়রকই, "অহুবু মমৈদা খংন-চৈনবা করিমত্তা থোক্লদবা য়াই।"

য়ুম্নুরেমবীগী মাইথোং মহুদা মকা লামদে, হায়রকই, "য়াই, অহুবু নহাক্কী নকুবোক্না মওং খুদিংমক্তা তশেংনা মাইথীবা ফংলবদদা য়াগনি। অহুবু মহুগী মতুংদদি মহাক অমুক রায় মহাশয় ওইনা থুঙ্গং অসিদা লৈবা য়াররোই। অহুদা নত্তনা ষোড়শী অশোনবীসু নত্তে, হন্না য়েংবদা কনা লৈতবীসু নত্তে। মাগী, লম্বীদা পোং-চৈ মুনবা ডাকু কাংবু লৈ, মাবু জমিদার ফাওবনা কীরিবনি। মাগী চিঠি অমত্তগী মপাঙ্গলনা য়ুথক চা-মঙা লাপ্পনা লৈবা মীনা ময়ুম-মকৈ, মতু-মচা থাদোক্লমহনা লাক্লি, ঐখোয়না মহু চিঠি চানা ফাওবা ঙম্বা নত্তে, মখোয়

ভৈরবীনি, অচু-অদা, মন্ত্র-তন্ত্র কয়া হৈ। অদুনা মহাক লৈরবদা ফৈ, লৈত্রবদা ফৈ, ঐগী অমাংবা লৈতে— মশাগী পাপকী পোৎলুম মশানা পুজগদবনি, অদুবু ইমাংমক্তদা ইচান্নুপীগী মাংননবদি ঐনা খোকহল্লোই নির্মল, মীনা হায়নিংবমখৈ হায়জসনু, তৌনিংবমখৈ তৌজসনু।"

নির্মল নুংবংননা লৈ। মওং অমদবু ওইরবদা মাইকৈ সোমদা খণ্ডনদবা করিদা লৈত্রে, অদুগা লৌতুনবদসু করিগুম্বা অশোয়বা অমত্তা লৈতে। মহাক্কী মকুবোক্তা অপন-ছন্নাক লৈগদবা পুম্নমক ওয়া থিংদুনা থমস্ত্রে, অহোবা পুথে কুবা উপ্পায় লৈত্রে। মহাক্কী রা ভাংগদ্দবী মনেম-ইবেম্মনা অম্মুক চেংপা রা ভাংবা হৈরমগনি হায়বা মহাক্তা খল্লমদে, অদুবু পাউখুম থিবদসু লাপ্পা ফংদে। রারেং অসি লেংলগা অতোপ্পা অমবু চিনফা পুহল্লিবা মহাক্তা মাইকৈ খুদিংমক খল্লগা তৌখিল্লি, অদুগা মসিসু মহাক অদুনা খণ্ডবা নত্তে মহুদি, থৌলৈতনা অতোপ্পগী য়াইফনবা রাখন্দা নোংচুপকী চিদায় অমদা মতু-মচা ওন্দোক্লমদুনা লাক্লিবা মহাক্তা মসিগী পাউখুম করিগুম্বা মওংদসু মচিনমক্তা পীবা ওম্লরোই।

পুং অনিরোম পোথারবা মতুংদা নির্মলনা ইমুংদগী থোরক্লপ্না মতম অদুদা য়ুম্বুরেন্ন মপান্দা কল্লম্মী। মহাক্না কদায়দা কৈদোবা অসিনচিংবা কায়দবা রাহং হংলক্লনা মতম মাংহল্লে, শুপ্পগী খরা ওয়া হল্লকুবা হায়রগা হায়রকই মহুদি, মশা চোকথরবা অদুদা য়ায়া থেংনা ঈকরগা চারবদি নারক্তনি।

শিরোমণি মহাশয়না মনাক্তা ফমতুনা কৱিনো হায়রম্মী, ফম্লপ য়েংলগা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইবুংঙো নত্রা ?"

রায় মহাশয়না হায়রকই, "মানি।"

শিরোমণিনা কৌহুনা রারী শাগদবগী ভৌরকপদা জনার্দ্দনা খামহুনা হায়রকই, "নির্ম্মল চেনখিগদবা নত্তে, মহাকী রাজুহুম লোইশিনখো, ঐ হৌগৎপা তারে।"

নির্ম্মল ভুশ্মিনা মপান্দা থোরক্লে। মহাকী মকুবোক্তা মহাকপু য়াম্না খঙনিংগম্লবা য়ুমথংনবগী ফজদবা রাহং হংলকদব-দগী চানবিহুনা নাম্থোকহনবিরে, মসি খল্লুবদা মহাক মমাই ঙাংলকই।

ষোড়শীগা উন্নবা মহাক চৎলিবনি। নুমিৎ নিনিগী মমাংদা থম্মোয় লায়ুমদা য়েকখিবা লাই অহু পুহুনা মহাক্লা ময়ুম খাদোরকখিবা অহুগুম্বা থৌনা অহু অমুক লৈখিত্রে। লমশাং লাকপগী অরাবা 'পুম্বা কোকহল্লিবা মঙ অহু মকুবোক অমস্তুং মনেম্মোকী হায়বা য়াবা য়াদবা রাহৈনা লান্দারকখিবদগী হৌজিক্তা পুমতোয় তোয়থ্রবনি। অপুনবা অমস্তুং অকনবা শক্তি পুম্নমকী মায়োক্তা লেপতুনা মশাগী অমত্তা ঙাইরবা নুপা থোকপগী মতেংনা চংজকম লৈত্রবী, মপাঙ্গল শোল্লবী, অরা-মৈশা লাংলবী, মাইরোং য়াঙমত্রবী নুপী অমগী ওইজবা থিদবা মরুপকী মশক ওইনা থুঙ্গং অসিদা মহাক খোঁঙদারবা পামখিবনি। মহাকী মপাঙ্গল কয়া লৈরম্মী, মথৌনা কয়া লৈরম্মী, অহুবু লাব্লগা উরে, মহাকী থবক থুদিংমকপু মরক অসিদা মরম

অমা নত্রগা অমা পুথোকপগী অরাংপা লৈরম্দ্রে মতু লৈনাং থাংবগুম অহুক মোংলে। হ'মুক তৈতিন্দুনা পুম্নম মখোইদ নংঙাই ওইবা শরক অমুক লৈরে। মখুবোকপু মহাক্না কবিগুম্বা নুনিং-তম্বু আদর্শ লৈবা লুপানি থনখিদে, খুদংগী সম্পত্তি লৈবা মীনি, অদম্বা ধেন্ডমদগী মতিক চানা শেল তাঞ্জখিবতনি, অম্মম তোহুনা লাইব্রেরীগী খরচকি লামায়দম্বু ডোনা লৈরমগদবা নত্তে, মসি মহাক্না পুন্না থঙখি, অমসুং মপুক্কিংনা ঙাকপিখি, অদুবু ঙসি মহাক্না মন্দিরগী চেকপল কোইহুনা চংলিবা অখুবা খোঙ লম্বীগী মতুং ইন্না যোভশীগী থ পোক তন্না খোঙ থাংলকপা মতম অহুদ মাগী লাতক্লরবা থম্মোইগী মচি অমদা মকুবোক্কী ম যোঙ্গা য়ানিংদবা অমসুং হঙ্গাইবনা ফুনগংলক্লা উবগুম মতুগী মাযৈ অমদনা থোইদোক্লা কবিস্তু খড্রবস্তু যোডশীদা রারোবা অমদি শাউনিংবনা ফুনগংলকই। মপুক্কিংদা হন্না হন্না হায়জ-রকই, মরি-মতা থোক্লদনা মশক খঙদবগুম্রবা নুপাগী থোজাল নিহুনা চিঠগী মতেংনা চিংনবা লেতনা কোরিবী, অহুগা রাকম অহু বেরোই-লকাইদা শন্দোক্লিবী অহুগুম্গী নুপীদুবু অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইববস্তু ঈকাই-খুম্নবগী অবাংবা থাংনা থাগংপা য়াবা নত্তে। অদুবু খঙহৌদনা রাখল মতাং অসিদা অপনবা ফংদুনা লেপখ্রে। মনা পুংলবা তেংনৌ পাম্বীগী মকুমদগী হুৎ লৈশিনবমক্তদা মহাক্কী লাংতক্লবা মিংথেং য়াম্না নক্লা লৈরিবী যোডশীগী লুকচান্নবা মাইথোংদা তাক্লরে। মহাক গুমাং মত্তোন্দা লেপতুনা মপুক্কিং লুপ্না শম্বলদা পয়া পুন্দুনা লৈরম্মী, চংলক্লিবগী

খোঙথাং মখোল তাদে, অমস্তুং ঙাইহাক্তি নির্ম্মল ঙমত্রে লেংবা, ঙমত্রে মিংকম হোংবা। অসিনি মুমিং অদুগী, অদু ওইরবস্তু মাগী মপুক্লিংদা মহাক অসি ভৈরবী অদু নত্রমাগে থল্লকই। অদুম ওইনমক খেমরিবতু কদায়দনো মতুস্তু খঙবা ঙমদে। ফিবাল অঙাংবা চনবা গেরুয়া মচুগী শাড়ী অদুম শেংলি, মখোশাঙুম মশম কানা চোইজাইনৈ, ঙকশমদা হান্নগুম রুদ্রাক্ষগী মালা শিরি, মাইথোংদা উপবাস কনবগী মনি অদুম তারি— সিন্দুর তৈবা ত্রিশূলতু ফাওবা অদুম মখুং ময়াদা য়ুংশিন্দুনা থম্লি— অহোংবা করিস্তু লৈতে, মতু ওইরবস্তু মশক উদবা, মফম খঙদবা শুমহৎপনা মহাকপু মিংকুপ থয়দি নুংবানহনগ্রে। পন্না মচিল অনি পায়তুনা চিংলগা ষোড়শীনা মমাই নোনখং-লকপমক্তদা হাইফেং চঙক্লরকই, অদুবু থংনবা মিংকুপমক্তদা পন্না থাদোক্লগা খোইরুম মোমোন তোনা মমাংদা চংশিল্লগা হায়রকই, "লেংশিনবিরকউ, ঐগী য়ুমদা লেংশিল্লুসি।"

নির্ম্মলনা তোকম খঙদনা হায়রকই, "অদুবু অদোমগী থবক্তা অপনবা পীরমাগ্নে।"

ষোড়শীনা ফাগী তোতুনা মোমোন তোনা হায়রকই, "শন্থল থাবা ঐগী থবক্লিনে? অতুনা মসিনা ইথৌ ওইরেনে, মরি-মতাবু তরাম তরাম তৌবদি খঙজরে ইথৌ ওইরিরোইনে? নুপী মপামদা নিঙোল-মরাবু হরাও হরাও তৌবিরক্তে, অদুবু মতৈমগী খাংপোক্তগীদি মনাওমুপাবু থৌওইদনা হলহল্লোই। লেংশিন-বিয়ু, ইমুংদা কমলুসি লাকপিয়ু। অঙাং, হৈম, মীনাই-মীশল পুন্নমক অমা-অমেক য়াউদেদনা? অদোম য়াইকবিরিদনা?"

নির্ম্মল কৈদৌহুননো মুংগুক-মুংঙানরকই। মঙক নোমহুনা হায়রকই, "পুম্নমক য়াইফরি, অদুবু ঙসিদি অমুক কম্লরোই।"

ষোডশীনা হায়রকই, "করিগীনো হায়য়ু?" অদুগী মতুংদা অমুক থরগা চংশিল্লগা খোঙ্গেল নৌনা হায়রকই, "মোংমা খুৎ শমহুনা অমগদা লমজিংখিবহ নিংশিংবিরিব্রা? মুংখিলগী মতমদদি মহুগী কাগ্নবা অমুক নৈতে, অদুবু লাকপিযু হায়জরিবসিনি। অহুক লাপ্লদগী চিংহুনা পুরকপা ঙস্না মহাক্না অসিখক্তং অসিস্তু চিংহুনা পুবা ঙমগনি।"

নির্ম্মল ঈকাইবগুম তৌরকই, চৈনাখোল খাঙ্‌রকই। লোনচৎ অসি, রা অসি ষোডশীগী মচিন্দগী আশা তৌনিংঙাই ওইদবদা নত্তে, খল্লুনিংঙাই ওইদবনি। হৈ-শিংলবী সন্ন্যাসিনী ভৈরবীবু অঙ্গৈংবী, পুক্লিং কাবা ঙম্বী, মপুকচেল চেংশীনি, অদুদা নত্তনা পুকচেল কনবীনি হায়না মহাক্না খঙলম্মী। সংসাবদা সাধারণ নুপীগী থাক্ত চলহন্দুনা কল্লনা লৌবদা য়াউশিনবা মহাক্না ঙমজদে। মহাকপু কয়া খনখি— ভরি-নোংগৈদা, পোথারিগৈদা ষোডশী অনিবু মহাক্না খঞ্জখি— মুং অপুম্না রসনা থনগংলকখি— অদুবু কৈদৌগৈদস্তু রাখলবু ঈচেল অদুদা থৈহন্নবা, খুগায়নবা মহুগী খোনা ফাওবা মাগী লৈখিদৈ, অদুবু ষোডশী অদুনা ঙসি ইথা থাজদনা মরি মতাগী অচেৎপা মরি শন্দুনা খঙহৌদনা মশাবু হস্তজহন্দুনা, মীওইবগী থাক্তা কক্কুনা অচৱা মীওইবগী অপাম্বগী থুবামমুংদা চলহল্লে। নির্ম্মলগী থম্মোয়গী চিদায় অমদা মৈশা লাংবগুম অত্তোম্বা

চিদায় অমদা মওং অমগী মরোলৈবা নুংঙাইবগী ঈপোম হৌবক্তুনা অমুক্তদা পুল্লপ তৌল্লরে।

নির্ম্মলবু ইমুংদা পুশিল্লরগা ষোড়শীনা কম্বল থাহুনা কমহল্লে, হংলকই, "লম্বীদা খুদোংথীবা নংলক্তেদনা?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "নলক্তে। অদুবু মন্দিরদা ঙসি অদোমগী থবক লৈবিত্রব্রা?"

ষোড়শীনা হাযরকই, "হাযবদি ঙসি মন্দিরগী নোংমাইজিংলা কল্লিনো!" অদুগী মতুংদা হাযরকই, "থবক লৈ, অদুক্তা অমুক তৌকববনি। রাংহৌবা থরা ভতুদি হোরেল তৌরবস্থ যাবে।" নোক্তুনা হাযরকই, "মমহাক ইবুংঙো, মসি নখোযগী কোর্ট-নুং নত্তে, মন্দিরনি। লাইশিংনা মখোয়গী মনাইশিংবু মিৎকুপ অমত্তা চুটি পীবিদে, মনা পাযদুনা পুং বুনমরি চুপ্পা সেবা তৌহল্লবা ভতুদদা পেল্লিবনি।"

"অদুবু থবক অসি ইবেম্মনা পামজদুনা তৌবিখিবনি।"

"পামজদুনা? মদু ওইবমগনি।" হায়বগা ষোড়শীনা খঙহৌদনা হাইযেংঙ নোল্লগা হাযরবই, "যবে, লাত্রিংপৈদা মাংজোননা খজিক্তং খঙহনবিরক্লিবদি করিগীনো?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "মতম যংখিদে। অদুবু মদুগী দণ্ডিগী মশক ওইনা নুপী মপামদা থোওইবিরক্তে, থোইদোক্লদুম মখোয়না ঐবু উবদা হরাওদে, রাযম অসি ইবেম্মনা বরম্না খঙবিরিবনো? অদুগা ঐ নংবুংগী পাউ লাত্রিংপৈগী ওমংংগা বক না মদে বলি নো হায়বিবা ওম্বরা?"

যোড়শীনা হায়রকই, হায়বা ঙমদে, অদুবু আন্দাজ তৌবদি ঙম্মী।

নির্মলনা হায়রকই, "আন্দাজ তৌবদি ঐসু ঙম্মী, অদুবু তশেংনা কনাবা তৌরিবনো অদুগা কদায়দগী পাউ অদু কংবগে, খঙবিরবদি ঐঙোন্দা তাকশিয়ু। থাজৈ ইবেম্মনা রাকম অসি শন্দোকপদি ওইরিয়োইনে?"

যোড়শী নোক্লকই, হায়রকই, "তৌনিংবা আশা তৌবদা ঐনা কনাবুসু থিংদে। অদুবু মদু খঙলগা করি কান্নগবিদগে? অদোম লেংবিরক্লে হায়বা পাউ অসিসু অচুম্বনি. ঐগীদমক লেংবিরক্লিবনি হায়বা রাকম অসিসু লান্দে। মদুগী শরুকপুদি থোইদোক্লদুম হায়বিয়ু, লাকপগী মহৈ য়ানপত্রা? ঐবু কনবিবা ঙমগদৌরিত্রা ঙম্মাইদৌরিত্রা?"

নির্মলনা হায়রকই, "থরায় হকচাং য়াউনা করিগী হোৎনদনি।"

"করিগুম্বা কনা রারবা অদু কাওবদসু?

নির্মলনা মঙক নোম্নদুনা হায়রকই, "করিগুম্বা কনা রারবা অদু কাওবদসু।"

যোড়শী নোকখোরক্লে। নির্মলনা মহাক্তী মাইথোংদা য়েংলদুনা মশামকসু নোককেৎ তৌরগা হায়রকই."নোকপিরিত্রা?"

যোড়শীনা হায়রকই, "নোক্লিবনি—হায়গী ভৈরবীশিংনা মীরৈবাক মচাশিংবু হামেং ওলহন্দুনা থম্মী। করে মথোয়না হামেংদু করি তৌনবগে? তোংনবত্রা, য়াইনহন্দুনা কুম্মৈ য়েংননত্রা?" হায়র-হায়রদুনা মহাক তশেংনা অঙাং মচাগুম শিথশিথ নোক্লকই।

নির্মলগী থম্মোয়-হকচাং হরাওবনা অগোয় শাররে। অকনবা লৈরোল অসিগী মথানা কুমজিন্দুনা লৈরিবা মরৌ লৈবী ফাগী চেনবী ওথকপী লুপীগী শকুম অহুগী মপাল নাইত্রবা মীনোক্কী ঈঙ্খুং ব্রত উপবাসকী পীংথানিঙাই লৈতনা কল্লবা সাধনাদা ঙসি ফাওবা কংখিত্রি--উংনা কুপ্পা মৈগুম মহু অহুম লেংদনা লৈরি— রাফম অসি খল্লুবদা মহাক্কী হকচাং অপুম্বদা চক চক থিল্লকপগুম ফাওরকই। ফাগীদা মশাম্ভু য়াউঁশিন্দুনা নোক্তুনা হায়রকই, “মরুক মরক্কা চাঙিগী মাংদা বলি তৌরগা চারগা য়াই। হায়বদি ঐগী ইকুবোক নঙ্গগা ইদেম্মোক চৈরক অসিদা ইবেম্মগী নাঙা লাক্লম্লগনি, অহুগা মুংশিংৈতবা ওইদবা কযা তাহল্লগনি।”

ষোড়শীনা হায়রকই, “নঙ্ক, মকোয কনাম্মু লাক্কে। ঐ মন্ত্র-তন্ত্রদা সিদ্ধি ফংই হায়বহু চুপ্পমদবা য়াই, অহুবু ঐবু মুংশিরোইদৌরিবসি করিগীনো মির্ম্মলবাবু ? অতুদা নঙনা অদোম্বা লাকপগী মও' উবদা ইশামক চিংনজদবা ঙমদে অহুগা থোইনা মীনম্বা ওইরমদবম্মু য়াই খন্দবা ঙংদে।” মহাক্কী চিনবান্দা মোকপগী মমি কোক্ত্রি অহুবু খোংম্মোক ওনখ্রে। চিনবান্দা অমদি থোঙ্গেলদা থঙহৌদনা সঙ্গীত অমুক চেনখিত্রে।

নির্ম্মল ঙক্কা, চময়না লৈ। মসি কযা য়াম্না ফাগীনো অহুগা কয়া য়াম্বনা চৈরিবনো, অমম্মুং করিগীদমক্তনো মহু মহাক্কা খনবদা করিম্মু থোক্ক্রে।

ষোড়শী মশামকম্মু অমুক রা মচেং অমঙা ঙাংদে, অহুবু মহাক্কা লুকথরিবা মাইথোংদা মরম চাদনা ঈকাইবগী ঙাংতকপা

লৈত্তেংনা মিংকুপকী মনুংদা শিনগ্রে, মহু মাগী মিংয়েংদা তাক্লরে। অদুবু মহু মিংকুপ অহুতগীনি! যোড়শীনা মিংয়েং লৈথোক্তনা মমাই মোনখংলগা নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়রকই, "নিঙোল মরাবু তরাম তরামদি তৌরে। তশেংনা নোক-খেতুনা হরাওহনব-মথৈদি ওম্মী—মহুদগী হৈনবদি উপায় লৈতে ইনাও—হৌজিক্তি লাকপিরো অহুগী শরুকপুদি খোইদোক্লহুম থবকী বা ভাংনরসি।"

মহাক্কী নক্লবা মরিগী মিংগৌবু হন্দক্তি নির্ম্মলনা নিংজিং-মাংজিংনবা লৌশিনমা পায়রকই, অহু ওইরবস্থু মহাক্কী থম্মোয়দা মখুম-মরাং হোৎরকই। হায়রকই, "হায়বিয়ু।"

যোড়শীনা হায়রকই, "নুপা অনিনা ইশ্বরদা ঠোক তৌবা পাম্লি। অমনা রায় মহাশয় অহুগা অমনা জমিদার—"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "অহুগা অমনা ইবেম্মগী বাবা! মখোয় অসিনা ইবেম্মবুস্থ তাস্থোকপা পাম্মী।"

"বাবা? হোয়, মহাকস্থু ওইবা য়াই।" অসি হায়রগা যোড়শী তুম্মিন্না লৈ।

নির্ম্মলনা হায়রকই, "ঐগী ইকুবোক্কী রা খঙই, অদোমগী বাবাগী রাস্থ খরমথৈ খঙবা ওম্মী খঙই, অদুবু জমিদার প্রভুতবুদি খঙবা মঙমদ্রে। মহাক্না করিগীদমক অদোম্বু অস্থক য়েংখিরিবনো?"

যোড়শীনা হায়রকই, "দেবীগী লো ফনা রাম্মা মহাক্না মপাঙ্গলনা য়োস্থোকপা পাম্মী, অদুহ ঐ লৈরিবমথৈ মহাক্না করিগুম্বা মওদস্থ করিস্থ তৌবা ওম্নগী উপায় লৈতে।"

নির্ম্মলনা নোকুনা হায়রকই, "মহু ঐনা খিংবা ঙমগনি।" অসি হায়রগা মহাক্না মরৌ লৈনা ভৈরবীগী মায়থোংদ। য়েংথোকলুবদা উরে, ষোড়শী তুম্মিন্না লৈ, অদুবু মহাক্না মাইথোংদা অহোংবা করিমত্তা লৈতে। ওাইহাক লৈরগা মমাই নোমখৎলগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অদুবু অতৈ কয়া অমম্ভু লৈরি, মহু অদোম্না খিংবা ঙম্নদবা য়াই।"

"অতৈ কয়াস্তু হায়বদি করিনো? অমনা ইবেম্মদা শিজিন্নিবা মীনম্বা বদনাম অদুরা?"

ষোড়শীনা করিগুম্বা মওংগী লাংতক্লুবা অমত্তা কোংদোক্তে।

খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "মহু ঐ খন্দে। মিংচৎথীবা অচুম্বা ওইজসম্নু, মীনম্বা ওইজসম্নু, অদুম তৌদুনা লেনবনা ভৈরবীগী পুন্সিনি নির্ম্মলবাবু! ঐ রাকম অসি মখোয়দা হায়নিংই।"

নির্ম্মলনা ঙকুনা হায়রকই, "রাকম অসি ইশামক্না হায়বিনিংব্রা? মহুদি ইশানা য়াজবগা পাংথক ওইগনি।"

ষোড়শী তুম্মিন্না লৈ।

নির্ম্মলনা চিংনবগা লোয়ননা হায়রকই,"মখোয়না হায়বদি—"

"কনানা হায়রিবা?"

"অয়াম্বনা হায়রনৈ, মতম অদুদা ইবেম্মা—"

"করম্বা মতমদা?"

নির্ম্মলনা ওাইহক তুম্মিন লৈরগা খোইদোক্না চিংনবা য়াম্না কন্না নমথরগা হায়রকই, "ম্যাজিষ্ট্রেট লাকপা সুমিত্তা। মতম অদুদা ইবেম্মগী তম্পাক্তরা করিনো—"

যোভশীনা হাইকেং ঙক্লা হায়রকই, "মখোয় উথিরনে? উরবা য়াই, ঐদি নিংশিংবা থোক্লে—করিগুম্বা উরবদি মহূ অচুম্বনি, জমিদারগী কোক ইতম্বাক্তা পমহুনা ফম্মী।"

নির্ম্মল নুংবংবনা কমহুনা লৈত্রে। কনা কুইনা লৈরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অহুদগীদি?"

যোভশীনা অঙ্গংবা মীনোক্কী ইনিন্না মাইথোং খরা লংখংহল্লগা হায়রকই, "অহুদগীদি থুমিং অস্থুম অস্থুম হৌখি। অহুবু করিমতুদম্বু পুক্লিং লৈতাবা অমুক ফংত্রে। পুন্নমক মীনম্বা ওইনা থোক্লে।"

"করি মীনম্বা?"

"পুন্নমক। ধর্ম্ম, কর্ম্ম, ব্রত, উপবাস, দেব-সেবা, অম্বুক কুইবসিদা তৌরক্লিবা পুন্নমক—"

"অহু ওইরবা কাওবা ভৈরবীগী ফম পাম্বিত্রা?"

"করিগী পামদনি। অহুগা অদোম্না করিগুম্বা পামদে হায়বিরবদি—"

"নত্তে নত্তে, ঐ করিম্বু হায়জদে।" অসি হায়রগা ফুক হৌগংলগা হায়রকই, "মতম থেংজিল্লক্লে - হৌজিক ঐ ম্নোজরগে!"

যোভশীম্বু লোয়ননা হৌগংলক্লে, হায়রকই, "মন্দিবগী থবক লৈ। অহুবু করম্বা মতমদা অমুক উম্নগদগে?"

নির্ম্মলনা অরেপ্পা লৈতবা করিনো অমা শেংকাত্তবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, মিংথিনা ভাবা ফংদে। যোভশীনা খংহান্না হায়রকই, "ফক্কবা রানি, সন্ধ্যা মতুংদা ঙজিদি ঐগী মরমদা অন্দিরদা ইরাং অমা তৌগদৌরি, লাকপিগনিব্রনা?"

নির্ম্মলনা মঙক মোমহুনা য়ানিংবা উংলম্নগা মশান্দা থোকপ্রে। ষোড়শী খোইক্রম মোমোন .তৌরকই, অহুগী মতুংদা য়ুমগী থোঙ পুনা হাপচিল্লগা মন্দির তম্না চৎপ্রে।

## বুনমাথোই

মকুবোক্কা মমহাক্কা খকত্রাংননা ফমহুনা চাক চামিন্নরি। মনেম-ইবেম্মনা দোই অমস্তুং অহাও-মথুম লৌরুনবা অতোপ্পা মফমদা চৎপ্রবদা রায় মহাশয়না হায়রকই, "ষোড়শীগা নক্কা উনরত্রা নির্ম্মল?"

নির্ম্মলনা মমাই নোমখৎতনা হায়রকই, "অহোয় আজ্ঞা।"

"করি হায়রকপগে মক্কা?"

অসিগুম্বা অচম্বা রাহংগী পাউথুম পীবা লুই। মহাক্কা ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা হংলকই, "করিগী মরমদনো?"

"মন্দিরগী মরবদা। মাবু ভৈরবী ওইবা তোক্কদৌরিত্রা নত্রগা চন্দীগড়গী মমিং ফাওবা লুপঙ্গনখিগদৌরিত্রা? লমদম অসিগী মীদি মপালগী তরামচাগী মফমদা মাই উংপা অমুক ঙম্নরোইদৌবা অসিগুম্বা ফিভমদা লৈরে।"

নির্ম্মল তুম্মিন্না লৈ। চণ্ডীগড়গী মরমদা অসুম্না ঙাংনবা অসি মমাংঙৈদগী চৎনরকই, অমস্তুং মহুগীদমক খুঙ্গংগী কনাস্তু করিগুম্বা মুমিত্তা ঈকাইবনা মথরায় থাখি হান্নবা তাত্রি। চণ্ডীমাতা মশামকুম্মু করিগুম্বদা য়ানিংদবা উংখি হায়বা খঙবা কনা লৈতে। মখোয়গী নীতি-নিয়ম লোনচৎ-শাজৎ পুম্নমক

মহাক্না হায়না তাগ্রবনা মসিগী মরমদা থোইনা খঙ্ক্লদে। মরু ওইনা সোড়শীগী বদনাম অদু মহাক্না থাজদে, মরম অসিনা মসি মীনশনি হায়বা প্রমাণ ফংলম্ববদি মহাক ফুংজাই-রমগদবনি ; অদুবু প্রমাণ অসিমক্তা মাগী ভৈরবী কমগী অমত্তা ডাইরবা দাবিনি হায়বদি মহাক্না নোংমতম্ব খল্লুবা লৈতে। মহাকী মকুবোকী ইঙ্গিত অসি নৌমম্ব থোক্তে, তমথীবম্ব নত্তে, অদুম ওইনমক রা থরা অসিদা খঙহৌদনা ডসি মহাকী থম্মোয়দা য়ুবনা মশা চেকশিন্নরক্রবা মতম অসিদা মপুক্লিংগী লাংতক্লরিবদু খল্লুবদা মহাক তশেংনা নুংবংননা লৈবা উদুনা রায় মহাশয়না অমুক হায়রকই, "কৈদৌরে খুম্মুদনা ?"

লান্দনা অমম্বুং মতমগা চুনবা পাউখুম পীননবগী মতম অমদি ফিভম নির্ম্মলগী ওইদে, মহাক্না হান্নগী রা অদমক হঞ্জিন্না হায়রকই, "ভৈরবীশিংগী মিংচংথীবদি মহৌশাদগী মৈ।"

রায় মহাশয়না মদু য়াদবা তৌদে. হায়রকই, "মানি। অদুবু মিংচং থীবা হায়বসিদি ফংবনি, মতম পূম্নমক্তা মাগী মাগী মরাচান্নি হায়দুনা ফংবদু য়োকখৎপা চুম্লোই। করি হায়বগে ?"

"অদুবু মদু ফংবনি হায়বা অশেংবা প্রমাণ ফংবিরত্রা ?"

রায় মহাশয়না চিংনবা লৈতনা হায়বকই, "ফংলে।"

নির্ম্মলনা ডাইহাক তুম্মিন লৈবগা হংলকই, "কমদৌনা ফংবিরিবা! মদুগী অশেংবা প্রমাণ কনানা পীবগে ?"

রায় মহাশয়না হায়রকই, "হায়না পীখিবা মহাক অদুনা

ঙসিন্নু পীরগদি ! সন্ধ্যা মতুংদা মশিন্নদা চংলুচো. অদুগী মতুংদদি মকুবোক্তা মমহাক্তা নাকপাক সেপ্পচুম্না খুঙ্গং অপুম্বগী মোক্লনবা কুপ্পে ওইরক্লোই খল্লি। মসিদি মহাক্কী শিনফম্নি, অসুম তৌদুনা অশেংবা প্রমাণ কদাম্বু কৌবগে হায়বদু ঐঙোন্দা অমমদি নঙোন্দা তাক্লবগী দরকার লৈরক্লোই।"

য়ুম্বুরেমবীনা নুংগী শেম্পাক্তা অথুম-অহাও অমম্দুং তেঙ্গোত্তা সোই পুদুনা চংলক্লে, হায়রকই, "কদায় ইবুংঙো, চাত্রবদি কৈদৌরে ?"

"চাখিসিনি।" হায়রগা নির্ম্মল চাবদা মপুক্কিং চংখ্রে।

য়ুম্বুরেমা হায়রকই, "নির্ম্মলদা পীরম্লগা ঐগী শঙ্গোম খঙ্গিক্তা পুরকউ, হকচাং কয়া ফুংঙাইতে, দোই চারক্লোই।"

য়ুম্বুরেনবী চংখ্রবদা রায় মহাশয়না হায়রকই, "নোং-নুংশিং তৌবা অমম্না অফিংদা মহাক্না নহাবপু খুং শমদুনা থিনবিবক-খিবা মদুগীদমক্তি অম্নগী মহাক্তা কদায়দগী ওইগদগে মপামচা, ঐখোয় ফাওবা লমন তোক্লবনি; কনমবা শিজবিরিবা মহাক অদুগী মাংমনবা তৌবা পুক্কিংনা য়াম্নিংদে। অদুবু মসিদি ঐখোয় ইশাগী ওইবা রা নত্তে নির্ম্মল, মসিদি খুঙ্গংগী বাম্নি, লাইগী বাযম্নি, মরম অসিনা অথেরইবা থৌদাং অদু ঐখোয়না তৌগদবনি।"

অহিং অদুগী থৌদোক খঙ্গনবা লৈত্রে হাক্নবা মহাক হায়না তাখ্রবনি, অদুম ওইনমক মশানা লোংচক্লই হায়বগী ঈকাইবনা তুম্মিম্না লৈত্রে।

ঘুম্বুরেম্না হায়রকই, "দেব-দেবীশিং:নদি ম্না ঙাংদে," অহুবু মখোয়না খুদম হেক হেক পীরকই। খুঙ্গংগী অকবা করিগুম্বদসু ওইদে, অসুম অসুম লৈখা তারক্লিবনি, মসিসু অচৌবা খুদম অমা ওইগনি খল্লি। প্রমাণগী ম্না হায়খিবদায়, অহুবু নহাক লাকল্লি হায়বা অসি ঐখোয়না কমদৌনা খঙলিবনো খঙব্রা? নহাক ইচাগুম্বনি, নঙোন্দা ম্না পুম্নমক অখাকপা লৈতনা পাক হেক হায়বা ঐ ঙমদে, অহুবু হায়দবসু যাদে। জমিদার বাবু অহিং অহুদা চাবা চৎপগী খুদোং ফংদমাল্লে, যোড়শীনা চানবা লোবা চৎখ্রিঙৈদা মহাক্না চিঠি মচেৎ অমা থেংনকই। মঙোন্দা ইবদগী শেগায়হুনা হুন্দোকঙগা মমৈথংদা হৈমদা ইখিমাল্লে। মহুসু ঙসি উবা ফংগনি, মহাক্না অযুক্কা লাকপদা পুরকই।"

নির্ম্মলনা শাউবনা মৈ হোৎহুনা হায়রকই, "মীনম্বা ম্নাল্লি। ঈকাই-খঙদবা, মশানা মরাল লৈবব, য়ু-থকপা, ওক্কবা, লমচৎ নাইদবা মহাক অহুগী ম্নাবু থাজবিব্রা? ওইথোক্লোই।"

রায় মহাশয়না নোককেঙমক তৌরকই। ফিজক্কবা খোজেলনা হায়রকই, "ওইথোকপা য়াই, অহুগা ওইরবনি। জমিদার অহু ঈকাইবা খঙদে, য়ু-থকপনি, ওক্কবনি, চিঙ্খিবনি, লমচৎ নাইদবনি, মহুসু খঙই; মহুদগীসু হেল্লম্বা য়াই, নংলমত্রবদি মাগী কলঙ্কগী ম্নাহু মচিন্দা পনবা ঙম্মোই। মাগী তমথীবগী ঙমখৈ লৈত্তে। খুঙ্গংগী য়াইকনবগীদমক্তা মহাক্না থবক অসিদা মথুং থিংজিল্লকপা নত্তে, ঈশ্বর থাজবা মীশক নত্তে। নমহুনা মন্দিরদা হামেং বলি তৌহল্লগা চারিবনি। পাম্নবদি ওক্কবা মানা য়েন, শঙম, অহুদা নত্তনা যণ ফাওবা হাংলগা চাবা ঙমগনি।"

"অহু ওইরবস্থ মাগী মতেং পাংবিনি লিব্রা ?"

"নত্তে, এৈনা তুম অমনা তুম অমা হনবা-পাম্মী।"

নির্ম্মলনা কনা কুইনা তুশ্মিন লৈরগা হায়রকই, "তুম হন্দোকপা য়াগত্র। মারোইত্রা মতুদি থওজদে, অহুবু মহাকস্থ লোইরং শিংথোং ওইগনি। দেবীগী সম্পত্তি মকাক্সা য়োনবা পাম্লিবহু ষোডশী ভৈরবী লৈরবদি মহুগী খুদোং ফংলোই।"

রায় মহাশয়না হায়রকই, "মহাক চেৎত্রবস্থ খুদোং ফংলোই, এৈ লৈরি।"

মহাক লৈরি হায়বা অক্ষক চাউবা রাফম ফংবদা নির্ম্মল চক্কুপ্রে, খুদক্কুদা মহাক্সা হায়নিংলকই, ওমিদারশীদি খুদোংচাবা ফংদবা য়াই, অহুবু দেবীগীস্থ খুদোংচাবা ওইরোই। অহুদি ওইরগা খুদোংচাবা এহু কমাগীনো হায়বা অহুস্থ মচিন থোক্রে।

রায় মহাশয়না খোইথুম্ররবা থে ঙেলনা হায়রকই, "ইবুংঙো নির্ম্মল, মহাক অচোবা উকিলনি, য়াম্না থঙ-হবরনি, অহুবু সংসারদা খুবাক মথিদনা এৈনা লান শোক্রবা হৌখিবনি, মতম অহুদা গুপ্তগী লম-থুমদমক তানশিনখিবা নত্তে. কোক্তস্থ থরমথৈ তানশিন্নবা খুদোং ফংখি। নভেংন্দা মীনা হায়জিল্লমগনি, লম অহুথক্তবু জমিদারনা মীহৌই—ষোড়শী মথো থঙবী নুপীনি, মহাক লৈরিমথৈ করিস্থ তৌবা ঙম্লোই, অহুনা মশাগী কলঙ্কগী হামুক তৈশিন্দুনা মহাকপু তাস্থোকপা পাম্লিবনি। করে নুপামচা, বীজগাঁগী জমিদারগী মকমদা লম মচেৎ থজিক্তংহ কম্না য়াম্বা সম্পত্তি ওইগদগে ? মহাক শেল চিন্নি, অমা নত্রগা অমা

য়োনবদা অথিংবা লৈপদবা নত্তে; অহুম্ম মহুদা অপনবা পীরিবা পোংশক অহুদি পুমজোপ তোম্লনি। অঙগ অমিদা মহাক মতম শাংবা লৈবা ঙম্রোই, সহরগী মীনি, সহরদা চংথিগনি। নির্ম্মল, হৈমগী মজোংগুম নঙ্গস্থু ত্রৈগী ইচানি। নঙ্গোন্দা হায়জোকদবা হঙ্গোই, অহুবু থুপীমচাহুগী য়াইফবা করিগুম্বা পাম্লবদি হায়বিয়ু, মাগী য়ানিংঙাই লৈতে। চণ্ডীগড়গী ভৈরবী ওইবদা থোইনা কায়বা লৈতে—মাগী মাংজগদৌরিবা অহুদগী শরুক মরি হেন্না অমিদাবনা পীরিগনি, মসি ঐনা বাশক্রুমা হায়বা ঙম্মী। মহাক্না মাপু অরাবা পীবস্থু পামদে—অরাবা পীস্থু পীরোই, হি অনিদা তোংহুনা লৈনিংবগী ওইথোক্তবা অপাম্বহু করিগুম্বা মশানা থাদোকচরবদি -"

নির্ম্মল পাউথুম পীঙমদনা তুম্মিন্না ফমহুনা লৈরে, মকুবোকপু মহাক্না কয়া খঙই—অস্থুক হাক্রুদি খঙদে। মকুবোক অসিনা যোভাগী য়াইফনবা লম্মী তাক্লিবা অসিদা য়েংশুনবা হোংবনিংঙাই ফাওবা মাগী লেমজৌবা লৈহৌরে।

মনেম্বোক্না শঙ্গোম শাহল্লগা পুরকপদা থম্না তম্মি, মহাক্না মু চা চংলক্রগা মপুরোইবগী পুখম ময়াদা কোল থম্লগা য়াম্না চাদে হায়হুনা মম্বাম্নুপাদা থরমথৈ ঙাংলকই, অমম্মুং মরাল অসি চুমথোকপিননবগী ভার মশামক্না লৌহুনা মহাক থম্না হঙ্গোক্তুনা ফমজ্রে।

য়ুম্বুরেম্না শঙ্গোমগী কোল মচিন্দগী থম্লগা হায়রকই, "অহুবু থুপীমচাহু থাগত্তবা ঙমদে—মহাক লাইরিক্না সরস্বতীগুম্মীনি। মহাক্না খঙদবা শাস্ত্র লৈতে।"

য়ুম্বুরেম্বীনা খুদক্তা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "মহুদা অমুক হায়নিংঙাই লৈতে। উরেদনা থবক ইথাংদা মহাক লৈরবদি মখোয়গী শিরোমণি ঠাকুর কাওবনা কীবনা উং লাউন্নিবনি। চৎপ্ৰথদি হন্নুবগী মচিন্দা বেদেং বেদেং ঙাংই, অহুবু মমাংদদি নিন্দা তৌবা ঙমদে।"

য়ুম্বুরেম্না হায়রকই, "নত্তে নত্তে, নিন্দা তৌগদৌরিবা করিগীনো, মহা বুদি থোইদোক্লুম থাগৎলিবনি।"

য়ুম্বুরেম্বীনা মচুবা পৈহুনা য়াঙ্গিংদবা কোংদোরকই। হায়রকই, "হোয়, হন্নুবহু মহুগুম্বা মীশক ওইররিনি! হিংসাদা পোকথায়-গদৌরবনি, অহুগা থাগৎলিবা! নিংশিংবিয়ুব্রা, অস্তর ইনাও অহুগী প্ৰায়শ্চিতকী শিনবা মতাংদা নুমিৎ কয়ানি লাঙ্গাও থোকখিবা। অহুদা নঙনা নুপীমচা অহুনা মাইকৈ অমদা তৌনিংবা অমা তৌজরবস্থু অরা-অনা, খুদোংথীবা, লৈত-লাইরবদা মাঙম্বী মপী-মপা শকপী খুঙ্গংদা কনাস্থু লৈতে। থবক অমগীবু ওইরবস্থু হেক কৌরুবদা মচিনবান নোকমি নোকমি তৌহুনত্তা লৈ. ঙম্মোই হায়বা হৈজদে।"

য়ুম্বুরেন হরাওদে, হায়রকই, "হুঁ, ভৈরবী খুদিংমক অহুম্না তৌনরিবনি।"

য়ুম্বুরেম্বীনা হায়রকই, "খুদিংমক? করম্না, মাতঙ্গিনী ভৈরবীবু ঐবু ইমিংনা উখিব্ৰত্ৰা?"

"উগ্রবস্থু কাউগ্রবনি।"

য়ুম্বুরেম্বীনা শাউহুনা খুম্নবই, "করিমত্তা কাউদ্রি। ঙসি

ফাওবা মঙ্গোন্দগী লুপা চাম্মা কংনিংঙাই কৈ,— তোন্দে হায়দুনা লায়না কৈথোকপা ঙম্মী। যোড়শীনা কনাগী মফমদস্থু ঠোক তৌদে. মীনম্মা য়াস্থ ঙাংদে।"

যুধিষ্ঠিরনা থোইদোক্লা পেন্দ্রদুনা হায়রকই, "নত্তে—যুধিষ্ঠিরনি।" অসি হায়রগা মহাক ফিদাদগী হৌগংগ্রে।

যুধিষ্ঠিরনবীনা মযানুপাদা হায়রকই, "ঐদি মাগী থৌজালদগী ইশুগী মশক উজবা ফংলিবনি খঞ্জরিবনি। নত্তে ইবুংঙো, মীনা ঙাংনিংবা ঙাংজসনু, মহাক ঠোক-ঠাকী লুপীদি নত্তে। অদুদি ঙইরগা মহাক চণ্ডীগী পূজা তৌবা তোকপ্রে তাবা খুদক অদুদা চিংনবা পোকখিবনি কমদোনি। অদু নংলমদ্রবদি কনাগী য়াদস্থু পাক ঙেক থাজগদবা নত্তে।"

যুধিষ্ঠিরনা থোঙজিন কাপ্পোকপদা মনা থাঙ্গংদুনা লেপ্লগা হায়রকই, "মাগী থৌজালদগী ইশু য়ংলে, অদুবু ইশুগী য়াইফনবা পূজা মহাকপু তৌবিয়ু হায়বা যাখিভ্রিবদু করিগীনো অমুক্তা কৌরগা ফংবা য়ারোইদ্রা?" অসি হায়রগা পাউথুম ঙাইরম্মা তৌদনা চংগ্রে।

নির্ম্মলচাংবা ঙোইরে, মতাকস্থু হৌগংলরে, হায়রকই, "যোড়শীদা কৈবা ইমাগী ভক্তি ঙসি ফাওবা খরমথৈদি কোক্তনা উই।"

"নত্তে ইবুংঙো, মীনম্মা রা করিগী ঙাংগনি, মাবু নিংশিংবমক্তদা কপ্লিবনি। মখোয় ময়াম অসিনা অমঙা ঙইরগা মাগী মায়োক্তা অমুক কন্না লেপ্লিবসি করিগীনো ঐ খনবদা লাম্মা ফংদে।"

নির্ম্মলনা নোককেং তৌহনা মুমুরেনগী কোচিহুগী মতুং ইমা হায়রকই, "অহুবু ইমা, মাগী মন্ত্র-তন্ত্রগী বিদ্যাগী রাকমহু খজিক্তা খন্থবিয়ু—"

মুমুরেনবীনা করিনো অমা হায়গে তেংরকপদা মীনাই চুপীনা থোঙজিল মকুমদা লেপ্লহনা হায়রকই, "কনানো নুপা অমা মমহাক-ইবুংঙোবু কৌবা লাক্লি— বাবুনা পাউ পীরু হায়রকই।"

নির্ম্মল মচিন-মখা তেংলগা মপান্দা থোরকপদা উরে, চৈরক অহুদা খুন্নংগী অয়াম্বা ভদ্রলোক তৌলম্মে, অহুগা সন্ধ্যা মতুংদা কমপদোরিবা সভা অহুগী মরমদা খন্নবা হৌগংগ্রে। শিরোমণি মহাশয়গী ওসি থাশিগী ব্রতনি, মহাক্না নির্ম্মলবু কৌশিল্লগা আশীর্ব্বাদ তৌরকই, অহুগা মমহাক-ইবুংঙোবু পাক হেক শক খঙবা ঙমলুদ্রে হায়রহনা মশাগী অহল ওইশিল্লকপবু দোষ তৌজরকই। উথোং ময়াদা লেপ্লিবা মুপা অহুনা নমস্কার তৌরগা খঙহল্লক্লে মতুদি, ভৈরবীনা ঙাইহৌরি, মহাক্না খন্নগদবা থোইদোকপা রা লৈ।

নির্ম্মল খঙহৌদনা য়াম্না ঈকাইরক্লে। মহাক্না মতুংদা হন্না য়েংলুত্রবসু মরেক শেংনা খঙবা ঙম্নকই, ময়াম্না খঙনিংবদা লাংতক-ননা মহাক্তী পাউথুম ঙাইহনা লৈরি। মসিগী লৈরোন মুংলো অয়োনবা নোকুবগী ঈচেল অমা চেল্লি, মহুনা মঙোন্দা ঈকাইবা পীররে, অতোপ্পা মতম ওইরম্লবদি মহুবু থোইদোক্না লায়না খৌশাদবা ঙম্নমন্নদবনি, অহুবু ওসি মহাক্তী থম্মোয়দা পাঙ্জল

থিবা কংখিজ্রে, করিগুম্বা মওংদস্থ মচিন কংহুনা হায়দোকপা শুমজ্রে, চংসি, ঐ চংকনি। থোইনোক্লুহুম ঈকাইহুনা নুপাহুদা হায়দোকপ্রে, "ঐ হৌজিক লাকপা ওম্নোই হায়না তম্মুচো।"

শিরোমণিনা কন চোংথোক্তুনা হায়রকই, "ম ওান্দা ন্না কংবনবা মতম খরা পীযু নথোয়না— করি হায়বগেমে?" অসি হায়রগা মহাক্না মমিংনা ইঙ্গিত তৌহুনা মরম চাদনা হাঃ হাঃ নোক্লকই। কনানা নোকপা অহুদা ফোংনা শক্লক য়াই, কনানা নোকমি নোকমিদমক তৌই।

নির্ম্মলনা পুম্নমক অহু থৌওইদনা ইমুংদা চংখিগে তৌরকপদা শিরোমণিনা কৌহুনা হায়রকই, "কায়যু, ইবুংঙোবু মাগী উকিল ওইনা লেপহনগদৌরিব্রা?"

নির্ম্মলনা চাকখংলক্লিবা অশাউববু নমথরগা ইতপ তপ্না হায়রকই, "কেশ শোক্লরবদি মহু তৌবা য়াই নিংই।"

শিরোমণিনা পাউখুম অসিগী আশা তৌরমদে, হাইফেং তৌফম খওদনা হায়রকই, "অহুবু হায়হৌরিবসিনি ইবুংঙো, উচিগা নত্তে কৈগা থেংনগদৌরিবনি— কেশ হাইকোর্ট য়ৌদনা তোক্লাই, মহু শেংনা খওউ।"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "কেশ কদায় য়ৌগদগে হায়বসিদি ঐনা খওফম থোকপা য়ানি শিরোমণি মহাশয়।"

শিরোমণিনা হায়রকই, "মহুদি মশানা তাবনি, মহু নহাকী শিনফম্রি, নহাক্না অমুক খওলোইদবা! অহুবু মহুগীস্থ চংগদবা খরচ য়াম্না লৈ, মহু কনানা পীগদৌরিবনো?" অসি হায়রগা

মহাক মচিন খুমহুনা মোক্লকই, অহুবু নোকপা অসিদা হন্দক্লি কনাস্থ য়াউশিল্লক্লে।"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "লৈত্ত্রবদি এবা পীগনি"

মহাক্কী পাউখুম তাবদা শিরোমণিদা নত্তে, লৈরিবা পুম্নমক চঙক্লত্রে। বাব মহাশয় মশামকস্থ তাথবা ঙগ্রক্লে, খোঙ্গেল বাক্লা হায়দোরক্লে, "নখোয়গী ফাগী-ফরাংগী মতম নত্তে নির্ম্মল, মক্ল ওইনা শিরোমণি মহাশয় অহনলনি অহুগা ঈকাই-খুম্নরিবা মীশক্লি— করেম্নবা নঙোন্দা পকচদে।"

নির্ম্মল তুম্মিন্না লৈ; শিবোমণিনা মপুক্লিং ফাথহুনা হাইকেংত নোক্লনবা হোংনরগা হায়রকই, "শেলদি পীরগনি, অহুবু মহু পীগদৌরিবগী মরম অমুক্তা তাবা য়ারোইদ্রা?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "মহুগী মবমদি শুপ্নগী মযাম্না ওংপিনৈবিবগীনি। না লৈক্ল লৈক্লবা মফমদা অমুক্তং থিগংপিরবদি পুন্সিদা এগী অসিগুম্বা পামজবা কয়া ইকোক খোংনা পুবগে হায়বা খঙবিগনি।"

কৌবা লাকপা মুপা অহু মতম অসি ফাওবা চংখিদ্রি; হায়রকই, "করম্বা মতমদা লাকপা ঙম্বিগনি হায়না মঙোন্দা খঙহজো হায়বগে?"

"এগী অশংবা মতমদা উন্নরগনি হায়বু।" অসি হায়রম্লগা মহাক ইমুংদা চংত্রে।

সন্ধ্যাদা জনার্দ্দন্না মাঙ্গোন্দা লেপতুনা নির্ম্মলবু কৌরগা হায়রকই, "মন্দিরদা ময়াম শুনা তীল্লে, নহাকপু মখোয়না কৌহল্লরে, করিগুম্বা চংকদবা লৈরবদি অমুক থিম্বরন্থ।"

নির্ম্মলনা মপান্দা থোরক্লগা হংলকই, "ঐ চৎলুবা দরকার ওই খনবিত্রা ?"

জনার্দ্দনা হায়রকই "কৌবা থারক্লিবা মখোয়না দরকার ওই তশেংনা খল্লি।" অসি হায়রম্লগা চৎল্লে।

সন্ধ্যা মতুংমক্তদা দেবীগী আরতি কৎপা হৌরকই। দেবীগী লেমজনফম ওইরবা পোং মথল কয়া মতমগী ঈরোম্নুংদা লুপল্লে, অহুবু মহাক্কী মোইবুং, শরিক, কাংসি, পুং, ঢোল, সহনাই অসিনচিংবা খোংনবা মৈয়নবা যন্ত্র কয়া থাইনদগী চৎনরকপা কাযদনা হৌজিক ফাওবা অহুম শিজিন্নরি। ময়াম অহু পুন্না মৈয়রক-খোংলকপগী মখোল নির্ম্মলনা ইমুংদা ফমহুনা তাই। আরতি লোইরগা পঞ্চায়েত ফম্বগী রা লৈ, মরম অহুনা শেংলবা মখোল ময়াম অহু লেপখিবগা মহাক ইমুংদগী থাত্রা তৌরক্লে। মন্দিরদা চংলকপদা উরে, মৈগী থোইদোকপা থৌরাং কৱিস্সু লৈতে, শুমাং ময়াইদা লৈরিবা নাট-মন্দির মমাংদা লাংলটেন অনিথক ময়াইদা থাল্লগা ময়াম ইরাং-লাংলি অমস্যুং মহুদা ময়াম্না ইকোই-কোইশিন্না লেপ্লহুনা রা তান্নবা মনা থাক্সংনরি। অমম্বা অহুদা নির্ম্মলবু কনানস্সু শক খঙল্লে, মহাক্না মী অনিগী লেংজুম কারক্তা মথুনিং কাংহুনা য়েংলকই, মকম অহুদা কনানো বাবু মানবা ভদ্রলোক অমনা মচিন লেংহুনা মথুং হাইহুনা কৱি কৱিনো হায়রি। কৱিমত্তা তাবা কংদে, অহুবু ময়ামগী ইরাং

উবদা মসিমখৈদি খঙলে, খোইদোক্লা তাবদা নুংঙাইরবা কনাবুনো নিন্দা তৌরি অমস্তুং চৈরি। নুপা অসিমক জমিদার জীবানন্দ চৌধুরীনি হায়বা মহাক্লা ভাবনা শাহনা লৌরে, মরম অহুনা ঙাংলিবা অহু ষোড়শীগী জীবন চরিত্তনি হায়বদস্তু চিংনিংঙাই ওইজ্রে। মীয়াম মরক্তা লিংশিন্দুনা চংবা মহাক পামদে, অহুম খোঙবী শৌহনা মখুনিং কাংহনা লেপ্লি। মিংকুপ খরদংগী মতুংদা খল্লকই, মতম অহু ফাওবা জীবানন্দ চৌধুরীনা মরু ওইবা রাফম পল্লি, ষোড়শীগী মমাগী রারী লিরি, তশেংনা পুম্নমক অহু তানরবা রাফম্লি। সাক্ষী তারাদাস লাপ্তুক্লা ফম্লি— অসিগুম্বী লমচৎ নাইদবী নুপীশিংগী মম্না চংপদগী লাইফম অসি অস্তুম অস্নম মোংশিল্লক্লি অমস্তুং লৈবাক 'পুম্বগী অমাংবা ওইরক্লি—

তুংদা খজিক্তুং থেংলকপদা হন্না য়েংথোকপদা উরে, অমঙ্গদা মফি জোন জোন ইনবা কনানো অমনা মপান্দা থোক্লবা ইঙ্গিত তৌরকই অমস্তুং মহাক্কী মতুং ইন্দুনা খোঙফম খরা থাংলবদা নির্ম্মলনা তশেংনা খঙবা ঙম্লে, চুং-ফিরাল চানা রা লবা লৈতেং য়াউদবা হকচাং অসি ষোড়শী নঙনা অতোপ্পা কনাস্তু নত্তে। মহাক থোঙ মপান্দা থোক্লগা মমাই লৈশিন্দুনা লেপ্লি অমস্তুং নোকফেং তৌরহুনা হায়জবগী খোঞ্জেলনা হায়রকই, "লেপ্তুনা অহু-অদা করি তাবিরম্লিবনো? কাপুরুষ কয়ামরুম তীম্নহুনা সহায়-উপায় লৈত্রবী নুপী অনিগী ফঙবা লমচৎ শাজিন্দুনা ঙাংনরি—মহুস্তু অমনা শিপ্রবনি, অমনা মশা য়াউদে। ঐগী য়ুমদা লেংলুসি, ফকির সাহেব ফমহৌই, অদোমগা শক খঙনহল্লগে।"

"মহাক কৈদৌঙৈ লাকপগে ?"

"কমানা খঙনি ! মুংথিলদা হনখিবদা থেংনৈ, ঐগী ঙমাংদা লেপ্ৰম্বা। হয়াঙবগী ঙমথৈ লৈরমদে, খুরুম্নগা ইমুংদা পুশিন্দুনা ফমহল্লি, ৱারী পুন্নমক মপুক্লিং চংনা তাবি "

"তারগা করি হায়বগে ?"

"মোকফেং তৌই। পুন্নমক খঙবা মাল্লি। অহুবু হোয় নির্ম্মলবাবু, ঐগী কেশ-লুংগী চংগদবা পুন্নমক অদোম্না পুবিগনি হায়বিথিত্রা ? মসিবু অচুম্বরা ?"

নির্ম্মলনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হোয় অচুম্বনি।"

"অহুবু করিগী পুবিগদৌরিবনো ?"

নির্ম্মলনা মিংকুপ অমরোম তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "অদোম্বু ঙংনৈ হায়বগী খনবনা ওইবা য়াই।"

"অহুবু অতৈদি করিস্থ খনবিদেদনকো ?" হায়রগ' যোভশীনা থিক থিক নোক্লগা হায়রকই, "লৈরসনু, ৱা খুদিংমকী পাউথুম পীদবা য়াদে হায়বা শাস্ত্রগী শাসন করিস্থ লৈতে। খোইদোক্লা তর্কনা থল্লবা শাস্ত্রদা—নত্রা ? লাকপিযু. ঐগী য়ুমদা চংলুখিসি।"

মহাক্কী থাংপোক্তা চংবদা ফকির সাহেব লৈরমত্রে। হায়রকই, "কদায়দা চংগ্রবগে কৌজিকমক হঞ্জিল্লকপা য়াই।" থাঙৈ মমথরক্লে, ঙানখংহল্লগা থারিবা ফিদা উংতুনা হায়রকই, "ফম্বিয়ু। চরাং-খোইরাংনবা, নিল-খোংবা মরক্তা ফম্মিনহুনা মিকুপ অমিদং ৱারী শাননবা মতম ফংদে। ফয়ে. কেশকী পোংলুম পুন্নমক লৌবিরে, অহুবু করিগুম্বা মাইথীবা থোক্লবদি মতম অহুদা পোংলুম

অহ্ কনানা লৌবিগদগে ? মতম অহুদা তুং হনবিখিরোইদনা ?"

নির্ম্মল পাউথুম পীবা ঙমদ্রে. মহাক্কী মনা ফাওবা ঙাংদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "ঐঙোন্দা মাইথীগদবা মওং অমত্তা উদে।"

"মহ্ ওইবা য়াই।" হায়রগা ষোড়শী মুংশুক-নু'ঙানবগুম তৌই, অহৃবু মিংকুপ্তনি। খঙহৌদনা ফিংনা হংলকই, "অঙাং কমদৌরিবগে নির্ম্মলবাবু ? কমদৌনা মাবু থাদোক্লুনা লাকপিরিবনো হায়বিয়ুদনা ? ঐদি ঙমজরোই।"

খঙহৌদনা হংলক্লিবা মরি লৈনদবা য়াহং অসি ত্তাবদা নির্ম্মল ঙকদ্রে। ষোড়শীনা অনি-অহুম্বক মঙক হাইরহুনা খোইকুম মোমোন তৌনা হায়রকই, "এনা করিগুম্বা হৈম ওইরম্লবদি মীগী কান্নবা তৌরিবা পুম্নমক অসি থিংলমগদবনি। অহুক ফবা মী নত্তে। —ঐচোন্দদি চালাক তৌবা য়ারোই—অহিং-মুংথিল অনিমক্তা ইনাক্লগী থাদোক্লনা থমগনি।"

ইঙ্গিত অস্মুক ময়েক শেংদ্রে মহুদি, নির্ম্মলগী থম্মোয়দা ঙকপা, কীবা অমদি হয়াওবনা অমুক্তদা মতম অমত্তদা ঈথক হৌরক্লে। অহুগা তম্নাং তশোয়রবা মতম অসিদা মহাক্কী মচিন্দগী হায়দোকদ্রে, "মনাক্তা অহুম থম্বা য়াত্রনে ষোড়শী ? মসি লিপুনগী হৌকম অহুদা মিংয়েং চংলুবা ঙমদে, ময়া অসি ঙসি ফাওবা নহাক খঙদ্রিত্রা ?

"করিগী খঙদনি।" হায়রগা ষোড়শী নোকই। খঙহৌদনা মপান্দা খোঞ্জেল অমা তাহুনা মঙক থাজংলগা হায়রকই, "মহাক লেঙলকক্লেদনা।"

"কমানো ? ফকির সাহেবনা ?"

"নত্তে, জমিদার বাবুনি। সভা কায়নরগা হন্নকপদা লম্বীদা ঐগী খাংপোক্তা থুয়া-উকুল খরগা অচুক তাহনবিরগনি হায়র পাউ থারকই। অচুনা মচু ওাহনবিবা লাকপিরিমাল্লে। মী য়াম্না লোয়নররূমগনি, গুপী অমগী য়ুমদা মত্তোমদা চংবা সাধু-পুরুষশিংগী মফমদা ফজদনা থোক্লম্বা য়াই। ভুংদা মিংচৎ থিগদ্র চিংনরমগনি।" অসি হায়রগা মহাক নোক্লকই।

থোদোক অচু নির্ম্মলগী মফমদা থাঙ্গেশেংনা মুংঙাইন থোক্তে। মহাক্না মুংঙাইতবা অমদি চিংনবনা পুন্দুনা হায়রকই. "রাফম অসি ঐঙোন্দা অদোম্না তাকপিদ্রিবা করিগীনো ?"

"ফজে ! অমুক্না নঙ অমুক্না অদোম ?" হায়রগা নোক্লুন হায়রকই, "কীনিংঙাই লৈত্তে, মহাক য়াম্না হৌন-খঙবা মীশক্লি ফুন-চৈনরোই। অচুদা নত্তনা শক খঙনবিবস্নু নত্তে— মচুস্নু কান্নবা অমনি।" হায়রগা মহাক্না থোঙজিল ময়া ফাওবা থোকপ্রগা তবাম্না ওক্লুনা হায়রকই, "লেংশিনবিরকউ— ঐগী খাংপোক অসি অমুক্না পবিত্র ওইরে।"

জীবানন্দনা থোঙজিন্দা মথোঙ থাংজিনরমক্তদা ঙক্লুনা চপ লেপ্লগা ঙাইহাক কোইয়েং য়েংলগা হায়রকই, "মহাক ? নির্ম্মলবাবু ওইরিবিনে ?"

ষোড়শীনা মাইথোং মকা লাম্না থুক্লকই, "মানি, অদোমগী মরুপিনা হায়না পরিচয় পীরবদি থোইনা হেক্লিনা হায়জিনবা ওইরোই খল্লি।"

## কুম্নিথোই

খল্লিবহৃ অৱানবা নত্তে, মুপা অসি ঙশেংনমক নির্ম্মল বসুনি হায়বা থঙলবদা জীবানন্দ অহানবদা ঙক্রপ তৌই, অদুবু কবিগুম্বা মওং অমদা মশাবু মিকুপ্পা ফাথনবগী শক্তি মাগী অঙকপনি। মহাক্না নোকফেং তৌনা হায়রকই, "য়াম্না নুংঙাইরে! মরূপ মত্তনদি কবি ওইগনি? মখোয়গী কুপাদগী হিংলিবনি, অদু নংলমগ্রবদি, ঐগী জমিদারী কাওবা ফংহন্নবা শিনথিখি, মহুদা চণ্ডীপড়গী শান্তিকুঞ্জগী মহুত্তা অস্ক কুইবসি আন্দামানগী মন্দির (জেল) অচৌবদা লৈরম্লগদবনি।"

নির্ম্মল হৌবদগী হৈনৱক্তে, অদুবু মশাগী লমচং নাইদবা ঈকাই-থঙদবা য়োকথংচদনা কাগী তৌবা অসিদা মশা শাগংলক্লে। মমাই ঙাংনা কবিনো অমা হায়গে তৌরকই, অদুবু ঙাংবা ফংদ্রে। ষোড়শীনা পাউথুম পীরকই, হায়রকই, "চৌধুরী মহাশয়, উকিল ব্যারিষ্টর অচৌবা মীনি হায়দুনা থাগংপসি মখোয়দমক ফংলগদ্রা? আন্দামানগুম্বা অচৌবা রাকম নত্তসনু, অদুবু পীকই হায়দুনম্ব লৈবাক অসিগী মন্দির (জেল) মচাশিং অসিস্থ থোইনা নুংঙাইবা মফম নত্তে—লাইরবীনি হায়দুনা ভৈরবীশিংদি থাগংপা খরমথৈ কাওবা ফংবা য়ারোইদ্রা?"

জীবানন্দনা তৌকম থঙদহুনা মচিন্দা থোকপা অমা ঙাংলকই। হায়রকই, "থাগংপা ফংবা য়াবা মতম ওইরবদি ফংগনি।"

ষোড়শীনা মোক্লনা হায়রকই, "মন্দির অসিদা লেপ্তুনা হৌজিক্তা ঙাংকক এমদি পীবিয়ু।"

জীবানন্দনা মসিগী করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদে। নির্মলদা য়েংহুনা হায়রকই, "অদোমগী ইকুবোক্তী মফমদগী অদোম লেংলকই তাজয়ে—মন্দিরদা উরগদ্রা আশা তৌবনি।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "মহু ঐগী ইরালনি চৌধুরী মহাশয়। মহাক লাক্লগবু য়াইফনবা খরবদবু করিগী য়াউরদনি, মীয়ামগী মতুংদা মঙক থাংগভূনা তাননবস্থ হোংনকই, অহুবু ঐনা উহুনা মথুং পায়হুনা চিংলকপনি। হায়রম্মী, লেংলসি নির্মলবাবু, ইমুংদা কমহুনা থোইদোক্লহুম বারী অমা অনি শাক্লসি।"

জীবানন্দনা মপুক্লিংগী মৈচাক ফাথরগা য়াব্রিবমখৈ অচম্বা খোম্মোক্লা হায়রকই, "অহু ওইরবদি ঐ চংলক্লনা অপনবা পিরেদনা।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অপনবা পীরবস্থু অদোমগী দোষ লৈজে —ইশামক্লা অদোম্বু কৌহঞ্জখিবনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহুবু ক'রিগীনো? য়ারী শাননবদগীদি ওইরিরোইনে?"

ষোড়শীমা নোক্লুমা হায়রকই, "নঙ্গেয়ে মহাশয়, নত্তে— থোইদোক্লহুম মহুগী ওম্ন-তৈনবনি। ঙসি অদোমগী মফমদা ঐনা য়াম্না ঙাংগনি।" মহাক্তী খোজেল অমদি য়াঙাংগী মওং-মতৌ উবদা নির্মল অমস্থং জীবানন্দ অনিমক ঙক্লুনা য়েংহুনা লৈ। ষোড়শীনা খঙহৌদনা হাইকেং শকফম হজিম্না হায়রকই, "হুঁ হুঁ, মফম অহুদা ঙসি কয়া করি তৌগ্রবগে হায়বিয়ুদনা? সজ্ঞা অমগী মরুম থুগ্ভুনা ময়াইদা লেপ্লগা সহায় লৈব্রবী মুপী অনিগী

কজদবা মিংচং শন্দোকপিক্লরি। মসিগী মরক্তা অমদি হিংবস্সু মঙ্গ্রে। মসিদু কনাগুম্বা মুপাগী মকমদা লেমজমিংঙাই ওইত্রা? অদুদা মন্তুনা, কয়ি কাম্নবগে হায়বিয়ুদনা? মুমিং অতুনা যুম অসিদা কম্নিঙৈদা হায়জপ্রবনি, অদোম্না ঐঙোন্দা পীবিবা য়াথং অদু ঐ ইজ্জগনি। অদোমস্সু অদোমগী য়াথং ময়েক শেংনা তাকপিরম্নবনি, ঐস্সু ঐনা য়াপ্রবা বা হিক্তোক্ত্রি। 'সি লৌবিরো মজ্জিরগী শো, অদুগা 'সি লৌবিরো হিসাব-খাতা।" অসি হায়রদুনা মাগী কিজিদা পুল্লিবা শো চবুল লৌখোক্লে, অদুগা শগাইদগী লং অঙাংবনা য়েংশিনবা অথাবা খাতা লৌথরগা জীবানন্দগী মখোঙ মরাদা থম্নগা হায়রকই, "ইমাগী অ'ববা লিক-কোন খরা, দলিল-পত্র অরৈবমখৈ উপুদগী কংবিগনি, অদুগা তৈরবীনা দায়িত্ব অমদি থৌদাং পুম্নমক্তগী থাদোকপগী ঐনা সহি তৌরবা চে অমগা কংবিগনি।"

জীবানন্দনা তশেংনা পাক হেক থাজবা ঙমদ্রমাল্লে, হায়রকই, "করিনো হায়রিবদু? অদুবু থাদোক্লিবদি কনাগী মফমদনো?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "মদুদা অইবা থেংনবিগনি।"

"মদু কয়িগুম্বা অচুম্বা ওইরবদি শোশিংসি মঙোন্দা পীক্রিবা করিগীনো?"

"মঙোনমক্তদা পীজয়িবনি।" কায়রগা ষোড়শী মচিন লেংদনা নোকফেং তৌরকই। অদুবু মীনোক অদুবু উবদা জীবানন্দ মাইথোং মকশিনপ্রে। মহাক্না ঙাইহাক তুম্মিনা লৈরগা চিংনবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অদুবু মসিদি ঐ লৌবা ঙম্মোই। খাতাদা

ইন্নিবা মমিংশিংহৃগা উপুদা য়াউরিবা পোংশিংহৃগা চান্নগনি, মহ্ন ঐনা কমদোনা থাজগদগে ? দরকার লৈরবদি নহাক্না ময়ামগী মফমদা শিন্নৌ।"

ষোড়শীনা মঙক হাইহৃনা হায়রকই, "মগী দরকার ওইদে। অহ্নবু চৌধুরী মহাশয়, অদোমগী মসিগী মরমস্ন লেংদবনি। লোংমা মিং-না উইশিন্দুনা মথুঙগী হু লৌহৃনা থকপদা থাজখিবা মহাক অহৃগী মপুক্তগী ঙসি মসিদং মিং উইশিন্দুনা লৌননবগী লিংজেল অদোমগী লৈফম পোকই। মীর থাজবগী অদোমগী শক্তি তংশেংনমক অহ্নক হন্স্ন হায়বা অসিদি ঐ কন্নিগুম্না মওংদস্ন থাজবা ঙম্নোই। সে পায়শিনবিরো।" হায়হৃনা মহাক্না খাতা অমস্নং শো চবুল লেবাক্তগী লৌখংলগা মওং অমদা নমহৃনা জীবানন্দগী মখুত্তা শিন্নরে, হায়রকই, "ঙসিদগী ঐ হিংলে। ঐগী কন্নিগুম্না পোংলুম অমত্তা কৈদৌঙেদস্ন লৌবি-খিত্রি, মসিমনং লৌদ্রবদি ধর্ম্ম লৈখা তারগনি। অহৃগী মথক্তা শিবগা কবি পাউথুম পীবিরুগদগে ?" হায়বগা নোক্না নোক্না হায়রকই, "লাইবক্লেনগী রাখলদদি তুম্না য়াবিদ্রে, মহৃ ঐ খঙই, অহৃবু কৌখিবদি হৌদ্রে, মতুংদদি খন্না খন্না খম্বিগদবনি, মসি হায়জহৌবিবসিনি।" মাগী মচিন্দা নোক্নবস্ন খোজেলদি রাইহ লোইশিল্লকপদা নৌথবকই। হায়রকই, "অহৃগা থৌদাং অমত্তংগা শিন্নজরমগ ন মহৃদি ঐগী লাইরবা নংলবা প্রজাশিংনি। ঐনা কনা শামজহৃনস্ন মখোয়বু ফহনবা ঙমদ্রে, অহৃবু অদোয়দি লায়না ঙস্বিগনি।" নির্ম্মলদা য়েংহৃনা হায়বকই, "ঐগী রাঙাং-শাঙাং তাবদা ঙক্লমগনি, নত্রনে নির্ম্মলবাবু ?"

নির্ম্মলনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "গুপ্নগী ঙকপদা নত্তে, ঐদি ভুত চুবগুল্লবনি। ভৈরবীগী ফম থাদোক্লুনা ইবেম্মনা চৈরক অসিদা থাদোক-চে সহি তৌবা ফাওবা লোইশিন্দুনা থম্বিরম্রে, রাফম অসি ঐঙোন্দা মরিক অমঙা ফাওবা খঙহবি-খিদেনা ?"

যোডশীনা নোকফেং তৌবা মাইথোংনা হায়রকই, "ঐগী রা অয়াম্বা অদোমদা খঙহন্দ্রি, অহুবু নোংমদি পূম্নমক খঙবিবকপা রাই। রাফম পুম্নমক খঙহনবা মীশক অহুদি সংসার অসিদা ঐগী ফকির সাহেব মতোমদনি।"

"পূম্নমক অসি মহাক্না হায়হনা তৌবিবা ওইরিনিনে ?"

যোডশীনা খুদক্তা খুম্নকই, '.চে্ন. ঙসি অয়ুক যাওবা করিস্নু খঙলমদে, অহুগা থাদোক-চে গাযবিবহু ঙবাং অদি' ঐনা ইবনি। থবক অসিদা ঐঙোন্দা লমজিং পীবিবম্লিবা মহাক অহুগী মমিংদংদি ঐহাক্না সংসারদা ময়ামগী মফমদা লোংলগনি।"

জীবানন্দনা ঙাইহাক তুম্মিন্না লেরুরবা মতুংদা খঙহোদনা মুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "যুম অসিদা কৌরগা ঐবু অচৌবা লীলা অমা শান্নরিব্রা খন্দবা ঙমদে যোডশী। মসিবু থাজবনা মবক্কিয়া চাবহুদগী হেন্না লুনা থোকই।"

অস্নুক কুইরবসিগী মতুংদা নির্ম্মলনা মঙোন্দা য়েংহুনা নোকফেং তৌরকই, হায়রকই, "অদোমদি গুপ্নগী খোঙকাপ খরদং থাংহুনা লাক্লগা কুম্মৈ য়েংবিররি, অহুবু ঐদি থবক-থানা যুম-কৈ থাদোক্লুনা কুম্মৈ অসি য়েংবা মাইল চানিপাল লাপ্না

চেল্লক্লিবনি। মসি করিগুম্বা অচুম্বা ওইববদি অদোমদি অদোমগী অপাম্বা থু·বিরবনি, অদুবু ঐগী লাইবক্তদি চাম্মদা চাম্মা মাংজরে। মসিবু কুম্মৈনি হায়সিরা করেম্নবনি হায়সিরা হায়রুম খঙদে।" হায়রগা নুপা অদুগী মাইথোংদা মুন্না য়েংলুবদা উরে, মহাক্কী মমিৎ অনিমক খঙহৌদনা মৈচাক্কী পোৎলুম্মা লুমথরম্লে। মহাক পাউথুম পীরক্তে, শুপ্নগী নোকফেৎ তৌনবা ফোংনরকপদনি।

নির্ম্মলনা ষোড়শীদা হংলকই, "পূম্নমক অসি ইবেম্মনা ফাগী তৌবদি নত্তেকো?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "নত্তে নির্ম্মলবাবু, ঐগী অমদি ইমাগী বদনাম লেবাক শিনখ্রে, মসিদবু ঐ ফাগী-ফরাং তৌবা চংখিগদ্রা? তশেং তশে·নমক চুটি লৌরবনি।"

নির্ম্মলনা হায়বক্তই, "অদু ওইরবদি যাম্না অরাবা নংহুনা থবক অসি তৌবা ওইরমগনি।"

ষোড়শী পাউথুম পীদে। নির্ম্মল মশামকম্তু ঙাইহাক চপ লেপ্লগা হায়রকই, "ঐ ইবেম্মবু কনবা লাকপনি, কনবম্তু ঙম্লম্বা যাই, অদুবু করিগী মদু তৌহল্লিবনো হাযবা ঐ খঙজরে। সম্পত্তিদি কনগনি, অদুবু বদনামগী ঈথক্তি মদুনা অহোইনদুম কনখৎলক্কনি, অদুগা মদু থিংননবগী শক্তি ঐগী লৈতে।" মহাক্না হাযরিবসি কনাদা লৌ থাংদুনা হাযরিবনো হায়বা লৈরিবা 'মখোয় পূম্নমক্না খঙই। অদুবু জীবানন্দ ভুম্মিন্না লৈত্রে, অদুগা ষোড়শী মশামকম্তু মদু য়ানিংদবা অমত্তা ফোংদোক্তে।

নির্ম্মলনা হংলকই, "অদু ঙইরবদি হৌজিক করি তৌগে নে প্লিরিবগে ?"

ষোডশীনা হায়রকই, "মদু কোম্না খঙহজ্রবরক্লগে।"

"কদায়দা লৈবিগদৌরিবনো ?"

"পাউ অসিস্থ কোম্না খঙহজ্রবকে।"

মপান্দগী কৌরকই, "ইমা!" ষোডশীনা মঙক থিন্দোক্লনা হায়রকই, "ভূতনাথ! লাও ইবুংঙো ইমুংদা পুশিল্লকউ।" মন্দিরগী মীনাইনা ঙসি খাওজাও অমা থন্না দেবীগী প্রসাদ মখল-মথেলগী উটৈ-রাটৈ অমস্তুং অহাও-অথুম পুরকই। ষোড়শীনা মদু লৌশিল্লগা জীবানন্দগী মাইথোংদা য়েংদুনা পুক্লিং মকা লাম্না নোকফেং তৌদুনা হায়বকই, "নুমিং অদুদা পুক থন্না পীজবা ঙমখিদে, অদুবু ঙসিদি মদুগী ইরাল অদু চুমথোক্লবদদা থাগনি।" নির্ম্মলদা য়েংদুনা হায়রকই, "অদুগা অদোমদি ইনাও নুপীগী মপুরোইবনি, মরি-মতানি— অদোম্বু পীজ-পীথক্লনা অস্থুম হলহনখিবদি চুমদে। ফজদবা রা কযা নৈনখ্রে, হৌজিক্তি অনিমক্লা চাননবা তৌবিরো। চিন চোংখিদনা হনবিগ্রবদি ঐ রাম্না নুংঙাইজহৌররোই।"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "পীবিবো।" অদুবু জীবানন্দনা য়ানিংদবা উৎতুনা হায়রকই, "ঐদি চাবা ঙম্লোই।"

"ঙম্বিরোইদবা ? অদুবু চাবিদবা য়ারোই।"

অদুম ওইনমক জীবানন্দনা মঙক হাইদুনা হায়রকই' "বত্তে।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অরেম্বদা ঙক হাইবিগনু চৌধুরী মহাশয়। পুল্লিদ্‌ অমুক কংলয়োইদবা থুদোং অহু করিগুম্বা থুংতা কংলবদা নাম্বোকহনগ্রবদি মতম অম্তুক শাংনা ভৈরবী ওইরক্লিবসি অরেম্বা ওইরগনি।" হায়রগা মহাক্না ঈশিং থিক্লুনা মখোয় অনিগী মমাংহু তৈথোক্লগা চৌ ও মনাদা প্রসাদ হাপথরগা পীজগদবগী কয়রে।

অহাও-অথুম অহু ঙসি চৌবানন্দনা য়োংশিনবা তশেংনা য়াত্রে হায়বা খঙবা ষোড়শীদা কুইনা চংদে। মহাক্না হায়রকই, "অহু ওইরবদি লৈজবসনু, মহু চাবিক্লরনু, উহৈ অনিদং চাখিয়ো।" অসি হায়হুনা মশামক্না মথুং লামহুনা উন্না অহু চিংথোক্লগা হায়রকই, "করি তৌববগে ঙসি? তশেংনমক লাম্বিদত্রা? লামত্রবদি নমহুনা চাশিল্লুবগী কায়দে। হকচাং মম্তুংদা লায়না চেল্লিবহু থল্লুবদদা ঐদি য়াদবা ঙমদে।"

নির্মল মপুক্লিং চংনা চায়ম্বদগী মমাই নোনখংলকই। খোজেল অসিগী অথুপ্পা ঈচেলনা মহাক্নী নাকোংদা শীংজানা য়ৈরবগুমত্রে, মহুনা মরম চাদনা য়াম্না থাপ্না লৈহোরবী হৈমবু নিংশিংহনত্রে। ষোড়শীগা মাগা কয়া নোক-খেম্মিয়খি, ঙসি অয়ুক্তগ্ন ষোড়শী অসিগী য়াদা অমদি ইঙ্গিত্তা মাগী মশা 'পুম্বদা অপাম-হুংশি ঈথক হৌখি, অহুবু খোজেল অসি মহু নত্তে। মাধুর্য্যগী অসিগুম্বা অথুপ্পা রসকী ঈচেলদি মহুক্না চেনখিদে? অথুম-অহাওগী অথুম্বা মহাক্নী মচিন্দা থানা অহুগা হৈনা ফক্না খোক্লুনা চাবগী হুংঙাইবা 'পুম্বা মিংকুপ্পা মাংখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা উরক্লহনা ষোড়শীনা ঙক্না হাঁয়রকই, "অদোমগী দশাস্থু অহ্ ওইরবোইয়ে নির্ম্মলবাবু, ইচা-চাবিত্রেনা ?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "অঙগমখৈ চাবা ইবেম্মনা হায়নত্রিরৈদা লোইজরে, হায়নবা ঙাইজদে।"

"চানবা ঙসি অহ্-ওইরবদি অহাওবা পীরক্রমাল্লে !"

"মহ্ ওইবস্বা য়াই, মতম অতৈদা করম্না পীরক্ষপগে মহুদি খঙজদে।" হায়রগা মহাক মখুৎ হাঁমগদবগী থৌরাং তৌই। মহাক্কী কা হেনবা লাংতক্লবহনা শুপ্নগী ষোডশীদা নত্তে, জীবানন্দগী মিৎয়েংস্থু চিংশিল্লি; অহবু মসিগীদমক্ক কমানস্থু অমুক্ক রা অমত্তা হোঁদোরক্কে। মশান্দা থোক্লনা ষোড়শীনা চিন তেংনবা ঈশিং পীরে অমস্থুং কা মতপ মখুত্তা পীরগা মহ্ য়ারবরা য়েংলগা চানমবা হায়জরকই, অহবু মশাগী নত্রগা মহাক্কী মরমদা করিগুম্বা রাহং অমত্তা হংদে।

নির্ম্মলনা হায়রকই, "অহ্ ওইরবদি ঐ হৌজিক চৎচরগে।"

"য়ুমদা কৈদোইঙ হনবিগদগে ?"

"ঐগী অমুক দরকার করিমত্তা লৈত্রে, হয়েংমক চৎপস্থু য়াই।"

"অঙাংদা হৈমদা ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরকই তম্বিয়ু।"

নির্ম্মলনা মিৎকুপমুক ভুম্মিম্না লৈদুগা হায়রকই, "ঐবু অমুক দরকার অমত্তা লৈত্রমাল্লেনে ?"

মশঙ্কক্স ঙাইহাক তুম্মিন লৈক্লরগা ষোড়শীনা হায়রকই, "অক্লক চাউথোকপা বাবু ঐনা হায়বা ঙমগত্রা নির্ম্মলবাবু ? অহদা মন্দিরগীদমক্তদি ঐনা করিগুম্বদস্থু অদোম্বু অরাব অমুক পীবা দরকার লৈরবা য়াই খল্লি।"

নির্ম্মলনা মাইথোং মকশিন্না নোক্নবা হোংনহ্নুনা হায়রকই, "ঐখোয়বু থুনা ক উথোকপিরোই হায়না আশা তৌবা য়াগদ্রা ?"

"কাউজরোই।"

নির্ম্মলনা নমস্কার তৌরগা হায়রকই, "ঐ চংচরে। করিগুম্বা অয়ুক্কী পাড়ৌদা চংখিবা তারবদি অমুক উনবগী মতম ফংগনি নিংদে। হৈমনা ইবেম্মবু য়াম্না লুনা নিংঙৈ, করিগুম্বা অহাংবা মতম ফংলবদি ময়ক মরক্তা পাউ পীবিরকউ।" হায়রম্লগা মহাক অমুক পাউথুম তাইক্নবা তৌদনা চংখ্রে। লোনমগী ইকাইবা অমশুং মৈচাক্না খোইদোক্না থুপচান্নবা মাগী থম্মোয়দা মৈ হৌঙ্গনা চাকখংলক্লে, অহুগা নিংবা কাংয়রবা য়ু-থকপনা। থাঙ থিংলবা য়ু য়োনফমদগী হল্লকপদা মশাবু ফাথজবগুম মহাক্না লম্বী লমশাংদা চংনা চংনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, 'ঐ হিংহোরবনি। মসিং তৌবীগী মীংহো লাংদগী নাম্হোরক্লুনা ঐগী হৈমবু অনুক ফংজরবনি।' রাহৈশিংসিদং হন্না হন্না শোন্দুনা মহাক্না মাগী চাক্লবা শোক্লবা থম্মোয়দা মসি প্রমাণ পীননবা হোংনরকই মহুদি, যোড়শীগী নুমগী থোঙ মহাক্কী মমাংমক্তদা পুন্সিগী ওইনা থিংখিবা অসি য়াম্না ফরবনি।

মিনিট অনি-অহুমগী মতুংদা জীবানন্দনা মপান্দা থোরকপদা উরে, অমম্বদা উংথাঙদা তান্নুনা যোড়শী তুম্মিন্না লেপ্লম্মী। মনাক্তা চংশিল্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নির্ম্মলবাবু চংখ্রব্রা ?"

রাহুং অসিগী পাউথুম পীবগী দরকার ওইদে, যোড়শী অহুম তুম্মিন্না লৈ।

জীবানন্দনা হায়রকই, "ভদ্রলোক অমুবু মুয়া খঙবা ঙমদে।"

ষোড়শী সোড়োক্লোমদা য়েংলি, মাইকৈ অদোমদা অহুম মিংয়েং থমহুনা হায়রকই, "মহুদা অদোমগী করি মাংবগে ?"

"ঐগী মাংবা ? নত্তে, করিম্থ মাংবা লৈতমাল্লে খল্লি, অহুবু নহাক্কীদি অমাংবা লৈরোইজ্রনে ? নঙদি মাবু মুয়া খঙবা ঙম্লবয়া ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "ঐগী দরকার অহুগী মখেদি করিগী খঙলোইদগে ?"

"অহু ওইরবদি কৈ।" হায়রগা মহাক ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা মতোমদা শোঙবগুম হায়রবই, "মাবু নিংশিংবিরবগী-দমক্তা কয়াদা থম্মোয় শোক্লা হায়জরম্মিবা, রাকং য়াবিত্রেদনা ?" হায়রগা মমাই নোনথংলকপদা অমম্বা অহুদা ফাওবা মখোয় অনি মিংকা মিংকা চানক্লরে।

ষোড়শী মিংয়েং হন্থদে, হায়রকই, "ঐনা মাবু খঙলিবা অহুগী তম্খায়দং ওইরবম্থ করিগুম্বা ঐবু খঙনবা হোংনরম্লবদি অম্রুক চাউবা হেঞ্জিনবা রাকং অসি ঐগী মাংদ. মহাক্লা মচিন্দা পনবা ফাওবা ঙমম্লোইদবনি। ঐগী কল্পনা, সুংঙাইবা রাখল পুম্নমক অহু মখোয়দগী ফংলিবনি। মখোয় থেংনরুবদগী ঐ ষোড়শী অহু অমুক ওইজ্রবজি। চণ্ডীগড়গী ভৈরবীগী ফম, ওইজবা ফংননবগী মীকানহুনা ময়াম্মা মুম্নবগী অরেপ্পা লৈত্রিবা, কলঙ্ক লৈবাক শিম্না শন্দোক্লুমা ফংননবা তাল্লিবা অহু ঙসি অমনবা ফিজোল হোংবগুম থাদোক্লুনা চংলগলি, অমা অসি কদায়দগী ফংলক্লিবনো খঙবিত্রা ? মহু মখম অহুদগীনি। সুপী ওইবীশিংগী মফমদা মসি কয়া চাউবা

ফাগীরো, কয়াদা তাং ওইরিবনো, য়াকম অসি মখোয়বু উবদগী থঙলক্লিবনি। অহুম ওইনমক মসিগী মরিক অমা ফাঙবা মহাক্লা থঙদে, করিগুম্বদসু থঙবা ঙমদবা য়াই।"

জীবানন্দনা চঙক্লনা য়েংহুনা লৈ, থঙহৌদনা মাইকৈ অদোমদা মিংয়েং তাক্লবদ। ষোড়শী মশাগী য়ৈথক অমদা য়া ঙাংখিবগীদমক ঊকাইহুনা তুম্মিন্না লৈরে। ঙাইহাক মবানি তুম্মিন তুম্মিন লৈমরবা তুংদা জীবানন্দনা তপ্না তপ্না য়া ঙাংলকই। হায়রকই, "য়া অমা হংনিংবদা ঐ য়াম্না ঊকাই, অদুবু করিগুম্বা হংলবদি নঙনা মহুগী পাউথুম পীগদ্রা অলকা ?"

জীবানন্দগী মচিন্দা পময়া অলকাগী মিং অসিনা ষোড়শীগী থ্বাইদগী অশোনবনি। ময়েক অহমগী তেম্লবা য়াহৈ অসিনা মঙোন্দা কন্নায়দা চৈথেং পীবগে, মহু থনবদা থোক্লে। মরু ওইবা থোইদোক্লা মহাকী য়াহং হংনিংবগী লাংতক্লবা মওং অসিনা ষোড়শীবু নোক্লিংহল্লে ; হায়রকই, "অদোম্না করিগুম্বা অঙকপা থবক অমা তৌবা ঙম্বি, অদুগী তুংদা ঐনা অমুক করিগুম্বা অহুগুম্বা অতোপ্পা অঙকপা থবক অমা তৌবা ঙমগদ্রা ঙম্লোইদ্রা, অদুক লুবা সত্য তৌননবগী শক্তি ঐগী লৈতে। অদুবু থবক অদু তৌবগী অদোমগী দরকার লৈতে—ঐ খঙজরে। অথীবা মিংচৎ ময়াম্না শন্দোকপিরে হায়হুনা মহু চুমহন্দবা য়াদে, মহুদি অর্থ য়াউদবনি। ঐ করিগীদমক্তসু কৈদোংঙৈদসু কনাগী মকমদা চঙজকম লৌম্লোই। ঐগী ইপুরোইবা লৈ, করিগুম্বা মীহৌবা য়াকেং অমত্তনা য়াকম অসি ঐ কাউথোকপা ঙম্লোই। অকীবা

ফংলবা বাহং অসিগীদমক ঈকাইবা পোকপিরিবা নত্রা চৌধুরী মহাশয় ?"

"নহাক্না ঐঙোন্দা চৌধুরী মহাশয় হায়রিবা কৰিগীনো ?"

"অহুদি করি হায়গদগে ? হুজুর ?"

"নত্তে ময়ায়া কৌনরিবা জীবানন্দবাবু।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "ফরে, মতুংদা অহুম্না কৌরগে ?"

জীবানন্দনা হায়রকই. "মতুংদা করিগীনো ? ঙসিমক কৌরোদনা ?"

ষোড়শীনা মসিগী পাউথুম অমত্তা পীদে। ইমুংদা থাউ॰ম মমথরক্লে। মহাক্না ইমুংদা চংলগা মহু ঙানখৎহল্লে। জীবানন্দনা হক্তিল্লরগা ফম্নবমক্তদা ষোড়শীনা ঙক্তুনা হায়রকই, "অহিং থেংলক্লে, য়ুমদা হনবিত্রিবোঃরে ? অদোমগী মীশিংদি কদায় ?"

"মখোয় ত্রৈনা চংহনগ্রে।"

"ইত্তোমদা চংপা কীবিরোইত্রা ?"

"কীদে, ঐগী পিস্তোল য়াউরি।"

"অহুদি অহু পায়হুনা য়ুমদা হনবিরো, ঐগী থবক য়াম্না লৈরি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "নঙগী থবক লৈরম্বা য়াই, অহুবু ঐগীদি লৈত্তে। ঐ হৌজিক চংখিরোই !"

ষোড়শীগী' মিংয়েং থারক্লে, অহুবু ইত্তপ ত্তপথনা হায়রকই, "অহিং থেংজিল্লক্লে অদোমগা চংমিন্নবা ঐ মী কৌগে, মখোয়বু য়ুম কাওবা থিলহনগে।"

জীবানন্দনা খঙলে, তাহ্ মঙোন্দা নুংঙাইতনা থোক্লে. মপুক্লিং নুংশিনা হায়রকই, "কনাবুম্ কৌরুহনা কাম্নদে, ঐ ইশানা চৎচরনি। ঐ চৎনিংঙি, ঐনা হায়বদি অসিদনি। নহাক তশেংনমক চঙীগড় থাদোক্নুনা চৎলগনা অলকা ?"

অমুকম্ মিং অহ্ ? জীবানন্দগী মাইথোংদা য়েংলুবদা মপুক্লিং লৈশা লাংবঙুম উই, মঙক নোমহ্না খঙহল্লকই মহ্দি, তশেংনমক মহাক চৎলগনি।

"কৈদৌঙৈ চৎকদগে ?"

"কনানা খঙগনি, হয়েংমক চৎপম্ য়াই।"

"হয়েং ? হয়েংমক চৎলবা য়াবা ?" হায়রগা জীবানন্দ তশেংনা চপ য়ু'না ফমহ্না লৈরে। কনা কুইনা লৈরবা তুংদা খঙহৌদনা নুংশা মগী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই ; "অঙকপনি ! মীওইবনা মশাগী মপুক্লিং খঙজবদা লাল্লবা ! নহাক কমদৌরগা চংখিগদগে মহ্যক থরায় থুবাক্তা হাপ্তু'না হোৎনরিবনি, অহুম ওইনমক নহাক চৎলগনি তাবদা মাংদা লৈরিবা তাইবংপান পুম্নসি লৈকংলাঙুমগে। নির্ম্মলবাবু অচৌবা মীনি, অগোবা ব্যারিষ্টরনি, মহাক নহাকী মাইকৈদা লেপ্লি—কেশ শোক্লরগনি, লান হৌরগনি-ঐনা মাই পাকনি. শেন্দোকুল শিংনন্বা য়োঙ্হোকখিবা লম অহ্গী দমক্তা অমুক কম্রিঙুম্বা ইয়াং অমত্তা লৈরয়োই—শেলগং ওইনা লুপা কয়াম্ থুক্তা লাক্লগনি, অহ্গা মহাক্তি ঐনা তৌ হায়বহ্দা তৌরগনি, মাইকৈ অসিদমক উই, অহ্বু অতোপ্পা মাইকৈ অমা লৈব্রি নহাক নশাবক্তা পুম্নমক থাদোক্নুনা বিদায় লৌরবদি

খৌদোক অহু করি ওইগদগে, লিলাহুগী পোলোই করিদা ওইরগদগে, মহু ঐ মওদা কাওবা থক্নে—করে অলকা, অন্নুয়া ওইবা মারোইত্রা ঐগুম্না নহাক্কন্থু কদায়দগে অয়ানবা মাউত্রে—নহাকন্থ্ মপুক্লিংগী বা নশানা কুপ্পা খওজদত্রা ?"

বাহৈশিং ফসি অন্নুবী মতিক নিংথিজত্রে অমম্নুং অন্নুয়া ইনৌ নৌই মহুদি, থওহৌদনা অওকপা পোকই, মসি জীবানন্দগী মচিন্দগী খোরকপনি হায়বদা। পাউথুম পীবদা ষোড়শী লকক ত্তৌই। মমৈথংনা হায়রকই, "ঐনা লেপ্লিবসি অমুক হোৎলরোই।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অওকপনি অওকপা ? নহাক্না মুপা অহুগা ঐনা মুপী ওইরগনা মতিক চাবনি, করে, মকম অহুদা নহাক কমদৌনা লেপ্পুগদগে ?"

ষোড়শীনা হামগুম অচম্বা খোম্হোক্লা হায়রকই, মসিগী মরমদা ঐ অলোমপা কল্লিগুম্বা মওংদস্থু থমবা ওমজরোই।"

জীবানন্দনা শাউহুনা হায়রকই, "নহাক্কি কল্লিস্থু ওম্লোই. নহাক্কি মুংনি। ঐ শম তৌরক্লবনি, ঐ অহল ওইরক্লবনি—নহাক্কী মকমদা ঐ হৌজিক থুং লোয়হুনা কপ্পা ওমগনি, নহাক খঙত্রা ?

ষোড়শীনা হায়রকই, "তাবিয়ু, অহিং য়াম্না থেংজিল্লক্লে, হৌজিক কাওবা ঐ আহ্নিক-পূজা লোইত্রি—"

পুরোহিতনা খৌদেম্বা অমম্নুং খোজিথাং মখোল তারক্লে; মহাক্না খৌওজিল মরাদা চংশিল্লক্লগা হাক্লরকই, "ইবেম্মা, ময়ামগী মমাংদা মন্দির থোও লোনশিল্লগা শোহু ঐনা তারাদাস ঠাকুরদা

শিরজয়রবনি। রায় মহাশয়, শিরোমণি—মখোয়স্ থেংনা লৈ।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "য়াম্না করে। নহাক ঙাইহাক্তা ঙাইখো ঐ সাগরখোয়রোমদা অমুক্তা য়োকুগে।" হায়রগা মহাক হৌগংলক্লে।

জীবানন্দনা মনা-মনিন নাইদনা হৌগংতুনা লেপ্লগা হায়রকই, "মসিগ্ মতম ওইরবদি নহাক্কা রায় মহাশয়দা পীখল্লুরো।"

ষোড়শীনা মকোক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে, উপুগী শো অত্তোপ্পা কনাগী মখুত্তা শিন্নবা ঐ থাজবা ঙমদে।"

"ঐদবু থাজত্রা?"

ষোড়শীনা মসিগী করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদনা য়ুমগী শো পুখোরক্লগা মপান্দা লেপ্লরে অমসুং জীবানন্দ থোরকপগা থোঙজাও থিংজিল্লগা মাগী মখোঙ ময়াদা কুপ্তুনা খুক্লগা পুরোহিতকী মতুং ইন্দুনা য়া ঙাংদনা চংখ্রে। জীবানন্দ মত্তোমত্তা অমম্বা অহুদা মাঙ্গোলদা ভূত চুবগুম চপ লেপ্লুনা লৈ।

## কুনহুমদোই

ব্যারিষ্টর সাহেব চংখ্রে, ষোড়শী চংখিগদৌরে—মন্দিরগী শোনচিংবা অহুগা অতৈ লৈরিবা মমল য়াম্লবা পোৎ-চৈ পুম্নমক লৌশিল্লে, অসিনচিংবা পাউ শন্দোকপদা করিমত্তা থিজ্জদে। শিরোমণি হরাওবনা থুমহংতুনা ককঙাওননা রায় মহাশয়গী য়ুমদা থুংলম্লে।

নির্ম্মল চংলমদায়গী বিদায়গী মতাং অদু থোইদোক্না ফজনা থোকখিদে। মপুক্কিংদা অসিগুম্বা রাখলশিংসি খল্লুবদা জনার্দ্দনগী মাইথোংদা চীংলেম্বা শক্তোন লৌবা ওইরম্বা য়াই। অদুবু মাইকৈ অদুদা য়েংশিল্লুনবগী ফিভম শিরোমণিগী ওইদে, মহাক্না আশীর্ব্বাদ তৌবগী মওংদা মখুং য়েং থাঙ্গংডুনা পীরাং থাংবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "পুন্সি-মু শাংবা পীনবিসনু ইনাও, সংসারদা খোঙ-দারহুনা মবুক্কিদি লেজবে হায়বা য়াদ !"

জনার্দ্দননা মনাহ নোনখংলক্লগা হায়রকই, "করি তৌরবগে ?"

শিরোমণিনা হায়রকই, "করি তৌরবগে ! পাঙ কাদবনা খুঙ্গং তরাদা চিথহোব। যাড়বিব্রা ? লুপীমচ ২ শে-লুং অরেবমখৈ পীথোক্লমহুনা চংখিগদোরেনে। খুম্মু, ভাদ্রব্রনে ?"

অযুক্তগী যমহুনা থা অসিগী শে-দায়গী লুপা খরা কোকপিনবা হায়জ-নাঙ্গহুনা ভদ্রলোক অমা নৈরি, মহাক্না হায়রকই, "বেশ ! থোম্বুরেন্না খওদ্রগ। মশানা খঙ্গনব্রা ? পূর্ন্নক অসি কনানা শিল্লিবনো শিরোমণি মহাশয়, পূর্ন্নমক শশি রায় মহাশয়নাব।"

শিরোমণিনা ফম্লগা হায়রকই, "অদুবু মক ওইবা শোদি জমিদারগী মথুঙা তাক্ত্রে হায়না তাহ, চুমব্রা ? মাদি মহাপাকাগী য়ু-থকপনি—যেংঙোই ভাযা, মমৈথংদা কমাগী ডপুদগী সনা লুপা ওক্তবা অদুগী ডপুদা চংখিবা য়াই। পাপকা ভমখৈ শমুক নৈররোই।"

অস্থম অস্থম শমনম লাঙুনা খুঙ্গংগী মী অয়াম্বা খুংলরে। জমিদারগী মথুঙগী শো থিঙ্গদনা লৌথোকপা চুম্মী হায়না

লেপ্লরে। থেংথববদি মুংখিল তুম্বদগী হৌগংলগা হুজুর যুথকপা হোখিগনি, মহাক যু ঙাওদ্রিইঙগী মমাংদা মহু খুং চনশিনহৌবা ফৈ। মহু মাগী মগুণ্ডা তাখিবগী মরমদা জনার্দ্দনগী মশাগী মরাল খরা লৈখিবা অচুগা খঙ্বা হবা রাংখিবদগীনি হায়বা মশানা য়াংজরগা হায়রকই, "পুম্নমক শিন্দুনা থম্মনি, খঙহৌদনা মহাক্না চেরক অসিদা শো মথুং চনশিনখিগনি হায়বা অহুদি খল্লুদে। হৌজিক শং হেক পীরক্লবদি ফে। নুমিং তরানিগী মতুংদদি ওস্থা হয়্যোরকপা যাই, কদায় উপুদদ বরিস্মু য়াউদেনা! অহল্ল হৈরায় পুম্নমক্লা খঙই, ভাই, যোডশীন। ফনা অমা অমা লোবনস্ম ইমাগী সম্পত্তিদি থক হবোই—পৈশা অমা ফাঙবা লৌথোকোন।"

হুমারবসি মযাম্না য়ানরে। বযামনা অস্থুম্ম থবৈ, মসিগী শবক্তদি হায়গাহুনা হেন্না ফে।

বাবু আসি মতম চানা অমসুং ময়াম পুন্না জমিদারগী শান্তিকুঞ্জদা খুমরে, জমিদার মতমহুদা মপালগী কাদা লৈরম্মী। যুগা লিক্লি অমসুং গ্রাসকী মঙ্গলা জমিদারগী থাব-থারবা থাক্তা মাংদা থানি মচি অমদা ফমহনা মহাক্কী লোক্মনা প্রফুল্লচন্দ্র হবর পারি, মহাক্না ময়ামদা ইকাই-খুম্নবা উংজুনা ফমহল্লে।

শিরোমণিনা খ্বাইগী মাংদা রা ঙাংই অমসুং খ্বাইদগী অকোনবদা অনুতাপ তৌই। মতাং অসিদসু মহাক্না রা ঙাংলকই। হায়রকই, "হুজুর চেপ্পদা অকায়বা থোক্কদ্রা থন্দুনা খরা থেংনা লাকচরবনি, এখোয় মম্নাম্না—"

জীবানন্দনা খাত্তাশিংহু মাইকৈ অমদা ইপ্পোক্তুনা খল্লগা মোক্তুনা হায়রকই, "খেংনা লাক্রুবস্তু হুজুর তুম্বা কায়রোই শিরোমণি মহাশয়, ময়মদি নুংখিলদা মহাক তুমদে।"

"অদুবু ঐখোয়না তাজবদি হুজুর—"

"তাবিত্রা ? ময়াম্না চুমদবা পাউ কয়া তাবি, অদুগা মীনম্বা রা কয়া ঙাংবি। ঐগী মরিদা ভৈরবীগী রাকম অদুগুম্বা—"

হায়রগা রা ঙাংবনা নোক্লকই, অদুবু তারিবা কাংবুদি তৌকম খঙত্রদুনা মমাই ঙাংপ্রে। জীবানন্দনা হায়রকই, "অদুবু করিগীদমক ময়াম পুন্দুনা লাকপিরিবনো, মদুগী মরম তারসি ?"

জনার্দ্দন রায়না মশাবু খরমখৈ কাথজরে, মপুক্লিংদা হায়জরকই, অম্বুক কীরিবা করিগীনো ? ফোংনা হায়রকই, "মন্দিরগা মরি লৈনবা ইরাং অম্বুক লায়রা নেমখিগনি হায়বা আশা তৌরমদে। নির্ম্মলনা পন ঙাক্তুনা লেপ্লম্বা মওং অদুদা—"

জীবানন্দনা হায়রকই, "মহাক কমদৌদুনা পন খাদোক-খ্রিবনো ?"

করেম্নবা অসি জনার্দ্দন তাব তাই, অদুবু শিরোমণিনা রাকম অদু নাম্পোকহল্লে, হয়াওনা নাপল কানা হায়রকই, "পুম্নমক ইমাগী অপাম্বগী মথা পোনবনি হুজুর, খাদোকপা তাবনি। মানা পাপকী পোংলুম পুবা অমুক ঙম্রক্রুবননি।"

জীবানন্দনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "মদুমক তৌরবনি।" অদুগী মথাদি ?"

শিরোমণিনা হায়রকই, "অদুবু পাপতি কোক্লে, হৌজিক

—হায়রে'দনা জনার্দ্দন, হুজুরদা পুম্মক হাব য়ানবা হায়রোদ্রা ?" অসি হায়রগা মহাক্না ঙায় মহাশয়দা মথুংদা ইল্লকই

জনার্দ্দনা চত্তকুনা হায়রকই, "মখিম্নগী শোদি থ্রৈখোম্না লেপ্লুনা লৈখিৎউদা তারাদাস ঠাকুরদা পীরম্মী। ঙসি মহাক্না ইমাগী থোঙ হাংই, অহুবু উপুগী শোদি যোড়পীনা হুজুরগী থুঙ্গা শিনরম্মী হায়না তাই।"

জীবানন্দনা মঙক মোমতুনা হায়রকই, "মহু চুম্মী। জমা-খরচকী খাতাম্বু অমখক পীরম্মী।"

শিরোমণিনা হায়রকই, "হুপীমচা হৌজিক কাওবা লৈরি, অহুবু কৈদৌঙৈ কদায়দা চংখিগদগে মহুদি হায়বা ঙনদে।"

জীবানন্দনা মিংকুপমুক অহল অহুগী মাইথোংদা য়েংলগা হংলকই, "অহুবু মহুগীদমক অহুক খিঙ্গংশিরিবা করিগীনো ?"

পাউখুমগীদমক্তা মহাক্না জনার্দ্দনদা য়েংলকই। জনার্দ্দনা মথৌনা হংলতুনা হায়রকই, "দলিল, মমল য়াম্বা পোৎ কয়া থেবীগী লিক-কোলনচিংবা অরৈবা পুম্মক থুঙ্গংগী অহল-লমনশিংনা মশাক থগুই। শিরোমণিনা তাকপিরি মহুদি, যোড়শী লৈরিউদা পুম্মক অহু চাশিনহুনা য়েংথোকপা কৈ। করিগুম্বা—"

"করিগুম্বা লৈরমদনম্বু য়াই ? মসি মত্রা ? অহুবু লৈরমত্রবদি ময়াম্না কমদৌনা লৌথংগা য়াগদগে ?"

জনার্দ্দন পাক হেক পাউখুম পীবা ঙমত্রে, মমৈথংদা হায়রকই, "অহু খঙজিনহৌবদি কৈ হুজুর!"

"অহুবু ঙসিদি ঐ মতম শংল্লে রায় মহাশয়।"

জনার্দন মপুক্লিং লাংতক্লরক্লে, চাউরাক্লা অসিগুম্বা মওংদা তাররগা মখোয় লাক্লিবনি! শিরোমণিনা ফিংনা হায়রকই, "শোহু জনার্দন ভায়াগী মখুত্তা পীবিরবদি ঙসিমক সন্ধ্যা মথাংদা ঐখোয়না পুম্নমক চাশিনবা ঙমগনি। হুজুরগী করিগুম্বা দায়িত্ব অমতা অমুক লৈররোই—করি করি লৈরিবগে লৈতবগে হায়বা মহাক চেনখিত্রিংঙদা পুম্নমক থওবা ঙমহৌগনি। করি হায়বগে ভায়া? করি হায়রিবগেনে নখোয়না? চুমত্রনে?"

ময়ামা প্রস্তাব অসি চুম্মী হায়না কোংদোক্লরকই, মখুত্তা শো লৈরিবা মহাক অহুনদি ফোংদোক্লক্লে। মহাক্লা গুপ্নগী নোকফেং তৌহুনা হায়রকই, "করিগী ফিঙ্গংপিবিবনো শিরোমণি মহাশয়, করিগুম্বা থরা মাংহন-তাহন্নবস্ত চাকনিবী অহুগী মকমদগী অমুক লোৎখংনিঙাই লৈরোই। ময়াম ঙসিদি লেংরিরেবা, ঐগী অশংবা মুমিত্তা চাশিনহনা য়েংমনবা ময়াম পুম্নমক্তা ঐ পাউ পীজরক্লে।"

লাংদা থুক্লে হায়বা উবদা ময়াম পুম্নমক মপুক্লিংদা মীপাইমরক্লে। রায় মহাশয়না হৌগংলগা হায়রকই, "অহুবু দায়িত্ব অমদি—"

জীবানন্দনা খুদক্তা মঙক নোংমহনা থুম্নকই, "মহুদি অচুম্বা বানি রায় মহাশয়। দায়িত্ব অমদি ঐনা লৌরেদনা কমদৌনি।"

ইমুংদগী থোরকপগা শিরোমণিনা জনার্দনগী মথা পায়হনা হায়রকই, "উরেদনা ভায়া, মু-থকপা অসিগী মপুক্লিং থওবা

লুই। ওকবা অসিনা য়া ভাংবস্থ কয়েম-কথাইনৈ। য়ুবা খুম্নবজি কুইনা হিংলয়রোই।"

জনার্দ্দনা অঙ্গুম্না হায়রকই, "ও। কীরবা মতুমক থোক্লে।"

শিরোমণিনা হায়রকই, "হন্দক্কি পুম্নমক সনা শাবগী হুকান য়ৌগ্রগনি। ভৈরবীনা চংলদাইদা চপ-চানা লাক্নয়ে।"

সুপা অমনা হায়রকই, "হুজুরন। শো অমুক পীরক্রে।"

শিরোমণিনা শাউরংননা হায়রকই, "অমুক! হন্দক অমুক তাম্লুরবদি থয়াং ফাক্লনা যু হৈজিন্নক্লবা অহৃদনা থাদোরক্কনি।" য়া অসি হায়দোকলুবগা মশা পুন্না তু চুংলক্লে।

ইমুংদা জীবানন্দ হাংহুনা লৈরিবা থোঙ লোমদা তরংদা যেংহুনা চপ যুংনা ফম্লি; প্রফুল্লনা হায়রকই, "দাদা, অনৌবা য়াথোক অমদা অমুক ইশাবু পুনশিনবিরিবা কম্নিগীনো, শো মথোয়দা কোক পীথোকাখবনা ফবনি।"

জীবানন্দনা মাগী মিংয়েং লৈশিন্নক্লগা হায়রকই, "ফয়রাইনে প্রফুল্ল, য়ারবদি পীখিগদবনি। তুংদা খুদোংথীবা অসি থোক্লকনি হায়হুনা মহাক্না ওয়াং অহিং এঙোন্দা শো শিনরকপনি।"

প্রফুল্লনা মপুক্লিংদা তশেংনা থাজবা ওমত্রমাম্রে, হংলকই, "উপুদা করি য়াউবগে?"

জীবানন্দনা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "করি য়াউবগে? ওসি অযুক মহু ঐনা খাতহু পাহুনা য়েংলে। সনা লুপা, হীরা, পান্না (মরকত মণি), মুক্তাগী মালা, সনাগী লোহুপ, মওং কয়াগী লিক, দলিল খরা, অহু মওনা সনা-লুপাগী কোল-লিকমু য়ামদবা

নত্তে। মতম করা চংনা নৈপিল্লক্কুনা পিক্রবা চণ্ডীপড়ুগী দেবীগী সম্পত্তি অমুক য়াম্না লৈরক্লিবনো হায়বা ঐ খনবদা লাম্বা কংবে। হুয়ান-চিপ্পি কীবদগী ভৈরবী শংনা কনাদম্ভু ভাকথোক্লমদবা য়াই।”

প্রফুল্লনা চিংননা, হংলকই, “শায়খিন্নিবহু কনিনো? মহুগী শো দাদাদা লৈত্রা? অমত্তা পোকপা ভোমশোক হিংচাবগী মথুক্তা?”

জীবানন্দ শাউদে, হায়রকই, “ভায়রিবহু থোইনা লানবা নত্তে ভাই, শেল অহুক য়াম্না লৈয়মগনি হায়বা ঐ ইশামকম্ভু থাজ-রমদে।” ভাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, “অতুম ওইনমক, মসিদি ঐ পামদবনি প্রফুল্ল। জনার্দন য়ায়দা পীখিনবা হয়া হয়া হায়বদা মহাক্না য়াদহুনা ঐগী থুক্তা শিন্নরকপনি।”

প্রফুল্লনা ভাইহাক তুম্মিন্না লৈক্লরগা হংলকই, “মসিগী মরমদি?”

জীবানন্দনা হায়রকই, “বদনাম অসিগী মথক্তা হুরানবগী কলঙ্ক শকহনবা মহাক থাংভস্রোই হায়না মহাক্না খল্লম্বা য়াই। মখোয়সিবু মহাক্না মশক খঙলবনি।”

প্রফুল্লনা হায়রকই, “অহুবু দাদাবু মহাক্না খঙবা ঙমদে।”

জীবানন্দ নোকই, অহুবু মীনোক অসিদা মুংভাইবা চেন্দে: হায়রকই, “দোষ অহু মাগীনি, ঐগী নত্তে। মাগী মকমদা ঐগী ইয়াল মাইকৈ করাদগী লৈহুনম্ভু ঐবু খঙবা ঙমদবগী মরমদি হৌবদগী লোইবা কাওবা ঐনা মোংমতম্ভু লোংচখিল্লি, অহুবু অঙকপনি পৃথিবী অসি, অহুনা হেন্না ঙকপদি মীওইবগী পুক্নিংনি!

কবিদগী তাংশংনা করি ওইখি, কবিস্ত হাংগবা ভঙ্গী পাংদ্রে লৈতে। অসিগী মরক্ত করিনো খঙবা ভয়া. মাংগী মপুঙগী হৌরকিয়া মিং উইশিন্দুনা থকখিবগী রাবী নঙোন্দা তুমখ্রে. মসিনা মাগী তর্ক পুম্নমক্কী অরোইবা তর্গনি. থাজবা পুন্সগী অথোইবা থাজবনি। থজবু অহিং অহুদা মহু নঙুনা অত্তে থা উপায অমা লৈখিদে, মাইকৈ অমদা কংলে শিদোই, মাংকে অমদা কংলে শিদোই, মহু নঙনা কদায়দস্ত ছন্না যেংলুনরস্ত লঙ্গী লৈবমদে—পুম্নমক অসে খোড়শীনা তশেংনা কাউথোকখে শুপ্নগী রাক্ষম অমত্তমক মানী থগ্মোযদা অকাউবা লৈতি. মথরায ফাওবা ঠিংনবা লৈতনা ইপুঙা শিনখি, মাবু অমুক কনুদানা থাজরোইদগে? অহুনা থরৈব। পুম্নমক মমিং উইশিন্দনা ঐহুঙোন্দা থোংহ্নাবক্রিবনি। প্রফুল্ল, সংসারগী খ্বাইদগী চংলাক লৈবা মী ফাওবা মবক মবক্তা শিবা যানা অকাউ পৈব চল্লি. অহু নংনমদ্রবদি সংসার অসি তংশংনমক তমথীরবা মরুভূমি ওইরমগদবনি, কদাযদস্ত বসকী মনিল ফাওবা তুংশিনবা মফম লৈরগ্রোইদবনি ”

প্রফুল্লনা মঙক নোংমহুনা হায়রকই, “ থাইদোক্লা অচম্বা বানি দাদা। অস্তুম তৌনা থিন্দনা খাতা অহু মৈ থাদোকথ্রগ জাবাদাস বাবুব কৌরগা ধনকা তৌবিয়ু—পৈশিল্লিবা মোহবশিংত্ত করিগুম্বা সোলোমোন সাহেবকী শেন্দোল শিংদোকখিবা য়ারবদি শুপ্নগী রসকী মনিলদা নত্তে, ফুইনা চুথবক্তদোরিবনি।”

জীবানন্দনা হায়রকই, “প্রফুল্ল, মহুগীদমক নঙবু অস্তুক চাল্লিবনি।”

প্রফুল্লনা মখুৎ লোম্নহনা হায়রকই, "চানবিবা অসি হন্দক্তি খরা হঙ্খহনবিবা তারে দাদা। দাদাগী রসকী ঈচৈলহ্ অথকপ' লৈতসন্নু, অদুবু চাকলেম চাবদা মীনাই অসিগী ঙক ফাওব উকং ওনশিল্লক্লে। হন্দক্তি অনুস্তং মপান্দা থোক্কুনা চরা থিবা চৎলুগে। হয়েং-হংচিং ঐ বিদায় লৌজরগনি।"

জীবানন্দনা নোক্কুনা হায়রকই, "অংংংা লৌরগত্রা ? অদুবু হন্দক্তা থানা কয়ারক লৌরবগে প্রফুল্ল ?"

"মরিরক।" অসি হাযরগা মহাক মশামকন্থু নোক্লগা হায়রকই, "ঈশ্বরনা চিন পানবিরকপনি ; মহুনা অচৌবা মীগী প্রসাদ ফংলকপা নুমিং মশীং য়ামগ্রে, ওইদবা রা অিদং ফাওবা করিগুম্বা মরক মরক্তা পুথোকপা ঙমত্রবদি মা জাত তাগনি। অদুম ওইনমক মরালস্থু লৈতে দাদা। মতম শা না দাদাগী পোংপু করিগুম্বদা বাংই করিগুম্বদনা নেশ্মী হায়জিন্দুনা হকচাং অসিগী শব্দ-তোংশা চাউখংহল্লকপনি, অচুম্বা মওংগী ঈ হায়বহু মরিক অমত্তা পক্রুবনি। ঙসি থবক অমা তৌরগে থল্লি। সন্ধ্যাগী অমম্বদা লোৎভুমা শং চৎলগা ভৈরবী চৌরানীগী-থুয়া-উফুল থরা হেক্ত লৌক্রুবগে। দাদাগী অফবা ফত্তবা পোং য়াম্না ঙসি ফাওবদা য়োংশিনগ্রে, মহু তৌক্লত্রবদি ভুয়োইদৌবি, পূক য়োং ওল্লক্লবনি।"

জীবানন্দনা নোক্লনবা হোৎনরগা হায়রকই, "ঙসি ককঙাওনবা থরমথৈ হেক্লেদনা প্রফুল্ল।"

প্রফুল্লনা অমুক্তা মখুৎ লোম্নহনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি

কাপ্পখো দাদা, বা অসি লোইশিঙগে। প্রাইভেট সেক্রেটরীগী পেন্সিলনি হায়রুনা হুমিং অদুদা উইলদা লুপা লিশিং মঙা পীবিনবা ইখিবগী মথক্তা চানবিরুনা কলম্মা শং চিংশিন্দুনা থম্বিগ্রো—চণ্ডীগী শেলদু ফংবদা দাদাগী অরাংপা লৈরম্রোই, অদুবু ঐঙোন্দা দান তৌবিরুনা লুপা মম্মামদু অমুক মাংহনবিরুগনু।"

"অদু ওইরবদি হন্দক্তি ঐবু নহাক্তা তশেং তশেংনা থাদোক্লগদ্রা?"

প্রফুল্লনা হায়গুম মখুং লোয়রুনা হায়রকই, "আশীর্বাদ তৌবিয়ু, অফবা য়াখল অসি তুং কোইনা লৈননবা।"

জীবানন্দ ভুম্মিম্না লৈ।

প্রফুল্লনা হংলকই, "মহাক কৈদোংদা চংপিখিগদোরিবনো?"

"থঙদে।"

"কদায়দা চংপিখিগদোরিবনো মহাকপু?"

মচম্ভু থঙদে?"

প্রফুল্লনা হায়রকই, "থঙলুবগীম্ভ কিরিগুম্মা কান্নবা অমত্তা লৈতে দাদা।" থঙহোদনা মহাকী মাইথোং মকশিনগ্রে, হায়রকই, "অঙকপনি! নুপী নত্তে, তশেংনা নুপা ওইগদবমক্তি। অন্দিরদা লেপ্পনা নুমিংতুদা কনা কুইনা য়েংই, খোঙদগী তোন ক্নাওবা তশেংক্না নুংনা শাবগুম উই। ওগায়রুনা কুপহনবা য়াগনি, অদুবু মৈদা শোইদোক্লহন্দুনা অপাম্বা মওংদা শাদোকপা য়াগবা পোংশক্তি মহাক নত্তে। ওম্বিরবদি অপাম্বা অদু থাদোকপিয়ু।"

জীবানন্দনা অযাম্বা শকক কবেম্নবগী মওংদা হংলকই, "অহু ওইরবদি প্রফুল্ল, হন্দক্তি তশেংনক চংলনিদনা ?"

প্রফুল্লনা নোম্লক্না পাউগুম পীরকই, "গুরুজনগী থাজবা দকী শক্তি লৈরবদি নিজবা কবিগী থুংদনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অদু ওইবা য়াই। অদুবু করি তৌগে লেপ্লিবগে ?"

প্রফুল্লনা হায়রকই, "অপাম্বদি দাদাগী মফমদা ফোংদোকচরে। অহানবদা চবা ভাম্নবা হায়া হোংনগনি।"

জীবানন্দনা মিংকুপ খরা ঙম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "যোডশী তশেংনা চংঙ্গ্রগনি, নঙ থাজব্রা ?"

প্রফুল্লনা হায়রকই, "থাজৈ। মহাগী মরমদি সংসংবদা ম পুম্নমক প্রফুল্ল নত্তে। লুংঙাইববা রা অমা দাদা, পাউ অমা দাদাদা তমগদবা কাউথোকল্লুরে। ঙরাং অহিং তুবেল মপান্দা কোই-থোকল্লুই, খঙহৌদনা ফকির সাহেব থেংনৈ। দাদানা নোংমা মাগী খোংনাং বটতা খুন্নুঙ্গ্রং শিকংর তৌরুবদা থিংখিবা— নোংমৈ মুনখিবা মহাক অদুনি। চালাক তৌদুনা হৈ-শিংনা রাহং হংই. থাগৎ রাহৈনা হরাঙহন্দনা নবিগুম্বা অফবা মওংগী হিদাক অমত্তং লৌবা ঙম্নবদি দাদানু লাযেংহুনা শেল তানগে খল্লম্মী। অদুবু মহাক চালাক য়াম্না লৈ, মাইকৈ অসোয়্বদা পুশিনবা ঙমখিদে।" অম্মুম ঙাংন-শক্নবদগী মহাক ভৈববী উম্নবা লাইপনি, হৌজিক হল্লিবনি হায়বা খঙলকই। ভৈরবী পুম্নমক থাদোক্লুনা চৎলগনি হায়বসি মঙোন্দগী তারকপনি।"

জীবানন্দনা লাংতক্লনা হায়রকই, "মাগী পাউত্তাক্তগী মহাক চংকদোরিবা ওইরমগনি।"

প্রফুল্লনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে, থোইদোক্লদুম মাগী পাউত্তাক্কী মায়োক্তা চংকদোরিবনি।"

জীবানন্দনা করেম্নদুনা হায়রকই, "হায়রিবদু করিনো প্রফুল্ল, ফকির সাহেব মাগী গুরুনি! গুরু-আজ্ঞা হিক্তোক্লবা?"

প্রফুল্লনা হায়রকই, "মতাং অসিদদি মদুনি হায়বা তাই।"

"অদুবু অদুক চাউবা থাদোকপগী মরমদি?"

প্রফুল্লনা হায়রকই, "থাদোকপগী মরমদি দাদানি।" ভাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "রাকম অসি দাদাদা তম্বা ফগত্রা ফরোইত্রা খঙদে. অদুবু ফকিরনা থাজরিবদি দাদাবু মহাক্লা মপুক্লিংদা থোইদোক্লা কীজে—তুংদা খংন-চৈনবদন্থু দাদাগা মাইয়োক্লগনি, মসিনি মানা থ্বাইদগী কীরিবা। অদু নত্রবদি মরম-মচাশিংবুদি মহাক্লা কীবা লৈত্তে।"

জীবানন্দ মমিং লাওথোক্লনা মঙোন্দা তুম্মিন্না য়েংদুনা লৈ।

প্রফুল্লনা নোকফেং তৌরগা হায়রকই, "দাদা, ঈশ্বরনা দাদাদা লৌশিং থোইদোক্লা বাংনা পীবিবা নত্তে, অদুবু পুম্নমক কথোক্লনা ঙরাং মহাক শাথীনা লানখিবগুম, খুৎ তিংথোক্লনা লৌশিন্দুনা দাদানা হেন্না শাথীনা লানখি, মসিগী রায়েল অসি লৈজরসনু, করিগুম্বা হিংবা থোক্লবদি নোংমদি মদু উবা ফংগনি থাজে।"

জীবানন্দনা রা অসিগীম্থু করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদে, তুম্মিন্না অদুম লৈ।

সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে, মীনাইনা যু থন্না হাঙ্গা প'ত্র পুশিন্দুনা চংলকই, জীবানন্দনা মগুং হাইদুনা হায়রকই, "পুথোকখ্রো—দরকার লৈতে।"

মীনাই ভাব তাবা ঙমদ্রদুনা চপ লেপদুনা লৈরবদা প্রফুল্লনা হায়রকই, "কবন্না মতমদা দরক ব ওইগদ্রগ মদু হাযবিথোদনা?"

জীবানন্দ খঙহৌদনা কবন্না মতমদগীনো রাখল অমদা তাওখ্রে, প্রফুল্লগী রাহং তাবদা যেংলক্লগা হাযবকই, "কোজিক্তি পুথোকখ্রো—দরকার ওইরগা কৌবক্কে।" মীনাই চংখ্রে, জীবানন্দনা কৌদুনা হায়রকই, "হাই, নখোযগী চা লৈরিব্রা?"

প্রফুল্লনা হায়রকই, "তাও বা? চা লৈত্রবদি ঐ হিংগদ্রা?"

"অদুদি, মদু কপ অমত্তা পুবকউ"

মীনাই চংখ্রবদা প্রফুল্লনা হায়রকই, "খঙহৌদনা অমত্ত পাম্বিদ্রেনা?"

জীবানন্দনা হাযরকই, "পামদবা নত্তে—অদুবু অমুক হন্নদি থক্লরোই।"

প্রফুল্লনা নোক্লকই, অদুগা ঙাইহাক্তী মমাংদা মঙোন্দা করেম্নখিবা অদুগী মত্তৌ তমদুনা হায়রকই, "মসিগা থারগা কযারক শুরবগে দাদা?"

জীবানন্দ শাউদে, মহাকস্থু নোক্লুনা মত্তৌ তমদুনা হায়রকই, "মসিগী রাযেনস্থু ঙসিদি লৈরসন্থু প্রফুল্ল, করিগুম্বা হিংবা থাক্লবদি নোংমা উবা ফংগনি থাজে।"

প্রফুল্ল মচিন খুমদুনা নোকফেৎতমক তৌরকই, পাউখুম পীদে।

মীনাই মৈ থনল্লগা চংখ্রে। অস্থুম অস্থুম সন্ধ্যাগী অমস্বনা মপান্দা লৈরোন চনশিল্লক্লে, জীবানন্দ ফুক হোগংলগা হায়রকই, "ঙাইহাক্তা কোইথোকলুখিগে—"

প্রফুল্লনা ঙকুনা হায়রকই, "কদায়, কি হোংবিরম্বোইদ্রা?"

"হো'লরোই।"

"দ'দাগী থোঙলোয়দি? পিস্তোলগুদি?"

"মহুস্থু লৈরসনু! ঙসিদি ইতোমদা কোইথোকপা চংলবনি।"

প্রফুল্লনা য়াম্না কন্না য়ানিংদবা উংতুনা হায়বকই, "নত্তে, নত্তে. মহু য়াদে দাদা। অমম্বা অহিংনি, লম্বী-লমথাংদা য়েক্লবা থে'নরবদি?" অসি হাযরগা মহাক্না থুনা-যা'না দেরাজদগী পিস্তোল লৌথোক্লগা মখুত্তা পীগদবগী তৌবকই।

জীবানন্দনা থোঙফম অনি তু'লোমদা হন্দোক্লগা হায়রবই, "মহু ঐ অম্মুক শোক্লরোই প্রফুল্ল—"

প্রফুল্লনা ঙকপনা নুংবংননা হায়রকই, "খঙহৌদনা তৌরিবসিবু কবিনো দাদা? অহ নত্রগনা দোলাইরেংশিং কৌজকগে, মখোয় কনানো অমা লোয়নবিখো।"

জীবানন্দনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে মহুস্থু নত্তে। ঙসিদগী হৌনা ঐ অস্থুম্না ইতোমদা থোক্লগনি, কদায়দস্থু ঐগী য়েক্লবা কনাস্থু লৈতবগুম। ঐঙোন্দগী ফনাস্থু করিগুম্বা অকীবা অমত্তা লৈত্রসনু, মতুংদা ঐঙোন্দা থোক্লিংবা থোকচরসনু—ঐ কনাগী মফমদস্থু ল্লারোরবোই।" অসি হায়রগা মহাক অমম্বদা তপ্না তপ্না মতোমদা মপান্দা থোকখ্রে।

## কুনমরি

য়ুগী অথনবা পাত্রবু ঈকাই-খুম্নদনা হলহনখিবা উবদা প্রফুল্লনা করেম্নখি। মশানা তাবা য়ানি। লিভয়গী থাংগুমদবা মৈচাক অমস্থুং লায়েংবনা থিংবদগী নায়িবা জীবানন্দনা পুন্সিদা অসিগুম্বা অভিনয় অসি কয়ারক তৌগে ; অদুবু মশানা য়াম্না হকচাং মুংঙাইনা য়ুগী মহুত্তা চা থক্লগা য়ুমদগী খোকপসি হন্দক্কী অসিনা অহানবা ওইরমগনি। জগৎ 'পুম্বসি মঙোন্দা হৈনিংদনা খোক্লে, অমস্থুং শান্তি-কুঞ্জগী নাক-য়েত্তা মুশিন মুশিন মুনা উরিবা গুরুবা লম্বীদগী য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈদগী শেংফাওবা মীকপ-মীরাও-খোলগী খোঞ্জেলনা মাগী নাকোংদা তম্ভনা শীঙজা য়ৈরগুম্লকই। মহাক্কী হৈনরবা পুন্সিগী লৈরোন-মুংদা মহাকমক্কী অতোপ্পা অচুম্বা মওংগী পুন্সি অমা ঙসি ফাওবা হিংলি হায়বা অসি মশানা খঙজদে। গেট লাম্থোক্লুনা লৌবুক্কী লম্বীদা খোয়ক্লে, মতম অসিদা সন্ধ্যাগী য়াওথাংনবা তপ্পা তপ্না অহিংগী অমম্বদা ওনশিল্লক্লি। মাইকৈ অমদা য়াঙ্গংলবী তুরেলগী লৈঙোই থাংলবা অকংবা তোর্ব্বাম্না থেক্ল-খোইনা চংখিহুনা মশক উখিদ্রে, অদুগা মাইকৈ অমদনা শজিবুগী পুমকোক-কোক্লখা পাক শম্না শন্দোকখ্রিবা লৌবুক্তা চঙীগড়গী খুঙ্গংগা খম খেংনা শম্নখ্রি। লম্বী চৎপা কনা লৈতে, লৌবুক্তা লৌউবশিং অমত্তা উবা ফংদে, শঞ্জেন্নহা মুপামচাশিং শঙ্গাবুংগী ঙসিগী মথৌ লোইরহুনা মযুমদা হন্নগ্রে— য়াচংবগী অতিয়া মথাদা মী তাদবা লমহাংগী চিক্লবা তমথীবা মুত্তি অসি ঙসি মহাক্কী মফমদদি খোইদোক্লা পুক্লিং মুংশিবা অমদি

অহুকপা ওইনা থোকখ্রে। লম্বী অসিদা, অসিগুম্বা অচিকপা সন্ধ্যাদা মহক কয়ারক হন্না চংথোক চংশিন তৌখ্রে, অহুবু অম্ুক কুইবসি মালেম লৈমনা মাগী অঙ্গংবা অরাবা শক্লোন অসি যু-থকপগী ঈ থাংলবা মমিগ্তা উখিদনবা য়াম্না চেংনা লোংশিন্দুনা থম্লম্বগুম্মী। রংমদগী অশাবা মুংশিংনা মরক মবক্তা মহাক্কী মশাদা য়্যেবর; করিস্থু অংৌবা নত্তে— মাইকৈ অদোমদা খুঙহৌদনা ফুমজিল্লিবা নীজমদবগী মীকপ্না ঙসি মাগী থম্মোয় যুমহংলক্রে! মপুক্লিংদা হ যজরকই, মালেম লৈমা, ঈমা নহাক্কী অরাবনা চাক্লবা মুংশা শোর অসি ঈকাইহুনা অম্ুক কুইবসি লোংশিন্দুনা থনখ্রিব্রা, ওক্রবনি হাযদুনা খুঙহন-বিদব্রা? স সারদা ঐগীনি হাযবা ঐগী কনা লৈতে, ইশাগী নত্তনা কনাগীস্থু অরা-মুংঙাই কৈদৌংঙদস্থু শকক থুংখিদ্রি— মহুস্থু ইংা, কগী ইরাল্লনে? ঙসি লৈরি, হযেংদি কবিগুম্বা লতবা যাই, মহুদা সংসাবদা কনাগীস্থু অমাং-অতোং লৈরোই, রাফম অসি নহাক্না কব্রিগুম্বা ঙমিত্তা খনবি-লাকপিখিব্রা ইমা?

রাকং অসি মহারা কনাগী মফমদা তৌরিবনো, ইমা হাযনা মহাক্না থোইদোক্না কনাদা অতম্না কৌরিবনো, মহাক মশামকস্থু তাংদাংবা খুঙজবমগনি নিংদে; অহুম ওইবমক চীংদগী নিংথায়-রকপা নুং মচা মচাশিং ঈচেলগী লম্বী মতুং ইম্না থরো থবো ওন্দুনা চেম্থরকপা অহুগুম্না খুদক্তা ইখঙ খুঙহৌদনা পোক্লকপা মৈচাক খুঙলবা মিংকী পীগী লম্বী মতুং ইন্দুনা রাইগী পরেং লেংনা লেংনা অথাকপা লৈতনা চেম্থবল্লি। লৌবুক্কী ঈশিং

চিথোক্লবগীদমক্তা লৌ-উবশিংনা লম্বী কক্লুনা খোংলম অমা তোবা হৌরম্মী। নন্দি মহাশয়গী অয়াবা লৌননবা মতিক চাবা শেল কৎলুনবা বরিগুম্বা মওংদস্তু হৈবা তৈবা ঙম্ফিদে, অচুমা মশাগী মাংজগদবদগী মশা কল্লনবা থবক অসি তৌখিবনি; অদুবু লাইরবশিংগী থৌরাং অদু এককড়িনা হুজুরদা খঙহল্লক্লবদা মহাক্লা খুদক্তা মদু থিংখিবনি, উপায় লৈতবগী পীরা দা হম্না ফাওবা য়েংখিদে। মফম অদু হৌজিক ফংওবা লৈতেম মাম্নদবা ফিভম মক্তদা লৈরি। লাইরবা ওংপগী ময়েক লাববা খুদম অসি লম্বা অসিদা কয়া'রক হ্যা মাগী মিংযেদা তাক্রে, অদুবু ঙসি মতুমক উক্লবদা মমিঙগী পী শিল্হর ক্র। মপুক্লিংদা হাযজবাই, ওংম্বোকপনি মীগী মাংননবা কয়া তৌগ্রবগে কনানা খঙগনি। অপিকপা অঙাং কয়া কয়া মপুক থগ্না চরা অনি শুনা চাবা ফংলমদবস্তু য়াই। কবিগীদমক মীওইবনা অস্তুম্না তৌরিব! মফম অদুদা অমম্বদা ফনা কুইনা যেংলগা হায়রকই, খুত্তা শেল পায়রবদি হয়েংমক মিস্ত্রি থাজিন্দুনা উকু ফাংবদবনি, চহি খুদিংগী মসিগীদমক্তা মখোয় অরাবা অমুক নংলরোইদবনি। ফরে, লুপা কয়া চংগদগে? মহাক লম্বী থাদোক্লুনা লৌবুক্তা কুমথরক্লে, অমস্তুং পুম্নমক অদু মপুক্লিং চংনা পরীক্ষা তৌদুনা য়েংলকই। মসিগী মরমদা মহাক্লী খঙজবা করিস্থু লৈতে, চেক, শুম্বু, লৈঙোই উ কয়া, কয়া য়াম্না করি কবি চংগদগে মহাক করিস্থু খঙদে, অদুবু মদু মহাক খঙবগুম লিংই। মফম অদুদা মহাক ভূত চুবগুম মতোমদা লেপদুনা মহাক্লা শুমগী মপুক্লিংদা

হিসাব তৌহুনা য়েংই, মসিদা শেল থাদবা মাগী শক্তিদা লৈত্রা লৈতত্রা হায়বা।

লম্বী য়াংমা অসোমদা করিনো অমা চেনখ্রে। ছুই নত্রগা লমছুই ওইরমগনি, অদুবু মহাক্কী মঙ কাযখ্রে। অতোপ্পগীদমক্তা অরাবা পোকপা অম্বুক্কী মতিক হৈনরক্তে মতুদি, মঙকাওনবগা লোয়ন-লোয়ননা লিলা শানবা মওং পুম্নমক অদু মিংকুপ্পা খঙজরক্তুনা মহাক য়ায়া নোক্লিংলক্লে। থুনা য়াংনা লম্বীদা কাখৎলগা শুপ্পগী অম্বুম্নদা হায়রকই, ব'ঃ অঙকপা থৌওংনি! বনাগুম্বমা করিগুম্বা উখিবা থোক্লবদি করি খনখিগনি! জীবানন্দ ঙসি যু থক্তুনা মপান্দা থোরকপনি. ঙসি মহাক্কী মপুক্লিং শোন্থবা অসিগী মরম মহাক্লা খঙলে, পোথাফম খঙদ্রবা থম্মোয়দা ঙসি মরম চাদনা শুপ্পগী কপ্লিংবগী স্বুরদমক ফাওরক্লিবা করিগীনো, মসিগী মরমম্তু খঙবদা মঙোন্দা কুইনা চংদে। অদুগা পোৎ অমা, মশাগী মবমদা ঙসি মহাক্কী অহানবা চিংনবা পোকখ্রে। মতুদি. মতম কুইনা হৈনরকপনা ঙসি মহাক্কী মশা 'পুম্বা ঙম্না য়োমশিনখিদুনা মপুংফানা স্বভাব ওইহনখ্রে। মশাবু মশাগীনি হায়না দাবী তৌননবগী অধিকার মতম চুপ্পগী ওইনা মখুত্তগী নাম্থোকপ্রবনি। করিগীদমক্তা য়ুমদগী থোরক্লিবনো তাংদাংবা নিংশিংবা থোক্লে, মহাক্লা য়ুমদগী থোরকপা মতম অদুদা অরেপ্পা রাফম করিম্বু লৈরমদবা য়াই, খঙঙমদবা ময়েক শেংফাত্তবা রা কয়া লৈরম্বম্বু য়াই— পুম্নমক মুংখিদুনা ইহাং হংখ্রে। য়ুমদগী থোরকপগী মরম অমত্তা নিংশিংবা থোক্লে। অদুবু ময়ুমদম্বু

হল্লিংদে। খরা লাপ্পা চংলগা মখা পাংনা থেক্লা খোয়্লনা চংখ্রিবা লৌরিদা লৈরিবা খোঙ লম্বীদা অমম্বহুদা মহাক কুমথখ্রে। লম্বী অহ্ শাংই, খোঙথাং খুদিং অপনবা ফংই, অহুবু লানথুগে তৌনা খুদি থিনা লম্বী চংনা চংনা মাগী ওমচাক্লবা থম্মোয় চেক, উ, শুনু অমসুং স্বর্ণকিগী রাখলনা থনখ্রে হায়বা মহাক মশা খঙজদে।

পোং অহু কবিস্মু নত্তে, উকুনি, বীজগাগী জমিদারগী মফমদা মহুদগী হেন্না কবিস্মু নৈত্তবা পোং অমমুক লৈফম খোক্তে। মঞ শাবদা শিল্প-ফজবা যাউদবা অচম্বা পোং অহুতবু লাইরবা কয়াগী অরা-মুংঙাই মহুগী মরক্তা তীন্দুনা অংৌবা বস অমনা থলহন্দুনা মহুবু মরু ওইনা উবি। মহুবু মওং কয়াদা থুগাযবগী মওং কয়াদা শাগৎপগী অরোইবা অমুক লাইদে হাযবা য়াই। অহ্ ওইরবস্মু পুম্মক অসি মহাক্কী চোকথরবা থম্মোয়গী ঙাইহাক্কী ওইবা রাখলনি, অচুম্বা মশক নত্তে, হধেং অয়ুক-লুংথিলদা মহুগী মমি ফাওবা তাবোই, রাফম অসিদস্মু মহাক ঙক্তে, থম্মোয়ন্নুংদা থুপচান্নবা মৈচাক্কী মতৌগুম কদায়দনো য়ুরব্রি। অহুম ওইনমক ঙসি অফিংগী ওইনা অঙাং শাবা অসি মহাক কবিগুম্বা মওংদস্মু থাদোকপা ঙমদ্রে, কল্পনা অমগী মথংদা কল্পনা অমা তৌবগী অরেপ্পা লৈতে।

খঙহৌদনা অমম্বা অতিয়াদা চণ্ডী-মন্দিরগী মতোল উরক্লে। অস্মুক লাপ্পা লাক্লে হায়বা মহাক ভাব তাহৌদ্রে, অমুকস্মু খরা চংশিনবদা মন্দিরগী গেটকী থোঙ মচা অহু মতম অহু ফাওবা

হাংহুনা লৈরম্বা থেংনকুরে, মহাক অমুক মনা মনিল নাইদনা মম্বুংদা চংখ্রে। দেবীগী আরতি লোইখিবা ফনা কুইরে, মন্দির থোঙ থিংখ্রে, মাঙ্গোল 'পৃম্বা মশ্মী, নাট-মন্দিরগী মচি অমদা বুফেৎ-কাফেৎ ঙাম্না থাউমৈ অমা থাল্লি। জীবানন্দনা মনাক্তা চংশিনবদা উরে, নুপা মন্নি-মঙা কাং চিক্কনবা মমাই-মমিৎ খুমহুনা ভুম্লি, কনাগুম্বা নুপা অমত্তুংদদি উখো মকুমদা ভুম্মিন্না ফমহুনা মালা চংলি। জীবানন্দনা খরগা অমুক চংশিল্লগা নুপা অহবু মশক য়েংননবা হোৎনরহুনা হংলকই, "কনানো নহাক?"

নুপা অহুনা জীবানন্দগী মচু তাবা ফিজেৎ অমম্বা অহুদম্ম ভাব তাহুনা মহাকপু ভদ্রলোক্লি হায়বা খঙলে, হায়রকই, "ঐ যাত্রিক্লি বাবু।"

"ওঃ— যাত্রিক। কদায়দা চৎকদৌরিবনো?"

"আজ্ঞা, ঐ শ্রীশ্রীপুরিধাম য়ৌঙগদৌরিবনি।"

"করি লমদগী লাক্লিবনো? মখোয় অসি নহাকা লোয়নরকপা ওইন্নিনিনে?" অসি হায়রহুনা জীবানন্দনা ভুম্লিবা মখোয় অহুদা য়েংলকই।

নুপাহুনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "নত্তে আজ্ঞা, ঐ ইথন্দা মালভূম জেলাদগী লাকপনি। মখোয় অসি কনানা মেদিনাপুরদগীনি, কনাগী মযুম্না অতোপ্পা লমদগীনি—কদায়দা চৎকদৌরিবনো মহুস্মু খঙজদে। নুপা অনিদি ঙসি নুংথিলদা লাকপনি।"

জীবানন্দনা হংলকই, "করে মী কয়া কয়া য়াম্না মফম

অসিদা নুংতিগী থুংলবগে ? 'সিদা লৈরবা মখোয় চয়া অনি শুনা চাবা ফংই, নত্রা ?"

নুপা অদু তোঁফম খঙলক্লে। ঈকাইনা হায়রকই, "গুপ্তগী চাননবগীদমক্তা মী পুম্নমক 'সিদা লৈরবা নত্তে বাবু। খোঙনা চংপা ঐ হৈনরক্তে। অদুনা খুনাম ছুদোক্লুনা থীনা শোক্লে। ইমা ভৈরবীনা মমিংনা উদুনা য়াথং পীবি, ফক্রিবমখৈ সিদা লৈয়ু "

জীবানন্দনা হায়রকই, "অদুদি ফরে, অদুম লৈয়ু। লৈফম রাংপন্নু নত্তেদনা !"

"অদুবু ইমা ভৈরবীদি অমুক লৈররোই হায়না তাই।"

জীবানন্দনা নোক্লুনা হায়রকই, "চৈরক অসিদা তারবা ? মহাক লৈতসনু কৈদোবগে, মাগী য়াথংদি লৈরিদনা। নহাকপু চংলো হায়রগদবা কনাগী মতিক লৈ ? মখোঙ ফক্রিবমখৈ নহাক লৈখো।" অসি হায়রগা জীবানন্দ মহাকী নাক্তা চংলক্লুনা ফম্মরে।

নুপা অদু অহানবদা হাইফেং কীবা অমদি চিংনবা পোক্লম্মী, অদুবু মদু ফরে। অদুগা উনা উনা অমম্বা অসিদা মন্দিরগী মচি অমদা মতিক লৈরবা জমিদার লাইরবা ময়ুম লৈজদবা চাক্রিবা অমগা অরা-নুংঙাই য়ারী শানবদা তপেংনা নকশিন্নরে। নুপা অদুগী মমিং উমাচরণ কোঁই, জাতিনা কৈবর্ত্তনি, ময়ুম হাম্নদি মালভুম জেল্লাগী বংশীবট খুঙ্গংদনি। খুঙ্গংদু চেং তাংই, ঈশিং ফংদে, মাইবা লৈত্তে— মদু মাগী পারিংপুরি হাক্তকী সম্পত্তিনি, মহাক নোংপোক্কী সহর অমদা উকিলগী থবক তৌরম্মী।

নিংথৌগা প্রজাগা লুংশিনদে, মরি লৈনদে, শুপ্নী ওং-নৈবতনা মখোয়গী শাগৈগী অধিকারনি। হৌখিবা ফাইরেলগী লোইরকপদা কোলেয়া তৌহনা মাগী নুপী শিখি, মতিক চাবা মচ নুপা অনি মথং মথং মমাংমরুদা লায়েংবা য়াউদনা শিখি, মতুদা উপায় অমত্তা শিনবা ঙমখিদে; মমৈথংদা অমনবা য়ুম অহু মহাক্না মাগী ময়াম্বগী মচানুপী লুপ্লাবী অমদা দান তৌথোক্লম্লগা পুন্সিগী ওইনা য়ুম থাদোক্লুনা লাক্লবনি। পুন্সি অসিদ মহাক অমুক ময়ুমদা হনবগী আশা লৈত্রে; অসি হায়বগা মহাক্না নুপী-অঙাংগুম হিক হিক কপ্লকই। জীবানন্দগী মমিতগী পী তপ তপ তারকই। অতোপ্পনা কপ্পা মঙোন্দা অনৌবা পোংশক নত্তে, অসিগুম্বসি মহাক্না পুন্সিদা কয়া কয়া উরক্লবনি, অদুবু করিগুম্বদসু মপুক্লিংদা দাগ খজিক্তা ফাওবা লৈহোদে, ঙসিসু মহাক নঙনা কনানসু খঙবা ফাওবা খঙবিখিদে, অদুবু অমম্বদা ফুরিং মচিনা মপী তেথোক্লগা মহাক্না হায়নিংলকই, কদায়দনো চেল্লগা মহাক্না নুপী শিত্রিবা, মহাক্না মচা পোক্লিবা, মহাক য়ুম থাদোক্লুনা চংপগী দরকার ওইত্রিবা, পূয়মক অসিগীদমক শক খঙদবা নুপা অসিগুম মহাক মখোল থোক্না কপ্লিংলকই। ঙাইহাক লৈরগা নুপা অহুনা মপুক্লিং খরমথৈ ফাথরগা হায়রকই, "বাবু, ঐগুম্বা অরাবা মী সংসারদা অমমুক লৈত্রে।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "নত্তে ভাই, সংসারদি য়াম্না চাউই, কদায়দা কনা কমদৌনা লৈরিবগে খঙননবা উপায় লৈত্তে।"

মসিগী অথুপ্পহু খঙবা ঙম্নবগী শিক্ষা নত্রগা শক্তি চয়বা নুপা

অসিগী লৈতে, জীবানন্দ মশামকস্থু মথু আশা তৌদে. অদুবু ঙাংবা লেপ্পদি ঙমদ্রে। মহাক্কী পীরাংনা ফুনগৎলবা খোঙ্গেলনা, চাংজৌ নাইদবনা মশাগী নাকোংদা অস্থুম্না অমৃত খিকপগুম খোক্লরে মথুদি, মথুগী মীহৌবথু মহাক থাদোকপা ঙমদ্রে। হায়রকই, "অরাবা তারবশিংগী করিগুম্বা তোঙানবা জাত লৈতে ভাই, অরাববু কদাযদস্থু কাজিন্দুনা থম্বা য়াবা নত্তে। অদু ওইরম্লবদি মীপুম খুদিংমক মাবু থৈদোক্তুনা চৎনগদবনি। পাইশিল্লক্লুনা ইথক্লা নল্লরবা মতম অদুদদা মীওইবনা মাবু খঙই। অদুবু করম্বা লম্বীনো মহাক্লা চৎথোক-চৎশিন তৌরিবসি ঙসি ফাওবা কনানস্থু মথু খঙবা ঙমদে। ঐগী রা পুম্নমক খঙলোই ভাই, অদুবু সংসারদা নথন্দা নত্তে—খোইদোক্লা মরুপ অমা নহাক্কী নাক্তা লৈরি, নহাক্লা মশক খঙবা ঙমদ্রি।"

নুপা অদু তুম্মিন্না লৈ। রাতুস্থু লৌশিনবা ঙমদে, মরুপ কনা লৈরিবনো মথুস্থু খঙদে।

জীবানন্দনা হোৌগৎতুনা লেপ্লগা হায়রকই, "নহাক ইমাগী নাম শোনবদা ঐনা অপনবা পীগ্রে। অমুক শোলহৌরো, চৎলে, হয়েং অসিগুম্বা মতম অসিদা অমুক উম্নবা য়াই।"

নুপাদুনা হায়রকই, "অমুক উম্নররোই বাবু, ঐ নুমিৎ মঙানি গুরে, ঐ হয়েং অয়ুকমক চৎপা তারে।"

"চৎপা তারবা? অদুবু নখোঙ নাবা কল্লি হায়বদায়, নহাক নখোঙনা চৎপা ঙম্লোই।"

মহাক্লা হায়রকই, "ইমাগী মন্দির হৌজিক জমিদার বাবুগী

ওইরে। হুজুরগী হুকুম্নি, নুমিৎ হুম্নিদগী হেন্না কনাস্থ অমুক লৈবা য়াররোই।"

জীবানন্দনা নোক্কুনা হায়রকই, "ভৈরবী হৌজিক চৎন্থ চৎখিগ্রি, মরক অসিদা হুজুরগী হুকুম জারিরবা! ইমা চণ্ডী মরাইবক ফৈ!" অসি হায়রগা খণ্ডহৌদনা মহাক্না রা অমা মপূক্লিংদা খণ্ডনিংলক্কুনা হংলকই, "করে, ঙসি অতিথিশিংগী সেবাদি করম করম তৌই? কপ্নি চাবগে ভাই।"

নুপাহুনা হায়রকই, "লৈবা নুমিৎ হুম্নিদগী হেন্দ্রিবা মখোয়দি লোইনা ইমাগী প্রসাদ ফংই।"

"অহুবু নহাক্তি? নহাক্তি নুমিৎ হুম্নিদগী হেল্লে?"

নুপা অসি অফবা মীনি, কনাবুস্থ পাক হেক নিন্দা তৌবা পামদে, হায়রকই, "ঠাকুর মহাশয়না করি তৌবা ঙমগনি, জমিদার বাবুগী হুকুম য়াউদনদি।"

"মহু ওইরমগনি।" হায়রগা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা জীবানন্দ তুম্বিন্না লৈগ্রে, বার্ত্তোন য়াউদবা যাত্রিকশিংগী মবিদা মহৌশাদগী অসিগুম্না চৎনরকপা নিয়ম অমা লৈরম্না য়াই, অহুবু ষোড়শীনা মহু ইন্না চৎপা ঙম্নমদবা য়াই। হৌজিক তারাদাস অমস্থং এককড়ি নন্দী মবানিনা তান্নরগা জমিদারগী মিংদা ফিভম অহু হান্নগুম চপ চানা শেমদোক্কবা হোৎনরিবনি। কবিগুম্ব। মসি ওইরম্নবদি থোইদোক্না রারৌনিংঙাই করিস্থ লৈতে, অহুবু মাগী থম্মোয়না করিগুম্না মওংদস্থ রাকম অসি থাজবা ঙমদে। নুংদগী হম্না হম্না হায়রবই, অস্থুম্না খক ওইবা য়ারোই! অস্থুম্না

খক ওইবা য়ারোই ! চয়া কেনববু লীজ-লীথকপদা কয়ি নিয়ম ! মপুক লান্নবা অতিথি অসি চয়া হেন্দুনা ফম্লি, অৱাম-খোৱাংবা খাংহনা লৈগদবনি হায়বগী করম্বা আইন-কানুন ! হায়রকই, "তারিব্রা ভাই, হয়েং অমুক ঐ লাকনি, অহৃবু তুশিন্নদি চংখি-রোইদবনি, হায়রম্লিবসিনি।"

"অহৃবু ঠাকুর মহাশয়না চংলো হায়রক্লবদি ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "হায়জসন্নু। অহক অৱাবা খাংবদি ওয়পা বামোনগী বা অমওংদি খাংবা ওয়রোইদ্রা ?" তপ্পা তপ্পা মপান্দা খোরক্লে, খওহোৎনা মন্দিরগী মাঙ্গোলগী উখোং মক্রমদা মীগী ফাজিল্লবা খোঞ্জেল তাবদা মহাক ওকখ্রে। অহানবদা মপুক্লিংদা খল্লকই, অচিকপদা কনানো লাই খুরুম্লিমাল্লে। অহৃবু রাহ মাগী মনাকোংদা চংখ্রে। কনাননো অমনা হায়রি, "ঐখোয়গী ইমাবু মাংননবা শিল্লিবা মাগী মা৲ন-তাক্লবা তৌরবদদা পেনগনি হায়রিবসিনি।"

অতোপ্পা অমনা খুম্লকই, "ইমাগী লাইশও শোক্লুনা রাশক্লিবনি খুড়া—ফাঁসি চংপা তারবস্থ চংখিগনি।"

মী অমনা অমুক হায়রকই, "হাঃ –ঐখোয়গী অমুক জেল ! ঐখোয়গী অমুক ফাঁসি ! ইমা মশানা চংনিংলে হান্না চংখিসন্নু—"

অমম্বদা মীশক খওবা ওমদে, খোঞ্জেল খও.দ, অহৃবু মী অমগী অরুম্বা খোঞ্জেল অহৃ মহাক কদায়দনো তাখ্রে, মশক শুপখও খওদবা মীশক নত্তে হায়না খল্লকই। মুম্না খম্বরবদি খওবা ওম্বা য়াই। অহৃবু ওসি মহাক মহৃদা মপুক্লিং চংলুদে। মহাক্না মী

কয়া কয়াগী মাংননবা তৌথি— মরম অহুনা হায়রিবহ্ন মহাক মশামকপু ওইরম্বা য়াই, অহুবু ঙসি মহু খল্লুনবগী হৈনিংবা পোক্কে। মপুক্লিংদা নোক্কুনা হায়রক্কে, অচুম্বনি, ঈশ্বরগী মতৌগুম অসিগুম্বা পুকচেল চাউবা তাবিননা মীশক অতোপ্পা কনা লৈরোই। ওইজসনু মীনম্বা নাপল, অহুম ওইনমক মসিগী মমল লৈ। অশোনবগী অরেম্বদা নুপা-খোকপা, অহুম ওইনমক খরমখৈ চাউথোকচনিংঙাই মশক্লি। ওঃ স্তোকপনি!

হয়া য়েংলমদনা মনা-মনিল নাইদনা মপান্দা থোরকপা মতমহু অহিংগী য়ুথক অনি হেল্লম্বা য়াই। লক্ষ্মী ময়াদা মচি মচিদা মকম অমদা অমদা লৈপুংনা চোকথরবা লক্ষ্মী চংপগী মতৌগুম মতম কয়াদগী তুশ্মিন তুশ্মিন ফমহুনা লৈরক্লি, মহুগী ইতিহাস লৈতে. মহুগী অমগী ময়াদা মহাক মতৌ অহুম্নমক উফুলদা ফমথক্রে।

মাংদা লমহাং খরা লৈরিবা অহুগী চিদায় অমদা ষোড়শীগী খাংপোক লৈ, উনা-রানানা থঞ্জিনখিহুনা ময়েক শেংনা উবা ফংদ্রবস্থু মী কয়ামক্রুম পরেং শানা থোক্লকপগুম খল্লকই, অমস্তুং মনাক নক্লা চংখিবা মতম অহুদা মখোয়না শানখিবা রারীদগী জীবানন্দনা অসিমখৈদি খঙবা ঙম্রে মহুদি, ষোড়শীগী ষন-পাডা য়োৎক্লে অমস্তুং হয়েং অয়ুক অঙনবদা মহাক চণ্ডীগড় থাদোক-তুনা চংগ্রগনি। ভক্ত প্রজাগী কাংবু অহু মাগী খুয়া-উফুল লোবা চংলুবদগী মযুমদা হন্নরিবনি। ষোড়শীবু খাম্নবগী লক্ষ্মী লৈরম্রে, খাম্নবস্থু মহাক্না তাবিররোই হুমিং খরনি অসিদা

মহাক্না মাবু খরমথৈ খঙলে— অদুবু মহাক্কী থম্মোয় নুংঙাই-তবনা কুনগংলক্লে! অঙান তাম্না অমম্বুং তাদনা মাগী মায়োক্কা অরানবা কয়া চংখ্রে, অমমম ওইনা অদুক বুইরগী ভুংদা মতুংগী চেনা য বলুবা ওইথোক্তবনি, অদুবু অদুক য়াম্না মশীং থিঙমজ্রবা ওং-নৈখিবা পুম্নমক ঙসি মাগী মাংদা লৈপুং শানা পৈরক্লে। মদুবু ইম্ফোক্তুনা থম্নবা মকম সংসারদা মহাক্না কদায়দসু উদ্রে। মাগী মুপীনি হায়না লৌশিনবদা ঈকাইখিবা মহাক অদুবু ওক্কবী অমা ওইনা লৌশিন্নিংবগী ওক্ক-শাজং অদু মহাক্না কদায়দগী ফংলুবিবনো খনবদা থোক্কে। ঙসি থম্মোয় 'পুম্বনা মহাক্কী ষোড়শীবু পুকচেল তিংনা পামজরি, মসি মাগী অধিকারগী দাবীনি, অদুম ওইনমক মতম চুপ্পদা মাবু থোওইবিখিদবা, ঈকাইবা নংহনখিবা, মীনম্বা অমগী মথক্কা মীনম্বা অমা মনশিনবি-খিবা অদুনা পল শাখ্রে, ঙসি মদুবু নমথেক্লবগী মাগী লম্বী কদায়?

খঙহৌদনা মাঙমক্তদা উরক্লে, কনানো অমা থোঙথাং কন্না লাক্লি। মহাকপু অমম্বা অদুদসু শক খঙবদা কুইনা চংদে, কৌরকই, "অলকা?"

ষোড়শী চঙক্লনা চপ লেপ্পি। মহাক জীবানন্দনি হায়বা মিঙ্গৌ অসি তাবমক্তদা খঙলে। খরা চংশিল্লগা থোঙেল য়াক্না হায়রকই, "কৈদৌবিরম্লিবনো?"

জীবানন্দনা হৌগংলগা হায়রকই, "কনানা খঙগনি, অসুম ফম্নম্লিবনি। নহাক চংলমদায়গী ওইনা দেবী খুরুম্বা চংলিবা কন্না? চংসি ঐসু নঙগা লোয়ননা চংকে।"

মোংমতংগী মমুংদা মহাক্কী খোঙ্গেল করিনো অঙকপা ফংনা ওন্নয়ে, ষোড়শী ঙক্কুনা নুংবংমনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "ঐগা চংমিন্নবদা খুদোংথীনিংঙাই লৈ, মহ থঙবিরিবহুনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "থঙই। অদুবু ঐগী মাইকৈদগীদি মহ শুপথোক থোক্লোই। ঙসি ঐ ইথন্দনি অদুগা খুংলায়সু অমত্তা য়াউদে— ২চ মচা অমা ফাওবা পায়দে।"

ষোডশীনা হায়রকই, "তাজরে। প্রফুল্লবাবুনা অদোম্বু থিবা লাক্লম্মী, মঙোন্দগী পাউ ফংই, ঙসি খুংলায় য়াউখিদে, য়ুমদগী ইতোমদা থোকপিখি, অদুগা—"

"অদুগা থোইদোক্লা লাংতক্লবগী মথক্তা য়ু থক্তুনা চংখি, নত্রা?"

ষোডশীনা হায়রকই, "হোয়। অদুবু চণ্ডীগডদা মহুম্না মতুংদদি অমুক তৌখিরোইদবনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অস্তুম্না ঐ নুমিৎ খুদিংগী তৌরগনি, অদুগা হিংলিমখৈ তৌগনি। প্রফুল্লনা নঙোন্দা রা অস্তুক য়াম্না হায়রম্লে, রাক্ষম অসিমদি হায়রমত্রা, ঐগী য়েক্লবা লৈ হায়না করিগুম্বদস্তু অমুক হন্না লৌবরোই হাথবা?"

ষোড়শী চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈ। হীরম অসি পন্দুনা তর্ক তৌদে, রাক্ষমহু লেংদত্রা হায়বস্তু হংদে। জীবানন্দগী মাইথোং অমম্বা অদুদা মহাক্লা উবা ফংদে, অদুবু মাগী অঙকপা খোম্থোক অসিনা অথেংবা অহিংদা চিক্লবা লমহাং অসিদা মহাক্কী নাকোংদা অঙকপা স্বর অমনা কন্না ষৈররে। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "ঐগা মন্দিরদা চৎমিন্নরগা করি কান্নগদগে?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "কান্নবা করিস্নু লৈতে। লৈরিবমখে লোয়নন্না লৈমিন্নগনি, মহুগী মতুংদা চৎপগী মতম ওইরক্লগা নহাবপু গাডীদা থাঙৎলম্লগা ঐ য়ুমদা হন্নগনি।"

ষোড়শীনা খুদক্তা পাউখুম পীবা ঙমদে। জীবানন্দনা হায়রকই, "চৎলগদবা ঙসিগী নুমিৎ অসিদদি ঐহাকপু অমুক থাজদবা তৌরগনু অলকা। ঐগী পুন্সিগী মমল নঙনা খঙলিবহুনি, অমুক উন্নখিদবস্নু য়াই। ঐবু নঙনা মওং কয়াদা থৌজাল-বিরম্লে, ঐগী অরোইবা নুমিং কাওবা ঐ রাফম পুন্নমক অহু নিংশিংলগনি।"

ষোডশীনা হাযরকই, "ফরে লাকপিরো।" হায়রগা মহাক চৎখৎপ্রে।

মিনিট অনি তুম্মিন্না চৎলবগী তুংদা জীবানন্দনা হায়বকই, "মীনা হায়নৈ, মাবু থৌজালবিবা য়াবা মীশক নত্তে। ফরে অলকা, থৌজালবিবগী অমুক মতিক চাবা চাদবা করিনো? থৌজালবিবদি মশাগী পামজবা মতুং ইন্না তৌবনি। অহু নত্রবদি ঐবু থৌজালবিবা য়াবা মীশক্তি হায়না লান্না লৌবদি গুপ্নগী য়েক্লবা ফাওবদনা ঙম্লোইদবা নত্তে, নহাক ফাওবনা ঙম্লোই।"

ষোড়শীনা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "ঐঙোন্দগী হেন্না শাথীবা অদোমগী য়েক্লবা সংসারদা খঙলে অমমুক লৈরিরোইনে?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "নত্তে।"

মন্দির মনুংদা চংলদা মতুংবা জীবানন্দনা খঙহৌদনা হায়রকই, "নুংঙাইত্রা য়েংউ অলকা, মশাগী মচেং লৈতবা মখোয়না তাইবংপান অসিদা মীগী মচেংদা খ্বাইদগী শাথীনা অপনবা পীরি।" ষোডশীনা অহংবা মিংয়েংনা য়েংলকপদা হায়রকই, "ঙসি ঐ কনা কুইনা মন্দির অসিদা কয়ম্মী, ভৈরবী লৈত্রে. হৌজিক জমিদারনা থৌবুরেম্নি। হুজুরগী মিংদা চৈরক অসিদা যান্ত্রিকশিংদা অহিং অহুমগী আইন জারিত্রে। নঙগী খোঙশেকপা অতিথি অহুবু নহাক্না মখোঙ নাবা কন্ত্রিবমথৈ লৈননবা য়াথং পীগ্রবনি, মহাক্না মচিন্নগী তারকই, হুকুমগী অকনবা হুকুম্না ঙসি মাগী চিক্লাক কল্লে। মরাইবক থীরবা নুপা অহু চরা হেন্দুনা চণ্ডীগী নাম শোন্দুনা কয়ম্মী— হুজুরগী য়াইকবা ওইসনু, হয়েং অযুকমক হায়ত্রা করিনো মহাক অমুক চংখিবা তারে, মখোঙ কগে কসপু করোই তোকসনু।"

ষোডশীনা হায়রকই, "খঙলে, ঐখোয়গী বাবাগী হুকুম ওইরিনিনে?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "কদাযদগী নখোয়গী বাবাদা ওইগদগে, লাইরব-অনংববু নুংশিবিবা-চানবিবা খুঙ্গংসিদা বাবা য়াম্না লৈ. অহুগা হুজুরগী য়াইক-মিংলেন্দা স্বর্গ মর্ত্য য়ৌন। শন্দোকপ্রবনি। অহুনা নুপাহুগী মনাক্তা কমহুনা খল্লম্মী অলকা, নহাক চংপ্রবা মতুংদা সন্ন্যাসিনীগী আসন্দা কমহুনা বাবাগী কাংলুপ পুম্নমক অসিনা প্রলয় তৌরকপদা মহুবু ঐনা কমদৌরগা থিঙ্গদগে?"

ষোড়শী তুম্মিন্না লৈ।

জীবানন্দ মশামকস্তু ফনা কুইরবা ফাওবা ভুম্মিরা লৈহনা মপুক্লিংদা মওল মওল কয়া খল্লকই, ইখঙ খঙহৌদনা মতম অমদা হায়রকই, "নহাক ঐগী দরকার য়াম্না ওই অলকা। হুমিং নিনিদস্তু নহাক অমুক লৈথখিবা য়াররোইগ্রা ?"

ষোড়শীনা তপ্না ঈংনা অস্তুমুদা হায়রকই, "য়াররোই।" অদুগী ভুংদা মহাক হৌগৎতুনা চংশ্রগা থিংলিবা মন্দিরগী থোঙ ময়াদা ফনা কুইনা খুরুমলুবগা হল্লক্লে, জীবানন্দনা হায়রকই, "অদুবু নোংমতংদি ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "য়াররোই।"

"অদু ওইরবদি ইরাল পুমুমক মফমসিদা লেপতুনা ঙাকপিরম্লো ?"

"অদুবু মহুদা অদোমগী থোইনা দরকার ওইত্রা ?"

জীবানন্দনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই, "এসিগী পাউখুম ঙসি পীননবা ঐগী শক্তি লৈত্রে। হৌজিক ব্রাফম অসিদংদি থম্মোয় শিন্না লৈরি অলকা, করি তৌরগা নহাকপু নোংমতং ওইরবস্তু খামহনা থম্বা য়াগদপে। ওঃ— ইশাগী পুক্লিং অতোপ্পগী মখুত্তা চংগ্রে, সংসারদা মসিদগী হেন্না উপায় লৈতবা খঙলে অতৈ অমমুক লৈত্রে। ঐনা খ্বাইদগী হেন্না রারিবদি মীনা খন্নখিনি, ঐনা নহাকপু দণ্ডী পীখি, নহাক্না খাংখি, অদুগা মনা-মনিল নাইরমদনা চংখি। নহাক্না চংত্রিঙৈগী মমাংদা নহাকী চণ্ডীমাতাদা খঙহল্লম্মু মহুদি, মসিদগী হেন্না মীনম্বা অমমুক লৈতে হায়বা।"

যোড়শীনা কল্পিগুম্বা পাউথুম অমত্তা শীদনা ভুস্মিন্না হেনগংতুনা চংখিগে ত্তৌবদা খঙহৌদনা জীবানন্দনা মমাংদা মখুং তিংখোক্লুনা থংতুনা হায়রকই, "নহ্ক্কী ঈশ্বরগী মমাংদা লেপ্প্রুনা তসি ৱাকম অসি ঐ:ঙাক্না হ্‌ায়রবখো, কল্পি ত্তৌরগা নহাকপু ঐনা নোংমথক্রুদি পন্থহন্দুনা থম্বা য়াগদগে। অহুগী মতুংদা নহাক—"

যোডশীনা মতুংলোয়দা হন্দোক্লগা হায়রকই, "চৌধুরী মহাশয়, দোলাইরেং পিয়ন কনাম্ব লৈতব্রা অহুক হায়জ-সোজরিবদি ? ঐদি কনাগী মফমদস্মু ৱাকংলোই হায়বা খঙখিদ্রিবহুনি।"

জীবানন্দ লগ্নী থাদোক্লুনা লেপত্রে। শাউদে, ৱারোদে, নোল্লুকপগা লোয়ননা হংম্বা তপ্না হায়রকই, "নহাক চংলো, ওইথোক্লবগী অপাঙ্গদা নহাকপু অমুক ওংলরোই। দোলাইরেং পিয়ন ঙম্না লৈ অলকা, অহুবু মশানা য়াদবু নমহুনা ফাহুনা থম্বা মহুগী পোংলুম পুহনা চংনবগী পাঙ্গল ঐগী ইশাদা লৈত্রে।"

লখী থাদোক্লবস্মু ষোডশী মখোঙ থাংত্রে, হায়রকই, "ঐ কদাযদা চংক্‌দৌরিবনো হায়বা খঙনিংদবরা ?"

জীবানন্দনা হায়বকই, "খঙনিংবা ? মহুগী মপাল নাইরমদবা য়াই—অহুবু মহুদস্ম হৌচাক অমমুক লৈত্রে অলকা। ঐনা মসিদংদি নিংজরি মহুদি, মফমহুদা কনানস্মু নঙোন্দা অৱাবা পীরদবা। মহাকপু য়েংথিবা মখোয়না নহাকপু পুমকাউ কাউথোকপ্রসনু।" খঙহৌদনা মাগী খোঙ্গেল ফাজিল্লক্লে, অহুবু মশাগী অশোনবহু মফাক্লা অমুক য়োকখংত্রে, মহ মিংকুপ্তা ফাথরগা হায়বকই, "ঐ খঙই, মশানা থাদোকচখ্রবা মহাক অহুগা মুক্লক্লবা নদে।

ঐখোয়গী খুঙা নহাক্না শো শিন্নখিবা মুমিং অহৈদা নহাক্কী মকমদা ঐখোয় পুম্নমক অমুক্তনা মাইখিগ্রবনি। ঙসি নহাক্কী শক্তি মপাল নাইদে অহৈম ওইনমকস্তু মীওইবগী পুক্নিংদি খঙদে। হিংলিবমৈখ ঐগী চিংনবা অসি করিগুম্বা নুমিত্তম্তু কোক্লরোই।"

ষোড়শীনা মকম অহৈদা কুম্মহৈনা থুক্কল্লগা জীবনন্দগী খুয়াগী উকুল মকোক্তা হাপকংগ্রে, হায়রকই, "অদোমগী মক্কমদা ঐনা হায়জরমগদবা অমত্তং -"

"করি হায়নিংবগে অলকা?"

ষোড়শীনা মিংকুপমুক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "মহৈদি খঙবিরিবহৈনি।"

জীবানন্দনা হাইফেং খল্লগা হায়রকই, "খঙলম্বা য়াই, খঙ্গহৈনা য়েংলবদি খঙবা ঙম্বস্তু য়াই—অহৈবু মোংমা নহাক্না চেকশিন্না লৈননবা হায়খি করানা খঙগনি, মহৈ ঙাকপা ঙমদবস্তু য়াই নিংই। ঙসিমক ঙাইহাক্কী মমাংদা নুপা অনিখক্না দেবীগী মন্দির শোক্তুনা রাশকখি—মরুমদা লেপ্তুনা ইনাকোংমক্না মহৈ পুম্নমক তাই - মুমিং নিনিগী মমাংদা ওইরম্নবদি মহৈ ঐবুনি হায়না লৌরম্বা য়াই—অরা-রাখলগী ঙমখৈ লৈরম্লোইদবনি, অহৈবু ঙসিদি পুক্নিংদা করিস্তু খল্লুদে—করিনো অলকা?"

"নত্তে, করিস্তু নত্তে।" হায়রগা ষোড়শী নমহৈনা চুম্না অমুক লেপ্লবা হোংনরকই। অমম্বহৈদা জীবানন্দনা উবা ফংদে, খঙহৌদনা মাগী লাইখোং তাইফেং তাইগ্রে। হায়রকই, "লেংলসি, ঐগী য়ুমদা ঙসিদি ঙাইহাক্তা কম্বিখিবা তারি। ঐহাকপু গাড়ীদা থাক্লংশিন্নমদনদি য়ুমদা হনবিখিবা য়ারোই। লাকপিরো—"

যণ-গাভীগী মথাদা চাদরমা কিক্লক খুমহনা গাড়ীবালা হিম্নি, মহ'ক্না যোড়শীগী খোঙথাং মখোল খঙলহনা হায়রকই, "ইমা, শৈবাল দীঘিদি ক্রেম্নস তরা-তরানিখোইগী লম্নীনি, অহিং খরা লৈরিবৈদা খোঙশানহৌরবদি হয়েং খেংনা থুংলুপনি।"

যোড়শীনা হায়রকই, "করে, খঙলে।" খোঙকাপ খরা চংলগা হায়রকই, "কদ য়দা চংকদোরিবনো তাবিহোত্রা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "কয়িগী তাদনি।"

যোড়শীনা হায়রকই, "থেইনা লাক্লা নত্তে। মহুখক্তগী লম্নীনিনা অদোমগী অপাম্বা মতুংইন ঐবু থিরকপা ঙম্বিগনি।"

"অহুবু নঙোন্দা খোইদোকপা অহুঙুম্বা ঐগী অপাম্বদি লৈত্রে।"

খোঙ হাংলগা যোড়শী ইমুংদা চংলক্লে। হায়রকই, "ঐগী লৈজবা কম্বল অমথক্তু গাড়ীদা থাজিনগ্রে। অদোম্বু কমহনবা য়াবা খোইদেকেপা কয়িস্থ লৈতে। নির্ম্মলবা'বু ওইরম্রবদি ফিজি তিংথোক্লুনা কমহনব' য়ারমগদবনি, অহুবু অদোমদি মহু পক্কচরোই।" অসি হায়রগা মহাক্লা কংনোক নোক্লুনা ইমুং কাচিক্লগী কুশগী আসন অমা লৌবগা লৈমায়দা থারে. হায়রকই, "কয়িগুম্বা দোষ তৌবিরোই হায়রবদি—"

জীবানন্দ য়া ঙাংদনা কমথরগা তুম্মিয়া লৈত্রে।

অম্লুক থীমা করেম্নবগী পাউথুম ফংদবদা যোড়শী মপুক্লিংদা ঙকই। থাউমৈ য়াম্না মমথরক্লে. যোড়শীনা ঙা'অখংহল্লগা মহু পায়হুমা জীবানন্দগী মাংদা পুশিল্লক্লগা মিংকুপমুক চপ যুংনা লৈক্লরগা হায়রকই, "কয়ি খনখিরিবনো তাকশিয়ুদনা ?"

"ঐগী রাখলগী লোইবা লৈতে।"

"অরোইবা লৈতে অহোবদি লৈ, মহ্ তাকপিয়ু।"

জীবানন্দনা মগুক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে, মহুক্ন লৈতে। অরোইবা লৈতবা অদুগী অহোবস্থ লৈতে।"

ষোড়শীনা মচিন্দা থোরকপা অমা হেক্তা খুঃকই, হায়রকই, "মহুগুরুহুদি গুরুগী দর্শন শাস্ত্রদদা য়াউবনি—য়াইহৈনি—মহুন। সংসারদা চংনবা য়াদে।" অদুবু জীবানন্দগী মাইথোং উক্নবদা মহাক্কী মরৈ থংপা অমুক ঙমখিত্রে। মপুক্রিংদা তশেংনমক চঙক্লবনা থল্লবগুন কাওরকই, গুরুগী হৈ-শিংবা পাউথুম অমা ওইনা রা অসি ঙসি মহাক্না হায়রকপদি নত্তে, মসিগী মরিদা অমুক য়েংন-খোংনক্নবা মহাক পামজ্রে। তশেংনা অরেম্বনি লৌরবা মহুগী মরমদা অমুক য়েংনগদৌবিবা কন্নিগীনো?

মকম অদুদা তুম্মিন্না ঙাইহাক ফমদুনা লৈরুবগা ষোড়শীনা হৌগংদুনা থাউমৈ থমলুবগা মথুং হাম্নকই, হায়রকই, "ঐনা হায়জবা অমত্তং য়াবিগদ্রা?"

"কবিগীনো?"

"য়ুম অসিদা নোংমা ঐঙোন্দা অদোম্না হায়বিদুনা চাবিখি, ঙসি মতৌ অদুম্না ঐনা পামজবদগী চাবিখিবা তারে।"

"পূরকউ। লামস্থ লাম্মী।"

"মহু থঙই। ঐথোয়দি সুপাশিংগী মাইথোং উবদা হেক্তা থঙই।" হায়রগা ষোড়শীনা মথুক্তা ঈশিং লৌরুরগা তৈথোক্লুনা মাংমক্তদা চাফম শেম্নে। দেবীগী প্রসাদ ঙসিদি লৈত্তে, অদুবু

প্রজাপশংম্না মঙোম্দা থরমথৈ পীরম্মী, মহুমক উমাদা হাপ্পু না পুরক্কুবা ঘোড়শী চাকখঙ্গা চংগ্রবদা জীবানন্দনা মতোমদা মাইকৈ মখি লৈহনা য়েংবদা শগাইদা মুকক্ষুগা কলমগা লৈরম্বা উক্করে। মিনিট অনিরোম থম্লগা মহাক্কা মহু লৌখরে। পকেটতগী চিঠি অমা লৌথোরক্লগা মহুগী ইদবা শকক অহু শেগায়হনা লৌরগা থাউটম ময়াদা মহাক চিঠি ইনবা ফমথরবে। পরেং অহুম মখিদগী কেল্লমদবা য়াই, লাইবগা ক'হল্লে অমসুং মথক্কা ঘোড়শীগী মমিং ইরগা পকেটতা হাপচিনখ্রে। ঙাইহাক লৈবগা ঘোড়শী চানবা পুহম্বা চংলকই। চীংশু মনাদা ফৌ অকুম্নগী চেংপাক. চীংশু মনাগী দোনাদা শঙ্গোম অফম্ব, অহুগা উনা অমদা উটে-রাইহ থরগা চিনি থরগা ওমসুং খুজাইদা ঈশিং হাপ্পু না পুরক্লগা মহাকী মাংদা থম্লগা লুংঙাইতবা মীনোক্কা নোকফেং তৌহনা হায়রকই, "নুমিং অহুগীদি ইনাক-খুনবা লাইগী প্রসাদনি, অহুগা সিদি লাইরবা ইমুংগী চেংপাক, শঙ্গোম অফম্বা অহুগা চিনি খজিকথক্কুনি। মসি য়োংপা য়াগত্রা?"

জীবানন্দ মখুং হামদোক্লে, মচিন তেংথোক্লে, অহুগা চাগদবগী ফম্বথম্লগা হায়রকই, "নহাক্কা চাও হায়রবদি য়োংপগীদি থনবু থম্লুদে অলকা, অহুবু পুক অসিনা থাংবা ঙম্লগা লোইরে; ঐগী চাকথাওগী অনাবা অহু অমুক—"

বা ঙাংবা লোইকাত্রিবৈঙদা ঘোড়শীনা মিংকুপ্পা চানবা হাপ্প উনা অহু চিংথোক্কুনা দৌথোকখ্রে। লাংতক্লনা মাইথোং মকশিম মরাইবক্কা খুহম্বা শুরহনা হায়রকই, "ঐগী ইরাইবকসে ওহোক্ক

থীব্রে, অদুনা কাউথোকলুবনি! অদুবু মসিদি ঐগী থরাবনা লৈরিবমখৈদি পীজবা ওয়োক্ত।"

জীবানন্দনা মশাগী মাদা ঈকাইজরক্তুনা হায়রকই, "হেক্তিমা চাত্রবদি থাংজিংঙাই লৈতবা য়াই।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "য়াই! য়াই হায়বনা মুপাশিংদদি চংনবা য়ারমগনি, অদুবু ঐখোয়দদি চংনবা য়াদে।"

"অদুবু চাত্রবদি নহাক নথরায় মুংঙাইরোইনে?"

ষোড়শীনা মূনা য়েংলদুনা হায়রকই, "মুংঙাইরোইদোরিবা করিগীনো? চংলমদারদা চিনবান্দগী চানবা মুল্লে, করিসু পীজবা ওমত্রে—ঐদি কপ্পতনা শিরগনি।" ঙাইহাক তুম্মিম্না লৈরগা থওহৌদনা য়াম্না কন্না হায়জবগী খোংহোক্তা হায়বকই, "অযুক্তি থবক চিন্দুনা চাক থোংবা ওমহৌদে, হৌজিক সন্ধ্যা মতুংদা থোংই। চাক্তা ঙা মহি নাইনা থোংবগা—"

"ঙা মহি করম্বা মওংগী?"

ষোড়শীনা নোক্তুনা হায়রকই, "করিগীনো ঐবু লুখ্রাবীরনে? ঐদি পুম্নমক চাই।"

অম্বুক কুইরবগী তুংদা জীবানন্দ নোক্লকই, হায়রকই, "অদু ওইরবদি মযামচু নশাগীদমক থাক্লগা চানবিদুনা ফোলান পীজগে তৌরম্মিবা করিগীনো?"

ষোড়শীনা খুদক্তা হায়রকই, "ঐগী দোষনি, লানগ্রে—চাম্মরক হন্না ইবাল ইশানা য়াজরি। করিগুম্বা তাকপু তাকপিরবদি ঐ হৌজিকমক পুজরকে।" হায়রগা মহাক চেংপাক অতিংবা হাম্না

উমাহ্ন পাম্লখংলগা চাক অমস্তুং ঙা্ থোংবা লৌক্লনবা হন্নাও-মোমোন তৌনা হৌগংল্লে।

থোড়লীগী ন্নাহংগী পাউখুমদা জীব'নন্দনা হায়খি, মহাক্কী ন্নাখলগী অ'হৌবা অরোইবা লৈতে, মতম অহৃদা মহাক্লা মীনম্বা ঙাংখিবা নত্তে, হেক্তিমস্তু হায়খিদবা ওইরম্বা য়াই। পুন্সি অসিদা মশাগী পুন্সিবু মহাক্লা কৈ দৌড্ডদস্থু থম্লনবগী হীরম অমা ওইনা লৌখিদে, অমস্থুং করিগুম্বা নুমিত্তা করিগুম্বা দন্নকার অমত্তনা মহাক্কী ঙাইহাক ঙাইহাক্কী দরকারদগী লাম্বোক্তুনা চংপা ঙমখিদে। অহৃনা, মহাক্কী ঙাইহাক্কী রুমালগী দরকারদগী তুংদা দরকার ওক্টরগদবা চাকাগী চাদরদগী মমল হেনখি; অহৃনা মোম্পাকফিদক লৈতবদগী ফমুংদা মহাক্কী মমল য়াম্লবা শাল থাজিনখি, মহৃগীদমক্তনা মহাক্কী মখুং ময়াদা এল্লে কংদবদগী সনাগী ঘড়িদা চাক্লিব। চুরুট মতেক থম্বদা খজিক্তা হক্তানখিদে। তুংগী হাযব সি মহাক্কী মকমদা অচুম্বা পোংশক নত্তে, ওইত্রিবা য়োরক্তিবা অহৃগী মাইকৈদা মহাক্লা হন্না য়েংলুদে। সুপাগী হকচাং মহাক্লা মমিঙা উই, অহৃনা মহাক্লা মীহৌরিবনি, অহৃবু মিং পাংহনস্থু উবা ফংদবা, হবচাং অহৃগী থোইদোক হেন্দোকপা দান্নিত্ব—মহৃদা মহাক্কী করিগুম্বা মীহৌবা অমত্তা লৈতে। অহৃবু গ্রহনা পুনখিহৃনা যৌবনগী ঙমথৈ য়োবক্লবদ ঙসি মৈচাক অমনা মহাকপু লমুক্লহল্লে. অহৃগী হীরমদা করিগুম্বা মরম অমত্তা মহাক্লা

থিজিনফম থঙদে। কল্লিগীদমক্তা অলকাগী মনাক্তদা মহাক্তী পুক্লিং অহং-নুংঙ্খিল নাইদনা কোইহুনা লৈল্লিবনে, মখল-মখা কম্নাগী থবক্তা হকচাং য়াইহনুলা যৌবনবু নৈহংগ্রবী, চোকথহনগ্রবা খম্মোয় থুহুম চনগ্রবী অমস্থং উইন কনবী, মহাক অহুত্তবু মতম থুদিংমক্তা নিংজহনা, সংসার অসি মঙোন্দা অস্থম্না মহাও চেন্দনা থোকশ্রে, মতম অসিদা কাম্রদবা অপাম্বা অসিগী মরম মহাক মশামক্রন্থ থিজবদা ফংদে। করম্বা নোংদমথোগ্না নুপী অসিনা মহাক্তী কল্লিগুম্বা অম্বাংপা অমবু মপুং ফাহনগদৌরিবনো, মহাক্তী দরকার কল্লিনো, মফম থঙদবা রাখল অসিগী তোর্ব্বান মহাক্তা লাম্বা ফংদে।

চাক চাল্লিঙৈদা মহাক তাজ্ঞা অমদা নুংশুক-নুংজানরকই। হাংলিবা থোঙলোমদা মতুং ওহোক্তুনা ষোড়শী ফম্লি, অচম্বা য়াহং অমগী পাউথুম মঙং চুম্না ফংগ্রহুনা মহাক্তা হায়রকই. “কল্লি থনবিল্লিবগে, ঐগী পাউথুম পীবিগ্রবদি কৈদৌরবগে?”

জীবানন্দনা মমাই নোনথংলক্লগা হায়রকই, “কাল্লগী?”

ষোড়শীনা হায়রকই “হৌজিক্তি চণ্ডীগড় থাদোক্তুনা ফুমদা হনবিখিবনা ফম্নোইগ্রা? লম অসিদা অদোমগী থবকস্থ অমুক লৈগ্রে।”

জীবানন্দ রাখল অমদা লুপলুবনা হায়ল্লিবসি ভাব তাগ্রমাম্লে, হায়রকই, “থবক লৈতবা?”

ষোড়শীনা হায়রকই, “কদায় ঐদি উদেনা! থুজং অসি অদোমগীনি, মসিবু পাপ চেনহন্দনবগীদমক্তা লাকপি,বনি। ঐগুম্বী

ওক্রুবীবু তাম্বোক্লবা মতুংদদি লম অসিদা অদোমগী দরকার করি লৈরিবগে ঐদি উদে।"

"অহুবু নঙদি ওক্রুবী নত্তে।" অসি হায়রগা জীবানন্দনা মঙোন্দা মুৎনা য়েংলকই। ঙাইহাক মখোয় অনি মিংকা মিংকা চানরুরে, অহুগী মতুংদা ষোড়শী মমাই লৈখোকপ্রে। অহুবু ঙসায়মথৈ অহুক য়াম্না য়ারী শানরিঙৈদা মহাক্না উরক্লবা পোং অহু ঙাইহাক্কী মিংয়েং অসিদা মসিনা অহানবা ওইনা উবদা মহাক থাঙ্গৎমক শেংনা চঙক্লপ্রে। জীবানন্দগী মিত্তা লৌশিংগী মরৌ য়াম্না থাংবা মিংয়েং অহু য়াউদে, হায়দোকপা য়াহৈগী মতৌগুম মহাক্কী মিংয়েংস্তু নয়েক শেংই, চম্মী অমস্তুং লৌথুপ-লৈকোই লৈতে। মহাক্কী কোচি থাংবা অমস্তুং ওইনবা মুপা অসিগী মফমদা অরেম্বা ওইরে হায়বা মহাক্না ময়েক শেংনা উরে। ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "অহুবু য়াফম অসিদি হান্নদগী ঐঙোন্দগী অদোম্না হেন্না মুন্না খঙবিরক্লিবনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অহুবু নির্মলনা নহাকপু মুংশি, মসিদি অচুম্বনি।"

পাউথুম পীবদা ষোড়শীনা মংগী ঙাংলবা মাইথোং উথিদনবা লৈখোক্লগা হায়রকই, "মহুবু ঐগী ইরাল্লা? অতোপ্পা কনা-গুম্বনা করিগুম্বা মুংশিবগী লৈখোম চাইরক্কুনা ঐগী পুন্সি য়াহনবা মহুম্তু ঐগী ইরাল ওইরগদ্রা?" অহুবু য়া অসি হায়দোকলুরগা মাগী মাইথোংদা হন্না য়েংলুবদা নীংঙম্রক্লহুনা খুদক্তা হায়রকই, "অহুবু ঐগী ইরালগীদমক্তদি মখোয়গী দায়ী

অমুক লৈতে !" অসি হায়রগা মহাক্না মাংদা লৈরিবা চাক ইঞ্চাং য়েংহুনা হায়রকই, "চাবা লেপ্লিরবদি করিগীনো ? ইবেং লেংদনা অস্থুম লৈরেমা ?"

"নত্তে, চারিবসিনি।" হাযরগা মহাক চাবদা মপুক্লিং চংখ্রে।

গাড়ীয়ালানা লাউনা হায়রকই, "ইমা যাম্না অমুক থিস্থখিগদ্রা ?"

"নত্তে ইবুংঙো অমুক থিস্থরবোই" খোদেল্লগা হায়রকই, "অহুবু চণ্ডীগড়দগী চংপিগদবনি, হাযজহৌবিবসিনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "কদায়দা চংলুগে হাযযু ?"

"করিগীনে. নশাগী যুমদনিদনা, বীজর্গাদা।"

"করে, মহু চংলগে।"

"অহুবু হয়েংমক চংপিগদবনি।"

জীবানন্দনা মশাই লোনখংলক্লগা হায়রকই, "হয়েংমক ? অহুবু থবক লৈরিনে। লৌবুকী ঈশিং চিংথোরবা উকু অমা ফাংপা দরকাররনি। মখোয়গী লৌশিংহু লোইহনবা হজিনহনখিবা তারি, মহুদি নঙমক্লা হাযখিবনি। অতুদা নহুনা, মন্দিরগী ফিভম মওং চানা শিল্লস্থা পাম্মী— অতিথি ওইনা লাক্লিবা মখোয়দা ওংপি-নৈবিদনবা— পূম্নমক অসি তোরমদনা নহাক্না চংলে হাযরিব্রা ?"

ষোড়শী য়াম্না লুবে। অহুবু নোক্লুনা হংলকই, "সাধু সঙ্কল্প পূম্নমক অসিবু হযেং অযুক কাওবা লৈখিদ্রা ?"

জীবানন্দ ররেম্নবা অসিদা য়াউশিন্দে, তুশ্মিন্না লৈ।

ষোড়শীনা হায়রকই, "অহুবু দরকার ওইবদগী নোংমতক্তু হেক্লা লৈবিরোই হায়না ঐঙোন্দা হাযবিযু। অহুগা লুমিং থরনি অহু মহৌশাগী মতৌগুম চেকশিন্না লৈবিগদ্রা হাযবিযু?"

রাকম অসিগীস্তু মহাক পাউথুম পীদে, তুশিম্না যমহুনা চাবি। ষোড়শীনস্তু অঙম তাগ্রে অহুবু রা ঙাংবদগী তুশিন্না 'লথিবা অসিনা হন্না জীবানন্দগী মপুকচেল কবা যাম্না ওনথ্রবগে হায়বা মহাক্কী মকমদা থোইদোক-হেন্দোক্লা ময়েক শে খ্রে।

চাবা লোইরবদা মপান্দা থোরক্লগা ষোড়শীনা মহাক্কী মথুঙা ঈশিং থারকই; অমঙা ঙাইজবা গমছা' থিয়োম ওইহনা গাভীদা হাপথে, মহাক্লা মশাগী থিন্সি মঙোন্দা পীরহন অস্তুম্দা হাযবকই, "সে সি লৌবিযু!"

জীবনন্দনা মথুং-মশা তেথোক্লগা শঙ্গৌদনা হায়রকই "অহুবু মসিদি নঙনা ওতোপ্লা কনাদস্তু পীবা যারোই অলকা।"

ষোড়শীনা থাজি চিংশিল্লগা মাই'থাং ন্নক্লা হাযরকই, "হন্মু'দা ঙাইহাওগা ফাঙ্গর থা, লোইশিন-থমজিনবদা পুইনা অমুক চলরোই। এবু গাডাদা থাঙ্গৎপিরম্লগা চংপথিবা নগনি।"

জীবানন্দনা হাযরকই, "হাযবদি নহাক নু ত শ্লোকপগী থবক লোইশিল্লম্লগা চংপা য়াগনি। ফরে, ঐ মহুমক তোবগে, অহুবু নহাক্কীস্তু থবক অমদি লেহৌরে। ঐনা তৌজবা কম্মগী মহৈ ঐনা ফংদনদি কনানা ফংগদগে— মসিগীদমক ঐ কনাদস্তু রারোদে —অহুবু চংলমদাযসিদা নঙোন্দা দাবী অসিদংদ তৌগনি, এ মসিদগী হেক্লা অরাবা অমুক ফংদনবা।" অসি হায়হনা নহাক্লা

ইমুংদা চংলক্লগা পকেটতগী চিঠি লৌথোক্লুনা ষোড়শীদা পীরগা হায়রকই, "মুমিং চুপ্পা নহাক চাত্রে, কৌজিক খিত্তং চাননবা তৌরক্রো, নত্তনা চারিত্তৈদা ঐ অমম্বদা কোইথোকপুখিগে। মতম চানা হল্লকনি।" অসি হায়রগা চংকদবগী তৌরকপা খুদক্তা ষোড়শীনা থোত্তদা থংতুনা লেপ্লরে। রা অস্থুক য়াম্না ত্তাংনগ্রবা অসিগী মরক্তস্থ মীগী অরাবা খত্তদবা মশাদগী খনবা মুপা অসিনা মাগী চাবগী করিস্থ লৈতবা রাকমতুবু কাউরমড্রি, মসি খল্লুবদা মহাক্রী থম্মোয় পুত্তম্নক্রে, পুত্তা পায়রিবা চিঠি অত্থদা য়েংলত্থনা হংলকই, "মসিদি ঐত্তোন্দা ইবনি অদোমগী মাংদা চিঠি অসি ঐনা পাবা য়াব্রোইদ্রা?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "য়াই, অদুবু কায়বদি লৈতে, মসিগী পাউখুম পীবগী দরকার ওইবোই। ঐবু অরাবদগী কন্নবগীদমক নহাক নশানা মত্থদগী শক্তক কয়া হেন্না অরাবা নশানা কৌশিত্তরি। অত্থ নংলমত্রবদি মতৌ অম্মুন্না নহাক চংলমদবস্থ য়াই। ঐগী অয়োইবা হায়ব্রবা মসিদা ইরবনি, মত্থ করিগুম্বা ত্তাকপা ত্তম্নবদি মত্থদগী হেন্না নুংত্তাইবা ঐগী লৈত্রে।"

ষোড়শীনা হায়রকই, "অত্থ ওইরবদি পায়োবা?"

জীবানন্দ তুশ্মিন্না লৈ।

ষোড়শীনা চেত্থ কাক্তোক্লুনা পায়রগা লুকথত্থনা পরেং থরা ইরিবা অত্থ অমুক্তদা পাক্লবদা চত্তক্লত্রে অমস্থং চপ লেপত্থনা লৈত্রে। মপান্দা মহাক্রী মমিং থারবস্থ মক্ল ওইনা চিঠি অসি মহাক্রী নত্তে।

পম্বরা।

মখুংবা মখুম্না চৈদি—

ফকির সাহেব,

ঐহাক্কী অশেংবা মিং অমকা থৌই। মহাক্ ঐগী থুগাইনি। অহৌমদগী কুঠাশ্রমগী য়াইকবা মিতখি, মহাকপু ফরিশুখা ফম্বা থবক থাঁজন্না তৌহন্নবিগদবা। আশ্রম লৈরিবা মফম অসু ঐগী নত্তে, অচৌবু মহুগা থংনরিবা শেবাল-দীঘি ঐগীনি। খুঙ্গং অহুগী চহিগী আয় লুপা লিশিং মঙা-তরুক্কি। অদোমসু খঙ্গদৈ। অমসু অদোম লৈতবা মতমদা কনানা মহাকপু উপায় লৈতবীনি থম্লুনা ঈকাই-খুম্নবিয়োইদ্রা? মসি কীবদগী আশ্রমগীদমক্তা খুঙ্গং অসি মখোম্দা পীরবনি। অদোম ইশাৎক নোংমা উকিল ওইরগী, দান অসি পাকা ওইহন্নবা দরকার ওইবা পুম্নমক শিনবিয়ু, মহুগী খরচ ঐনা পীজগনি। চে-চাং শেম-শাহনা থারকপগা ঐনা সহি তৌহনা রেজিস্টর তৌগনি।

শ্রীজয়ানন্দ চৌধুরী

ঐহাক্কী মপান্দা থোক্লুনা খুনা অমা লৈত্তোকলুবগী মতমদা, হায়রকই, "মহাক্না অমুক য়াম্না পাঙ্ক অসি করাম্নগী খংবগে? ঐ কুঠাশ্রমদা মীনাই-মুবী ওইনা চংদিবনি হায়বা অমিনা কনানো খঙ্গিবনো?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "কুঠাশ্রমগী বা মমাঙ্গা খঙ্গদে। অমুগা মতমগী বা? ওলিদক থেবীনী অদিনা লেপ্লুনা যাম্নবিবা

ইনানক্লা তাৱবম্নু অমম্থদা ঐনা মশক লাকপা ঙমখিবগী মখোয়বু নহাক্লা খঙলবদি কমদৌনমো ?"

যোড়শীনা মসিগী চপ চাবা পাউখুম পীবা ঙমদ্রহুনা খোক হেক হায়দোকখ্রে, "য়ুম্ন মবগী ব্রাথম অমুক লৈখিব্রত্রা ? অরেবা পুম্নমক য়েঙ্হোক্লুবা মাংহল্লগা নহাক সন্ন্যাসী ওইহুনা চংপা পাখিরত্রা ?"

ব্রাহংসি মবানিমকী নাকোংদা ঙক্লা খোকই। জীবানন্দ অহানবদা পাউখুম পীবা ঙমদে, অহুবু উনা উনা মহাক কমদৌ-হুনমো তথক তথক্লক্রে। হায়রকই, "ঐবু সন্ন্যাসী ? মীনম্না ব্রানি। সংসারদা ঐ করিস্নু অমুক মাংহনবা ঙম্লোই। মসিদা ঐ হিংবা পাম্মী - মীওইবগী মতৌগুম হিংবা পাম্মী ইন্দোল পাম্মী, য়ুম পাম্মী, নুপী পাম্ম, ইচা-ইচু পাম্মী— শিবগী নুমিৎ অহুবুদি খামহুনা থম্বা ঙম্লোই, নুমিৎ অহুদা মখোয়বু ইমা দা থম্লগা য়েংহুনা চংখিবা পাম্মী। ঐগী য়াম্না .াংজখ্রে, এয়া য়াম্না মাংহনগ্রবগে হায়বা তাববদি নহাক পাখংকনি — অহুবু ঐ অমুক মাংহনবা ঙম্রোই।"

যোড়শীনা কীনা তপ্না তপ্না হায়রকই,"অহুবু ঐদি সন্ন্যাসিনীন। পৃথিবীদা নুপীগী ব্রাংপা লৈতে— অহুবু মহুগী মরক্তা ঐবু মহাক্লা চিংশিনবা পাক্লিবা করিগীনো ?"

জীবানন্দ ব্রা ঙাংদে। পৃথিবীদা নুপী ব্রাংলি ব্রাংতে, ব্রাকম অসি মঙোন্দা হায়বা ঙম্নগী মখোনা লৈরবী মহাক অহুদা মহাক্লা করি অমুক হায়রুখিগদগে ?

গাভীবালানা মাঙোন্দগী লাউনা হায়রকই, "ইমা, নোং ঙানগদবা কুইরক্লে।"

"চৎলসি ইবুংঙো, চৎলসি।" অসি হায়রগা যোভশীনা মমথরক্লবা থাউমৈ ঙানখৎফলগা মপান্দা থোরক্লে। মুম শো লোল্লগী দরকার লৈতে, শোল্লবা খোঙ গুপ্লগী পুনা পানশিল্লে, অদুগা মঙক্তা মফি ফিজি য়েংতুনা জীবানন্দগী মখোঙ ময়াদা কুম্থদুনা খুরুম্লগা খুয়া-উফুল লৌরগা লায়রকই, "ঐ চৎচরে।

জীবানন্দনা হায়রকই, "চাননবা মতম ফাওবা লৈত্রে।"

"লৈত্রে। ঐ মগ্নিতৈদা চৎকনি হায়বা প্রজাপিং'না খঙনদে, মখোয় মৌরক্লিংঙদা ঐ বিদায লৌখিবা পাম্মী।" নোকফেং তৌদুনা হায়রকই, "চরা অম অনি চাদবনা ঐখোয়দি শিদে।"

লোযনদুনা থাকমিয়রকগা জীবানন্দনা মহাকপু গাভীদা থাজংশিরে। গাভী থোরবদা মনাকোং ময়াদা মচিন থমদুনা হায়রকই, "এলক, নহাক্না নমানা নোংমা নহাকপু ঐগী ইখুঙ শিরবিখি, অদুম ওইনমক নহাকপু ফংজদে, অদুর, মুমিং অদুদা ঐনাকপু করিগুম্না কনাগুম্বনা নহাক্না নখুঙ্গা শিররম্লবদি ঙসি অমম্বদা ঐবু মত্তৌ অম্ম্না থাদোকুনা চৎপা ঙম্মদবা য়াই।"

মসিগী পাউখুম যোভশীনা থিবদা ফংত্রে। গুপ্লগী য়াহৈশিং অদুগী হায়কম খঙদবা, লোইবা নাইদবা লাংতক্লবা খোম্লাংনা মহাক্না নাকোং অনিমক য়ৈশিনখ্রে। গাভী কোনা থেকচিনখিত্রিৈঙ মমাংদম্ম মহাক্না মমাই লৈদুনা য়েংলকই, নোংঙাল্লবদায়গী গুক-গুম্না ময়বা ময়ক্তা মকম অদুমক্তদা মহাক অদুম চপ যুংনা লেপতুনা লৈরি।

নোংঙাম্নপম্বা খোইনা য়াংলক্লে, জীবানন্দ চৌধুরী নখীনা শমখহুনা ময়ুমদা হল্লকই। ভাইহাকী মমাংদগী লাউরন-খোংলকখা. শেংকাহন্না মহাকী লাকোংদা তাররকই, থরমং চংশিনথমক্তদা য়ুংগী অতিয়াদা নোংঙাল্লকপগী ডাঙ্গ্রাবা মচুঙ্গ অম্তাংবা মেঘ্রি মখিক্লা উরক্লে, অদুগা চংশিনবগা লোয়ন-লোয়ননা লাংবা হৌনা তাররকই অমস্তুং মঙাল অহু, অস্থম পাকখোক-চাউখোররকই। মমৈথংদা মমাক নকশিল্লবদা উরে, মীয়াম্না অয়েংদা লাউ-খোংলিবা অমস্তুং চেস্থোক-চেংশিন তৌনরিবা অদুগী মরক্তা খীজগাগী জমিদার শাহেবগী য়াইফ-কোল, মহাকী মামা পোকপা মথোনা থোইদোক্লা পামজরম্বা শান্তি-কুঞ্জ মৈ চাকুনা উং ওনথিগদবা অমুক কুইররোই।

## কুমন্তরক

নোংঙাঙ্গ্রিবৈদগী চন্ডীগড়গী ভদ্রলোকী মাইথুম হাপ্লা মখোয় পুম্নমক ভয়ঙ্কর হাহাকার লাউনা চেম্বরক্লে— শান্তি-কুঞ্জ তুম্বা চাক্লে, থুদক্লা থরমখৈ কলহৌই: মচগা চাকখ্রিবা অদুগী মঙল কন্নানো, মচুদা লেমহৌরিবা অদুদি থরদনি অমস্তুং থোইনা য়াম্বা মস্তে, অদিনচিংবা কয়া ঃরিক চুং থিডিমবা চেম্বরকই। অদুগা মসি কমদৌনা ওইথ্রিবনো অমস্তুং কনানা তৌরম্মিবনো? মরাম মমাংদা একক্যিড়ি নঙীনা কাহেম্না ইয়াং তৌররকই। মাংলিবনি মশাক্কীঙী। মহাক্লা মরাম মমাংদা লাউনা কোংদোক্লবই মচুদি, হৎবাদি শান্তর

লর্দ্দ শগীনি। মহাক্কা মাগী মী অনিগবু কনা কনানো ভবাং অহিং অথেংবা কাওবা মপান্দা কোইচৎ চৎপা থেংনৈ। থানাদা পাউ পীগ্রে, পুলিস য়ৌরক্লগনি। লৌ-উবা কাংনু পুন্নমকপু করিগুম্বা মহাক্কা থোদোক অসিগী মরিদা আন্দামান্দা থ'বা ভংত্রবদি মাগী মমিং এক্ককড়ি নন্দী নক্রে—মহাক্কা অম্ভুক কুইনা হুজুর সরকারগী মনাই ওইরককপসি অরেম্বদা তারগনি।

মুখংগ্রবা অতুগী মৈশাদগী খরা লাপ্পা থোংনাং বট অমগী মক্কমদা সভা ফম্নি। জীবানন্দ য়াউনি, মহাক্কী মাইথোংদা য়াদনা চোকথবা পথবগী মত্তমা পাথংপা • অগা লাংতক্লবগী মমি তাদে, নোকফেং তৌনা হায়রকই, "অতু ওইরবদি নহাকম্ভ মখোয়গা লোথননা চৎপা তাবনি এককড়ি। জমিদারগী গোমস্তাগী থবক্তা নহাক্কা কনা কনাগী মযুম মৈ থাখিবগে, মতুগী পাউ ঐ থত্তই। মৈ থাবদা মখোয়বু কনামম্ভ মমিংমক্কা উব নত্তে, ওইদবদা চিংনবগী-দমক নওম্ভ মতুগী শরুক য়াবা তাবনি।"

মাগী রা তাবদা ময়'ম পুন্নমক চত্তক্লগ্রে। এককড়ি অহানবদা তৌফম থত্তদনা নৈ, মতুংদা মতুবু ফাগী তাহনবা নোকশিন্নতুনা হায়রকই, "হুজুরবদি ইমা-ইপানি। ঐখোয়গী পারোল-পুরোল তরেং শুরে হুজুরগী মনাই ওইরকপা। হুজুরগী য়াথংদা করিগী জেলদা চংগদগে, ফাঁসি চৎপা তারবম্ভ ঐখোয়গী চাউথোক-চনিংঙাইনি।"

জীবানন্দনা শাউনা হায়রকই, "ঐঙোন্দা থত্তহল্লমদনা পুলিসতা পাউ পীক্কবা নহাক চুমদবনি। চাকগ্র-শিং অতু অমুক হল্লক্লরোই,

অদুবু মসিগী মখজা করিগুম্বা পুলিসকা লোয়নবা কৌজুনরুবা নৌনা ইরাং অমা তৌদুনা অদেনবা খেল তাম্নবা হোৎনরবদি নওগী মাংজবগী চাং য়াম্না হেনগৎলকনি ."

অয়াম্বনা মচিন খুমহুনা নোকই। একবড়ি পাউখুম পীবা ঙমজ্রে—শাউবনা মমাই কাহৎগ্রে, মপুক্কিংদা জমিদারগী শাগে মুৎনবা নিজরকই। ভুবেন্নোম থংবদা মীনাইশিংগী য়ুমশিংদি চাকহৌদে, মহুমক্কী মথোল অনিগী য়ুম অমগী কা অনিদা মহাক লৈরগনি কায়বা অরেপ্পা রা থঙহল্লগা জীবানন্দনা মীগী য়াইকনবা খল্লিবা কাংবু অহু বিদায় তৌগ্রে অহুগা তারাদাস ঠাকুরবুদি হয়েং অমুক অমুক্তং উগ্ররনবা য়াথং পীগ্রে।

তারাদাসনা হায়রকই, "ঙরাং অহিং ষোড়শী চৎগ্রে—"

"ঐ পাউ কংলে।"

"পুখম তেংগোং থুজাই থয়া কংগ্রে—"

"অহু ওইরবদি থরহু মমুক লৈশিনবা তাই।"

মৈ চাকপা অসিগী মরমদা ইকুই কুইদনা রা কয়া কয়া মথং মথং শন্দোক্লগ্রে। জমিদার অহিং অহু মখুমদা লৈহত্ত, মসিগী মরমদা য়াম্না থগ্র-নৈনরুহুনা কায়দে থইরে, অহুবু ষোড়শী ভৈরবীনা চৎখিবগা মসিগা থোইদোক্লা মরি লৈনৈ, অহুগা থবক অসি কনানা তৌরম্লিবনো থওল-উরবা কাওবদা জমিদারনা মীশক অহুবু লেম্না থাদোকই হায়বা রাক্ষম অসিগী মরিদা ভাবনা শাবা অমম্ভুং চিংনবা কোংদোক্লবগী লোইবা নাইদে। রায় মহাশয় হৈ-শিংবা মীনি, একবড়িগী লাংদা জীবানন্দ মথোঙ থাংজিল্লে উবনা মাগী

হৈন-শিংবা অমস্তুং মরৌশিংগীদমক মহাক্তী নোম্মুকপা শক্তক চাম্বা লেনলংগ্রে, অদুবু মপাগী থম্মুবদা মহাক থোইদোক্লা মীপাইমক্লে। থোজ্বীবু ভাহোকপগী থবক্তা মহাকস্তু শক্তক যাখিবা মীশক্তি, অমস্তুং জমিদারগী যুম উং ওপহনখিবা মথোম্ম অহু থারদা নক্লা কপাম্মনো লৈরি, বাকম অসি থন্নুবা মহাক কম্মুংদা হিক্লদা মশা শুম্বা হুমাংনা লুপগ্রে। ভাক-শেম্মবা মাইকৈ মরিদা মী শংহন্নুনা থম্মবদস্তু মহাক অহিং চুপ্পা মাঙ্গোলদা হক্কং-হন্দা চংতুনা লৈ। অহুপা ওপ্পগী যুমদনা? মহাক্তী কোগী কৈ কয়া, চক্ক-চনাইগী মচৈপ কয়া, মহৈ-মরোং থোমজিন্নবা থৌরাং—পুম্মমক অসি করনবা মহাক থোইদোক্লা চেকশিন্না লৈবা তাই। কীনা কীনা মতম লেপ্পি—অহুম ওইনমকস্তু মুখিং কয়ানি কবিগুম্বা মওং অমদা হোৎগ্রে, অদুবু ছেরক অসিদা অসিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লরে, মহু লাক্কোক্লবা লম্বী অমুক লৈখিগ্রে। কোর্টকী সমন থুংপরে, লৌ-উবা অমস্তুং অভোপ অভোম্মা প্রজা ময়াম অমত্তা ওইনা তীরক্লুনা জমিদার অমদি মহাক্তী মখিংদা বাকং-চে থাপংগ্রে। লম অহু মবানি লৌতুনক্লুনা চু থামবা অমস্তুং চিনিগী কারখানা লিংবকা মাত্রাজী সাহেব অমদা য়োনগ্রবনি, মহুবু নমথাক অমস্তুং লৌবম তাহন্নবা বাকংনি। পাউ লাক্লে, কোর্টকী প্রস্তাব অমস্তুং ইঙ্গিত মতুং ইন্না কলেক্টর সাহেব মপামক মকম অসিদা লাক্লুনা তদন্ত তৌরগনি। শেল যাম্মা চংগনি, মতৌ অন্নুয়া হায়রবদি একককভিগা তীনবপা লহি কন্না শাখি, বক্ষকী ইনবা চে অমস্তুং শেল পুথগী ইনবা চে কন্না শাখিনখি—অমগী পোং অমদা

য়োনশিন্নবগুম্বা মথল কন্নাগী ঠোক-ঠাক কয়া ল্যাঙ্গোকপ্রবনি—পুম্নমক অহু থম্মোয়-মিংলা য়েংলহুনা ফনা কুইরবা কাওবা মহাক চপ মুংনা যমহনা লৈ; অদুবু মসিদগী হেন্না অচৌবা বাফমদি মসিনি মহুদি. অতোঃবা অপঙবা অশিবগী পাংথক ওইরবা লৌমী কাংবু অসিনা কমদৌনা অস্থুক কনা ইচং থৌরগ্রিবনো মহুদি, খুঙ্গং অমত্তদা লৈরগা তমথীরবা জীবানন্দ চৌধুরী অমস্তুং জনার্দ্দন রায়গী মথক্তা বাকংলুম্নিবা। পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক পুক থম্না চাবা কংজত্রবা, নিংথম থাগী অহিংদা ফমহুনা লেল্লিবা, লাইচং মতমদা হুই-ফৌদোংগুম শিন্নিবা, চাক তাংবা মতমদা চেং খুম্না অমগীদমক লমশি শিন্নিবা, মখোয় অহুনা কোর্ট কাননবা শেল কনাদগী কংলবনো? মশাগী মাংজনবা থৌওং অসি মখোযদা কনানা ইনশিনবিরিবনো? মহাক অহুনা চন্নবা রাকম অসি মখোয়দা তাকপিবা রাজ্রা মহুদি, জিলাগী কোর্টতা নত্তে, হাইকোর্ট হায়বা অমমু লৈরি, মফম অদুদা জীবানন্দ অমস্তুং জনার্দনবু ইনথুহুনা সাগর সর্দারনা কৈদৌঙৈদম্সু মাই পাকপা ঙম্মোই। ইংরেজগী বিচার তৌথম শঙ ঈনাব-খুংবশিংগীদমক লিংবনি, লাইরবশিংগী নত্তে—মাগীদি মরল লৈ, তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈ, ব্যারিষ্টর মমহাক লৈ, থাজবা য়াবা উকিল এটর্নি লৈ, অদুগা অতৈ খুদোংচাবা কয়াম্সু লৈ—পুম্নমক অসি মশানা মশাদা থঙহল্লহুনা জনার্দ্দনা শক্তি অমদি থৌনা হন্দনবা হোংলৈ, অদুবু কান্নবদি থোইনা কংদে। মরমদি, মসিদি গুপ্তগী শেল-খুম, লৌ-ইংথোল, লৈবা য়োনবগী অচম্বা কেশ নত্তে, থৌদোক-বাথোক

কয়াদা অরুবা থবক কয়া লোইশিনখিবা অহুগী মহৈগী মশক ঙইনা ফৌজদারী দণ্ডবিধিগী খাতাদা অকনবা রাহৈ কয়া ইহুনা লৈরি, মহুগী তমথীরবা শরুয়া মরুমদা লেপ্পহুনা মহাকপু থোইদোক্না কীহল্লকই।

রাফম অসি শন্দোকপদা চিথবা লৈখিয়ে, মতম শাংনা খঙলক-উরকুরুবা রায় মহাশয়না মহু খঙই, মরম অহুনা নুংথিলগী মতম করিগুম্বা মওং অমদা লেপ্লগা অহিংগী অমম্বদা এককড়িবু কৌহল্লুরে, অহুগা জমিদার সরকারগী মাইকৈদা করম্বা মওংদা থবক চথরিবগে হংলকই।

এককড়িনা হায়রকই, "হুজুরগী মফমদদি হৌজিক ফাওবা হঙ্গংত্রি।"

জনাদ্দন্না শাউনা হায়রকই, "হঙ্গংত্রবদি হঙ্গংলুরো চংলো। হন্নুথংসিদা ফাদোক তাবা তারব্রা ?"

মাগী চিংনবা অমদি পাখংপা মতৌ অসিদা এককড়িনা নোক্নুনা হায়রকই, "কীকনিংঙাই করি লৈ রায় মহাশয়, ফাদোক তাবা তারবস্নু এনা তাগনি, ইবুংঙোখোয়বুদি চংহল্লরোই। অহুবু লাইরববু য়েংশিনবিগদবনি, কাউবিগন্নু।"

জনার্দ্দন্না হরাওরহুনা হায়রকই, "মহুদি খঙই এককড়ি, নহাক লৈরবদি কীনিংঙাই লৈতে, মঙনা খঙলিবহু উকিলগী মপানা ফাওবা খঙবা ঙম্বা নতে, অহুবু খঙলেদনা পুম্নমক ? কে সাহেব মশামক তদন্ত তৌবা লাকনি—মহাক মহা বদমাইসনি। অহুবু মন্নুংগী পাউ খরা খঙত্রা ? কনানা মখোয়দা লৌশিং তাক্লিবনো হায়য়ুদনা ? শেল কনানা থোরাং তৌবিবনো ?"

এককড়িনা চিংমখা লৈতনা ষোড়শীগী মমিং পল্লগা হায়রকই, "শেল থৌয়াং তৌরিবদি চণ্ডী মাতাননি. অতৈ কনানা ওইগদগে ? মহুমক্কুনা হাপ্তু হাথু থৈদোক্কুনা লোংতুনা লৈখ্রিবনি।"

"মহাক কদায়দা লৈবগে হায়যুদনা ?"

এককড়িনা হায়রকই, "অনকপদা কদায়দনো লোংলমগনি— মোংমদি খঙলক্কনি।"

জনার্দ্দন্না ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "পাউহু লৌশিল্লু। ইরাংদা নেমখিসনু, মহুগী তুংদা—"

এককড়ি নুমিৎ অহু মকম অসিদা চাক-ঈশিং চারগা অহিং য়াম্না থেংনা মযুমদা হনখি।

এককড়িনা মতাং অমদা ব্বারৌনা হাযরকই, "নুমিৎ অহুদা সাগর সর্দ্দারগী মরমদাময়ামদি মাগী মপুক্লিং খঙহনা চিন খুমহনা নোক্কুনা লৈথোকপিখি, অহুবু পুলিসতা পাউহু পীহৌরম্লবদি ঙসি ময়ামগী খুদোংথীবা অসি থোক্লমলোইদবনি।"

জনার্দ্দন্না ঈকাইনা মরাল য়াজরে, এককড়িনা মতমহুদা হুজুরগী মরমদা থোইদোকপা পাউ অমা মঙোন্দা খঙহল্লহুনা হায়রকই, "যু থক্লিঙৈদা থোইদোক্লা ফরস্মী, হৌজিক ব্বা ঙাংবা লুরে। অনমকনবা শারি—মতম কুইনা হৈনরক্লবনি, কুইনা খাঙবা ঙম্লোইদা।"

জনার্দ্দন্না থাজবা ঙমদে, হায়রকই, "তশেং তশেংনমক থক্লুব্রনে ?"

এককড়িনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "মসি অহুম্বনি থক্লে।

নুমিৎ নোংচুপ্তা থোক্লকপস্থু লায় অহুবু খঙবিদত্রা রায় মহাশয়, অনমকনগ্রবা মীনি—মোংমদি নুমিৎ চুপ্পা ওন-থোইনা অনা-মৈচাক থাংলকপনা অহিংদদি মখোঙ মখুৎ পুমঙৈং ঙৈংথরকই, ডাক্তর বাবুনা চিংনরহনা হায়রম্মী, ঐগী বা লৌবিহনা য়ামত্রবদা চামচ অমঙদি থকপিয়ু—হার্ট ফেল ওইরকপা য়াই—অহুবু বাবুদি অকীবা লৈতে। নোকফেং তৌহনা হায়রকই, অস্থুক কুইবসি মহাক কৈদোংঙৈদস্থু ফেল ওইরক্তে, চাং মান্নবা লৈ ; ঙসি নোংমা করিগুম্বা ফেল ওইরক্লবস্থু দোষ অমুক তৌরোই, অহুবু ঐদি পুন্সি চুপ্পা ফেল ওইদ্রনদা লাক্রবনি. য়ামত্রবদা ঙসি নোংমত দ ঐবু পাশ তৌহল্লু। কনানস্থু পীথকপা ঙমখিদে।"

"হায়রিবত্ত করি !"

এককড়িনা হায়রকই, "রাখল অসি চুপ্তে, হুম মোরাম্মত লৈখিসন্নু, মহুগী শেলনা লৌবুক ময়াইদা উকু অমা চনগনি, অহুগা রূপসা বিলগী অরাং থংবা মপান্দা কাঞ্চাগী থোঙ অচোবা অমা শাগনি। ইঞ্জিনিয়ার বাবু থুংলরে, হিসাব থোংলগা হায়রকই, মহুগী শরুক অমা সোমদা থাদহনা য়ুম শেমজিনবিয়ু ; অহুবু য়াবা কৌবা লৈতে। দেৱানজি ইপাগুম্বা অহলনি, হায়জে, জমিদারী বন্ধান চংথ্রগনিনে ? বাবুনা হায়, প্রজাশিং পুম্নমক চহি খুদিংগী খাজনা থিগংললকপদা শিগদৌরে। মখোয়গী লৌবুক কনবিনবগী-দমক করিগুম্বা জমিদারী বন্ধান চংখিবা তারবস্থু চংচখিসন্নু। হন্দোক্লগা লোইরে।"

রায় মহাশয়না ঙাইহাক তুম্মিন লৈরুরগা মমৈথংদা হায়রকই, "মাথা চোই-লাকপদি নত্তেদনকো ?"

মসিগী মুখিং নিনিগী মতুংদা জনার্দ্দনা পাউ লৌহনা খণ্ডলে, এককড়িনা ব্রাকমহু ভজুরদা হঙ্গংত্রে, মতম অহুদা মহাক অমুক তপথবা ওয়ক্লে। মীরেম্নি অমসুং কীগনবা মীশক্নি হায়হনা মপুক্লিংদা মহাকপু চৈরম্মী, অহুগা অহিং নিংথিনা তুম্বা য়াথিদে। খণ্ডহৌদনা কবিগুম্বা নোংমা পাউ পীরক্লনা সাহেবনা তদন্ত তৌবা লাক্লবদি খুদোংথীবগী ওমথৈ অমুক লৈরম্লোই। মাইকৈ খুদিংদা শেম-য়াহনা লৈহৌব্রবদি করি থোক্লগদগে হায়বা লুই। লেপ্লে, মথংগী মুমিত্তা উম্নহনা মশামক্লা ব্রা পুম্নমক হঙ্গংলগনি— মীওোন্দা থাজবা থমহনা মতম মাংহল্লবদি শিহনা তৌক্লনি।

অযুক্তা দুর্গাগী নাম চাম্নগা নিপাল্লক শোল্লে, শ্রীশ্রী৺চণ্ডী মাতাগী নাম মুক অঙাংবনা চেদা ইহনা থবক অহু পাকা ওইনা লৌরে, অমসুং অহাংবা চফুনচিংবা অমঙ্গলগী খুদম মথল খুদিং-মক্তগী মতিক চানা চেকশিন্না শোর পুংকম য়েংলগা মুপা মবি লোয়নহনা মহাক জমিদাব উম্নক্লনবা যাত্রা তৌরক্লে। অহুবু থোইনা লাপ্না চংলুবগী দরকার ওইখিদ্রে. মুপা মণ্ডা-তরুক চেল্লক্লনা পীরম্নিবা পাউ অহু পেম্নিংঙাই ওইদবা অহুক থাজনিংঙাই ওইদবা ব্রাকম্নি। অয়াম্বা নত্তে, কাঠা তবাগী লম সড়ক অচৌবা ময়াদা মতম খরগী মমাংদা ব্রায় মহাশয়না দখল তৌহনা খাজিন্দুনা থমখি। মহাক্লা পাম্লিবদি দুকানগী শণ্ড অহু মকম অসিদা হোংদোরকে অসিনি। চণ্ডীগী সম্পত্তিনি, অহুগা মসিগী ময়মদা ষোড়শীপা য়েংসু য়েংনক্রবনি, অহুবু মতিক-ময়াই লৈরবা জনার্দ্দন ব্রাব্বু মহাক্লা থিংবা ওমখিদে। মসিগী মরিদা মহাক্লী দলিল

অমস্থু লৈমাল্লে, অদুবু খুঙ্গাশিংনদি মদু থাজনদে। ঙসি অয়ুক্কা মহাক্কী লমদু বে-দখল তৌগ্রে। মফম অদু য়োৎদা জনার্দ্দিন্না উরে, অয়াম্বনা লৈনরম্রে। শিরোমণি, তারাদাস, গগম চক্রবর্ত্তী অমস্থুং মখোয়গী কাংবুগী ভদ্রলোক কয়া লৈরিবা অদুগী মাংদা জীবানন্দ চৌধুরীনা হুকুম তৌদুনা অমস্থুং মশাগী মী থাদোক্তুনা মহাক্কী শম্বল শিদোকপল্লগা মন্দিরগী লমলোমদা খোপচিনগ্রে। কনানস্থু য়ানিংদবা উংলুনবগী থৌনা লৈতে।

জনার্দ্দিন্না নুংঙাইতবা শাউনিংবা ফাথরগা নোক্লুক্না হায়রকই, "মসি তৌবিদ্রিঙৈদা ঽঙোন্দা পাউ অমত্তং পীবিরকপা য়াবনি!"

জীবানন্দনা নোক্তুনা হায়রকই, "মদুনা অরেম্বদা থিন্থুক্কন্দুনতা তোকনি, পাউ য়োগনি হায়বা খঙই।"

জনার্দ্দিন্না হায়রকই, "পাউ ফংলে, অদুবু নোংমতং মাংজৌননা খঙহনবিরক্লম্রবদি কেশ-নোং তৌরোইদবনি।"

জীবানন্দনা অদুম নোকফেং তৌদুনা হায়রকই, "মসিদস্থু কেশ তৌবা চুম্রোই রায় মহাশয়। ভৈরবীশিংগী মখুতগী দেবীগী সম্পত্তি য়ায়া মীগী মখুং চনগ্রে, অমুক ময়াম অদু লৌশিনবা দরকার ওই।"

জনার্দ্দিন্না কংমোক নোক্তুনা হায়রকই, "মদুদগী হেন্না নুংঙাইবা অতৈ করি লৈগনি হুজুর। খুঙ্গং পুম্নমক অসি চণ্ডীমাতাগী ওইরম্বী হায়নৈ, অদুবু হৌজিক্তি—"

কোংচি অদু ময়াম পুম্নমক ভাব তানৈ। শিরোমণি ঠাকুরদি জনার্দ্দন রায়গী লৌশিং অমস্থুং ঙাংবা হৈবা অসিদা পেল্লে।

জীবানন্দগী মাইথোংগী ফিজম করিগুম্বা মওং থজিক্ক' হেংবা উদে। হায়রকই, "এদুগী অশোয়বা লৈরম্রোই য়ায় মহাশয়। চণ্ডীমাতাগী দলিল-মুংশিল, প্লান, ম্যাপ পুম্নমক অরৈবমখে ঐনা কলকাতাদা এটর্নিগী মযুমদা থাম্রে। অদুবু ময়াম্না ঐগী সকায় ওইখিগদবনি।"

শিরোমণিনা জয়ধ্বনি তৌরকই ; অদুবু য়াকম অদুনা অচুম্বা ওইরবদি করি থোক্লগদগে খল্লুবদা শাউনিংবা অমম্মুং চিংনবনা জনার্দনগী মাইথোং কাহংখ্রে। অদুবু মসিদগী শরুক কয়া হেন্না খুদোংথীবা মহাক্কী কোকথক্তা থরাক থরাক য়ান্দুনা লৈ নিংশিং-লক্লুনা ওসিগী ওইনা মপুক্লিং ফাজিন্দুনা মযুমদা হনখ্রে। য়ুমদগী থোরকপগী হীরম অদু অরেম্বা ওইরে। লম্বী চংনা চংনা মহাক্তা মপুক্লিংদা খল্লকই, ঐগীদি বিঘা ১০০/২০০ দগী হেন্না মাংলদবা য়াই, অদুবু চণ্ডীগড় পুম্নমক য়োংশিল্লিবা মহাক্কীদি? মরম অসিনা য়াকম অদু কাম্নদবা য়ারেম্মি, নমথাক তৌবা য় নবগীদমক্তা হায়রিবনি হায়বা হীরম অসিদা চিংনবা অমুক লৈত্রে। ইমুংদা চংলক্লগা হিদাক্কীদমক লাউরম্লগা মী উরকম কাদা মখোঙ থাংজিল্লকপমক্তদা মহাক ওকপনা থম থেংখ্রে। অচি অমদা এককড়ি লোংতুনা ফম্লম্মী, মহাক্কী মমাই তাইক্কেং তাই, শকওং অমা তৌই—"কাই করি তৌরগেনে, ইখঙ খঙলৌদনা নঙ মকম অসিদা? নঙগী অঙাওবা নবুংঙো অদুদি অসোমদা চৈ-নোং পায়হৌরে।"

এককড়িনা কায়রকই, "খঙজে। অঙাওবা অদুগী মনাক্তা হৌজিকমক ঐখোয় অমুক্তা চেল্লদবা য়াত্রে।"

জনার্দ্দনা চিংননা হংলক্রই, "করিগীনো হায়রুদনা ?"

এককড়িনা হায়রকই, "অতোন-অতাশিংহুদা লৌশিং কনানা তাকপগে অদুগা শেল কনানা পুথোক্লিবনো থত্তবা ওনম্রি ; অদুবু অসিমখৈদি থত্তলে, সাক্ষী ওইবা য়ারবদি হুজুরনা অরোংপা ক'রম্ম থম্লোই। দলিল শেম্বগী রাকম ফাওবা থাকলোই।"

জনার্দ্দনগী মাইথোং পুমকা কাহংগ্রে। মুপা অদুগী অনম-কনবগী অকীবা কংবা রাম্রা থুংহুদা তাখিবদু নিংশিংলক্রে। মহাক্না অস্তুম্নদা হায়রকই, "করিনো লঙ্কাকাণ্ড তৌদ্রিমখৈ তোক্লোইদৌরিত্রা মখৈথংদা !"

মাগীদমক হাল্লকপা হিদাক থুমজিল্লক্রে, ঈরুজনবা ঈকিং ঈ.থব.ক্র, জনার্দন মপান্দা চহ্লোকখ্রে। জীবানন্দ মত্তম অদুদা মন্দিরগী করিনো অকায়বা অমা মেংহুনা লৈরম্মী, তারাদাসনা লাপ্পক্না লেপতুনা মহাক্কী রাহংগী পাত্তিপুম পীদুনা লৈরম্মী, জনার্দ্দনা মমাংএক্রুদা চংশিল্লগা হায়রকই, "হুজুর ! থোদোকশিংসি অমুক্না থম্মুহনা মোংবিয়ু।"

জীবানন্দ অহানবদদি করিগী থোদোক্নো থত্তবা ওন্নমদে, অদুবু মহাক্কী কা-হেম্না পাখংপা অমম্বুং ওমাং মচিদা এককড়ি নন্দীবু উবদা ওরাং অহিংগী রা নিংশিংলম্রে। হায়রকই, "অদুবু উপায় করি লে রায় মহাশয় ! সাহেবনা লম থাদোক্লিংদে, মহাক্না কোংনা লৈখিবনি—অদুদা নওনা মাগী শাথীনা মাংবম্মু মাংলপনি। মরম অমিনা ক্লেশ ওম্বা নত্তনা প্রজাশিংগী অতৈ অমা উংদে।"

জনার্দ্দনা খম্মোয় কায়না হায়রকই,"অদুবু ঐখোয়গী লক্ষ্মীদি ?"

জীবানন্দনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই,"মদু অচুম্বনি, ঐখোয়গী লক্ষ্মীসু য়াম্না লুগল্লা নিংই।"

মহাক্কী অতপ্পা খোঙ্গেল অমসুং শক্লোন হোংবা নাইদবা মাইথোং উবদা জনার্দ্দন মশাবু অমুক ফাথজবা ঙম্লক্রে। খাঙম্লক্তুনা হায়রকই, "হুজুর, লক্ষ্মী গুপ্পগী লুবদা নত্তে—জেল চংগদৌরিবনি, অদুগা ঐ ইথল্দা নত্তে, হুজুর ফাওবা চিংখগদবা নত্তে।"

জীবানন্দ মোমোন নোক্লকই, হায়রকই, "মদুদা করিদি তৌরুনি রায় মহাশয়। পামজদুনা উ থারুবনিনা মদুগী মহৈ চাবা তারেদনা কমদৌনি!"

জনার্দ্দনা পাউখুম অমুক পীত্রে। নোংথাংমুক য়াংনা মপান্দা থোকপ্রে। এককড়ি না পুন্নমক তারমগনি নিংদে; মহাক থুনা য়াংনা চংশিল্লকপদা জনার্দ্দনা লাউ-খোংদুনা হায়রকই, "মসিনা ঐখোয়বু মাং-তাকহনগদৌরিবনি এককড়ি, ঐখোয়গী নির্ম্মলদা টেলিগ্রাম অমত্তা থাখো—মহাক অমুক্তা য়ৌরকখিসনু।"

## কুনতরেং

চণ্ডীগড়দগী নির্ম্মল মথরায় নুংঙাইতনা চংখিবনি। লমদমদুগী অফ-ফত্তা অমসুং মরি পুন্নমক্তগী মশাবু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা ককথংদুনা চংলবনি, চংলমদায় মতমদা মহাকী অমত্তা ঙাইরবা অপান্থদু অসিমক্তি। ঈশ্বরগী মফমদা পুক্নিং লোংদনা খুকমজে,

হৌগ্রবা অদু অমুক হঞ্জিল্লক্তবা, মতুগী করিগুম্বা মরা অমদা মহাক্কী পূন্সিদা কদায়দস্থ তাহন্দবা ! মহাক তুররিংবা মীনি। অকে-অমৌ অমস্থং সাহেব শাবা মরক অদুদস্থ সংসারগী অচম্বা লম্বী মতুংইন্না চংপা পামজৈ। হৈমনা মহাক্কী অমত্তা ঙাইববী—মহাক্কী নুপীনি, মহাক্কী চান্নথোইবীনি, মহাক্কী মচাগী মমানি—ফজবদা, নুংশিবদা, শাজত্তা, লৌশিংদা মঙোন্দগী হেনবীবু কনাগুম্বা নুপানা করিগুম্বা মতমদা ফ জগে নিংজরমগনি হাযবা মহাক খনবা ফাওবা ঙমদে, অদুম ওইনমক অদুক মমল যাম্বা মবলবু থৌওই-কদ০। মহাক্কী পুক্নিং নোংমা ককঙাওনবা পামখি, হল্লকপা কাওবা কান্নদবা মৈচাক অদু হেক নিংশিংলকপদা খুদক্তা ব্রাফম অসিনা মহাকপু থোইদোক্লা ওংলকই। অহানবনা অসিনি মদুদি, ফত্তবা ব্রাখলগী ব্রান্নী অদু মহাক্লা হৈমগী মফমদা পূন্সিগী ওইনা লোংতুনা থমগদবনি, অদুগা অনিশুবনা ষোডশীগী লমচংনি। মসিগী মরমদা মক ওইনা মহাক করিস্থ খঙদে ; অদুম ওইনমকস্থ করিগীনো নোংমা মহাক্কী থম্মোযদা অপাম-নুংশি পোকখ্রিবা, মশাগী থম্মোয়দা ব্রাহং অসি হন্না হন্না হংবদা নির্ম্মলনা পাউখুম অসিদমক চিংনবা লৈতনা ফংই, ষোডশী লমচং নাইদবীনি। ওইথোক্তবা পোংপু মহাক্কী থম্মোয়দা মীহৌক্লবা লৈতে, লৈফম থোক্তবনি। মদু ফংবা যাবগী মপালদা লৈবা নত্তে, মসি খঙলে হায়দুননি মহাক্কী পুক্নিং অস্থুম্না হোংলক্লিবা। ব্রা অসি নিংশিংদুনা মহাক্লা মওং অমদা মশাবু থেমজিজৈ, অমস্থং মপুক্নিংদা হাযজৈ, লম্বী অদোমদা কৈদৌঙৈদস্থ মাই ওল্লোইদবনি। হৈমগী মপাম্মি,

চৎনিংলবদি মহাক চৎচসন্নু, মহাক মশামক্তি চণ্ডীগড়গী মমিং কৈদৌঙৈদস্মু পল্লরোই।

নুমিৎতুদা কোর্টতগী হল্লকপদা হৈমগী মফমদগী মগাগী চিঠি লাকই তারে। মহাক্না ইরকই, অহিংদা লোৎতুনা ষোডশী কদায়দনো চৎখিবা অদু কনাস্মু খঙহৌদে।

নির্ম্মলনা ফাগী তৌনবা কন্না হোংনহুনা নোবফেং তৌহুনা হায়রকই, "কদায়দা চৎখিবগে কনাস্মু খঙহৌদবা ? সাগর সর্দ্দারস্মু খঙহৌদবা, অহুদা নগুনা জমিদার জীবানন্দ ফাওবা খঙহৌদবা ?"

হৈমনা শাউহুনা হায়রকই, "নখোয়গী হৈনবীনি। সাগরদি খঙলম্বস্মু য়াই. অদুবু জমিদাবদি কমদোনা খঙগদগে ? নুপীশিংগী মমিংদবু বদনাম পীশিনবা ঙম্লবদি মখোয় পেল্লবনি।"

"মদু ওইরম্বা য়াই।" হায়রম্লগা নির্ম্মল মপান্দা থোকখিগে তৌই, হৈমনা কৌবগা হায়রকই, "থৌদোক অমগস্মু থোক্লে। অহিং অদুদা জমিদারগী শান্তি-কুঞ্জ কনাননো তুম্না মৈ থাগ্রে।"

"হায়রিবদু করিনো ?"

"অচুম্বনি। শাউহুনা সাগরনা থাবনি হায়না মখায়া থাজবৈ। অদুবু জমিদারগী মিং পবশিন্দুনা ওইদবা বদনাম খুঞ্জাশিংনা তৌরিবা অদু অচুম্বা ওইরদি করিগুম্বদা জমিদারগী য়ুম মৈ চাকদ্রা ? অমুক্না খুম্বিয়ু ?"

নির্ম্মল তুম্মিন্না লৈ। হৈমনা হায়রকই, "হায়নিংবা হায়নজসন্নু, অদুবু ঐদি তশেংনা খঙই মহাক মরাল লৈজদবীনি। চণ্ডীগী মঙ্গাকুন্থী ভৈরবী অমগা কৈদৌঙদস্মু লৈখিদ্রি। মাগী থৌজালদনা ইচানুপাগী মশক উজবা ফংলিবনি, মদু খঙবিদ্রা ?"

বা অসিগীস্থ নির্ম্মলনা পাউখুম অমত্তা পাদে। থোদোক পুন্নমক খঙনবা চিঠি ইংনাপ্পাউ পুন্নমক মরিক চুম্না লৌনিংবনা মহাক খোইরাংবগী ঙমখৈ লৈতে, অদুবু অপাম্বা অসি নমথরগা মহাক মপান্দা থোকখ্রে। যোঢশীগী মরি পুন্নমক্তগী মশাবু মহাক্না থদংচত্নবা থমগদবনি, মসিনি মহাক্কী রাশক। অদুবু নথংগী নুমিংকা নোংঙাল্লিবৈঙদা মকুবোক্কী অথুবা টেলিগ্রাম থুংলরে থমস্থং সন্ধ্যাগী মেলদা মনেম্মোক্কী চিঠিস্থ যোরক্লে, চিঠি হেক ফংবগা মরানুপা লাক্লুবদি মহাক্কী অহল ওইরবা মকুবোকপু খোঙযম অসিদগী বনানস্থ বনবা ঙম্নবোই— মহাক ফাদোক তাগদোরিবনি, মতম অদুদা হৈম কংখৎলক্লে, অদুগা অমুক্তা তোরঙ্গ অমস্থং বেডিং য়োম্নবা যাথং পীরম্লগা নির্ম্মল মাগী থবক্কী শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌনবা যুমদগী থোকখ্রে।

নুমিং নিনিগী মতুংদা হৈমগা লোযননা নির্ম্মল চঙ্গীগডদা থুংলরে। উবে, অকীবা অমদা লুপতুনা মযাম পুন্নমক মতম লেম্লম্মী। কনানা কৈদোঙৈ মৈ থারগদগে মতুগী অরেপ্পা লৈতে। মাইকৈ মবিদা মী থম্লি, যুম্বুরেন মরাং কংক্রিক কংখ্রে, কদায়দস্থ চংথোক্লে— অদুক মতিক-মগুণ লৈরবা নুপা অসি মথুঙ্গংদা অহয়োনা খুদোংথীবা উবদা নির্ম্মল চঙক্লখ্রে। মফম অসি থাদোক্লুনা চংলুবা মতম কুইদ্রি, অদুবু বরিনো মওং অমা এল্লেম্লে! বংখিবা প ড চদু থে ইদোক্লা ওন্ন- তনবংলম্মী, থোইদোকপা

করিম্বু খঙবা ঙমদ্রে . শুপ্পগী পাউ অসিমদি ময়াম পূয়মক্বী চিনখুম চপ মান্নে মত্তুদি, জমিদার জীবানন্দ চৌধুরী মাথা চোইরে। মহাক য়ু থাদোকক্ত্রে, প্রজাশিংবু মশাগী মাযোক্তা কেশ থাঙ্গংহল্লে, মযুম শেমজিন্নববা শেল অত্তুনা কৌবুক্তা অচৌবা উকু অমা চনবদা শিজিন্নরি— অসিগুম্বা রান্নী কয়ানি ; অত্তুবু খঙহৌদনা কান্নগীদমক্তা মহাক মওং অসি ওইখ্রিবনো. মত্তু কনানম্বু খঙদে। নুপা অসিবু নির্ম্মলনা য়াম্না তুক্কচৈ, মহাক্বী মনাক্তা ব্বা তান্নবা চংলুগনি খল্লুবদা মহাক থোইদোক্লা চিং্নে। অত্তুম ওইনমক থোদোক্লা ওইরক্লিবা ফিভম অসিনা মত্তুদা অতৈ লম্বী লৈরিত্রা হায়বম্বু মমিত্তা উদে। লৌউবা প্রজাশিং থোইদোক্লা মায়োক্তা লেপ্লি। মখোয়গী য়াইফনবা খনবা মমা ভৈরবীদা ওংখিবা অত্তুনা মখোয় শাউবগী ঙমখৈ লৈতে। মখোয়না করিগুম্বা ব্বা অমত্তা তারোই। সোমদা মাদ্রাজী সাহেবকী য়াম্না মাংলে মাগী মেছিন-মুংছিন পুবক্তুনা তাত্তুনা লৌরি, মত্তুগী ক্ষতিপুরণ পীবা মওং অমদা ওইথোক্তুবা ব্বাফম্লি। লম দখল মহাক্লা তৌদবা শুপয়া য়াদে। মরু ওইনা মশা য়াউদনা এটর্নিগী মতেংনা মহাক্লা থবক শিল্লি, এটর্নি অত্তু শাথীবা মীনি, অত্তুম্না লৈবাক মচা ত'দে, মহাক্বী মফমদগী কবিগুম্বা খুদোংচাবা অমত্তম্ব ফংবগী আশা লৈতে। আশা তৌনিংঙাই হায়ববু মখোয় মশেল য়ানবা অসিনি। মত্তু ওইরবদি অতৈ ওইনিংবা ওইজসন্নু, পিনাল কোডকী তমথীরবা ধারাশিং অত্তুদগী নাম্বোকপা য়াগনি। মখোয় মশেল মরক্তা য়ানত্রবদি লম্বী অমমুক লৈত্রে, অহুগা অঙাওবা

গুপা অহুনা বিচারপতিদা মহাক্না করিগুম্বা রা অমত্তা লোৎলোই যায়না কীহল্লি। রা অসি নির্ম্মলনা নোক্কুনা থৌশাররোইদবনি, করিগুম্বা য়োরকপদগী মহাক্না রারী ময়াম অহু ত'রমদবা থোক্রবদি, মরু ওইনা যু থকপা ত্তোকপগী রারী — হার্টফেলগী অকীবা উৎলবদস্থু ডাক্তরনা যু মরিক অমা ফাওবা পীথকপা ওমখিদে, অহুক তমথীবা উইনক্নবা গুপা অহুগী মকোঙা খঙহৌদনা অঙাওবা-রাখল অমা চংগ্রে, কনানা মহু কোকহনবা ঙমগদগে? অহুম ওইনমক, রাখল চোইরবা অপঙবা গুপা অসিদা অফবা লৌশিং তাকপা মহাক লাক্রিবনি। মঙোন্দা ভাব তাহনগদবনি, অকীবা উৎকদবনি, হায়জ-নোঙ্গগদবনি — করি তৌগদগে হায়বা মহাক করিস্থু খঙদে। থোইদোক্না পামজদবা থবক অসিগী মায়োক্তা নির্ম্মলগী থম্মোযদা ল'ল হৌবকই, অহুবু উপায়দি কদায? অরানবা থবক তৌরুরিবা মীশক অত্তদি হৈমগী মপাবুংনি। মহাকপু কনবা তাবনি। হৈম কপখৎলক্লে, মনেম্বোক কপখৎলক্লে, এককড়ি হুরা-বগুম চংথোক-চংশিন তৌবি, মকুবোক চরা হেন্দুনা কমুংদগী হেনখিদ্রে — অহু ওইনরক মরক অসিদা নোংমতংদি খল্লি, হৎচিং বিচারপতি তদন্ত তৌবা থুংলরগনি।

মুংথিল ওইরকপদা জীবানন্দগা মহাক্না লৌবুক ময়াইদা থেংনরে। অম্বক কুইবসি ঈশিং চিংথোক্লবা ঈরম নৈবমদে, উকু চনবা হোৎনরি। ঈংমা নোক্কুনা মখুৎ তিংথোক্কুনা জীবানন্দনা মহাকপু তরাম তরাম ওক্লগা হায়রকই, "অদোম লাকপগী পাউ এ ঙরাংমক ফংজরে। য়াইফবিরিদনা? ইমুংগী

কনাশু অনা-অয়েক য়াউবিরিরোব।" মহাক্কী বাঙাং-শাঙাংদা চাউখোকপা য়াউদে, লৈশি-লৈখোনবা য়াউদে — চম্বা অহুক ত্রো ত্রো তৌই— মহাকপু চিংনরুমবা মতম কাওবা ংদে। মসি কাওবগীদমক্তি নির্ম্মলনা শেম-শাহোদে ; মহাক মশানা মশাবু তোম্বনা খঞ্জরকই। করিগুম্বা মাথা চোইরম্বা থোক্লবসু মহুদা ঈকাইনিংঙাই ওইদে। জীবানন্দনা য়াইফরিত্রা হায়না হংলকপগী পাউখুমদা নির্ম্মলনা শুপ্পগী মঙক্তমক নোম্নকই অমসুং মঙোন্দা বাহং করি হঙ্গদগে হায়বা পাক হেক নিংশিংবা থোক্লে।

জীবানন্দনা হায়রকই, "অদোমদি ঙাই-শেলনি, থুঙং 'পুম্বগী হরাওনিংঙাই ওইবা মীশক্তি। অহুবু পাম্বিহনা অসি গুম্বা মফম অমদা লাক্তনা উগ্রবিরে মহুদি—" খঙহোদনা মিথ্রী অমসুং মুপালিশিং উরুবদা হায়রকই, "ইবুংঙোয় ঙসিদি ঐখোয় অহিং খরা থেংবা ফাওবা শুবা তারি। চয়োল চুপ্পা নোং মংলক্তি, ঙসি-হয়েংগী মমুংদা নোং তাররুগনি। অহুবু মহু ওইরবদি করিগুম্ব' মওংদসু য়াররোই। ঐখোয়না অসিগুম্বা থবক তৌবা ঙাই মহুদি, ঐখোয়গী ইচা-ইশুনা ফাওবা মঙক নোমহুনা হায়রহোনবা মহুদি, হোয় উক্তু চল্লপ্লিবা অসি মখোয়না তশেংনা অরা-অনা থিদনা হোংনখিবননি। মহুনি ঐখোয়গী খুংগুমল।"

ময়ামগী মপুক্লিং পেৎথ্রে। বীজর্গাগী তমথীবগী মশক ফংলবা জমিদারগা লোয়নননা থবক শুন্নিরি, মহাক্কী মচিন্দনা অসুম্না বা ঙাংলি ; মখোয়না খোজেল মায়না বাশক্তনা খঙহল্লে মহুদি, মখোয়গীসু অপাম্বা অহুমক্তি। করিগুম্বা নোং মংদহুনা থাবল ফরবদি মখোয় অহিংগী পুং তরা ফাওব থবক শুগনি।

নির্ম্মলনা হায়রকই, "অদোমগা ঐগা খন্নগদবা রা খরা লৈ।"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অতোপ্পা ফুমিং অমদা য়ারোইদ্রা ?"

"নত্তে, ঐগী দরকার য়াম্না ওইরে।"

জীবানন্দ নোক্লকই, হায়রকই, "মহৌ ওইরপ্পা য়াই। চুমদবা খবক্কী পোৎলুম পুহন্দুনা অস্তুক লাপ্পা চিংহুনা পুরক্লিবা মখোয়না অদোম্বু তরাই তরাই থাদোকক্রা ?"

কোৎচি অহুনা নির্ম্মলগী খম্মোয়দা য়ুররে। মহাক্না হায়রকই, "মহৌবুদি অচুম্বা রানি। চুমদবা খবক মীওইবনা তৌনৈ হায়হুনি সংসারদা ঐখোয়গী দরকার ওইরিবসি চৌধুরী মহাশয়। মহৌ নৎলমদ্রবদি অদোম্বু অমুক লৌবুক ময়াই অসিদা ওৎলবগী ঐগী দরকার করিগী ওইরগদগে ?"

জীবানন্দ করিমত্তা শাউদে, অহুম মাইথোং মকা লায়া কায়রকই, "ঐ ফুংঙাইতবা করিম্ভু তৌদে নির্ম্মলবাবু। অদোম লাকপিরিবসি অদোমগী তৌকম থোকপা থৌদাংনি, হীরম অসিদম্ভু ঐ মরিক অমত্তা চিংনবা লৈতে, অহৌ নত্রবদি অদোম কৈদোনা লাকপিগদগে ? অহৌবু থৌদাংগী রাখলদি পুম্নমক্কী চপ মান্নবা নত্তে। রায় মহাশয়গী মাংননবা ঐ খন্দে ; অদোম্না লাকপগী মহৈ য়াম্লবদি ঐ থাঙ্গৎমক শেংনা ফুংঙাইগনি, অহৌবু ঐগী থৌদাংনম্ভু ঐবু কিয়েপ অমা লৌহনব্রে, মসিদগী লেং-লাকপা ওম্বগী শক্তি লৈত্রে "

নির্ম্মলগী মাইথোং ঙাংলক্লে। মহাক্না হাইকেং খল্লগা হায়রকই, "ফজদবা য়া খন্নগদবা রাহৌদোকী তাকতুগী অদোম্না;

চামবিহুনা ঐগী লাম্থোকপিবসি য়াম্না নুংঙাইহৈজে। .হক য়েৌরক-পদগী অদোমগী মরমদা ঐ না য়াম্না তাজরে—"

জীবানন্দনা নোক্লুনা হায়রকই, "অমনা মসিনি মহুদি ঐগী মাথা চোইরে, চুমদত্রা হায়বিয়ু ?"

নির্ম্মলনা হায়রকই,"সংসারদা সাধারণ মীগী রাখল-লৌশিংগা খঙচৌদনা বনাগুম্বগী থৌদাংগী রাখলগা বরিগুম্বা হেক্তিম্না খেন্নরক্লবদি বদনাম অমদি মপিনরে। রাযম অাসি তশেংনা অদোম ইশানা পুম্নমক য়াবিরেদনা ?"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অচুম্বা রানি।" মহাক্কী খোঞ্জেলদা ফিজংপা চেন্দে, [চিনবান মতায়দা নোকযেং তৌবগী মমি তাই, অহুম ওইনমক মসি ফাগী নত্তে হায়বা নির্ম্মলনা চিংনবা লৈতনা খঙলে। হায়রকই, "ইশানা য়াজবা পাউখুম্না অদোম দগুি ফংবিবদি য়াই, অদুবু অতৈ ময়ামদি হিংখিগনি।"

জীবানন্দনা হায়রকই,"নির্ম্মলবাবু অদোমগী রাহু পাঠশালাগী গোবিন্দগীগা চপ মান্নৈ। পণ্ডিত মহাশয়। মুকুন্দস্থ হৈনৌ হুরাল্লি। হায়বদি, চৈহুনা শাস্ত্রবদি মাগী মনঙ্গলদা নারিবহু হন্থরোইত্রা ?" অসি হায়রগা মহাক নোক্লকই। মহাক্কী মকা-লাম্বা মীনোক্কী চৈথেংনা নির্ম্মলগী মাইথোংদা অশাউবগী ফিভম উরক্লুনা মহাক্না নমহুনা নোকপা লেপ্লগা হায়রকই, "ঙাকপিগনি অদোম্না, মসিদি ঐ মঙদা ফাওবা পামজদে। ঐনা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈ ইশানা ফংজরগা লোইরে। নত্রবদি, রায় মহাশয় থবক মহৈ য়ান্দুনা নুংঙাইনা তাইবং খোঙচত্তা পানসনু, অদুগা

ঐগী এককড়ি নন্দী মহাশয় অতোপ্পা কদাযদনো গোমস্তাগী থবক তৌহূনা মথং মথং চাউখৎতুনা নুংঙাই-য়াইফনা পানসনু, কনাদস্থ ঐ করিগুম্বা য়াবৌবা অমত্তা লৈতে।"

নির্ম্মল আইন লল্লানবা মীনি, লায়না খুংলায় থাদোক্কদবা মীশক নত্তে, হায়রকই, "অস্থুম্বস্থ ওইবা য়াই, কনাস্থ দঙি ফংবগী দরকার ওইদবা, অদুগা কনাগীস্থ করিস্থ মাংজদবা।"

জীবানন্দনা খুদক্তা যানিংলহূনা হায়রকই, "নুংঙাইরে, মহুবু ওইরবদি। অদুবু ঐনা কযা খল্লুনা যেংবদা মতু ওইগনি নিংদে। লৌউবশিংনা মখোয়গী লম থাদোক্রোইদৌরি। মরমদি, মসি শুপ্পগী শেংপা চাবগী য়াফমদা নত্তে, মখোয়গী পারেংন-পুরেংন কযাদগী উবক্লবা লৌথম্লি অদুগা মখোয়গী ঈগা মরি লৈনখবনি। মসি মখোযদা পীগদবনি।" ডাক্তাক ঙম্মিন্না লৈবগা হায়রকই, "অদোমদি মুন্না খঙবিবিবনি শুপ্পগী লৌউবশিংগী মথক্তা — অদুবু মতম পুম্নমক্তা মখোযদদা ওংপি-নেবিহূনা—মসিদি অমুক থোকহল্লরোই।"

নির্ম্মলনা হয়রকই, "অদোমগী জমিদারী পাক-চাউরিবনি, লৌউবা খবা অসিগী মহুদা মযম অ,ক লৈররোইদ্রা? কদাযদনো নত্রগা কদাযদনোমা"

"নত্তে নত্তে অমুক কদায়দস্থ নত্তে — চণ্ডীগড অসিদা। ঐনা নমহূনা মখোযগী মফমদগী লুপা তকক লৌখংখি - অদুগা লুপা অদু জনাদন বায়না খোমগংখিবনি—মহু শিংবা তাবনি। অদুবু ফজদবা য়াফমসি নৈনক্কহূনা কান্নবা লৈতে নির্ম্মলবাবু, ঐগী পুক্লিং লেপ্লবনি।"

লুপা লিশিং তরুক্কী ইঙ্গিত অসি নির্ম্মলনা খঙবা ঙমদে, অদুবু মসিদি খঙলে মতুদি, মহাক্কী মকুবোক রাখোক কয়াদা মশাবু পুনশিঞ্জরিবা অসিদগী নাঙ্থোকপা অরায়বা নত্তে। মহাক্না অরোইবা ওইনা হোংনদুনা হায়রকই, "মশা কঞ্জবা হায়বসিদি পুম্মক্কী অধিকার লৈ, অদুনা ইকুবোক্কীনু মতু তৌবা তাই। অদোম ইশামক জমিদাররনি, অদোমগী মফমদা কেশকী মরম গুণায়না হায়রুবগী কান্নবা লৈতে—মমৈথংদদি তু থাদুনা তুগী লায়েংবা তাই।"

জীবানন্দন খোইরুম মোমোন নোক্লুনা হায়রকই,"লায়েংবনা জাল থাবগী তূনা হাংশগী ফিভম ওইহল্লগদ্রা ?"

নির্ম্মল মমাই ঙাংলক্লে। হায়রকই, "খঙবিবিবদুনি, অয়াম্বা মতমদা হিদাক্কী মমিং তাবদা অনাবা কবনা কয়া ন! মতু ওইনিংবা ওইজসনু, অদোম ব্রাহ্মণনি, চহিদা অহলনি, অদোমগী মফমদা অকনবা রা ঙাংবা ঐ পামজদে। অদুগা খঙহৌদনা করি মরমদগী অদোমগী ধর্ম্ম-জ্ঞান অস্থুক কনখংলক্লিবনো হায়বা অদু খঙনিংবা পোক্কে, অদুবু রা অমদি হায়জরমগনি মতুদি, মতু অদোমগী অচম্বা মওংগী নত্তে। গভর্নমেন্তনা করিগুম্বা প্রসিকিউট তৌরবদি জেল মনুংদা মতু ভাব তাবিরকনি। অদোম্না লিনবু থৌরিনি হায়না লান্না লৌবিরি!"

জীবানন্দনা হায়রকই, "অদোম্না হায়রিবসি অচুম্বনি, অদুবু লান্না লৌবিবমথৈদি থৌরি অদুমক ঐঙোন্দদি অচুম্বনি!"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "অদুবু মতুদা শিবা ফাওবা লেংদনা

লৈরোই। অচুম্বা রা অমগম্ম হায়জরমগনি। অদোম্বু ঐ য়াম্না তুকচ্চে, অহুগা পাগী অমনা অতোপ্পা পাগী অমদা হায়জবা ঐ ঈকাইনা খল্লি; অহুবু মহু অদোম্না খঙলোই— মহু খঙননবা অদোমগী শক্তি লৈতে!"

জীবানন্দগী মাইথোংদা করিগুম্বা অওনবা অমত্তা উদে। খজিক্কুম্ম ফিগ্নত্তে, অহুম তপ্না ঈংলবা খোঙ্গেলনা হায়রকই, "অহুবু ঐদি অদোম্বু তুকচ্চদে নির্ম্মলবাবু, নোল্লুকই মসি খঙবা ঙম্বগী থৌনাম্ম অদোমগী লৈতে!"

ফিভম কায়দবা মনিং-মথা তপ্না মওং অসিদা নির্ম্মল মৈ হৌরক্লে, অমম্মং পাউখুম অহুবু শাথীনা করেম্নবনি খন্দুনা খোঞ্জেল য়াক্লা হায়রকই, "হুরান চিঙ্খিবশিংগী মরক্তম্ম থাজবা হায়বা পোৎশক অমা লৈ, মথোয় মশেল মরক্তা মথোয়ম্ম মহু থুগায়নদে, বিশ্বাসঘাটক ঐ মথোয়না তুকচ্চনৈ। অহুবু পুন্সি চুপ্পা লমচং নাইরক্তবনা মবুদ্ধি চোইরক্রবা মহাক্তা য়েংনরুবগী কান্নবা লৈতে — ঐ চৎচরে।" অসি হায়রম্লগা খুদক্তা তুংলোমদা ওদুনা খোঙথাং য়াংনা চৎখ্রে।

নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা লৌ-উবা কাংবুগী মতম চুপ্পগী ওইনা অয়াবা কোক্লবা মশক ওইরবা ঈশিং চিংথোক্লবা উকু চনবা লোইরে, থুঙ্গং কয়াদগী মী কাংবু কাৎবু য়েংবা লাক্লরি, অহুবু মহু শারিবা জীবানন্দ অহুদি নাহুনা কমুংদগী হোৎশংখিত্রে। ও.নামথিবহু মহাক খাংবা ঙমদ্রে। চৈরক অসিদা সাহেবকা

উম্নহুনা লৌশিং কয়া তৌরগা নির্ম্মলনা তদন্ত তৌবা লাক্কদৌরিবা মুমিং অহু চয়োল অমা য়্যৈথোকহনবা ঙমগ্রে, অহুবু মুমিং অহুস্মু য়োৗরবগুম্লে। শুপ্নগী মুমিং নিনিদা ঙাইরে। হিংননবা লম্বী অমথক লৈরি অমস্মুং মহুগী মতুং ইন্না জনার্দ্দন্না তারাদাসপু চণ্ডীমাতাগী থোইদোকপা পূজাগী থৌরাং তৌহনগ্রে, ইমাগী থৌজালদগী হন্দক্কী থোঙফম অসিদা জীবানন্দ অমুক হৌগৎ-লক্তনবা। সাহেব রাথোকফমদা থুংলবদ্রিবৈঙগী মমাংদা করিগুম্না অমা শিলহৌদবা য়াদে। মচান্নুপী পুহুনা মোংশীগী মথোঙদা তুজক্রুবগী রাফমস্মু মপুক্লিংদা শল্লকই, মরমদি অতোনশিংহুবু থেমজিনবা ঙমগদবদি শুপ্নগী মহাক্তনমি, অহুবু মহাক্তি কদায় ? মহাকপু থিনখিবা গাডীরালা অহু ফনা কন্না থিবদা ফংদ্রে। মুমিং ওয়েৎনিগী মতম ফংবদা হৈমবতীনা তশেংনা থাজরম্মী, মচা-নুপা পুহুনা অমুক্তং কপচক্রুবা যংলবদি মহাক্না কবিগুম্না মওংদস্মু ঙশ্মোই হায়রক্লোই ; অহুবু আশা অহু অরেম্না ওইশিল্লক্লে।

মুমিং কয়ানি অাস চাউরাক্লা মুমিং খুদিংগী নির্ম্মল হেড ওফিসতা চৎপা তারম্মী। মওং চাদবা কেশ অসি শোক্লগদৌবিবনি, মহুগী অহোবা খুদিংমক মাংডোননা মেনশিনহৌবা দরকার ওই। মুমিং অহুগী মুংথিলদা মহাক রেজিষ্ট্রি ওফিসকী মাঙ্গোল মচি অমদা বেঞ্চ অংদা ফমহুনা দরকার ওইবা দলিলগী নকল লৌহুনা মপুক্লিং চংনা পারি, খঙহোদনা মমাংমক্তদগী কৌবা তারকই, "মমহাক ইবুংঙো, সলাম ! য়াইফবিরিদনা ?"

নির্ম্মলনা ঙক্লা মমাই নোনথৎতুনা য়েংলকই, ফকির সাহেব।

মহাক চে মপুল অমা পাম্লরি। কুক কৌগংতুনা ঈকাই-খুম্নবা -উংলগা মহাক্তা মথুং অনি পায়দুনা পুং শিন্দুনা কক্তা কমথরে, হায়রকই. "অদোম্বু কৌজরবদি হেক্তা উহনবি হন্থনা তাকৈ। শুমিং কম্নানি অসি ঐনা খঙ্গোয় মুংনা কৌজরক্লিবনি।"

ফকিরনা হায়রকই. "করিনো হায়মুদনা?"

"যোড়শীবু ঐগী দরকার লৈ। মহাক কদাম্নদা লৈবগে? ঐগা অমুক্তা উন্নহনবিযু।"

ফকির ভক্তে, হরাওবম্ম উত্তে. হায়রকই, "উম্নদবনদি ঐক।"

নির্মল ম্নাম্না ঈকাইরে। হায়রকই, "অদোমদি পুম্নমক খঙ-উরবা মীশক্লি। মহু করিগুম্বা ওইরবদি খঙবিবিবহুনি ঐখোয়গী কয়া ম্নাম্না দরকার ওইবগে হ য়বা।"

ফকিরনা হায়রকই, "নত্তে, ঐ পুম্নমক খঙ-উবা মীশক নত্তে. অহুবু মুপীমচা যোড়শীনা করিগুম্বা রা অমত্তা ঐত্তোন্দা লোত্তে। হাইকেং লেপ্লগা হায়রকই, "উম্নবা উম্নদবগী রাদি মহাক্লা খঙলিনি, ঐদি খঙদে, অহুবু মাগী রাকম পুম্নমক অদোমদা ভম্বদা য়ানিংদবা লৈতে। মরমদি, নোংমা ময়াম চংহুনা মাগী মাংননবা শিনখিবা মতম অহুদা ইবুংঙোদদি মহাকপু কনবিনবা চোংথোকপিরকখি। ঐ মাগী মচিন্দগী রা অসি তারে।"

নির্মলনা হায়রকই. "অহুবু ঙসিদি মহু ওম-তৈননা থোক্লরে ফকির সাহেব। হৌজিক কনাগুম্বনা করিগুম্বা মখোয়বু কনাবিবা ঙমগদবদি মহাক্তনা ঙমগনি।"

ফকিরগী মাইথোংদা য়ানিংদবগী মমি তারকই। মহুগী

শন্দোকপা বাকথ খঙমিংবনা মহাক লাংতক্লবা উংত্তে, হায়রকই, "চণ্ডীগড়গী পাউ খঙদে। অদুবু ঐনা হায়মিংবদি, মখোয়গী কনখা শিনবগী ভায় ঈশ্বরগী মফমদা ইবুংঙোনা শিন্নখোকপিখে। ঐগী সুপীমচাবু মহুগী মরক্তা অমুক চিংশিনবিরগনু নির্ম্মলবাবু।"

হৌখিবা পুন্সিগী অরাবা ইতিহাস নির্ম্মলগী মপুক্কিংদা নিংশিংলক্লে। মসিগী পাউথুম পীবা লুই, মহাক্না সুংঙাইতবগা চেন্নিয়ননা হায়রকই, "হৌজিক মহাক কদায়দা লৈবগে?"

"মফম অদু শৈবাল-দীঘি কৌই।"

"মফমদুদা সুংঙাইনা লৈরিদ্রা?"

হন্দক্তি ফকির সাহেবনা নেংকফেং তৌদুনা হায়রকই, "অসি তাবিয়ু। সুপী ওইবীশিংগী সুংঙাইবা সুংঙাইতবগী বাদি ঈশ্বরনা কাওবা খঙদে। ঐদি অমুকস্থু সন্যাসী ওইরবা মীনি অদুদি ওইরগা ঐগী ইচানুপীদু মপুক্কিং ঈংনা লৈরি হায়রবা অসিদংদি ভাবনা খঙবা ঙম্মী।"

নির্ম্মলনা ঙাইহাক তুশিন্না লৈরগা হায়রকই, "কোর্টতা অদোম কৈদৌবা লাকপিরিবনো?"

ফকিরনা হায়রকই, "মহু অদুমনি! সন্যাসী ফকির মফম অসিদা চংবা য়াদে চুম্মী। অদুবু সংসারগী মায়ানদি মীওইববু খক থাদোক্তে ইবুংঙো, অদুনা শিরমদায়দা অমুক ইরল লৈরক্লে। সুংঙাইরে, শেল-তিংদনা ইবুংঙোগুম্বা আইন খঙবা মীশক অমমুক কংলোই, অদুগা ইবুংঙোদদদি তমখোকপা য়াই। ঐগী চেশিং 'অসি চানবিদুনা অমুক্তা য়েংবিরম্মু।"

নির্ম্মলনা মথুং ভিংখোক্লুনা হায়রকই, "মসি কদ্বিগী চেনো ?"

"দান-পত্র অমগী ড্রাফনি " হায়রগা ফকিরনা মহাক্কী চেগী বাণ্ডল অদু নির্ম্মলদা পীরকই। অতোপ্পগী থবক তৌবা য়াবা মতম অমম্তুং পূক্লিংগী ফিভম নির্ম্মলগী ওইদে ; মহাক্না ভজ্ঞানবা মওংদা মদু লৌশিল্লে, অমম্তুং তপ্না তপ্না মদুগী মথুম হাইদোক্লগা পারকই ; অদুবু পরেং খরা পাথরকপমক্তদা খঙহৌদনা মাগী মিংয়েং কুপশিন্নক্লে, লামায় কয়া চংনা মরম তাক্লি, ময়াম শদু পাবা লোইরগা অকোনবদা অয়োইবা চেমাদা ফকিরদা ইরকপা জীবানন্দগী চিঠি অদুদা মিংয়েং তাক্লে. মতম অদুদা পরেং খরদং ইবিবদু অমুক্তদা পারগা নির্ম্মল চপ য়ুংনা লৈখ্রে।

ফকিরনা মাগী মাইথোংগী ফিভম য়েংলগা হায়রকই, সংসারদা "অঙকপা কয়া লৈত্রদো!"

নির্ম্মলগী মচিন্দা মুংশা মপী অমা হোন্দোরকই, মহাক্না মঙক নোনহুনা অস্থুয়দা হায়রকই, "হোয়।"

ফকিরনা হায়বকই, "ড্রাফ অদু য়ারগত্রা ?"

নির্ম্মলনা হায়রকই, "য়ারে। অদুবু মসি অচুম্বনি হায়বগী প্রমাণ কদ্বিনো ?"

ফকিরনা হায়রকই, "নংলমত্রবদি খোজ্বীনা লৌরোই। মসিদগী হেনবা অচৌবা প্রমাণ করি লৈরিবগে নির্ম্মলবাবু ?" অসি হায়রগা খঙনিংবা মিংয়েংনা য়েংহুনা লৈ, অদুবু পাউথুম ফংত্রে। নির্ম্মলগী মিংয়েং শাপ্পী অমম্তুং মরাইবক ভপকংলি, মহাক্কী পূক্লিং কদায় য়োপ্রবগে, ফকিরনা মদু অনুমান তৌবা ঙম্মদবা য়াই।

# কুর্নিমপাল

খঙহৌদনা মুমিং কয়াম্নি অরেপ্পা লৈতনা নোং চুখনা সংসারগী থবক-থাবা পুম্নমক অশুম্বা লেপত্রে মতুমদি, পঙ্খনা হৈত্তবা জেলাগী ম্যাজিস্ট্রেট কাওবা মহাক্কী তদঙ্গী চাকারু ভলহন্দুনা পুরকপা ঙমত্রে। অদুবু মাগী হুকুমদি লৈ, নোং হাংলগা মহাক চণ্ডীগড়দা খোঙদারগনি, অদুগা হুকুম অদু ঙাকপগী মুমিং ঙসি থোকই। পাউ ফংলে, খুঙ্গংগী মপান্দা বারুই তুরেল তোর্ব্বান্দা মাগী কেম্প শানরে. য়েন, য়েক্রম, শঙ্গোম, ঘি অসিনচিংবা কংলুনবগী থবক্তা এককডিনা থরংগ্ব পুবাক্তা হাপতুনা হোংনরি অমম্বুং নুংখিল পোবোগ্তা মাইকৈ সোমদা চণ্ডীগডদা মহাক্কী শগোল শোয়দনা য়ৌরকপা য়াই থাজনরি।

হৌখিবা অহিংদগী নোং চুবা লেপত্রে, অদুবু অতিয়াগী শক্লোন্দি হোংত্রি। শঙ্গম অসি উবদা থৌনা ফনা নোং চুবা লেপ্লগনি হায়বা ঙন্বগী উপায় লৈতে। য়ুম মৈ চাকপ্রবা তুংদা মপালগী তুইমুলাগী কা অনি অদুদা জীবানন্দ হোংজিন্দুনা লৈরি, মহুগী পিক্তকপা মাক্কোন্দা কেম্প বেডতা হিপতুনা মহাক বারুই-বোমদা মিংয়েং হোংদনা য়েংলি। চীংদগী মমাই থক্লা-চেম্বরকপা ঈশিংনা তুরেল অদু অমুক ময়াং কংত্রে; অকন্নবা, ঈচেলনা লৈরায়দা ঙাথু-থেংথুহনা চেম্বরি— জীবানন্দ কব্বি থল্লিবগে মহুগী অরেপ্পা লৈতে। মহাক নাবন্দি কররে, অদুবু মশাদি য়াম্না শোট্লি। ঙসিন্তু মহাক কমুংদগী হেল্লি, হৌপংতুনা চংপা য়ারি। ম্যাজিস্ট্রেট সাহেব খুংলরবদি মহাক দোলাই তোংহনা

মশামক উম্নবা চৎলুগনি। মীনম্বা করিমত্তা হাঙ্করোই হায়না মহাক্না লেপ্লে—মু থকপা তোক্লবা মহাক্না লেপখিবা অদুম্না তৌহনা; পুন্সি অসিদা কনাদম্সু থরাবা অমুক পীররোই হায়না অচেৎপা রাশক থমখিবা অদুগুম্না মসিস্থ মহাক্না লেপগ্রবনি। অদুবু ভশেংবদি মহাক কনাগী মায়োক্তস্নু করিগুম্বা রারোবা করিগুম্বা রাকং অমত্তা লৈতে; মহাক্না মপুক্লিংদা অসি হায়না তর্ক তৌরকই মহুদি, মরালদি মীওইবনা লংজনরিবনি, চুমদবদি মীওইবগীদমক্তা শেম্লিবনি, মরম অসিনা মহাক্না সাক্ষী ওইরবদি মহাক মশাদা নত্তনা কনাগুম্বা অমস্নু দণ্ডি ফংগনি থল্লুবদা মহাক থাঙ্গৈশেংনা লুংঙাইজবা পোকই। করি হায়না হায়গদগে কনাগীস্নু করিগুম্বা অমাং-অতা অমত্তা থোক্তনবা রাফম অসি মওং কয়াদা মথল কয়া থোক্লা থল্লবই, মদুগী অরেপ্পা লৈতে, অদুবু করিগুম্বা হীরম অমত্তা কিশি থোকপা উম্না থম্নবগী ফিভমস্নু ওইদ্রি, কোইনা থনবমথৈ থল্লুরগা হীরম অদুগী ফল অমত্তা হঙ্গিন হঙ্গিন মাগী মিংয়েং মাংদা লাকই, মসিগীদমক্তা মহাক তশেংনা তৌফম থঙলক্ত্রবা মতম অসিদা পুন্নৌ নৌবা পোংশক অমদা মাগী পুক্লিং, মিংয়েং মতম অমত্দা চিংশিনখ্রে। হি মচা অমা ঈচেলগী মতুং ইন্না য়াম্না য়াংনা চেন্থরক্লি, মহাক্কী য়ুম ময়া য়োরকপমক্তদা হিরোইনা নৌ থাদহনা মদুগী লম্বী থিংখ্রে। তুরেল অসিদা হি থোইনা চংনদে। চহিগী অয়াম্বা মতমদা ঈশিং কংই হায়বগী নত্তে, নোংজু থাদনা ঈচেল কনমনবনা চংথোক চংশিন্দা থুদোংচাদে। মরু ওইনা মাগী

য়ুম ময়াদা ঢি থাংলবা অসিদা খঙনিংলহনা মহাক্না মোন্দা ঙাহনা ফমহনা যেংলকই, নুপা অনি অমম্বুং নুপী অহুম কুমথরক্লি। মনা পুংলবা উ মরুমদা মখোয়বু ময়েক শেংনা উবা ফংব্রবস্থ নুপা অমবুদি জীবানন্দনা তংশংনা খঙলে, মহাক জনার্দ্দন রাযনি। অহল ওইরবী নুপী অসি মাগী নুপীনি অমম্বুং অতোপ্পা অসিনা মহাক্কী মচানুপী ওইরম্বা য়াই, কদায়ননো চংলুবা ওইরমগনি, ম্যাজিষ্ট্রেট লাকপগী পাউ ফংহনা হাগু হাগু হল্লক্লিবনি। মহাক্না মসিমদি খঙবা ঙমদে মহুদি, মগাগী ঢিদেন থাদোক্লুনা অম্বক লাপ্পা লাকপা হি থাংলরিবা করিগীনো। খুদোংচাদবা ওইবগ্‌গা য়াই, শোয়হনা ওইরম্বা য়াই, ম্যাজিষ্ট্রেটকা লম্বীদা থেংনগদ্রা কীবদগী ওইরম্বা য়াই; অহবু ওইনিংবা ওইজসঙ্, নুপা অসি ব'য় মহাশয়নি, অসিনা মাগী মতুপা মচাগনি খঙলবা মতম অসিদদি ৎাংা ফমহনা লেরুবগী কান্নদ্রে খন্দুনা জীবানন্দ অমুক হিপথদ্রে। মমিৎ উইশিল্লগা মপুক্লিংদা নোক্লুনা হায়রকই, মরালগী চৈরাক পীননবা কোর্ট মহুত্তরা? নুপা অসিবু ম্যাজিষ্ট্রেটনা করিগুম্বদস্থ মশক উখিরমদবা য়াই, উবম্লবস্থ শক খঙদবা য়াই। অহুম ওইনমক মহাক্কী চিংনবা অমদি চেকশিনবগী মপাল নাইদে। মতু মচাগী মফমদা পাংদবা অসিগী ঈকাইবগা দণ্ডিগা চাংদম্লবদা মসিমক কয়া চম্বগে?

খঙহৌদনা কনানো অমা লাক্লুনা ফমথরকপদা কেম্প্-বেড অহু ফেংং ফেংং হায়বকই। জীবানন্দনা চঙক্লহনা হংলকই, "কনানো?" মাঙ্গোল কাখৎতুনা লাকপগী খোঙথাং মখোল

ফাওবা মহাক তাহৌদে, ফম্লম্বিবা মহাক অহুনা মাগী লাইবক্তা মথুংনা লাল্লহুনা হায়রকই, "ঐনি।"

জীবানন্দনা মাগী শোল্লবা মথুং তিংথোকুনা মথুং পায়হুনা ফমা কুইনা তুম্মিন্না লৈ। অহুগী তুংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "হি অসিদা লাকপরা?"

"হোয় "

"রায় মহাশয়না নমহুনা পুরকপা ওইরিনিনে, মাবু কনবা ভারিবরা?"

"হোয়, মহু ফমগী বাবাবুনি, জনার্দ্দন রায়বু নত্তে।"

"খঙলে। অহবু প্রজাশিংনা কেশ কবিগী তোকদৌরিবনো, সাগরনা কবিগী য়াগদৌরিবনো?"

"ঐহোন্দা মথোয়না য়ারক্লে।"

"য়ারবা? অঙকপনি!"

যোডশীনা হায়রকই "নত্তে, ভক্তি ভাই ওইদে। মথোয়না ঐহোন্দা ইমা কৌই।"

"ঐ মহু খঙই।" জীবানন্দগী খুংকী খুংপায় কোমথোরক্লে। মহাক্না ফমা কুইনা লেংদনা লৈরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "য়াম্না ফরে। ভসি অয়ুক্কী ঐনা খল্লম্লিবনি অলকা, শাথীরবা অরুবা অসি ঐ কমদৌনা তৌগদগে? ঐ হিংলে, কদিস্সু অমুক তৌনিংভাই লৈত্রে। নভনা পুম্নমক তৌব্রে।"

যোড়শীনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "নহাক্না তৌননবা থবক অতৈ লৈরমদবা য়াই অহুবু ঐগী তৌগদবা থবক্তি হৌজিকস্সু

য়াংলি।" অসি হায়রগা মহাক্না কমুংদা পদাক-পদাক তাহুনা লৈরিবা খুং অহু মাগী খুবাম-নুংদা পাইশিল্লগা জীবানন্দগী নাকোংদা মচিন থমহুনা হায়রকই, "ঐ হি পুরকই, করিমগঞ্জা মঙং অমদা নহাকপু পুহুনা চেনখিবা ঙম্লবদি ঐগী থৌদাংশিংগী মন্থুংদা অথোইবা থৌদাং পাংথোক্লবনি। চৎলসি।" অসি হায়রগা মহাক্না নুকথহুনা মকোক জীবানন্দগী মথবাক্তা থম্লগা লেংদনা লৈ। মনা বুইরবা যাংঙবা বনাস্থ রা ছাংদে, শুম্লগী মী অমগী থবাক্কী মিহুল বম্না চোংলি অদুগা মী অমনা তুম্মিন্না মহু তারি।

জীবানন্দনা হায়রকই, "ঐবু কদায়দা পুগে হায়রিবনো ?"

ষোড়শীনা হায়রকই, "ঐগী খোঙনা পুবা মফমদুদা।"

"কৈদোঙৈ চৎকদগে ?"

"হৌজিকমক। সাহেব থুংলরক্রিঙৈগী মমাংদা।"

জীবানন্দনা মাগী মাইথোংদা য়েংহুনা তপ্না হায়রকই. "অদুবু ঐগী প্রজাশিংদ ? ঐখোয়না পারোন-পুরোন কযাদগী তোমশিল্লক্রিবা মখোয়গী লমন অসিদি ?"

ষোড়শীনা মমাই নৈলেথোক্লগা তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, "চারোন-শুরোন নাইনা মহু শিংগদবনি।"

জীবানন্দনা হরাওনা হায়রকই, "অচুম্বনি অলকা। অদুবু থিজ্বরবদি য়াররোই। হৌজিক্তগী ঐখোয়গী কোকথক্তা পোৎলুম অসি নল্লবনি।"

ষোড়শীনা খঙহৌদনা মখুং লোমহনা হায়রকই, "হুজুর,

মতুগী পাউখুমদ

হায়রকই, "অস্মুম্না ঐগী চে

ঐবু লাইর-অনংবশিংগী থবক

নিংবা কায়রোই।"

বা অসি তাবদা অলকাগী মমিত্তা খঙহৌদনা ঈরা চেল্লক্লে, অস্মুম্না মশাবু মপুংফানা কথোকপা অসিনা মাগী পুম্নমক জয় তোঞ্জবা মহাক অতুগী মাইথোং য়েংলুবদা মখোঙনা নোলিবা মালেম ফাওবা খঙহৌদনা নিক্লকপগুমখ্রে, অতুবু মশাবু মহাক্না ফাথজরগা খুং খংপায় অমুক্তং পায়শিল্লগা নোক্লুনা হায়রকই, "ফরে, চংলসি হৌজিক্তি। হিন্নুংদা ফম্নগা মতমতুদা তপ্না ঈংল্লা করম করম্না থৌদাংনা নঙোন্দা শিন্নবা য়াবগে এতুগা করম করম্নবা শিন্নবা য়াদবগে খন্নরুসি।"

"মতুনা ফরে!" হায়রগা জীবানন্দ যোদ্ধানা খুং শম্নইনা চংখ্রে।

লোইরবা

